# অরিবা মণিপুরী সাহিত্যগী পরীং

(চহীচা ১৮ অমসুং ১৯ গী মণিপুরী সাহিত্য)

Ariba Manipuri Sahityagi Paring

( Old Manipuri Literature of 18th and 19th Century )

# অরিবা মণিপুরী সাহিত্যগী পরীং

## (চহীচা ১৮ অমসুং ১৯ গী মণিপুরী সাহিত্য)

Published with Financial Assistance from the
Central Institute of Indian Language Ministry of Human
Resource Development Department of Education Govt of India
Manasa Gangotri Mysore 6 Vide Sanction
letter No 51 12(3)/98 99 MPR/GRNT dated September 8 1999
under the scheme of grant in aid

এল. অশোককুমার

২০০০

# ABOUT THE BOOK

Manipuri literature has a brilliant history. It traces its origin to the dim past. The ancient Manipuri authors touched upon many subjects. The range is varied and colourful. But the golden period of Manipuri literature may be said to have flourished during the 18th and 19th centuries. The period is very fertile in all aspects of literary products. There are books produced on the theme of love and romance. Some of the books are related again to religious treatises and sermons. The period also seen some of the best translation works. Several important Hindu scriptures were translated into Manipuri. The spread of Hinduism reached its nadir during the period. The famous Ras Leela was created during this period. The native religious works coupled with the heap of translations from Hindu texts made the basis of the Ras Leela. Early Manipuri literature had its mouthful of religious works. The trend continued till the end of 17th century and had its climax during 18th and 19th centuries.

The author, who has earlier produced a volume of Manipuri literature from earliest times till 17th century, has continued his journey in this volume to explore the riches of Manipuri literature during 18th and 19th centuries. While tracing the trail of Manipuri literature during the period he made a survey of the extensive works produced during the period. He picks up several rare volumes to prove the variety of Manipuri literature, giving emphasis on the quality of the works and the impact they created on the literary history of the period. The author makes a definite conclusion that the products made during this period by Manipuri writers will be a valuable addition not only to the flow of Manipuri literature but also to the diversity of Indian creative works. With this aim in view the author publishes the volume for the benefit of the general public. ❒

# A FEW WORDS

Manipuri literature has a long history and this beautiful land which has given birth to splendid culture to the world could boast of luxuriant literary products, as varied as the numerous rivulets flowing through the land. This land of culture, surrounded by majestic mountains and watered by its lakes, with green forests and meadows scattered here and there, with blue sky and clouds covered like a modest damsel above its stretch of land, has possessed all the stuff that could make a granary of literary products Here poets and minstrels intermingle, performers and musicians intertwin, to make a cultural flowering possible-be it poetry, music or dance. On the pages of its literature one could hear the sound of the horses hoofs which present a chilling warfare, the lamentation of an individual identifying himself with the exotic flowers blooming on the hillsides or meadows or dense forests, the heart-rending picture of a lover pining for love, the yearning and contemplation of an individual for the supreme Being-these and many more The author who has delved into the depth of such varied world of Manipuri literature and has produced a rare volume of Manipuri literature earlier from the earliest times till 17th century, has presented in the present volume a comprehensive picture of Manipuri literature during 18th and 19th centuries While presenting this volume the author highlights the important literary products of the period emphasising the subjects, nature and style of each work, the essence of their philosophy, and above all the literary merits the work reflect. Nowadays it is rare to find a scholar endowed with both modern education and ancient literary discipline. The present author is a rare specimen combining both the streams His experience and knowledge of old Manipuri script and manuscript could help him in exploring the rich colourful world of ancient and medieval Manipuri literature which a

modern scholar could not easily accomplish. Added to this qualification he has the advantage of meeting with a varied shades of pundits of old literature in his capacity as the Archivist of an important cultural Institution of the state. This, and above all his practical experience as a cultural activist, has contributed immensely to the widening of his knowledge in the world of ancient Manipuri literature, and the distinct result is the present volume. There are a few books on the history of Manipuri literature and if there are, they are to be counted on finger-tips. The present volume is not only a fresh addition to this rare family of creative products but also a long-felt necessity which will pave way for those scholars who would love to venture into the multi-splendoured world of ancient Manipuri literature with all humility and wisdom. I have no other words except encouraging and appreciating the effort of this scholar who need incentive and blessings from those who have a sincere feeling for Manipuri literature and language ❒

**L. Joychandra Singh**
Member, Executive Board,
Sahitya Akademi, New Delhi

# অইবগী-মাইকৈদগী

**পোইরে** মৈত্রবাক অসিদা খৃষ্টগী অহানবা চহীচাদা নিংথৌ ওইদুনা পানখিবা মৈদিংঙু নোংদা লাইবেল পাখংবগী (লৈনুং লোনজা অবিবা) মতমদা লমদম অসিগী লৈবাক ব্রাযেল থৌদাগী লমদা অনৌবা লৈঙাক্লোন অমা শেমগত্নুনা চৎনবা হৌখি। লমদমসিদা যেক-শলাই, মপা-মচা, মচিন-মনাউ, মচে-মচল, শাগে-নাতে অমগা-অমগা খঙনদনা লৈবম্বদগী যেক-শলাই যুম্নাক শাগে খাযদোক্নুনা চৎনবা হৌখি। নিংথৌজা, অঙোম, খুমন, লুৱাং, মোইবাং অমসুং চেংলৈ হাযনা খাযদোক্নুনা মাগী-মাগী শলাইগী লম খাযদোক্লদুনা মাগী-মাগী যুম্নাক শাগে লিঙদুনা লৈবাক অসিগী তোঙান-তোঙানবা মফমশিংদা খুন্দা লৈতাদুনা লৈখি। যেক শলাই অমসুং যুম্নাক শাগে মান্নবা মশেল লৌনবা যাবা যাদবা কযা অদুগী অকক্লবা চৎন-পথাপ শেমদোক্নুনা লমদমসিদা চৎনবা হৌখি অদুগা মথক থোংবশিংগী মফমদা চৎকদবা থকশি খাশি, মিঙৌ থাগৌ, হৌন লোনচৎ, থৌগললোন ব্যবহাব কযা অসিগী মতাংদসু মচা খাযনা চৎন পথাপ কযামকম শেমগত্নুনা লমদমসিদা চৎনবা হৌখি। লৈবাক অসিদা তোঙান তোঙানবা লোযশঙশিং লিংখত্নুনা লোযশঙশিং অদুগী থবক পুগদবা মীওইশিং অদুবু তোঙান-তোঙানবা যেক শলাইশিংগী মীহুৎ খনগত্নুনা মাগী মাগী শলাইগী মহুৎশিন্দুনা লৈবাক্কী ব্রাযেল থৌদা পুবদা থৌদাং য়াহল্লমই। তীনলুপ অমসুং লাইরূপ হাযনা খাযদোক্নুনা মীনা তৌগদবা মথৌ অমসুং লাইগীদমক পাঙথোক্কদবা থবক থৌবমশিং মচা খাযনা খাযনা যাখোক্নুনা তব তববা অনৌবা মপুং মবৈ ফাববা সমাজ অমদা লৈবাক অসিনা খোঙদাবা হৌখি। অসুম তৌদুনা মৈদিংঙু নোংদা লাইবেল পাখংবগী মতমদা লৈবাক অসিবু চাউখৎপা থাক্তা পুখৎনবা হোৎনবদা মাইকৈ অমখক্তগী নত্তনা তোঙান-তোঙানবা মাইকৈদা মক্ব ওইনা লাইনিং লাইশোল, ইবাৎ থৌনি, হবাউ-কুম্মৈ, লৈবাক্কী ব্রাযেন থৌদা কযা অসিগী লমদা অচৌবা অওনবা অহোংবা কযামকম হৌদোক্নুনা লমদমসিদা চৎনখি।

অসুম্না মৈদিংঙু নোংদা লাইবেল পাখংবগী (খৃ: ৩৩-১৫৩) মতুংদা পানখিবা নিংথৌ মথং মথংনা মাগী মাগী হাক্তক্তা লৈবাক অসিগীদমক পাযখৎপা

য়াবা চাউখৎ থৌরাং কয়ামরুম পায়খত্তুনা লমদম অসিবু শেমগৎ শাগৎপদা নীংতম্নবা লৈতনা থৱায় হকচাং য়াওনা হোৎনখি । চহীচা ৭ কী অদুৱায়দা পানখিবা মৈদিংঙু নাউথিংখোংগী মতম য়ৌরকপদদি মীশিংগী পুক্নীং অমসুং রাখলদা নোংম-নোংমগী চাউখৎপগী মঙাল উবা ফংলক্তুনা মহৈ মশীং তম্বগী রাখল্লোন ফাওরক্তুনা ওঝা গুরুশিংগী য়ুমদা ওঝা গুরু খন্দুনা লমদমসিদা মহৈ-মশীং তম্নরমই । মৈদিংঙু নাউথিংখোং মশামক লুৱাং মকুবী চীংদা লুৱাং শলাইগী নিংথৌ ওইদুনা পানখিবা হোংনেম লুৱাং নিংথৌ পুন্সিবগী মফমদা চত্তুনা লৈবাক ৱায়েল থৌদা অমদি ঔগ্রী লাইরোল ঈশৈনচিংবা কুম্না থিজিন্দুনা তমখিবা মতাং নাউথিংখোং ফম্বাল কাবা কৌবা লাইরিক্তা ইরম্বদগী খঙবা ঙমই ।)

মতৌ অসুম তৌদুনা লৈবাক অসিদা চিনথাং য়েনা চিনবুংদা মীরোল অমদগী মীরোল অমদা চিনফা পুদুনা শিজিন্নবকপা লাইরোল তীনলোন ইরাৎ থৌনিগী লাইশোন তীনশোন কয়া চীনবুংদা লৈরম্বশিং অদুবু চহীচা ৮ গী অদুৱাইদদি অইবা ওইনা থোরকখি । অসুম্না মণিপুরী সাহিত্যগী খোঙচৎসু চহীচা অসিৱায়দগী তৌবে হায়বা যাই ।) মরু ওইনা মতম অসিদা ইখিবা লাইরিকশিংদা লৈশেম নোংশেম হায়বদি মালেমদা মীওইবনা মতৌ করম্না পোক্লক শাৎলকখিবা অমদি মতৌ কবম্না খুন্দা লৈতাদুনা লৈরকখিবগে হায়বসি ফোঙদোক্লদুনা ইবম্না কয়া অসিনা মপুং ওই । মণিপুরী সাহিত্যগী অহানবা লাইরিক্লি লৌনরিবা ঔগ্রী কৌবা লাইরোল ঈশৈদা শৈরেং ওইনা মীওইবনা মালেমদা পোক্লকখিবা অমসুং খুন্দা লৈতাদুনা লৈখিবা মতাং অদুবু শৈথাদুনা ইবমই ।(অসুম্না পৃথিবীগী অতৈ অতোপ্পা জাতিশিংগী সাহিত্যসু শৈরেংনা ৱারেংদগী হান্না থোকখিবগুম মণিপুরী সাহিত্যগী খোঙচত্তসু শৈরেংনা ৱারেংদগী হান্না থোকখি)। অঙনবা মতমগী মণিপুরী সাহিত্যগী লাইরিকশিংদা মহৌশা খুৎশেম অমসুং মীওইবা অনিগী লৈনবা মরীবু শৈথাদুনা ইবম্না অসিনা মপুং ওই, অদুগা মতুংদা নিংথৌরোলশিংগী হাক্তক হাক্তক্তা থোকখিবা থৌদোক ৱাথোক্না মরী লৈননা ইবম্না শৈরেং অমসুং ৱারেংগী লাইরিক কয়া অমসু লৈরি ।

ৱারেং সাহিত্যগী ফজরবা মশক ফনা ঙন্না মণিপুরী সাহিত্যগী খোঙচত্তা উবা ফংই । চহীচা ১১/১২ গী অদুৱাইদা ইখিবনি হায়না লৌনরিবা

পোইবৈতোন খুম্ভোকপা কৌবা লাইবিক্তা মণিপুরী ৱাবেংগী তোপ তোপ্পা ফজবা মশক উবা ফংই । অসুম্না ৭ শুবা চহীচাদা নিংথৌ ওইখিবা মৈদিংঙু নাউথিংখোংগী মবমদা শৈথাদুনা ইবম্বা নাউথিংখোং ফম্বাল কাবা, চহীচা ৯/১০ দা পানখিবা মৈদিংঙু লোয়ুম্বগী মবমদা ইবম্বা লোযম্বা শিলযেল অমসুং ১১ শুবা চহীচাদা পানখিবা মৈদিংঙু থবানথাবগী মবমদা ইবম্বা থবানথাবা হিবানর্নচিংবা লাইবিকশিং অসি ৱাবেংদা ইবম্বা মণিপুরী সাহিত্যগী থোইদোক হেন্দোক্লা শীংথাবদা মতীক চাববা ঙাক্লনী । অসুম্না অঙনবা মতমগী লাইবিকশিংদা মণিপুরী শৈবেং অমসুং বাবেং সাহিত্যগী ফজববা ঈচেল অমা লেপ্তুনা চেম্ভদুনা লাকখি । অদুগা লাইবিকশিংবু ইবা মতমদসু লমদম আসগী শেংলবা লৈহাওগী ওইবা পোংখোকশিংদা যুম্ফম ওইবগা মপাল লমগী ঈথিল অমত্তা যাওদনা ইবম্বা ঙাক্লনী ।

অসুম্না চহীচা ১৮ অমসুং ১৯ গী মনুংদা ইবম্বা লাইবিকশিংদা হান্নগী চংবকপা মণিপুরী সাহিত্যগী খোঙচত্তগী যাম্না চাউনা অহোংবা কযামকম লাকখি । মরমওইনা চহীচা অসিদা ইখিবা লাইবিকশিংদা অইবগী মিং অমসুং ইখবগা মতম পন্দুনা ইবম্বা উবা ফংই । মপাল লমগী সংস্কৃত অমসুং বাঙ্গলা লোন্না অবিবা মৈতৈলোনগী মবক মবক্তা থেৎচিন্দুনা ইবম্বা কযা মতম অসিগী লাইবিকশিংদা তোযনা উবা ফংই । হিন্দুগী লাই খ্রীনগী মবমদা ইবা লাইবিকশিং মরমওইনা মহাভারত অমসুং রামাযণগী ৱারী পরীংবু মৈতৈলোন্দা হন্দোক্লুনা ইথোকহল্লখি । অসিদসু নত্তনা মৈতৈ যুমথোং খুদিংদা রামাযণ মহাভারতকী ৱারীবু ৱারী লীবা মীশক অমনা লীবগা মতমদুদা তান্নবমই । অসুম তৌদুনা ১৮ অমসুং ১৯ শুবা চহীচা অসিদা বাবেং সাহিত্যনা মণিপুরী সাহিত্যদা মপাল ফনা চাউখৎলকখি । মতম অসিদা মণিপুরী সমাজগী চৎনবীদসু হিন্দু বৈষ্ণবীজমগী ওইবা অনৌবা ধর্ম্ম লাইনিং লাইশোনবু মীযাম্না হেন্না শান্নবগীদমক লৈবাক্কী নিংথৌনা থবায হকচাং যাওনা লৈজবা থৌনা পাঙ্গল অমসুং লৌশিং পুথোক্লুনা কন্না হোৎনবমই । হিন্দু বৈষ্ণবীজমদা যুম্ফম ওইবা লাইবিক কযা মতম অসিদা নিংথৌগী অকনবা যাথংনা ইহনখি । মদুমক্লা অচৌবা লমজিং অমা ওইখিদুনা মণিপুরদা নোংচুপ লমগা মপুং ফানা শম্নদুনা ধর্ম্ম লাইনিং লাইশোন ফিজেৎ চাকচা যুমবৈ কৈবৈ কুযা অসিগী লমদা অচৌবা অওনবা অহোংবা অমা চহীচা ১৮ অমসুং ১৯ অসিদা মণিপুরী সমাজদা লাকখি ।

১৮ শুবা চহীচাদা মণিপুরগী নিংথৌ ওইদুনা পানখিবা মৈদিংঙু পামহৈবা (গরিবনিবাজ) মহারাজগী মতমদগী হৌবদুনা হিন্দু বৈষ্ণবীজমগী অকনবা ঈহৌনা লমদমসিদা মপাল যনা চাউখৎলকখিবদগী চহীচা ১৯ অসিদদি চাউখৎপগী খম থেংবা থাক যৌদনা মতোল লোমখি। মণিপুরী সমাজদা মতমদুগী বৈষ্ণবীজমগী অকনবা ঈহৌনা শাফু কয়া চেলশিল্লকুনা পীখিবা চৈথেং অদুমক মতমদুগী মণিপুরী সাহিত্যগী ওইবা লাইরিকশিংদা মপুং ফানা মমি তাবমই। মপাল লমগী বাঙ্গলা অমসুং সংস্কৃত লোন্না মণিপুরী সাহিত্যদা মপুং ফানা চঙলকুনা বাঙ্গলা অমসুং সংস্কৃত লোন নীংথিনা তমদুনা সংস্কৃত অমসুং বাঙ্গলা লোন্দা লাইরিক কয়া অমসু ইখি। মসিমক্সু মণিপুরী সাহিত্যগী ইনাক খুনবা বাৎত পাদবা পুক্কি ওইহনবদা চাউরবা থৌদাং অমদি যাই। মতমসিদা সংস্কৃত অমসুং বাঙ্গলা লোন্দা ইখিবা লাইরিকশিং অসি মক ওইনা পুং ঈশৈ জগোইগী ওইবা রাগ রাগিনী, ছন্দ, মাত্র, তাল অমসুং বারা লাইরিক থিবা হায়বগীচিংবা ইরম কয়া অসিদা মপুং ওইনা ইবমই। অদুগা রামায়ণ, মহাভারতকী বারা, রাধা কৃষ্ণ, রাম সীতা, শিব দুর্গা, লক্ষ্মী, সরস্বতী, গণেশ, গরুড়, হনুমান অমসুং শ্রীশ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুগা মতাক মগুণবু শৈথাদনা ইবম্না কয়া অসিসু মপুং ওইরবা। অসুম হৌদুনা চহীচা ১৯ আসদা বাঙ্গলা অমসুং সংস্কৃত লোনগী মপুং ফাবা শক্তম অমসু মণিপুরী সাহিত্যদা উবা ঙমখি।

বেঙ্গলগী অফাওবা কবি কৃত্তিবাসনা লেংলম্না রামায়ণগী বারা অদু মৈতৈলোন্দা চহীচা ১৮ অসিদা মৈদিংঙু গরিবনিবাজগা যাথং মতংলা মতমদগা রাজ পণ্ডিত অঙোম গোপানা মৈতৈলোন্দা হন্দোক্লগা হীখ হায়না ... শাক ১৬৯২ দা লোতুখিবা ঐগী লাইরিক আররবা মণিপুরী সাহিত্যগী পরী চহীচা ১৮ ফাওবগী মমাং হায়বা অদুগী "মণিপুরী সাহিত্য" হায়না পারেং অদুদা ইখ্রে। মদুমক ঐহাক্না মুন্না কুপ্না অমুক থিজিল্লবদা লাল্লমদুনা হন্দক্না লাইরিক চহীচা ১৮ অমসুং ১৯ গা ওইনা লাইরিকশিংগী মনুংদগী মক ওইনা খরদং খনগৎলগা নৈনজদুনা পুথোকচনিবা লাইরিক অসিগী মনুংদা "রাম নোঙ্গাবা" কৌবা লাইরিক অদুগী নৈনবা মতাংদা চুমথোক্কুনা হাপচার। রামায়ণ অসিমক্তি মহারাজ গরিবনিবাজগী সনা যাথংদগী ক্ষেমা সিংহ ওবেং সেন্ন ইনবনা লৌচিংদুনা মখোয় মীওই মথানা মৈতৈলোন্দা ইথোকখি হায়না ... মৈতৈলোনগী রামায়ণগী আদি কাণ্ডদা ইবমই। অদুগা "বীর বাহু ... " কৌবা লাইরিকী

অহৌবদস্ ক্ষেমা সিংহ তবেৎ সেল্লুংবনা গরিবনিবাজগী সনা যাথং তুংইন্না বামাযণগী মশা তবেৎপু মখোয় মীওই মঙাগা লোযনদুনা ইখি হাযনা পল্লমই। অদুগা বামাযণগী লাইবিকশিং অসি ঔৱা লানগাযবদা লৈবাক কাংখোং চাযখিবদগী মচোই মচোইনা মাঙলুববা মতুংদা লাবন্যচন্দ্র মহাবাজগী মতমদা সনা যাথং তাকপীবদগী শ্রীদাম কৈশামচানা থিগত্তুনা অমুক খোমজিল্লগা ইথোকখি। বাফম অসিমক অবিবা মৈতৈলোনগী বামাযণগী আদ কাগুদা ইবমই। অসুম্না চহীচা ১৮ অমসুং ১৯ দা ইখিবা মণিপুবী সাহিত্যগী লাইবিকশিংদা হিন্দুগী প্রভাব মপুং ফানা মম্রি অবদা নত্তনা হিন্দুগী লাইনিং লাইশোনবু মণিপুবগী যুমথোং খুদিংদা যাম্না পাম্লনা চৎখি।

অবিবা মণিপুবী সাহিত্যগী পবীং চহীচা ১৮ অমসুং ১৯ ফাওবা হাযনা মিংথোনবা লাইবিক অসিবু ঐহাক্লা থবায হকচাং যাওনা ইজকুবগী মবমদি মণিপুবী সাহিত্যগী ওইবা মপুং ফাবা ইতিহাস অমা ঙসি ফাওবদা চপ চানা পুথোকপা লৈত্রি। অসিগুম্লবা যাম্না মক ওইপ্রবা মণিপুবী সাহিত্যগী ওইবা অচৌবা অৱাৎপা অসিবু খবদং ওইববসু মেনখৎপা ঙমগদ্রা খনজকুবদগী মতম কযাগী মমাংদগী ওঝা গুরুশিংগী মফমদগী মমল যাম্লবা পাউতাক কযা অমসুং মকওইবা মচাক মথুম কযামকুম খোমজিন্দুনা মণিপুবী সাহিত্যগী ওইবা মপুং ফাবা ইহিতাস অমা পুথোক্লবগীদমক হোৎনজবকপনি। অদুবু মতম অমসুং তাঞ্জা ফংদবনা খোমজিল্লুবা মচাকশিং অদুবু মপুং ফানা খোমজিন তাশিন্দুনা মপুং ফাবা লাইবিক অমা ওইনা ইথোক্লবগী খুদোংচাবা অদু ফংখিদে। ইংশোক ১৯৯২ দা ঐহাক ইশামক্লা সম্পাদন তৌদুনা অবিবা মণিপুবী সাহিত্যগী পবীং চহীচা ১৮ ফাওবগী মমাং হাযনা মিংথোনবা লাইবিক অমা পুথোকচখি। লাইবিক অদু মকওইনা মণিপুবী সাহিত্যগী অঙনবা মতম হাযবদি চহীচা ৮ গী অদুৱাযদগী হৌবগা চহীচা ১৮ ফাওবগী মমাংদা ইবম্বা লাইনিকশিংগী মনুংদগী অখন্নবা লাইবিক খবদং খনগৎচবগা নৈনদুনা পুথোকচখিবনি। হন্দক্কী লাইবিক অসিদনা হান্নগী লাইবিক অদুগী মখা শমথবকপা ওইনা অবিবা মণিপুবী সাহিত্যগী ১৮ অমসুং ১৯ শুবা চহীচা ফাওবদা ইবম্বা লাইবিকশিংগী মনুংদগী অখন্নবা লাইবিক খবদং লৌখৎচবগা নৈনজবনি। অসুম্না ঐহাক্লা পুথোকচবিবা লাইবিক অনি অসিনা পুল্লপ পুনশিল্লবদি মণিপুবী সাহিত্যগী অঙনবা মতমদগী হৌবগা চহীচা ১৯ ফাওবগী ওইবা মণিপুবী সাহিত্যগী চাউবাকপা ইতিহাস

# য়াওফম তাকপা

**হীরম** **লামায়**

# অরানবা চুমথোকপা

| অরানবা | অচুম্বা | লামায | পরেং |
|---|---|---|---|
| সাবকাবগী | সবকাবগী | ৩ | ১৮ |
| পার্ব্ব | পর্ব্ব | ৩ | ২৮ |
| লাম্বীদা | লম্বীদা | ৯ | ৬ |
| গীতা | গীতা | ১১ | ১০ |
| ই' ১৮৯১ | ইং ১৮১৯ | ১৩ | ১৬ |
| শেমগ ঙংবা | শেমগৎখিবা | ১৩ | ২৩ |
| মবিপুব | মণিপুব | ১৪ | ১২ |
| ব্রম্মা | বর্ম্মা | ১৩ | ২৫ |
| নো পান | নুংবান | ৭২ | ৮ |
| কিচক | কীচক | ২২২ | ১৭ |
| ইষ্টন | ইষ্টন | ২৪[illegible] | ১৯ |
| পর্ব্ব | পর্ব্ব | ২৪৪ | ৮৮ |
| খাঙ ভম্বা | খাঙ ভম্বা | ৪৪ | ১৩ |
| গম্ভীর সিংহ | গম্ভীরসিংহ | ৪৪ | ২৪ |
| থম্মায় বম্বা | থম্মোয বম্বা | ৪[illegible] | ২১ |
| খইনাংঙানবা | খুইনাংঙানবগী | ৭[illegible] | ২১ |
| নোঙ্গখ্রবা | নোঙ্গাখ্রবা | ৭৭ | ১৬ |
| খোম্লেন | খোম্লেন | ৮৪ | ২ |
| চাদন | চাংদন | ৮[illegible] | ১১ |
| গাববনীবাজ | গাবর্বানবাজ | ১০১ | ১৯ |
| কংলৈবোল | কংলৈবোন | [illegible] | ২৭ |
| মপন | মপল | [illegible] | ২৬ |
| কোমুং | কোনাং | ২৫৫ | ৯ |
| লোম্লাই | লমংদোং | ২৫৮ | ২২ |
| তিজং হিবাউ | তিজিংহিবাউ | ২৬[illegible] | ০ |
| পীথমনহনখ্রে | পীথমনহনখ্রো | ২৭১ | ১৫ |
| লাম্মী | লাম্মী | ২৯৪ | ১৮ |
| লক্ষমোন | লক্ষ্মন | ৩২৭ | ২৫ |
| খোল্লাং | খোলা | ৩৩৫ | ১৮ |

# অরিবা মণিপুরী সাহিত্যগী পরীং

## চহীচা ১৮ অমসুং ১৯ গী মণিপুরী সাহিত্য

( চহীচা তবানিপালগী মমাংদা লৈবম্বা লৈবাক অসিগী যুমলৈ-কৈবৈ লাইনিং লাইশোন হবাউ কুম্মে চৎনবী লীচৎ শাজৎ কয়া অদুদগী অচৌবা অহোংবা অমা মৈদিংঙু পামহৈবগী (গবিবনিবাজ ১৭০৯-১৭৪৮) সনা শক্তক আসদা লাকখি। মপা ইবুংঙো মৈদিংঙু তুবি চবাইবোংবগী (১৬৯৭-১৭০৯) সনা শক্তক্তা হিন্দুগী লাইনিং লাইশোনবু লমদমসিদা পুশিন্দুনা চৎনহন্নবা কয়া হোৎনখি। অদুবু মৈদিংঙু তুবি চবাইবোংবা মশামক্তা পামজবম্বা অদুমক মপুং যানা মহৈ যানবা ঙম্লমদনা পুন্সি চেংজেল লোযবনা হানখি। মপা ইবুংঙো তুবি চবাইবোংবনা থুপখ্রবদা মজাইবুংঙো গবিবনিবাজনা (পামহৈবা) মপা ইবুংঙোনা পামজবম্বা হিন্দুগী লাইনিং লাইশোনবু লমদম অসিদা পুশিন্দুনা চৎনহন্নবগীদমক হোৎনখিবা অদুমক কাযহন্দনা মশামক্তা বামান্দি ধর্ম্মদা লাইমিং লৌখি। বামান্দি-ধর্ম্ম লৌদ্রিঙৈদা লৈবাক অসিদা মপা ইবুংঙো তুবি চবাইবোংবদি শাক্ষ্য ধর্ম্মদা লাইমিং লৌখি। মচা ইবুংঙো গবিবনিরাজনা পামজবা মতুং ইন্না বামান্দি ধর্ম্মদা লাইমিং লৌদুনা বামান্দি ধর্ম্মবু মপুং ওইবা ধর্ম্ম ওইদুনা লমদমসিদা চৎনখিবদগী লৈবাক অসিগী মীবোল কযাদগী মথং মথং লৈবক্লবা উমং লাইশিংগী খুবম পুম্নমক নিংথৌগী অকনবা যাথংদগী ঙম্না থুগাযদুনা মাঙহনখি। অদুগা লাইনিংথৌ লাইবেম্মগী মুর্তি শাদুনা লাৎলিবা উমং লাইশিংগী কোল্লু কোমায পুম্নমক খোমগত্তুনা মোংবা হনবগী উমংদা ঙম্না ফুমজিনহনখি। মতাং অসি চৈথাবোল কুম্বাবদা অসুম্না ইবি; ইঙা থাদি ইবাইনা হলএ। উমং লাই ৯ মা মোংবা হনবদা তিলহলএ। ২৩ নি নিংথৌকাবদা লাইযিংথৌ, পান্থোইবী, লাইরা হাযবা (সনাম্নহি) লমমাপি ২ মা, সোবাবেন,

হোইদোল পোকপী ৭ মা থুখাযএ (লা:৮৭)। মৈতৈগী উমং লাইগী খুবমশিংদা হিন্দুগী লাইশঙ শাদুনা লাংপা হৌখি। হিন্দুগী লাই হনুমান, রাম সীতা, দুর্গা, কালিকা, রাধা কৃষ্ণ নাচিংবা লাইশিং অসিবু লমদমসিদা পুশিন্দুনা লাংপা হৌখিবা মতাং অসি চৈথাবোল কুম্বাবদা অসুম্না অমুক ইবি, লাংবন থাদি লৈপাক পোকপনা হনএ। উমং লাই ৯ মাগী শঙ্গাযসু লাই যাগনুসে হাযদুনা শীদোকএ (লা: ৮৩)। চিযাঙি থাদি থাণ্ডজনা হনএ। থানিন নোং ইবাইদা লাইনিংথৌ নোংশাবা, পাখংবা, তাইবং খাযবা, (সনামাহি) ৪ মাদা বামান ঈবাংপা চঙহল্লে। লা. ৮৪)। যেংকোকপম লেংহানগী কুম শক ১৬৪৮ (ইং ১৭২৬) শজিবু থাদি যুমশকৈশনা হনএ। থানিন নোং লৈপাক পোকপদা থা-শানা ফংএ। কৃষ্ণসু কালিকাসু পুখী মপান্দা থমএ। লংমাইচীংদা পুখ্রী হোংএ (লা: ৮৭)। ইঙাথাদি থাণ্ডজনা হনএ। ১৬ নি লংমাইচিংদা শ্রী কৈথেলগী যুংবা নুংবু হনুমানগী মূর্ত্তি শানবা মোংবাহনবা তাগা চিংশনএ, (লা: ৮৯)। কালেন থাদি শগোলশেলনা হনএ। ৫ নি নিংথৌকাবদা কৃষ্ণগী কিযোং (যুবা) হৌএ (লা: ৮৩)। থৱান থাদি যুমশকৈশনা হনএ। ১২ নি যুমশকৈশদা কৃষ্ণগী কিযোং শঙ্গাযএ (লা: ৮৫)। অসুম্না লমদম অসিদা হান্নগী লৈবঙ্গা চৎনবা পুম্নমক হৌঙলদা কুনা অচৌবা অওনবা অমদা মৌদংঙ পামইবনা অনৌবা চৎনা পথাপ কযা শেমদোক্কনা। ৎনখিবা অসি মণিপুর ইতিহাসকী তাঙ্কক্তা অচৌবা অওনবা অমা লাকখিবগা খ্বাইদগী মকওইবা মতম অমসু ওইখি। লমদম অসিদা লুবা নানবা, লাইবক লাইশু বেদ শাস্ত্র নৈনবগী অনৌবা লম্বা অমদা খোঙদাবা হৌখিবদগী মণিপুরী সমাজদা মৈতৈ যুমথোং খুদিংদা শা চাবম্না, যু থক্কম্না, যু শুংলম্না, ঙানু খুনু যেন, ওক, লোযবম্নাশিং পুম্নমক নিংথৌগী অকনবা যাগংনা থিংখি। মসিনা মাংওইনাখদুনা মণিপুরী সমাজদা হান্নদগী তোপ তোপ্পা ইনৌ নৌবা যাম্না নানবা লুবা পুন্সি অমদা মীশিংনা খোঙদাবা হৌখ।

। অসুম তৌদুনা চহীচা ১৮ অসিদা লমদম অসিদা লাকখিবা অচৌবা অওনবা অহোংবা যাওন অমা মতমগী খোংথলদা পুবকখিবা অদুমক মতমদুদা ইথিবা মণিপুরী সাহিত্যগী মকওইবা লাইবিকশিংদা মযেক শেংনা মমি তাবা উই। মণিপুরী সাহিত্যগী চহীচা ১৮ গী মমাংদা লৈবম্না ঈচেল অদুদগী অনৌবা য়াওল অমদা খোঙদাবা হৌখিবগী যাম্না মকওইবা মতম অমদি চহীচা ১৮ অসিদা ওইখি। অসুম্না মণিপুরী সমাজগী চৎনবীদা অনৌবা য়াওল অমদা

খোঙদাবা হৌখিবা অসিমক্তা মাঙওইনখিদুনা ঈপা ঈপুশিংনা তুংগী চারোলগীদমক থম্বীরম্বা মমল নাইদ্রবা তাংলবা লীরবা লাইরিক কয়াবু শান্তিদাসকী থৌইনশিন্দগী ওয়া মৈ থাখি। মতাং অসি চৈথারোল কুম্বাবদা অসুম্না ইরি; "মেরা থাদি থাঙজনা হলএ। ১৭ নি লংমাইচিংদা মৈতৈগী লাইরিক মাঙহল্লে" (লা: ৯৩)। অসুম্না মৈ থাদুনা মাঙহনখ্রবা লাইরিকশিং অদুগী মমিং মিয়াৎ কৌবা লাইরিক্তা ইদুনা থলম্বদগী খঙবদি পুন্না লাইরিক ১২০ শুই। অদুগা মৈ থাদুনা মাঙহনখ্রে হায়রিবা লাইরিকশিং অসিগী খোঙ্গুল পুংমুৎ মুথক্তুনা লমদম অসিদগী মরু-ফংনা মাঙহনখিবদি ঙমখিদ্রে। মরমদি মতমদুগী ঐখোয়গী লাইগুল্লবা অশৈবশিং অদুনা নিংথৌগী লিচৎপু খঙলকপদগী লাইরিকশিং অদুগী মান্নবা লাইরিক অমমম লোয়না ইথোক্লগা লোৎশিন্দুনা থমহৌবদগী ঙসিমক লাইরিকশিং অদুবু ঐখোয়না উবা ফংলি।

চহীচা ১৮ দা ইখিবা লাইরিকশিংদা মপালগী সংস্কৃত অমসুং বাঙ্গলা লোনগী মমি তাবা হৌখিবদগী লমদম অসিদা মতমদুগী লাইরিক হৈরবা পণ্ডিতশিংনা মপালগী লোন সংস্কৃত, বাঙ্গলা নীংথিনা তমদুনা সংস্কৃত অমসুং বাঙ্গলা লোন্দগী হিন্দুগী বেদশাস্ত্রগী লাইনিং লাইশোনগী ৱারী লাইরিক কয়াসু মৈতৈলোন্দা হন্দোক্লগা ইথোকখি। মতমদুগী শক্লাইরবা অইবশিংগী মনুংদা অঙোম গোপী, মাধবরাম ৱাহেংবা, গোপীরাম ৱাংখৈ পণ্ডিত, লাইশ্রম অরোই, য়ুম্নাবা অতিবার, ময়েংবম বৃন্দাবন, নুঙ্গাংবম গোবিন্দরাম, লবঙ্গ কোহ্নৌজাম্বা, নবানন্দ যুবরাজ, শ্রীদাম কৈশামচা, নচিংবা থোইদোক্লা শীংথাবদা মতীক চায়। চহীচা অসিদা মপালগী লোন সংস্কৃত, বাঙ্গলা হাপচিন্দুনা মপালগী ৱারীদা য়ুম্ফম ওইবা লাইরিক কয়াসু ইরমইরকুওইনা রামায়ন মশা তরেৎকী ৱারীবু ক্ষেমা সিংহ তরেৎ শেল্লুংহনবনা লুচিংদুনা প্রমানন্দ, মুকুন্দরাম, লক্ষ্মী নারায়ন ইরোইবা, রামচরন, লক্ষ্মী নারায়ন শাইখুবা অসিনাচিংবা মীওইশিং অসিনা তান্নদুনা মৈতৈলোন্দা হন্দোক্তুনা ইখি। মতুংদা শ্রীদাম কৈশামচানা মৈদিংঙু লাবন্যচন্দ্রগী (ইং১৭৯৮-১৮০০) মতমদা রামায়নগী ৱারীবু হান্না লৈরম্বদগী খোমজিন্দুনা মপুং ফানা অমুক ইথোকখি। অসিদসু নত্তনা হিন্দুগী লাই তীলগী ওইবা লাইরিক লক্ষ্মীচরীত, ধ্রুবচরীত, রামায়নগী অরোইবা শরুক রাম নোঙ্গাবা, বিরাট পার্বব, মহাভারতকী পরিক্ষীৎ সর্প যজ্ঞ, বীর বাহু তুবা, চন্দ্রগ্রহ্ণ, নচিংবা কয়া অসিগী ৱারীবু মৈতৈলোন্দা হন্দোক্তুনা ইখি। মপাল লৈবাক সেনবী

কবোগী লাইনিং লাইশোন্দা য়ুম্ফম ওইবা লাইবিক ধনঞ্জয় লাইবু নাংবা, সনামনিক্, অবোং নন্দকুমাব অসিনচিংবা কযাগী ৱাবীবু মৈতৈলোন্দা হন্দোক্লা ইখি (মতৌ অসুম তৌদুনা চহীচা ১৮ অসিদা মণিপুরী সাহিত্যগী হাগ্না ঈচেলদগী অনৌবা যাওন অমা উবা ফংখি। মসিনা মবম ওইদুনা মণিপুরী সাহিত্যগী পুক্কৈবু অমুক্কা হেন্না মবাং কাযবা হেনগৎহনখি। মতমদুগী মমানৈবাক মবমদম অসিবু হেন্না নীংজবা অমসুং নুংশিজবা অশৈবশিংনা লমদম অসিগী ৱাবীদা য়ুম্ফম ওইবা লাইবিক সনামহী লাইকল, চোথে থাঙবাগ পাখংবা, সমশোক ঙম্বা, তখেল ঙম্বা, চেকখোং, নোংখ্রং, চিংথং খোম্মা গঙ্গা চৎপা, পাখংবা নোঙ্গাবোল, মোইবাং নিংথৌবোল লম্বুবা, লাংলোন, লৈবোল, লাংথাবাল লোন, অসিনচিংবা কযা অসি ইদুনা থম্মাবম্বদগী মণিপুরী সাহিত্যগী মবাং কায়বা মচাক ওইহল্লি)

চহীচা ১৮ দা ইখিবা লাইবিকশি দা অইবগী মিং থাবগা লাইবিক ইব চৎনবে হায়বসি মতমদুদা ইখিবা লাইবিকশিংদা অইবগী মিং থাবম্না উবা ফংলে। অরিবা মণিপুরী লোনগা সংস্কৃত বাহৈগা মবক নবক্রা থেত্নুনা ইবম্না অসিন, মণিপুরী সাহিত্যগী মতমদুগী শক্তম অমনি। সনামহী লাইকল, চোথে থাঙবাগ পাখংবা, চেকখোং, নোংখ্রং, কৈবোই, লাংথাবাল লোন, অসিনচিংবা লাইবিকশিং অসিসদদি অইবগী মিং পল্লদে। মতমদুগী অইবশিংগী খুখলুদা হায়গী চথুবকপা ঈঁচেলদগী অনৌবা ঈঁচী অমা পুবক্রক হোৎনবা হেন্না পুক্নিং চঙখিবদগী মতমদুগী লাইবিক কযা ইবদা মপালগী লোন সংস্কৃত, অমসুং বাঙ্গলা হাপচিন্দুনা লাইবিকশী অহীবদা শ্রীগবি শা হাযবা বাহৈ অসি যাম্না তোযনা শিজিন্নদুনা ইবমই। অদুগা হিন্দুগী লাইশংগী মনুংদা মহৈগী লাইবেম্না সুবম্বতৌবু শৈখাদুনা ইবা অসিসু চহীগী অসিগী ইখিবা লাইবিকশিংদা তাযনা উবা ফংই। গঙ্গাদাস সেনগী মহাভাবতনী পাবক্লোং সর্প যজ্ঞগী মতাং অগ্রেম গোপীনা মৈতৈলোন্দা হন্দোক্লনা ইখি।। বিরাট পর্ব্ব, অশ্বমেধ পর্ব্ব, মহাভাবত শান্তি পর্ব্ব নচিংবা লাইবিকশি, মৈতৈলোন্দা হন্দোক্লনা ইখি। লবঙ্গ কোইথৌজাম্বনা বাম নোঙ্গাবা, কৌবা লাইবিক অসিসু ভাগ্যচন্দ্র মহাবাজগী সনা হাক্তক্তা ইখ। অসুম্না লাইবিকশিং অসিনা মণিপুরী সাহিত্যগী পুক্কৈবু মবাং কাযতনবদা অচৌবা তেঙবাং পীবদা নত্তনা মণিপুরী লোনবু অবাংবা থাক্তা পুখৎপদা চাউববা থৌদাং অমসু যাবি। অবিবা মণিপুরী লোন্দা ইবম্না লাইবিকশিং অসিদা সংস্কৃত বাহৈ

মবক্তা থেৎলগা ইবস্না কযাগী মতাংদা খবদং পল্লবদা কর্ণ-নাকোং, প্রান থৱায়, বাক্কস হিংচাবা, তেজ মগান, স্বর্গবোহোন নোঙ্গাবা, সমুদ্র লাইজা ঈবেন পুংগুম্বৱু, সেনা লানমী, চীংগু বিধি নোংদম্বনা অসিনচিংবা কযা অসিমক্কসু মণিপুরী লোনবু মশক ফজহনবদা নত্তনা হেয়া ৱাংবা লোনগী কাংলুপ্তা চলহনবদা অচৌবা ঈনোৎ অমসু হাপলি। মৈদিংগু চিংথংখোম্বা সনা হাক্তক্তা (১৭৬৩-১৭৯৮) মপানগী ৱাবীদা যুম্ফম ওইবা অবোং নন্দকুমাব, সনামুনিক, ধনঞ্জয় লাইবু নীংবা নচিংবা ৱাবেংদা ইবম্না লাইবিকশিং অসিদা মণিপুরী সমাজদা লাই-তীনগী ৱাবীবু মীযাম্না যাম্না থাজনা কিনা লুনা নীংজবা মতমদুদা সেনবী কবো লৈবাক্কী বৌদ্ধ ধর্ম্ম চৎপা গৌতম বুদ্ধবু নিংজবা কাংলুপকী মীশিংনা ঈশ্বববু চেৎনা লুনা থাজনা নীংজবা অদুগী মবমদা ইবম্না লাইবিকশিং অসিবু মৈতৈলোন্দা ইথোক্তুনা মণিপুরী সাহিত্যগী লাইনিং লাইশোনগী মপুং ওইবা লাইবিক ওইনখি।

চহীচা ১৮ দা মণিপুরী সাহিত্যদা ৱাবেং সাহিত্যগী ফজববা শগুম অমা মপাল যনা লমদমসিদা চাংখেৎলকখি। হিন্দুগী চৎনবীনা লৈবাক অসিদা চঙলক্লবা মতুংদা ৱাবেং ওইনা ইখিবা সনামহী লাইকল, লাইবিক অসিদা লৈবাক অসিগী চৎনবী ধর্ম্ম হবাউ কুম্মে কযাবু হিন্দুগী ওইবা থৌবমশিংগী মমি দা ওন্থোক্তুনা থোনখি। অদদসু নত্তনা অপোং ইংখোল অমসুং বাঙ্গোইদা লাৎলম্না লাইনিংথৌ সনামহীগী মুর্ত্তিবু থুগাযাখ মতুংদা অমুক সনামহীগী মুর্ত্তিবু হেদিনা শাখিবা কযা অদুগী মতাং লাইবিক অসিদা মবীক চুম্না ইবি। অসুম্না মোইবাং লমদমগী ৱাবীদা যুম্ফম ওইবা লাইবিক চোথে থাঙবায পাখংবনা মশানৌ তাল্লোয লৈমা শুনু লেম্বীবু লৌববা তুংদা মনুং মতম চাদনা চোথে থাঙবায পাখংবদি শিববদা মশানৌ তাল্লোয লৈমা শুনুলেম্বীগা লাইবৈবাক্তা চৎমিন্নখি। মতংদা অৱাং পাখং যোইবেনবা চীংগু নোংথৌ সোবাবেনগী মনাক যৌববদা শিববা মপুবোইববু অমুক হিংগৎহল্লগা তাইবঙ পান্দা থাবক্তনা মোইবাংদা লৈমা নিংথৌ ওইদুনা নুংঙাই যাইফনা পানখি। মণিপুবগী ইতিহাসতা যুম্ফম ওইবা সমশোক ঙম্বা, তখেল ঙম্বা, লাইবিক অনি অসিদা মৈদিংগু পামহৈবা গবিবনিবাজগী শা-লান্দা হৈশিংবা, মতীক মগুণ মথৌনা লৈবা কযা অদুবু মযেক শেংনা উথোক্লদুনা লাইশ্রম অবোই, যুম্নাবা-আতিবাব অমসুং নুঙ্গাংবম গোবিন্দবামনা ইখি। লাইশ্রম অবোই অমসুং যুম্নাবা আতিবাব অনিমক্লা হকথেংননা সমশোক্কী লান্দা শকক য়াকববা মতুংদা হল্লক্লগা মহাবাজ

গবিবনিরাজনা সমশোক্কী লানফমদা তৌখিবা মতৌ অদুবু মিৎনা শঙশঙ উৎহীবা অদুমক অশৈবা অনিনা শৈথাদুনা ইবম্বা অসিমক অসুক্কী মতীক থজে। নুঙ্গাংবম গোবিন্দরাম অশৈবা অসুমক সংস্কৃত নিংথিনা খঙবা মীশকনি হায়রসি মহাক্না ইবম্বা তখেল ছগা পাকরবগা খংবা ঙমই। তদোল ঙম্বা কৌবা লাইবিক অসিদা সংস্কৃত রাহৈ মবাং কায়না শিজিন্নদুনা ইবমই। অসুম্না মৈতৈ নিংথৌশিংনা মথং মগী নোঙ্গাখিবগী মতাং অদুবু পাংখবা নোঙ্গাবোল হায়না মিংথোন্দুনা নুঙ্গাংবম গোবিন্দরামনা ইখি।

রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রগী (১৭৬৩ ১৭৯৮) মতম যৌবরকপদ্দি অতোপ্পা লাইবিক কয়া অমসু ইবমই। রাহেংবা মাধাবরামনা ইবম্বা লাংলোন। কৌবা লাইবিক অসিদা হিন্দু শাস্ত্রগী পাউতাক কয়া লৌদুনা ইবমই। রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রনা লাংখাবগদা কোনা ওৎরবিউদা লাংলোন, লাংগাবাগা লোন কৌবা লাইবিক অসি ইখি। নিতি শাস্ত্রগী মশক কয়াব লাইবিক অসিদা খোঙতাক্লুনা গবি। লাইবিব অসি সংস্কৃত রাহৈ মবাং কায়না যাওই অদুগা রাবেংদা ইবনি অসুম্না রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রগী মতমদগী মখা তাথবকপদদি লাইবিক ইবগী ঈচলদি লেপ্লাত্রদি হায়বরু যাম্না অচৌবা ঈহৌগী মশক্তি ওইদ্রে। ভাগ্যচন্দ্র মহারাজগী মজাইবুংশো লাবন্যচন্দ্রনা (১৭৯৮ ১৮০০) মপা ইবুংশো ভাগ্যচন্দ্রনা নবদ্বীপ্তা গঙ্গাতীর্থ খোঙলেওদ মশির্দবাদতা নোঙ্গাখিবগী মতাংবু নবচান্দ রাংখৈ নাওতা. হারচবন থৌনাপাগোন, অমসুং মাধবরাম রাহে বা ওঝা অহুন অসিদা ইনবা হায়বদগী তমখৎলক্লবা রাবরেন খাঙেনবা, বীরমান লৌবেম্বা, খগেন্দ্রা যিম্নানা অমসুং খোংগোল ... নিপা মবি অসিনা চিংথং খোম্বা মতবাগ গঙ্গা চৎপা কৌবা লাইবিক অসি ইখি। লাইবিক অসি শৈরেং মানবা রাবেংদা ইবান, সংস্কৃত লোন মবক মরক্তা থেক্লুনা ইবমই। লাইবিক অসিদা ভাগ্যচন্দ্র মহারাজগী মতমদা চৎলম্বা লৈবাক তাক্লেল, ধর্ম্ম নিতি, থকশি খাশি কয়াগী মতাংদা শুগায়না ইবি। হিন্দুগী ধর্ম্মনা লমদম অসিদা যাম্না নিংথিজনা চাওখৎলবা মতমদা ইখিবা লাইবিক অসিদা মীওইবনা শিবগা পাওথোক্কদবা থৌরমশিংবু মবীকচুম্না শৈথাদুনা ইবি। রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রনা বৈষ্ণব ধর্ম্মদা কদায় যাওবা লুনা থাজনা পুক্লিং লুপ্খিবগে হায়বদু লাইবিক অসি পাবগা খঙবা ঙমই। পুং ঈশৈ জগোইগী লমদা ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা লমদম অসিগীদমক কদায় ফাওবা চাওখৎনবা হোৎনবম্বগে হায়বদু লাইবিক অসিদা মযেক শেংনা উবা ফংই।

চহীচা ১৮ গী লোযশিল্লকপা মতম অদুরাইদা লৈবাক অসিদা খ্বাইদগী চাউখৎখিবসু হিন্দুগী প্রভাবনা মপুং ওইবা ঈশে নোংমাইগী ওইবা হব্যও কুম্মৈ অসিনি। মতমদুদা পানখিবা নিংথৌ মথং মথংনা অনৌবা যাওলদা মখোযগী রাখল পুক্লিং লুপখি। অসুম তৌদুনা মণিপুরদা অনৌবা যাওলগী ধর্ম্ম, ফিজেৎ চাকচা, যুমলৈ কৈবৈ কযা অসিগী লমদা অচৌবা অহোংবা কযা লাকখিবদগী মৈতৈগী অযুক নুমিদাংগী পুন্সিদা লূবা নানবা, অমাং অশেং কযা অসিগী লমদা হেন্না ফজবা লম্বী অমদা খোঙদাবা হৌখিবগী যাম্না মকওইবা তাঙ্কক চহীচা ১৮ লোযশিল্লকপা মতম অসিদা ওইখি। মবম অসিনা চহীচা ১৯ গী হৌগৎলকপা মতম অসিদাদি মণিপুরদা হিন্দু ধর্ম্মগী খ্বাইদগী মতোল লোম্না চাউখৎপা মতম অদু ওইখি। নোংচুপ লোমগী মীওই কযা লৈবাক অসিদা চঙলক্লুনা খুন্দা লৈতাদুনা লৈখি। মখোযশিং অদুগী মনুংদা খ্বাইদগী মপুং ওইখিবা কাংলুপ্তি ব্রাহ্মণশিং অসিনা ওইখি। ব্রাহ্মণশিংবু সনা কোনুংদা লৈহন্দুনা আচার্য্য গুরু, রাজ পুরোহিৎ অমসুং ব্যাবস্থা কাবিনচিংবা ফমশিং অসি হাপ্পুনা লৈবাক রাযেন চঙখবদা থৌদাং চাওনা যাহল্লমই। মপানগী লাইনিংনা মণিপুর যৌবক্লবদা হান্না লৈবম্বা লমদমসিগী লাইনিংদসু অনৌবা যাওন অমদা নাকখি। মপান লমগা শম্নকবদগী তক তকুবা ঈচেল কযাসু লমদমসিদা চেংশিল্লকখি। মতম অদুদা হিন্দু ধর্ম্মনা কদায ফাওবা চাউখৎলম্বগে হাযবসি মতমদুগী থোকখিবা থৌদোক রাথোক কযানা মযেক শেংনা উৎলি। মহারাজ চৌরাজিৎনা (১৮০০ ১৫) ফম্বাল তোঙখিবা মতমদা ব্রাহ্মণশিংনা লমদম অসিদা হিন্দু ধর্ম্ম মপুং ফানা শন্দোক্লুনা যাম্না চাউখৎপা মতম ওইখি। অসুম্না চংখদুনা লাকপনা চহীচা ১৯ অসিদা লৈবাক আসদা হিন্দুগী পর্ব্ব দিনগী তাবক তাবকপা মংংইন্না পাঙথোকপা হবাউ কুম্মৈ কৃষ্ণ জর্ম্ম, রাধা জর্ম্ম, বামণ জর্ম্ম, হৈক্রুহিদোংবা, রথা যাত্রা, মহারাস, বসন্ত রাস, নিত্যরাস, দিবারাস, গোষ্ট লীলা, ঝুলোন, তর্পণ, দুর্গা পূজা, নচিংবা কযা কাযদনা পাঙথোক্লুনা লমদম অসিদা চৎনবমই।

চহীচা ১৯ দা লৈবম্বা লৈবাক অসিগী শক্লাইববা অইবশিংগী মনুংদা লোংজম পরশুরাম, নিংথৌজাম্বা মাধব, দযারাম লৌরেম্বা, চিংঙাখম চাউবাতোন, খুমুজাম্বা পূর্ণচন্দ্র, অসিনচিংবা অসি শীংথাবদা মতীক চায়। ভাগ্যচন্দ্র মহারাজগী মতমদগী হৌরদুনা লৈবাক অসিদা লাইবিক থিবা হাযবা, রাবী লীবা নচিংবা অনৌবা মখলগী কলাশিং অসিনা চাউখৎলকখিবদগী চহীচা

১৯ অসিদদি যাম্না চাউখৎপগী থাক অদু যৌখি। হিবম অসিগা মবী লৈনবা হিন্দুগী পুরান অমসুং লাইরিক কয়া মবাং কাযনা মতমসিদা পুশিল্লক্লুনা লমদম অসিগী সাহিত্যগা মচাক ওইনা শিজিন্নখি। লাইরিক থিবা হাযবা অমসুং রাবা লীবা ওঝাশিংনা মৈতৈগী মাগুবশিংদা যুমথোং খুদিংদা নিংথৌগী সনা কোনুংদা যাম্না তোগনা লক্ষ্মী চরিত, শনি পাঞ্চালী, শ্রীমদ ভাগবত গীতা, চৈতন্য চরিতামৃত, রূপবাল, একাদশি পাঞ্চালী, বারসিংহ পাঞ্চালী, নাচিংবা কয়া অসিবু রাবী ওইনা লীবগা তানবমই। রাবা লীবা, লাইরিক থিবা হাযবা ওঝাশিংনা যাম্না তোযনা শিজিন্নবা মহাভারত, রামায়ন, হিন্দুগী মমিং লৈবরা পুরানশি মক ওইনা গরুড় পুরাল, পদ্ম পুরান, মানকণ্ড পুরান, বায়ু পুরান, ব্রহ্মন্দ পুরান, ভবিষদ পুরান, অসিনাসিংবা মপালগী অফাওবা পণ্ডিতশিংনা ইরম্নাশ অসিবু মণিপুরী সাহিত্যগা মচল অমা ওইনা এতমদ্দগী মবাং কাযনা শিজিন্নবা তৌখি। লমদমসিদা মক ওইনা হিন্দুগী লাই ব্রহ্মা, বিষ্ণু, মহেশ্বর, সরস্বতী, দুর্গা, লক্ষ্মী, হনুমান, রাম সীতা, গরুড়, রাধা কৃষ্ণ নাচিংবা অসিবু মীশিংনা যুমথোং খুদিংদা লাৎনবা খরম্নবা কনা। তানবমই। মরম অসিনা লাইশিং অসিগী মতাক মওং শৈথাবা লাইরিক করম্মকম মপাল লৈবা ওগা পুশিল্লক্লুনা লমদমসিগী সাহিত্যদা তিনশিনখি। লাইরিকশিং অদুগী মনুংদা মক ওইনা অশ্বমেধ পর্ব, লক্ষ্মন দ্বিগবীজয়, মহাভারত শান্তি পর্ব, মহাভারত বিরাট পর্ব্ব, গীত গোবিন্দ, রাধাকৃষ্ণ বিলাস, গীতা উপদেশ, ভক্তি রসামৃত সিন্ধু, প্রেম ভক্তি চন্দ্রিকা, দাতা কর্ণ, শান্তি বিলাপ, বলদেব তীর্থ যাত্রা, তীর্থ গোমোন নাচিংবা হিন্দু ধর্ম্মগী হৌবকসমদা যুমফম ওইরিবা লাইরিকশিং অসি শাংথাবদা মতীক চায়।

ঈশৈগী লমদা ইরম্না মক ওইবা লাইরিকশিংদি সঙ্গীত মাধব, সঙ্গীত দামুদর, গোবিন্দ লীলা মৃত, গীতাবলি, সুরসাগর, লালিসা, সঙ্গীত সংগ্রহ, পদ-কল্প তরু, শব্দ কল্পদ্রুম, নাচিংবা অসি হিন্দুগী সঙ্গীত শাস্ত্রগী শীংথাবদা মতীক চাবনা লাইরিক তাক্তনী। মক ওইনা লাইরিকশিং অসি বাঙ্গলা মযেক্না বাঙ্গলা লোন্দা ইরমই।

মতৌ অসুম তৌদুনা চহী চা ১৯ দা লৈরম্বা লমদমসিগী লাইরিক লাইশু হৈরবা পণ্ডিতশিংনা সংস্কৃত লোন অমসুং বাঙ্গলা তম্নদা হেন্না পুক্লিং

চঙখিবদগী লমদম অসিগী লৈহাওদগী থোকচবা সাহিত্যগী ওইবা লাইবিকশিং ইবগী চাং যাম্না হন্থখি। মমালোনবু নুংশিজবা অশেবা খবদংদি মমালোনগী খোঙ্গুল মুৎপা যাবগী তানফম লাক্লবদা নীংহন্নবা লৈতনা মৈতৈ ময়েক্তা হিন্দুগী বাবীদা যুম্ফম ওইবা লাইবিক কয়া ইখি। লমদম অসিগী থৌদোক ৱাথোক্তা যুম্ফম ওইবা লাইবিক কয়া ইদুনা মমালোন অমসুং মণিপুবী সাহিত্যবু চাউখৎনবা কন্না হোৎনখি। হিন্দুগী লাইনিং লাম্বীদা যুম্ফম ওইবা লাইবিকশিং মৈতৈলোন্দা হন্দোক্লুনা মৈতৈ ময়েক্তা ইবম্বশিংগী মনুংদা লাঙ্গোই শগোল থাবা, শ্রীমদ ভাগবত গীতা, ভক্তচবীত, ৱাপবাল, একা দশি পঞ্চালী, বীবসিংহ পঞ্চালী, দাতাকর্ণ, গৌবাঙ্গা মহাপ্রভু, কৃষ্ণ ভক্তি, পনবদা মতীক চাববা ঙাক্লনী। অদুগা ইতিহাসকী যুম্ফমদা লমদম অসিগী থৌদোক ৱাথোক্তা মপুং ওইনা ইবম্বা গম্ভীব সিংহ নোঙ্গাবা, শামু ফাবা অমসুং গোবিন্দ লিংখৎপা, খাকি ঙম্বা, ঔবা ঙম্বা, চহুই লৈবোং পাম্বা, চন্দ্রকীর্ত্তি জিলা চঙবা পনবদা মতীক চাববা অমসুং অনি শুদ্রবা তাঙলবা খুৎই ঙাক্লনী। ভাগ্যচন্দ্র মহাবাজগী মতমদা (১৭৬৩-১৭৯৮) মৈদিংঙু পামহৈবা গবিবনিৱাজদগী হৌদুনা (১৭০৯. ৪৮) মণিপুবগী ইতিহাস বিজয পঞ্চালী ইখি। অসুম্না মথং মথং শমথদুনা মতুংদা চন্দ্রকীর্ত্তি মহাবাজগী মতমদগী কুলচন্দ্র মহাবাজগী মতম ফাওবগী বিজয পঞ্চালী ইদুনা থম্বীবমই।

বাঙ্গলা লোন্দা মৈতৈ নিংথৌশিংগী বচনা শেমদুনা নিংথৌ হাক্তক খুদংগী মাগী মাগী বচনা ইখি। অসুম্না মনাউ ইবুংঙো নর্বসিংহগী (১৮৪৪-১৮৫০) মতমদসু বাঙ্গলা লোন্দা বচনা শৈবেংদা ইখি। অসুম তৌদুনা মণিপুবদা হিন্দু ধর্ম্মগী অকনবা ইথিলনা যৈবকখিবদগী মতমদুগী বাজ পণ্ডিতশিংগা তান্নদুনা গম্ভীব সিংহ মহাবাজনা যাম্না ৱানা হোৎনদুনা শেমগৎলবা ঈশৈগী নিযম পথাপ তাকপা শ্রী কৃষ্ণ বস সঙ্গীত সংগ্রহ কৌবা লাইবিক অসি পুথোকখি। লাইবিক অসি সংস্কৃত লোন্দা মণিপুবগী মতীক চাববা পণ্ডিতনা ইবম্বা সঙ্গীত শাস্ত্রগী ওইবা শ্রী কৃষ্ণগী লীলা বসতবু মপুং ফানা শাগক্লুনা ইবম্বা লাইবিক্লি। মতমদুদা মৈতৈগী পোকপা শিবগী থৌবমদা লুহোং খোঙদোংবা নাহুৎপনচিংবা থৌবমশিংদা বাঙ্গলা লোন্দা ঈশৈ শক্লমই। অসুম্না চহীচা ১৯ শুবা অসিদা বাঙ্গলা অমসুং সংস্কৃতকী ঈহৌ অকনবা শাফুগা

লোয়ননা লাকখ্রবসু লৈবাক অসিগী মশাগী লৈজবা মৈতৈ ময়েকপুদি অদুমক লৈবাক অসিদা মপুং ফানা চৎনবমই। লাইবিক ইবা পাবগী লমদদি মৈতৈ ময়েক শিজিন্নবমই; চুম্নগী হিন্দুগী থৌবম ইনবা শককশিং অদুতদা সংস্কৃত বাঙ্গলানা মহুৎ শিন্দুনা শিজিন্নবমই।

চহীচা ১৯ অসি মণিপুরী সাহিত্যদা ৱাবেং সাহিত্যগী যুগনি হায়বা যাই। গম্ভীর সিংহ মহারাজনা মখুৎমক্না বাবেংদা ইবা চিঠি অদু মৈতৈ ময়েক্তা ইবমই। লৈবাক্কী ৱায়েল পাম্বাপ চথবদা চন্দ্রপুরদগী থানা হোংদোক্লবা অমসুং লল্লোন ঈতিক চাউখৎপদা অয়েংপা পীনদনা তেঙবাংনসি হায়বগী মতাংদা মহারাজ মশামক্না ইং ১৮৩৩ দা বৃটিশকী লাট সাহেবতা ইখিবা অদুমক্সু মৈতৈ ময়েক অসি মতম অদুদা মপুং ফানা চৎনদুনা শিজিন্নরি হায়বসি উৎলি। অসুম তৌদুনা ১৯ শুবা চহীচা অসিদা বাঙ্গলা অমসুং সংস্কৃতকী ঈহৌ মণিপুরদা অকুন্নবা শাগ্রগা লোয়ননা লাকখ্রবসু হান্নগী মণিপুরী সাহিত্যগী লোঙ্গুল খংমুং মুথুংপা ওর্মাখদে।

চহীচা ১৯ গী হৌগৎলকপদা ভাগ্যচন্দ্র মহারাজগী মচা ইবুংঙো মধুচন্দ্রনা (১৮০২ ১৮০৩) পানখিবা মতম অসিদা অহল ওইরবা মতমদগী অশৈবা লোংজম পবশুবামনা লাঙ্গোই শংগাল থাবা কৌবা লাইবিক অসি মহাভারতকী বাবাদগী মৈতৈলোন্দা হন্দাক্লুনা মৈতৈ ময়েক্তা ইবমই। অশৈবা অসিনা মহাক্কী সেবক চিবোম অভিমন্যু, বাবোকপম গঙ্গা চরন অমসুং নবশ্যাম অহুম্না তেঙবাংদুনা লাইবিক অসি ইখি। মণিপুরী লোন্দা চানবা ৱাহৈ ৱারোনা শৈরেং শৈদম পাল্লগা বাবেংদা লাইনিক অসি ইবমই। লাইবিক অসি ইবদা সনা কোনুংগী পেনা লোয়শংগী মাইবম অভিরাম হিদমচা মদন, খাঙংলেম্বম অভিরাম ওঝা অহুম অসিনসু শৈরেং শৈদম পানবদা তেঙবাংখি। লাইবিক অসি সংস্কৃত ৱাহৈ মতেক মতেক হাপচিন্দুনা অবিবা মৈতৈলোনগা যান্নবগা ইবমই।

লাইবিক অসগী মপুং ওইবা ৱারীদি বাঙ্গলা লৈবাক্কী পণ্ডিত গঙ্গাদাস সেন্না ইবা মহাভারতকী অশ্বমেধ পর্বগী ৱারীদা যুধিষ্টিরনা চংবা মচিন মনাউ মওনা অদুঙৈ কুরু ক্ষেত্রদা শোক্লখিবা লানজাও অদুদা শাগৈ পাতৈ মচিন মনাউ মরূপ মপাং কযাবু হাৎখিবা অদুগা পাপ দোষ কোক্লবা অশ্বমেধ যজ্ঞ

তৌখি। যজ্ঞ অসিগী শগোল পাবকপদা পাণ্ডবকী অর্জ্জুন্না শগোল মতুং ইনখি। চহী ১২ পাণ্ডব মচিন মনাউনা বন্দা চৎঙৈদা মাগী তাল্লোয চিত্রাঙ্গাদাবু লুহোংদুনা লৌখি। চিত্রাঙ্গাদানা মচা ইবুংঙো ব্রুব্রবাহন ফংজখি। মপা ইবুংঙো অর্জ্জুন্না শগোল মতুং ইল্লকপদা ব্রুব্রবাহনগী লৈবাক্তা থুংলবদা মপা মচা মশক খঙনদদুনা অকনবা লান শোক্লখি। লান্দা মপাবি ব্রুব্রবাহনগী মখুত্তা অর্জ্জুন্না মাযথীবা ফংখি। মমৈথংদা ব্রুব্রবাহন্না মাবু পোকপা মপানি খঙলক্লবদা পাতালদা চত্তুনা লিল শিংগা লান শোক্লদুনা লিল শিংবু ঙমদুনা মণি লৌবক্লগা মপাইবুংঙো অর্জ্জুনবু অমুক হিংগৎহনখি। অসুন্না মপা মচা শকখঙনখি।

মণিপুরদা হিন্দু ধর্ম্মনা খম থেঙনা চাউখৎলকখিবদগী লাইনিং লাইশোন অসিদা যুম্ফম ওইবা লাইবিক শ্রীমদ ভাগবত গীত্রা মৈতৈলোন্দা হন্দোক্লগা মৈতৈ মযেক্তা ইথোক্‌খি। লাইবিক অসি চৌরজিৎ মহারাজগী মতমদা (১৮০৩-১৩) গোবিন্দ মিশ্র পণ্ডিতনা হবম্না লাইবিক্তগী নোংযাই ওইনামচানা মৈতৈলোন্দা হন্দোকখি। ইং ১৮১৯ দা শ্রীযুৎ মার্বজিৎ মহারাজ সনা হাক্তক্তা ঔবানা মণিপুর চাযখার্যখিবদগী চহী তবেৎ খুন্দাকখি। মতমদুদা ঔব্রাশিংনা মৈতৈ মযাম ফাদুনা ঔবাদা পুখিবা মতমদা লাইবিক অসিসু লোযনদুনা পুখিবদগী মতম কুইনগী মতুংদা মণিপুরদা অমুক ব্রহ্মাদগী পুবকখি। হিন্দুগী পুরান পুন্নমক্কী হৌবকফম ওইবিবা শ্রীমদ ভাগবত গীতাগী পাক চাউখ্রবা অধ্যায তবাগী বাবা পবীংবু শল্লপ শল্লপা সংস্কৃত বাহৈ মবক মবক্তা থেত্তুনা ইথোক্লন্না অসিমক্তা চহীচা ১৯ অসিদা মণিপুরী সাহিত্যগী পুক্কেদা হেন্না মবাং কাযবা হাযবদু ওইহল্লি। অসুম তৌদুনা রূপবালগী রাবীবু মৈতৈ যুমথোং খুদিংদা রাবী ওইনা মতমদুদা তানবদা নত্তুনা পেনা শকপা অশৈবশিংনা রূপবালগী রাবীবু ঈশৈ ওইনা শৈথাদুনা শোবাৎ শোনবগী থৌবমদসু শক্লবমই। মৈদিংঙু নিঙথেম পিশক চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজনা জিলা দাববাব খোঙলেঙবা মতমদা চনম্না পেনা খোংবনা ভক্ত রূপবাল অথোইবগী রাবীবু পেনাগী শৈবোলদা নিংথৌগী সনা মাংদা থৌগন তৌদুনা তাহনখি। রাবী ওইনা লীদুনা তানবম্বদগী লাইবিক ওইনা থাংজমচা মেঘা সিংহনা মৈতৈ মযেক্তা ইথোকখি। অসুন্না পণ্ডিত নিংথৌজাম্না মাধবনা ভক্ত চরীত কৌবা লাইবিক অসি চহীচা অসিদা ইখি। মীওইবগী তৌহৈবা তৌহৈদবা চৎন পখাপ কযা অদুবু তাক্লদুনা লাইবিক অসিদা ইবমই। মপুং ওইনা

লাইবিক অসিদা নুপিগী চৎকদবা লমচৎ শাজৎ, ঋাঙাং শাঙাং শাওং শাদা, মীৎ নাকোং, শম, য়া, নাতোন, খোং-খুৎনচিংবা কযা অসিগী তোঙান তোঙানবা মশক মওংগী মতুংইন্না লীচৎ শাজৎ, মওং মতৌস্ খেৎনৈ হায়বসি তাক্নুনা লাইবিক অসিদা ইবমই। ভক্ত চরীত, কৌবা লাইবিক অসি মণিপুরী সাহিত্যদা অনিশুদবা খুথ্যানি। অসুম্না চহীচা অসিদা ইখিবা হিন্দুগা লাইবিকশিংবু মৈতৈলোন্দা মৈতে মযেক্তা ইখিবশিংগী মনুংদা দাতাকর্ণ, একাদশি পঞ্চালী, বীরসিংহ পঞ্চালী, কৃষ্ণ ভক্তি, গৌরাঙ্গ মহাপ্রভু, অষ্টকাল, অসিনচিংবা পনবদা মতীক চায়।

মণিপুরী সমাজনা হিন্দু ধর্মদা মপুং ফানা মায ওর্নশিন্দুনা হিন্দুগী লাইনিং লাইশোনবু মতমদুদা লৈবাক আযাম্না থরায যাওনা পামজনা চৎখিবা মতম অসিদা হিন্দুগী লাই তীনগা মরী লৈনবা বাবী কযাবু মণিপুরী লোন্দা ইথোক্নুনা লমদমসিগী সাহিত্যগী মঢাক ওইনা চৎনখি হায়বসি লাইবিকশিং অসিদা ইবিবা কযা অদুদগী খঙবা ঙমই। একাদাশি পঞ্চালী কৌবা লাইবিক অসি থৌগাউচমচা কুমুদানন্দ, খুমন চা চাউবাতোন অনিনা ইখবনি। মকওইনা লাইবিক অসিদা মীশিংনা একাদশি ব্রত তৌবগী কান্নবা ফঙখিবা অদুগা মদুবু কাযকবদগী অরাবা ফংখিবা কযা অদুবু ফোঙদোক্নুনা ইবি। চন্দ্রকেতুনা একাদাশি ব্রত কাযকবদগী চন্দ্রবতী মহারানীগা কাযনবা অদুগা হাস্তনাপুরগী নিংথৌ রুকাঙ্গদনা মহাক্কী লৈকোন্দা শুবান্দুনা লৈ হেকপবু ফান্নবা থৌবাং তৌবদগী আহূ কৌবা নিংথৌনা খাংখা অকংবগী মৈখুনা নোংমদোন শিনবা থুংখিবদগী দোলাই পাযখৎলু হায়বদা যাদ্রদুনা লৈবা মতমদা একাদশি ব্রত তৌবা মীনা শোক্লবদি দোলাই পাযখৎকনি হায়না হায়বদগী আহূ নিংথৌনা একাদশি ব্রত তৌবী হনুবী অমা থেঙনদুনা হনুবী অদুনা শোকপদগী দোলাই অদুনা আহূ নিংথৌ অমসুং হনুবী মমা মচাবু পুখৎখিবা মতাং অদুবু ফোঙদোক্নুনা ইবনি।

বীরসিংহ পঞ্চালী কৌবা লাইবিক অসিগী মপুং ওইবা রাবীন্দ্র চীংঙু ইন্দ্র সোবাবেনগী থৌজান্দগী বীরসিংহ নিংথৌবু ভানু ব্রহ্মা নিংথৌগী মীত্রং মযানা ফাদুনা থনম্বদগী যাইশা শগোল অপাইবা উচৈশ্রবগা লোযননা নানথোবক্নুনা মশানৌ লৈমা নুইদ্রানীবু থীবকপদা ফংলক্রদুনা মশা মতোমতা

ভাগবথী গঙ্গা লাইজা ইবোয়ুংদা চোংথদুনা শিজবগে হাযদুনা লাকখিবা মতাং অসিনা লাইবিক অসিগী অবোইবা শকক্নি। লাইবিক অসি হিন্দুগী বেতাল বিংস্বতীগী ৱাবী কয়ামকম হিন্দুগী আদি পুবান্দা যাওবিবশিং অদুগী মনুংদগী লৌথোক্লগা মবিপুবী লোন্দা ইথোক্লম্বনি। দাতাকর্ণ কৌবা লাইবিক অসিসু মহাভাবতকী ৱাবীদা নুমিৎকী ববদগী কুন্তিগী মচা ওইনা ফংজখি। কর্ণগী মতীক মথৌনা মবিংজেল ধর্ম্ম লৈবা অমসুং দান তৌবদা হাৎলেঙদবা মতৌ অদুবু মণিপুবীলোন্দা ইথোক্লম্বনি। অসুম্না কৃষ্ণ ভক্তি কৌবা লাইবিক অসিসু ভগবান শ্রী কৃষ্ণগী মতীক মগুনবু শৈথাদুনা ইবম্বনি। গৌবাঙ্গা মহাপ্রভু কৌবা লাইবিক অসিসু বেঙ্গলদা পোক্লখিবা গৌবাঙ্গা মহাপ্রভুগী মতীক মগুণবু শৈথাদুনা ইবম্বনি।

অসুন্না চহীচা ১৯ গী লোযশিল্লকপা মতমসিদা মণিপুবদা বৃটিশশিংনা নহৈ মশীং তম্নগী লমদা অনৌবা চৎনবী অমা পুশিল্লক্লবা কন্না হোৎনখি। মণিপুবগা বৃটিশকা অহানবা মবী লৈনবা হৌখিবসি মহাবাজ গৌবশ্যামনা (১৭৬১-৬৩) লৈবাক অসিগী নিংথৌ ওইববদা (ইং ১৭৬২-৬৩) মতম অসিদা সেপ্তেম্বব ১৪ দা চিতাগোংদা মবিপুবগী নিংথৌ অসিগা ইষ্ট ইণ্ডিয়া কম্পানিগা-তৌনখিবা সন্ধি অদুনা অহানবনি। মতুংদা মতম খবা অমুক মবী লৈনকদ্রবা মতুংদা ইং ১৮৯১ দা ঔবানা মণিপুবদা লান্দাবক্তুনা চহী তবেৎ খুন্তাকহৈদগী অমুক মবী লৈনবা হৌখি। গম্ভীব সিংহ (১৮২৫-১৮৩৪) মহাবাজগী মতমদদি বৃটিশ ওফিসাবশিংনা মণিপুবগী মবমদা খঙনবগীদমক লাইবিক খোমজিনবা হৌখি। মণিপুবগী মবমদা বৃটিশ ওফিসাবশিংনা লাইবিক লাইশু ইদুনা ফোংখিবশিংগী মনুংদা বাইবল অমসুং মণিপুবী লোনগী গ্রামাব পনবা যাই। মহাবাজ গম্ভীব সিংহনা ইং ১৮২৪ দা মণিপুবদা লেভি শেমগত্তুনা মতমদা ক্যাপ্তান আব বি পেম্ববতোন্না মণিপুব লেভিদা থবক তৌখি। মহাক্না ইংশোক ১৮৩৫ দা বিপোর্ট ওনদি ইষ্টন ফ্রন্টিযাব ওফ বৃটিশ ইণ্ডিয়া কৌবা লাইবিক অসি কালিকাতাগী বাপতিস মিসন প্রেসতা ফোংখি। লাইবিক অসিদা মণিপুবগা নক্লবা লম ব্রর্ম্মা, কাছাব, আসামনচিংবগী মবমদা শুগাযনা ইর্বি। ইং ১৮৩৫ দা ক্যাপ্তান জর্জ গোবদোন্না মণিপুবগী পোলিটিকেল এজেন্ট ওইবা মতম অসিদা ইংলিস বাঙ্গলা মণিপুবীগী ওইবা দিকস্নাবি ইদুনা ইং ১৮৩৭ তা বাপটিস মিসন প্রেস কালিকাতাদা ছাপা নমদুনা

ফোঙখি। ইং ১৮৪০ দা মণিপুরদা এসিস্টেন্ট পোলিটিকেল এজেন্ট ওইখিবা লেফতেনেন্ট কর্নেল, উইলিয়ম মেকলোকনা একাউন্ট ওফ দি ভেলি ওফ মণিপুর এণ্ড ওফ দি হিল ট্রাইবস কৌবা লাইরিক অসি ইং ১৮৫৯ দা কালিকাতাগী বেঙ্গলী প্রিন্টর কম্পানিদা ছাপা নমদুনা ফোঙখি। লাইরিক অসিদা মণিপুরী সমাজগী চৎনবীদা পানা খাযবম্বা, লানুপ কাবম্বা চৎনবী কয়া অদুগী মরমদা শুগাযনা ইরমই। ইং ১৮৬৭-৭৬ ফাওবা মণিপুরগী পোলিটিকেল এজেন্ট ওইরম্বা সর্জন মেজর রোবার্ট ব্রাউন্না "হিস্তোরিকেল একাউন্ট ওর্ফদি নেটিভস্টেট ওফ মণিপুর এণ্ড দি হিল টেরিটোরি অন্দর ইটস রুল" কৌবা লাইরিক অসি ইং ১৮৭৩ দা ইখি। লাইরিক অসিদগী চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী মতমদা লৈবাক অসিগী ফিভম কবম তৌরম্বগে হাযবদু খঙবা ঙমই। মতৌ অসুম তৌদুনা মণিপুরগী মরমদা জি এচ দামান্ট্রন পোলিটিকেল এজেন্ট ওইবা মতমদা মণিপুরগী মৈতৈ মযেক অমসুং নোটস ওন মণিপুরী প্রাইমারগী মরমদা এশিয়াটিক সোসাইটি বেঙ্গলনা ই ১৮৭৫ দা ফোঙখি। অসুন্না মণিপুরদা পোলিটিকেল এজেন্ট ওইরম্বা বৃটিশ ওফিসারশিংনা মখোয মখোযগী মতমদা লাইরিক অমমম পুথোক্লম্বা অসিমক্লা মণিপুরগী মরমদা পৃথিবীগী অতোপ্পা লৈবাকশিংনা খঙবদা অচৌবা তেংবাং পীন্দা নওনা মণিপুরী জাতি অসিনু শক্তাকপদা লাযনা খঙবা ঙমহল্লি।

মৈতৈলোন, অমসুং মাণপুরী সাহিত্যগী লমদা মপানদগী লৈবাক অসিদা লাকখিবা খৃষ্টান মিসনরিশিংগী থৌদাং শীংথানিংঙাই ওই। থোইদোক হেন্দোক্লা মমিং পনবদা মতীক চার্বাদ শ্রীরামপুর মিসনগী ডাঃ উইলিযম কেরি অমসুং আর্থিংতন মিসনগী মখাদা বেভারেণ্ড উইলিযম পেত্রিগ্রুনা মশাগী চহী ২০ শুবদা ইংলণ্ডদগী ইং ১৮৯১ দা আসামদা বৃটিশনা মণিপুর লৌশিল্লবা মতুং চহী অহুমদা শিলচরদগী মণিপুরদা লাকখি। মতমদুগী মণিপুরগী এক্তিং সুপারিনটেনদেন্ট মেজর রুদনা অযাবা পীবা মতুং ইন্না মহাক্লা ইম্ফালদা লাক্লুনা খৃষ্টান ধর্ম্ম শন্দোকপা হৌখি। ডাঃ উইলিযম কেরিনা কালিকাতাগী সেরামপোর মিসন প্রেস্তা ইহান হান্না নিউতেস্তামেন্ট মৈতৈলোন্দা ইদুনা দেবনাগরী মযেক্লা নমদুনা ফোঙখি। মৈতৈলোন চাউখৎনবা উইলিযম পেটিগ্রুনা অচৌবা থৌদাং লৌখি। মশামক মৈতৈলোন তমদুনা মৈতৈলোন্দা লাইরিক ইবগা ছাপা তৌদুনা ফোঙদোক্লমই। মহাক্লা স্কুল অমা

লিংখৎলমই, স্কুল অদুবু পেটিগ্রু স্কুল হাযনা খঙনদুনা শিংজমৈ থোকচোম লৈকাইদ' ঙসিফাওবা লৈবি। উইলিযম পেটিগ্রুনা মৈতৈ লোন্দা ইবম্বা ছাপা তৌদুনা ফোঙখ্রবা লাইবিকশিংগী মনুংদা কালিকাতাদা ১৮৯১ দা ছাপা তৌবা এবোবিজিনস মিসন শিলচবনা ফোঙবা কৃষ্ণগা যীশু খৃষ্টগা, অৱাই অখুমগী ৱাবেং লাইবিক অনি অসি মিসন অসিনা ইং ১৮৯৪ দা কালিকাতাদা ফোঙখি। যোহন কৌবা মীশক অদুনা লেঙবা অফবা ৱাপাউ, ইং ১৮৯৬ কালিকাতাদা ছাপা তৌবা অকজিলিযাবী টুদি বৃটিশ এণ্ড ফোবেণ্ড বাইবল সোসাইটিনা ফোঙখি। মদন মোহোন অলঙ্কাবনা বাঙ্গলা লোন্দা ইবা শিশু শিক্ষা, মৈতৈলোনদা মহেশ্বব দাসনা হন্দোকপা উইলিযম পেটিগ্রুনা চুমথোক্লগা ইং ১৮৯৬-৯৭ তা কালিকাতাদা ছাপা তৌদুনা ফোঙখি। আকজিলিয়াবী টুদি বৃটিশ এণ্ড ফোবেণ্ড বাইবল সোসাইটিনা লূক কৌবা মীশক অদুনা লেঙবা অফবা ৱাপাউ মৈতৈলোন্দা হন্দোক্তুনা কালিকাতাদা নম্লগা ইং ১৮৯৩ দা ফোঙখি। অৱাই অখুমগী পবেং কৌবা লাইবিক অসিসু চহী অসিদা ফোঙখি।

ইং কুমজা ১৮৯১ দা বৃটিশগী লোইলম সাসনগী লৈঙাক লোনগী বাগেন থৌদাবু মণিপুব খুন্নাইদা চৎথবা হৌবকপি। বৃটিশনা মণিপুববু লৌখিবা অসি লম অসিগী মপুগী পুক্লিংনা যনিংনা পিখিবা ওইদবনা মতম অদুগী লম অসিগী মপু ওইবিবা মণিপুবগী নিংথৌ অঙম অথৌ পুম্নমক্লা বৃটিশপু থিংনবা অকনবা লান শোক্লখি। লান অদুদা বৃটিশনা ঙমদুনা মণিপুব লৌখিবদগী লৈবাক্কী লৈঙাক সাসন্দা মখোযগী খুৎ থিংজিনবা হৌবকখি। লৈবাক অসিদা নৌনা শকনাইবকখিবা মীওইশিংনা নোংচুপলোমগী শিক্ষা পথাপ্তা হেন্না পুক্লিং চঙখিবমই। মতমদুগী মীশিংনা বাঙ্গলা সাহিত্যগা শকখঙনবমই। নোংচুপলোমগী মক ওইনা ইংবাজি সাহিত্যগী ইথিল ফংলবসু বাঙ্গলা সাহিত্যনা হেন্না খুৎলোযনা থোক্লমই।

লমদম অসিগী মশাগী লাইনিং লাইশোন, হবাউ কুম্মৈ কযাদা হিন্দুগী চৎনবী লাইনিং লাইশোন্না মহুৎ শিনখিবগুম মণিপুবদা মহৈ মশীং তম্বগী মওং হোংদোক্তুনা নোংচুপলোমগী শিক্ষা পথাপকী চৎনবীনা মহুৎ শিনখি। মতম অদুদা বৃটিশ সবকাবনা মৈতৈগী হান্নগী চৎন পথাপ কয়ামকম শেমদোক্তুনা মখোযগী ওইবা মবন্নাই সাসন কযা শেমদোক্তুনা লৈবাক

অসিদা মখোয়গী শক্তম শন্দোক্লবা কন্না হোৎনখি। মখোযনা বাঙ্গলা লোন্দা বাঙ্গলা মযেক্কা লাইবিক কয়া লমদম অসিগী মীযামদা তমহনখি। অসুম্না চঙ্গবকপা মওং অসিদগী নৌবাক অসিগা মশাণা মৈতৈ মযেক ফাওনা মুৎপগী থাক্তা যৌখি। ইং ১৮৯২ দা সবকাবগী স্কুলশিংদা বাঙ্গলা মযেক অমসুং বাঙ্গলা লোন তমহনখি। খুন্নব ইনক্লদি নৈবাক অসিগী মশাগী লৈজবক্লবা মৈতৈ মযেক অদুমক লম্লখি। চন্দ্রকীর্তি মহারাজনা পাল্লিবৈঙে মতমদা পোলিটিকেল এজেন্ট ওইরম্বা সার জেমস জোনষ্টোন্না মণিপুরদা ইংবাজি স্কুল অমত্তং লিংনবা মহারাজ চন্দ্রকীর্তিগা ময়মদা হায়জববু যানংদবা ইৎখি। মতুংদা পোলিটিকেল এজেন্টনা হাঙ্গাল অমসু গোগাইজাম মেজর অনগী মতেংনা মহারাজগী অযাবা যংদনা ইং ১৮৮৮দ জোনস্টোন মিদল ইংলিস স্কুল লিঙখৎখি। অসুম্না ইং ১৮৭৭ ৮০ ফাওবগী মনুং দা মণিপুরদা লিঙখৎখিবা স্কুল খুদিংমক্তা বাঙ্গলা লোন তম্নগা চংনবা অসি ইং ১৯২৪ ফাওনা নৈবাক অসিদা চংখি। মতম অসিদ নৈবাক মাযাম্না তান্নগী মৈতৈ মযেক তম্বা তোক্লগা বাঙ্গলা লোন অমসুং বাঙ্গলা মন্না হৌবা অসি। মাযামগী পুক্লিংদা থোইনা। নংঙাযবা অমসুং হোনংবা পোক্লমদ অসুম তৌদুনা ইং ১৮৯২ দা সেকমাইদা বাঙ্গলা এল পি স্কুল অমসু লিঙখৎখি। সবকাবগী স্কুলদা বাঙ্গলা মযেক অমসুং বাঙ্গলা লোন্দা লইরবক চেনখি, অদুগা খুন্নক ইনক্লদি নৈবাক অসিগী মশাগী হান্নদগী লৈজবক্লবা মৈতৈ মযেক অদুমক তম্লমই। ইং ১৮৯৪ দা পেটিগ্রুনা তেবা এল পি স্কুল অসি লিঙখৎখি। মণিপুরদা বাঙ্গালীশিংনা লিঙখৎলা স্কুলদা ছাত্রশিংনা অতানবদদি যান্না তম্লবমই। অদুবু মমৈথংদাদি স্কুলগী যিনৌগনি হায়বকপদগী বৃটিশশিংনা লিঙখৎপা স্কুলদা লাইরিক তম্লখিদে। ইং ১৮৯৫ দা মোইরাংখোমদা নুপিমচাগী স্কুল অমা লিঙখৎখি। যুমলোন্নবা নৈবাকশিংদা পাউ থানদুনা নুপিগী ওঝা খিবদা অমত্তা ফংখিদে। ইং ১৮৯৬ দা উগ্রুলদা এল পি স্কুল অমা লিঙখত্তুনা চীংগী লমদমদা এল পি স্কুল অনি শুখি। ইং ১৮৯৮ দা ইম্ফালগী অকোইবদগী নুপী অনিখক ইহান হান্না নিং চন্দ্রনা লাইরিক তমখি। কুম অসিদা মণিপুরগী নুপীনা লাইরিক তম্না ইহান হানবনি। ইং ১৮৯৯ দা মণিপুরদা নুপীমচা ৫০ লাইরিক তম্লখি। মতম অসি ফাওবদা মণিপুরদা পুম্না স্কুল ১২ শুখি। ইংবাজি তম্ববু মাংই হায়দুনা পঙতম তম্লখিদে।

মৈতৈ মচাশিংবু, লাইবিক তম্বীনবা ওঝা লৈবাক অসিদা লৈতদুনা কাছাব ধাকা শিলেটতগী মৈতৈ ওঝাশিং কৌথোক্লমই। কাছাবদগী মকব সিংহ, ক্ষেত্রি মুনান; মকু বাবু, চোংথাম খম্বা সিংহ, ধাকাদগী যেন্দ্রেম্বম বঙ্কবিহাবি সিংহ, শ্রীহট্টদগী খ্বাইবাপম নবকিশ্বব সিংহ, ব্রজমোহোন শর্ম্ম নচিংবা ওঝাশিং অসি কৌথোক্তুনা স্কুলদা লাইবিক তম্বা হৌখি।

মণিপুবী সাহিত্যগী খোঙচত্তা চহীচা ১৯ গী লোয়শিল্লকপা মতমসিদা অহোংবা শক্তম অমদা লাকখি। মতম অসিদা মণিপুবদা লাকখিবা বৃটিশ সবকাবগী পোলিটিকেল এজেন্ট ওইখিবা বৃটিশ মচাশিংনা লমদম অসিদা নোংচুপলোমগী শিক্ষা পত্থাপ্তা হেন্না পুকনিং চঙখিবদগী লৈবাক অসিগী হান্নগী মশাগী চেহ্নবকপা সাহিত্যগী ঈচেলদা অচৌবা অহোংবা অমা লাকখি। চহীচা ১৯ গী লোযশিল্লকপা মতম অসি মণিপুবী সাহিত্যগী মবায চাযথবকখিবগী মব-ওইবা তানফম অমা ওইখি। মতম অদুদা লৈবাক্কী নিংথৌ অমসুং অঙম অথৌশিংনা মমালোন্দা লাইবিক তম্বদা পুক্নিং থৌগৎলমদে। মবম অসিমক্না মমালোন্দা ইবা পাবগী লমদা মবায চাযথবকখি। চহীচা অসিদা বেঙ্গলদগী মণিপুবদা লাকখিবা বসিকলান কুন্দুনা মণিপুব ইতিহাস মৈতৈগী পুবান কৌবা লাইবিক অসি বাঙ্গলা ময়েক্তা মণিপুবী লোন্দা ইং ১৮৯০ দা মিসন প্রেস কালিকাতাদা ফোঙখি। লাইবিক অসি বৃটিশ লাইব্রেবি লণ্ডন্দা হৌজিক ফাওবা লৈবি। লাইবিক অসিদা লৈবাক অসিগী ইতিহাসপু মৈদিংঙু নোংদা লাইবেল পাখংবগী (খৃ: ৩৩-১৫৩) মতমদগী হৌবগা চুবাচান্দ মহাবাজ (খৃ: ১৮৯১ ৪১) ফাওবগী মনুংদা পানখিবা নিংথৌশিংগী হাক্তক্তা থোকখিবা থৌদোকশিং অদুবু শন্নপ্না ইবমই।

মণিপুবী সাহিত্যগী চেহ্নবকপা ঈচেলদা চহীচা ১৯ গী লোযশিল্লকপা অদুবাযদা মৈতৈ মচানা ইহান হান্না ইবা অমসুং ছাপা তৌদুনা মৈতৈলোন্দা বাঙ্গলা ময়েক্না লাইবিক ফোঙখিবা মীশক অমা খক্তি হাওদৈজাম্বা চৈতৈন্য-নি। মহাকপু পোকপা মপা গোকুল সিংহবু মহাবাজ চন্দ্রকীর্ত্তিনা মতম অদুগী কমিস্নাব কর্নেল কিটিনজগী শব্বাবী ওইনা শিলংদা থাবমই। গম্ভীব সিংহ মহাবাজগী মতমদগী হাওদৈজাম্বা চৈতৈন্যগী মপা ইবুংঙোবু পোকপা মপুবোক অসি নিংথৌবোল অহুম মথং মথং সেলুংবা ওইবমই। হাওদৈজাম্বা

চৈতৈন্য শিলংদা পোকই। মহাক শিলংগী মিসন স্কুল অমদা লাইরিক তম্লমই । বাঙ্গলা, হিন্দুস্থানি, অমসুং ইংলিস নিংথিজনা হৈরমই । চহী ১৫ রোম আসাম সাকারগী মখাদা থবক তৌরবা মতুংদা মহাকপু পোকপা মপা ইবুংঙো গোকুল সিংহগা লোয়ননা শিলং থাদোক্লুনা মণিপুরদা থোরকখি। অদুগা মপা মপুগী লৈফম কৈশামপাৎ লৈমুজম লৈকাইদা লৈখি। মহাক্না ধাকাতাবা দেবেন্দ্র মহারাজগী মজাইবেম্মা ইবেমহল দেবীবু লুহোংদুনা লৌখি। হাওদৈজাম্বা চৈতৈন্যনা ষ্টেট ওফিসতা তহশীলদার ক্লার্ক ওইনা ইং ১৮৯৫ ফাওবা থবক তৌরমই। হাউদৈজাম্বা চৈতৈন্য মশামক সমাজ সেবাদা থৱায় য়াওবা মীশক অমা ওইরম্বদা নত্তনা মণিপুরী সাহিত্যগী লৈকোন্দা মমল নাইদ্রবা খুদোল কয়াসু তৌরম্বা মীশক্নি। অদুগা মহাক অসি অনৌবা মণিপুরী সাহিত্যগী লমজিং পীরম্বা মীশক অমসুনি। মণিপুরী সাহিত্যগীদমক মহাক্না তৌবিরম্বা মমল নাইদ্রবা দানগীদমক মণিপুরগী মীয়াম্না ঙসি ফাওবদা মহাকপু কাওবা লৈতনা মণিপুরী সাহিত্যগী লমায়দা ময়েক লানা মুৎনাইদনা নীংশিংনরি। মহাক্কী সাহিত্যগী খুথাদা ফোঙখিবা লাইরিকশিংদি "খম্বা থোইবীগী ৱারীনি "(১৮৯৯) "খাহি ঙম্বা" (১৯০০) "চিংথংখোম্বা" (১৯০২) অমসুং "তখেল ঙম্বা" (১৯০২) অসিনচিংবা লাইরিকশিং অসি শীংথাবদা মতীক চারবা মৈতৈলোন্দা বাঙ্গলা ময়েক্না ছাপা তৌদুনা নম্বা ইহান হানবা লাইরিক ঙাক্তনি। ভশেংনমকসু হাওদৈজাম্বা চৈতৈন্যগী খুথাদা ফোঙখিবা খম্বা থোইবীগী ৱারীনি হায়বা লাইরিক অসিদা মোইরাং কংলৈরোলগী শন শেনবা, শীং চনবা, লমজেল, মুক্না, ঈনচিংবা, উকায় কাপ্পা, শামু খোঙয়েৎপা, কাও ফাবা, লোইকুম্বা, লোইকাবা, কংলা বিচার, কৈ ফাবা অসিনচিংবা কয়া অসি শুনা য়াওনা শন্নপ্পা ইরম্বা ইহান হানবা তাঙলবা লাইরিক্নি। লাইরিক অসিদা মরুওইনা হাওদৈজাম্বা চৈতৈন্য মশামক্না অরিবা খুৎইগী লাইরিকশিং খোমজিনবগী থবক্তা লৈরুবনা মহাক্না থেঙনরকপা খরা অদু শমপৎনা ফোঙদোক্লুনা ইরম্বতনি। মণিপুরী সাহিত্যদা হিজম অঙাংহলগী মমাংদা মোইরাংগী খম্বা থোইবীগী ৱারীবু পরীং কাইদনা ইরম্বা মীশক অমদি হাওদৈজাম্বা চৈতৈন্য অসিনি। লাইরিক অসি মহাক্না ইরম্বা মতমদা ৱারেংদা ইরমই। অসুম তৌদুনা মণিপুরী সাহিত্যগী পরম পরাগী ঈচেলদা চহীচা ১৯ গী সোয়শিল্লকপা অদুৱায়দা মমালোনবু থমোয়

শেংনা নুংশিজখিবা মীশক হাওদৈজাম্বা চৈতৈন্যবু ঐখোয়না খক কাউফম থোক্তে। মহাক্না বৃটিশকী মথক্তা পোত্থাং পুবগী মাযোক্তা অন্দলোন তৌবগীদমক মণিপুবদগী মহাকপু মপান্দা থাদোক্কুনা লৈহনখি। ববসাহেব ওংবী সনাতোম্বীগী মতাংদা মেজব মেক্সব্রেলগা হাওদৈজাম্বা চৈতৈন্যাগা যানখিদে। মবমদি ববসাহেব ওংবী সনাতোম্বীগা মেজব মেক্সব্রেলগা মবী লৈনবে হাযবগী মতাংদা মপুবোইবা মনিকচান্দনা চিঠি ইদুনা ববসাহেবকী মফমদা পীশিনখি। মদুদা ববসাহেবনা মনিকচান্দগী চিঠি অদুবু হাওদৈজাম্বনা ইবনি হাযবসি খণ্ডলদুনা হাওদৈজাম্ববু অমুকসু কাছাবদা তাম্থোক্কুনা লৈহনখিবদগী মহাক্কী অবোইবা পুন্সি মণিপুবদা হল্লকখিদে। অসুন্না হাওচৈজাম্বা চৈতৈন্যগুম্বা তাণ্ডলবা মীশক অমবু মণিপুবদগী তাম্থোকখিবদা লৈবাক মীযামদি থমোয় শোক্না নুংঙায়তনা যাম্না পেন্নখিদে।

অসুম তৌদুনা মমা লৈবাক মবমদমগীদমক খনবা অশৈবা কযানা হাওদৈজাম্বগী মতুংদা মণিপুবী সাহিত্যগীদমক মমল নাইদ্রবা দান কয়া তৌদুনা মশাগী ওইজবা কয়া থাদোক্কুনা মণিপুব সাহিত্যবু অৱাংবা থাক্তা পুখৎনবা অবেপ্পা লৈতনা হোংনখি। চহীচা ২০ গী হৌগৎলকপা মতম অসিদা মমালোনবু নুংশিজবা অনৌবা মণিপুরী সাহিত্যগী যাকাইব্রোল শকখিবা অইবা কয়া লমদম অসিদা থোব্রকখি। মখোযগী মবক্তগী পুখ্রম্বম পাবিজাৎ. হিজম ইবাবত থোইদোক্না পনবদা মতীক চায। মতুংদা মখোযগী তুংইনবা ওইখিবা অনৌবা মণিপুবী সাহিত্যগী অচৌবা লময়ানবা ওইখিবা মীওই কযাসু অমুক থোবকখি। মখোযগী মনুংদগী হিজম অঙাংহল, ডাঃ লমাবম কমল, খ্বাইবাকপম চাউবা, অবাম্বম দবেন্দ্রজিৎ, অমসুং হৱাযবম নবদ্বীপচন্দ্র অসিনচিংবা অশৈবশিংগী মিং পনবদা মতীক চায। অশৈবশিং অসিগী কলমদগী অনৌবা মণিপুবী সাহিত্যগী শৈবেং অমসুং ৱাবেং, উপন্যাস, কাব্য, অমসুং মহাকাব্যগী লাইবিক কয়ামকম ইদুনা তুংগী মীবোলগীদমক যাকাইবোল শক্কুনা অনৌবা মণিপুবী সাহিত্যগী লমদা চাউববা দান কযামকম তৌবমই। মতৌ অসুম তৌদুনা মণিপুবী সাহিত্যগী লেপ্তুনা চেম্থবকপা ঈচেল অমা লোইবা খম্বা নাইদনা অঙনবা মতমদগীনা ঙসি ফাওবা লেপ্তুনা চেম্থদুনা লাক্লি। □

# সনামহী লাইকল

মণিপুরী লোন্দা তোঙান তোঙানবা হিবমশিংদা মখল মখা কযাগী লাইবিক কযামকম ইদুনা মণিপুরী সাহিত্যগী লিশাং শিংনা লেপ্তুনা চেহ্নবকপা ঈচেল অমা অঙনবা মতমদগী হৌবগা ঙসি ফাওবদা লোইনাইদনা চেনথবি। মণিপুরী সাহিত্যগী মতম অসি চাউবাক্লা তাঙ্কক অহুম থোক্লা খাযদোক্লগা য়েংবদা অঙনবা মতমদা ইবন্না লাইবিকশিং, মযায চনবা মতমদা ইখিবা লাইবিকশিং অমসুং লান মতুং হাযবদি বৃটিশ অমসুং মণিপুর অনিগী মাযগৈদা ইং ১৮৯১ দা শোক্লখিবা লান অদুগী মতুংদা ইখিবা লাইবিকশিং, অদুবু অনৌবা মতমগী মনুংদা ইখিবা লাইবিকশিং হাযনা লৌনাব। মতৌ অসুম্না মণিপুরী লোন্দা শৈবেং অমসুং ব্রাবেংদা ইবা তোঙান তোঙানবা হিবম কযাদা লাইবিক কযামকম অঙনবা মতমদগীনা ঙসি ফাওবদা লেপ্তুনা ইদুনা লাক্লি। অদুবু মতাং অসিদা বাযম অমদি লৈ মদুদি ইবল্লিবা পুন্নমক মণিপুরী সাহিত্যগী মনুংদা লোযনা চল্লববা হাযবা ব্রাহং অসিমদি এখোযগী মাংদা তাদুনা লৈ। অদুমকপু মাযগৈ অসোমদা হেন্না কুপশন্না খুন্থকবা অমসুং থিজিল্লুবগদি লাইবিকশিং অসিগী মখল মথেল ইবাল্লবা হিবম কযা অসি মুন্না কুপ্না যেংলগা খাযদোক্লুনা যেংবা তাবকই। মবম অসিনা মণিপুরী সাহিত্যগীসু তোঙান তোঙানবা হিবমশিংগী মতাংদা ইবন্না লাইবিকশিং অসি মণিপুরী সাহিত্যগী মচাকনি হাযনা চাউবাক্লা পৌবপ্না অপৌবা মীৎ য়েংদা লৌবা তাববসু লাইবা তীনবা, মন্ত্র যন্ত্র, ইবাৎ থৌনি, লাইশোন তীনশোন, অসিনচিংবা হীবমশিং অসিদা ইবন্না লাইবিক কযাসু লৈবি। হীবমশিং অসিদা ইবল্লিবশিং অসি সাহিত্যগী মচাকনি হাযনা অদুমক লৌবগদ্রা হাযবা ব্রাহংসু লাক্তবদি নত্তে। অদুবু মতম মতমদুগী অশৈবশিং অদুগী রাখলদা তোঙান তোঙানবা হীবমাশংদা ইবন্না লাইবিক কযামকম লৈবি, লাইবিকশিং অসিবু সাহিত্যগী মনুং চনবা যাবা যাদবা হাযবা বাযম অসি তোক্লগা অঙনবা মতমদগী হৌদুনা ঐখোযগী লাইগুম্লবা অশৈবশিংনা মখোয মখোযগী মতমদা তুংগী মীবোলগীদমক খন্দুনা মখল মখা কয়াগী হীবমশিংদা লাইবিক

কয়ামকম ইদুনা থন্নীবমই। হীবমশিং অদুদি মকওইনা সাহিত্য, লাইহুই, চীংলোন, নুংলোন, খুম্ভোক লোন, মৈহৌববোন, ব্বাযেন পখাপ, লম্মীৎলোন, লৈশেম নোংশেমলোন, যাঙবী, শেক্লীং, নাউযোম, জগোই ঈশৈ, শা লানগী ওইবা, তুংদা থোক্লগদবা, খোঙ্গুল, পাঞ্জি, লাইনিং লম্বী, লাযেং পখাপ, ইবাৎ থৌনিবোল, লাইশোন তীলশোন, ইতিহাসিক অসিনচিংবা কযা অসি পনবা যাই।

মতৌ অসুম তৌদুনা সনামহী লাইকল কৌবা লাইবিক অসিসু মযাযচনবা মতম হায়বদি চহীচা ১৮ দা ইখিবা লাইবিক্লি। লাইবিক অসি কনানা ইখিবগে হাযবসিমদি লাইবিক অসিদা পল্লমদে। চহীচা ১৮ দা ইখিবা লাইবিকশিংদা অইবগী মিং থাবগী চৎনবী অসিদি লৈবে। অদুবু পনলমদবা লাইবিক খবসু অদুম ময়াওই। সনামহী লাইকল কৌবা লাইবিক অসিদা ইবিব৷ লোন অসি যাম্লমক লিবা মৈতৈলোন অদুমক ওইদ্রবসু ঙসিগী মীবোলনা খঙবদা লাযনা থোক্তে। লাইবিক অসিদা সংস্কৃত ব্বাহৈ মবক মবক্তা থেক্তুনা ইবমই, মবম অসিনা মতমদুদা মণিপুবদা সংস্কৃত লোন নিংথিনা খঙবা মীশক অইবশিংগী মনুংদা লৈবে হাযবসি খঙবা ঙমই। সনামহী লাইকলদা অশৈবনা মণিপুবী লোনগী ব্বাহৈ বাতা ঙাক্তা ইবগী মহুত্তা সংস্কৃত ব্বাহৈ মবক মবক্তা থেৎলগা ইবম্বা অসিমক্লা চহীচা ১৮ অসির্দদি মপাল লমগা মণিপুবগা মপুং ফানা শম্লবে হাযবসি তাকই। সনামহী লাইকল অসি মপুং ওইনা তোঙান তোঙানবা লমদা লৈবাক অসিদা অওনবা অহোংবা কযামকম মৈদিংগু পামহৈবা গবিবনিবাজনা নিংথৌ ওইদুনা পানখিবা মতমদা থোকখিবা থৌদোক ব্বাথোকশিং অদুগী মতাংদা ইবনি।

লাইবিক অসিগী অহানবা তাঙ্কক্তা মালেম অসিদা হিংলিবা অমদি লৌববা থব্বায পানবা জীবশিং হাযবদি তীল কাঙ, শা ঙা, নাপী শীংবী, উ বা, নমু তাইবঙ মী, নুমিৎ থা থব্বানমিচাক, লেঙলি পাল্লিবা অচৎ চত্তা খিবিক অসিবু কবম্মা শেল্লকখিবা অমসুং ওইবকখিবগে হাযবসিগী মতাংদা অব্বাংবা ব্বাখললোন্দা পুথোক্তুনা মবিকচুম্মা সনামহী লাইকলদা শৈথাদুনা ইবি।

অতোপ্পা তাঙ্কক অমদনা চহীচা ১৮ গী মমাংদা লৈবাক অসিদা ৰ্কাব কবম্বা ধর্ম্ম চৎলম্বগে অমসুং গবিবনিব্বাজ মহাবাজগী সনা হাক্তক অসিদা কবম তৌনা বামান্দি ধর্ম্ম লৌখিবগে অমসুং লৈবাক অসিগী হান্না

লৈজবন্নবা ধর্ম্ম থাদোক্লগা লৈবাক মীযাম্বু বামান্দী ধর্ম্ম লৌহন্দুনা লৈবাক অসিদা শ্রীরামচন্দ্র অমসুং সীতাবু নীংহন্দুনা লমদম অসিগী লাইনিং লাইশোন হবাউ কুম্মৈ, অমসুং সমাজগী চাউখৎ থৌবাংদা অওনবা অহোংবা কয়া লাকখিবা মতাংবু সনামহী লাইকল কৌবা লাইবিক অসিদা মযেক শেংনা উবা ফংই।

অতোপ্পা মতাং অমদনা শ্রীহট্টদগী লাকপা শান্তিদাস মহন্তনা মাগী খোঙলোই ভগবানদাস অমসুং নবানদাস অনিগা লোযনদুনা মৈতৈগী হান্না লৈজবন্নবা ধর্ম্ম অমসুং চৎনবী নাৎপু মাঙহল্লগা মপান লমগী বামান্দি ধর্ম্মবু লমদম অসিদা শন্দোকপা যানবা নিংথৌগা রাতান্নদুনা লৈবাক অসিগী মতীক মগুণ লৈববা পাথাং পুথাং হাক্তক্তগী অপোং ইংখোল অমদি রাঙ্গোইদা লাৎলক্লবা লাইনিংথৌ সনামহীগী মূর্ত্তিবু থুগাইকবদগা নিংথৌ অমসুং নিংথৌগী মজাইবুংঙোদা খুদম চাংদম কয়া পীবকপদগা অমুক হন্না লাইনিংথৌ সনামহীগী মূর্ত্তিবু শাখিবা অদুগা মৈতৈগী উমং লাইশংগী কোমাই পুন্নমক খোমগৎলগা মোংবা হনবা তুথুপ্পা ফুর্মজিনাখবগা মতাং অদসু মপু ফানা সনামহী লাইকলদা ইবি। অসিদসু নত্তনা মৈতৈগা যেক শলাইগী মামংবু হিনদুগী মুণিশিংগী মমিংদা ওন্থোক্তুনা থোনখিবা অমদি চংলা লোনচৎ হবাউ কুম্মৈ, ইবাৎ থৌনি, লাইনিং লাইশোন কয়াবু হোৎদোক্তুনা মপান লৈবাক্কী চৎনবী মীরোলদা শকপা শোনবা হৌখিবা মতাং অদুবসু মবীকচুন্না লাইবিক অসিদা ইবি।

মালেম অসি মতৌ কবন্না শেমখিবগে হায়বগী মতাংদসু যান্না রাংবা রাখললোন্দা হবাবা কৌবা যান্না মতীক মগুণ অমসুং শক্তি লৈবা মীশক অমগী শক্তম্বু ওইহল্লগা মহাক্না মালেম অসি থুগায়দুনা মাংহল্লকপদগী হাংবা ঙমদ্রবদা তেংবানবা মপুগী খুজিল থৌবাংদগী নোংথাং লৈমা পুথোক্লগা অথিংবা পীহন্দুনা মালেম অসিবু শেমখি মালেম অসিবু শেম্লবদা নম্বু তাইবঙ মী শিংনা য়ুমলিং খুল্লিংদুনা অতিয়া শিদবা অমসুং লৈমবেন শিদবী অনিদগী মালেমদা চাদা নাওদা মথং মথং শমথখিবা অদুগী মতাংদা সনামহী লাইকলদা অসুন্না ইবি;

তাংবঙ পানবনা খংঙমদবা মালেম লৈমযোল অবাং কোবৌ
নোংমদোন অসিবু লৈতবিঙে অমম অণ্ডান ওইবিবা চিংথু

শিদবনা অতিংঙা মবান য়ুমওইনা লৈচিন খোংকাউননা পায়মা মনিংশাবু সনা তাংবন ওইনা ফমফম্লবগা লমগী মবী যেং নোংগী মবী থিনা তাইবঙ পুম্নমগী মমাশিদবী লৈবি নোংলী শুবী মতু মমান্না খোইয়ুম নাপী শীংবী ওইবিবী নমু থব্রায় মীপোকপা লৈমবেন শিদবী পায়মা উনকোয়নুংদা পুশিল্লগা চীংঙু মহাকশাংদগী লৈহৌ নোংহৌ ওইবিবা লাই নামুংবা অমবু পুথোক্লগা হ কৌনা মীংহল্লে; পায়মা মনিংশাদগী ব্রাকলেন তোংয়াই শিদবা অমসু পুথোক্লে 'ব' কৌনা কোল্লোয় মমিং থোল্লে। খোইয়ুম শিদবনা কুক মাগী চিত্ত উনকোইনুংদগী মপাবি অমবু শানফোংহল্লবগা "স" কৌনা যোইচান্নবে।

ব্রাফম খবা অসিমক্লা তশেংনা ফোঙদোক্লিবদি তাইবঙ পানবা অসিদা নমু তাইবঙ মী হাযবসি লৈত্রিঙৈদা তেংবানববু শেম্লীবা মপুনা মৈ, ঈশিং, অমসুং নুংশিৎ অহুমক পুথোক্লগা তাইবঙ পানবদা লৈবিবা অচৎ, চত্তা, লেঙলি পাল্লিবা জীব মযাম অসি শেমখি হাযবসিনি। মীওইববু শেম্না মতমদা মৈ, ঈশিং, নুংশিৎ, অসিনা পুল্লগা শেম্লকই, অদুগা হার্যবিবা পোৎশক অহুম অসিনা মীওইবগী হকচাংদগী হেক লাপথোক্তুনা মাংখিবা মতমদা মীওইবনা মালেমদা হিংবা ঙমদে হাযবসি ব্রাংলবা ব্রাখললোন্দা যোংঙদোক্তুনা শৈথাবনি। মৈতে লৈবাক্কী য়ুমথোং খুদিংদা লাংনবিবা মতিক মগুণ লৈবা লাইনি থাজনবীবা লাইনিংথৌ সনামহীগী মীংথোল অহানবদা খোইযম অশিবা নত্রগা চীংঙু অশিবা হাযনা খংনবম্বদগী মমৈথংদা সনামহী হাযনা খঙনখি। সনামহী হায়না খঙনখিবা অসি মৈদিংঙু খাগেম্বনা নিংথৌ ওইখিবা মতম অসিব্রাইদগীনি হাযবসি সনামহী লাইকল, সনামহী লাইহুই, খাগেম্বা লাংজৈ, লৈমবেল সেক্লীং, লৈমবেল, নাওযোম, সনামহী ফাংখোঙ, খুনুং ইবাৎলোন নচিংবা লাইবিকশিং অসিদা সনামহীগী মবমদা যাম্না শুগায়না ইবি। গুকনা মালেম তাইবঙপানবা অসি শেম্না লোইববদা নিংথৌ ওইনবগীদমক মাগী মচানিপা অহুম্ব কোবৌ মালেম অসিবু কোযনবা য়াথং পীবগা লোযননা হান্না থুংলবা মীদা নিংথৌ খুভম শিন্নগনি হাযনা তাকপীখি। মপাবি অহল চীংঙু অশিবা সনামহী অমসুং অতিয়া অনিদি পাম্বা কৈবেন অমসুং নোংশা তোংদুনা নোংখোং কোযবা চৎখি। মশানৌ অতোনবদি মপাঙ্গল শোনবনা কোবৌ মালেম কোয়ববু চৎপা ঙমখিদে। পলেম মমা লৈমবেল শিদবীনা মপাবি অতোনবগী অব্রাবদু উবদুনা নপল গুক শিদবগী চোযনৌ সনা ফম্বাললেনবু

থোইবা হেনবা অমা লৈতবনে, কোরৌ মালেম নোংখোং ৭ লক কোযবগা নপল পম্বৌগী সনা ফম্বাল কাংখোলবু ৭ লক কোযবগা চপ মান্নবনি হাযনা মপাবি অতোনবগী মফমদা পাওত্তাকপীখি। পালেম মমানা তাকপীবা পাওতাক তুংইন্না মশানৌ অতোনবনা মপল গুকপী সনা ফম্বাল লেনবু ওবেৎলক কোযখি। গুকনা মপাবি অতোনববু কবম্না গুব মাগী মতীক মগুণ অকববু খংগুম্বনো হাযনা গুকচানদুনা লৈখি। মপাবি অতোনববু কোরৌ নুমিৎ অদূদগী হৌনা গুক মাগী অকবা মতীক মগুণবু খংগুমই হাযদুনা পাখংবা হাযবা মিংথোল অসি পীদুনা গুকপী খুবম্বু মপাবিগী মফমদা শিন্নখি। মপাবি যাইমবা অমসুং মপাবি অহল সনামহীনা নোংখোঙ কোযবা লোযবদুনা হল্লকপদা পাখংবনা নিংথৌ ওইদুনা লৈবম্না উবদা হাযনিংঙাই লৈতনা শাওখি। মশানৌ অতোনবা পাখংববু নিংথৌ ওইনবা শিল্লিবা মাশক অদুবু নুপি ওইবম্লে তাল্লোইশিংদা চনাগনি, নিপা ওইবম্লে যাইবী থবায লৌদুনা নোংমনহনগনি হাযনা মশাও শাম্বী মৈত্রৌনা শবী বাশক্লবদা গুকনা মাংবা তাবে হাযদনা মপাবি অহল চীংঙু অশিবা সনামহীগী মফমদা থোকখিবা থৌদোক্লুগী মবন্দা অসুম্না পাওতাক পীখি। নশানৌ কোন্না শাংপা লৈবাং অতোনবদি নপল পম্বৌ ঐগা ইতাব অকববু লাযনা খংঙমই, পাবি অনিদি শামমা পাঙ্গল কল্লু হাযদুনা না,ল গুব ঐগী ইতিক কযাবু থৌশাদনা কোবৌ নোংখো কোযবা চংখিগুদা পাবি অতোনবা শামমা পাঙ্গল শোনবদি গুক ঐগা সনা ফম্বাল যাংখোংবু ৭ লক কোযদুনা নপল পম্বৌ ঐবু পুকমজদুনা নিংথৌ ফম্বালবু নাজখি। নপল এনসু পাবি অতোনবগা মতৌদা গুক্লদুনা গুক ঐবু শকখং গুম্বগীদমক পাখংবা মিংথোল পীদুনা নিংথৌ খুবম শিন্নবনি তাকপীখি। মবম আসনা পাবি অহল নহাক্লা শাওববু তৌদনা <u>মৈতৈ যুমথোং খুদিংগী নিংথৌবু ওইনবা</u> নপল গুক ঐনা শিন্নববনি, অদুগা পাবি যাইমবা নঙদি গুক ঐগী মিবেলগা অমঙনা হন্দোক হনজিন, তেথোক তেশিনফমনে হাযনা পাওতাক পীখি। মপল পম্বৌ গুকনা অতিয়া শিদবা হাযনা মিংথোল পীদুনা তাইবঙ অচৎ চত্তা পুন্নমক্কী থব্বায মহীবেন শিদববু ওইনা লৈহনখি। অদুগা মশানৌ ইবেম্মা লৈমবেল শিদবীবুনা নমু যুমথোং খুদিংগী অব্বাৎ অপা লৈহন্দনা অহোং অচাউ পীনদুনা, ঙাকপি শেনবীনবগীদমক, অব্বাংথংবা কাজাওদা লৈমবেল মাগী খুবম ওইনবা তাকপীখি। অসুম্না গুকনা মপাবিশিংগী মফমদা মাগী মাগী শিল্লম শিম্ম্বা পীদুনা লৈহনখিবা অসিমক্কী বাংলবা ব্বাংখল লোন্দি, মালেম তেঙ্গনানবদা

পোক্লবা মীওইবনা পল্লৌ ইপা অমসুং পলেম ইমা অনিদগী হেন্না থোইবা লাই অমা অমুক লৈত্রে হায়বসি ফোঙদোকপনি।

চীংঙু অশিবা সনামহী অসিগী মতিক মগুণ অসি মপালগী কবম্বা লাইশিংগা মান্নবগে হায়বসিগী মতাংদা অসুম্না অমুক ইবি ;

> চীংঙু মতিক অকবা খোইযুম অকববু য়াইফ মাঙদা থানা
> তানফংজবে তৌইগুম্বসুং চীংঙু নমান্নবা খোইযম লিতিন্নবদি
> কনানো পাওহঙজববু হোইদা চীংঙু ইহিশাং খোইযম ইমান্নবদি
> চীংঙু নোংপোক মহাদেব ভুটনাথ লাইনিংথৌ কাউবেল শন্দনবা
> তোংবা পানবা যেক্তেবা কৈবেন উমবি শরাই থৌবু শাদোং
> ওইবা টিম্নেন হুম্লাল লোঙবু খুৎশুনবা শল্লাং জতানুংদা গঙ্গা
> লাইজা যিপুবা মালেম বিভুৎ তৈবা অফিং চাকচানবা কক্ক
> চাকওইনবা লিক্লা উনকোর্যযিদা শান্দোংবা লাইযিংথৌবু চীংঙু
> এগা ঈবি লিতিন্নযে।

মতাং অসিদা ফোঙদোক্লিবা মকওইবা বাফমদি চীংঙু সনামহী অসিগা হিন্দুগী লাই মহাদেবগা মান্নে হায়বসিনি। মকওইবা মবম অমনা মতমদদা লাইবিক ইবা মতমদা নিংথৌগী অযাবা যাওদনা, নিংথৌনা পাম্নগী মাইযোক্তা লাইবিক অমত্তা ইবা য়ারমদে অদুনা লৈবাক অসিদা হিন্দু বৈষ্ণব ধর্ম্ম চৎখিবা মতমসিদা মৈতৈগী উমং লাইশিংগী মমিংবু হিন্দুগী লাইশিংগী মমিংদা ওল্লোক্নুনা থোনখি। লাইনিংথৌ সনামহী হায়বা মিংথোল অসিবু চীংঙু অশিবগী মলম্ভ্রা মিংথোল অমা ওইনা চৎনখি। উমংলাই নিপাশিংবু হিন্দুগী লাই মহাদেবগা পাংথক ওইনা মিংথোনখি অদুগা হিন্দুগী লাইবেম্বাশিং দুর্গা, কাল, পারবতী, সরস্বতী, লক্ষ্মী নাচিংবা অসিবুনা মৈতৈগী লাইবেম্মাশিংগী মমিং থোনখি। খুদম খবদং পল্লবদা লাইনিংথৌ সনামহীগী তাল্লোয চীংজবোইবীবু মমাংদা হিন্দুগী লাইবেম্বা উমাবতীগী মমিং হাপচিন্দুনা উমাসনা চীংজবোইবী হাযনা মিংথোনখি। খোইস্নাম লাইবেম্বীবু কালিমায হাযনা খঙনখি। হিযাংথাং লাইবেম্বীবু ক্যামাখ্যা লাইবেম্বী হাযনা মিংথোনখি। অসুমনা হিন্দুগী লিচং শাজৎপু লমদমসিদা পুশিন্দুনা চৎনখিবা মতমসিদা হিন্দুগী লাইশিংগা ঐখোয়গী হান্না লৈবম্বা উমং লাইশিংগা মমিং মথা ওল্লোক ওনশিন তৌদুনা ইযান য়ানশিন্নখি। মবম অসিনা ঈশ্বর (লাই) হাযবা পোৎশক অসিমদি জাতি খুদিংমক্কী ওইনা তোঙান তোঙানবা মাগী মাগী মবোলদা মিংথোনজববসু চপ মান্নমা অমত্তা ওইনা লৈ।

সনামহী লাইকল হাযবা লাইবিক অসিগী মমিং থোল্লিবা অসিগী মক ওইবা পান্দমদি থোইযম অশিবা লাইনিংথৌ সনামহীনা অমুক হন্না মৈদিংঙু খাগেম্বগী মচা ওইনা শাইওল্লক্লগা অপোং ইংখোলদা খুবম যাদুনা লৈববদা মৈদিংঙু গবিবনিবাজ সনা হাক্তকা মহাক্কী মুর্ত্তি চেংলৌ শকপাম্বোংবু থুগাযকবদগী অমুক হন্না শাবগা লাংখিবা অদুদা যুম্ফম ওইবগা লাইবিক অসিগী মমিংসু সনামহী লাইকল হাযনা খোনবনি। মৈদিংঙু খাগেম্বগী মপাবি চোযনৌ সনা রাপীহলনা চীংঙু অশিবা সনামহীগী লাংওন্দা অমুক হন্না খোঙদাবকখিবগী মতাংদা অসুন্না ইবি,

> অরাং ফাংলৌ লাইমা চে ম্নগা নোংদম শাইওনবনা লাইবেল
> মৈদিংঙুগী লাংবল থৌহা থৌশং যিবু লিকলা পিশিন যাইশম
> লাইশাযদা লান মাল্ল খুমলেন খোমজিনা যিবু মপল মৈতৈ
> লৈমা লাংকললো চপা ম শাপম্না ওইযল মেলো বা থর্মযদা
> ঈমু মচে খোম হোঙবু হৈনা মচা যান তাউতি মক পল্লব
> হাযদবনা

মতৌ অসুম মৈদিংঙু চক্কা মংশাওন্নীনা খোইজিনিলল লান্দুনা মিবাল্লনদা থাবুম ৭ শুবক যাদা নগম মবাং খণ্ডদনা লাইগী চেনা মাংখিবা অদুবু অসুন্না যোঙরু তনা শৈরগাব,

> ওইবড টা তশালনা এাচ যোঙবু নশালনৌ এগা হকচা
> পাউশঙ যিমলল নু লাদগান পিবুক থন্না লৈবনা অসিবু
> চাংঙু বনানা থেংতন, খইন মতৈহ কবম্নলো পুল্লাং চঙএ।
> যোহনু শমু হঙকশা পসিবু পবাং অ তংভাগুনযে খোমলেন
> মঙয গা ঈগুন্না এবু পেনানবএ। তবা চামযোলবু চাবসুং মাল্লং
> নুংশিং চংগুমলে। মেম তুংনফমদা চঙখিদে। লাইজা ইবিক
> লাইবু থকপনু । লুম ইহৌশাণী লাইজা ইতুংযমদা তাখিদে।
> চারোন খোইবু চেন্দদে হাযনা নুংনং য়িবৈ চম্ন লৈবিংঙদা
> মনোং নোংশিং শুদনা থাবুম ৭ শুবকপদা লোইদাম কালেন
> থাগী থাবা থানিন নো খা জা নুমিৎ অকনবণী কোনৌ নুমিৎ
> যুথাকপদা লংমাই চান্দা মাল্লং ফোঞ্চ ওইনা খমলোন নোংলৈ
> ওইখিবা অসিবু হে খোইযম নাংদম্বা কবম্বনো ওম্বোকয়ে।

> মপল লাইবেল মৈদিংঙুগী অব্রা পুক্লীং উববগী লাংহে কুমওল্লকপদা চীংঙু মতে হকপা খোইয়ম ঙমখৈ পান্দম নাইদবদি শানাওন অমবক পলেম শাৎমাবী নোংবাল্লোল অঙৌবা চনুগী পায়মা উনকোয়বেন যোয়মযাই লাইবেল তাউদনবা যারোনফম লোইদাম থাজা পাখংবদি য়াতাফম ইনু শিনযোম নুংদা চীংঙু থেৎতমলা উঙলৈ কাযদোঃ ফম্বী ওইববগী যোইবু হৈবাং মচা যান চীংঙু তাউজীং মক চঙনা তাউজীং পুংবুলেম হৈবাং মথোন তৈনা থোংলেন পাম্বে শেমলে হাযদববা।

ব্রাফম খবা অসিনা ফোঙদোক্লিবদি মৈদিংঙু খাগেম্বগী অব্রাবা নুংঙাইতবা উবদা চীংঙু খোইযম লাইগী নোংদমখোন্দগী অনৌবা মচা অমুক শাবিখি হাযবসিনি। চীংঙু মঙাল অবাবনা দোলায শঙ্গায ফম্বী পুন্নমকপু উনবি পুক্লিং শুম খাবী থিযাংথৌ অমাই শুমদোংলবিবু লাক্লিঙৈদা চীংঙু মদোম তাইবঙ ফাওবক্লে। হুংঙা মীকপ খোনবু না তাববদা লাইবেল মৈদিংঙুনা লিক্লাই ইপাবিবা ইমোম ব্রাঙমলোনবা পাউহংখোলগী যোইবু যোইহৈ পুন্নমকনা লিক্লাই নপাবি কংলা লাইরা পাবি তম্বনে হাযনা পাউখুম্লবদা মৈদিংঙু খাগেম্বদি পুক্লিং হবাউগোইনা মপাবি কংলা মেন ফমগদবা অদুবু ঢেকাশিন্না নাউযোক নাউকোল ভৌনবা মশানৌ লৈমা মংশাঙম্বীগী মনমদা পাওমেনখি। অসুম্না অঙাং নাবা অপিখক অদুনা নোংম নোংমগী চাওবক্লুনা চাওবা লেপফাবক্লবদা নোংমা কোবৌ অমদা চীংঙু খোইযম অশিবা লাইনিংথৌ সনামহীগী শাতওন্না পোকখিবা ওইবদগী নমু তাইবঙ মীবমলেন্দা লৈবা যাবক্লদুনা ইখং খঙহৌদনা তাইবঙ পানবু থাদোক্লম্লগা চীংঙু লাই ওইখি। লৈমা নিংথৌ অমদি কোনুংগী ফম্নাইবা অঙম অথৌশিংনা থব্রায শোক্লা নুংঙাইতনা পিবেম খকমা তানা মীকপ্লবদা অঙাং নাব্রানা অহল মতৌ মান্না পোক্লা পুমঙৌ ভৌববা হন্ন মাল্লে কাববা অমগী শক্তম লৌদুনা লাক্লগা অসুম্নবু হাযবখি।

> হে কোবৌ মীনোংথৌ তাউও লিক্লাই নপাবি সনা ব্রাপিহল অবাং ফাৎলৌ লাইমখোম্বগী নাব্রা মবাক মনুং ওনবা অনসুং লাইবেন মাঙদা থানা অনৌবা ব্রাবিজহৌগে। লাইবেল ইপা মৈতেংঙু নোংথৌবেল শেম্বী খাগেম্ববু শঙশঙ খঙলও। লিক্লাই নপাবি ঐদি অবাং ফাৎলৌ লাইমাখোম্না যোইবু সনামহী

> কৌবা তাইবঙ লোন্দিন্নবা লাইদি ঐনে কাইদোং ইফম যাম্বগী পলেম ইমা কোবৌ নোংখিল চাযবীদা হৈবাং ইচা যান্না তাউজিং ইক পন্না থেং তন্নবগীনে তাউও। ইপল মৈতৈ লৈমাও নবিঙানা নপাবী ঐগী চেংলৌ উহৌদ্রে হাযনা অন্না পুক্লিং চঙনা মীকপ্পবু কপ্পনো। অসি হাযক হাযদুনা নদাইবেম ঐবু অসুম থৌশিবকপদগী লাকপনে।

অসুম্না চীংঙু লাইগী লাইপা ওবু তাববদা লৈমা নিংথৌনা অখেনপোৎ কত্তুনা খোইয়ম লাইবু খুকমদুনা লৈবিঁঙৈদা চীংঙু অশিবা লাইনিংথৌ সনামহীনা লাক্কুনা মপল পম্ভৌগী ফৈবা তান্দা ফমদুনা পুক্লিং পেন্না উহল্লম্লগা খোইযম মওং খঙহন্দনা কোবৌ শিফা ওইখিযে। মতুংদা মৈদিংঙু খাগেম্বনা চীংঙু অশিবা লাইনিংথৌ সনামহীগী মুর্ত্তিবু কোল্লু হৈদুনা শাবগা ব্রাঙ্গোয মকাইফমদা লাক্কুন্না থমখি। মতাং অসি সনামহী লাইহুই কৌবা লাইবিত্তদি লৈশাং গোমা মাইচৌগী মফমদা মমওদা লাক্কুনা হাযবৈ হাযনা ইবি। মৈদিংঙু খাগেন্বনা (১৫৯৭-১৬৫২) থুপখ্রবা তুংদা মজাইবুংগ্রো খুঞ্জাওবনা নিংথৌ ওইখি। খুঞ্জাওবগী মথংদা মৈদিংঙু পাইখোম্বনা (১৬৬৬ ১৬৯৭) নিংথৌ ওইববদা মাবাম চীংদা লোইপোৎ থৌবা চৎপদা যাইবী থবায মাংখি।মতুংদা মঙাইবু ঙো তুবি চবাইবোংবনা (১৬৯৭-১৭০৯) লৈবাক অসিদা নিংথৌ ওইখিবা মতমদা হিন্দু বৈষ্ণব ধৰ্ম্মবু পামজদুনা লমদমসিদা চৎহনগে হাযনা হোৎনবকপদা মতম শাংনা লৈবমদনা নোঙ্গাখি।

মৈদিংঙু তুবি চবাইবোংবগী মতুংদা মপাব মৈদিংঙু পামহৈবা গবিবনৱাজনা (১৭০৯-১৭৪৮) লৈবাক অসিগী নিংথৌ ওইদুনা পানখি। মতম অসিদা শান্তিদাস কৌবা বামান্দি ধৰ্ম্ম শন্দোকপা মহাশয অমা খৃষ্ট কুম ১৭১৬ তা মণিপুবদা লাকখি। মহাক অসি শ্রীহট্ট জিলাগী নবসিংহ টিল্লাদা লৈবম্লনি। ভগবানদাস নাবাযণদাস কৌবা মনাই অনিগা লোযননা মহাক্না নোংপোক পাংনা লাক্কুনা ঙাপ্রুম চীংজেন ফাওদুনা লাক্লগা মণিপুবদা চঙলকখি।মণিপুব যৌবক্লবদা শান্তিদাস মহন্ত অসি নিংথৌ শেনবা যাবেকশঙদা লৈখি। মৈদিংঙু পামহৈবগী মমিং অসি গোপালসিংহসু কৌই। গবিবনিৱাজ মহাবাজনা শাগৈ শলাই তবেৎকী মীগা যাওনা হিন্দুগী বর্ণ মবিগী মবক্তগী ক্ষেত্রি বর্ণগী লমচৎ অশেংবা চৎনবা লাক্লখি। লৈবাক অসিদা গবিবনিৱাজ মহাবাজনা শান্তিদাসনা লাকত্রিঙৈগী মমাংদা ব্রাহ্মণ গঙ্গাধব কৌবা অমদগী

সাক্ষ্য ধর্ম্ম লৌখি। শান্তিদাসনা গবিবনিৱাজ মহাৰাজগা উন্নববদা অমুক বামান্দি ধর্ম্মদা অমুক লাইনিং লৌখি অদুগা লৈবাক মীযামসু যানিংদা য়ানিংদনা নিংথৌগী অকনবা য়াথংদগী বামান্দি ধর্ম্ম লৌদুনা চৎখি। মতম খবগী মতুংদা গবিবনিৱাজ মহবাজনা শান্তিদাস গোসাইনা হায়বা পুন্নমক লোযনা ইনখিবদগী মৈতৈ লৈবাক অসি অচৌবা অহোংবা ফিভম অমদা লাকখি। মৈতৈ লৈবাক্না মতম কুইনদগী লাৎলক্লবা উমং লাই অমসুং মৈতৈগী লাইফম অযাম্বা মাংহন্দুনা খুবম যাবন্না অদুসু তোকখি। ইং ১৭২৩ গী লাংবন থাদা মৈতৈগী উমং লাইগী লাইশঙ মখৈ শীদোকখিবা মতাংবু চৈথাবোল কুম্বাবদা অসুন্না ইবি ;

> ৱামনবা মেবাগী কুম শক ১৬৪৫ লাংবন থাদি লৈপাকপোকপনা হল্লে। উমং লাই ৯ মাগী শঙ্গাইসু লম্মাবী অনি মাগী শঙ্গাইসু লাই যাগনুসে শিদোকএ। হিযাংগৈ থাদি থাংজনা হলএ। থানিল নোং ইবাইদা লাইনিংথৌ নোংশাবা যিমথৈলাই, পাম্থোইবী, তাইবঙ খাইবা ৪ মাদা বামোন ঈবাৎপা চঙহল্লে। কুমশক ১৬৪৮ শজিবু থাদি য়ুমশকৈশনা হনএ। থানিন নোং লৈপাকপোকপদা থা শানা ফংএ। কৃষ্ণসু, কালিকাসু পুথ্রী মপান্দা থমএ। ইঙা থাদি ঈবাইনা হনএ। উমংলাই ৯ না মোংবা হনবদা তিলহলএ। ইঙেন থাদি লংমাইচিংনা হলএ। ২৩ নি নিংথৌকাবদা লাইযিংথৌ পাম্থোইবী, লাইৱা হাযবা লম্মাপি ২ মা সোবাবেন হোইদোন পোকপী ৭ মা থুগাযএ। শক ১৬৫১ ইঙা থাদি থাঙজনা হনএ। ১৬ নি লংমাইচিংদা স্না কেথেলদা যুংবা নুংবু হনুমানগী মূর্ত্তি শানবা মোংবা হনবা তান্না চিংশিনএ। মোংবা হনবা উমংদি কোন্নুংকি মখা থংনা লৈএ।

মৈতৈ লৈবাক্কী উমংলাই মখৈ খোমগত্তুনা মোংবা হনবা উমং হাযবদি মহাবলী উমংগী হৈবোং শিদবগী মখোঙদা ঙমনা ফুমজিনখি। মৈতৈনা হান্না নীংলম্বা লাইশিং অসি নীংলবোইসি হাযদুনা লৈবাক অসিগী কাচিন কোযা কযাদা লৈবা উমং লাইগী কোমায় অমদি কোল্লু মখৈ পুখত্তুনা মহাবলীগী হৈবোং মখোঙ অদুদা কোম তৌদুনা যজ্ঞ তৌবগা ফুমজিনখি। অসুন্না লৈবাক অসিদা শান্তিদাস গোসাইনা মৈতৈ মযেক্না ইবা লাইবিক অমসুং পাখংবগী পাফল উবদা মহাবাজ গবিবনিৱাজদা লাইবিক অসিদি মীগী লাইবিক নত্তে লাইগী মযেক্লে, তাইবঙ পানবদা য়াম্না থুপ্না লৈবা

লাইবিক্লে যাম্না অরুবনে অদুনা মৈদা থাদোকলো হাযবদা গবিবনিৱাজ মহাবাজদা মবুধৌ খোংনাং থাবা মাযচৌনা মৈতৈ লৈবাক্কী তুংগী লন ওইগদৌবিবা লাইবিকশিংবু মৈদা ঙমনা থাদোক্লো হাযবসি যাম্না তৌহৈদবা বানি হাযববু গবিবনিবাজ মহাবাজনা খোংনাং থাবনা হাযবদু তাদনা শান্তিদাস গোসাইগী মৱা লৌদুনা মৈতৈগী লাইবিক মৈ থাখিবা অদুবু চৈথাবোল কুম্বাবদা ইংশোক ১৭৩২ মেবা থাগী ১৭ নি লংমাইচিংদা মৈতৈ লাইবিক মাংহনখি হাযনা ইবি। লাইবিক মৈ থাখিবা অসি চাউবাক্না ১২০ নি হাযনা মিযাৎ কৌবা লাইবিক্তা ইবমই। লাইবিক মৈ থাখিবা অসিমক্না চহীচা ১৮ গী অহানবা তংখাই অসি মণিপুবী সাহিত্যগী ওন্থোক্না লাইবক থীবা অমসুং অৱাবা মতম অমা ওইখি। অসুম্না লাইবিক পুম্নমক খোমগত্তুনা মৈ থাগ্রবসু মৈতৈ ঐখোযগী ইপা ইপুশিংনা মতমদুদা নিংথৌগী মাংদা লাইবিক মমা পুখৎলবসু অতোপ্পা অমদি মখোযনা শিন্দোক্তুনা পাযশিনহৌবদগী লাইবিক পুম্নমক মৈদা থাগ্রবসু পাযশিন্দুনা লোৎশিন্দুনা থমহৌবদগী মৈ থাবদা যাওগ্রে হাযবিবা লাইবিকশিং অদুবু মাঙদনা ঙসি যাওবা যংাল। মথম অনিনা সনামহী লাইকলদা থৌদোক অসিবু শম্লপ্পা পল্লদুনা ইবম্লদগীসু মৈতৈ লাইবক মৈ থাখিবা অদুবু নীংশিংহল্লি।

মৈতৈগী হান্নদগী লৈবক্লবা যেক ৭ শলাই মাপল হাযবদি অঙোম, নিংথৌজা, খুমন, লুবাং, মোইবাং, সবাং লৈশাং, খাবা ঙানবা শলাইশ অসিবু হিন্দুগী গোত্রদা মমিং ওন্থোক্তুনা থোনখিবা মতাংবু সনামহী লাইকলদা অসুম্না ইবি,

> শান্তিদাস মহন্ত বৈবাগ্য অখোইবনা শাগে সলাই ৭ মাগী যেকহৌ মবা হংনা পাওমেল্লকএ। লাইবেল মৈতৈংভু ৱাংঙম লৈকোয ফম্বদা শাণ্ডিল গোত্র অথোইববু থৌজাল খুৎশিন্নবে। নোংবাল অঙৌবা কোবৌ নোংনিংথৌ শুদা কৌশিক মুনিবেলবু হুইবিবে। মযিম থাংযি চেংলৈবমদা (সবাং লৈশাং খাবা ঙানবা) ভবদ্বাজ মুনিবেনবু পিনবে। নুংবান লুৱাং মনিয়াইবদা কাশ্যপ মুনিবেনবু ওইহল্লে। মযিম নোংযাইখুমন্দা মধুগল্য মুনিবেনবু লনখাযবে। মোইবাং তানা তাবদা অত্রয মুনিবেনবু পিনিয়ে। মযিম ফাম্ভেক মনিন নাইবদা গৌতম মহামুনিবেনবু গোত্র খুৎশিন্নবে।

মতৌ অসুম তৌদুনা মৈতৈগী যেক শলাইশিংবু হিন্দুগী মুনিশিং অসিগী মমিংদা ওষ্লোক্লগা হান্নগী চৎনবম্বা মিংথোল পুম্নমক মৈদিংঙু পার্মহৈবা হাক্তক্তা হোংদোক্লুনা লমদম অসিদা চৎনবা হৌখি। অসিদসু নত্তনা মৈতৈগী তৎন থানবা যাদনা লোইদাম থাবুম খুদিংমক্তা পাংথোক্লম্বা হবাউ কুম্মৈ. লাইনিং লাইশোন, ইবাৎ থৌনি অমসুং যুমশেং নাহাইবা, অঙাং চউম্বা, নাহুৎ নাবেং তম্বা, পুন্সি ফমলেন তানবা, মথৌ যাংগেলবা কুমওন যাংগেলবা (ফিবোয) অসিনচিংবা থৌবমশিং অসিদা হান্নগী মওংদা হিন্দুগী চৎনবী হৌখি। মৈতৈগী পোকপা শিবগী থৌবমদা মকুওইনা সোবাৎ শোনবগী থৌবম অসি হান্নদগী শেমদোক্লুনা সংকীর্ত্তণগা লোযননা পুং ঝান, করতাল শিজিন্নদুনা হবিসংকীর্ত্তণ তৌদুনা গৌবাঙ্গা মহাপ্রভুগী মিংলেনবু শোন্দুনা রাধা কৃষ্ণগী মতীক মগুণবু শৈথাদুনা শকপা শোনবা চৎনখি। মতমদুদা পাঙথোক্লম্বা সংকীর্ত্তণগী মশক অদুবু ধপ, নত্রগা বংদেশ পালা হায়না কৌই। মতমদুদা পাঙথোকপা ইবাৎ থৌনি, লাইশোল তীনশোনগী থৌবমশিংদা বেদ শাস্ত্রগী লাইশোল তীনশোন্না মহুৎ শিন্দুনা শিজিন্নবমই। রাম সীতাগী মতীক মগুণবু শৈথাবা লাইবিক কয়ামকম মৈতৈলোন্দা ইথোক্লুনা লমদম অসিদা চৎনখি। বাংখৈ নিংথেম পুত্রী মপান্দা রামজী প্রভুগী মন্দিব শাদুনা রাম সীতাগী মুর্ত্তি থম্লগা লাৎখি। অসিদসু নত্তনা মৈতৈগী হবাও কুম্মৈশিংগী মমিং অমসুং থাবান নুমিৎ নচিংবা কয়া অমসু মীবোন্দা ওষ্লোক্লুনা থোনখিবা অদুবু সনামহী লাইকলদা অসুম্না ইবি।

তুবি পায়মা লিন্দাং শাংবনা উর্নবি পুক্লিং চেৎনা নিঙলুববগী পোইবৈ ঐগী খল্লাংবা ঝাবী ইবেং পুবমচৎ অবিবা লোইদাম থাবুম খুদিংগী কুম্মৈ ইবমচৎ হৌনা ঙম্বা অসিবু হিন্দু কুম্মৈ থৌনা শিল্লগে হায়না নিঙখল্লবগী গুরু স্বামীজি লাই ওইনবগী সনা মযাথংবু লোইদাম হিযাঙ্গৈ থাগী কুম্মৈ মহুৎশিনবদি জল যাত্রা ঝাকয়ৈ হিতোংবা তাউজিং হৈক্রু পবেং লিকপু শিনা তোংচেং হিওন চৎপদা কুম্মৈ মহুৎশিন্না নুংঙায়বে। লোইদাম ঝাকচীং থাগী ঝায়বা তেনকাপ মহুৎ শিনবদি চীংঙু রামজি প্রভু মপুবেন্নচিংবনা খোইযম লাই পুম্নমাবু সনা কৈথেল লেন্দা কীর্ত্তন মনিন নাইনা য়াকা পাওদোর্যনেযে। লোইদাম লমদা থাগী পোইবৈ অপক মানা লোইপান কুম্মৈ শান্নেযে।

> লোইদাম শজিবু থাগী কোংবা লৈথোং ফাৎপদি বিষুব সংক্রান্তিনা লেংশিন্নেয়ে। অসুম্না ইঙেন থাগী অহোং খোংচিংববুনা বথ যাত্রা কাংচিংয়ে। লাংবন থাগী অপোকপা খুরম্ববু তর্পন লাইদা কৎপনা মহুৎ শিন্নেএ। মেরা থাদা চীংঙু লাইবেম্মা পাম্বোইবীগী ইবাৎ থৌবম্মু মহুৎ শিন্না দুর্গা পূজা লিংখত্তুনা উক্কায় কাপ্পগী থৌবম্ম কাক তানবা থৌবম পাঙথোকএ। কুমগী অবি অনৌ মহুৎ শিন্নবগী চনৌ তংববু গোবর্দ্ধন পূজানা মহুৎ শিন্নেএ। লমদা থাগী চীঙ্গোয় তুবেলদা চত্তুনা লাইজা ঈপাল লাংলগা চীংঙু নোংপোক নিংথৌ, পাখংবগী খুবম সেল্লোই লংমাইচীংদা কাদুনা পুকমজবগী থৌরম অয়াং ঈবেল ঈকপ্পবু মহাদেব খুরম্বা থৌবমনা মহুৎ শিন্না বাকণী হায়না মিংহোংখি।

অসুম তৌদুনা লৈবাক অসিদা হিন্দুগী গৌবিয়া বৈষ্ণব ধর্ম্ম লৌদুনা চৎখিবা মতম অসিদা লৈবাক অসিগী চৎনবী যুমলৈ কৈবৈ, চাকচা যুথক, থৌগললোন ব্যবহার থকশি খাশি, হৌনা লোনচৎ কয়া অসিগী লমদসু অনৌবা লম্বী অমদা হোংদোক্তুনা চৎনবা হৌখি। লৈমা, নিংথৌগী মহুত্তা মহারাণী, অমসুং মহারাজ হায়না কৌখিবসু মৈদিংঙু পামহৈবগী সনা হাক্তক অসিদগী হৌখি। নিংথৌগী মপাবিবু যুবরাজ, মথং খনববুনা মন্ত্রি হায়না কৌখি। অসুম্না লমদম অসিদা হিন্দু গৌবিয়া বৈষ্ণব ধর্ম্মনা মপাল ফনা নোংমা নোংমগী চাউখৎলকখিবা মতম অসিদা মৈতৈ যুমথোং খুদিংদা শা চাবা, য়ু থোংবা, ওক-য়েন ঙানু খুনু গুই লোয়বা কয়া অসিবু মাংই হায়দুনা নিংথৌগী অকনবা যাথংনা তোকহনখি। মৈদিংঙু গরিবনিবাজনা পানখিবা মতম অসিদা লমদম অসিদা অমাং অতা খবদি থোকখি অদুবু মতাক্কী রাখলদা লৈবাক অসিগী হান্নগী লৈবম্বা সমাজগী ফিভম অদুবু শেমদোক্তুনা অনৌবা অহোংবা সমাজ অমা শেমগৎকে খনখিবা রাখল অদুবুদি খক হোঙলুদনা মমা মপা মচিন মনাউ মচে-মচন, মপু মবেন অমসুং মথক থোংবা অহল লম্মন লাই গুরুশিংগী মফমদা চৎকদবা থৌগল্লোন ব্যবহার থকসি খাশি খিবিক অসিগী লমদা অনৌবা নিতি নিয়ম শেমদোক্তুনা লৈবাক মীয়ামনা চৎনবা হৌখি। মৈদিংঙু অসিগী হাক্তক্তা লৈবাক অসিগী মমিং মণিপুর হায়না হোংদোকখি। মুরাপাল্লি কৌবম্বা লৈবাক অসি লিববা

লম অমনি। লৈবাক অসিদা লৈবা মীশিংনা লম অসিবু মমাংঙৈদা তোঙান তোঙানবা চক্তা (যুগ) অতোপ অতোপ্পা মমিং কযামকম থোল্লম্লগী ব্রা অবিবা লাইবিকশিংদা ইবম্লদগী খঙবদি শাকোক লমলেন্দা লৈবাক অসিবু মযায কোইবেন নমথক শাবোনপুং হাযনসু কৌবমই। মসিনা যাম্না ঙল্লিঙৈগী ব্রানি। হযিচক্তা (সত্য যুগ) লৈবাক অসিগী মমিং তিল্লিকোকতোন অহনবা কৌবমই। খুনুংচক্তা (ত্রেতা যুগ) মীবা পোংথোক্লম কৌবমই। লাংবা চক্তা (দ্বাপুব যুগ) হান্না শেম্বা কোন্না লোনবা নত্রগা তিল্লি কোকতোন লৈকোযবেল কৌবমই। কোন্না চক্তা (কলি যুগ) মুবাপাল্লি নত্রগা চকপা লাংবা হাযনসু কৌবমই। পোইবৈতোন্না লমদম অসিদা খুন থোক্লকখিবা মতম অদুদা পোইবৈ মৈতৈ মৈত্রবাক হাযনসু কৌবমই। মতুংদা চহীচা তবানিপালদা মৈদিংঙু পামহৈবা (গরিবনবাজ) গী সনা হাক্তক্তা মণিপুব হাযনা থোনখিবা অদবু শদিং শাকোক অমসুং সনামহী লাইকলদা অসুম্না ইবি।

> নুংঙোযবাগী মনাক তাই পাংথোংগী মবক অদুদা যাই মণি কৌবা অমা লৈ। মাণ অদু লৈ হাযবগী লম অসিবু মণিপুব কৌবনি। অদুগা সনামহী লাইকলদনা অসুম্না ইবি।
>
> সকুং মগায কোযবেন অহোবনসুং মালেম লৈবোল ফাওবে অসুম হাযনা পাওখুম্না অসিবু কোলোয অবাযবা ব্রাঙম অম্বেবু নত্তে। লৈবাক মমিং থোংদা মণিপুব লৈমযোল হাযনা নিংথোলসে। মতৌ কবম কৌশিক্লবনো পাউহংলবদি লহাল নোং অৰ্জ্জুন মপাবী বব্রুবাহন লাংচেং মথোক্লকপনা পন্থৌ লাইকল বাগী মিবাই অমনা তৌঙমদবা পোঙলাই অমনা চংঙমদববু পাতান লৈবোল চঙনা আনন্ত তোকলেন লিশিং পানবগী মনি যাইবংচানবু পুথোক্লবা অদুনে পাউখুমসে।

ব্রাফম খবা অসিদগী তুশেংনা খঙবদি মতমদুদা নিংথৌ গরিবনিবাজগা শান্তিদাসকা অনি খন্নদুনা মণিপুব হাযবা মমিং অসি থোল্লসি লেপ্পববদা কবি কৌবদগী থোনখিবনো হাযববদি অৰ্জ্জুনগী মপাবী বব্রুবাহন্না মপা ইবুংঙো অৰ্জ্জুনবু লান্দা মাযথীবা পীদুনা শিববদা মমৈথংদা মহাকপু হেক পোকপা মগানি হাযবা খঙলকপদগী পাতান্দা চত্তুনা লিল মযামগা লান শোক্লদুনা লিলশিংবু হাৎলবা মতুংদা য়াই মুন্দুনা পুবক্লগা অৰ্জ্জুনগী থব্রাযবু অমুক হিংগৎলকখিবা যাই অদুগী মমিং লৌদুনা লৈবাক অসিগী

মমিংবু মণিপুর হায়না থোনবনি হায়বসি অসিনি। লৈবাক অসিদা অর্জ্জুন অমসুং বব্রুবাহন্না নিংথৌ ওইদুনা পানখিবগী রাবীদা য়ুম্ফম ওইবা অরিবা বেকোর্দ অমসুং লাইবিক লৈতে। অদুগীসু মথক্তা লৈবাক অসিদা পানখিবা নিংথৌশিংগী মনুংদা অর্জ্জুন অমসুং বব্রুবাহন কৌবসু অমত্তা যাওখিদে। মবম অসিনা লৈবাক অসিগী লৈশেমলোন অমদি ইতিহাসকী রাবীবু চমমনহনবা অমা থোকহল্লি। অঙনবা মতমদা ইবম্বা লাইবিকশিংদা হিন্দুগী লাই মহাদেব অমসুং দুর্গা অনিগী মবমদা ইবম্বা লাইবিক অমত্তা লৈতে কাযনথংদা চহীচা ১৮ দা হিন্দু বৈষ্ণব ধর্ম্মনা লমদমসিগী লাইনিং লাইশোন ওইনা চংখিবা মতমসিদা হিন্দুগী লাই তীনশিংগী রাবীবু লমদম অসিগী লাই ওইনা লৌনখি।লৈবাক অসিগী মমিং মুরাপাল্লি কৌবম্বদগী মণিপুর হাযনা কৌখিবদি মোংবা হনবা উযোক কোন্দবু মুরাপাল্লি মবমখৈনে হাযবগী মহাবলি মশক শেম্না যোংমু লাল্লুপ কাহল্লে হাযনা সনামহী লাইকলদা ইবি। মবম অসিনা মৈতৈ পোইবৈ হাযনা পোইবৈতোন্না লৈবাক অসিদা খুনথোক্লকখিবা মতমদগী থোনখি হাযবাসি সৌবোন যাইবেনবী কৌবা অরিবা পুযা লাইবিক্তা ইবি।

মণিপুরগী ওমখৈ অসি চহীচা ১৮ দগীনা ১৯ শুবা চহীচা ফাওবদা কদায ফাওবা ওইবম্বগে হাযবসি পুথোকপদা খবা বানা থোকই। মতম অসিদা শা লান তোযনা ত্রৌদুনা হৌজ হৌজ কযাবক ওরাগা মণিপুরগা লান শোক্লদুনা লান কাযবদগী ঐখোযনা মণিপুরগী ওমখৈ অসি চপ চানা পুথোকপা ওমদবনি। অদুবু মনুং অমসুং মপান্দগী লাকখিবা মী কয়ানা ইবম্বা লাইবিকশিং অমদি যেক্লম্বা মেপ্তগী খঙবদি মণিপুরগী লম অসি হৌজিক্কী মতমদা মেপ্তা চাঁববা অসিদগী যাম্না হেন্না পাক চাউবম্মী হাযবসিমদি খঙবা ওমই। বৃটিশনা মণিপুর লৌদ্রিঙৈদা মণিপুরগী লম অসি কদায ফাওবা শন্দোক্লম্বগে হাযবদু যেংলুবা তাববদি কেপ্তেন পেম্বরতন্না ইংশোক ১৮৩৫ দা ফোঙবা "ইষ্টন ফ্রন্টিযাব অফ বৃটিশ ইণ্ডিযাদা" মণিপুরগী লম অসিদি নোংপোক্তা নিংথি তুবেন্দগী নোংপোকলোমদা নুমিৎ হুমনি মবিনি চৎপগী লম ফাওবা শন্দোক্লমই অদুগা নোংচুপ্তনা কাছাব তম্পাক ফাওবনি হাযনা ইবি। নিংথৌবোল লম্বুবদা যেংলুবা তাববদি মৈদিংঙু চলাম্বগী (খৃষ্ট: ১৫৪৫-১৫৬২) মজা ইবুংঙো মুংযাম্বনা নিংথৌ ওইখিবা মতমসিদা নোংপোক মাযইগেদা লান চৎপদা মুংকোং (মুংখোং) মুংয়াং ওমই হায়দুনা মমৈথংদা

নিংথৌ অসিগী মমিংবু মুংযাংবা কৌখি। মুংখোং মুংযাং অসি নিংথি তুবেলদগী নুমিৎ হুমনি মবিনিগী লম্বেল চৎলগা ঔৱাদা লৈবা লমনি। লৈবাক অসিগী অৱাংলোমদা কদায় যৌনা শন্দোক্লম্বগে হাযবসি আলেকজেন্দৱ মেকেঞ্জিনা ইবা নোর্থ ইষ্ট ফ্রন্টিযাব ওফ বেঙ্গলদা ইংশোক ১৮৩৫ দা আসামগা মণিপুবগা লম অনি অসিগী লমগী ঙমখৈদি দোযেংদা ধনশিবি তুবেলগা অনীগী মবক্তা লৈবা উমং অদুনা আসামগা মণিপুবগা অনিগী তাযনবা ঙমখৈ লেপ্লখি। অসুম্না চহীচা ১৮ গী অদুৱাই ফাওবদি মণিপুবগী লম যামদ্রবদা ব্রহ্মপুত্র খোঙবান ফাওবদি লৈবম্বা তাই। ইং ১৮৩১ দা বৃটিশ অমসুং মণিপুবগী নিংথৌ গম্ভীব সিংহগা মরুপ ওইখিবা মতমসিদা বৃটিশনা ঔবাগী লান ঙাকপদা হেন্না খুদোং চানবা সদিযাগী লম অসিবু মৈতৈ নিংথৌ গম্ভীব সিংহদা পীথোক্লসি হাযনা খন্নখিবা অদুবু নোর্থ ইষ্ট ফ্রন্টিযাব ওফ বেঙ্গলদা ইবি। চহীচা ১০ গী অদুৱাইদসু মণিপুবগী নিংথৌগা বেঙ্গলগী সেন শাগৈগী নিংথৌ বল্লান সেনগা লান শোক্লখিবগী বা বল্লান চবিত্তা ইবি। মবম অসিনা মতম অসিৱাযদসু মণিপুব অসি যান্না খুৎকন পাঙ্গলবা লৈবাক অমা ওইনা পাল্লমই হাযবসি তাকলি।

মমাংঙৈগী মতমদা লৈবাক অসিবু যুমলোন কৈবোন্নবা লৈবাকশিংনা তোঙান তোঙানবা মমিং কযামকম কৌদুনা খঙনবমই। বর্ম্মিজশিংনা কথে, কাছাবি অমসুং গ্খেলশিংনা মোগলি, আসামিজশিংনা মেখলি, বঙ্গাল কাংবুনা মোগলু, শান নত্রগা মৈতৈনা পোং হাযনা খঙনবা কাংলুপশিংনা কসে হাযনা কৌবমই। বনেলগী মেমোবি অমসুং মতম অদুগী ভাবতকী মেপ্তা মেক্লি হাযনা ইবমই। তোলেমীগী জিযোগ্রাফিদা মণিপুব অসিবু লিটল সিযোপোলোমেন হাযনা ইবি। মৈদিংঙু চিংথংখোম্বা (১৭৬৩-১৭৯৮) সনা হাক্তক্তা বৃটিশকা সন্ধি তৌনখিবা মতম অদু ফাওবদসু লৈবাক অসিগী মমিং মণিপুব হাযবসি ইবগী মহুত্তা মেক্লি হাযনা ইবমই। অসুম্না এ. এফ. এম. আবদুল আলিনা ইদিত তৌদুনা ইবা নোটস ওন আবলি হিস্তোবি ওফ মণিপুব কৌবা লাইবিক্তা ব্রহ্মাপুত্র তুবেলগী খোঙবান্দা লৈবিনা সনাগী খনি অদুবু মেক্লি লৈবাকীনি হাযনা ইবি। মবম অসিনা মণিপুবগী পাক চাউবা অসি ব্রহ্মাপুত্র তুবেলগী তোর্ব্বান ফাওবা শন্দোক্লমই হাযবসি তাকলি। মভৌ অসুম তৌদুনা ইতিহাসকী তাঙ্কক কযাদা লৈবাক অসিদা অহোংবা অওনবা কযামকম লাকখি, অদুগা মমিংসু তোঙান তোঙান্না কৌবমই

হায়বসি খণ্ডবা ঙমই। লৈবাক অসিদা অহানবা চহীচাদা নিংথৌ ওইখিবা মৈদিংঙু নোংদা লাইবেল পাখংবগী মতমদগী যেক শলাই খাযদুনা মাগী মাগী শলাইশিংগী লম খাযদোক্লদুনা চাদা নাওদা শন্দোক্লুনা যুমলিং খুল্লিংদুনা পানবা হৌখি। নোংদা লাইবেল পাখংবনা নিংথৌজা শলাইগী লুচিংবা নিংথৌ ওইদুনা খুবাই ব্রাংখৈ, খ্বাই, যাইস্কুল, পানা মবিগী লুচিংবা ওইদুনা লৈবাক ঙাকখি। অদুগা খুমন, লুৱাং, মোইবাং, অঙোম, খাবা, ঙানবা, শাবাং, লৈশাং হায়বিবা শলাইশিং অসিগী মাগী মাগী লুচিংবা নিংথৌশিংনা লৈবাক ব্রাযেন চথদুনা লমদমসিদা পানখিবমই। অসুম্না মাগী মাগী লৈবাক বাযেল চথবন্বদগী কাযনথংদদি যেক ৭ শলাই মাপলগী লুচিংবা নিংথৌশিংনা লৈখা তাবক্লুনা চহীচা ১৫ অসিবাইদগীদি নিংথৌজা শলাইগী মখাদা লোযনা পুনশিন্দুনা শলাইশিংগী মনিং মখা তন্না লৈবাক বাযেন চথবস্বা অদু মাংখি। অসুম তৌদুনা ফিভম অমসুং তাঞ্জানা যাবক্তবদগী তপ্না তপ্না শলাইশিংগী নিংখা তন্নম্বা মাঙশিল্লকখিবা মতমসিদা ঈ মবি তিন্নবকপা মশেল হান্না তিন্নবা যাবমদবা অদু মান্নবা যেকশিংদা তীনশিনখিবদগী হান্না লৈবম্বা মখোযগী শক্তমশিংসু মাংখি। থাঙ্গা কম্বোং কৌবা কাংলুপ অমসু লৈবমই, মসিনা ঙানবা শলাইদা তীনশিনখি। লেবা খোংনাং কৌবা কাংলুপ অমসু লৈবমই, মখোযনা অঙোম যেক্তা তীনশিনখি। হৈবেম খুঞ্জান কৌবা কাংলুপ অমসু লৈবমই। মদুনা লুৱাং অমসুং খুমন শলাইদা তীনশিনখি। মঙাং শলাইনা নিংথৌজা অমসুং অঙোম শলাইদা তীনশিনখি। নিংথৌজাগা অঙোমগা মচিন মনাউনি। লুৱাংগা খুমনগা মচিন মনাউনি। খাবা, ঙানবা, শবাং লৈশাং মবি অসিসু মচিন মনাউনি। মবম অসিনা মখোয অসি শাইকক তীন্নবা কৌই। যেক মান্নবা মশেল লৌনবা যাদে। শলাইশিং অসিনা নিংথৌজা শলাইগী মখাদা তীনশিন্দ্রিঙৈদা মখোয মখোযনা পাল্লম্বা মফমশিংদি মঙাং শলাইনা ব্রাংগোল, ওকশঙ, থিংবা অসিগী মপু ওইদুনা পাল্লমই। নিংথৌজা শলাইনা কংলৈ লমহন্দা হাযবদি খুবাই, ব্রাংখৈ, খ্বাই, যাইস্কুল অসিগী মপু ওইদুনা পাল্লমই। অঙোম শলাইনা কোংবা ঈ মরুদা লৈবম্বদগী কুমথবক্তুনা কংলৈদা নিংথৌজাগা পুন্না লৈমিন্নখি। মযাম্বা অঙোমগী কাংবুবু মনাউ নোংদা লাইবেল পাখংবনা তাম্বোকপদগী চেনখিদুনা কোম্বা অহল্লুপ্তা চেন্দুনা লৈকববা তুংদা মচেৎ অমদি নোংমাইজিং চীংথক্তা কাদুনা লৈখি। মথংদা অমুক কৌথদুনা পুন্না অঙোম লৈকাইদা লৈহনখি। খুমন শলাইনা কাংপোকপীদা লৈবম্বদগী

কোংবৈঙ্গদা হোংলকখি। অদুদগী মতুংদা থৌবাল যাইবিপোক অমদি মযাং ইম্ফালদা লৈখি। খুমন শলাইগী কাংলুপ অমদি কংলৈপুং মযোম্দা কাবক্লুনা ৱাংখৈদা লৈখি। মোইবাং শলাইনা মোইবাংগী চাউখ্রিপুংদা অহানবদা তাবমই, তুংদা থংজীং চীংদা কাদুনা লৈকবগা অমুক কুম্লক্লুনা মোইবাংদা লৈখি। শবাং লৈশাংথেমনা (থাংহুৎৱাদা) তাম্বোং লৈমখোংদা মতম খবা লৈবম্লগা তাকনাখাদা লৈকবগা অমুক হোংলক্লুনা নম্বুল মপাল লৈশাং হিন্দেম্দা তাখিবদগী অমুক চাযথোকখিদুনা থৌবাল, ৱাঙ্গোযনচিংবা মফমশিংদা চাইনা চাইনা তাখি। লুবাং শলাইনা লাংশংবমদগী কেক্রুপাত্রা হোংলকই, মদুদগী লাঙ্গোলদা তাখি। লাঙ্গোলদগী লুৱাং মকুর্বিচিংদা কাদুনা লৈখি। মদুগী মমাংদা মচেৎ অমনা নোংমাইজিং চীংদা অঙোমগা পুন্না তমিন্নখি। মচেৎ অমনা ফুনান চীংদা, মচেৎ অমনা লমাংদোংগী কিবিচীংদা তাখি। খাবা শলাইনা মহৌদগী লাক্লগা কংলৈ লমহন্দা পাল্লম্লগা ঙানবা শলাইদা তীনশিনখি।ঙানবা শলাইনা চীংখৈদগী মোংবী চীং (চীংমৈবোং) দা তাবমই। ঙানবা খুমুকচম শলাইদি অঙনবা মতমদা থাঙ্গা চীংদা তাবমই। অদৃদগী অমুক হোঙলক্লগা চীংমৈবোংদা, কক্কানচিংবা মফমশিংদা চাইনা চাইনা তাখি। লৈবাক অসিদা মীশিংনা অহানবদা খুন্দা লৈতাবম্বা মফম অসি মকওইনা চীংগী মফমশিংদনি। তম্পাক্কী লমদম অসিদি ঈশিংনা পুমলং লংনা থুগ্লম্বদগী মীশিংনা যুমলি খুল্লিংদুনা খুন্দা লৈতাবা যাবমদে। অসুম্না লৈবাক অসিগী মমাংঙৈগী মতমদা লৈবম্বা যুমলৈ কৈবৈ অমসুং খুন্দা লৈতাবম্বগী মতাংবু শলাই খুম্বোক, পুংকনবলোন, নুংলোন, কংলা লাযাৎ, লৈশেমলোন, মৈহৌবোন, শাকোক খিবেল, শাকোক লমলেন, খিবেল লাযাৎ, পৃদিন, ক্রথোং লমলেন, তাংক্র লমলেন, নচিংবা অবিবা লাইবিকশিংদা ইবি।

মৈদিংঙু পামহৈবা গবির্বানিবাজগী (১৭০৯-১৭৪৮) সনা হাক্তক অসিদা বাংখৈদা লৈবিবা নিংথেম পুখ্রী অচৌবা তৌখিবা অদুবু চৈথাবোল কুম্বাবদা অসুম্না ইবি। "কুম শক ১৬৪৭ ফাইবেন থাদি লংমাইচিংনা হনএ। ১১ নি যুমশকৈশদা কোংবদা পুখ্রী লম ১০০ শুবা তৌএ"। অসুম্না লমশিং ১০০ পাকপা লমশিং ১০০ শাংবা অদুবু তৌবা লোইববদা ঈশিং থোক্রুবা মতমদা কাউবেন যনবী ১০৮ গী শঙ্গোম শুমদুনা চীংঙু লাইগী মফমদা থৌনিববদা লাইজা ঈশিং থোক্লমদববু থোক্লকখিবা অদুবু সনামহী লাইকলদা অসুম্না ইবি;

> থৌবম অসি মতুংদা লাইবেল মৈতেংঙুনা পোইঁবে পুম্না হুপ ব্রাংঙম পাক্লা তাইনা মৈবম খা থংবদা ময়ুং লমশিং ১০০ কুইবা মফে লমশিং ১০০ পাক্লা পুখ্রী লাইজা ইযোককোম্বু তৌহনখিয়ে। কোবৌ শিংবুম কযানি লোইদাম থাবুম কয়ানা লাইজা ইয়োক কোম্বু তৌববগা কাওবেন ষণবী ১০৮ গী শঙ্গোম শুম, কাসা পাওতাক্লবদা খোইয়ুম নামুংবা মালেম লৈশেম্না চীংঙু মতীক উৎনা মালেম লৈবোল নুংদগী লাইজা তবং থোক কংবি কংজাউবু কোঙ্গোল ঈবোযননা পুখ্রী লৈমায থুংনা তাউখৎলে।

মতৌ অসুম তৌদুনা মৈদিংঙু পামহৈবা সনা হাক্তক্তা লৈবাক অসিগী উমং লাই পুম্নমক্কী খুবম থুগাযদুনা মাঙহনখিবা মতম অসিদা অপোং ইংখোলদা লাৎলম্না মবুধৌ সনামহীগী মুর্ত্তিবু ইং ১৭২৬ ইঙেন থাগী ২০ নি পানবা নিংথৌকাবা নুমিত্তা নিংথৌগী অকনবা যাথংদগী মখুত্তা নুংথং পাযদুনা যৈখাযকবা মীশক অদুবু মদোম নুংথংনা খুকউ কোঙ্গোই যৈখাযদুনা ঈমু ফিবাক শানা যৈথৎখিবা অদুবু সনামহী লাইকলদা অসুম্না ইবি।

> নুংথং খুত্তা শূনা খোইযম চৈথা হাল্লুবা মহাকসু এখন্না মখুৎশুমক্লা চৈথা খুৎথিল চেল্লবগী খুকলু কোঙ্গোই থোংবু ঈমু ফিবাক শানা যৈথৎলে হাযদববা।

খোইযুম অশীবা লাইযিংথৌ সনামহীনা যাম্না শাওখিদুনা চীংঙু মাবু উশিং থৌওইদে খোইযুম ঐবু মীথানদে লৈবক শাথৌগে খোংবাল লাংযানগে খোযবা লীবৌগে হাযনা সনামহীনা লাউথবকপদা নিংথৌগী মজাইবুংঙো শিব স্বহা লাইঙম্বগা নিংথৌগী মনাউ ইবেম্মা শেনবী পাইখু লাম্বুবীগা অনীবু লাযপু শলায খঙদনা নাহল্লবদা মোইবাং ললহাম্ববু অনা লাইওং যেংউ হাযদুনা মহাক্লা অনাবগী খোইজি মিহুন যেংবদা চীংঙু ফাৎলৌ খোম্বগী খুদমনি নবুধৌ সনামহীনা শাউদুনা নাহল্লিবনি হাযকবদগী নিংথৌ গবিবনিব্রাজনা শাউবদুনা মোইবাং ললহাম্ববু কোনুংদা চঙবা যাদে নঙনা হাযজিল্লিবনি হাযদুনা যাম্না থীনা চৈখি। মতুংদা মৈতৈ লৈমা শেনবী পাইখু লাম্বুবীগা মমা মচা য়াম্না কন্না লাইওং খঙদনা নাবদুনা অতৈ মাইবশিংনা লাইযেংবা ঙমদ্রবদা মোইবাং ললহাম্বনা অমুক্কসু সনামহীনা শাউদুনা তৌবনি হাযখি। সনামহীগী মতীক মগুণ অসি মোইবাং ললহাম্বদা নত্তনা নিংথৌগী গুরু শান্তিদাসনসু খঙবনিনা

নিংথৌগী মফমদা চীংঙু অশীবা লাইনিংথৌ সনামহীগী মুর্ত্তি শকপাছোং থুগাযকৰা অসিনা লৈবাক অৱাবা নঙলবনি, খোইযুম অশীবা চীংঙু সনামহীগী মুর্ত্তি চেংলৌ শকপাছোংবু অমুক তন্না শালশেমদুনা লিঙখৎলবদি পোইঁবে নবমদম অসিবু নুংঙাই য়াইফবা ওইগনি হাযবদগী থিছুবা তৌদনা লৈবাক্কী খুৎহৈবা কৌখত্তুনা ইং ১৭২৯ ইঙেন নিনি পানবা শগোলশেল নুমিত্তা সনামহীগী লাইফম্বু যাদুনা সনামহীগী মুর্ত্তি অমুক শার্বসি হাযদুনা নোংযাই চাবাকপমচা ঙাথি অহৈবগা কেক্রু শিনহৈবগা মখোয অনিবু লাইযিংথৌ লাইবেম্মগী মুর্ত্তি শাউ হাযদুনা মখোয় অনীনা খোইরু মিতম য়েক তবেৎ কোনফু শুংনা (খৃষ্ট কুম ১৭৩৩) লোইদাম থৱাল থাগী নিস্মাং তবেৎনি পানবা থাংজা নুমিত্তা লাইযিংথৌ লাইবেম্মগী মুর্ত্তি শাখি। লাইশাবা লোইবদুনা শান্তিদাস গোসাইবু জীবন্যাস তৌবো হাযদুনা বামান্দি তাবোক মন্ত্র পীদুনা খোইযুম মতৈ মনাউবু জীবন্যাস তৌখি। সনামহী লাইকল কৌবা লাইবিক অসি মমাগুঙৈদা মবুথৌ খাগেম্বা সনা হাক্তক্তা খাগেম্বগী ইংখোলদা লাৎলম্বা সনামহী অদুবু মগু ইবুংঙো গবিবনিৱাজনা থুংগাযকবদগী অমুক হয়া মুর্ত্তি লিংখত্তুনা লাৎখিবা অদুবু ইবনি। লাইযিংথৌ সনামহীগী মুর্ত্তিবু অমুক হয়া লিৎখৎখিবগী মতাংদা চৈথাবোল কুম্বাবদা অসুম্না ইবমই, "শাইখোম লুবাংগী কুম শক ১৬৫৫ থৱান থাদা লাইযিংথৌ ফাম্লৌখোম্বা সনামহী য়াঙলববু অমবক লিংহৌএ"। অসুম তৌদুনা গবিবনিবাজ মহাবাজ অমসুং লৈবাক মীযাম পুম্নমকসু লাইনিংথৌ সনামহীগী মুর্ত্তিবু অমুক লিৎখৎলবদা পুক্লিং হবাউ থোইনা নুংঙাই মবাংহৌনা হবাউখিবা অদুবু অসুম্না শৈথাবি ;

> লাইবেল মৈদিংঙুনা খোইযুম মবনকুগী খাম্রন মখুৎপাক্তগী বাগ বলম্হাব লুরাংবনচি না শমী লাম্মি শগোল শামু বথ দোলাই খুংগু খুৎলাই হীওই যাই ওইঁবিবা পুম্নমকপু মযু খোইযম লাইযিংথৌ যাৎলৌ লাইমা খোম্বা মালেম লৈশেম্বা কোবৌ নেংশেম্বা চীংঙু অশীবা সনা খুযাবেন্দা হৈবাং পুংবুবেম থেনমায লাংশীংলেন লৈযোম চৈবোযননা কচ্চববনে। অসুম হাযনা পুকমজববগা লাইবেন মৈদিংঙুনা গুরু স্বামিজি অথোইববু তাংজলুদা থোংনা বামান্দি ধর্ম্ম অচেৎপা বাম নাম শিদববু তাংজা লৈতোন থন্না শোন মযু খোইযুম লাইযিংথৌ ফাৎলৌ লাইমা খোম্বা চীংঙু সনামহী য়োইবেনববু উনবী পবৈচেৎনা নীংজমনগী লাইবেল মৈদিংঙু বৈষ্ণব থোংনাং মযাম্বা

> নিংথৌসনা মহাকথক্তা পোইবে তাম্বোং মযুং কুই ৱাংঙম লেমথোং মফে পাক্লা লৈবাক তেৎনৌ চিদাই নাইদনা নুংঙাই য়াইবী মবাং কায়না মবম বাহোঙবা চেঙজা কোৎখিনবা চাপোক কাদংশিন নাউদু খোঙফাংলেং লৈবাক মমান্নবদা পোইবে মীমাঙ হেন তাংজা লমলাই ঙাম্না পুনুং খাম্বী মৈবা মুওববু তানফংজেএ।

অসুম্না চীংঙু অশিবা লাইনিংথৌ সনামহীবু অপোং ইংখোল হায়বদি মনশেনথোংগী অৱাং নোংপোক পাংবদা লৈবম্না মফম অসিদা ফুবা লাইশঙ শাদুনা লাৎলম্বদগী তোংলোং যুমফমদা হায়বদি ইম্ফালদা হৌজিকমক লৈবিবা ফাষ্ট বাটালিযান মণিপুব বাইফলসকী মনুংদা লৈবিবা চেকনা শাবা সনামহীগী অমনবা মতোন তুমখৎপা অমা লৈবিবা অসিদা অমুক লাৎখি। অসুম্না মহাবাজ গবিবনিৱাজনা পানখিবা সনা হাক্তক অসিদা মপা ইবুংঙো চবাইবোংনা পামজনা পাযখৎকে তৌবম্না থবকশিংবু নোঙ্গাখিবনা হানখিদুনা পাযখৎপা ঙম্লমদবা কযা অদুবু মজা ইবুংঙো অসিগী হাক্তক্তদি মহৈ যাল্লা মাগ পাক্লা পাঙথোকপা ঙমখি। অসুম্না মৈদিংঙু পামহৈবনা (গবিবনিৱাজ) লৈবাক অসিদা অমুক হন্না লাইনিংথৌ সনামহীগী মুর্ত্তিবু থুগাযকবা মতুংদা অমুক হন্না শাদুনা লাৎখিবা মতমসিদা লৈবাক চাহোং ঙাহোংনা মীথোই মীহেন্না মীকোক থোংনা যেক্লববু লাযনা নমথদুনা মাযথীবা পীদুনা পানবা ঙমখি। অসুম তৌনা মৈদিংঙু পামহৈবা গবিবনিৱাজসু চীংঙু অশিবা সনামহীবু কোবৌ নোংজা খুদিংবু থৌকাউদনা নীংজখি।

অসুম্না সনামহী লাইকল কৌবা লাইবিক অসিনা থুগাযদুনা মাংউববা খোইযুম অশিবা সনামহীগী মুর্ত্তিবু অমুক হন্না শাদুনা লাৎখিবা অদুগী মতাংদা ইখিবনি হাযদুনা লাইবিক অসিগী মমিংবু সনামহী লাইকল হাযনা থোল্লম্লনি। মতাং অসিদা পনর্জনিংবা অমনা মৈদিংঙু খাগেম্বা সনা হাক্তক্তা শাখিবা চীংঙু অশীবা লাইনিংথৌ সনামহীগী মুর্ত্তি চেংলৌ শকপাম্বোং অদুদি সুপ্নগী নিপাগী মুর্ত্তিগী শক্তম অমখক্তনি অদুগা মৈদিংঙু পামহৈবগী (গবিবনিবাজ) মতমদা শাখিবা চেংলৌ শকপাম্বোং অদুদি লাইনিংথৌ অমসুং লাইবেম্মা অনিগী মুর্ত্তি চেংলৌ শকপাম্বোং শাবগা লাৎখি। মবম অসিনা অহানবা মণিপুব বাইফলসকী কমপাউণ্ডদা লৈবিবা চীংঙু সনামহী লাইনিংথৌ লাইবেম্মা অনি অসিদি গবিবনিৱাজ মহাবাজগী হাক্তক্তগী লাৎখিবুনি।

# চোথে থাঙবায় পাখংবা

মণিপুব সাহিত্যগী পুক্কেদা মখল মথেল কযাগী হীবমদা লাইবিক কযামকম লাইগুল্লবা অশৈবশিংনা তুংগী মীবোলগীদমক ইদুনা থম্বীবমই। মক ওইনা মণিপুবী সাহিত্যগী অবিবা লাইবিকশিংদা ইবল্লিবশিং অসিগী মনুংদা মৈতৈগা যেক ৭ শলাই ৯ অসিগী থোকাখবা পুবাবীদা যুম্ফম ওইবগা ইবল্লা লাইবিক কযা অমসু যাওবি। মণিপুবদা যেক শলাই লৈবমদবদগী যেক শলাই খাযদুনা মাগী মাগী যুম্নাক শাগে খাযদোক্লুনা চৎনবা হৌখবা অসি চহীগা অহানবদা লৈবাক আসদা নিংথৌ ওইদুনা পানাখিবা মৈদিংগু নোংদা লাইবেল পাখংবগী (৩৩ ১৫৪) মতম অসিদগীনি। ঙল্লিঙৈ মতমদা লৈবাক অসিদা তোঙান তোঙানবা মীওই কাংলুপ, যুবপ কযানা লমদম অসিদা খুনা লৈতাদুনা লৈবম্নদগী মমৈথংদা মৈদিংগু নোংদা লাইবেল পাখংবনা মকপ কাংলুপশিং অসিবু পুল্লপ পুন্না লৈমিন্নবা যানবা হাযদুনা যেক শলাই খাযদোক্লুনা মাগী মাগী শলাই যেনথোক্লদুনা মমিং থোনাখি। নোংদা লাইবেল পাখংবগী চাদা নাওদাদগী শন্দোবকপা মখেনা নিংথৌজা হাযবা শলাই অসিগী যুম্নাক শাগে শন্দোকখি। লৈনুং খোংঙাবেন অহনবা অমসুং পোইবেতোনদগী শন্দোকবকপা চাদা নাওদা মখেনা খুমন শলাই অমসুং লুবাং শলাই ওইখি। পুলিবোম্নগী চাদা নাওদাদগী অঙোম শলাইগী চাদা নাওদা যুম্নাক শাগে মথং মথং শন্দোকখি। খাবা, ঙানবা, শবাং, লৈশাংগী চাদা নাওদা মখেনা থাংযি চেংলৈ শলাই অসিগা যুম্নাক শাগে শন্দোকখি। থংজিংদগী মোইবাং শলাই শন্দোক্লুনা লৈবাক অসিগী খা শম্ভোঙপাংবা মাযগেদা লৈবিবা মোইবাং কৌবা লমদম অসিদা খুন্দাদুনা লৈখি।

মতৌ অসুম তৌদুনা মণিপুবী সাহিত্যগী পুক্কেদা নিংথৌজা শলাইগী পুবাবীদা যুম্ফম ওইবা লাইবিক নাউথিংখোং ফম্বাল কাবা, থবান থাবা হিবাল, শমসোক ঙম্বা, তখেল ঙম্বা, খহি ঙম্বা, ঔব্রা ঙম্বা, চিংথংখোম্বা গঙ্গা চৎপা, পম্ভীবসিংহ নোংঙ্গাবা, চন্দ্রকীর্ত্তি জিলা চঙবা লাইবিকশিং অসি মণিপুবী সাহিত্যগী তাঙলবা খুদোলনি। লুবাং শলাইগী পুবাবীদা যুম্ফম

ওইবা লাইবিক হিজিং হিবাউ, লুৰাংলোন খোঙ্গুল, নুংবান পোম্বী লুৰাউবা মণিপুৰী সাহিত্যগী পুকৈদা অশৈবগী তাঙলবা খুদোলনি। খুমন শলাইগী খুমন কংলৈবোন, পোইবৈতোন খুম্ভোকপা থোইদোক হেন্দোক্লা মণিপুৰী সাহিত্যদা অনিশুদ্রবা খুদোলনি। থাংযি চেংলৈ শলাইগী পুৰাবীদা যুম্ফম ওইবা চেংলৈবোল, মণিপুৰী সাহিত্যগী তাঙলবা মমল নাইদ্রবা মচল অমনি। অঙোম শলাইগী পুৰাবীদা যুম্ফম ওইবা অঙোম খোঙহৌ, খোইবা শীংথাবদা মতীক চাবা লাইবিক্লি। মোইবাং শলাইগী পুৰাবীদা যুম্ফম ওইবা লাইবিক মোইবাং কংলৈবোল, চোথে থাঙৰায পাখংবা থোইদোক হেন্দোক্লা মণিপুৰী সাহিত্যগী পুকৈদা তাংলবা খুদোলনি। অসুম তৌদুনা পল্লিবা খবা অসি নত্তবা অতৈ অতোপ্পা মাগী মাগী শলাইগী পুৰাবীদা যুম্ফম ওইবগা ইবম্বা লাইবিক কযাসু মবাং কাযনা লৈবি।

মণিপুবদা ঙল্লিঙৈ মতমদা হাযবদি চহীচা অহানবা অসিদগী হৌদুনা মাগী মাগী তোঙান তোঙানবা শলাইশিংনা লৈবাক অসিগী তোঙান তোঙানবা লমদমশিংদা মাগী মাগী শলাইগী লুচিংবা নিংথৌ হাপ্পুনা মনিং মখা তম্না লৈবাক ৰাযেন চত্থদুনা পাল্লমই। অদুবু মমৈথংর্দদি নিংথৌজা শলাইনা মপাঙ্গল কনখৎলক্কুনা অতৈ অতোপ্পা শলাইশিংবু নমথনবা যাম্না কন্না হোৎনবকখি। অসুম্না নোংম নোংমগী শলাইশিংগী মপাঙ্গল শোঙ্কবক্কুনা ১৫ শুবা চহীচা যৌশিল্লকপদদি নিংথৌজা শলাইনা অতৈ অতোপ্পা শলাই পুন্নমক নিংথৌজা শলাইগী মখাদা ঙম্না নমথদুনা থমখিবগা লোযননা শলাইশিংগী মনিং মখা তন্নম্বা পুন্নমক মাংখি। অসুম তৌদুনা মোইবাং শলাই অসিসু মনিং মখা তম্না লৈবাক ৰাযেন চত্থদুনা পাল্লম্বদগী নিংথৌজা শলাইগী নিংথৌ মৈদিংঙু নিংথৌখোম্বনা (ইং ১৪৩২-১৪৬৭) মৈতৈ কংলৈপুং মযোন্দা নিংথৌ ওইখিবা মতম অসিদা মোইবাংদা লান্দাদুনা মোইবাং শলাইবু ঙমখি। মোইবাং লানফা মযাম কংলৈপুং মযোন্দা পুখৎলক্লগা মোইবাংখোমদা হাৎলগা ফুমজিনখি। অসুম্না মোইবাংনা মৈতৈ নিংথৌ নিংথৌখোম্বগী মখুত্তা মাযথীবা ফংখিবা অদুবু চৈথাবোল কুম্বাবদা অসুম্না ইবি।

শকাব্দ ১৩৫৪ দা মৈদিংঙু নিংথৌখোম্বা ফম্বাল কাএ। মৈদিংঙু নিংথৌখোম্বা মহাকথক্তা অঙৌবা হিথা লাংলোই ঙম্বগা যাইস্কুল লাকপা সনা ঈনলুপলেন লাকপা কোঙযাম্বা লৈচোল

> লাকপা তোনলোং খোম্বা তুমুবক্কী লওয়ি লাঞ্জিংবগা মোইবাং নামানএ। মোইবাং ঙমএ। লান্দি সনাবক্কী পোনচেম্বা লুপাবক্কী কাপুখোম্বা কেগেবক্কী তীল্লৌথাচা লাংখোংতৌগী ৱাপু নাউচা অথীঙ আসাংচা ঙানখা নমপোক্কী উবা লাংমৈবেম্বা, খেনচং নেনপা, খেনচঙ চাইবা, যাওসুবাকপা মচা চাফাবা লৈতাঙ লাম্ববা তুমুলংযি লাঞ্জিংবসু যাত্র। সুপ্না লান্দি ১০ ফাএ। মোইবাং মকোক্না লুখা থাদুনা মোইবাংখোমসুং থোনএ। (চৈথাবোল কুম্বাবা লা ১৮)

অসুম্না মোইবাং শলাইনা নোংমা নোংমগী মবাই চাইথবক্তুনা পুবিক্লাই সনা হোংবনা মোইবাংদা নিংথৌ ওইদুনা পানখিবা মতম অসিদগীদি মৈতৈ নিংথৌগী মখা পোন্দুনা লৈবাক ৱাযেন চথবা হৌখি। মোইবাং কংলৈবোনগী ইতিহাসতা নিংথৌ হাক্তক কযাদা নুংশি নুংওন্দা যুম্ফম ওইবা শাবী শানৌ কাযনবগী বাবী কযামুক থোকখি। মতৌ অসুম তৌদুনা কেগে মোইবাং লৈবাক্তা পানখিবা নিংথৌ শিংগী মনুংদা ১৭ শুবদা পানখিবা থিংক্রি নাচৌবগী (চোথে থাঙবায পাখংবা) মতমদা মশানৌ তাল্লোয লৈমা শুনুলেম্বীগা নুংশি ৱাযথুংনদুনা পুন্সি পম্বুং যৌববদা ইখং খঙহৌদনা পুবিক্লাই চোথে থাঙৱায পাখংবদি শিখি। মতম অদুদা মশানৌ তাল্লোয লৈমা শুনুলেম্বীনা মপুবোইবগী অশিবা হকচাংবু খক থাদোক্তনা মপুবোইবগা লোযননা কোবৌ নোঙ্গামিন্নববদা চাংঙ নোংথৌ সোরাবেন্না মশানৌ লৈমা শুনুলেম্বীনা মপুবোইবব থাদোকউ মযাদ্রবদা মশাবী চোথে থাঙৱায পাখংববু অমুক হিংগৎহন্দুনা তাইবঙপান্দা থাবক্তুনা মোইবাংদা নিংথৌ ওইদুনা অমুক পানখি। অসিগুম্লবা শাবী শানৌ অনিগী কাযনা নুংশি শেংনকুববা মতুংদা অমুক নুংশি বাইথুংনখিবা মতাং অসিবু অশৈবনা চোথে থাঙৱায পাখংবা হাযনা মিংথোন্দুনা মণিপুরী সাহিত্যগী মচল অমা ওইনা ইবম্বনি। চোথে থাঙৱায পাখংবা কৌবা লাইবিক অসি গবিবনিৱাজ মহাবাজগী (১৭০৯-১৭৪৮) সনা হাক্তক্তা ইখিবগী খুদম ফংই। অদুগা লাইবিক অসি চহীচা ১৮ দা ইখিবা ওইববসু অইবগী মমিং অমসুং ইখিবগী মতমদি পল্লমদে। লাইবিক অসিগী অহানবা লমাযদা ইবিবা অসিমক্লা লাইবিক অসি মৈদিংঙু পামহৈবগী মতমদা ইখিবনি হাযবসি বৈষ্ণব থোংনাং মযাম্ববু খুকন্না ইজবক্কে হাযবসিনা অদুমক তাকই।

শ্রীহরি হযাহে হে লীকলাইও ইপুংথৌ নোংথৌবেন বৈষ্ণব
থোংনাং মযাম্বা চীংঙু ইন্দ্র সোবাবেন, নমু পোংহনবা ভক্তি
ঙক্কোই থোংবু চুনবা লাইবেন সনা মখোঙ খাদা হযিঙৈগীবু
নতাইবেম তযম চীনকোই ইব্রাকমনা হযা লাউনা শৈথিবক্নে।

অদুগা অতোপ্পা ৱাফম অমনা মোইবাংগী পুৱাবী ইবা মোইবাং নিংথৌবোল লম্বুবা অসিমকসু চহীচা ১৮ গী মতুংদা ইখিবা ওইবনা চোথে থাঙৱায পাখংবা অসিসু মতমদুদা ইখির্বনি হাযবদা থোইনা লান্দে। চোথে থাঙবায পাখংবগী পাবি পুবীগী মতাংদা মোইবাং নিংথৌবোল লম্বুবদদি চোথে থাঙবায পাখংবা কৌদ্রিঙৈদদি পুবিক্লাই থিংক্রি নাচৌবা কৌবমই হাযনা ইবি। অদুগা নিংথৌ অসিবু পোকপা পলেম পম্বৌগী মতাংদসু পুবিক্লাই কোংদিং অহনবনা ঙানুবোন থমোইলেম্বী পান্নদুনা মপাবি থিংক্রি নাচৌবা পোকই হাযনা মোইবাং নিংথৌবোল লম্বুবদা অসুম্না ইবি।

নযোল কেকে মোইবাং লৈমা ঙানুবোল লৈমা থমোইডে ম্বা
ঙানবা খাইফাপা থোংঙাই তেমফাপা চনু ঙানবোল পাযমা সনা
উনকোইনুংকী নাকসু ফিযানলা খোর্যাচ মিতমপাপু লোইতাম
থাপ্পম ও সুবাপাতা লুবাইলিনযু থোঙচাউ হাং তাউচ মনু
বোইতনা হৈবাং খাইথা চেন কোন্না নাকলু ফিযানতম ফিম
সিযোম তিং খুবাং মিহুন মাঙনা তাউচিং ভুকুম পাপু নিনমাঙননা
মালং চৈবোযনখিপপু অৱাং নোংনিংথৌ পাখং যোইবেনপা
চাংঙু কোলোই মযাথংকী থিংলৌ নিঙনা তেনা মপল ঙানুবোল
পাযমা পিপ্নকনুং থিনু সিযোমলাতা খোযচি অবাক মিহুন হৌনা
নাকলু ফিযান ফাপানা অচাউ লেপফাবা সাংসু লমঙম্নকলপাকা
মকন্থী থো নাং লোইনেনপা চনু লৈমা সুনুবেম্বীবু ঙাইবেইনন,
অৱাং কোবৌ নোংকাফাবা খোইযম লাইবৈপাক নুংনাং কাউখং
কোলকী চাংঙু মথৌচান খোইযম মবনকু তাইপং বোনডে থাপু
লুতা থোংনা কোবৌ নোংথিল পোপোপ্পু কেকে ঙাংখা মযায
খাযনা চাউনা সাংনা খুম্ভাবকপা কেকে মোইবাং নিংথৌ থিংক্রি
নাচাউপা নযু খোইযম লাইযিংথৌ চাংঙু নসাল ৱোন্না পোক্লকপা
ঙানুবোল পাযমা সনা উনকোয নুংকী যবাং পুবিক্লাই চোথে
থাংৱায পাখংপাৱো তৌনা কৌএ। (মোইবাং নিংথৌবোল
লম্বুবা লা: ৯০)

অদুগা চোথে থাঙরায পাখংবা কৌবা লাইবিক অসিদা চোথে থাঙরায পাখংববু পোকখিবা মতাং অসি অসুম্না ইবি;

> কেগে মোইবাং চোথে থাঙরায় পাখংবা মপন নিংথৌ কেগে থাঙরায কোতিং অহনপা কৌএ। পল্লেম মমা চখা খোংমবিংপা চনু লৈমা থম্মোয়লেম্বী তৌনা কৌএ। চখাখোংমবিংপা চনু লৈমা থমোয় লেম্বীনা মপাবি চোথে থাঙরায় পাখংববু নাকলু ফিযাল্লা খাংকা মিহুল্লা খোযচি মিতমলা লাংপন তৌহি তৌসং ঈকুম লাইজা ঈতা পায়না মাল্লং যেত্তা লৈনা হৈবাং মচা য়াল্লবদা লৈমা থম্মোয লেম্বীনা পল্লেম পীবুকনুংগী লাবাই কোযবেন শাৎনা তাংজা তুবকখাযনা মাল্লং ফেঞ্চি ওই, খমকোন নোংলৈ ওইনা খোইয়ুম লাই ওইখিবে। চীংঙু নোংথৌ সোবাবেন অরাং পাখং যোইবেনপা সনা মখোঙ খাদা রাইথুংলববদা পল্লেম মমা চখা খোংমবিংপা চনু লৈমা থম্মোয লেম্বীনা থংলেন ইনেম্মচাও থাঙরায কোংতিং অহনপাও মোমনু তাল্লোয নকম্বী ঐবু নবা ঙাইখোংসিন তাউচীং ঈক পল্লবগী অরা হুইবাং শোল্লিঙৈদা অঙাংদি মাল্লং ফেঞ্চি ওইনা খোইযম লাই ওইখিবে। ইপাবি উবেপ চাবা ওইববু শাৎলক্কববা ইমোম কেগে মোইবাম্বা চনু ইবাং লোনবু ফুযবক্কববা হায়ববু লোইদাম থা অহুম শুবববু মাল্লং ফেঞ্চি ওই খমকোন নোংলৈ ওইনা খোইযম লাই ওইখিবে।

অসুম তৌদুনা মোইবাং নিংথৌ পুবিক্লাই কোংদিং অহনবগী তাল্লোয লৈমা থম্মোগলেম্বীগী খোইজি খাদা খোইজি মিহুন লাংদুনা মিবোল্লববু থাবুম অহুম শুববদা অঙাং নারাদি মাল্লং ফেঞ্চি ওই খমগোন নোংলৈ ওইনা লাইযৈ চত্তুনা শিখ্রবদা, তুংদা অনৌবা মচা অমুক নৌনা নাওযাল্লববু অসুম্না ফোঙদোক্তুনা শৈথাবি।

> খোইযম লাইযিংথৌ চীংঙু থংপা য়োইথঙলেন মিৎয়েং পানচুম্বনা কোবৌ নোংমদোন হুনবা নমু ফমলম শীনবনঙৈনে। নপন পল্লেম নমা পীবুকনুং ইমু শিনযোম লাদা অঙৌবা নবান ওন্দেখিও। হয়েং নঙনা অচাউ লেপফাবা শাংসু ঙমতমলা কেগে চানুবাবু শীংলেন শেৎথাদা নুবা সারাং তোংবীবু লৈবোং চঙনদনা তাল্লোয নাক্তা থাদবিঙৈদা নতোম অরাং কোবৌ নোংকাবকও

হায়না পাওমেল্লবদা কেগে মোইবাং চোথে থাঙব্রায় পাখংবদি পল্লেম মমা পীপুকনুংদা অনৌবা থীংলৌ নীংনা তেনা খোইচি মিতম হৌবক্লে হাযদববা। নোংথৌবেনও মতাইবেম চাখা খোংমবিংপা চনু লৈমা থমোয লেশ্বীনা মথঙলেন্দা পাউমেনখিযে। থঙলেন ইনেম্মচাও কেগে থাঙব্রায কোংতিং অহনবাও মোমনু তাল্লোয নকম্বী ঐবু কোবৌ ইনোংথৌ ব্রাংপন ইকাসানা লনকুবকপা ওইবে। অনৌবা হৈবাং ঈচা যাল্লকলে হাযনা পাওমেল্লবদা লোইদাম থা মঙা শুববদা লৈমা থমোয়বেশ্বীগী অহিং খোমলেন মঙলানচান্দা চীংঙু নোংথৌ সোবাবেন অবাং পাখং যোইবেনবা থংবা যোইথংলেন কোনখে অতাম্বা সব্রাং অথাপ্পা থংবা নোংনিংথৌনা চাখা খোংমবিংপা চনু লৈমা থমোযবেশ্বীদা হৌচিক নঙনা নাকলু ফিয়ানবা খোইজি মিতম্বা অসিবু খোইযম ঐগী ইপাবি তা আনে। তবা চামাংগুনো ব্রাংলৈ যুমাংগুনো পাৎঙা যেনসোইকুনো শংলৌ যেনমাংকুনো অসুম্মা পাওমেল্লবদা লৈমা থমোযবেশ্বীনা ইনুঙনা সাবা তৈনা ওন যোইমযাই তাউদনবা নোংপোক তৌবিং লৈমচা নুমিৎ শব্রাং লেন শাফবা থাবা পানচৌবনা থাঙ্কা চীংলাই ঙাইনা কাপাং লোকমায হেন্দবিঙৈদা অহিং খোমলেন মীকপ থোক্লিঙৈদা মথঙলেন কেগে থাঙব্রায কোংতিংনু অহনবদা পাওমেনখিযে।

অসুম্মা ব্রাফম খবা অসিনা ফোঙদোক্লিবদি মথংলেন থাঙব্রায কোংদিংহনবগী মফমদা তাল্লোয মকম্বী লৈমা থমোয লেশ্বীনা মাগী খোমলেন মঙলানচান্দা কোবৌ ইনোংথৌ ব্রাংবন ইকাশনা চীংঙু অব্রাংবা নোংনিংথৌ যোইবেনবনা হৌজিক ঐনা হৈবাং ইচাযান তাউচীং ঈবা পাল্লিবা অসিবু ইন্দ্রানিগী মশাবী ইন্দ্র সোবাবেন নামুংবনা খোইযুম মপাবিনে হাযবৈযে। নশানৌ ঐবু তবা চামাংগুনো লেমলৈ ঙাগী কোকপাকপা ব্রানদেং ঙাখা চিনাইবনাচিংবা চাহৈদবা পোৎ চাদনবসু পাওমেল্লমই হাযনা মশাবী পুবিক্লাই থাঙব্রায কোংদিংহনবগী মফমদা পাওদমজখি। লৈমা থমোযবেশ্বীনা লোইদাম থাবুম তবানি, (নুমিৎ শীংবুম চহুমনি) শুনা লৈববদা অশেংবা কোবৌ অকুবদা তৌবাং ফক্তা ওন্না নাওনৌববদা থাঙঙা লপযান কাদা চকমোম খাম্বী মৈনিংথক্তা পলেম মমানা শাবেন যেক্তা কোন্না মপাবি অমা ফংজখি। মপাবি কোল্লোয মমিংথোংবু চোথে থাঙব্রায পাখংবা হাযনা মিংথোনখি।

মতমগী খোংলৈ তুংইন্না মপাবি চোথে থাঙব্রায় পাখংবনা মপুং যানা চাওবক্লবদা নোংমা কোবৌ নুমিৎ অমদা মমান্নবশিংগা শা তানবা চৎপদা লৈমা শুনু লেশ্বীসু মশুং মমান্নবীশিংগা শীং চনবা লাকপদা চোথে থাঙব্রায় পাখংবনা উখি। চোথে থাঙব্রায় পাখংবনা মোংবা মবান যাইদা হল্লক্লবদা লৈমা শুনু লেশ্বীবু ম্নাগী তাল্লোয় ওইনবা হায়বীযু হায়না ব্রাংলৈ যুবু শীথক্তুনা মকাপ মপীজাশিংগী মফমদা হায়জখিবা অদুবু অসুন্না ঈবি।

কেগে মোইবাং চোথে থাঙব্রায় পাখংবনা খুযোল মপাচা ঙাংঙোই মযেল্লুগা শাউন কোংতাই লোন্না থিংলৌ থাবোন পুনা মবান বাযথুংলবদা কেগে থাঙব্রায় নহা মোইবাং চোথে পাখংবদি হাউপা সেকচাই যু নাম্ভ তোংকোন যু খকং লৈমি যু যুপা মাযপী তাবা হযিং ইতাসিতা সিতাপা শম্ভোঙ মাযবী মাযবা যু হাউলো।" ৩মহাইপা মকোক তোনঙম ঝু নমু মিংনাইপা তানা যুপু বাংলৈ খুলোং পুনা খিঙপা লাফান তৈনা কেগে পাখং ঙাংঙোই সাবন লৌপাসিং (পাখং) পুন্নমাতা বাংলৈ যু শীথকখিযে। পাথৌ নখোযগী চীঙ্গায় নযাথংনা পাউথেম্বীযো হাযনা পাওম্নেনখিযে।

অসুন্না লৈমা শুনু লেশ্বীনা পুল্লাং লুবোই থোংনা লাইজা ঈশি শক্লবা হল্লকপদা চোথে থাঙব্রায় পাখংবগী মকাপ মপীজাশিংনা পাথৌ চোথে থাঙব্রায় পাখংবনা লৈমা নংবু তাল্লোযশিংদা চন্নিংই হাযনা পাওম্নেনজবু লৈমা শুনু লেশ্বীনা ইতিক ইপা চান্দে হাযদুনা হোযাখিদে। পাথৌ মকাপ লোইশিংনা হাযববু হোযাদ্রবদা থাঙব্রায় পাখংবনা লৈমা শুনু লেশ্বীগী খোযনৌ মতাশিংগী মফমদা চত্তুনা লৈমা মাগী মফমদা মহাক্কী অনিংবদু ফোঙদোকপীযু হাযজখি। খোযনৌ মতা লোযনবীশিংনা লৈমা শুনুলেশ্বীগী মফমদা চোথে থাঙব্রায় পাখংবা মাগী অনিংবা অদুবু হোযাবীযু হাযজবদসু লৈমা নানা হোযাখিদে। কেগে চোথে থাঙব্রায় পাখংবনা কান্নবোই খংলদুনা লৈমা শুনু লেশ্বীবু পোকচবী পলেম মমা থোংনাং লোইনেম্বা মযাং শুনু লোইকেনবগী তাল্লোয অতোনবীগী মফমদা চত্তুনা অমুক হাযজখি। পলেম মমা মযাং শুনু লোইকেনবীনা মমোম লৈমা শুনু লেশ্বীবু থেন্নবদা মমোম লৈমা শুনু লেশ্বীনা কৈবোই লৈকাইনা অমদি চোথে থাঙব্রায় পাখংবগী পম্বৌ পলেম্না মতিক মপা চাদনা থিক অনেম্বনা থাক অবাংববু লাশ্বীনি

হায়খিগনি খন্দবা কবিগীনো হাযনা পলেম মমাবু ৱাত্তা থিনা চৈখি। অসুম্না মমোম লৈমা শুনুলেম্বীগী যাৱা মপাউখোনবু তাববদা পলেম মমানা চোথে থাঙৱায পাখংবগী পলেম পম্বৌনা ৱার্তাথিনা ঙাংলক্লবসু নপল পলেম নমা ঐনা কোল্লোয অমেংবা ৱাহৈনা হাযজগনি হাযববদা মমোম লৈমা শুনু লেম্বীসু খোইকুম মোমোন নোক্লা হোযাখি। অসুম্না লৈমা শুনুলেম্বীনা হোয়াববদা মশাবী চোথে থাঙৱায পাখংবদি থোংনাং লোইনেম্বা মযাং শুনু লোইকেনবগী মবাল যাযদা লৈমা শুনুলেম্বীনা শীংলেন শেৎথানা লৈবাং খাইথানা হবাউ মথোই তম্না মোল্লাং তপতাই থক্তা যাতামিন্নখিবা অদুবু অসুম্না শৈথাবি।

> য়োইমযাইনা মতাং তেন অঙানবনা থোঙলেন খম লোইচীং ফীকক খুম থৱান নাবন পাই তনতুম মায়লেং হৌববদা কেগে মোইবাং চোথে থাঙৱায পাখংবনা থোংনাং লোইনেম্বা মযা শুনু লোইকেনবা মবানযাযদা কেগে শুনু লেম্বীগা শাংলেং শেৎথানা লৈবাং খাইথনা লৈবোং যুমচঙনখিযে। চবৈ যাকুইং মোল্লাং তপ্তাইথক্তা শবেন যেৎনা কোন্না পেঙগা কুহুম শম্না ঙাখা উয়িন ওন্না খুপোম তাংতোং যাইশিৎনা যাতাবকইঙে কেগে থাঙৱায নাহা মোইবাং চোথে পাখংবনা পাওহংখিযে। যোইবুনাই ইনেম্মচাও থোংনাং লোইকেনপা চনু মযাংসুনু লোইকেনপা চনু পেম্মাও নঙবু তাল্লোয পীপুক ওইনা লুমলেন অহনবীবু ওইনগে চাপোক কতাংশিন নাউতা খোঙযাংলেংনা হাপঙং বাতেম্ময়সে হাযনা পাউথেম্ববু হোযতা কেগে ইমান মচাও লহান চীংঙু নোংথৌ সোবাবেন্না লাইবক খেল্লাই ইবদা অঙি লাইযুমথাবদা ইমান সালুক লোতম হুনঙৈদা ওনমন্নবা নবিঙৈনে। মোমনু চীংঙু ইবাইবক থামচেং ইতু লোইকনে হাযনা হোয যাববদা কৌবা চীংলেন নোংগা শোযববদা লোইযা তমযা ঙাল্লক্লবদা কেগে মোইবাং চোথে থাঙৱায পাখংবনা পল্লেম মমাদা পাওমেনখিযে।

চহীচা তবানিপান্দা ইখিবা লাইবিক অসিগী লোন্দা পুদা ৱাহৈ ৱাতা কযা অসি অনৌবা লোনযান যাওদনা মপালগী লোনগী ঈথিলনা মণিপুৰী সাহিত্যদা চঙদ্রিঙৈদা ইখিবা লাইবিকশিং অদুগা থোইনা খেন্নদনা ইবি। চোথে থাঙৱায পাখংবা কৌবা লাইবিক অসিদা মপানগী লোন

সংস্কৃত ৱাহৈ যাওবিবা হাযববু লাইবিক অসিগী অহৌবগী পদ খবদা যাওবিবা শ্রীহবি, বৈষ্ণব, ইন্দ্রসোবাবেন, অপসবীলাইবেম্মা, যাত্রা খোঙশানবা, ভক্তি গুক্কোই, অসিনচিংবা ৱাহৈ খবা অসি নত্তনা অতৈ অতোপ্পা মতাংদা কবিগুম্বা লোনযান অমত্তা যাওদে। লাইবিক অসিদা অশৈবনা শৈথাবিবা ৱাহৈ ৱাতা অসি যাম্না সাহিত্যিক ওই। মণিপুবী লোনগী ইনাক খুনবা পুক্কে মযেক শেংনা লাইবিক অসিদা উবা ফংই। নুজা ওইবী অমগী শক্তমবু শৈথাবদা হৈ লৈগা উপমা তৌদুনা প্রমান পাইছেগী বাহৈ বাত্তানা নুংদা চেল্লিবা ৱাখললোনবু ফোঙদোক্লনা শেংনা খঙহল্লি। মসিনা মণিপুবী লোনগী মবাং কাইবা ৱাত্ত পাদবা পুক্কেবু মযেক শেংনা উহল্লি। অসুম তৌদুনা কেগে চোথে থাঙবায পাখংবনা পল্লেম মমাগী মফমদা থোংনাং লোইকেনবা চনু লৈমা শুনু লেম্বীবু মাগী তাল্লোয মকুম্বী ওইনংই হাযবদগী পল্লেম মমা চখাখোংমবিংবা চনুনা মযাংসুনু লোইকেনবা নু অমসুং মপল পষ্টৌগী মফমদা মমোম লৈমা শুনুলেম্বীবু মপাবি চোথে থাঙবায পাখংবগীদমক মমৌ ওইজগে পীনবীযু হাযজববদা হোযাখিবা মতাংদা শৈথাবিবা বাহৈশিং অসিনসু মণিপুবী লোনগী মবাং কাযবা বাত্তা পাদবা পুক্কেবু মযেক শেংনা উৎলি।

> কেগে মাইবাং লৈমা চাখাখোংমবিংবা চনুনা মযাংশুনু লোইকেনবা চনুগী মনোংযায লৈমা শুনু লেম্বীগী মপল পষ্টৌ নিংথৌগা পল্লেম মমা মফাদা পাউমনখিৎ। নমোম লৈমা শুনুলেম্বীবু ইপাবি, চোথে থাঙবায পাখংবনা চে লৌ মীৎচুইযে পাযমা নুংচঙঙে হাযবে। নমোমগীদমকপু হৈবাং অশং যেং তাউজীং অমুন খন্না য়েনপৎলবনে পাওমেল্লবদা মপল পষ্টৌ নিংথৌনা পল্লেম মমানা হোযদা ইমোমগী চীংঙু মবাইবক্কীনে, য়ামচেং মতুলোইকীনে। মাই লৈচিন ওল্লোইযে লীক্লাই পাউহংলোইএ হাযনা খোযপুব পোৎযোম শা হৈকু পোৎতম শেন্নকপবু হোয যাববদা কেগে থাঙব্রায কোংতিং অহনবনা মহুইবোন লৈমা শুনুবেম্বীগীদমকপু চেঙলুক লমকোই শু ঙাপা পৌতোংযান, খুমলোং নাকথংলোন হৈকু পোৎতম শেম কাওবেন শনফাং হোই মানবী মবেম শিন্না লাংনা লৈখোম তৈনা সুমাঙ শনকু পৈনা হোয থিববদা কেগে থাঙব্রায় নহাও লৈমা শুনু লেম্বীনা তাল্লোয খাচিকনা লুমলেন খাপাংনা

> মচেং থানমা হয়া হাউচেং খোনলোযননা পানমন্নববদা লোইদাম থামা শুববদা কেগে থাঙব্রায পাখংবগী অহিং খোমলেন মঙলানচান্দা চীংঙ্কু নোংথৌ সোবাবেন অব্রাং পাখং যোইবেনবা থংবা যোইথংলেন কোনখৈ নাতমলা শব্রাং অতাম্বনা পাওমেনখিয়ে।

অসুম তৌদুনা কেগে চোথে থাঙব্রায পাখংবনা তাল্লোযমকম্বী লৈমা শুনু লেম্বীগা মবান লুহোং খোংদোংদুনা মশাবী চোথে থাঙব্রায পাখংবগী মোংবা মবান যাইদা লৈবকপা থাবুম অমা শুববদা নোংমা কোবৌ নোংজাদা চীংঙ্কু নোংথৌ শোবাবেন্না কেগে চোথে থাঙব্রায পাখংবগী খোম্লেন মঙলান্দা লাক্কুনা মহাকপু কোবৌ নুমিৎ মঙানিগী মনুংদা কোবৌ থম্ভা নোঙ্গাবক্কদবনি হাযনম্লবদা চোথে থাঙব্রায পাংখংবদি মথন্ত মঙলাক্লদুনা কপ্লকপদা তাল্লোয মকম্বী লৈমা শুনু লেম্বীনা মশাবী থাঙবায পাখংবু হৌদোক্লদুনা কবি তৌববগে হংজখি। কেগে চোথে থাঙবায পাখংবনা নুমিদাংদা খোম্লেন মঙদম ফদে পাওখুম্লবদা মশানৌ লৈমা শুনুলেম্বীদি খাম্বী মৈত্রেং অবাববু থাঙগত্তুনা কোবৌ নোংগা ঙানববু ঙাযদুনা লৈখি। কোবৌ নোংগা ঙাল্লবদা মশাবী কেগে থাঙব্রায পাখংবনা মশানৌ লৈমা শুনুলেম্বীগী মফমদা খোম্লেন মঙপাউ তম্বব্ তাববদা মশানৌ তাল্লোয মকম্বী লৈমা শুনু লেম্বীনা শম্মু খোংবু থিন্না থম্মায শোক্লা তেঙথানা মালেম লৈদা ঙন্না মাকপখি। মশাবী কেগে চোথে থাঙব্রায পাখংবনা মশানৌ তাল্লোয লৈমা শুনুলেম্বীগী মফমদা চীংঙ্কু খোইযুম লাইগী মযাথংনি হিঙ্তাক ফদেয়ে হাযনা পাওমেনখিবা মতাংবু অসুম্না শৈথাবি।

> কেগে থাঙবায নাহা মোইবাং চোথে পাখংবনা তাল্লোয মকম্বী লৈমা শুনু লেম্বীবু শম্মু খুৎতানলাক ঙকথি লুম্লাং কোন্না পেম্মাও নঙনু মালেম লৈদা ওল্লগুনো। উফুন নোংলৈ থঙ্কী হৌগৎলক্লবদা অনৌবা পাওমেনখিযে। যোইবুনাই তাল্লোয ইকম্বীও মথংলেন মনেম মচা ঐদি চীংঙ্কু থৌথাখোল অবাং পাখং যোইবেনপা থৌথাখোনবু ব্রাকনফবোইএ। অব্রাং কোবৌ নোংকানবা লাবা শঙদিং ইনিংখম অঙৌবগা নুংবান ফৈনৌচাম্পা মহৌ লোইকা ফিসুং পুনুং ইফবিৎ চবৈ মযনফি লাবা

লুক্কোয ইবেঙ খাঙসুং পাখং পুচেং ফা যেৎলি পাথাঙ তিনলোন যাম্না হৎঙোই কোন্দে নুবাবীবু তাংজা লিন লাবনা ৱাওইফি তাংজা শমখোঙ লা অঙৌবসুং তাইখঙবিযো হায়না ৱাহন্নবদা লৈমা শুনুলেম্বীনা মথংলেনগী শমদিং মনিংখম অঙৌবগা মোমনু চীংঙি ঙাইফানিক অঙৌবগা মাল্লৌ থুপচিন্নখিযে। পুনুং মফুবিৎকা নুবা মাল্লৌ মকা নাক্কা চবৈ মথিনফি অনীমা শুনা হাউঁতে ফাওমন্নখিযে। লাবা লুক্কোয শলাই ফিগা নানপা তেমযিন লোনমন্নখিযে। তাংজা শমখোই লাক অঙৌবগা অয়াং লাইফা চনু যাবৌ শাগী লি খাঙফম খোংখুৎনা ওনবগা তাউখঙলবদা কেগে থাঙৱায নাহা মোইবাং চোথে নাহা পাখংবনা কোবৌ নুমিৎ মঙানি শুববদা চবৈ ফিঙৌ শেৎ তবা চামাংদা ৱাংলৈ যুমাংদনা কোবৌ নোংগাগে হাযববদা মপল পঙ্খৌ নিংথৌগা পলেম মমাগনু শমু খোঙবী পাযনা পাওমেনখিযে। চীংঙু কোল্লোয মতিনমেনবু মাই মৈচেনফদে কোবৌ নোংকাবগে হায়না পাওমেল্লবদা যাত্রা খোঙশাল্লে। মপল পঙ্খৌ নিংথৌ থাঙবায কোংদিং অঙনবগা পলেম মমা লৈমা থমোইলেম্বীগা এাল্লোয মকন্বী লৈমা শুনু লেম্বীগী মপল থোংনাং লোইহাপাকা পলেম মমা কেগে লৈমা অঙানবীগনা শমু খোঙবু থিন্না মালেম লৈদা ওন্না হেকঙাই মপাউ চাউনা মীকপখিযে।

মশানৌ লৈমা শুনুলেম্বীনা মপুবোইবগা লোযননা চবৈ ফিজিবু অমত্তা ওইনা পুনশিনমিন্নবগা মশাবা চোথে থাঙৱায পাখংবগা পুন্না অৱাংবা কোবৌ থক্তা নোঙ্গামিন্ননবা শেম শাববদা কেগে চোথে থাঙৱায পাখংবনা মপল পঙ্খৌ অমসুং পলেম মমাগী মফমদগী কোবৌ থক্তা নোঙ্গানবগীদমক যাথং লৌববদা পল্লেম মমা লৈমা থমোয লেম্বীদি অদুঙৈ মহাক্না হৈবাং মচা যান তাউজিং মক্না হুনখিবা মতমদা চীংঙু নোংথৌ সোবাবেন অৱাং পাখং যোইবেনবনা মহাক্কী খোমলেন মঙলান্দা লাক্কুনা তাকপীখিবা অদুবু খঙনিং নীংশিংলক্কুনা মপাবি চোথে থাঙৱায পাখংববু অনাংবা কোবৌ নোঙ্গাবগনি খল্লুবদা শমু খোংবু থিন্না থম্মোয শোক্না তেঙথানা ওন্নথোইনা কপখি। লৈমা শুনু লেম্বীবু পোকপা পলেম মমা

মপল পষ্টৌ মপা অমসুং কেগে থাঙৱায পাখংবগী পল্লেম পষ্টৌ মবিমনা মালেম লৈদা ওন্না থোইনা কপখিযে।

কেগে থাঙৱায পাখংবনা মশানৌ লৈমা শুনু লেম্বীগা লোযননা অশেংবা ফিঙৌ শেত্তুনা কোবৌ নোংথৌ সোবাবেনগী নাক্তা নোঙ্গাবকপদা যাংদৌ লম্বী লমখাংদা লাইজা ঈশিং চাওবমদুনা চৎপা যাদ্রবদা লাইজা ঈপাকথক অচৌববু লান্নবগীদমক চীংঙু নোংথৌ সোবাবেনগী মনাইশিংনা থোঙলেন পাম্বৈ শেমদুনা থনমখি। কেগে চোথে থাঙবায পাখংবগী মফমদা চীংঙু নোংথৌ সোবাবেনগী মদাইবেমশিংনা মশানৌ লৈমা শুনু লেম্বীবু থনল্লগা থোঙলেন পাম্বৈ পাযদুনা লাইজা ঈশিং অচৌববু লাল্লক্লগা কোবৌ নোঙ্গাবক্লবা হাযববদা মশানৌ তাল্লোয মকুম্বী লৈমা শুনু লেম্বীনা চীংঙু নোংথৌ সোবাবেনগী মদাইবেম খোইযুম পাখং যোযবেনবা থোঙলেন পাম্বৈ শেম্নশিংদা অসুম্না হাযখি। কেগে চোথে থাঙৱায পাখংবা অসিন লৈমা ঐগীদি ইথংলেন মানজনে, ইবিঙাবু লাংলেন কোংযাং ৱাপুম্মগুম্বনে মতৌ কবম খাযদোকপিবগে হাযবনো অসুম্না পাওমেন ৱাবু তাববা চীংঙু নোংথৌ সোবাবেনগী মদাইবেমশিংসু থিঙবা ঙম্লুদনা তাল্লোয মকম্বী লৈমা শুনু লেম্বীগা লোযননা কেগে থাঙবাঙ পাখংবদি লাইজা ইনেন পুংবু লান্না কোবৌ নোঙ্গামিন্নবকএ। কেগে থাঙবায পাখংবনা মশানৌ লৈমা তাল্লোয মকম্বীগা লোযনদুনা চীংঙু নোংথৌ সোবাবেন অৱাং পাখং যোযবেনবগী নাকপু যৌনবা ইন্দাল্লকপদা লৈমা শুনু লেম্বীবু অকি তুজুংনবগীদক যাংদৌ লম্বীদা পাম্বা কৈবেন অমসুং তাংজা লিলনা লমথত্তুনা ফৈনা ঙাক্তুনা লৈবম্ববু লৈমা মানা কবিসু অকি তুজুং লৈতনা মশাবী কেগে থাঙৱায পাখংবগা চীংঙু নোংথৌ সোবাবেনগী নাক্তা ৱাযথুংলবা ফাওবদসু থাদোকখিদবা অদুবু অসুম্না শৈথাবি।

> কোবৌ মখল অমা ৱাংবন মবোন অমদা তাংজনা লম ঙাকঙমযে; লিল্লানা থোং শাইযে। নুংকোই শেবনকি চবাংনা কম্পোং তাংজা নাবিন শাং চবৈ ফিযান ঙমদবা লিন্না কেগে চোথে পাখংবও নঙদি চীংঙু নোংথৌ সোবাবেন সনা মখোঙ খাবু য়াঙনা ইন্দানখিও। থোংনাং লোইকেনবা চনু লৈমা শুনু লেম্বী নঙদি চীংঙু পন্দনফবোইএ হাযনা তাংজা ফৈনা লাম

লিল্লা ফৈনা ঙাকনা থৌখার্মখিযে। লৈমা শুনু লেশ্বীনা থংলেন ইনেম্মচা কেগে থাঙব্রায় পাখংবও তাংজা মানা থোংশাবা থোংলেন মানা থোংশেম্বসুং লাল্লকলোই। কোবৌ মখলমা ব্রাংবন মবোন মাপনমক্কী কেগে ইপল লম মোইবাং ইপু লমদা মোমনু চীংঙু ইবাইবক্কীনে হায়না থংলেন মনেমমচাবু পাওমেনখিযে। হেকঙাই মপাউ চাউনা মীকপখিযে। কেগে থাঙব্রায পাখংবনা তাংজা লমথৎপা লিল্লা থোংঙাকপশিংদা পাওমেনখিযে। মোমনু তাল্লোয় ইকমবীবু শীংলেন শেৎনা ঙল্লবোই লৈবাং খাইনা ঙল্লবোইএ হাযনা পাওমেল্লবদা তাংজা ফৈনা লাম্বনা চাযথোকপিখিযে। নুংকোয সেবন ঈনা খোযমা নাবেন্নুংদা লমচাযপিখিযে। মথংলেন চোথে থাঙব্রায পাখংবগা লৈমা শুনুলেশ্বীগদি তাংজা লমঙাকফম্মু কান্না চোংনা সোবাবেনগী মদাইবেম নাউবা থোঙখৈগী ঙাইনু থোঙচিন ঙাকপশিংনা নিংথৌ খাগী নাহা উমাইচা নিংথৌবা নোংপোক থৌদ্রি তৌসাফাবা তৌবাং লোংচুনবা লৈবাং মশুং মানবনা তাল্লোয মকম্বীগা কোবৌ নোঙ্গাবকপা নঙবু কনানো হাযনা পাউহংঙমএ হাযদনবা। অসাইঙৈগী নাহা খোঙফৈ ফম্না লীচৈ গোবান শূবা অপসবি লাইবৈমা লোইমু তেকপু নোইতম্বী নোইমল্লাংবু ঙমতম্বী খোঙশীং মানবন নোযখু থেৎকা পল্লাং নোযবু লৌমা তৈর্বশিংবু খোইমোম মলোর্নথ টাংঙু মশাংপপু যোন্দর্বশিংও ঐনে কেগে মোইনা চোথে থাঙব্রায পাখংবনে। চীংঙু থংবা যোইথংলেন্না অবা কোবৌ নোঙ্গাবকও হাযবগীবু চীংঙু পন্দল্লকপনে হাযনা পাউখুন্নবদা হোযদা কেগে খাঙবায নাহা নঙদি কোবৌ মথোঙচিনা অসিদা নোংহামঙমও হাযনা পাওমেনখিযে। তযুমও কোবৌ নোংলানপান অসিদদি তাল্লোয খাচিকনা লুমলেন খাফাংনফবোই। পাবি চোথে থাঙব্রায পাখংববুদি খোইযুম সনা ইখোঙখাদা পাউ কৌখৎলকও তাল্লোয মকম্বী লৈমা শুনুলেশ্বীবুদি কেগে মপন লমদা হলব্রাইহনখিবো। তাল্লোয মকম্বীবু শীংলেন শেৎনঙমদা লৈবাং খাইনা ঙমদ্রবদি থাঙব্রায পাখংববু খোইযুম লাইচাক পীজৌও হাযনা পাওমেনপিএ।

মতৌ অসুম তৌদুনা চোথে থাঙব্রায পাখংবা অমসুং লৈমা শুনু লেম্বী শাবী শানৌ অনিনা পুন্না কোবৌ নোঙ্গামিন্নবক্কুনা চীংঙু নোংথৌ সোবাবেনগী মখোং খাদা বাইথুংলববদা চোথে থাঙবায পাখংববু চীংঙু ইন্দ্র সোবাবেন্না কৌখৎলক্লো হাযনা মদাইবেমশিংদা যাথং পীখি। লৈমা শুনু লেম্বীবুদি মশাবী থাঙবায পাখংববু থাদোক্লম্লগা মপাম লমদমদা হংখিনবা হাযববু লৈমা শুনু লেম্বীনা গাবা কৌবা মবৈত্রবদা মশাবী থাঙব্রায পাখংবদি খোইযুম লাইচাক পীজদুনা যাইবী থব্রায থাবে। লৈমা শুনু লেম্বীনা মশাবী চোথে থাঙবায পাখংববু যৈবাথক্তা পম্লগা মপাম লমদমদা মদোম হনববু ঙম্লোযএ মহাকপুসু যাওনা মথব্রায লৌবিযু হাযনা মীকপখিযে। লৈমা শুনুলেম্বীনা মশাবী চোথে থাঙবায পাখংবগী থব্রায যাওদ্রবা হকচাং অদুবু থাদোকউ হাযবা যাদনা অসুম লৈববদা চীংঙু ইন্দ্র সোবাবেন্না ওকলেন লাবা অমসুং কাওবেল ষন থাজিন্দুনা কিহল্লবদসু লৈমা শুনু লেম্বীনা কবিসু নিংহন্নবা লৈতনা মমায লৈদনা মাঙবোং যানা ওকলেন লাবা নংবু যাঙনা চীঙ্গোয চন্দুনা মোমনু তাল্লোয মকম্বী ঐহাকপু মিবেল পাবোৎ লোনহল্লো হাযনা মীকপ্লবদা কাওবেন মণ অর্মদি ওকলেন লাবনা কবিসু তৌঙনদনা নীংনা তেনা হলবাইখিএ। অসুম্না চীংঙু নোংথৌ সোবাবেনগী মথমদা মদাইবেমশিংনা থোংনাং লোইকেনবা চনু লৈমা শুনু লেম্বীদি কবিশু তুজুংলুবা তৌদনা খোইমা মমাই ওনবিদে হাযনা পাওমেল্লবদা চীংঙু নোংথৌ সোবাবেন্না পাম্বা কৈবেন অথৌববু অমুক থাবকখি। পাম্বা কৈবেন অথৌবনা খাক লাউদুনা ঙংদুনা পাইশিল্লকপদা লৈমা শুনু লেম্বীনা হাযনকই হে পাম্বা কৈবেন অথৌব-ও ইশাবী মাবু থাদোক্তনা শেন্নদুনা লাকপদা চাবক থকলক্লবা কুইবক্লে, লাম্বনসু খাঙফম খঙদ্রে, পাম্বা নহাক্না ঐহাকপু চাবিববদি ঐহাক্কী অবাম খৌবাংবা অসিসু কোক্লগনি হাযদুনা কবিশু তুজুংদনা লৈথাক্লবদা পাম্বা কৈবেন অদুসু কবিসু তৌবা ঙম্লদনা মদোম তুমিন হলবাইখিএ। মসিনসু কান্নবক্কুদুনা চীংঙু নোংথৌ সোবাবেন অব্রাং পাখং যোইবেনবনা লৈমা শুনু লেম্বীনা কিদুনা হলব্রাযখিনবা হাযদুনা লাইজা ঈশিং তমলেন অচৌববু অমুক চাউহল্লবসু লৈমা শুনু লেম্বীনা মমায লৈদুনা চোবদি লাগবদুনা মশাবী কেগে থাঙব্রায পাখংবগী থব্রায যাওদ্রবা হকচাংবু থাদোক্তনা অদুম কোন্দুনা লৈখি। অদুনসু যাবক্কুবদা চীংঙু নোংথৌ সোবাবেন্না খাম্বী মৈত্রেং

অবাবা অমসুং কাকযেন শুকামুবু অমুক থাবকখি। অদুদসু থোংনাং লোইকেনবা চনু লৈমা শুনু লেম্বীনা মশাবী কেগে থাঙব্রায় পাখংবগী অশিবা হকচাংবু কবিশু অকি তুজুংবা পোক্তনা থাদোক্তনা অদুমক শংদুনা লৈখি। চীংঙু নোংথৌ সোবাবেন্না লৈমা শুনু লেম্বীবু কিদুনা হনখিনবা হাযদুনা মখল মখা কযাগী শক্তি লৈববা মতীক মযাই কল্লবা তাংজা লিন, ওক, কৈ, লাইজা ঈশিং অচৌবা, কাকযেন শাকপমু নচিংবা থাবক্তুনা চাংযেংখিবা অদুবু অসুম্না শৈথাবি।

খোইযুম নামুংবা ও নদাইবেম থোংনাং লোইকেনবা চনুদি যামচেং মনম মুকপিদে। নদাইবেম ঐবুদুম পানবা চীনগোয চল্লো লাও লাইযিংথৌ মুকমু খবি ইবনা লাইজা ঈবিক লাইবু থৌশিখিযে। অশাংবম লৈমা ব্রাইচৎলম অবাম্বম লৈমা বাকোইলম, কোইবেং খুৎচম ঈ কোবৌমচি ঈ ব্রাংবন মনাউ ঈ চীংবাংপা ঙমথাঙ নোংবাকপা ফেনথা ঈ চীংফু লৈমা শান্দেং ঈ নান্ত খুঙম ঈ থৌযেং খমনিং লাই ফানা ঈ, খোযপু খুচম ঈ মঙান ওকলাবা কুম্মৈ শোনবা হুযেন পাসা কপ্পা খাং ঈ, লাইজা ঈবিক লাইনা ইমু মবাঙ হৌনা লাইজা লাংথং মাই লোযনবকপবু লৈমা শুনু লেম্বীনা শোংকদনা পাওমেনঙমম। লাইজা মথি নাইবা নঙবু মোমনু ঐদি ইমু খায কনা ঈত্তৌ থমযোৎননা লোংমল্লগে হাযনা পাউকৌঙম্মে। লাইজা ঈবেন পুংনা ঈমু মমায ওয়া হনব্রাইখিএ। খোইযম লাইনিংথৌ নদাইবেম লৈমা শুনু লেম্বীদি যামজেং মনম মুকপদে হাযনা পাওমেল্লবদা খোইযম লাইযিংথৌ লাইজা ঈ থাবা ঈমু খমওনবনা খাম্না মৈত্রেংবু থৌশীখিযে। লৈনুং চেনবাই মৈ চাখা খুম্নোক মৈ পোইনাউ তানা খুনথাও মৈ, মাইথোং চাবাবোইনা শমু পাঙ্গনবনা চানা সুল্লেন খাগা থা মৈবা যাইগা চন মৈযেং থক্কা থোং খুৎপী যৌবাই মেন্না শমলৌ মৈ যাইথোং পিযাইনুনা ব্রাইলৌ মৈ চাখা ব্রাইতেকপা নুংফৌ মৈ, লাংপন শাযাপানা নপলৌ মৈ মৈতেংচু পোইবৈ খুঙ্গাওবনা মনুং লানচেন মৈ, থংদা খুমহুমেসু তুবি চবাইবোংবনা মাসেম যুমচঙ মৈ হুযেন শেল্লিং ফানা মৈ, যোইবেন অতোন লৈখাম্বনা অব্রাং লানশু চীং নামুংদা নাকথং সাবেন হুনা

কুমশা মৈ, চীংফু লম্পাপী খাম্বী মবাঙ খঙ খাপুং লমওন মৈ চকমোম মথিনাই পুচেং কোকপা মৈ লাংচেং খোম্বা মৈনা খাম্বী মবাঙ হৌনা পঙ্গেংলকপবু লৈমা শুনু লেম্বীনা খোযমা মমায় লৈবিদে। চকমোম মথিনাইববু পাউবৌঙমএ। খাম্বী মৈত্রেং অবাবা ইবুংঙো তাও-ও মোমনু ঐবু যাওনা নোঙ্গাখ্রগে। চকমোম মথি নাইববু চৈবৎপীগনো হাযনা পাউকৌঙমএ। খাম্বী মৈ নোংখোংনা চকমোম নীংনা তেনা হলরাইখিযে। চীংঙু থংবা য়োইথংলেন্দা পাওমেনখিযে। নদাইবেম থোংনাং লোইকেনবা চনুদি চকমোম মথি নাইববু পুমনা শোংকিদে হাযনা পাওমেল্লবদা খোইযম লাইনিংথৌ নাম্ভা তবেৎ চৈচিংপা কানবী চাবিসুপু উনথম চাবিশুপা পুনা লোইবী চীং কাকলেনবু থৌশীখিযে।

অসুম্না চীংঙু নোংথৌ সোবাবেন্না লৈমা শুনু লেম্বীগী মফমদা মহাক্কী লৈজবা উপায অমসুং শক্তিশিং থাদুনা হোৎনবদসু লৈমা শুনু লেম্বীনা খোঙফম অমফাওবা লেঙদনা শিবা কিদনা লৈবনদা মমৈথংদদি চীংঙু নোংথৌ সোবাবেন্না লৈমা শুনুলেম্বীগী মফমদা মাযথীবা ফ'লদুনা কান্নদ্রে খঙলদুনা মশাবী চোথে থাঙনায পাখংববু অমুক হিংগৎহন্দুনা। মোইবাং লৈবাক্কী নিংথৌ এইদুনা পুন্সি মতোন লোম্না শাবী শানৌ অনিনা নুংঙায যাইফনা পানখিবা মতাংবু অসুম্না শৈথাবি।

চীংঙু থংপা যোইথ'লেন নানুংবা ও নদাইবেম লৈমা শুনু লেম্বীদি খিংলৌ কাওংমে থাশল্লা। তমেন তা পাল্লবদা ওকলেন কাচক হৌনা চেংলৌ মমায ওন্দনা তিমেন মাযোক্লনা তৌগুম্নবু মোমনু খোযমা মমায ওনবিদে, পোনবী মাযোক যানা নোংমল্লগে শাপি থাঙমৈ পাখংবাও মোমনু তাল্লোয নকম্বী লৈমা শুনু লেম্বীনা তাবা চাথংদনা লাইজা ঈযোংদনা পিবেম খকমা তানা হেকঙাই চাইতাং শোন্না নোংহামলিএ। তাল্লোয নকম্বীগা খুজেং পালোইননা কেগে নপন লমদা ওন্দেমিন্নখিও মোইবাং খুন্দামিন্নখিও। ভাংঙোই মনিন নাইবা খুযোন শেমলৌ তুমলৌখাবু থানদনা পানবা পংনে। কেগে খুন্নিংথৌ ওইনা পাল্লুও হাযনা পাওমেল্লবদা কেগে থাঙরায় মোইবাং চোথে থাঙরায পাখংবদি তাল্লোয মকম্বী থোনাং লোইনেম্বা চনুগী

ফৈরা তাজিন থক্তা তিনবান খোকমৈ নেম য়াব্রা শুজা নম তেকপী কোইথুংলববু য়োইওইলকএ। চোথে থাঙব্রায় পাখংবদি মোমনু তাল্লোয় মরুপ্পী লৈমা শুনু লেপ্পীগা কোবৌ নোংলোনথক্কী কেগে ঙানখম ময়ায় খায়না কোরৌ নোংথিল পোপ্লোপ্পদা চাউনা শাংনা তারকএ । কেগে মনিন নাইবনা চীংঙু নোংথৌ সোরারেনগী মপাবি নোংথৌ খোবি ফাবা নাউব্রা খোইদাংশীৎপা পানবা কৈখোম থকনা নাউনৌবা নুংনাং শাগনথক্তা থৌথাবা নুংনাং অঙৌববু খুনেৎনবা হৈবেম খুঞ্জান ঙন্না কাপাক থিযাঙ ফাবা লৈশং খেকব্রাই লোঙবা চীংঙু মশান ওন্নে হায়না মেনাং তনবা শা নামুং অঙৌবা মানবী খুৎচুপ কেন্দবনা লমওকঙম্মে। কেগে খোইযাংবনা য়ুম্পী চৌবা মপান ফুক ফুঙ্গা তেকপী মফম হোংখোঙকাঙ কোকপাক মফম চাউনা চাইবিখিযে। চৈবী খুন্তান নিংথৌ পুংও পম্বৌপা থৌশিনপু লাংকোনপা, কেগে থাঙব্রায কোংতিং অহনবা পলেম মমা লৈমা থমোইলেপ্পীনা থোংনাং লোইনেম্বা মযাং শুনু লোইকেনবগী তাল্লোয় মরুপ্পী কেগে লৈমা অঙনবীনা কেগে খুনফাংথৌ লুপা শায়াঙ কোনপুশি কেগে লেংনা তিন কেগে খুন্নিংথৌবু ওইহনসে মোইবাং ব্রাপী হাইবা যুমখু পোংলেন হনববু ওইহনসে হাযনা কেগে খাদা নিন ঙাংলৌ ঙানখম উবা লাইচিং খোইনাই ওম্পু লেংনা ফাং খুযোন শেপলৌ তুমথা মোইবাং লাইথা তিন কেগে খুনখা পুমনা হৌনা মানবী খুৎতপ্পনা চাংজৌ চেপ্পা লোন্না মালেম লৈগা পক্লা লমওকঙমএ। কেগে মোইবাং চোথে থাঙব্রায পাখংবনা কেগে খুন্নিংথৌবু ওইনা খাবা নোংলৈথক্তা কেগে মপাচাদা পাওমেল্লবদা কেগে থাঙব্রায পাখংবদি মোমনু তাল্লোয মরুপ্পী লৈমা শুনু লেপ্পীগী ফৈরা তান্দা থোংনা কোরৌ নুমিৎ শীংবুম য়াল্লা নোংথোইববু য়াব্রা শুজা নম তেক্তা লাইকোই থোংলববু থব্রায মিরাংপানবু অমরক ওন্দেরক্লে হাযদববা।

অসুম তৌদুনা লৈমা শুনু লেপ্পীনা সতীত্ব ওইবি নুপি অমা ওইবদগী মপুরোইবনা শিরবা ফাওবদসু মপুরোইবগী থব্রায যাওদ্রবা হকচাংবু থাদোকউ য়াদ্রবদা অশিবগী লাই লৈনুং থোঙঙারেন ফাওবনা সতীত্ব ওইবী মতৌদা খাঙবা ঙম্লব্রদুনা লৈমা শুনুলেপ্পীগী মখুত্তা মায়থীবা ফঙদুনা

মপুবোইবগী থৱায়বু অমুক হন্না হিংগৎহন্দুনা মালেম তাইবঙপান্দা হল্লক্তুনা কেগে মোইবাং লমদমদা শাবী মতৈ মনাউনা লৈমা নিংথৌ ওইদুনা নুংঙাই যাইফনা পানখি। অসুম্না মতৈ মনাউ অনিগী মবক্তা অমনা শিববদা লৈহৌবিবা অমদুনা মথৱায শোক্লা নুংঙাইতনা তাল্লোয মকুম্বীগী নত্রগা মপুবোইবগী হৈনা মতুং ইন্দুনা হেক্তা শিমিন্নখিবা অদুগী মতাংদা মোইবাং কৌবা লমদম অসিদা চোথে থাঙৱায পাখংবা অমসুং লৈমা শুনু লেম্বী অনিগী ৱাবী অসিদা নত্তনা অতোপ্পা নিংথৌশিংগী হাক্তক্তা থোকখিবা থৌদোক কযাসু লৈ। মোইবাং নিংথৌ ফাং ফাংগী মতমদা ফৌওইবী অকোং চাম্বগী ৱারী থোকখি। হেঞ্জুনাহা থোংনাং লাইবৌলেম্বীগী ৱাবী মোইবাং নিংথৌ তেলহৈবগী মতমদা থোকখি। পুবিক্লাই উবা ঙাঙোইবগী মতমদা ঙানবা শঙলৌবেম্বীগী ৱাবী থোকখি। খোযোন হাওবা অমসুং যাইথিং কোনুগী ৱাবী মোইবাং নিংথৌ ম্না লাম্বাগী হাক্তক্তা থোকখি। মোইবাং নিংথৌ নুঙনাং তোনবগী সনা হাক্তক্তা শ্যাম্বা লমগানবা খুম্নুং যাইদিংকোনুগী ৱাবী থোকখি। চকপ্রম চনু ফিশাবী অমসুং ৱাংলৈ পুংদিং হৈবগী ৱাবী মোইবাং নিংথৌ উবা কোংযাম্বগী মতমদা থোকখি। মোইবাং নিংথৌ চীঙখু তেলহৈবগী মতমদা খম্বা থোইবীগী ৱাবী থোকখি। কদেং থাংজা হনবা অমসুং তোন্নু লাইজিং লেম্বীগী ৱাবী মোইবাং নিংথৌ পুন্সিবগী মতমদা থোকখি। মোইবাং নিংথৌ ইথাই কাইবেম্বগী সনা হাক্তক্তা মৈতৈ নিংথৌ যাংহনবা অমসুং মমোম কুমজবেম্বীগী ৱাবী থোকখি। অসুম্না মোইবাং লমদমগী থোকখিবা শাবী শানৌশিংগী নুংশি কাযনা শেৎনখিবা ৱাবী শীংবুন কযা অসিনা মণিপুবী সাহিত্যগী মচাক ওইর্নাব। অদুগা পেনা শকপা, মোইবাং পর্ব্ব শকপা অশৈবা ওঝাশিংগী ঈশৈগী শৈহেক্তা শৈশক্লবি। মোইবাং লমদমগী লীববা পুৱাবীদা যুম্ফম ওইবা শাবী শানৌশিংগী ওইবা নুংশি নুংওনগী ৱাবী শীংবুন কযা অসিনা সাহিত্যগী মবাং কাযনা মচাক ওইদুনা মণিপুবী সাহিত্যগীদমক চাওববা থৌদাং যাদুনা লাক্লি। অদুগা পৃথিবীগী অতৈ অতোপ্পা লৈবাকশিংগী লৈনবিবা সাহিত্যগী থাক্তগী মণিপুবী সাহিত্যনসু থোইনা তাথদনা হঙ্ববা থাক্তা লৈত্রিবা অসিমক মোইবাং লমদমগী পুৱাবীদা যুম্ফম ওইবা শাবী শানৌ কয়াগী নুংশি নুংওন্দা যুম্ফম ওইবা ৱাবী শীংবুন কয়া অদুনা মণিপুবী সাহিত্যদা য়াবিবা থৌদাং অসিমক্লনি হাযবা য়াই।

মোইবাংদা থোকখিবা নুংশি নুংওন্দা যুম্ফম ওইবা চোথে থাঙব্রায় পাখংবা অমসুং মশানৌ তাল্লোয শুনুলেম্বী অনিগী ব্রাবী অসিগা হিন্দূগী ব্রাবীদা যুম্ফম ওইবিবা সত্যবান শাবিত্রী শাবী শানৌ অনিনা তাইবঙপানগী চৎনবী মতুংইন্না যুম্বালবগী লম্বীদা খোঙদাববদা ইকুই কুইদনা মপুবোইবা সত্যবান্না শিববদা মশানৌ তাল্লোয মকুম্বী শাবিত্রীনা নুপি ওইবিগী সতীত্ব ধর্ম্ম ঙাক্লা অশিবা মপুবোইবা সত্যবানগী মতুংইন্দুনা অশিবগী লৈবাক তান্না চৎখি। অশিবগী লাই যমবাজনা শাবিত্রীগী মফমদা মহাককী অপাম্বা কযাবু ববগা লোযননা পীববা ফাওবদসু শাবিত্রীনা মপুবোইবা সত্যবানগী অশিবা মশা অদুবু থাদোকপা লৈতনা যমবাজগী মতুং ইন্নদুনা লাকপনা যমবাজগী লৈবাক যৌববা ফাওবা শাবিত্রীনা মপুবোইবগী অশিবা হকচাংবু থাদোকপা লৈত্রবদা যমবাজনা কান্নবোই খঙলদুনা শাবিত্রীগী মপুবোইবা নীংবা অমসুং নুপি ওইবগী সতীত্ব ধর্ম্ম ঙাক্লা চৎপা মতৌ অদুদা পেনখ্রদুনা অশিবা মপুবোইবা সত্যবানগী থব্রাযবু অমুক হিংগৎহন্দুনা তাইবঙপান্দা অমুক হল্লক্নুনা নুংঙাই যাইফনা পানখিবা অসিগা য়ামনা মান্নৈ।

চোথে থাঙব্রায পাখংবা কৌবা লাইবিক অসি মকুওইনা অবাবা তেংথাবা শৈবোলনা মপুংওইনা শৈথাদুনা ইবনি। অদুবু অশৈবগী মপুং ওইবা বাখললোন্দি নুপি ওইবিগী সতীত্ব ওইবা মতৌ অমসুং অচেৎপা পুকচেলনা মপুবোইববু নীংজববদি অশিবগী লাই চীংঙু নোংথৌ সোবাবেনমকপুসু লাযনা মাযথীবা পীবা ঙমখিবা মতৌ অদুবু নুপি ওইবিশিংগী মফমদা ফিদমনফম তমজনফম ওইবা মতৌ অদুবু তাকপনী। অসুন্না চোথে থাঙব্রায পাখংবসু মশানৌ তাল্লোয মকুম্বী লৈমা শুনু লেম্বীগা লোযননা তেঙবানবদা অমুক হল্লক্নুনা কেগে মোইবাং লমদমদা যুমলেপ চাবা তমদুনা মোইবাংগী খুন্নিংথৌ ওইববা মতুংদা চোথে থাঙব্রায পাখংবা হাযবা মিংথোল অসি তোঙদোক্নুনা থিংক্রি নাচাউবা হাযনা কোল্লোয মিংলেন অমুবক হোংদুনা মশানৌ তাল্লোয লৈমা শুনু লেম্বীগা লোযননা নুংঙাই যাইফনা মোইবাংদা পানখি। ❒

# পাখংবা নোঙ্গারোল

মণিপুব অসি চীংলোন কযানা কোইশিনবা অৱাং নোংপোক ভাবতকী চীদাইদা লৈবা লৈবাক মচা অমনি। লৈবাক অসিদা ঙল্লিঙৈ মতমদা তোঙান তোঙানবা মীওই ফুৰুপকী কাংলুপশিংনা লৈবাক অসিগী তোঙান তোঙানবা অৱাংবা মফমশিংদা খুন্দা লৈতাদুনা লৈবমই। যিশু খৃষ্টনা পোক্লিঙৈ চহীচা কযাগী মমাংদা মণিপুবদা মীশিংনা খুন্দা লৈতাবস্বা মওং অসি অৱাংবা চীংগী চীংথক্তা অমসুং অতোংবা মফমশিংদা খুন্দা লৈতাদুনা লৈবমই। মসিগী মৰুওইবা মবম অমদি তম্পাক্কী লমদম অসি অসুক্কী মতীক কুৎপনা ঈশিংনা পুমলং লংনা থুমদুনা লৈবমই। মবম অদুনা মতমদুগী মীশিংনা মণিপুবদা লৈবিবা অৱাংবা চীংশিং মৰুওইনা থংজিং, কৌব্রু, নোংমাইজিং, লাঙ্গোল, হৈবোক, থাঙ্গা, লাংজীং, ৱাংব্রেন (মহৌ) অসিনচিংবা চীংশিং অসিগী মথক্তা খুন্দাদুনা লৈবস্বদগী চীংশিং অসিদা লাইফম তীনফম কয়া মকম ঙসিফাওবদসু মাঙবা লৈতনা লৈবি। মোইবাং থংজিং হাযনা খঙনবিবা লাই অসিসু মতম অমদা থংজিংচীংদা লৈবস্বা মোইবাং শলাইগী লুচিংবা পুকোক ওইখিবা মীশক অদুবু থংজিং হাযনা খঙনখিবনি। মতৌ অসুম তৌদুনা ৱাংব্রেন খানা চাউবা হাযনা খঙনবিবা অসিসু ৱাংব্রেন মহৌ চীংদা লৈবস্বা খুমন শলাইগী পুকোক ওইদুনা খুমন শলাইবু শন্দোক্লস্না মীশক অদুবু ৱাংব্রেন মহৌ চীংগী মমিং লৌদুনা ৱাংব্রেন হাযনা খঙনখিবনি। অসুম্না কৌব্রু অসিসু কৌব্রুচীংদা লৈবস্বা মোইবাং শলাইগী পুকোক অদুবু কৌব্রু হাযনা খঙনখি। ইশম শস্বীদা মখোযশিং অসি চীংশিং অসিগী মমিং লৌদুনা পীবা মীংথোলনি, মখোয মখোযগী তোঙানবা মমিং লোযনা লৈবা ঙাক্তনি। ঙল্লিঙৈ মতমদা মীশিংনা অবাংবা চীংথক্তা খুন্দাদুনা লৈবস্বা মতাং অসি ঐখোযনা মণিপুবগী চীংশিংগী মবমদা শৈথাদুনা ইবস্বা নোংমাইজিং চীঙ্গোইবোল, লাঙ্গোল চীঙ্গোইবোন, হৈবোক চীঙ্গোইবোন, কৌব্রু চীঙ্গোইবোন, থংজিং চীংঙ্গোইবোন, থাঙ্গা চীঙ্গোইবোন, চীংলোন লাইহুই, অমসুং চীংশৎলোন; কৌব্রু খুনকুমলোন অসিনচিংবা লিববা লাইবিকশিং পাকবদগী খঙবা ঙমই।

মীশিংনা চীংশিং অসিদা লৈবম্মী হাযবসিগী মতীক চাবা খুদমগা লোয়ননা খুদম চাংদম মকওইবা লাইফম তীনফম কযামকম মবীক চুন্না শৈথাদুনা লাইবিকশিং অসিদা ইবি। ঙসি যাওবদা লেঙদনা লাইফম কযা অমসু অবাংবা চীংথকশিং মকওইনা কৌব্রু চীংজাউদা, থংজিং চীংজাউদা, নোংমাইজিং চীংজাউদা মাঙদনা লৈবি। ঐখোয়না লমদা থাগী ১৮ নি পানবদা নোংমাইজিং চীংজাউ কাদুনা ইপা ইপুশিংগী খুবম অঙোম অমসুং নিংথৌজা শলাইবু শন্দোকপীবম্বা শঙ্গায যুম্ফম, খলোং অমসুং নিংথেম যুম্ফমদা লাই খকম্বা চৎনবি। কৌব্রু চীংজাউ কাদুনা কৌব্রু চীংথক্তা লৈবিবা কৌব্রুগী খুবমদা লৈশু কত্তুনা খুকম্বা চৎনবি। থংজিং চীংজাউ কাদুনা থংজিং কোইবেন লাইগী অহানবা খুন্দাখিবা মফম থংজিং শুকংবু খুকম্বা চৎনবি। অসিদসু নত্তনা অতৈ অতোপ্পা চীংশিংদা কাদুনা লমদমসিগী যেক ৭ শলাই ৯ অসিগী চাদা নাওদা মচা মশুশিংনা মকওইনা চীংখৈ চীংদা, হৈবোকচীংদা, থাঙ্গা চীংদা, লাঙ্গোল চীংদা, ফোইজিং চীংদা কাদুনা মফমশিং অসিদা লৈবিবা লাইগী খুবমশিংদা হৈ-লৈ অচা অথক অহাও অথুম কত্তুনা খুকম্বা চৎনবি।

মতমগী খোঙলৈদা নোংমা নোংমগী তম্পাক্কী মফমশিং অসি কংলক্তুনা অবাংবা চীংথক্তা লৈবম্বা কযা অদুনা তম্পাক্কী লমদমদা কুমথবক্লগা লৈবাক অসিগী তোঙান তোঙানবা মফমশিংদা খুন্দাদুনা লৈখি। অসুম্না ফুরূপ কাংলুপশিং অসিনা মমৈথংদদি মখোয মশেন যেংথিনবম্বা উন্নবা যাবমদবা, অমগা অমগা হাৎন শুনবম্বা কযা অদুবু অমত্তা ওইনা পুনশিন্দুনা লৈমিন্নবা যানবা মৈদিংঙু নোংদা লাইবেল পাখংবনা খৃষ্টগী অহানবা চহীচা (৩৩-১৫৪) দা লৈবাক অসিগী নিংথৌ ওইদুনা পানখিবা মতম অসিদগী তোঙান তোঙানবা ফুরূপ কাংলুপশিং অদুগী যেক শলাই যুম্নাক শাগৈ খাযদোক্তুনা মাগী মাগী যুম্নাক শাগৈ মচা মশু মচিন মনাউ খৈবিক্কী মফমদা চৎকদবা ঙাংগদবা ৱাঙাং শঙাং থকশি খাশি থৌগনলোন ব্যবহাব চৎন লোনচৎ কযামকম অসিগা লোয়ননা শাগৈ নাতৈ মান্নবা য়েক শলাই তিন্নবা মশেল লৌনবা যাবা যাদবা কযা অসিবু শেমদোক্তুনা লমদমসিদা চৎনখি। (খমলাং পাবাবী অহুইলোন, পাখংবা ফম্বাল, লাইস্না ফমলোন)। তম্পাক্কী লমদমদা মীশিংনা অৱাংবা চীংথক্তগী কুমথবক্লগা ইতান হান্না লৈবাক্কী নিংথৌ অমসুং লৈমা হাপ্তুনা ফম্বাল তোঙদুনা লৈবাক ৱায়েন থৌদা চথখিবা মফম অসিবু কংলা

অসিদনি হাযনা কংলা লায়াৎ, নুংলোন্, কংলা লাইফমলেন, নচিংবা লাইবিকশিংদা ইবি। মবম অদুনা কংলা অসিদা নিংথৌ কযানা মথং মথং পানখিবা অমদি নিংথৌশিং অদুগী হাক্তক হাক্তক্তা থোকখিবা থৌদোক ৱাথোক কযামকম কংলাগা মবী লৈননা লাঙ্গোল চীঙ্গোযবোল, নোংমাইজিং চীংগোইবা, হৈবোক চীঙ্গোইবা, কৌব্রু চীঙ্গোইবা, নুংলোয়চিংবা কয়া অসিদা শুগাযনা ইবি। কংলাদা ইহান হান্না নিংথৌ ওইখিবা মীশক অসি লৈশেমলোন পুযাদা ইবস্বা মতুং ইন্না অতিযা যাইবীবেন শিদবা, অমসুং মশানৌ ইবেম্মা লৈশিবেল লৈপুলবীগা (লৈমবেল শিদবী) লোযনদুনা অৱাং মোংপী চীংদা (চীংমৈবোং) ইহান হান্না খুন্দা লৈতাদুনা লৈববদা মপাবি অতিযা, অশিবা, অমসুং কোঞ্জিন তুথোকপা (পাখংবা) অহুম্বু শাৎনখি। অতিযা যাইবীবেন অমসুং লৈশিবেল লৈপুলবী অনীনা কংলৈ পুংমযোন হাযবিবা লমদম অসিবু শেমগত্তুনা চীংঙু লাইগী খুবম্বু থমদুনা তাইবঙদা চাদা নাওদা মথং মথং শমথদুনা পানবা যাগদ্রা হাযদুনা অৱাং মোংপী চীং (চীংমৈবোং) অসিদা লেপ্তুনা মাইকৈ মবি শুংদাই নিপান মকপু শিনবা থুংনা কোইনা চত্তুনা যেংখি। অতিযা শিদবা অমসুং লৈশিবেল লৈপুনবী (লৈমবেল শিদবী) শাবী শানৌ অনীনা কোযনা চত্তুনা যেংখিবা মফম অদুবু অকোইপুং হাযনা কৌখি। মফম অসি ঙসি ফাওবদা কংলাগী লাইফম লেনশিংগী মনুংদা অকৃবা মফম অমনি হাযদুনা খুকম্নবি। খুম্বোকযাই অকোইপুং অসিদা অতিযা শিদবা অমসুং ইমা লৈশিবেল লৈপুলবী অনীনা মফম অদুদা খুম্বোকপা যাবে হাযদুনা লাই পাখং লাইনুবাশিংগা লোযননা খুন্দাদুনা লৈখি। মফম অদুবু অতিযা শিদবা অমসুং ইমা লৈশিবেল লৈপুলবী (লৈমবেল শিদবী) অনীনা ইহান হান্না লৈবাক্কী লুচিংবা লৈমা অমসুং নিংথৌ ওইদুনা লৈবাক ৱাযেন থৌদা চথখিবা মফম্নি হাযদুনা কংলা কৌখি। খুম্বোকযাই অকোই পুং (কংলা) অসিদা লৈবাক্কী নিংথৌনা তৌগদবা থবক পুম্বা লেপ্পদুনা লৈবাক্কী লৈমা নিংথৌ অনীনা থৌবম শিম্বা শিন্দোক্লবদা লাই পাখং লাইনুবা খিবিক্লা লৈবাক্কী নিংথৌ অমসুং লৈমবেম্বী অনীগীদমক মোংবা শঙ্গায শাদুনা অৱাং মোংবী চীং (চীংমৈবোংদা) কোনুং শেমখি। অৱাং মোংপী চীংগী কবম্বা মফমদনো হাযববদি হৌজিক হৌজিকমক চীংমৈবোংদা চৈবাউ চীং হাযনা খঙনবিবা মফম অসিবু মমাংঙৈদদি অৱাং মোংপী চীং হাযনা খঙনবমই। অৱাং মোংপী

চীং অসিবু ইপা ইপুশিংগী হাক্তক্তগী কংলা শেমখিবা লাইগী খুবম মযান্নি হাযদুনা খুকন্নদুনা লাকই। অসুম তৌদুনা কংলা হাযনা খঙনবিবা মফম অসিগী পাক চাউবা এসি অহানবদদি যান্না চাউনা কোল্লমই অদুবু ঙসিদি কংলাগী থাঙ্গাপাংনা কোইশিল্লিবা মফম অসিখক্তমক ঙাযহৌদুনা কংলা হাযবসি মফম অসিত্তবু ওইনা লৌনবি। অতিযা শিদবনা ষণ যোংমানবী ওন্দুনা তাউথখিবা মফম অদুবু ঙসি ফাওবদসু চীংমৈবোংদা ইম্ফাল তুবেল খোঙনুংদা পাউতাক হিদেল হাযনা খঙনদুনা লৈবি।

অৱাং মোংবী চীং, চীংমৈবোং অসিদা লাইনুবা লাই পাখংশিংগা লোযননা খুন্দাববা মতুংদা লৈবাক্কী নিংথৌ অমসুং লৈমবেম্বী ওইদুনা অতিযা শিদবা লৈশিবেল লৈপুলবী অনীনা ফম্বাল তোঙখিবা মফম অদুবু নোংলেনপুং কৌখিবা মতাং নুংলোন কৌবা পুযাদা গুগাযনা ইবি। অৱাং মোংবী চীংদা অতিযা যাইবাবেল শিদবা অমসুং মশানৌ লৈশিবেল লৈপুলবী অনীনা মপাবি অতিযা, অশিবা (সনামহী) অমসুং কোনজিন তুথোকপগা লোযননা লাইনুবা লাই পাখংশিংগা পুন্না খুন্দা লৈতাদুনা লৈবকপবু মতম লাংহৈ কুমশিং কযা হৌখ্রবদা অতিযা যাইবাবেল শিদবদি অহল মতম ওইবক্লদুনা লৈবাক বাযেন থৌদাগী থবক থৌবন পুন্নমক মপাবিশিংগী মফমদা শিন্নবন্নগা থুপখ্রগে খনখি। নোংমা কোবৌ অমদি অতিযা যাইবীবেল শিদবনা মপাবি অহুম্বু কৌশিল্লগা অসুন্নবু তাকপীখি। নপল পন্থৌ যাইবীবেল শিদবা ঐহাক্তি অহলগী মতম ওইশিল্লক্লবনা লৈবাক্কী বাযেন থৌদা পুববু ঙমশিল্লক্লে পাবি নখোযগী নফমদা নপল পন্থৌ ঐগী নিংথৌ খুবম অসিবু মালেম নোংখোং অসিবু তবেৎলক কোযকৃবগা হান্ন। থুংলবা মীশক অদুদা শিন্নবন্নগে তাকপীখি। মপন পন্থৌ অতিযা যাইবীবেল শিদবনা তাকপীবা মতুংইন্না মপাবি অতিযা অমসুং অশিবা (সনামহী) অনীদি নোংশা অমসুং পাম্বা কৈবেল তোংদুনা কোবৌ মালেম নোংখোং কোযবা চৎখি। মশানৌ অতোনবা কোঞ্জিন তুথোকপদি (পাখংবা) শামা পাঙ্গল শোনবনা কোবৌ মালেম নোংখোং কোযবা চৎপা ঙমদ্রবদা পলেম মমা লৈশিবেলবীনা (লৈমবেল শিদবী) মপাবি অতোনবা কোঞ্জিন তুথোকপনা মথৱায নুংঙাযতনা নুংবংননা লৈবা মতৌ অদুবু উবদুনা মপাবি লৈবাং অতোনবা কোঞ্জিন পাখংবগী মফমদা অসুন্নবু পাওতাকপিখি। পাবি লৈবাং অতোনবা কোন্না শাংপাও মালেম নোংখোং ৭ লক কোযবগা নপন পন্থৌগী

সনা ফম্বাল্লাং চুপ ফাংখোং মবি অসিবু ৭ লক কোযবগা মতীক চপ মান্নবনি। নপল পন্থৌগী মতীক মগুণ অকববু খঙবা ঙম্বা হাযবদি নপল পন্থৌগী সনা ফম্বাল চুপ ফাংখোং মবি অসিদগী হেনবা অমা মালেমসিদা লৈতবনে। মবম অদুনা নপল পন্থৌগী সনা ফম্বাল চুপ ফাংখোং মবিবু ৭ লক কোযববা মতুংদা নপল পন্থৌবু খুকুমজবগা নিংথৌ খুবম নিজৌ হাযনা মপাবি লৈবাং অতোনবগী মফমদা পলেম মমা লৈমবেল শিদবীনা তাকপীখি। পলেম মমাগী যাথং তুংইন্না মপাবি লৈবাং অতোনবা কোঞ্জিল তুথোকপনা মপল পন্থৌগী সনা ফম্বাল ফাংখোং চুপ মবিবু ৭ লক কোযববা তুংদা মপল পন্থৌ অতিয়া যাইবীবেল শিদবগী মফমদা খুকুম্নগা নিংথৌ খুবম পীনবীনবা নীজখি। মপল পন্থৌ অতিযা শিদবনা মপাবি লৈবাং অতোনবনা মপল পন্থৌ মাগী মতীক অকববু খঙলম্বা অদু উবদা পেল্লদুনা মপাবিগী মমিংবু পাখংবা হাযনা মিংথোল পীখি। অদুগা মপাবি পাখংবগী মফমদা নিংথৌ ফম্বাল শিন্নদুনা লৈবাক্কী নিংথৌ হাপখি। মতৌ অসুম তৌদুনা তোঙান তোঙানবা চক্তা (যুগ) তোঙান তোঙানবা মীশকশিংনা পাখংবা মিংথোল ফংদুনা মণিপুবগী নিংথৌ ওইদুনা পানখি। হযিচক্তা (সত্য যুগ) পানখিবা নিংথৌ কাংবনা লৈনুং লোনজা পাখংবা কৌনা মিংথোন ফংখি। হযাচক্তা (ত্রেতা যুগ) তাংজা লিল্লা পাখংবনা নিংথৌ ওইদুনা পানখি। লাংবা চক্তনা (দ্বাপুব যুগ) লোলাং পাখংবনা নিংথৌ ওইদুনা পানখি। অদুগা অবোইবা কোন্না চক্তা (কলি যুগ) মৈদিংঙু নোংদা লাইবেল পাখংবনা যিশু খৃষ্টনা পোক্লবা মতুং অহানবা চহীচাদা নিংথৌ ওইদুনা পানখি।

মৈদিংঙু নোংদা লাইবেল পাখংবনা (খৃঃ ৩৩-১৫৪) মণিপুবগী নিংথৌ ওইদুনা খৃষ্টগী অহানবা চহীচাদা পানখিবা মতম অসি মণিপুবগী ইতিহাস হৌখিবগী যাম্না মকওইবা তাঙ্কক অমনি। খৃষ্টনা পোক্ত্রিঙৈদা লৈবম্বা চৎনবম্বা লমদম অসিগী ফিভমদগী অচৌবা অওনবা অহোংবা অমা মৈদিংঙু নোংদা লাইবেল পাখংবনা নিংথৌ ওইদুনা পানখিবা মতমসিদা লাকখিবমই। মতম অসিদা ফুবাপ কাংলুপ কযামকম্না মচোই মচোইনা লৈবাক অসিগী তোঙান তোঙানবা মফমদা মাগী মাগী ওমখৈ খাযদোক্তুনা লুচিংবা হাপ্তুনা লৈবাক ব্বাযেন থৌদা চথবম্বা অদুবু অমত্তা ওইনা পুনশিল্লগা লৈমিন্নবা য়ানবা মৈদিংঙু নোংদা লাইবেল পাখংবনা কন্না হোৎনখি। তোঙান তোঙানবা ফুবাপ কাংলুপশিংবু যেক শলাই খাযদোক্তুনা যুম্নাক শাগৈ মবী মতা মপা

মচা মচিন মনাউ মচে মচল অমদি মথক থোংবশিংগী মফমদা চৎকদবা থৌগনলোন ব্যবহাব থকশি খাশি যুম্নাক শাগে, যেকশলাই মায়বা মশেল লৌনবা যাবা যাদবা চৎন পখাপ পুম্নমক শেমদোক্কুনা লমদমসিদা চৎনবা হৌখি। লাইনিং লাইশোল ইবাৎ থৌনি কুমজন থাজন কয়ামকম শেমদোক্কুনা লাই তীনগী মফমদা কৎকদবা পোৎলম চৈবম কয়ামকম খাযদোক্কুনা তীনলুপ লাইব্বপ খাযনা চৎনখিবসু মতম অসিদগী হৌখি (লাইশ্রা ফমলোন, শঙ লোন)। অঙোম, নিংথৌজা, চেংলৈ, মোইবাং, খুমন, লুৱাং হাযনা খাযদোক্কুনা মাগী মাগী লম যেনথোক্কুনা লুচিংবা পীবা হাপ্তুনা লৈবাক ব্বাযেন চখবসু মতমসিদগী হৌখি। মমৈথংদা চেংলৈবু শালাই মবি হাযবদি খাবা ঙানবা শবাং লৈশাং হাযদুনা অমুক খাযদোকখি। লমদম অসিদা যেক ৭ অসি নন্তবা কাংলুপ কযা অমসু লৈবাক অসিদা খুন্দা লৈতাদুনা মনিং মখা তম্না ফুব্বপ কাংলুপ ওইনা লৈবম্না অদুসু মমৈথংদদি ফিবম অমসুং তাঙ্গানা যাবক্তবদগী মখোয মখোয়গী ঈ মবি তিন্নবকপা যেকশিংদা তিনশিন্দুনা মখোয মখোযগী হান্নগী শক্তমশিং অদু মাঙখি।

হৈবেম খুঞ্জান কৌবা কাংলুপ অমসু লমসিদা লৈবমই। ফুব্বপ অসিনা লুবাং অমসুং খুমন শলাইদা তিনশিনখি। থাঙ্গা কম্বোং কৌবা কাংলুপ অমসু লৈবমই। মখোযনা খাবা ঙানবা শলাইদা পুনশিনখি। লেবা খোংনাং কৌবা কাংলুপ অমসু লৈবমই, অঙোম শলাইদা তিনশিনখি। অসুম তৌদুনা মণিপুবদা তোঙান তোঙানবা মী ওই কাংলুপ কয়ামকম চঙলক্লগা খুন্দাবম্নশিং অদুনা নোংদা লাইবেল পাখংবগী মতমদগী মাগী মাগী শলাই শেমদুনা পুন্না লৈমিন্নখি। অতোপ্পা ব্বাফম অমনা মণিপুবী লোন অসিনা অসুক্কী মতীক মবাং কাযবা লোন অমা ওইবিবা অসিগী অচৌবা মবম অমদি তোঙান তোঙানবা শলাইশিং অমসুং ফুব্বপ কাংলুপশিং অসিগী মাগী মাগী ওইবা লোন লৈবম্না অদুনা পুল্লপ অমত্তদা পুনশিল্লক্কুনা তিনশিল্লকখিবদগী তোঙান তোঙানবা কাংলুপ ফুব্বপশিংনা ঙাংন শক্কবম্না লোনশিং অদুসু মীযাম পুন্না ঙাংন শক্লবা অমদি খঙনবা লোন ওইবকখিবা অসিদগীনি।) কোন্না চক (কলিযুগ) অসিদদি শলাই মযাম অসি মাগী মাগী তংতাবা মফম অমমম খাযদোক্লদুনা খুন্দাবসু হৌখি। মঙাং শলাইগী কাংবুনা ব্বাংগোল, ওকশঙ, থিংবা মফম মবি অসিদা পাল্লমই। মঙাং শলাই অসি মমৈথংদা নিংথৌজা শলাইদা কাংলুপ খবা পুনশিনখি অদুগা

অতোপ্পা কাংলুপ খবনা অঙোম অমসুং শবাং লৈশাং শলাইদা পুনশিনখিদুনা মঙাং হাযবা শলাই অসি মাঙখি। নিংথৌজা শলাইনা পাল্লম্বা মফমদি কংলৈ লমহন্দা হাযবদি খুবাই, ৱাংখৈ, খ্বাই, যাইস্কুল অসিনা কোল্লিবা লমশিং অসিদা পাল্লমই। অঙোম শলাইনা কোংবা মক্কদা লৈবম্বদগী কুমথবক্লগা কংলৈদা নিংথৌজাগা পুন্না লৈমিন্নখি। অঙোম অমসুং নিংথৌজা শলাই অনি অসি হেক পোকমিন্নবা মচিন মনাউ অনিদগী শলাই অমমম খাযদোকখিবনি। অঙোম শলাই অসি মনাউনুপা পাখংবনা কংলৈ লমদমদগী তাম্বোক্কুনা কোম্বা অহল্লুপ্তা অঙোম খবা অমদি খুন্দাদুনা লৈখি অদুগা খবা অমনা শেল্লোই লংমাইচিংদা কাদুনা লৈখি। অদুবু মমৈথংদা অমুক মচিন মনাউ যান্নদুনা নোংমাইজিং চীংথক্কগী কুমথবক্লগা শঞ্জেনথোং ৱাংমা অঙোম লৈকাইদা খুন্দাদুনা লৈহনখি।

খুমন শলাই অসিনা অহানবদা কাংপোকপীদা লৈবমই। অদুদগী অমুক কোইবেঙ্গদা হোঙলক্লগা লৈখি। মদগী তুংদা অমুক যাঙবিপোক থৌবাল মংখু, মযাই ইম্ফালদা লৈখি। খুমন মচেৎ অমদি মমৈথংদা কংলৈদা লাক্লগা ৱাংখৈদা খুন্দাদুনা লৈখি। থৌবালদা হান্না খুমনগী কোনুং ওইবম্বদগী মতুংদা অমুক মযাং ইম্ফালদা হোঙদুনা কোনুং ওইখি। মোইবাং শলাইনা অহানবদা চৌপ্রিপুংদা খুন্দাবম্বদগী মতুংদদি অমুক থংজিং চীংথক্তা কাদুনা লৈখি। অদুগা মতুংদা অমুক চীংথক্কগী কুমথবক্কুনা মোইবাংদা লৈখি। শবাং লৈশাংখেম অসিসু অহানবদা থাংহুৎবাদা (শঞ্জেনথোংগী নোংপোক) লৈবমই, অদুদগী তাম্বোং লৈমখোংদা মতম খবা লৈবম্লগা মতুংদা তাকনাখাদা মতম খবা অমুক লৈবমই। তাক্লাখাদগী হোঙলক্লগা নম্বুল মপান লৈশাং হিদেম্দা অমুক খুন্দাবমই। মমৈথংদদি থৌবাল ৱাঙ্গোই নচিংবা মফমশিংদা চাইনা চাইনা খুন্দাদুনা লৈখি। লুৱাং শলাইনা লৈবম্বা মফমশিংদি লাংশংদা অহানবদা খুন্দাবমই। মতুংদা লাঙ্গোল চীংথক্তা অমুক লৈবমই। অদুগা মমৈথংদা কংলৈ লমহন্দা, যাওবৈবীদা, অমুক লৈখি। লুৱাং শলাইগী মচেৎ অমদি অঙোম শলাইগা পুন্না নোংমাইজীং চীংথক্তা খুন্দাদুনা লৈমিন্নবমই। অদুগা অতোপ্পা মচেৎ অমনা ফুনান মবীং চীংদা খুন্দাবমই, মচেৎ অমনা লমাংদোংগী কিবি চীংথক্তা লৈবমই। খাবা শলাই অসি মহৌ চীংথক্তা খুন্দাবমই। মতুংদা কংলৈ পুংমযোম্দা অমুক কুমথবক্কুনা

লৈখি। মমৈথংদদি ঙানবা শলাইগা অমত্তদা পুনশিনখি। ঙানবা শলাইনা খুন্দাবম্বা মফমদি চীংখৈ চীংদা অহানবদা লৈবমই অদুদগী অমুক হোঙলক্লগা মোংপী চীং চীংমৈবোংদা লৈবমই। ঙানবগী কাংলুপ মচেৎ খবদি থাঙ্গা চীংদা অঙনবা মতমদা লৈবমই অদুদগী হোঙখ্রগা ককব্রা, চীংমৈবোংনচিংবা মফমশিংদা খুন্দাদুনা লৈখি।

মতৌ অসুম্না অঙনবা মতমদা শলাইদি ওইদবা যুক্তপ কাংলুপ মচা মচা কযামকুম অমসু লমদমসিদা খুন্দাদুনা লৈবমই। অদুবু মমৈথংদদি মখোযশিং অদুনা অঙোম; নিংথৌজা, লুৱাং, খুমন, মোইবাং, খাবা, ঙানবা শলাইশিং অসিদা তোঙান তোঙান্না তিনশিনখিবমই। হাওবোক কোম্বৌ কৌবা কাংলুপ অমা লৈবমই, মখোয অসিনা অহানবদা হৈঙাংগী হনচীং চীংথক্তা লৈবম্নদগী কুমথবক্তুনা কংলৈপংগী কোম্বৌজম যুম্ফম হাযনা খঙনবিবা মফম অসিদা লৈবমই। মতুংদদি নম্বোলদা খুন্দাদুনা লৈখি। লেবা খোংনাং চাগা কাংলুপ অমসু লৈবমই মখোযনা ওল্লিইঙৈদদি যাওবৈবীদা লৈবমই। অদুগা মচেৎ খবদি অঙোম শলাইদা তীনখি। থাঙ্গা কম্বোং কৌবা কাংলুপ অসসু থাঙ্গা কাবা চীংদা খুন্দাবমই অদুগা হৈবেম খুঙান কৌবা কাংলুপ অসিনা লোক্লাটবুংদা খুন্দাবমই অদুগা মতুংদা ককচিং মনাক্তা লৈনা কিবি চীংদা লৈখি। খুনফম ঙাংচেং হাযনা খঙনবা ফুক্তপ অমসু লৈবমই মখোযনা হাওকপ চাংশাং হাযবদি লাঙ্গোল চীংদা খুন্দাবমই। মমৈথংদা লুবাং শলাইদা তীনশিনখি। উবোক উশা হাযবা কাংলুপ অমসু লৈবমই, মখোয অসিনা অহানবদা লিলহাখোংদা লৈবমই। অদুদগী হোঙশিদুনা মচেৎ অমনা চীংদা কাদুনা তাংখুল ওইদুনা লৈখি। মচেৎ অমনা অঙোম শলাইদা তীনশিনখি। অসুম তৌদুনা মণিপুবদা ফুক্তপ কাংলুপ মচা কযামকুম লৈবম্নশিং অদুনা মমৈথংদদি অচৌবা কাংলুপশিংদা পুনশিন্দুনা লমদম অসিদা যেক ৭ শলাই ৯ গী চাদা শাওদা মখৈদি তম্পাক্তা কুমথবক্তুনা খুন্দা লৈতাদুনা লৈখি। মণিপুবগী চপ চাবা মপুং ফাবা ইতিহাস অসি খৃষ্টগী অহানবা চহীচা অসিদগী হৌবগা মৈদিংঙু নোংদা লাইবেল পাখংবদগী মহাবাজ বোধচন্দ্র যাওবদা মৈতৈ নিংথৌ ৭৬ না মথং মথং অমগী মথংদা অমনা লৈবাক ঙাক্তুনা পানখি।

মৈদিংঙু নোংদা লাইবেল পাখংবগী পলেম পম্বৌ লৈনুং যাবীবোক অমসুং শেন্দ্রেং নিংথৌ অপানবা অনিমক যিশু খৃষ্টনা পোক্তিইঙৈগী মমাংদা

লৈবাক অসিদা লৈবম্বা মীশক ঙাক্তনী। অদুমকপু খৃষ্টগী মমাংগী চপ চাবা ইতিহাস অমা নোংদাবু পোক্লিবা শেন্দ্রেং নিংথৌ অপানবদগী হৌবগা শাগৎপদা চমম্লবা মপুং ফাদবা কযামকম থেংনৈ। (অদুগা মৈদিংঙু নোংদা লাইবেল পাখংবনা (খৃঃ ৩৩-১৫৪) খুমন যেকওইবী হৈবোং নিংথৌ চনু লাইম্নাবু তালোই ওইনা লৌই অদুগা মপাবি মৈদিংঙু খুযোই তোম্পোক পোকই। মৈদিংঙু খুয়োই তোম্পোক্না ( ১৫৪-২৬৪) নুংবাল্লোন নোংমোইনু অহোংবী পান্নদুনা মপাবি যোইমোংবা অমসুং তাউথিংমাং অনি পোকই। মৈদিংঙু তাউথিংমাংন্না (২৬৪-৩৬৪) মৈদিংঙু খুযোই তোম্পোক্কী মথংদা নিংথৌ ওই। অসুম তৌদুনা মৈদিংঙু নোংদা লাইবেল পাখংবদগী মথং মথং লেপ্তুনা শোক কুমশীং থিদুনা মপুং ফাবা মণিপুরগী ইতিহাস অমা উবা ফংই।

পাখংবা নোঙ্গাবোল কৌবা লাইবিক অসিদা মৰওইনা মণিপুরদা লাইগী শক্তি চেনবা নিংথৌ কযামকম পানখিবা অদুবু পাখংবগী মচা মশুনি হাযনা লৌই। পাখংবা নোঙ্গাবোল হাযবসিমক নিংথৌ ওইখিবা মৈতৈ নিংথৌশিং অদুগী মনুংদগী শক্তি লৈবা নিংথৌ খবগী মমিং লৌখৎলগা, নিংথৌশিং অমসুং নিংথৌগী মচাশিংনা পুন্সি চেংজেল লোযবক্লদুনা কোবৌথক্তা নোঙ্গাখিবশিং অদুগী মতাংদা শৈথাদুনা ইবম্বা লাইবিক্লি। লাইবিক অসিদা অখন্নবা মৈতৈ নিংথৌশিংগী মনুংদগী মৈদিংঙু নোংদা লাইবেল পাখংবা, মৈদিংঙু খুইযোই তোম্পোক, মৈদিংঙু তাউথিংমাং, মৈদিংঙু খুই নিংঙোনবা, মৈদিংঙু পেংসিবা, মৈদিংঙু নাউফংবা, মৈদিংঙু খোঙতেকচা, মৈদিংঙু কম্বোম্বগী মপাবি লাই ঈশং চাইবা, অমসুং মৈদিংঙু খাগেম্বগী মপাবি চোইনৌ সনা ৱাপীহলনা (সনামহী) মনুং মতম চাদনা নোঙ্গাখিবা কযা অসিগী মতাংদা শৈথাদুনা ইবম্বা লাইবিক্লি। লাইবিক অসিমক্তি মৈদিংঙু পামহৈবা (গরিবনিৱাজ ১৭০৯-১৭৪৮) সনা হাক্তক্তা ইখিবনি।) মৈদিংঙু গাবিবনিৱাজনা মদাইবেম অচানবা মতমদুগী লৈবাক্কী রাজ পণ্ডিত নুঙ্গাংবম গোবিন্দবামগী মফমদা মবুথৌশিংনা পুন্সি চেংজেল লোযবদুনা নোঙ্গাখিবা অদুবু লাইবিক ওইনা ইথোক্তুনা তুংগী চাবোল ফাওবা লৈহৌনবা সনা যাথং তাকপীবদগী মদাইবেম নুঙ্গাংবমচা গোবিন্দবামনা পাখংবা নোঙ্গাবোল হাযনা মিংথোনবা লাইবিক অসি ইখি। পাখংবা নোঙ্গবোল কৌবা লাইবিক অসি চহীচা ১৮ ইখিবা লাইবিক ওইজববসু অইবা অসিনা মপানগী লোন যাওহন্দনা অবিবা মণিপুবী লোন্দা

ইবমই। মতমদুগী চংনবীদা লাইবিক ইবা মতমদা অশৈবনা লাইবিক ইবা হৌদ্রিঙৈ অহানবমক্তদা নুমিৎ থা থবানমিচাক, কযা অসিবু শৈথাদুনা খুকমই। মথংদা মাযগৈ মবিমকপু ঙাক্লিবা লাই থংজিং, মার্জিং, বাংব্রেন, অমসুং কৌব্রু খৌবিকপু খুকম্লগা লাইবিক অদু ইবা হৌই। পাখংবা নোঙ্গাবোল কৌবা লাইবিক অসিবু ইনবা মৈদিংঙু গবিবনিবাজনা মদাইবেম নঙ্গাবম গোবিন্দবামগী মফমদা সনা যাথং পীখিবা অদুবু লাইবিক অসিদা অসুম্না ইবি ;

> লাইবেল মৈতেংঙু থোংনাং ময়ামপানা পৈথোক নুংনাংচান মালং নোংশিং সঙদা যাথোক্কে। পোইবৈ নমু মীযাম তিনবলঙা চীংঙু নোংথৌ সবাবেনকুম ফমফম্লপকা চীংনু গাবি খোংকুম যাখং নিংথিপনা পাওমেল্লকএ। হে নুংপাল নুংকা পামপা কোপিনওবাম পনতিৎ মকোই পাউনিংসিংপা লৌশিং লাইচা যিবেন পুংকুমপা নঙনা ইযু তুপি যোই নো তা নোংতা লাইবেল পাখংপকী হৌনা ইযু নিংথৌ মবোল খুতিংতা সমু হকসাং পনা কোবৌ নোংকা বা চীংঙু পনতনখিপপু সৈবোং নতৈ থিনা তেংথা পাবেং সিন্না শৈশেমও হাযনা পাওমেল্লপতা কোপিন নুংকাংপমচানা নতাইবেম ঐতি লৌশিং তুনুং লংলা পুনকুমপানে। লহান যিমাঙকী খাপা লাংথংচা তাউবোইপুংলেনকী অসৈ পনমাপা ঙাঙা লাচা তাউসুপ খানিং লোনচা পুংতোযপা লৈবক তোবানপা লুখুম ফমসকপা সবুল খুবৈ তিং পুংপু লেংলোই যাম্না মাইথেংও নানম সকলকপা পলেম মমা খোংলৈমা লিকসিনুচা পাযমা সনা লিনকোযকি লেমথোং লৈসাংথৌ হনপা মন্নাক মবল লেমপা মাক্রি লনথোইপা য়োযমযাই তাউতনপা নুমিৎ খোযবেন থাঙকুমপাপু নযুম খোইযুম লাইনিংথৌকি চীংঙু মতে সৈওনপা খোইযম মওল হকপপু খিচিকিতা তেংথাবক্কে। কুক পনতিৎ লেংনা তিনবা পুম্নমকনা লংচা অয়োনপা পুম্নমকপু ঙাকপীযো হাযনা পুকম্নকপা লাইবেল মৈতেংঙু চীংঙু নোংপোক পামহৈপনা হাউসি ঙমকা চিংনা মুকমৈ নাবীল সোলনা যিবৌসৈনে।

অসুম্না পাখংবা নোঙ্গাবোল কৌবা লাইবিক অসিদা শীজিন্নবিবা লোন ব্রাহৈ ব্রাতা কযা অসি ঙসিগী ঐখোযনা ঙাংন শক্কবিবা লোন অসিদগী অসুক্কী

মতীক খেন্ননা লৈখ্রে। মবম অসিনা লাইবিক অসিবু ঙসিগী মীবোলনা পাবদা অমসুং খঙবদা লাইনা থোক্তে। চহীচা ১৮ অসি মণিপুরী সমাজদা নোংচুপ লোমগা মপুং ফানা শম্নদুনা নোংচুপলোমগী লোন লাইনিং লাইশোন্না লমদমসিদা মশা মবেং শন্দোক্লুনা চাউখৎলকখি। মতমসিদা ইখিবা লাইবিকশিংদা মপানগী লোনগী মমি হেক হেক তাবা উই অদুবু পাখংবা নোঙ্গাবোল কৌবা লাইবিক অসিদদি মদু উবা ফংদে। মতমদুগী অশৈবশিং অদুনসু মপালগী লোন সংস্কৃত বাঙ্গলা অসি থব্রায যাওনা তম্লখি। মদুগী মহৈনা লমদমসিদা চহীচা অসিদা মপালগী লাই তীনগী ৱাবীদা যুম্ফম ওইবা লাইবিক রামাযণ, মহাভাবত ফাওবা মৈতৈলোন্দা হন্দোক্লুনা ইখি। পাখংবা নোঙ্গাবোল কৌবা লাইবিক অসিদা মপুং ওইনা শিজিন্নবিবা লোন অসি চপ চাবা অবিবা মণিপুবী লোন অদুদগী খবা খজিক নৌথোকপা লোন যাওই অদুবু মপুং ওইবদি অবিবা ঙাক্লা নমই। মসিগী মকওইবা মবমদি অবিবদগী অনৌবা লোন্দা মপুং ফানা ওন্থোক্লকপা হান্নগী অবিবা লোন অদুগী খোঙ্গুল খুদক্তা মুখৎলগা অনৌবা লোন অমনা খুদক্তা থকহেক্তা শিনজিনবা হাগবসি হেক ওইথোক্তবনা মতম শাংনা চঙই অদুনা চহীচা ১৮ গী লোন অসিদা মৈদিংঙু পামহৈবগী মতুংদা ইখিবা লাইবিকশিংদা অনৌবা লোনগী মশক অদু <u>বাম নোঙ্গাবা</u>, <u>সনামনিক</u>, <u>অবোং নন্দকুমাব</u>, <u>ধনঞ্জয লাইবু নীংবা</u>, <u>চিংথংখোম্বা গঙ্গা চৎপা</u>, <u>বিবাট শাম্বুপলোন</u> নচিংবা লাইবিকশিং অসিদা মপুং ফানা উবা ফংই।

পাখংবা নোঙ্গাবোল কৌবা লাইবিক অসি মকওইনা খৃষ্টগী অহানবা চহীচাদা লৈবাক অসিগী নিংথৌ ওইখিবা মৈদিংঙু নোংদা লাইবেল পাখংবনা হনচীং চীংমৈ তুংইন্না নুমিৎকুম মশোঙ চাউনা থাবাগুম মঙাল নাইনা কংলৈপুং মযোন্দা খুনকুম্লকলগা মৈতৈ পোইবৈ লমদমগী নিংথৌ ওইদুনা লৈবাক ৱায়েন চথদুনা পানখিবা অদুবু শৈথাদুনা ইবম্বদা নত্তনা লমদমসিদা নিংথৌ ওইখিবশিং অদুগী মমাংদা লাইগী শক্তি চেনবা নিংথৌশিং অদুনা নোঙ্গাখিবা মতাং অদুবু শৈথাদুনা ইবম্বা লাইবিক্লি। মৈদিংঙু নোংদা লাইবেল পাখংবনা মৈতৈ কংলৈপুংদা নিংথৌ ওইদুনা পানখিবা মতম অসিদা খুমন শলাইগী পুকোক ওইবিবা পোইবৈতোন্না মহাক্কী মবোয মনাউশিংগা লোযননা খুম্হোবকপদা মৈদিংঙু নোংদা লাইবেল পাখংবনা পোইবৈতোনবু লমদম অসিদা

খুন্দাবা যাবোই হায়দুনা থিংখি। পোইবৈতোন অমসুং মহাক্কা লোযনবকপশিং অদুগা লোযননা মৈদিংঙু নোংদা লাইবেল পাখংবগা অকনবা লান থেংনখি অদুবু মৈদিংঙু নোংদা লাইবেল পাখংবগী মখুত্তা পোইবৈতোন অমসুং মহাক্কী কাংবুদি মাযথীবা ফংখি। পোইবৈতোন্না নোংদা লাইবেল পাখংবগী মফমদা মচল লাইস্নাবু থাজদুনা পীববদা মৈদিংঙু নোংদা লাইবেল পাখংবা অমসুং পোইবৈতোন অনীনা নুংশি চান্ননা লমদমসিদা লৈমিন্নখি। মৈদিংঙু নোংদা লাইবেল পাখংবনা লৈবাক অসিদা অনৌবা লৈঙাক পথাপকী চৎনবী কযা পুথোক্কুনা কাংলুপ মশেল নুংশি চান্ননা অমত্তা ওইনা পুল্লপ পুন্না লৈমিন্নবা যানবগীদমক মহাক্কী মতমদা যেক শলাই খাযদোক্কুনা মাগী মাগী যুম্নাক শাগৈ মচিন মনাউ মপা মচা মচে মচল খৈবিক্কী মফমদা চৎকদবা থৌগনলোন ব্যবহার থকশি খাশি পুন্নমক শেমদোক্কুনা চৎনখি (লাইস্রা ফমলোন)। যেক শলাই যুম্নাক শাগৈ মান্নবা মশেল লৌনবা যাবা যাদবা কযা শেমদোক্কুনা লমদমসিদা চৎনবা হৌখি। লৈবাক অসিদা হান্না লৈবমদবা ফমদৌ যম্নাইবশিং মহাক্কী মতমদা ফমলুপ খাযদোক্কুনা মতীক মগুণ মথৌনা লৈবা মীশিংবু খঙদোক্লগা ফম্নাইবশিং হাপ্পুনা লৈবাক্কী বাযেন থৌদা পুবদা শরুক যাহনখি। মৈদিংঙু নোংদা লাইবেল পাখংবগী মতমদা লৈবাক্কী যম্নাইবা হেবু নোংথোনবা, পুখ্রন তেংমার্যাথিনবা তাক্লা মানবী খোর্ইনিং মানবী, ফমদৌলোইশিং অসিগা লোযনদুনা লৈবাক্কী ব্রাযেন থৌদা পাঙথোক্লম্বা অদুগী মতাংদা পাখংবা নোঙ্গাবোল কৌবা লাইবিক অসিদা অসুম্না ইবি;

> তুপি যোইনোংতা নোংতা লাইবেল পাখংপাত অৱাং যাৎলৌ লমমকোন মীবা পোঙথোক্লম ঔবী সামৈ থাং তেনলোং লমতাইথেৎ ঙনবেল তোংহাল চীং সনতং খাচেং চীংতা চীঙঙু নঙাল চাউনা হনকৎখিবে। মতাইবেম খাপা লৈবেনখৈ অমাই সুমতোংলাং অসৈ পনমাপা তাউবোই পুংলেনৱাক অতুম্মকা হেপু নোংথোনপা পুখ্রম তেংমাইথিনপা তাকনা মানপি খোর্ইনিঙ মানপি অসি খিপিক্কা নিংথৌ পোলোই শুনা খাম্সী মৈকপ চাউনা হৌবপতা অৱাং থাঙৱায় লমমাহন হনচীং চীংলাংমৈ খোইযম ওংচা চীংমাপা ওংলৌবেল সোক্লা থিপনা সামাতোন অযাঙপপু হাও মুক্লা লেঙফাই চন মোংপা তাচিন খুবৌ যেৎনা লাক্লখিএ। মমোম খোইমোম লৈমা কোবৌ অৱাংপীনা লাংবন লীতোন

ৱায়না হৈবৈচিং, লাংকোই সকোন অপাইপপু পাইখিকনে হাযনা মশা মবেং কক মতু মমাল ফোয খোয়নৌ মবাংমৈপু লাংচেং কোংপা সৎনা থৌখাম চীং লৈসৎ চীংলাংমৈ মবাং কোইফোইচীং সৱা তুকোনপা চীং অমু খুৱাং পাম্পনা হৈকনৱাই তাপা যোইবাং পাম্পনা হৈঙাকলম লাইফা লাংমৈনা থোংসাৱাই অকোয় লানা সাকম লম নৌতেম তোন্না ৱাম্বোং ওই। নিংলেন লাইখু চামপানা থুমথাকৱাই। ওকথোক লমমাহন যেন্না লমনুংসি নোংপাল খুমিৎপা লূৱাং খুনমপানা উযুং সোযনৌ থিপা লম যাংমোম মহুইবোইনাই লোইমোম ফৌওইপী থাংৱাই নমৱাই চীং পাংকৈ উক্ম কোন তাংলৈপী হৈতুপপোক, কোনথা সনপল যান হোংঙা লমনুংসি হনচীং চীংমৈ ইন্না লাইবেল তাউবোইনাইকী চীবেল লাংযেন থকতা মমৈ চোঙলেন যিনচেম ওই। পাযমা মনিংসানা মৈপূল হাযচাউ ওইনা লাউবেল তাউবোইনাইকী চীবেল লংলেমনা চকথাঙ যাবোঙ ওইনা লৈনুং থোংঙাবেন সৱা কংলৈ পুংফাপপু ৱোইনা তুপি যোইনোংতা নোংতা লাইবেল পাখংপকী সংলৌ নোংতম থৌবাংপিনা লোইবেল খুনপী লোক্তা ঙানপা খমচিংকোন কৌনা থৌতৃ নুংপাকথক্তা মুংলৈ লুমনা যাকং লৈওইননা লীচৈ তোবানশুনা সুকমু থনপপু ৱাতেম্পা লাংযা থনপপু ৱাহমপা কাওবেন মল্লবা তাম্পা মল্লা মশীং ৱাৎপা তালোয তুনুংসি থংলেল ৱানুংসিপু ওইকু নো কাওবেন মল্লা তামতাপা মল্লবা মশীং ৱাৎতপা তালোয তুনুংসি থংলেন ৱানুংসিপু ওইযো হায়না লালোই মীঙাথোক সাবেন মীসুংলাং অতিংঙাপু ৱাযেনহৈপা খুনুং লৈবেলহন নিংথৌ চীংঙু মতে যাম্পা লাইযিংথৌকা তুপি যোইনোংতা নোংতা লাইবেল পাখংপা চীংঙু নোংতমপা মপুবেল থোইখোইপা লাইয়িংথৌকা লাইবেল তাইবোইনাই সিতাপকী চীবেল থক্তা ফম্না হনচীং চীংমৈ ইন চকথাঙ য়াবোঙ ফান মৈপুল হাইচাউ থান সনা চোঙলেন ইনচম খান্না নুমিৎ মসোঙ চাউনা থাপা মঙাল নাইনা খুনকুমলপতা কংলৈ পুংমযোনত মবান হান্না য়িমতমঙমপা খাপা লৈবেনখে কংলৈ লৈপাক মপা যাউবৈ মচিংনাই খুনকাম মবাঙ হৌনা লমওকঙমএ। চীংঙু নোংথৌ সবাবেল অবিপা লৈকু লৈবাযনুংতা মবান হান্না য়িতম ঙম্পা

> অহুমমানা চাইঁপ নিংথৌ লাইবেন লাই পাখং অহেনপকা মসানৌ লাইস্না অহেনপীকা মালেম কংলৈপুংময়োল নুংঙায়পতা খাখোং যিমক লাইখোং লাই মক লাইচা মবোং খোং খয়োই নিঙথিপি ঈনচিংখোং লমলেন কোংপাক কংলৈ চাপুংফৈ মালেম লৈখোয়বেন মোংপা মালং নোংহুমসঙ মালেম তম্পাক লৈমযোনতা চিবেন লাংয়েনথক্তা নুংনাং মখোয নেংলপকী খোইযম মাইঁকে ঙাকপা নিপালমনা চীংঙু লাই পাখং খোইমোম লাই নুবা পুন্নমনা খুকমলবে হাযতপবা।

মৈদিংঙু নোংদা লাইবেল পাখংববু (৩৩-১৫৪) থিকবগা মৈতৈ কংলৈপুং মযোন্দা নিংথৌ শেমখিবা মীশক ঙানবা খর্মচিংকোন অমদি সবাবেল অবিবা অহুম্না পুন্না ব্রা তায়দুনা মৈদিংঙু নোংদা লাইবেল পাখংববু কংলৈ পিবাবেল হাপ্তুনা মশানৌ ইবেম্মা লাইস্নাগা লোযনন্না মৈতৈ কংলৈপুং মযোনগী নিংথৌ ওইদুনা সনা ফম্বাল তোঙদুনা লৈবাক বাযেন চংদুনা পানখি। মতম অসিদগী মণিপুরর্গী মপুং ফাবা ইতিহাসকী তাঙ্কক হৌখি। মৈদিংঙু নোংদা লাইবেল পাখংবনা মশানৌ ইবেম্মা লাইস্নাগা লোযনদুনা মৈতৈ কংলৈপুং মযোনগী নিংথৌ অমসুং লৈমা ওইদুনা পাল্লবদা মশাবা নোংদা লাইবেল পাখংবদি অতিং মীওইবগা নুংথিলনা লাই ওইদুনা লৈববদা মশানৌ তাল্লোয মকন্বী লাইস্নানা মশাবী নোংদা লাইবেল পাখংবনা অহিং মীওইনা নুংথিল লাই ওইনা লৈবিবা অসিবু নুংথিলগী মতমদা অতোপ্পা তাল্লোয মকন্বী অমগা লোয়া পান্নদুনা লৈবিববা হাযদুনা মপুক্লীংদা চীংনবা পোক্লদুনা মশাবীগী মফমদা মহাকপুস্ মশাবীনা তৌবগুম্না নুংথিল লাই ওইদুনা লৈববু যাওহনবীযু হাযজখি মশাবী মৈদিংঙু নোংদা লাইবেল পাখংবনা মশানৌ ইবেম্মা লাইস্নাগী ব্রাহৈদা পাওখুন্নদুনা ইশানৌ ইবেম্মা নংদি তাইবঙ নমু পোংবু ওইবনিনা নুংথিলদা লাই ওইনা নশাবী ঐগুম্না লৈববু যাবোই, নশাবী ঐগী ইতিক অকববু ইশানৌ নঙনা থক থংঙমলোই হাযখিবা মতাংবু অবিবা মৈতৈ লোন্দা অসুন্না ইবি ;

> লাইবেল মৈতিংঙু তুপি যোই নোংতা নোংতা লাইবেল পাখংপতি থৌতু তুকুমপপু লেপ্পা য়ুং চেঙচা তুকুমতি লেপ্পা খিন্না কোবৌ নোংথিল পোপোকতি তুপি মযাফম লাইবেল মতিনফম মহৌ লমলেন কোয লমলেন ইবাংফাই খুনপি নাবেং চীং খুং খুং

নানৌবোক লাইখা চাবংলৌ নিংসোং মৌপিরোক মানথক ময়াইকোন থানিঙ লোনপা চীং পুকম চীংখোং নেমতা তুপি সাপিবক লাইবেল সানৌ বকতা লেংতিনখিএ। অহিংমতা তাইপং নমু পোংপু ওইনা মালেম লৈকোয়বেন পবিং কাবনফম মালং নোংহুমশঙতা মশানৌ লাইস্না খোইমোম লাইনাশাপি লাইস্না হৈবোং নিংথৌ চনু হৈবোং লোঙয়িপা লৈচীক চীক্লিপনা পোকপী লৈথম থমলিপনা য়েনপিকা লোকয়াই তামপা তোং শিনৌ লশিং তীনকুম্পীকা চাতামন্নবপতা যিনুং কৌপা শোযবকপতা মতাইবেম লৈনুং থাকক অশৈপনা চীংখোং য়াইকৈফপা মতাইবেম যিৱান নোংথোন তেংমাইকী পাউথোং সেমপা য়িতোং তাউপনা চকথাঙ য়াবোঙ ফান মৈপুল হাইচাউ থান্না যাইনিংথৌ মশানৌ খোইযম লাই মশাপী লাইস্না অহেনপীনা লাইবেল স্না ৱাই খুৎপী কৌবোং সুনা থৌখামপপু থৌখাম ঙমতপা তুপি অহিং মীওইপা নোংথিল খোইযম লাইওইপা লৈনুং লোনচা অবিবা মোংপা সমচিন লোইযা ফমতা নাউনৌপা খোইযম লাইফা অহেনবা নোংতা স্না নোংলিকলাই নিঙথৌপতি তাইপঙ নোংশা পানকী নিংথৌ চাকচা নুংঙাইগা পোৎলোয মশীং নিঙথিপা নিঙথৌপীপু মশীং সুনা চোয়নৌ স্না ফম্বাল লাংতা মযায কোযবেন তো না খুৎশু খুৎলাই অযাম্পা তাইপঙ চাকচা অযাম্পা কুমচা থাচা নোংতম নোংখাই ইবাৎ থোংলাৎ থৌনি খাচঙ তিনশোল লাইশোল লমথোক হিতোং সুমাই লমকপ পোইবে নুংঙাই মবাংকায ৱাংঙম হবাউ মথোই তোং তুপি মতেহৈ লাইবেল মৱোল হক মথেক ফৈপু সা তুবেল থাংতোং হেন লাইচা ইৱাই খল থামুং লোকযাই খায সেলোই মীক তোং পোইবে ইক ঙাক্লা লাংহৈ কুমশিঙ তবানিথোই সুনা পাল্লিঙে কোবৌ নোংলৈপাক্কী খোইমোম লেংনা তিনপা পুম্নমনা লাইকুপ লেংনা তিন্না ৱা তানখিএ।

মৈদিংঙু নোংদা লাইবেল পাখংবনা মৈতৈ কংলৈপুং মযোম্দা মশানৌ ইবেম্মা লাইস্নাগা লোগননা লৈবাক ঙাক্তুনা পানখিবা মতম অসিদগী মণিপুবগী মবীক চুম্বা মপুং ফাবা ইতিহাসকী তাক্কক হৌখিবগা লোযননা মহাক্কী মতমদা অনৌবা লৈবাক ৱাযেন পখাপ কযামকুম শেমদোক্তুনা

চৎনবা হৌখি অদুগা যেক শলাই খায়বসু মহাক্কী মতমদগী হৌখি। অসুন্না মৈদিংঙু নোংদা লাইবেল পাখংবনা মশানৌ ইবেম্মা লাইস্নাগা লোযনদুনা মৈতৈ কংলৈপুং ময়োন্দা চহী ১২০ নিংথৌ ওইদুনা পাল্লন্নবা মতুংদা পুন্সি চেংজেল লোযবক্লদুনা কোবৌ থক্তা মশানৌ ইবেম্মা লাইস্নাগা লোযনদুনা নোঙ্গামিন্নখি। মৈদিংঙু নোংদা লাইবেল পাখংবনা নোঙ্গাখ্রবা মতুংদা মপাবি খুইযোই তোম্পোক্লা মপাগী মহুৎশিন্দুনা মৈতৈ কংলৈপুং মযোনগী নিংথৌ ওইখি। মৈদিংঙু খুইয়োই তোম্পোক্লা (১৫৪-২৬৪) নুংবানলোন নোংমোইনু অহোংবীবু তাম্লোয় লৈমা ওইনা লৌখি। মপাবি যোইমোংবা অমসুং তাউথিংমাং অনিবু শাৎনখি। মৈদিংঙু খুযোই তোমপোক্কী মতমদা মণিপুরদা পুং শাবা হৌদোকখি। পুং অসি অহানবদা শজিগী মউন্না তিংলগা শাবদা মখোল অদু হৌববসু ফজদ্রে হাযদুনা ষণগী মউন্না অমুক তীংলগা শাবদা যেবদা মখোল হেন্না ফজনা হৌনা থোকপদগী মতুংদদি ষণগী মউন্না পুং তীংলগা শাবা লমদমসিদা চৎনখি। মৈদিংঙু খুযোই তোম্পোক্তি স্না ফম্বালদা লাংতৈ কুমশীং ৯০ পাল্লন্নবা মতুংদা পুন্সি চেংজেল লোযবক্লদুনা কোবৌ থক্তা নোঙ্গাখি। মপল পন্থৌ মৈদিংঙু খুইযোই তোম্পোক্লা নোঙ্গাখ্রবদা মপাবি মৈদিংঙু তাউথিংমাংনা নিংথৌ ওইখি। মৈদিংঙু তাউথিংমাংনা (খৃ: ২৬৪-৩৬৪) নিংথৌ ওইখিবা মতম অসিদা পলেম মমা নোংমোইনু অহোংবীগী যাথংদগী মপাবি মৈদিংঙু তাউথিংমাং অমসুং মশাবী যোইমোংবা শানৌ মচিন মনাউনা ইম্ফাল অমসুং ইবিল তুবেল তেঙখি। মতাং অসি তুতেংলোন কৌবা পুযাদা মবীক চুন্না ইবমই। কংলৈগী লমদম অসিদা মীশিংনা খুন্দাদুনা লৈববদা যান্না কুৎপদগী মতম চুপ্পদা ঈশিং চাওদুনতা লৈববদা মদুবু চীংথদুনা কংহনবা তাববদি তুবেল তৌথক্তুনা তেঙথোক্লবদি ঈশিংশিং অদুবু লাযনা কওহনবা ওমগনি হায়বসি পলেম মমা নোংমোইনু অহোঙবীনা খঙবদগী মপাবি অনিগী মফমদা ইম্ফাল অমসুং ঈবিল তুবেল অনি অসিবু তৌবগা তেঙথোক্লবা পাউতাক পীখি। পলেম মমাগী যাথং তুং ইন্না মশাবী য়োইমোংবনা শীংমিৎ শীংনাং নুংবি নুংজাই অচৌবা লৈবা ইম্ফাল তুবেলবু তেঙলক্লগা মশানৌ তাউথিংমাংবুনা ঈশিং থোইনা হেন্না লুদবা নুংজাউ কযা হাক্লা লৈতবা ঈবিল তুবেল তেঙলক্লগা শানৌ মচিন মনাউনা খুঞ্জা হুপ্পা তুবেল তেঙলক্লপদা ফুনাল চীংদা লৈবম্না ফুনাল নিংথৌ

তেলহৈবনা শানৌ মচিন মনাউদা তুবেল তেঙলকপা য়াবোই হায়না থিংখি। যোয়মোংবা অমসুং মশানৌ তাউথিংমাং অনীনা ফুনাল নিংথৌ তেলহৈবগা অকনবা লান থেংনখি। লান্দা ফুনাল নিংথৌ তেলহৈবদি শানৌ মচিন মনাউগী মখুত্তা মায়থীবা ফংখি। অসুম্না শানৌ মচিন মনাউনা তুবেল তেঙলকপদা নমুতাউবও মী অমসুং শা ঙাবু ফা ফাদুনা চানিংবা চাবা ঙন্বা কাকযেল মীঙন্বা কৌবা অচৌবা উচেক অদুবুসু মহাক্কী মশা কক্কুনা থাদখি। কাকযেল মশানা তক্তুনা তাখিবা মফম অদুবু ঈথিং হাযনা কৌখি অদুগা কাকযেলনা খোংদুনা লাউদুনা পাইবগা তাখিবা মফম অদুবুনা নোংমাইখোং হাযনা কৌখি। অসুম্না যোযমোংবা তাউথিংমাং শানৌ মচিন মনাউনা ইম্ফাল তুবেল অমসুং ঈবিল তুবেল তেঙদুনা চীংনুংহুত্তা থাদখিবদগী মৈতৈ কংলৈপুংগী লমদমশিং অসিসু নোংম নোংমগী কংলক্কুনা চীংথক্তা লৈবম্না কযাসু তম্পাক্তা কুমথবক্কুনা লৈখি।

মৈদিংঙু তাউথিংমাংনা ফম্বালদা মশানৌ ইবেম্মা লাইতোংখুগা লোযননা চীহ ১০০ পাল্লম্লগা পুন্সি চেংজেল লোযবক্লদুনা কোবৌথক্তা নোঙ্গাখি। মতুংদা মপাবি খুই নিংঙোনবনা মৈতৈ কংলৈপুং মযোনগী নিংথৌ ওইদুনা পানখি। মতম অসিদা মবুধৌ হাক্তন্তা পাঙথোক্লম্বা মেবা মেনতোংবগী হৌনবী লীচৎপু মশানৌ ইবেম্মা মৈতৈ লৈমা হাওনুহলগা লোযননা চাংমী তম্মী পুন্না হবাউ তযাম যোংদোক্কুনা অখুম অহাও চামিন্নদুনা মেবা মেনতোংবগী থৌবম পাঙথোক্কুনা চীংমী তম্মী পুন্না চান্না চীন্নরা লৈমিন্নখি। ফম্বালদা লাংহৈ কুমশিং ১৫ পাল্লম্লবা মতুংদা কোবৌথক্তা নোঙ্গাখি। মৈদিংঙু খুইনিংঙোনবা (৩৬৪-৩৭৯) মথংদা মৈদিংঙু পেংসিবনা পোইবৈ লৈবাক মীযামগা ব্লাকযৈ হি তোঙদুনা থোংনাং তখেল সেনবী তেখাউ কুচু পাথান, খাগী খামবন মখোয খিবিকপু মাযথীবা পীখিবা অদুবু পাখংবা নোঙ্গাবোল কৌবা লাইবিক অসিদা অসুম্না ইবি ;

লাইবেল মৈদিংঙু পেংসিপতি পুনুং লানপোৎ মঙান নাই
সযাঙ তানচাউ সি লুপা খোংক্রাইচন খুপোম য়াইসি লোন
চুঙলোঙ ঙক্তা হুক থাঙলেন নামৈ য়েপ্পা নিংথৌ থোংখুপনা
মংলি ব্লাই লৈপী যাইনুংনা মংশঙলম মংলেন খুংসাপতা

> নোংমাই পুংচা য়েবকলপতা লাইবেল থাঙলেন নখুৎশুনা পুনুং চংপী লাপান য়ান নিংথৌ কোলোয় মমিং থোংনা থোংনাং মযাং নিংথৌ সেনপি তেখাউ নিংথৌ কুসু পাথান নিংথৌ খাগী খামবন নিংথৌ মখোয় খৈপিকপু নিংথৌ মচিন থেক্কে হেমপা চীংপু লোইপপু লোযপী সাযপা ময়া সা তিংখং চীনতুমকনে হাযপকী পুনুং চংপী লনপান যাল্লে হাযতপবা। লাইবেল মৈতিংঙু পেংসিপতি খোযমা লিবেনতোন লিবেন যাইথমপোক মযেং যেংনসু মতোন তোন্না পুংপা লিকুমপতি নুংঙায মবাং কায নিংথৌ চাকচা মসিঙ সুগা পোইবে চোযনৌ সনা ফম্বাল লাংতা লাংহৈ কুমশিং তবামঙা শুনা পাল্লপকা নিংথৌ ম্না হকচাং পুনা কোবৌ মথন্না তেখৎনা ব্রাংপল মথন্ননা হনচিনখিবনে। নযু মৈতিংঙু পেংসিপনা অব্রা কোবৌ নোংকাখিপসুং মতোমতে।

মৈদিংঙু পেংসিবনা (৩৭৯ ৩৯৪) মশানৌ লৈমা তাল্লোগ মবম্বী লাইতোংখু পান্দুনা মজা ইবুঙো মৈদিংঙু কাউখংবা পোকই। মৈদিংঙু কাউখংবনা (৩৯৪ ৪১১) ফম্বালদা চহী ১৭ পাল্লম্লগা নোঙ্গাখি। মৈদিংঙু কাউখংবনা নোঙ্গখ্রবদা মপাবি মৈদিংঙু নাউখম্বনা নিংথৌ ওইখি। মৈদিংঙু নাউখম্বদ চেংলৈ নিংথৌ থাংযি খোংজ্রোম্বগী তাল্লোয মকম্বী যোইকমলোন যাওবৈবা চনুবু কুম গা লেপখিবা থাবুম মঙা শুববদা মুন্দুনা লৌখি। মতম খবা লৈবগা মপাবি নাউফং অহনবা পোকখি। যাওবৈবা চনুনা মৈদিংঙ নাউখম্বগী মফমদা লৈববদা অনৌবা হৈবাং মচা অমুক যান্দুনা অনিশুবা মপাবি অমসু ফংজাখ মমিংনা নাউফংবা থোনখি। মৈদিংঙু নাউখম্বনা (৪১১-৪২৮) চহীকুমশীং ১৭ নিংথৌ ওইদুনা পাল্লম্লগা পুন্সি চেংজেল লোযবদুনা কোবৌ থক্তা নোঙ্গাখি। মৈদিংঙু নাউখম্বনা নোঙ্গাখ্রবদা মৈতৈ কংলৈপুং মযোনগী নিংথৌ খুবমগীদমক ব্রাথোক অমা থোকখি। মযাম্বুং নাউফং অহনবগা মশানৌ নাউফংবগা (৪২৮-৫১৮) ঈশিংদা ঈকপ্পদুনা লাইগী ব্রাযেনবু মীযাম মমাংদা যেংনবদা মশানৌ নাফংবনা অশেংবা ঈ ওইবনা মৈতৈ কংলৈপুং মযোনগী নিংথৌ ওইখি। থাংযি খোংজ্রোম্বগী মপাবি নাউফং অহনবনা কুমদুনা লুপখিবা মফম অদুবু যেকশোযপাৎ কৌখি অদুগা মৈদিংঙু নাউফংবনা লুপখিবা মফম অদুবু যেক্লা পাৎ কৌখি। লাইগী ব্রায়েন কাযবা যাদবনা মশানৌ নাউফংবনা মফম অসিদা লুপখিবা মতমদা ইবাই লাইনা

লুপথবা ঙমখি। অদুগা মশাবী নাউফং অহনবদি অযোকপা মচা ওইবনা ঈশিংদা চোংথদুনা লুপথবা ঙমদনা মীযাম মমাংদা মথন্তা ইকাইজদুনা নোংমনখি। মৈদিংঙু নাউফংবনা খুমন চনু কাইবৈমা অমসুং যাওবৈবা চনু অনিবু তাল্লোয় ওইনা লৌদুনা খুমন চনু কাইবৈমনা সমৈবাং পোকই। অদুগা যাওবৈবা চনুনা থমংলাং পোকই। মৈদিংঙু নাউফংবদি (৪০৮-৪৯৮) ফম্বালদা চহী ৯০ নিংথৌ ওইবল্লগা নোঙ্গাখি। মৈদিংঙু নাউফংবগী মতুংদা মজা ইবুংঙো শামৈবাংনা মৈতৈ কংলৈ পুংমযোনগী নিংথৌ ওইখি। মৈদিংঙু শামৈবাংনা অঙোম নিংথৌগা লান শোক্লদুনা অঙোম নিংথৌ ক্বাকপা থব্রানথাববু হাত্তুনা অঙোম পুম্নমক লোই চনখি। মতম অসিদগী হৌদুনা মৈতৈগী অকন অথৌশিংবু চাক খাঙদুনা পীজবা হৌখি। শামৈবাংনা মৈতৈ লৈমা কম্বোংথেম চনু (শবাং লৈশাং) লাইবৈমা পান্নদুনা মজা ইবুংঙো উবা কোম্বৌবা অমসুং পুংমাই অনীবু পোকই। মৈদিংঙু শামৈবাংদি ফম্বালদা চহী ৫০ (৫১৮-৫৬৮) পাল্লম্লগা নোঙ্গাখি। মথংদা মজা ইবুংঙো উবা কোম্বৌবনা নিংথৌ ওইখি।

মৈদিংঙু উবা কোম্বৌবনা (৫৬৮ ৬৫৮) মৈতৈ কংলৈপুং মযোন্দা নিংথৌ ওইখিবা মতম অসিদা সেল্লোয লাংমাযশিংনা লাঙ্গোল চাংদা তাবা হাওকপ চীংশাং খুনফম ঙাচেংদা লান্দাবা লাকপদা মৈদিংঙু উবা কোম্বৌবগী মদাইবেম কাদেম শোযশঙবনা লু থুমদুনা ঙা ফাবিঙৈদা সেল্লোয লাংমাইশিংনা লান্দাবকপা অদু উবদুনা শোযদনা মহাকপু হাংখিবা তাবে খন্দুনা মশাদা ঙা অপুম্বা তৈশিন্দুনা অশিবা শাদুনা লৈখি। মতমদুদা সেল্লোয লাংমাইশিংনা কাদেম শোযশেনববু শিবববা হাযদুনা খোঙপাক্লা কাওদুনা যেংলমই অদুগা অপুম্বা মনম নম্বদগী শিবে হাযদুনা হুন্দোক্লম্লগা চংখি। সেল্লোয লাংমাইশিংনা চংখ্রবদা মৈদিংঙু উবা কোম্বৌবগী মফমদা মদাইবেম কাদেম শোযশেনবনা মহাকপু সেল্লোয লাংমাইশিংনা খোঙপাক্লা কাওবম্বগী পাউ অদু তল্লবদা মৈদিংঙু উবা কোম্বৌবনা মহাক্কী অচানবা মনাইদা খোঙপাক্লা কাওবম্বা অদুবু উশিত্তবনি খন্দুনা সেল্লোয লাংমাইশিংনা খুনফম ঙাংচেং লানঙমদুনা হল্লকপদা লম্বীদা লুমদুনা ঙায়বগা সেল্লোয লাংমাই পুম্নমক তাক্লা তুম্না হাংখি। শুপ্নগী সেল্লোয লাংমাই ১০ খক্তি হিংহৌদুনা মোংবা মবাল যাইদা থুংখি। মৈদিংঙু উবা কোম্বৌবদি ফম্বালদা চহী ৯০ পাল্লম্লগা নোঙ্গাখি।

মৈদিংঙু উবা কোষ্টৌবনা তাল্লোয অনী পান্নে। খাবা নোংজেংশুনা মপাবি নাউহন, যোইচাবোন, অমসুং হোংনেম যোই খুঞ্জাও (নাউথিংখোং) অহুম অসি পোকই। অদুগা অনীশুবা তাল্লোয নুংবান হোইযাম্বীনা ফৌবাযাং লাইকোকশু পোকই। মৈদিংঙু উবা কোষ্টৌবনা থুপগ্রবদা মৈতৈ কংলৈপুং মযোন্দা চহী ৫ নিংথৌ পান্দনা নিংথৌ ফম্বাল হাঙখি। মতুংদা মপাবি নাউথিংখোংবু লুৱাং পুন্সিবগী মশাই কোন্দগী কৌবদুনা মৈতৈ কংলৈপুং মযোনগী নিংথৌ ওইহনখি। মৈদিংঙু নাউথিংখোং অসি অঙাং ওইৰিঙৈদগী লাক্লা যানবা ঙমদবা লমকেৎ লমহাযনা মপা মমানা ৱাবক ৱাতেম্বা ইন্দনা যাম্না ঙাওনা হৌবকই। মপল পষ্টৌ উবা কোষ্টৌবনা মপাবি নাউথিংখোংবু ওকশুনু শিংশুনু হাযদুনা বাবক বাতেম্লুবদগী মৈদিংঙু নাউথিংখোংনা শাওখিদুনা মৈতৈ কংলৈপুং মযোন থাদোক্লম্লগা সেল্লোয লংমাইচীংদা চেন্দুনা লৈখি। সেল্লোয লংমাই নিঙঙোল পিতঙঙাগা নুংশিনদুনা চঙজফম লৌদুনা মতম খবা শক লোক্তুনা লৈখি। মমৈথংদা সেল্লোয লাংমাই খুঞ্জাশিংনা নাউথিংখোংবু মৈতৈ কংলৈগী নিংথৌ উবা কোষ্টৌবগী মপাবি নাউথিংখোংনি খওলকপদগী মপা হাংক্তা সেল্লোই লংমাইশিংনা লান্দাকবা হল্লকপদা নাগা মাবলদা লুম্লগা লাংমাই খুঞ্জাশিং ঙম্না হাৎখিবা অদুগী লমন শিংলসি হাযদুনা মশানৌ ইবেম্মা পিতঙঙগী মফমদা মশাবী নাউথিংখোংবু শিন্নবা হাযখি। মশানৌ ইবেম্মা পিতঙঙানা মহাক্কী থৱাযমক্লি খনজবিবা মশাবী নাউথিংখোংবু শোযদনা হাংখ্রগনি খনবদগী মশাবীবু কন্নবগীদমক পান্দুম খবদংদি যৎলগা চামিন্নজখিগে হাযজবদগা যাবদুনা মশানৌ ইবেম্মা পিতঙঙানা পান ফুৎপগী মহুত্তা নুংদুম চেইনা যুৎখি। মঙ্গা অদুদা সেল্লোয লাংমাই মবুং মৌপ্পাশিংবু বাংলৈ যু অযাকপা পীথক্লগা ঙাওদুনা লৈহনখি। চৈবক অদুদা মশাবী নাউথিংখোংবু যক্লাং হোগাযবগা মথৱায হিংনবা চেনহনখি।

মৈদিংঙু নাউথিংখোংনা সেল্লোয লাংমাইচীংদগী চেল্লক্লগা মযুম মৈতৈ কংলৈপুং মযোন্দদি হন্দ্রদুনা খুমন কলৈপুং মযোন্দা পাল্লিবা খুমন নিংথৌ পুন্সি য়ুমোইবগী মশাই কোন্দা শাইদাঙফম লৌদুনা লৈখি। খুমন নিংথৌ পুন্সি যুমোইবনা মমোম কৈকহাংবীবু নাউথিংখোংগী মফমদা থাজখি। মকু ইবুংঙো খুমন নিংথৌনা মহ্মাক ইবুংঙো নাউথিংখোংবু মোইবাং নিংথৌ পুবিক্লাই সনা লাখ্বাগী মোংবা মবাল যাইদা অতোং কুম্মৈ

য়েংবা চৎপদা লোযনবমই মতম অদুদা মোইবাং নিংথৌ পুবিক্লাই স্নালাখ্বানা মমোম ইরাংলোন লাইবোক লেপ্লীবু নাউথিংখোংগী মফমদা মবাল লুহোং খোংদোংনা অওং অউন তমদুনা থাজখি। মকু ইবুংঙো খুমন নিংথৌ পুন্সি যুমোইবনা মন্ধাক ইবুংঙো নাউথিংখোং অসি নোংমদি শোযদনা মৈতৈ কংলৈপুং মযোনগী নিংথৌ ওইগদবা মীশক্লি হায়বসি খঙবদগী লুরাং মকুবী চীংদা পাল্লিবা লুরাং নিংথৌ পুন্সিবগী মফমদা লৈবাক রাযেন পত্থাপ তম্লুনবা থাখি। নাউথিংখোংবু লুরাং নিংথৌ পুন্সিবনা ঔগ্রী নচিংবা তম্লীখি। (নাউথিংখোং ফম্বাল কাবা)

মৈদিংঙু উবা কোম্বৌবনা (৫৬৮-৬৫৮) শিববা মতুংদা মপাবি নাউথিংখোংবু থিবক্লুনা লুরাংগী লমদমদগী হল্লক্লগা মৈতৈ কংলৈপুং মযোনগী নিংথৌ ওইখি। মতম অসিদা সেল্লোই লাংমাইচীংদা লৈহৌবী মশানৌ তাল্লোয মকন্দী পিতঙঙানা পাউ অদু তাবদুনা মশাবী নাউথিংখোংগী নাক্তা থুনা যাংনা লাকখি। মৈদিংঙু নাউথিংখোংনা মশানৌ ইবেম্মা পিতঙঙাবু হেক উবা মক্তদা হবাউ তযাম্না ইশানৌ ইবেম্মা পিতঙঙা নহাক্তি নাউথিংখোং ঐগী থবায কনবীবকখিবী পলেম শকপী ইমানি। মবম অদুনা নশাবী ঐগী যেৎথল্লাংদা ফমদুনা লৈবাক রাযেন থৌদা পাঙথোকপদা তেঙবা৶বীযু হাযজখি। মশাবী নাউথিংখোংগী বাহৈদা মশানৌ পিতঙঙাদি ইকাই নুংশি যান্নখিদুনা খাঙবা ঙমদ্রদুনা মদোম নোংমনজখি। মৈদিংঙু নাউথিংখোংনা লোইজিং ফৌওইচিংদা তাবস্না মঙাং নিংথৌ পুন্সিবগী মপাব মঙাং কোনখুচা অতেংববু মাযথীবা পীদুনা হাৎখি হাযবগীদমক নাউথিংখোংবু মঙাং ঙম্বা হাযনা কৌখি। মৈদিংঙু নাউথিংখোংগী মতমদা পোং নিংথৌ সুকানফাগী মনাউনুপা শামলুংনা পাসাদা লান্দাকুবগা হল্লকপদা মৈতৈগী অপোং ইংখোলদা চহী ১০ লৈবল্লগা পোং লৈবাক্তা অমুক হনখি। মৈদিংঙু নাউথিংখোংনা (৬৬৩-৭৬৩) ফম্বালদা চহী ১০০ নিংথৌ ওইদুনা পাল্লল্লবা মতুংদা পুন্সি চেংজেল লোযবদুনা নোঙ্গাখি। মৈদিংঙু নাউথিংখোং মঙাং ঙম্বগী তাল্লোয ৯ গী মনুংদগী তাল্লোয লৈমা খমশুবোল চীংযাইশুনা খোংতেকচাগা মনাউ ইবুংঙো পুংফৈ লাম্বুবগা অনি পোকই। মৈদিংঙু নাউথিংখোংগী মথংদা মপাবি খোঙতেকচানা (৭৬৩-৭৭৩) নিংথৌ ওইখি। মৈদিংঙু খোঙতেকচানা লাংজা লৌপুংফৈদা মদাইবেম ফমদৌবোই ৬৮ মক্তা লোযনদুনা যাবৌ শাদানবা

চৎপদা লম্বীদা অকনবা নোংলৈ নুংশিৎ শিৎলক্কুনা মৈদিংঙু খোঙতেকচা অমসুং মদাইবেম ফমদৌবোই ৬৩ গা লোয়ননা অতিযাদা ৱাংনা পুখৎখিদুনা নোংমনখি। শুপ্লতগী ফমদৌবোই অমখক হিংহৌদুনা মাগী চাদা নাওদা মখৈনা লোংজম হাযবা যুম্লাক অসি ওইখি। মৈদিংঙু খোঙতেকচাগী মদাইবেম ফমদৌবোই লোংজাম্বনা মৈতৈ লৈমা পুকৈবোল চনুগী মফমদা মৈদিংঙু খোঙতেকচানা মফম মবাং ইখং খঙহৌদনা মদাইবেম ফমদৌবোই ৬৩ মক্কা লোযননা নোঙ্গাখিবা অদুবু মৈতৈ লৈমা যোযকমলোন পুকৈবোন চনুগী মফমদা পাওদমজখি। মশানৌ ইবেম্মা লৈমা পুকৈবোল চনুনা মশাবী খোঙতেকচানা মনুং মতম চাদনা নোংমনখিবা অদুবু নুংঙাযতনা থম্মোয শোক্লা তেংথাজখিবা মতাং অদুবু পাখংবা নোঙ্গাবোল কৌবা লাইবিক অসিদা অসুম্না ইব;

> লাইবেল মৈদিংঙু খোঙতেকচা যোযবেনপনা অবাং কোবৌ নোংকা বাপু নিংথৌ মাইপা মনাওযোক্লা তম্ফা মশানৌ কংলৈ মৈতৈ লৈমা চোযনৌ স্না পুকৈবেম্পী লুপা লনইকে সাপী যোযকমলোন মৈতৈ লৈমতা মার্নপি খুতপনা মুকমু লৈতোন কোল্লা নুংসি মখৈ লৈতনা পিবেম খকমা তানা পাউতর্মখিএ। লাইবেল নসাপী তাইপং সোবাবেনতি তানথোং মাঙাইবোযপু ঙাইবোযননা কোবৌ নোংকা ৱা খোইযম লেংতিন্নখিপপু যাথং লীকলেন সীনকুম পাউতমলপকী যোইপু মৈতৈ লৈমতি মিবেন থাবু খঙনা নাতাবপকী যোইপু গীকলেন থাকা ফু মালেম লৈদা ওন শল্লাং ফাযেন্নানা নুংসি খোযপুং ওৎনা মিকপলকএ। লাইবেল যিসাপী তুপি কোবৌ যিনোংথৌ ৱাংপল ইকাশা নোংথল কোওয়াং যিচৈশু লোকলৌ পনম যিনমখাং থোঙলেন তাবা মিপান পাই লাংচেং চাবা যিকথেৎতা ও কবি ৱানো কল্লকএ। লাইবেল নঙতি তুপি নকু চাবি কাউতা নথা যাৱা থানিন ফাতাপকী খোইমোম চিনফু লমমাপী লেমথোং লমমায হনপীপু কোল্লোই সিনপান্না লাংহৈ সিতিন্নবীপকী তম্ফা নসানৌ ঐকা স্না ফমচাউ থক্তা লোকয়ায় সিনৌ লশিং তীনকুম যাতা মন্নবৌতে কোল্লোয় নতিনমেন নুংসিপা কোংকোই নৱাবেপ নুংওনপসুং লেপ্পবৌতে যোইপু নসানৌ ঐপু চেংলৌ সক উতা নুংসি য়াৱাখোন থংনবৌতনা কোল্লোয় তৈনা সাপা শঙলেন

অতিংপতা লাইবেন নতোম য়াতাবিপপু কবিকীনো। তম্পা নসানৌ ঐপু কোবৌ মাখলমপু কবিকি হুনলানলমপনো। লাইবেল নঙতি খোইমোম চিনফু নকম্পীপু উর্নপি সামন লিকিননা খোইযম কবম লাই ওইখিপনো তম্পা নসানৌ ঐতি কোবৌ নোংলোন পাইনা লাইবেল স্না নখোঙখুনপু কবম যিনতানফতবপনো খোইযম নোংতম মথৌথাপু লমচাইফতপকী সিঙলেন সেৎনবা লৈবাং খাইনবপসুং লাইবেল চেংলৌ শকউনবসে হাযতে। লহান নযু নিংথৌচা নমাঙকীশিংনা কোবৌ নোংকাপা চীংঙু পনতনখিপতি য়োযপু তম্পা মশানৌসিংকা লাইবেল মপাবি স্না খোকখৈ মবোল যামপসিংসু মমোম তম্পা ব্রাংঙমলোন ফিবাক তোমসোন থাখন্না ফাখঙ লৈশুইনপী কোনখাঙ মবোন যাম্পীসিংকা যোইপু লেংনা তিন যোইহে খোংফাং লেংপি পুন্নমাকা নুংসি পাউমেন্নন চেংলৌ সক উনবৌএ। যোয়পু চীংঙু লাইপক থীপী ঐতি লাইবেল কোলোয নপাউমেন নুংশি মশক উহৌতে। যোইপু লীক্লাং নাপাউমেন নুংওনপসুং মেন্নবৌতে। লাইবেল নঙকী কংলৈ পুংময়োন অসিতা কোবৌ নোংকালং চীংঙু পনতোল যিকিপতি তুপি নপাচা লাইবেল নযেল্লুসিংকা নতাইবেম পোইবৈ খুনচাহৌ তয়ম নাউচা তিন্না খাপা লেংনা ফাং অমাই নাকলৌ সিন্না খোইয়ম লাইকনপপু খবায লাইকন ফিনা ফনলৌ ফতাপা যিযু সিযোম লানা যোমলৌ ফতপা লুখুম থাঙকা সৎনা লাইকনপপ্ কনলোল্লপসুং লাইবেল কোবৌ নোংকাথৌ অচৌবা পুবোই লৈকোযপা মথৌ যাংকেনপা অমন সংলৌ লুগিন থৌপু পোইবৈ মসীং সুনা খোযচি নুংচান লোমচাবৌঙেনে। লাইবেল নঙতি তাইপং মিৎযেং সংসং উননা তুপি স্না হুকসাং পুনা খোইয়ম লাইকপ তিনখিবপনিকীনা যোইপু উর্নপ পুর্কনিং পেনলৌতে হাযনা মালেম লৈতা ওন নুংশি পুক্লিং কায়না মিকপখিএ হায়তপবা।

অসুম তৌদুনা মৈদিংঙু খোঙতেকচানা ফম্বালদা চহী ১০ নিংথৌ ওইবন্নগা শোক ৭৭৩ দা নোঙ্গাখিবদগী মৈতৈ কংলৈপুং মযোনগী নিংথৌ ফম্বালদা চহী ১১ নিংথৌ পানখিদে। মতুংদা মপাবি কৈবেনচানা (৭৮৪-৭৯৯) দা কংলৈপুং মযোনগী ফম্বাল কাদুনা নিংথৌ ওইখি। অসুম

তৌদুনা মৈতৈ কংলৈপুং ময়োম্দা নিংথৌ ওইখিবা নিংথৌমচাশিং অদুবু পাখংবগী চাদা নাওদানি হাযদুনা নিংথৌশিং অদুগী মনুংদগী অখন্নবা নিংথৌ খব খক্কী নোঙ্গাখিবা মতাং অদুবু পাখংবা নোঙ্গাবোল হাযনা মিংথোম্দুনা ইবম্বা লাইবিক অসিদা মৈদিংঙু নোংদা লাইবেল পাখংবদগী (৩৩-১৫৪) হৌবগা মৈদিংঙু বুদ্ধচন্দ্র (১৯৪১-৫৫) ফাওবগী মনুংদা নিংথৌ ৭৬ না মথং মথং ওইনা মণিপুবদা পানখিবা মতমদা নিংথৌশিং অদুগী পুন্সি চেংজেল লোযবক্তুনা নোঙ্গাখিবা মতাং অদুমদি পাখংবা নোঙ্গাবোল কৌবা লাইবিক অসিদা ইবমদে। মৈদিংঙু খোঙতেকচা যোযবেনবনা নোঙ্গাখিবা মতাং ফাওবা ইবগা মতুংদা পানখিবা নিংথৌ কযামকম অদুবু পল্লমদনা মৈদিংঙু কবোম্বগী হাক্তক্তা মপাবি লাই ঈশিং চাইবনা (লিশিং চাইবা) মনুং মতম চাদনা ইখং খঙহৌদনা নোংমনখিবদা মপল পম্ছৌ অমসুং পলেম মমা লৈমা হাওচোং ঙম্বীনা অব্রা হুইশোক লাংনা থম্মোয শোক্লা মপাবিবু কৌনা মীকপখিবা মতাং অদুবু পাখংবা নোঙ্গাবোলদা ইবমই। অদুগা মতোপ্পা মতাং অমদনা মৈদিংঙু খাগেম্বগী মপাবি চোযনৌ ম্না ৱাপীহলনা মনুং মতম চাদনা নোংমনখিবা মতাং অদুবুসু লাইবিক অসিদা মবীক চুম্না শৈথাদুনা ইবমই।

মৈদিংঙু কবোম্বগী (১৫২৪-৪২) মপাবি চীংঙু খোইযুম লাই ঈশিং (লিশিং) চাইবনা মপল পলেম পম্ছৌবু হুন্দোক্লল্লগা অঙাং নাৱা ওইনা কোবৌথক্তা নোঙ্গাখি। মতম অদুদা মপল পলেম পম্ছৌনা মপাবি কাযনা মৈচাক্লা মথম্মোয পুবা ঙমদনা কাইখিদুনা অব্রা মৈচাক খাঙঙমদনা ওন্না থোইনা অব্রা মৈচাক পুদুনা লৈববদা মপাবি লাই ঈশিং চাইবনা মপল পম্ছৌ মৈদিংঙু কবোম্বা (১৫২৪-৪২) অমসুং পলেম মমা হাওচোংঙম্বী অনিগী অব্রাবা মতৌদা যেংবা ঙমদ্রদুনা মপল পম্ছৌ পলেমগী খোম্লেন মঙলান্দা লাক্লগা মপাবিগী খোইযুম লাইগী মপোক অশেংবা অদুবু শংশঙনা উত্তুনা যেংহনখি। অদুগা লোযননা মপল পলেম পম্ছৌগী মফমদা মপাবি মহাক্তি নমু মীওইপোক অচম্বা অদুবু নত্তবনা তাইবঙ মীবমলেন্দা মতম কুইনা লৈঘববু যাদববদগী খোইযম লাই ওইদুনা নোঙ্গাবনি হাযনসু পাওমেল্লমখি। নপাবি ঐগী ঈবি লিতিন্নবদি চীংঙু শম্ছোং নিংথৌ অপানবা, চীংঙু নোংপোক মাল্লং হুমওইবা, চীংঙু ৱাংব্রেন খানা চাউবা, চীংঙু থংজিং

লাইমক অমসুং চীংঙু কৌব্রু অসি খিবিক্কা নপাবি ঐগা অমত্তনে হায়না মপন মৈদিংঙু কবোম্বা অমসুং পলেম মমা লৈমা হাওচোংঙম্বীগী খোল্লেম মঙলান্দা মপাবি মাগী খোইয়ুম শঙ্গায় শাদুনা লাৎলু হায়দুনা পাওতাকপীখি। মপল পম্বৌ মৈদিংঙু কবোম্বা অমসুং পলেম মমা লৈমা হাওচোংঙম্বীনা মপাবিগী যাৱা কোল্লোয় তুংইন্না থিম্বুবা তৌদনা মোংবা শঙ্গায শাদুনা মপাবিগী খুবম যাদুনা লাৎখি। অসুম তৌদুনা নিংথৌগী মপাবি লাই ঈশিং চাইবদি উমং লাই ওইনা মাগী শাগৈগী মচা মশুশিংনা ঙসি ফাওবদসু খুবম যাদুনা লাৎনবি অমসুং হবাও তযাম পাঙথোক্লি। অসুম্না মৈদিংঙু খাগেম্বগী মপাবি চোযনৌ স্না ৱাপিহলনা ৱাঙ্গোই মকাইফমদা অপোং হিঙ্গোলদা উমং লাই ওইনা কোল্লোয় শঙ্গায শাদুনা মৈদিংঙু খাগেম্বা হাক্তক্তা লাৎখিবা অদুগী মতাংদসু পাখংবা নোঙ্গাবোলদা ইবমই।

মৈদিংঙু খাগেম্বগী (১৫৯৭-১৬৫২) তাল্লোয মকুম্বী সেনবী তাইপোম্বীগী পীবুকনুংদা নাউযান্দুনা কুমশীং থাশিং শুবক্লদুনা মপাবি অমা ফংজখি। মপাবিগী কোল্লোয মমিংথোংবু চোযনৌ স্না বাপীহল হাযনা মিংথোনখি। মপাবি চোযনৌ স্না ৱাপীহলনা লাংহৈ কুমশীং ৭ শুবকপদা নোংমা ইখং খংহৌদনা মাঙখ্রবদা চৈবৈ মফিশেৎনা তুবেল লৈবাই থক্তা তাদুনা লৈবম্ববু থেংনখি। মতম অদুদা মপল পম্বৌ অমসুং পলেম মমানা মপাবিবু থিবদা ফংদ্রবদা থম্মোয শোক্লা তেংথানা মীকপখি। মপাবি অঙাং নাৱা ওইবিবা মহাক্লা মপল পলেম পম্বৌদসু খঙহল্লমদনা ইখং খংহৌদনা তাইবঙপান্দগী মাঙখিবা অদুদা মপল পলেম পম্বৌ অনির্দি চাবা থকপা তুম্বা চঙদনা মপাবিগীদমক খনবদা অৱা হুইশোক লাংদুনা ৱানা খাঙদুনা লৈখি। অসুম তৌনা লৈবিঙেদা লৈশাং খোমা মাইচৌগী খোল্লেন মঙলান্দা মৈদিংঙু খাগেম্বগী মপাবি চোযনৌ স্না ৱাপীহলনা লাক্লগা মপল পলেম পম্বৌ অনিনা মপাবি মাগা কাযনবগী অৱা মৈচাক খাঙদুনা চাফম থকফম খঙদনা ৱানা খাংলিবা অদুবু কবি থোইনা ৱাকগনু হাযনা পাওদম্লনবা হাযখি। অদুতসু নত্তনা মপাবি চোযনৌ স্না ৱাপীহল মহাক্তি নমু তাইবঙ মীবু নত্তে, চীংঙু খোইয়ুম লাইগী মপোক্তা পোক্লবদগী তাইবঙ মীবমলেন্দা মতম শাংনা তুং কোইনা লৈবা য়াদ্রদুনা চীংঙু লাই ওইদুনা কোবৌ থক্তা নোঙ্গাবনি হাযনা মপল পম্বৌ মৈদিংঙু খাগেম্বা অমসুং পলেম মমা লৈমা তাইপোম্বী অনিগী

মফমদা পাও অসি তশ্বীযু হাযদুনা নপাবি চোয়নৌ স্না ব্রাপীহলনা খোম্লেন ঐগী মণ্ডলান্দা লাক্কুনা তাকপীবম্বদা নত্তনা নপাবিগী চেংলৌ শকপাম্বোংবু শাবগা ব্রাঙ্গোই মকাইফমদা খুবম যাদুনা লাৎপীযু অদু ওইববদি পলেম পম্বৌ অনিনা লৈবাক্কী ব্রায়েন থৌদা পাঙথোকপদা অব্রা অনা কবিশু মাইযোক্লদনা ইংনা তপ্না পানবদা নপাবিনা মতম চুপ্পদা থৌবৈ তেঙবাংগনি হাযনসু তাকপীবমই হাযনা মৈদিংঙু খাগেম্বগী মফমদা খোমলেন মং তমজখি। অসুম্না লৈশাং খোমা মাইচৌগী মফমদা চোযনৌ স্না ব্রাপীহলনা মাগী খোমলেন মণ্ডলান্দা তাকপীবম্না পুম্বা মৈদিংঙু খাগেম্বা অমসুং মশানৌ ইবেম্মা লৈমা তাইপোম্বী অনিগী মফমদা পাওদমজববদা মৈদিংঙু খাগেম্বদি লৈশাং খোমাগী খোমলেন মংপাও অদুবু চুমগদ্রা নত্তগা লানগদ্রা হাযনা চিংনদুনা নুংবংননা লৈবিঙৈদা মৈদিংঙু খাগেম্বগী মমাংমক্তদা থাবিবা শকযেঙ মিংশেল অচৌবা অদুদা মপাবি চোযনৌ স্না ব্রাপীহলগী চেঙলৌ শকপাম্বোং অদুনা থোক্লক্লগা মপল পম্বৌ খাগেম্বগী মফমদা অসুম্নবু পাওমেল্লকই। নপাবি ঐদি নমু পোং মীওই অচম্ববু নত্তবনা তাইবঙ চীঞ্জাক চাদুনা পলেম পম্বৌগী মশাইকোন্দা পুম্না লৈমিন্নবা যাখিদবনা পলেম পম্বৌ অনিবু থাদোক্লম্লগা কোবৌ থক্তা নোঙ্গাদবা যাদদুনা নোঙ্গাববনি। নপাবি ঐহাক কাযনবগীদমক পলেম পম্বৌ অনিনা অব্রা মৈশা লাংনা থম্মোয শোক্লা নুংঙাযতনা তেঙথাদুনা মতম চুপ্পদা চাবা থকপা চঙদনা লৈবিবা অদুবু কবি থোইনা ব্রাবীকুগনু নপাবি ঐগী কোল্লোয শঙ্গায শাদুনা ব্রাঙ্গোই মকাইফমদা নপাবি চেঙলৌ শকপাম্বোংবু শানশেমদুনা খুবম যাদুনা লাৎপীযু। মতম পুম্বদা নপাবি ঐনা ইপন পলেম পম্বৌ অনিগী নাক্তা লৈদুনা লৈবাক্কী ব্রাযেল থৌদা পাঙথোকপদা নপাবি ঐনা শক্লক যাদুনা থৌবৈ তেঙবাংলি খনবীযু হাযবম্লগা মৈদিংঙু মপাবি চোযনৌ স্না ব্রাপীহলদি খঙমাং মাংথোকখি। মৈদিংঙু খাগেম্বনা থিম্ববা তৌদনা মপাবিগী যাব্রা মপাউখোলবু থৌকাউদনা মপাবিগী চেংলৌ শকপাম্বোংবু শেল অহিংবনা হৈদুনা শাবগা ব্রাঙ্গোই মকাইফমদা মপাবিগী খুবম যাদুনা লাৎখি। অদুগা শঞ্জেলথোংগী নোংপোকথংবা মাইকৈ ইম্ফাল তুবেলগীদি মমাং অপোং ইংখোলদা মপাবিগী চেংলৌ শকপাম্বোং শাবগা মপাবিনা মাঙখিবা মফমদুদা খুমবম যাদুনা লাৎখি।

মতৌ অসুম তৌদুনা মৈদিংঙু পামহৈবা (১৭০৯-৪৮) স্না হাক্তক আসদা লৈবাক অসিদা হিন্দু ধৰ্ম্মগী অকনবা শাফু অমা চেনশিল্লকখিবা

মতমদুদা গবিবনিরাজ মহারাজনা গৌরিয়া বৈষ্ণব ধর্ম্মবু থরাযনা পামজদুনা শিলোট মপুং য়াইদগী লাকখিবা শান্তিদাস কী মফমদা গুরু ওইদুনা বামান্দি ধর্ম্মদা লাইমিংলৌখি। শান্তিদাসনা মৈতৈ লৈবাক্তা লৈবিবা উমং লাইশিংগী খুবম অসি লৈববদি বামান্দি ধর্ম্ম অসি মৈতৈ লৈবাক্তা শন্দোকপা যাববোই থল্লদুনা মৈতৈ লৈবাক্কী ইপা ইপুশিংগী হাক্তক্তগী খুবম য়াদুনা লাৎলকলিবা উমং লাইশিংগী খুবম অমসুং কোল্লু কোমায পুন্নমক থুগায়নবা নিংথৌদা ইনশিন্দুনা উমং লাইগী খুবম পুন্নমক ওন্না থুগাযখি। (মিযাৎ, চৈথারোল কুম্বাবা) অদুতস্যু নত্তনা অপোং ইংখোল অমসুং রাঙ্গোইদা খুবম যাদুনা লাৎলিবা চীংঙু অশিবা সনামহীগী মুর্ত্তি অদুবুসু থুগাযবদা যাওখি । মদুগী মহৈনা চীংঙু অশিবা সনামহীনা শাওখিদুনা অকি তুজুংনিংঙাই ওইবা খুদম চাদম কয়ামকম মজাইবুংঙো শ্যামশাই খুবাইলাকপগী মশাদা তেমবান্দুনা চীংঙু লাইগী শাক্তিনা পীবকপদগী মজাইবুংঙো শ্যামশাইনা ঙাওনা ফৈনা নাবিবা অদুবু ফহনবীনবা মহাক্কী গুরু শান্তিদাসকী মফমদা হাযজখি। অদুবু শান্তিদাসনা মজাইবুংঙো শ্যামশাইগী অনাবা কোকহনবগী মহুত্তা হেন্না হেন্নদুম কন্না ঙাওবা হেনজিল্লকখি। মদুদা গবিবর্নিরাজ মহারাজনা মাইচৌ মোইবাং ললহালববু মনাই মশল থাদুনা কৌহল্লুবগা মপাবি শ্যামশাইনা ঙাওনা ফৈনা নাবিবা অদুবু ফহনবীনবা হাযজখি। মোইবাং ললহালবা মাইচৌনা মৈদিংঙু পামহৈবগী মফমদা মজাইবুংঙো শ্যামশাইগী অনাবা অসি ফগদর্বাদি রাঙ্গোই মকাইফম অমসুং অপোং ইংখোলদা থুগাযদুনা লৈবিবা চীংঙু অশিবা লাইনিংথৌ সনামহীগী মুর্ত্তি অসিবু অমুক হন্না শেমজিন্দ্রবদি অনাবা ফবা ঙম্লোই হাযনা তাকপিখি। মৈদিংঙু পামহৈবনা মাইচৌ মোইবাং ললহানবগী রাফম অদুদা থাজবা পোক্লমদে অদুবু মজাইবুংঙো শ্যামশাইগী অনাবা অদুনা অসুম ফৎমল্লক্রবদগী মোইবাং ললহানবগী যাথং তুংইন্না লাইনিংথৌ সনামহীগী মুর্ত্তিবু অমুক নৌহৌনা শেল অহিংবনা হৈবগা শেমজিন শাজিনখি। অদুগা অপোং ইংখোলদা লাৎলিবা লাইনিংথৌ সনামহীগী মুর্ত্তি অদুদি অহানবদা নিপা অমগী মুর্ত্তিখক্তমক লৈবম্বা অদুবু মৈদিংঙু পামহৈবনা নুপিগী শক্তম অমগসু য়াওনা পুংবা ওইনা শেল অহিংবনা হৈবগা শাখি। অদুগা অপোং ইংখোলদগী তোংলোং লৈকাই হাযনা খঙনবম্বা হৌজিক্তা মণিপুর রাইফলসকী অহানবা কম্পনিনা লৈবিবা মফম অসিদা ফুবা লাইশং নৌনা শাদুনা লাৎখি।

ৱাঙ্গোই মকাইযমদা লৈবিবা লাইনিংথৌ সনামহী অসিদি ইপা ইপুশিংগী হাক্তক্তগী হৌনা হবাওবা যাবমদে মবমদি লাই হবাওবা হাযবসিমক্তবু পুংবা শুবা হায়বদি পী অমসুং পা পুন্না লৈবা লাইশিংখক্তবু হবাওই। পুংবা শুদবা লাইশিংদি হবাওবা যাদে। অদুগা মণিপুব বাইফলসগী অহানবা কম্পনিগী মফম অসিদা লৈবিবা লাইনিংথৌ সনামহী অসিদি মৈদিংঙু পামহৈবা হাক্তক্তা পী অমসু, পা পুংবা ওইনা শেমদুনা লাৎখিবদগী ঙসি ফাওবদসু অদুমক হবাওনবি। অসুম তৌদুনা পাখংবা নোঙ্গাবোল কৌবা লাইবিক অসিদা মতীক মগুণ লৈবা নিংথৌমচাশিংবু উমং লাই ওইনা লমদমসিদা খুবম যাদুনা লাৎখিবা অদুগী মতাংদা মৈদিংঙু কবোম্বগী মপাবি লাই ঈশিং চাইবা (লিশিং চাইবা) অমসুং মৈদিংঙু খাগেম্বগী মপাবি চোযনৌ সনা বাপীহল (লাইনিংথৌ স্নামহী) আন অসিগী মতীক ম"গুণবু শৈথাবদুনা মবীক চুম্না ইবমই। অসুম্না চাহীচা ১৮ দা নুঙ্গাংবম গোবিন্দবামগী খুৎথাদগী পাখংবা নোঙ্গাবোল কৌবা লাইবিক অসিনা মণিপুবী সাহিত্যদা মৈতৈ নিংথৌশিংগী পুৱাবীবু তুংগী মীবোলদা খঙহনবদা অচৌবদা থৌদাং অমদি য়াবি। ❒

# সমশোক ঙম্বা

তরানিপালশুবা চহীচা অসি মণিপুরী সমাজদা অচৌবা অওনবা লাকখিবগী খ্বাইদগী মরুওইবা তাঙ্কক অমনি। হান্নগী চৎনবী কয়া থাদোক্তুনা অনৌবা য়াওলদা মীশিংনা খোঙদাবা হৌখিবগী মরুওইবা মতমনি। মৈদিংঙু পামহৈবা (গরিবনীৱাজ ১৭০৯-১৭৪৮) না লৈবাক অসিদা অনৌবা লাইনিং লাইশোন হায়বদি রামান্দি ধর্ম্মবু মশামক্না পামজদুনা ধর্ম্ম অসিদা লাইমিং লৌখি। মতৌ অসুম তৌদুনা লাইনিং লাইশোন হরাউ কুম্মে ফিজেৎ লৈতেং, যুমলৈ কৈরৈ কয়া অসিগী লমদা হান্নগী চৎনরকপা মওংদগী অনৌবা মখল মথেলগী শক্তম অমা উবা ফংখি। মসিমক মতমদুদা ইখিবা মণিপুরী সাহিত্যগী লাইরিকশিংদা মপুং ফানা মমি তারমই। অসুম তৌদুনা মৈদিংঙু পামহৈবগী হৈশিংবা, শা লান্দা থৌবা, লৌশিং লৈবা থৌনা ফবা কয়া অদুবু শৈথাদুনা সমশোক ঙম্বা অমসুং তখেল ঙম্বা কৌবা লাইরিক অনি অসি ইরমই। সমশোক ঙম্বা কৌবা লাইরিক অসিদা মণিপুরগী ইতিহাসকী তাঙ্কক অমা ওইবা অরিবা মৈতৈলোনগী ৱাহৈগী লোন্দা পুদানা ইবা সাহিত্যগী ৱাহৈ ৱাতা কয়ামরুম্না লৈতেং ওইবা লাইরিক্নি। তরানিপাল শুবা চহী অসিদা হিন্দুগী লাইনিং লাইশোনগী লমদা যুম্ফম ওইবা লাইরিক কয়াসু থোরকখি অদুমকপু লাইরিকশিং অদুনা মণিপুরী সাহিত্যগী মপুং ওইবা থৌদাংদি য়াবা ঙমখিদে। মতমদুগী মণিপুরী সাহিত্যগী মপুং ওইবা থৌদাং য়াখিবা মরুওইনা লমদমসিগী শেংলবা লৈহাওদগী থোক্লকখিবা সমশোক ঙম্বা অমসুং তখেল ঙম্বা মণিপুরী সাহিত্যগী মতীক চারবা লাইরিক ঙাক্তনি।

মণিপুরী সাহিত্যদা চহীচা তরানিপালদা থোরকখিবা লাইরিকশিং অসিগী মপুং ওইবা শক্তমদি মণিপুরগী নিংথৌনা অতোপ্পা লৈবাক্কী নিংথৌশিংগা লান শোক্লদুনা মখোয়গী অঙম্বা থৌনা লীংজেল ফুদোক্তুনা মরৈবাক মরমদম্বু য়েক্লবগী মখুত্তগী কন্নবগীদমক অকনবা লান থেংনখিবা কয়া অদুবু মরীক চুম্না শৈথাদুনা ইরম্বা কয়া অসিনা মপুং ওইবনি। অদুতসু

নত্তনা লৈবাক্কী ৱাযেন থৌদা পুবিবা নিংথৌশিং অদুনা কবম্না যেক্লববু নমথবম্বগে হাযবসি লাইবিকশিং অসিদা মপুং ফানা উৎলি। ইতিহাসকী মাযকৈবোমদা যেংবদা মৈদিংঙু গবিবনীৱাজ (পামহৈবা) নিংথৌগী মতমদা হাযবদি ইংশোক ১৭১৭ শকাব্দ ১৬৩৯ গী হাইস্না লাইবগী কুম পোইনু থাগী ৭ নি পানবা যুমশকৈশ নুমিত্তা নোংপোক মাযকৈবোমদা লৈবা ঔৱাগী মনুং চনবা সমশোক খুঙ্গংদা পানবা মীওইশিং অমদি মদুদা লৈঙাক্লিবা ঔৱা নিংথৌগী মফমদা লান তৌদুনা মায়থীবা পীখিবা অদুগী মবমদা লাইশ্রম অবোই অমসুং যুম্নাবা অতিবাব অনীনা নিংথৌনা লান ঙম্লক্লদুনা মৈতৈ লৈবাক্তা হল্লক্লগা সমশোক ঙম্বা কৌবা লাইবিক অসি ইখি। লান অসি তৌখিবগী মবমদি মৈদিংঙু চবাইবোংবগী মজাইবেম্মা পামহৈবগীদি মচে, চকপা মখাউ ঙম্বীবু ঔৱাগী লৈমবেম্বী ওইহল্লম্বদগী মজাইবুংঙো কেংদু ঙম্বা পোল্লবা তুংদা লৈমবেম্বীগী ফমদগী লৌথোকখি অদুবু মচে ইবেম্মা অসিবু ঔবাদা থাজ যোঙ্গবগী যানখিবা ৱাবোল অদু তুংদদি ঔৱানা ঙাক্লকখিদবদগী মৈদিংঙু তুবী চবাইৱোংবনা ঔৱাগী মফমদা লম্মনশিংবা ঙম্লমদনা অদুবু শিবমদাইদা মচা ইবুংঙো পামহৈবনা লম্মন অদু শিংলক্লবা হাযবম্না ৱাফম্বু ঙাকখিবনা মবম ওইদুনা লান অসি শোক্লখি। অসুম্না মৈদিংঙু পামহৈবনা লৈবাক অসিদা নিংথৌ ওইদুনা পানখিবা মতমসিদা নিংথৌ মশামক্লা ঔৱাগী নিংথি তুবেল খোংবান্দা তাবা সমশোক জয তৌদুনা লান ঙমলকখিবা অদুবু সমশোক ঙম্বা হাযনা মিংথোন্দুনা লানফম অদুদা শকক যাদুনা লানশোক্লবা যাওখিবা লাইশ্রম অবোই অমসুং যুম্নাবা অতিবাব অশৈবা অনিনা শৈহেক শৈদম পান্দুনা ইখি। লান অদুদা হকথেংনবা মীৎনা উহৌবা অদুবু তশেং তশেংনা থোকখিবা অদুমক পাউদম্বগী মওংদা অশৈবা মশামক্কী হৈশিংবা খুখাদা মপুং ফানা উৎলি। লাইবিক অসিদা মতমগী মতুংইন্না বেঙ্গলী সংস্কৃতকী ঈথিলনা মণিপুরী লোন্দা চঙলক্লবা মতম ওইবনা বেঙ্গলী সংস্কৃতকী ৱাহৈ ৱাতা থেংনা ঙাওনা শক্লবম্বগী মমি তাই। যাবিবমখৈ অশৈবনা মীতোপকী লোন য়াওদনবা হোৎনবদা খবদং কাউথোক্লবদগী যাওখিবা ৱাহৈ ৩ খক্তংদি নাচোমদা লৈবাং মচু তোঙান তোঙানবা থেৎলগা ফজবগী মতীক হেনগৎখিবগুমদুম থোকখি। অসি নত্তনা শীজিন্নবিবা অতৈ ৱাহৈ ৱাতা লোন্দা পুদা কযা অসিদি লমদম অসিগী শেংলবা সাহিত্যগী ওইবা মশক অদুমক কায়দনা শৈথাদুনা ইবমই। অইবগী শৈহেক্তা অবোইবা

তাঙ্কক য়ৌবগা ইখিবা পুন্নমক অসিগী অচুম অবান অফ ফত্ত, ফজবা ফজদবা যাওখিবশিং অদু ক, কা ময়েক চিখ্ নাম্ববা অমদি ইজবিবা ঐহাক অসিসু লাই ওইববা লাইনিং পবৈ চেৎলবা গুরুশিংগী খুযা উফুল লৈবীক অমফাওবা ফংজদ্রিবা ঐহাক্লি। মবম অদুনা "ক্ষমা" কোবো তৌনা ঙাকপীয়ু হায়না ব্রাবোইশন্দা খুকুম্বগী ব্রাবোত্তদা থেৎলম্মী। অদুগা মথক্কী লামায় খবদা 'দিঙ্গা' হায়বা ৱাহৈ অসিগা শীজিন্নদুনা মীবোলগী ৱাহৈ অনী অহুমদং শীজিন্নদুনা হাপ্লম্বা থেংনৈ। লাইবিক অসিগী ইবিবা লোন্দা পুদা অসিগী ৱাহৈ খন্দোকপা অমসুং ফজবা লৈতেংগী ব্রাবোলশিং অদু যেংবা তাববদি সাহিত্যগী ওইবা হৌনবা অৱাংবা থাক্কী খুফোংদোক অমসুং অশেংবা ফজবা ৱাফমগী যুম্ফমদা অঙকপা লৈতেংগী শকুক্কা লোয়ননা অকল অথৌগী থৌদাংদা সাহিত্যগী ৱাহৈশিংনা মমায চোল্লবা তুবেলগী মওংগুম ইবমই। ৱাহৈ অনীতন্না মনুংগী ব্রাবোল কযাবু খঙহন্নবা হোৎনবা অনদি পোৎশক অমবু শৈথাবদা ফজববা ৱাহৈ কযানা লৈতেং ওইববা ৱাহৈ খন্দোকপগী তোঙান্না খন্দোক্লিংঙাই লৈতনা ফজবা ৱাহৈ ব্রাতাগা শাগোন্ননা চখবা ঐতিহাসিক্ লাইবিক্লি। লাইবিক অসিদা লৈবিবা সাহিত্যগী মগুণশিং অদু মথং মথং লৌখত্তুনা যেংলুবা তাববসু মফম অমবু শৈথাবদা, পোৎ অমগী মগুণবু শৈথাবদা, অৱা তেংথাগী শৈবোলদা, তৌবা ঙম্বা মতীক মথৌনাগী মবমদা শৈথাবদা, শিখিবা নাখিবগী মবমদা শৈথাবদা, শোম্ববা খোংমি লাম্নীশিংদা থৌগৎপদা, লাম্থোং শীনবগী হৈ শিংবগী মবমদা শৈথাবা, শা লান চৎপগী নুমিৎ থা পুংফম খেনফম যেংবগী চৎনবী অমদি লাইগী খুদম চাংদম যেংবগী শৈথাবদা, লান চৎপদা ইমুংগী মবেম্মা ওইবীশিংনা মৌপ্পা অমদি মপুবোইবশিংগীদমক চযোম চেংজেল শেমদুনা থৌবাংজবগী শৈথা, মী অমগী মতীক মথৌনাবু প্রমান পাম্থে তৌদুনা শৈথাবদা লাল্লে হায়না হাযজবদা শীজিন্নবা ৱাহৈ ব্রাতাশিং, লৈবাংগী মমিং থোনবগী শৈথাবোল, লানগী লাঞ্জং কবম তৌবগে হাযবগী শৈথাবোল, লান্দা মায পাকপা ফংলগা নিংথৌনা লালোই অঙম্বশিংদা মিংথোল পীবা মতাংদা শৈথাবা, অসিনচিংবা কযা অসিদা শীজিন্নবিবা লোন ৱাহৈ ব্রাতা অৱাংবা থাক্কী মশক্লি।

(মৈদিংঙু পামহৈবগী (গরিবনীৱাজ) মপা ইবুংঙো তুবি চবাইবোংবনা (খৃ: ১৬৯৭-১৭০৯) মমোম চকপা মখাউ ঙম্বীবু ওৱাগী তোংদোই নিংথৌগী

মফমদা থাজদুনা মচানিপা মঙগ্রা কেঙদু ঙম্বা পোক্লবা মতুংদা মমোম চকপা মখাউ ঙম্বীবু ঔব্রা লৈবাক্কী লৈমবেম্বী ওইবা তোকহনখি। মদুদা মৈদিংঙু তুবি চবাইবোংবনা থম্মোয শোক্লা নুংঙাযখিদে। ঔব্রা নিংথৌগী মথক্তা লান্দাদুনা মমোমগীদমক লমন খুমগে খনখি। অদুবু পুন্সি চেংজেল লোইযু তমখিবনা মপাইবুংঙো মৈদিংঙু তুবি চবাইবোংবদি ইখঙ খঙহৌদনা হকচাং ঈবিদুনা অনা লাইওক্লবদগী নীংজবা ব্রাখল অদুমক মপুং ফানা মহৈ য়ানবা ঙম্লবোই খঙলদুনা মজাইবুংঙো গবিবনীব্রাজগী মফমদা ঔব্রা লৈবাক্তা লান্দানবা শিন্নবম্লগা নোঙ্গাখি। মপাইবুংঙো তুবি চবাইবোংবনা শিন্নবম্বা মতুং ইন্না গবিবনীব্রাজ মহাবাজনা নিংথৌ ওইববা তুংদা ঔব্রাগী মথক্তা লান্দাগে হাযনা থৌবাংলিঙৈদা মহাবাজ গবিবনীব্রাজগী মচল লৈমাতমফাম্নাবু ঔব্রা নিংথৌগী লৈমা ওইনবগীদমক থাজবীবক্লবা মৈতৈ নিংথৌগী মফমদা মনাই মশল থাবক্লুনা হাযজববদা গবিবনীব্রাজ মহাবাজনা ঔব্রা নিংথৌগী মথক্তা লান্দাগে থল্লম্বা অদুগী খুদোংচাবা লৌদুনা মচল ইবেম্মা তম্ফাম্নাবু ঔবা নিংথৌগী মফমদা থাজববু য়াবে নিংথি তুবৈল তোর্ব্বান্দা লৈমা ওক্লবা ঙাযবম্নবা পাডু খঙহনখি। ঔব্রা নিংথৌনা মনাই মশলশিংগা লোযননা নিংথি তুবেল তোর্ব্বান্দা লৈমা ওক্লবা ঙাযবমই। মতমদুদা মৈতৈ নিংথৌ গবিবনীব্রাজনা মনাই মশলশিংগা লোযননা ঔব্রাগী মথক্তা লান্দাদুনা ঔবা তেঙ্গোলবু চাযখাযদুনা তানখাযখি। মতুংদা ঔব্রাগী লম অমা ওইবিবা সমশোক্তা লান্দাদুনা সমশোক ঙমদুনা লৌশিনখি।)

সমশোক ঙম্বা কৌবা লাইবিক অসিবু ইবম্বা (লাইশ্রমচা অবোই মশামক মতমদুদা মৈতৈ নিংথৌ মৈদিংঙু পামহৈবগা লোযননা সমশোক্কী লানফম অদুদা হকথেংননা শকক যামিন্নখিবা মীশকনি। লাইবিক অসি হিন্দুগী লাইনিং লাইশোন্না লমদম অসিদা মমি তাববা মতমদা ইখিবা ওইজববসু লমদম অসিগী চংনবী মপুং ফানা ঙাক্তুনা মপান লমগী লোন যানশিন্দনা ইবমই। লাইবিক অসিদা থোইদোক্লা নীংথিজবিবা অমদি অশৈবনা সমশোক্কী লানফম অদুবু শৈথাদুনা ইবকপদা শিজিন্নবিবা লোন অমসুং মফোংদোক অসিনি। ঔব্রা লৈবাক্কী নিংথৌগী মফমদা মৈদিংঙু তুবি চবাইবোংবগী মমোম লৈমা মখাউ ঙম্বীবু থাজখিবা মতাং অদুবু শৈথাদুনা অসুন্না লাইবিক অসি ইবা হৌই :—

হযাহে হে হে লীকলাইও ইবুংথৌ নোঙথৌবোল পুমাবাও।
লাইবেল মৈতেংঙু থোংনাং মযাম্না তুবি থাযাঙ মথৌমন লাইবেল চুঙসেল মবালবোল ঔব্রা তেঙ্গোল তবা চাইনা সেনবী সোংসুক লোইখোম নোংগীবু হযা লাউনা শৈথিবক্কে। লাইবেল মপা মৈতেংঙু তুবী চবাইবোংবনা খোইমোম লাইমিংথোংবু সাইরোনবা সেনবী তেখাউ লাম্ববা হুয়েল লাম্লোয থাফবনা ফম্মোই মিৎযম ফল্লাংমৈতোংঙৈ ঔব্রা সেলচঙনা পোইবৈ পাইচঙননা মমোম তম্ফা ব্রাংঙমলোন চকপা মখাউ ঙম্বীবু খ্রামন মঙোন্দা কাউজনঙৈগীবু হযা লাউনা সৈথিবক্কে।

অসুম্না মৈতৈ নিংথৌ চবাইবোংবনা মমোম চকপা মখাউ ঙম্বীবু ঔবা নিংথৌগী মফমদা থাজববা মতুংদা মমোম ব্রাংঙমলোন চকপা মখাউ ঙম্বীবু ঔব্রা লৈবাক্তা থনম্লগা মৈদিংঙু চবাইবোংবনা মনাই মশলশিংগা লোযননা পোইবৈ মৈতৈগী লমদমদা হল্লকপদা লমখাংদা লোইবী তুসুক হাওবু লোয চনখি। মতুং খবা লৈবগা মমোম তম্ফা ব্রাংঙমলোন চকপা মখাউ ঙম্বীগী শিযোমনুংদগী মপাবি মঙদ্রা কেঙদু ঙম্ববু শাৎনববদা মৈতৈ লৈমা চকপা মখাউ ঙম্বীদি ঔব্রা কোন্নুংগী ফম্বাল লাংদগী লৈবাক্কী লৈমা ওইহনখিদে। পাউ অদু মৈতৈ নিংথৌ চবাইবোংবনা তাববদা মমোম্নু লৈমা ফম্বালদগী চিংথনবগীদমক থম্মোয শোক্লা নুংঙাযতনা শাওখিদুনা ঔব্রা নিংথৌগী মথক্তা হুইযেন লান্দানবা মনাই মশলশিংদা হাযখিবা অদুবু অসুম্না শৈথাবি :—

মপাবি মঙদ্রা কেঙদু ঙম্ববু শাৎলবদা তম্ফা ব্রাংঙমলোন চকপা মখাউঙম্বীবু ঔব্রা সনা ফম্বাল লাংগী ঈঙঙা লৌখোং থৈগুম থৈথবে হাযববু লাইবেল মৈতেংঙুনা নাতাববগীদমক মদাইবেম পোইবৈ অথৌলিচা তেপ্লা ব্রাঙম থায়াঙ কোন্দাই লোনবা কংলা চৎলম ফানসাং থন্না যাকাবসিংদা ব্রাহমখিয়ে। তয়ম পোইবৈ অখম মীপোকপা অথৌ লাঙ্গোলবাসিংও লহান ঈমোম ব্রাংঙমলোন চকপা মখাউ ঙম্বীবু ঔব্রা সনা ফম্বাল লেপহন্দনা থৈথবে হাযবে। লাইবেল ঐগী ইবোই লোইবীবেল পুম্নমকসু খ্রামন সানা হান্না মৈচিন লোল্লে। লিক্লাং মানা হান্না পাউহোংলে। সেনবী মপুঙ তাক্লা পনথেংগে, থাঙলেন খুৎনা ফংনা য়ান্নগে হায়না অসুম পাউমেল্লবদা।

মতৌ অসুম তৌদুনা মৈদিংঙু তুবি চরাইরোংবনা মনাই মশলশিংদা ঔৱাগী মথক্তা লান্দাগে হায়না শেম শার্রিঙৈদা মৈদিংঙু চরাইরোংবদি ইখঙ খঙহৌদনা হকচাং ঙম্লক্তবদগী খোইয়ুম মাগী নোংদমখোন্দগী পুন্সি চেংজেল লোয়রদুনা অবোইবা য়াহিপ তাল্লমদাইদা মজা ইবুংঙো মৈদিংঙু পার্মহৈবগী মফমদা ঔৱা নিংথৌগী মথক্তা লান্দাদুনা মচেমগী লমন খুম্নবা শীন্নরম্নগা নোঙ্গাখি। মপাবুংনা শীন্নরম্বা য়াথংবু কাউদনা মৈদিংঙু পার্মহৈবনা ঔৱাগী মথক্তা লান্দাগে হায়না নীংলিঙৈদা ঔৱা নিংথৌনা মৈদিংঙু মচল তম্ফা ৱাংঙম লোনবু মবাল লুহোঙ খোংদোংবীরকও হায়না পাওমেল্লবদা গরিবনীৱাজ মহাবাজনা মচল তম্ফা ৱাংঙমলোন তম্ফাম্নাবু ঔৱা নিংথৌদা থাজগে য়াশিন্নখি। মচল তম্ফা ৱাংঙমলোনবু নিংথি তুরেল তোর্ব্বান্দা ঙাযদুনা লৈমা মাবু ওক্লম্নবা ঔৱা নিংথৌগী মফমদা খঙহনখিবা মতুংইন্না মৈতৈ লাম্মী অকন অথৌ পুম্না হুপ্না চত্তুনা মচল তম্ফা ৱাংঙমলোনবু থিনবগী মহুত্তা ঔৱা নিংথৌগী মথক্তা লান্দারুনবা পোইরৈ মৈতৈ লমদমদগী খোঙশানখি। ঔৱা নিংথৌনা মনাই মশল অমদি খোংমি লাম্মীশিংগা লোযননা মৈতৈ লৈমবু ওক্লুনবগীদমক নিংথি তুবেল মপালদা ঙাযদুনা লৈখি। মৈতৈ নিংথৌ মৈদিংঙু পার্মহৈবনা মনাই মশলশিংগা লোযননা ঔৱা নিংথৌগী মনাই মশলশিং অমসুং লাম্মীশিংগী মথক্তা ফোংদা হিঙাইফমদা হুযেন লান শোক্লখিবা মতাংবু অসুম্না শৈথাবি ;

> অসাইঙৈগী ময়ু খোইয়ুম লাইনিংথৌ অৱাং ফাল্লৌ লাইমা খোম্বগা
> মদাইরেম কোপেং ৱাংকোল কৈরুংবগা কামার নোংমৈ কাপ্পা
> তুবেল লাইজা ইবম তাবা পুকম চুম্বং তোংবগা শঙগাই শঙতীঙ
> ফিযাং লোয়গা পোইবৈ লাম্মী পুম্নমক্তি ঔৱা তেঙ্গোল তবামাগা
> নিংথৌ সেল্লোয় ঈদা ফোংদা হিঙাইফম চোয়নৌ স্না ঈচিন্দ
> কোরৌ নোংলাউ খোনগুম শোক্লরে। সেনবী মপোঙ কল
> খ্রামন মনোংমৈদি লোক্তাক খারা পাইগুমলে। তেনবী মবাঙ
> হৌরক্লে। পোইরৈ অথৌ লিচা হেপ্পসুঙ কামার মখুৎশুবু কোরৌ
> খমনোং খোংগুম খুদোং থিংকাপ কুঙনা থা তেনবী খোইপাই
> তম্না শোক্লরে। থবা লানচেল মৈকাপ্পীবু শঙায়সেল শাফু তম
> মৈবী নোংলোন পাই, মৈখু নোংদা কা কামার পল্লেপ সেম্না
> কুমগা থাগি নোংখোংগুম খ্রামন তেঙ্গোল নুংদা কাপশিনখিরবগী

ঔৱা তেঙ্গোল তবামবু পাঙথং কাংজাই তন্না থুগাইবে। থবা লানচেল মৈকাপ্পীনা পোনবী সেম্বাং পাইশুম হাইথবে। ঔৱা পামদন্নবে সেনবী নেৎচেৎ যান তিমেন তাখোম থুন্না থিন্নবে। লাল্লু চোম্মায ফোযনবে। চুঙ্গোয় লিশিং খোমলে, থাঙসাং লিশিং লাক্লে; ফোংদা হিঙাইবী হিঙাইববু কাইনা হল্লৌবে। খ্রামন কেঙমুচা ঔৱা চেকো' মীবোংখন লোনগিমুক অথৌবসুঙ ফাবৌবে।

অসুমনা মৈতৈ নিংথৌগী লাম্মীশিংনা ঔৱা তেঙ্গোলবু তুন্না তাক্লা তকখাযববা মতুংদা মৈদিংঙু পামহৈবনা ঔৱা লৈবাক্কী সমশোক কৌবা লমদম অদুদা অমুক লান্দাখি। মতাং অসি চৈথাবোল কুম্বাবা অমসুং নিংথৌবোল লম্বুবদা অসুম্না ইবি ;

২৬ নি লৈবাকপোকপদা নিংথেম ঔৱা নাবা চেকং যৌবা থুংলৈযে। পোৎ চৈ হাক্লা লোকলমযে। কোঙমদুং ফুবাসু থোঙ ৪ ফাৎযে। গবিবনীৱাজ স্না পুক্লীং হবাউনা থোঙ ৪ মদা খোঙথাং চীংনুং নোংথাং কুপকুম পোনবী গকব লান্দানা শঙাইসেন শাফুতম তুবি চীংলাই লান্দাবা নোংথৌবেন্না ঔৱা চেকং কোন্নুংলেনপুং খাম্বী মৈবি লান্দানয়ে। ঔৱা পুন্নমক্তি মমিৎ কুপ্পা ঙমদবে।

অদুগা লান অসিগী মতাংদা নিংথৌবোল লম্বুবদনা অসুম্না ইবি ;

পোইঁবৈ তমদা তানা পনথেংলুও হায়না থৌশিঁবকযে। তখেল লালোই মপুংফানা হুযেল লান হৌবকঙৈ ঔৱা তোংদোই নিংথৌবু খমলে কোইফম্বা সচক সিগ্রা মংদ্র নিংথৌনা ইশাবি মংদ্রা কেংদু ঙম্বও মযিম পোইঁবৈ মৈতৈ মনিল নাইবনা ইবোয সোংশোক তানা তাববু কাইবেন ষণগু হোইশুম খোমখিযে। মমোম তম্ফা ৱাংঙমলোনবুসুং মবান লুহোং খোংদোংবিগে হাযশিন্ননা ইদাইবেম ফোংদু হিঙাইবি হিঙাইবা পুন্নমাসুং যিংথি হিবান থৈনখিযে।

অসম্না মৈতৈ নিংথৌ গবিবনীৱাজনা সেনবী সমশোক নিংথৌগী মথক্তা লান্দাদুনা সমশোক নিংথৌগী মনাই মশল ঙম্না হাৎলক্লবদা সেনবী

সমশোক লৈশা পাখং, অহল নহা খাক্তনা কপ্পদুনা কাযদুনা চেন্নখি। পুঙগ্রী মঙা অমসুং সেনবী সমশোক নিংথৌগী মপাবি লাখমতোল, লাহোং ঈমীঙ লাকপগা লাসোং লানথৌ যাঙগা পাঙ্গ থোঙজাউ ঙাকপগা লুথক লানথৌ যাঙগা সেনবী পুন্না তিন্না ব্রাতানদুনা মৈতৈ নিংথৌ মৈদিংঙু পামহৈবগী মফমদা মাযথীবে, চহী খুদিংগী সমশোক ঐখোযনা মৈতৈ নিংথৌগী মফমদা লোইপোৎ কাবক্কে হাযখিবা মতাংবু অসুম্না ইবি ;

হযেং কৌবা নোংগা শোযববদা সেনবী মপালথোঙদা মাকলং তাউচীং হৈতাউ ঈবমদা পাঙ্গা পুন্না হুপ্পা লাংবল ঈকা ঙাগুম হা থোক্লপগা অনিমনচিংনা মালেম লৈদা পক্কা চাংজৌ চেপ্প লোন্ন পুকমজখিযে। নতাইবেম ঈখোযবু পোঈবৈ নপা লোইনে। ব্রাযবা নতেনচা তিমেল নখুৎসুবু চৈবৎপিও। পুনুং নসোইমল চংবী নাযাল খাকনে। ব্রাংগোল পুকইলোইবু লোইহাবগে হাযনা পুকমজববদা লাইবেল মৈদিংঙুনা ব্রাহর্মখিযে। ঈদাইবেম অপোঙ সবোৎ খাইবা ব্রাকচীঙ সমলোইবা লমলোয ঙাঙবমচা মুংযাং নাউবোযবা ঈদাইবেম নখোয মবিমবু লাউও। লাইবেল ঐদি সেনবী নত্তববু কবম চীনগোয পাউসিবনো। নিংথৌ চেংলৌ ঈসক সান ব্রাঙ্গোল পুকই লোইবু লোই হা হলও হাযনা পাউমেলবা ব্রাগী মদাইবেম ব্রাঙ্গোল কৈবংবা মবিমনা চোযনৌ স্না চংলৈবেম লুপা থেলমায লাংনা খেঙ্গ মশীং সুনা পুখম শেললোন তৈ যেত্তুম চোমপুল শা চৈবৈ মশীং থিনা সেনবী মনুং কেপ্পু উকাপ তপ্পাই লোমনা লোইহাববু হোয যাববদা সেনবী সমশোক লাকপনা লাইবেল কোবৌ ইনোংথৌ ও পোঈবৈ নপা লোইনে লাইবেল নঙনা লাঙহৈ কুম্ব ওন লোইদাম থাবু সিনা তবা চেঙকৈ খিন্না পঙ্গেংলবগী কাম্বা চোংতাইমবু ফুৎনা পামেল উহা চানা কোবৌ নোংলেপ যামলে। তবা চা পীজৌও হাযনা পুকমজবা ব্রাগী লাইবেল মৈদিংঙুনা লৌমি তবা চাপুবোয অযাম্বদা লানফম পাউহল্লবদা তবাচিপুঙ পৈনা লেমলৈ ঙাপুঙ পৈনা পীজববদা সেনবী তবা চাথং লাম্বশিংবু তবা চাযোম্মগা লেমলৈ ঙা যোম্মগা কবো পাঙ্গা ঈমপুম হাঙদনা তবা চা পীজববদা মাকলং তাউজীং হৈতাই ঈদা তবা খুৎ পুনবী লাইজা

চীনখুল যোংযুজববদা তবা মপুক থল্লবগী পাইমা নীঙশৌননা
যাইবী নিংশা সৎহোন ঙমদনা পামেল উখোঙ খা খুদিঙদা
লেমলৈ যুযে ঙাগুম্না নোংমনবসুঙ যাওবে।

অসুম্না সেনবী সমশোক নিংথৌবু মাযথীবা পীদুনা মৈতৈ নিংথৌগী মফমদা চহী তবেৎ লোযপোৎ হাববা মতুংদা সেনবী ঔবানা অমুক হন্না মৈতৈ নিংথৌগী মথক্তা লান্দাবকখি। লান অদুদা মৈতৈ নিংথৌ গবিবনিরাজনা মৈতৈ লাম্মীশিংগা লোযনদুনা ঔৱা তেঙ্গোলবু তাক্না তুম্না হাৎখি। মতৌ অসুম তৌদুনা মৈদিংঙু পামহৈবনা মৈত্রবাক্তা নিংথৌ ওইদুনা পানখিবা মতমদা ঔৱাশিংবু নমথদুনা মক ফংনা মাঙহল্লবা মতুংদা মৈতৈ নিংথৌ গবিবনীরাজনা হযেং তুংগী চাবোল ফাউবদা কাওদনা মুৎনাইদনা লৈহৌনবগীদমক সমশোক্তা লৈবা লমশিংগী মমিং থোনখিবা মতাংবু অসুম্না শৈথাদুনা ইবি ;

লাইবেল মৈতেংঙুনা ঈদাইবেম পোইবৈ অথৌলিচা হেপ্পাসিংও হযেং পোইবৈ চাদোন্না কাউদনবা কোল্লোয এখোযগী ঈমিং থোনসে। ঈদাইবেম কবাম্বা সাৎপামচা নঙদি তাল্লোয নকম্বী তবা চযোম্মনগী ঔৱা থোঙলেন লানযাম থাবা লাকবাই ত্রসু ফাবাও কৌসে। ঈদাইবেম অপোঙসোবোক খাইবা নঙদি তাল্লোয় নকম্বী তবা চযোম মনগী তুবি ঐবু চীংখোং পুযোক রাজমনগীদমক সেনবী তৈখা মীবোংখন ফাবাও তৌনা কৌসে। তযম খাবম মবাল থোঙগী হাউসী ঙমচিংবা পুকচাউ মাইবা থীযা নঙদি তাল্লোয় নকম্বীগী তবা চযোমমনগী লাকযা নন্দ মী ফাবাও কৌসে। রাকচীঙ সমলোযবা নঙদি তুবি ঐবু চীঙখোঙ পুযোকরাগী লাসক কাদেং থাঙশাবা ফাবাও তৌনা কৌসে। নোইনাই অহল্লুপ শঙগী অকোং হাওবমচা তবেৎ সেল্লুংহনবা নঙদি তাল্লোয নকম্বীনা তবা চযোম হানজমলগীবু সেনবী পোংনোং ফাবাও কৌসে। নোইনাই অহল্লুপ লাকপা হোংঙাই সনসম্ব নঙদি নকম তাল্লোয তবা চযোমমনগীবু লূথক সবা ফাবাও কৌসে। ঈদাইবেম মুংযাং নাউবোইবা নঙদি তুবী ঐবু চীংখোঙ পুযোকচমনগী লকেং লাম্বৌয়াঙ ফাবাও কৌসে। ঈদাইবেম কোপোং রাঙ্গোল কৈকং হনবা নঙদি ঔৱা থাংসুবা

ফাবাও কৌসে। ঈযু খোইমোম লাইয়িংথৌ অৱাং ফাৎলৌ লৈমাখোম্বগী য়োয়ঁহে তাল্লোয মখোয মবিমানা তবা লুপাক খোমহালমলগী নিংথি লানযাম থাবা ঔৱা তেঙ্গোল তবা চাইবা গ্রামন কেম্মুচা লোনকিমু অথৌববু কাযনা হুনবও তৌনা কৌসে। লাইবেল ঐগী কোল্লোয় ঈমিংথোংদি লাইবেল মৈদিংঙু নোংপোক ৱাযবং পামহৈবা ঔৱা থোঙলেন লাম্বা সেনবীচা চোতা ঙম্বা সমশোক চঙনা খোম্বা তবেৎ সেনবুঙ লাকপা মপাবি লাখমতোল নমথোক্লকপা ঔৱা চৌথাপ লানচিংববু কাযনা হুনবা লাঙ্গোই শগোল চা তবা খোম্বা খৌযেং মবৌপান্দা তেলশিংবা, চকপা অঙ্গো চীংদা থেল্লেল মবাই লাংনা তানফংবও তৌনা কৌসে হাযনা কোল্লোয মিংথোন্নববদা লাইবেল মৈদিংঙুনা ঈদাইবেম কোপেং ৱাঙ্গোল কৈকংহনবাও নঙদি খোইযম লাইযিংথৌগী ৱাকযে মখুৎনেৎ তোংজেং সেঙ্গোই লোকপবু পোইবে তমদা তা ৱাংঙম তমদা কুম্মা তোংজেং হোযচিংঙম ও হায়না ৱাহল্লবগা লাইবেল নোংশা খুমল হল তুবি থীঙলৌ নীঙনা তেনা পোইবে তমদা তাবক্লে। মযু লাইবেল মৈতিংঙুনা চেঙজা নুঙ্গোইবীদা হুযেল লাল্লু চল কংলা লানপাউ তন্নবগা লাইবেল সঙগাই মকোললোযদা ৱাইথুংলবে গাযদববা।

অসুম্মা মৈতৈ নিংথৌ মৈদিংঙু পামহৈবনা মনাই মশল অঙম অথৌশিংগা লোযনদুনা ঔৱাগী সমশোক লৈবাক্তা লানঙল্লকখিবা মতাং অদুবু তুংগী চাবোল শুবোন ফাওবনা কাওদনা লৈহৌনবগীদমক মৈতৈগী অঙম অথৌ অমদি অকন অথৌশিংনা মানা মানা পাঙথোকখিবা থৌদাং অমদি লানঙল্লকখিবা কযা অদুগা চায় চান্নবা লমশিংগী মমিং থোনলম্বা মতাংদা মনাই মশল অকল অথৌশিং অদুগী তৌবা ঙম্বা মখোযগী মতীক মথৌনাবু নীংশিংদুনা লম্মিৎ তুম্মিৎকী মমিং মথা থোনলমই। অদুদসু নত্তনা মৈতৈ নিংথৌ মৈদিংঙু পামহৈবনা সেনবী ঔৱাদা লৈবিবা পেগোদাগী লাইশঙগী যুম্বীদা তুঙগী চাবোল শুবোন ফাওবদা মৈতৈ নিংথৌনা মতম অমদা ঔৱাগী নিংথৌবু মাযথীবা পীদুনা ঔৱা লৈবাক অসি মৈতৈ নিংথৌগী মখা পোনবা লৈবাক অমা ওইবমই হাযবসি খঙহৌনবগীদমক থাঙনা

হক্কুনা থন্নম্বা থাঙফম অদুবু ঙসি ফাওবদসু মাংবা তাবা লৈতনা মমি তাদুনা লৈবি। মৈতৈ নিংথৌ মৈদিংঙু পামহৈবনা কযাগী মতীক হৈ শীংনা অমসুং মতীক মথৌনা লৈনা অতৈ অতোপ্পা মপালগী লৈবাকশিংবু লোয় চল্লম্বগে হাযবসি সমশোক ঙম্বা অমসুং তখেল ঙম্বা কৌবা লাইবিক অনি অসিনা তশেং তশেংনা মযেক ল্লারবা খুদমনি। সমশোক ঙম্বা কৌবা লাইবিক অসিদা মৈতৈ নিংথৌ গরিবনীৱাজগী মতীক মগুণবু শৈথাদুনা ইবম্বা অসিমক্কা মৈদিংঙু পামহৈবা মশামক মমা লৈবাক মবমদম্বু যাম্না নুংশিজবা নিংথৌনি হাযবসি তশেং তশেংনা তাকই। □

# তখেল ঙম্বা

মণিপুর ইতিহাসকী খোঙচত্তা মৈদিংঙু পামহৈবনা (১৭০৯-৪৮) নিংথৌ ওইদুনা পানখিবা মতম অসি য়াম্না শীংথানিংঙাই ওইবা অমসুং মরুওইবা তাঙ্কক অমনি। মণিপুরী সমাজদা অনৌবা মঙাল অমা উখিবসু নিংথৌ অসিগী হাক্তক্তনি। নিংথৌ অসিগী মতীক মগুণ মরীংজেল মথৌনা লৈবা অমসুং শা লান্দা হৈ শিংবা অদুবু শীংথারদুনা মতমদুগী অশৈবনা লাইরিক কয়ামরুমদা শৈথাদুনা ইরমই। তশেংনমক চহীচা তরানিপাল অসি লমদম অসিদা হিন্দুগী লাইনিং লাইশোনগী চৎনবী কয়ানা লমদম অসিগী হরাও কুম্মৈ, ফিজেৎ লৈতেং, য়ুমলৈ কৈরৈ অসিনচিংবা কয়াদা অনৌবা লৈতেং অমা হাপখিবগী য়াম্না মরুওইবা মতম অমসু ওইখি। মতমগী খোংলৈদা লাকখিবা অওনবা অহোংবা য়াওল অসিমক মতমদুগী মণিপুরী সাহিত্যগী লাইরিকশিংদা চপ চানা মমি তাখি। মতমদুদা হিন্দুগী লাইনিং লাইশোনগী বেদ শাস্ত্রগী রামায়ণ, মহাভারতকী ৱারী কয়াবু মৈতৈলোন্দা হন্দোক্লুনা লেঙখি। অদুবু মদুমক্লা মণিপুরী সাহিত্যগী চপ চাবা মপুংওইবা থৌদাংদি লৌবা ঙমখিদে। মণিপুরগী শেংলবা লৈহাউদগী লৈবাক অসিগী ইতিহাসতা য়ুম্ফম ওইবা লাইরিক কয়ামরুম মতমদুগী অশৈবশিংনা তুংগী চারোল শুরোন ফাওবগীদমক ইদুনা থম্বীরমই। লাইরিকশিং অদুগী মনুংদা অকন অথৌগী ওইবা য়ুম্ফমদা লৈবাক্কী নিংথৌশিংনা মাগী মাগী মতমদা থোকখিবা থেঙনখিবা থৌদোক ৱাথোক, অমদি লানফম কয়াদা মায় পাক্লুনা য়েক্লবা লৈবাকশিংবু লানঙম্লকখিবা কয়া অদুবু মতমদুগী শক্লাইরবা অশৈবশিংনা হেক হেক ইথোক্লমই। মতৌ অসুম্না মতমসিদা শক্লাইরবা অইবা কয়ামরুম লমদমসিদা থোরকখিবশিংগী মনুংদা লাইশ্রম অরোই, য়ুম্নাবা অতিবার, নুঙ্গাংবম গোবিন্দরাম, থোইদোক্লা শীংথাবদা মতীক চারবা অশৈবা ঙাক্তনী। তখেল ঙম্বা কৌবা লাইরিক অসি নুঙ্গাংবম গোবিন্দরামনা ইখি। লাইরিক অসিগী মপুংওইবা ৱারীসু মৈদিংঙু গরিবনীৱাজনা তখেল (ত্রিপুরা) বু লানঙম্লকখিবা অদুবু সাহিত্যগী নিংথিবা লোন অমসুং ৱাহৈ ৱাতা শীজিন্নদুনা

তখেলগা শোক্লখিবা লানফমদা থোকখিবা থৌদোক কয়া অদুবু মীংনা শং-শং উহৌবগুম শৈথাদুনা ইবি। মৈদিংঙু পামহৈবগী মতীক মগুণ ফোঙদোক্তুনা তখেলগী লানফম অদুদা যেক্লবগী মাইযোক্তা কযাগী মতীক হৈ শিংনা মতীক মথৌনা উথোক্তুনা লান শোক্লখিবগে হাযবদু তখেল ঙম্বা কৌবা লাইবিক অসিদা মবীক চুম্না শৈথাদুনা ইবি।

তখেল ঙম্বা কৌবা লাইবিক অসিদা মকুওইনা মপালগী লোন সংস্কৃত, বাঙ্গলাগী মমি মপুং ফানা তাবা উই অদুগা অবিবা মৈতৈলোনগা মপালগী লোনগা যান্নদুনা লাইবিক অসিদা ইবি। মসিমক্না লাইনিক অসিগী মগুণবু হেন্না অমুক্না ফজহনবদা নত্তনা মণিপুবী লোনগী মবাং কাযবা পুক্কে হাযবদু ওইহল্লি। হিন্দুগী লাইনিং লাইশোন্না লমদমসিদা মপুং ফানা চাউখৎলবা মতমদা ইখিবা ওইবনা লাইবিক অসিদা হিন্দুগী বেদ শাস্ত্রগী লাইনিং লাইশোন মপুং ফানা মমি তাবম্বদা নত্তনা পাঙথোক্লিবা ইবাৎ লাইশোল অমসুং লাই তীন খুকম্বগী থৌবম থৌদা কযাদা হিন্দুগী চৎনবীদা যুম্ফম ওইদুনা পাঙথোক্লম্বা কযা অদু লাইবিক অসিদা উবা ফংই। মতমদুগী মণিপুবী সমাজগী ফিভম তখেল ঙম্বা কৌবা লাইবিক অসিদা মপুং ফানা মমি তাই। লমদম অসিগী চৎনবী, হবাউ কুম্মে, ইবাৎ থৌনি লাইনিং লাইশোন্দা হিন্দুগী চৎনবীদা ব্রাহ্মণশিংনা অচৌবা থৌদাং যাদুনা হান্নগী চৎনবী কযা তোক্তুনা অনৌবা লম্বী অমদা খোঙদাবা হৌবে হাযবসি তখেল ঙম্বা কৌবা লাইবিক অসিদা মযেক শেংনা উবা ফংই।

মণিপুবদা মৈদিংঙু পামহৈবা (গবিবনীব্রাজ) না লৈবাক অসিদা নিংথৌ ওইখিবা মতমদা ঔব্রাগা তখেলগা অনিনা পুন্না লৌতুনবগা মতম অমত্তদা অকনবা লানগী খোঙজংদা মৈতৈ লৈবাক অসি মচোয মচোয চাযখাযদুনা কাং খোং চাযবল্লবদা মৈদিংঙু পামহৈবনা লৈবাক্কী অকন অথৌশিং অমসুং মনাই মশলশিংগা লোযননা থব্রায খুবাক্তা হাপ্পুনা মবৈবাক মবমদম্মু তখেলগী মখুত্তগী কনখিবা মতাং অদুবু শৈথাদুনা ইবম্বনি। সমশোক ঙম্বা অমসুং তখেল ঙম্বা কৌবা লাইবিক অনি অসিগী খেন্নবা অমদি লোন অমসুং ব্রাহৈ ব্রাতা অসিনি। সমশোক ঙম্বা অমসুং তখেল ঙম্বা লাইবিক অনিমক চহীচা তবানিপালদা ইখিবা মণিপুবগী ইতিহাসতা যুম্ফম ওইবগা ইবম্বা

ব্রাবেংগী লাইবিক ঙাক্তনী। তখেল ঙম্বা কৌবা লাইবিক অসিগী ইবিবা মওংদি অহৌবমক্তদা অসুম্না ইবি ;

> হযাহে হে লিক্লাইও ইপুংথৌ নোংথৌবোল্ল পুমাপাও ঔব্রা শোক্ল ব্রা তখেল হাৎন ব্রাপু তযমনা শৈথিবক্কে। মযোন মৈতৈ লৈমা কোবৌ নুংথিল চাযপী মাকক লোইখোম্বী হেম্বা লাংতে লোইচনবা মাবেম খাবম লোইখোম্বা শন্দং নাবেং চিং শেনজাউ নমদা পো মেননাং তনবা চীঁবে চিংনা লোইযা নিংথৌ চনু মযু কাইবী খুবাম পাম্বা লমনেন উচিবা খোইদোমপাল হুইথৌ খোঙতেন লাককপিচা পামেল উতুম কোল।

মৈদিংঙু পামহৈবনা তখেল লৈবাক্তা লান্দাখিবা মতাং অসি চৈথাবোল কুম্বাবা অমসুং নিংথৌবোল লম্বুবদসু অসুম্না ইবি।

> ১১ নি নিংথৌ কাবদা নিংথেম তখেল নাবা চৎএ। লাংলোংগী বসকোন তখেল মুশুক লাই ফাযযে। লাংলোং চাযখায়যে। কুবাই (থ্বাই) থোং শাদুনা লান্নৈযে। মঙাইতাং চিংশাং মতোন লোমনা চৎএ। কুব্রাই ব্রাঙ কোনোক ৩ মা তিনবা সেকচাইদা তেঙ্গোল লেপলে। তখেল ঙমযে। চাইনু চায়খাযবে। শত্রজিৎ নাবন্নচিংনা চাবাই তাবা তখেল খিবিক লোইচল্লযে। তখেলগী লোই খোঁবকনা নিংথেম্বু খুকমলাযে।

অসুম তৌদুনা মণিপুবগী নিংথৌ গবিবনীব্রাজনা তখেলগী মথক্তা লান্দাদুনা লানঙল্লকখিবা মতাং অদুবু নিংথৌবোল লম্বুবদা অসুম্না ইবমই।

> কেকে শাঙচা ক্লাক্লাবু নাতৈননা ঙাইতে লৌকোন্নুংদা থোংনাং তখেল তেঙ্গোল লিংলে। লাইবেল মৈদিংঙু থোংনাং ময়াম্বা পোনবী গকদ লাম্ভানবা চাংলাই শাফুনবদি তুাব থিংকু মথিনাই লাইবেল মৈবু ব্রোৎ লিক্লাই তিমেন মখুৎশু য়ুংশিৎ কোইবেং তাবু তাজিন মৈবি থোক্লা খৌশাবদি তখেল তেঙ্গোল চাযযে। থোংনাং লানয়াম থাবে। হুযেন লান্নিগীদি তখেল পনচমবাই অথৌবা খেন্দ্রা খাংনপননা স্না কুন্দব নাশিনববু কাযনা হুল্লে। ঙাইতে লৌকোন্নুংগী বামজংগী য়াইওইবা এমানচিংনা নোংমৈ লিশিং খোমলৌয়ে। খুযোন থাংলৌ লমনুংশি থোংনাং থাংলেন

মখুৎশু ফাবাক থাংতোন কোনবা স্না চাক যাম্বসু থাংলেন চুমপুন শানা খোমলৌযে। কেকে লৌৱাইলৌ তাইথোং লৌবেনবগী বীবভীম অথৌববু ফাবৌযে।

তখেল লৈবাক্কী নিংথৌ অমসুং মন্নাই মশলশিংনা মণিপুরদা লান্দাবা লাকখিবা অসি মোইরাংগী কাংলাগী লমদমদা মখোযগী তেঙ্গোল শাদুনা লৈববদা মৈদিংঙু পামহৈবনা উনবি পুক্লীং থিংনা শাওনা খুত্তা তিমেল তা পাযদুনা তখেলগী মথক্তা লান্দাবদা তখেল পুন্নমক্তি কাযদুনা চেনখি। তখেলগী বীবভীম অমসুং লাম্মী কযামকমসু ফাখি, অদুগা খুৎশু খুৎলাই থাং তা নোংমৈ নচিংবা কযা মুন্দুনা লৌখি। মৈদিংঙু পামহৈবা (গবিবনীৱাজ) না মমাংঙৈদা ঔৱাগী নিংথৌদা মচন নুপী কাজেং ঙানবা চনুবু থাজগনি হাযশিন্নবগা ঔৱা নিংথৌবু লৈমা ওক্লন্নবা হাযবদগী নিংথি তুবেল তোর্বান্দা লৈমা ওক্লবা ঙাযদুনা লৈবিঙৈদা মৈতৈ নিংথৌ গৱিবনীৱাজগী মনাই মশল খোংমী লাম্মীশিংগা লোযনন্না ঔৱা নিংথৌগী মথক্তা লান্দাখি। লান অদুদা ঔৱাশিংনা মাযথীবা ফংদুনা মৈতৈ নিংথৌগী মফমদা চঠীগী লোইপোৎ কাদুনা ঔৱা লৈবাক্লা মৈতৈগী মখা পোন্দুনা লৈখি। মদুগীদমক ঔৱাগী নিংথৌ মংদ্রকেংদুনা মৈতৈ নিংথৌগী মথক্তা লান্দাদুনা লম্মন্ন খুন্নবা তানজ্া ঙাযদুনা লৌখ। তখেল নিংথৌ ধবম মনিক্যবুসু মৈতৈ নিংথৌ গবিবনিৱাজগী মথক্তা লান্দাকবদা মাযথীবা ফংবদগী মথৱায নুংঙাযতনা থম্মোয শোক্লা মৈতৈ নিংথৌগী মথক্তা অমুক হন্না লান্দাগে খন্দুনা শেম শাদুনা লৈখি। চৈবক অসিদা মাযথীবা ফংলবা ঔৱা অমসুং তখেল লৈবাক্কী নিংথৌ মংদ্রকেংদু অমসুং ধবম মনিক্য অনিনা লোন্না ৱাতান্নদুনা মৈতৈ নিংথৌ গবিবনীৱাজগী মথক্তা লান্দাবকখি। লান অদুদা মৈতৈ লাম্মীশিংবু ঔৱা অমসুং তখেল লাম্মীনা থিনা তৌবক্তুনা লাকচবক্লবদা মৈদিংঙু পামহৈবনা মন্নাই মশলশিংদা ঔৱা নিংথৌগী মফমদা মচল চীংলাই লৈমা কাচেং ঙানবা চনুবু খামবন ঔৱাগী মখুত্তা শীন্নথ্রসিবা হাযবক্লবদা মদাইবেম অথৌ লিচা হেপ্পা থযাং কোন্দাই লোনবশিংনা কবিগীদমক মৈতৈ লৈমবু পীগদগে হাযখিবা মতাংবু তুখেল ঙম্বদা অসুম্না শৈথাদুনা ইবি ;

লাইবেল মৈদিংঙু ঐবু লোযবা ইবুংঙো তাবিযো নমোম তম্ফা ৱাংঙমলোন চীংলাই লৈমা কাচেং ঙানবা চনুবু মাগী

> মফমদা কবিগী পীকগবনো, নদাইবেম পোইঁবে অথৌলিচা হেপ্পা থযাং কোন্দাই লোনববু মশীং থিঙমদনা ঔৱা মাইযোক যানা শোকনসে। খামবন খুৎনা ফংনা যান্নগে ঙাইখমলিবা নদাইবেমশিংনে হাযনা পাউখুন্নবদা লাইবেন মৈদিংঙু থোংনাং মযাম্বনা তযম নওগী চিনকোয নযাথং অসিবু ৱা চানবগে লাইবেল ঐসু তখেল নিংথৌ ইমায়বা ঔৱা তানা তাবা নিংথৌ ইমায়বা অনিমাবু থাঙলেন খুৎনা ফংনা য়ান্নগে নোংহামলিবা নিংথৌবেয়ে।

তখেল ঔৱা অমসু মৈতৈ লৈবাক্কী নিংথৌ গবিবনিৱাজগা শোক্লখিবা লানফম অদুদা মৈতৈগী থৌনা ফববা অকন অথৌশিং থাংদা তাদা মপা লৈতনা হৈ শিংলবা মৈতৈ অওম অথৌশিং অমদি খোংমী লাম্মীশিংগী মাইযোক্তা ঔৱা অমসুং তখেলগী লাম্মীশিংনা মাইযোক্লদুনা লেপ্পা ঙমখিদে। লান্দা মাযথীববা ঔৱা অমসুং তখেল লৈবাক অনিমক মৈতৈ নিংথৌগী লোইলম ওইদুনা চহী খুদিংগী কাংগৎ লোই পোৎ কৎখি। মতৌ অসুম তৌদুনা মৈতৈ নিংথৌ গবিবনিৱাজগী মতীক মথৌনা অমসুং শা লান্দা হৈশিংবা ক্রুযা অদুবু মণিপুরগী ইতিহাসকী লমাযদা মযেক লানা ইদ্না ৫সি যাওবা লৈবি। তখেল ঙম্বা, অমসুং সমশোক ঙম্বা, কৌবা লাইবিক অনিমক নিংথৌ গবিবনিৱাজগী মতীক মগুণ মথৌনা, অমসুং তখেল অমসুং ওৱাগী লানফমদা মহাক্লা থৌনা যনা যেক্লববু লাযনা মাযথীবা পীখিবা মতাংদা ইবম্বা ঙাক্তনী। অদুমকপু তখেল ঙম্বগা সমশোক ঙম্বগা লাইবিক অনিনা যান্না চাউনা খেন্নবা অমা উবিবদি অশৈবশিংগী খুৎথা অসিনি। সমশোক ঙম্বদা হিন্দুগী চৎনবী অমত্তা মমি তাবা উদে অদুগা তখেল ঙম্বদদি লোন ৱাহৈ ৱাতা ইবাৎ থৌনি, লাইশোন তীনশোন, হিবমশিং অসিদা হিন্দুগী চৎনবীগী চপ চাবা মমি মপুং ফানা তাই। তখেল ঙম্বা কৌবা লাইবিক অসিদা লৈবাক্কী নিংথৌনা লান চৎলমদাইদা ইচম চম্না হেক্তমক খোঙশান্দ্না চৎপগী মহুত্তা অফবা পুংফম খেনফম যেংদুনা যেক্লববু লাযনা মাযথীবা পীব' ঙম্বগীদমক লাইশোন তীনশোন ইবাৎ থৌনিগী থৌবম পাওথোক্লবা মতুংদা খোঙশান্দুনা চৎপা অসিমক মতমদুগী যাম্না মকওইবা চৎনবী অমনি। মতম অসিদা মৈতৈ লৈবাক্তা হিন্দু ধর্ম্মগী চপ চাবা চৎনবী কযামকম পাওথোক্লুনা

লমদমসিদা চৎনবে হাযবসি লাইবিক অসি যেংলুবগা খঙবা ঙমই। মবম অদুনা তখেল ঙম্বা কৌবা লাইবিক অসিদা লৈবাক্কী নিংথৌনা শা লান্ন চৎলমদাইদা পাঙথোক্লিবা থৌবম ইবাৎ থৌনি, লাইশোন তীনশোন পুম্নমক হিন্দুগী চৎনবীদা যুম্ফম ওইবগা পাঙথোক্লম্বা অদুবু অসুম্না ইবি ;

> ব্রাহ্মণ লাইওইনবনা খোইমোম মন্ত্র শোন আশীর্ব্বাদ যাথং য়াইফবনা বব লনকুপিখিযে। লাইবেল মৌদংঙুদি শ্রীরামচন্দ্র লাইযিংথৌবু তাঙজা লুদা থোং নযু খোইমোম লাইযিংথৌ চীংঙু খায়ববু কাষা মাংওইননা শঙ্খ মোইবুং থিনকাম্না পুং পেবে শিকাব নাকানা খোনজেল যাইফবিবা খৈবিকপু চৈবোযননা লাঙ্গোই শামু তোং নব দণ্ড মথোল মাপল শুববু স্না চোংলেন খান মদাইবেম চন্দ্রমনি খোংজোম্বনা স্না খাউজাও পৃ শৃদাম সৌকাইজাম্বনা মবোঙ চুঙগা হুন ব্রাঙম অথৌলিচা তেপ্পা লাংবন খোইবোন লান্দানবা পুম্নমাবু ঙাযবোযননা স্না যোই কোগ্নুদগী যাইফা খোঙশাল্লক্লে।

অসুম তৌদুনা মৈতৈ লাম্মীশিংনা ঔবা অমসুং তখেলগী লাম্মীশিংগী মথক্তা হুযেন লান্দাদুনা যেক্লবশিংবু মাঙহনখিবা মতাংদা তখেল ঙম্নদা অসুম্না শৈথাবি ;

> পোইবৈ লাম্মী অথৌবশিংদি পোইবৈ মবাও হৌ ব্রাংঙম মাথ নাই খামবন তাংশক্তা ঔব্রা মীথাদনা লানমীৎ কোবি হৌ খুবাক তিল্লাই তিমেল হুংশোন লৈ, লাঙ্গোই শাগৈ খোমওন যৈ খুৎনেৎ নাকথং কংলৈ লমথা তম হোবি মিংলেন শোল্লা ফুশিন্নববদা খামবন চবুক খাযনা ঔবা পন্নিং খাযনা কাংথং কাংজাইবগুম থুগাইবে। খামবন লাম্মী অথৌবা খোংফেল লানশোক মাইযোক যাঙমদবশিংবু তিমেল তাকোম থুম মালেম লৈফাউ তুনা থিনথুবে। তাঙজা লুবেন কক লাল্লু চোমাই ফোযনা লাইবেল স্না মখোঙ খাদা কৎলবে।

মৈতৈগী লাম্মীশিংনা তখেল অমসুং ঔব্রাগী লাম্মীশিংবু মাযগৈ শলাই খঙদনা তানখাযববদা, মমৈথংদা উপায লৈত্রবদা খাঙবা ঙমদ্রদুনা তখেল অমসুং ঔব্রাগী লাম্মীশিংনা মাইগৈ শলাই খঙদনা কাযদুনা চেনখিবা অদুবু অসুম্না শৈথাবি ;

মযিম খামবন মনিল নাইবা ঔৱা তানা তাবদি তমযা লোকমাও খুদিংদা শীংবী থাবোন পৈগুম্না মৌবী পোংশং য়ানবা যেনদেম থবাম শোইগুম্লবগী খামবন লানশি ঈনা শীংলেন লৈ মহী লৈবাং নাওই তোংনা মপাল ঙাওনা শাবদুগুম্ববু খোযমা নাতশিংতগা পামেল উদা পক ঈঙাং পামফেন্ননা ঈমু পাকতক্লববগী খামবন লানথোং কায়না ঔৱা লানশোক ওল্লবদা ঔৱা লানচিংলেন মংদ্র কেংদু ওম্বনা লাইবেল স্না মখুৎপাক্কী থৱায় লাইশেংনবা খোযবুং মবৌচাউনা য়াথঙ অমেঙবনা পাউমেনজবকয়ে।

অসুম্না মৈতৈ নিংথৌ গবিবনীৱাজনা যেক্লবা ঔৱা অমসুং তখেলগী লাম্মীশিংবু মাযথীব্রা পীববা মতুংদা মনাই মশলশিংদা পাউমেন পুমেন্নবল্লগা নিংথৌ মহাক্তি পোইবৈ মৈতৈ লমদমগী স্না যোই কোন্নুংদা হলৱাযবকখি। লানদা মকোক মযাম কক্লনা পুবকপা ঔৱা অমসুং তখেল লাম্মী অথৌবশিংগী লাল্লুশিং অদুবু নুঙ্গোইবীদা হৌনবী মতুংইন্না নুঙ্গোইবী লাল্লু চনখি। মতুম খবগী মতুংদা ঔৱা অমসুং তখেলগী লাম্মীশিংনা মৈতৈ লাম্মীশিংগী মথক্তা অমুক হন্না লান্দানবগীদমক শেম শাদুনা লাক্লবদা মৈতৈগী অঙম অথৌশিংনা মৈদিংগু পামহৈবগী মফমদা মনাই মশল থাবক্লনা পাউদম্বদগী মৈতৈ নিংথৌনা লৈবাক মীযাম কৌখত্তুনা ঔৱা নিংথৌদা মৈতৈনা অমুক লোইপোৎ কাবসিবা নত্রগনা অকনবা লানথেংনসিবা হাযনা পাউমেল্লবদা মৈতৈ লৈবাক মীযামনা ঔৱাদা কাফম থোক্তে অকনবা লানথেংনসি হাযবদগী মৈতৈ নিংথৌ গবিবনীৱাজনা মনাই ব্রাহ্মণ স্বরূপানন্দ হঞ্জবনা নিংথৌ মাগী মফমদা ঔবা ১সুং তখেল লৈবাক্তা লোযপোৎ পীবনা হেন্না ফগনি হাযবক্লবদা অহল্লুপ লাকপা অকোং হাউবম চানা ৱাফম অদুদা শাওবদুনা হাযখিবা মতাংবু অসুম্না ইবি;

হে ঠাকুৱ বামোন হঞ্জবা ব্রাহ্মণ মতীক নত্তে হাযনা ৱাবৌগুনো; লাইবেল স্না মখোঙ খাদা মন্ত্রনা ৱাতানবিকও মযিম থোংনাং মনিল নাইবদি ওকলেন তাবাল শাগুমলে খোযমা মমায় লৈবিদে লাংবন য়িকা ঙানা লৌখোং অখুবদা লেমলৈ পাক্লা হাখৎলকপদুগুম্ববু মযিল্লকলে। লাইজা য়িহুল কনবদা খোংফৈ চীবেল চল শীংউৎ নাচুং য়ৈনা থৌখাম্ববু লাইজা য়িহুল

> কানবগী খোংফৈ চীবেল তেক্লা থৌখাম ঙমদবগুম্নবু থোংনাং মবাঙ হৌনা যির্নশিল্লকপদগী তখেল মাইযোক যাঙমদা পোইবৈ লোংনা হুন্না হুযেন লানজেনগে তৌগুমলে। লাইবেল স্না নখোঙ লেঙবিবকও হাযনা ব্রাকৎপিকও হাযনা বামন হঞ্জববু থৌশীখৎলকযে।

মতৌ অসুম তৌদুনা ব্রাহ্মণ স্বরূপানন্দনা নিংথৌ মাগী মফমদা থুনা যাংনা চত্তুনা ঔৱা তখেল লাম্মীশিংনা অকনবা লানজংলকপা অদুবু মৈদিংঙুগী মফমদা পাউদম্লবদা মৈদিংঙু পামহৈবনা মশামক যাওনা ঔৱা তখেল লাম্মীশিংগী মথক্তা লন্দানবা যাথং পীবকখি। লান অদুদা মৈতৈ লাম্মীশিংবু তখেল লাম্মীশিংনা লাকচনা খুদুম চনশিল্লরুবদা মৈতৈ অকন অথৌশিংনা মথৱায খুবাক্তা হাপ্তুনা অকনবা লান থেংনখি। মৈতৈ লাম্মী লুচিংবা চেকসানা থাংলেন খুত্তা পাযনা লাঙ্গোই শযাং মথক্তগী ঔৱা তখেলগী লাম্মীশিংবু ঙম্না তানখাযখি। মৈদিংঙু পামহৈবা মশামকসু লানফম মপুং যাইদা খোঙশাল্লক্তুনা অকনবা লানফম মযাযদা থুংলদুনা লানশোক শকক যাখি। চেকসা অথৌবনা তখেল ঔৱা লাম্মীশিংবু তানখাযদুনা লাল্লু চোমায কক্তুনা হাৎখিবা মতাংবু অসুন্না শৈথাবি ;

> চেকশা তান্দে থাংশাবদি লাঙ্গোই খুজির্জ থা শমু মখুৎ অনিম্মা চঙজনা মালেম লৈদা কাউথববগা তখেল তিমেন খুৎশুবু তন্না মুল্লবগা মালেম লৈদা নম্না থিনথ্রববু তিমেন যমথাংনববগী তখেল থাঙলেন মখুৎশু স্না চুবা মানবা কবাক থাঙ তোনকোনবনা থাঙলেন লামযান্নবকপবু চেকশা শমু মহকশাংদি কাচেং থাংযান শোযবে। লাঙ্গোই খুর্জি কোঞ্জল চীনবুনলীগী তুনুং চোম্বুল শাববু যেন্দেম থাবাম শোইগুম য়ানথৎলবদা মবোয চুঙহুনবা কিয়াম্বা মযাং লৈমনাই চানা থোংনাং চৈবক খাযনা হুযেন লাল্লুমযেনে। চেকশা তনবা মীখনখাযদি থোংনাং তাংজা লুবেন কক লাল্লু চোমায ফোযনা হাউবা ঙানকোং শোল্লকযে। পোইবৈ তোঙ্গোল লেন্দা লাল্লু ৱায়থুংনবগা কেগে থংজিং লাইমকদা হুযেল লাল্লু চল্লবে।

মৈতৈ পোইবৈ লমদমগী ঔৱা অমসুং তখেলগী লাম্মীগা খুৎকা খুৎকা হকথেংননা থাংগা থাংগা, তাগা তাগা, অঙম অঙম্বা য়ানথৎনববদা

থোঙনাং মনিন নাইবশিংদি তকপমখৈ তকশিল্লক্লবসু পোইবৈ মৈতৈ লাম্মীশিংনা ইনবমখৈ ঈনথোকখি। মাযকৈ অনিমক্কী লাম্মীশিংনা নীংহন্নবা লৈতনা অকনবা লানথেংনববদা নুমিৎ চুপ্পা শোক্লবযসু মাইকৈ অনিমক্কী লাম্মীশিংনা অমনা অমবু লাকচবা ঙম্নদদুনা নুমিৎ তাখিবনা হানখিবা মতাংবু অসুম্না শৈথাদ্রনা ইবি ;

> য়োইমযাই লাইবেল তাউদনবনা অয়ুক চিংখৈ লৈনা থোংনাং লমহৌবকঙৈগী মখৈ কোবৌ নুমিৎ চুপ থবী তুংলাই ওন অঙানবনা থোঙলেন খম্বা যৌনা খোংফেল লানশোক চৈবেপ্পনা নীপা পুকচেল মতোপলোম্না হুযেল লানশোক্লববু তখেল মখৈ যংঙমদা পোইবৈ মমায ওন্দনা হুযেন লানশোক্লববু অঙানবা খোংলেন খম্বনা হানখিববগী লানশোক খুঙম উদববদা পাউমেনখিযে। থোংনাং মনিন নাইবা তখেল তানা তাবশিংঙ হুযেং কৌবা মনোং শোযববগা অনৌব। হুযেন লানশোক্লসে।

অসুম্না হুযেন লানশোক্লবা তোক্লুনা হন্দোক্লববদা কোবৌ নোংগা ল্লবদা মৈতৈ লাম্মীশিংগী লুচিংবা চেকশ্য কৌবনা থোংনাং তখেলগী লাম্মীশিংবু ঙম্না তুন্না হাৎলক্লবদা থোংনাং তখেলগী লানচিং পুবেন ছত্রজিৎ কৌবা অথৌবদি খাংবা ৬মদনা লানফমদা মাইবোং যাবা ঙন্নক্লদুনা লানফম যাযদগী মাই ওন্দুনা চেনখি। মৈদিংগু পামহৈবনা লানফম মযাযদা চঙলক্লুনা থোংনাং তখেলগী মথক্তা লান্দাবদা মৈতৈ লাম্মীশিংগী মতেং পাংশিনখি। লানফম অদুদা থোংনাংশিংনা খাঙবা ঙমদ্রদুনা কাযদুনা চেল্লক্লবদা মৈতৈ লাম্মীশিংনা নীংহন্নবা তৌদনা মৈদিংঙু পামহৈবগা লোযনদুনা হুযেন লানশোক্লববদা থোংনাং তখেলশিংনা কিবদুনা লানফম মযাযদগী নীংহন্নখিবা মতাংবু অসুম্না শৈথাবি ;

> থোংনাং মানিন নাইবা তখেল তানা তাবদি ইনুং শোযয়াযমদা যাবা তুগুপচুং মিবেন থাবু খংনা নিংখন্নখিযে পোইবৈ লানবুমগা হুযেন লানশোক্লবসুং খাম্বী মৈশা লাংগুম যাঙমদে। তখেল লাম্মী অথৌবশিংবু পোইবৈ মখুৎবাক্তা নোংমল্লে। ময়িম পোইবৈ মনিংথৌ স্না লৈকোয় ফম্বা মহাকপু যাউবক্লবদি থোংনাং পুন্নমাবু তখেল চেপ্পা হাইবঙেনে। থোংনাং ঐখোযবু হুযেল লাঞ্জেল্লসে হায়না তেঙ্গোল লানবু তিংনা হুইয়েল লানজেলখিঙমলে।

মৈতৈ নিংথৌ মৈদিংঙু গবিবনিৱাজগী মতীক মথৌনা উবদা থোংনাং তখেল লাম্মীশিংনা খাংবা ঙমদদুনা লানফমদগী কাযদুনা চেনখি। মৈদিংঙু পামহৈবনা থোংনাং তখেল লাম্মীশিংবু তান্না তান্নদুনা হাৎসি হাযববু ব্রাহ্মণ স্বৰূপানন্দনা মাযথীদুনা চেল্লবা মীবু হাৎহৈদে হাযনা মৈতৈ নিংথৌগী মফমদা হাযখিবা মতাং অদুবু অসুম্না শৈথাবি,

> হুযেল পঞ্চমবাই ফাবা নিংথৌবেলও থোংনাং মমায লৈনা হুযেল লানজেনখিববদি তখেল মখৈ ফংনা তাল্লকগুনুসে লানশোক মখৈ ফংনা তাল্লকগনুসে লানশোক মখৈ ফংহৈদে লানফম মমায লৈববা তিমেন খুৎসু থাববা বাযবা লীবি তৎলবা লীকং খুৎশু তেক্লবা চৈবৈ মফিশেৎ তাববা পামেল উদা কাববা শমু মখুৎ লোয়না যাথং লৈথোনঙমজবা খুৎশূ লোয়া পুঙম্বা হুযেল লাঞ্জেল্লবগী পুক্লিং শোঙকী চৎনা লৈঙম্বা খিবিক মাবু হাৎফগোইযে হাযনা পুবান লাইবিক অবিবদা হাযবমযে হাযনা বাকৎচববদা লাইবেল মৈদিংঙুনা ব্রাহ্মণ চীঙ্গোয মযাথংবু নাতাববদা পোইবৈ লাম্মী পুন্নমাবু থৌখামলে।

থোংনাং তখেলগী লানফমদা মৈদিংঙু পামহৈবনা মাযপাক্লনা মৈতৈ পোইবৈ লমদম্দা হল্লকখিবা মতাং অসিবু মণিপুবগী ইতিহাসতা ম্নাগী কালানা মযেকলানা ইবি। তখেলগী লান অসিদা মৈদিংঙু পামহৈবনা খুৎশু খুৎলাই থাং তা খিবিকপু খোল্লকখিবা অমসুং তখেলগী অঙম অথৌ কযা হাৎখিবা অদুবু নিংথৌবোল লম্বুবদা অসুম্না ইবি,

> লাইকা লমনুংসিগী মোইবাং থাঙমৈকোনগী টিমেন টাশাং খোমলৌবে। ফেনচি নোংহুম লম কবুই যিংথি শাযেং চীংগী লক্ষ্মী প্রসাদ নাবায়ণ অথৌববু ওক্লেন তোমচৎ কাউগুম্ববু লুবক কাংদৈ থিনা খৌনাউ লোনথোং লেনলৌবে। লমলেন মৈকাবি কেগে হিযাংতুমগী চুংগোই ১০০০ খোমলৌযে। খুযোন খুৎপিপোক শৌবায়ানগী থোংনাং দশম লানচিংবা আলি অথৌববু কাযনা হল্লে। কেগে খুনুংপোক মোইবাং খুনখৈবেনগী লোইবৈ তুইখাং লার্নচিংবা সুনচাংঙা লমচিংববু ফাবৌযে। কেগে চীংমৈনা কানাবম মোইবাং লাইমৈবা তান্নবমগী

লোইমু চীহুং নাইবা তখেল লিকং মখুৎশুবু ১০০০ খোমলৌযে। খোইনাই উয়ুমপোক ঝোমপু উথা পুংগী তেন্দোং ১০০ খোমলৌযে। মোইবাং লৌবেনবা কেগে মবোংলৌগী ক্রিতি নাবায়ণ ৰাযবা তেলহৈববু ফাবৌয়ে। শিংচা ক্বাক্তাগী বিচ্যাব সাইয়েপ অথৌববু ফাবৌযে। লমলেন য়োংমু শাবমচীংগী দুলাই ১৫ লোকলৌয়ে। কেগে মশেমলোক্কী থোংনাং নোংমৈকাপ্পা প্রতাপ নাবাযণ অথৌববু হৈবৌযে। ৰাপী খেকৰাই পুংগী তখেল দোলাই তোংবা হুযেল পনচমৰাই অথৌববু কাযনা হুললৌযে। তুবি থযাং মথৌমন লাইবেন চুংশেন মবান ওর্নাগবু লাইবেল মৈদিংঙু থোংনাং মযাম্বা নোংপোক ৰাযবং পামহৈবা কেগে থমপান নোংশাবৌ স্না পুনথোংবা লৈমযাযদা খৌশাবা থোংনাং তখেল লানয়ামথাবা হুযেল পনচমবাই ফাবাও তৌনা কৌযে।

অসুম্না মতম অদুদা তখেল অমসুং ঔৰানা পোইবে মৈতে লৈবাক্তা লান্দাবকখিবা অসি মোইবাংগী লমদম ফাওবা তকশিল্লক্লগা তখেলগী লাম্মী তেঙ্গোলনা মোইবাংগী লমদমদা লানবন শাদুনা লৈখি। মতম অদুদা তখেলগী অকন অথৌ লানজিং পুবেন কযানা তোঙ্গান তোঙানবা মাইকৈদা পনঙাক্লুনা মৈতৈ নিংথৌ মৈদিংঙু পামহৈবগী মথক্তা লান্দাবকখি। লানফম অদুদা মৈদিংঙু পামহৈবনা মৈত্রবাক্কী ফমনাইবা অকন অথৌশিংগা লোয়নদুনা অবৈবা থৌনা ফুদোক্লুনা নীংহন্নবা লৈতনা তখেলগা লান শোক্লখি। লানফম অদুদা তখেল লাম্মী তেঙ্গোলগী মথক্তা মাযগৈ শলাই খণ্ডনা লান্দাশনখি। তখেল লাম্মীশিংদি মফম মবাং খণ্ডনা ককঙাওনদুনা কাংখোং চাইদুনা খা বাং খণ্ডনা কাযদুনা চেনখি। লানফম অদুদা মৈতৈ নিংথৌনা লান মায পাক্লুনা তখেলগী লানজিং পুবেল অথৌবা কযাগী যাইবী থৰায লৌনগা লাল্লু চোমায কক্লুনা পুবক্লগা নুঙ্গোযবীদা লাল্লু চনখি। ঔৰা অমসুং তখেলনা হৌজ থেংখাং কযাবক মৈতৈ নিংথৌগী মথক্তা লান্দাবক্লুনা মৈত্রবাক মণিপুব অসিবু লৌনবা হোংনখি, অদুবু মৈদিংঙু পামহৈবগী (গবিবনিৰাজ) শা লান্দা থৌৰা লৌশিং লৈবা অমসুং হৈ শিংবা কযা অদুনা মৈত্রবাকপু যেক্লবুগী মখুত্তগী লাযনা ঙাকথোকপা ঙমখিবা অদুবু কাওদনা ঙসি ফাওবদা ৰাবীনবি।

চহীচা ১৮ দা পানখিবা মৈদিংঙু গবিবনিব্রাজগী অশোযবা কযাসু লৈতবদি নত্তে অদুবু মহাক্না মবৈবাক মবমদম্নু নুংশিজবগী ফাওখিবা ব্রাখল অদুবুদি লমদম অসিনা ঙসি ফাওবদসু শীংথানবি। থোইদোক হেন্দোক্না শা লানগী লমদা হৈ শিংবদা নত্তনা লুবা নানবা অমসুং চাউখৎপা থাক্তা লৈবাক অসিবু পুখৎনবা হোৎনবদা হান্নগী চৎনবী খবদদি অমাং অতা থোকখি, অদুবু মদুমক্না লৈবাক অসিগী হান্নগী চৎবকপা ইপা ঈপুশিংনা থম্বীবম্না লিচৎ শাজৎ লাইনিং লাইশোন, চৎনবী কযা অদুবু মপুং ফানা মাংহনবদি ওইখিদে। হান্নগী লৈবাক অসিগী লৈবম্না চৎনবীদা অনৌবা অওনবা যাওল অমা পুবক্নবা হোৎনবদা অহোংবা কযা লাকপদগী মদুনা হান্নগী লৈবম্না ফিভমগা খবা মান্নদবা খেন্নবকপা হায়বসি অদুমক মশানা তাবনি। অদুমকপু মদুমক্না মণিপুবী সমাজগী যান্না হম্বগী মহুত্তা খবা হেন্না হান্নগী লৈবম্না মওংদগী চাউখৎপা অফবদি ওইখি। লৈবাক অসিগী লাইনিং লাইশোন, কুম্মৈ হবাউ, ফিজেৎ লৈতেং, যুমলৈ কৈবৈ কযা অসিগী লমদা হাংদগী মঙানগী মশক অমা মণিপুবদা মৈদিংঙু অসিনা পানবা মতম অসিদা উনা ফংখি। মণিপুবীশিংগী চৎনবীদা মৈতৈ যুমথোং খুদিংদা ওক লোযবম্না, ঙানু, খুনু, হুই, য়েন লোযবম্নশিং অদুবু নিংথৌগী অকনবা যাথংনা মাংই হাযদুনা থিংখি। অদুতসু নত্তনা শা চাবা যুঁ থকপাশিংবু অকনবা চৈবাক পীদুনা মীযামগা তীন্নহল্লমদে। অসিগুম্না অহকপা নিংথৌগী যাথং অসি কিবদগী মীশিংনসু মতমদুদা অমাং অশেং লুবা নানবগী ফজববা পুন্সি মবেল অমদা হান্নগী অদুদগী হোংদোক্নুনা খোঙদাবা হৌখি। মবম অসিনা মণিপুবীশিংনা পৃথিবীগী অতৈ অতোপ্পা জাতিশিংগী মমাংদা পীক্লবা কাংলুপ অসিনা হীবম কযাদা ঙসি ফাওবদা মাংজিন থাদুনা চাউথোকচনা হিংজবা ঙম্লি। □

# রাম নোঙ্গাবা

মৈদিংঙু ক্যাম্বনা খৃঃ ১৪৬৭ তগী খৃঃ ১৫০৮ ফাওবা মণিপুরগী নিংথৌ ওইদুনা পানখি। মৈদিংঙু ক্যাম্বগা ঔরাগী পোং নিংথৌ চাউফা খিখোম্বগা য়াম্না চাম্নবা মরূপ ওইবমই। পোং নিংথৌ চাউফা খিখোম্বনা মৈদিংঙু ক্যাম্বগী মফমদা নূং অমথক খুদোলপোৎ ওইনা পীবকখি। নূং অদুবু মৈদিংঙু ক্যাম্বনা ইচম চম্বা নূং ওইনা খল্লুবদগী ফুগ্রি হাকচবা হোৎনকই, মদুদা মৈদিংঙু ক্যাম্বগী মশা পুম্নমক ইথং খণ্ডহৌদনা মথা মথা থাগত্তুনা পোমখৎলকপদগী মপুক্লিংদা চীংনবা পোক্তুনা লৈবাক্কী অমাইবা অমাইবী অখং অহৈশিং কৌখত্তুনা নূং অদুবু কর্বিনো হাযবদু য়েংহনখি। লৈবাক্কী অখং অহৈ অমাইবা অমাইবীশিংনা নিংথৌগী যাথং মতুংইন্না তীনখোং লাইখোং থিকবদা নূং অদুবু বিষ্ণুগী শাযোন্নি হাযবকপদগী লমাংদোংদা ফুবা লাইশঙ শাদুনা লাৎখি। মতম অদুদা বিষ্ণুগী সেবাদি নোংচুপলোমদগী লমদমসিদা চৎলক্তুনা শাইদাংফম লৌদুনা লৈবম্বা ব্রাহ্মনশিং অদুনা হিন্দু শাস্ত্রগী চৎনবী মতুংইন্না বেদগী মন্ত্র থিদুনা শঙ্গোম অমসুং চেংনা ক্ষীব হৌবগা বিষ্ণুগী মফমদা কৎলগা নুমিৎ খুদিংগী আর্টি কত্তুনা পূজা তৌদুনা সেবা চৎলমই। মৈদিংঙু ক্যাম্বসু নুমিৎ খুদিংগী মশামক্তা বিষ্ণুগী পূজা কত্তুনা খুকমখি। অসুম তৌদুনা লমদমসিদা নোংচুপলোমগী হিন্দুগী লাইনিং লাইশোনগী মমি তাবসু হৌখি। মৈদিংঙু ক্যাম্বনা শিগ্রবা মতুংদসু মণিপুরদা পানখিবা নিংথৌশিংনা মথং মথং অমগী মথংদা অমা লেপ্তুনা বিষ্ণুগী সেবা পাঙথোক্তুনা লাকখিবদগী চহীচা ১৭ শুবদা নিংথৌ ওইদুনা পানখিবা মৈদিংঙু তুবি চবাইবোংবগী (খৃঃ ১৬৯৭-১৭০৯) মতমদদি হিন্দুগী লাই রাধা কৃষ্ণ, শিব দূর্গা, কালিকা নচিংবা কয়া অসিবুসু ফুবা লাইশঙ শাদুনা লাৎখি। মৈদিংঙু তুবি চবাইবোংবগী মতমদা শাখিবা ফুবা অদুবু ঙসি ফাওবদসু মাঙবা তাঁবা লৈতনা গুরু অবিরম ফুবা হায়দুনা ব্রহ্মাপুর থাঙ্গপাৎ মপান্দা লৈবি। মৈদিংঙু তুবি চবাইবোংবনা পানখিবা মতম অসিদা মণিপুরদা হিন্দুগী লাইনিং লাইশোন্না মশা মবেং ফন্না শন্দোক্লক্তুনা লমদমসিদা চাওখৎলকখি।

চহীচা ১৮ দা নিংথৌ ওইদুনা পানখিবা মৈদিংঙু তুবি চবাইবোংবগী মজা ইবুংঙো মৈদিংঙু পামহৈবা গবিবনিৱাজ না (খৃঃ ১৭০৯-৪৮) মণিপুবগী নিংথৌ ওইদুনা পানখিবা মতম অসিদা মপা ইবুংঙো চবাইবোংবগী সনা হাক্তক্তা হিন্দুগী চৎন পথাপ কযাবু লমদমসিদা চাউখৎনবা কন্না হোৎনবল্লবসু মপুং ফানা মহৈ যানবদি ঙমখিদনা নোঙ্গাখি। মপা ইবুংঙোনা পামজবম্বা অদুমক কাযহন্দনা মৈদিংঙু পামহৈবনা শিলেট্টগী মতমদুদা লমদমসিদা লাকখিবা শান্তিদাস গোষাইগী পাউতাক মপুং ফানা লৌদুনা বামান্দি ধর্ম্মবু লমদমসিদা শন্দোক্লবা কন্না অমুক হোৎনখি। নিংথৌ মশামক বামান্দি ধর্ম্মদা লাইমিং লৌখি, অদুগা শান্তিদাস গোষাইগী পাউতাক লৌদুনা মৈতৈগী ইপা ইপুশিংগী হাক্তক হাক্তকগী খুবম যাদুনা লাৎলক্লবা মৈতৈগী উমং লাইশিংগী খুবমশিংবু ঙম্না থুগাযদুনা মাঙহনখি। অদুতসু নত্তনা মৈদিংঙু খাগেম্বা সনা হাক্তক্তা মপাবি চোইনৌ সনা ৱাপীহল চীঙঙু অশিবা লাইনিংথৌ সনামহিনা মনুং মতম চাদনা শিখিবদগী মপা ইবুংঙো মৈদিংঙু খাগেম্বনা চীঙঙু মাইচৌ লৈশাং খোমাগী যাথং তুংইন্না মপাবীগী মূর্ত্তিবু শেল অহিংবনা হৈদুনা শাবগা ৱাঙ্গোই মকাইফমদা লাৎখিবা চীঙঙু অশিবা সনামহীগী মূর্ত্তি অদুবসু থুগাযদুনা মাঙহনখি। মূর্ত্তি অদু থুগাযকবগী মহৈনা নিংথৌগী মজা ইবুংঙো অহল শ্যামশাই খুবাইলাকপদা চীঙঙু লাইগী খুদম চাংদম পীদুনা মশাদা তেমবানহল্লক্লবদা নিংথৌনা থুগাযকববা মূর্ত্তি অদুবু নৌনা অমুক হৈদুনা খুবম যাদুনা লাৎখিবদগী ঙসি ফাওবদা মাঙদনা লৈবি। মৈদিংঙু পামহৈবনা নিঙখিবা অদুবু নিঙহন্নবা খক তৌবদনা মণিপুবদা বামান্দি ধর্ম্ম চৎনহন্নবগীদমক লৈবাক মীযাম্না অকনবা যাথং পীদুনা মপা মপুগী মংশাবলি হাযবদি পাবি পুবী তাক্লুনা ইবা লাইবিক নোংখ্রং পাযদুনা লিলোং তুবেলগী ঈবোং অহুম ফাংবদা ঈকপহন্দুনা ৱাশক ৱাবেপহল্লগা বামান্দি ধর্ম্ম নমদুনা লৌহনখি। মণিপুবগী উমং লাইশিংগী খুবমদা লৈবা লাইনিংথৌ লাইবেম্মগী কোল্লু কোমায পুন্নমক ঙম্না খোমগত্তুনা মোংবা হনবগী উমংদা কোম তৌথোক্লুনা ঙম্না ফুমজিনখি। অদুতসু নত্তনা পাথাং পুথাং কয়া মথং মথং ইদুনা থম্বীবম্বা মণিপুবগী মমল যাম্নবা অবিবা লাইবিকশিংবু ঙম্না খোমগত্তুনা কংলা উত্রা মমাংদা পৈশিল্লগা মৈ থাদোকখি। অদুমকপু লাইবিকশিং অদুবু তুম্না মাঙহনবদি ঙমখিদে, মবমদি লাইবিকশিং অদুগী মাল্লবা শিন্দোক্লুনা পায়হৌবা লাইবিক কযা অমা ঙসিমক মাঙদনা লমদম অসিগী সাহিত্যগী তাঙলবা মচাক ওইদুনা লৈবি।

মৈদিংঙু পামহৈবনা মণিপুরগী নিংথৌ ওইদুনা পানখিবা মতম অসি মণিপুরগী ইতিহাসতা খ্বাইদগী অচৌবা অওনবা অহোংবা কয়ামরুম লাকখিবগী য়াম্না মরু ওইবা মতম অমা ওইখি। লমদম অসিগী সমাজ অমসুং সংস্কৃতীগী ফিভমদা মাইকৈ অমখক্তগী ওইদবা মাইকৈ খুদিংমক্তা মরুওইনা লাইনিং লাইশোন, ফিজেৎ লৈতেং, য়ুমলৈ কৈরৈ হরাউ কুম্মৈ, ইরাৎ থৌনি কয়া অসিগী লমদা অচৌবা অহোংবা কয়ামরুম চহীচা ১৮ অসিদা লমদম অসিদা চৎনবা হৌখি। অসিদসু নত্তনা লৈবাক অসিগী মমিং মণিপুর হায়না কৌখিবা অসিসু মৈদিংঙু গরিবনীৱাজনা নিংথৌ ওইদুনা পানখিবা মতম অসিদগী থোনখিবনি হায়বসি সনামহি লাইকল কৌবা লাইরিক্তা ময়েক শেংনা ইরি। অসিদসু নত্তনা লমদম অসিদা য়েক শলাইগী মথক্তা হিন্দুগী গোত্র তোঙান তোঙানবা মুণি ঋষিশিংগী মমিংদা থোন্দুনা মাগী মাগী গোত্র হায়বদি নিংথৌজাগী না শাণ্ডল, লুৱাংগীনা কাইসপ, খুমলগীনা মধু কৈল্য, মোইরাং অনৌবগীনা অঙ্গিরস্য, অরিবগীনা অত্রয়্য, হায়না খঙনদুনা চৎনবসু হৌখি। মৈহৌরোলদগী লমদমসিদা ইপা ইপুশিংনা পাওথোক্লম্বা হরাউ কুম্মৈশিংগী থৌরম কয়াসু হিন্দুগী হরাউ কুম্মৈশিংগী নুমিৎকী তারু তারুবা নুমিৎকা চান্ননা পাওথোকপসু মতমসিদগী হৌরকখি। লৈবাক্কী নিংথৌনা লৈবাক অসিদা রামান্দি ধর্ম্ম শন্দোক্তুনা রাম সীতা, হনুমান, গুরুড় নচিংবা হিন্দুগী লাইশিং অসিগী ফুরা লাইশঙ শাদুনা লমদমসিদা লাৎখিবা অমদি রামান্দি ধর্ম্মবু লমদমসিদা চৎনহন্নবা হোৎনবদা পায়খৎখিবা থবক থৌরমশিং অদুগী মতাংবু সনামহি লাইকল কৌবা পুয়াদা মরীক চুন্না ইরমই।

অসুম তৌদুনা ১৮ শুবা চহীচাদা মণিপুরগী নিংথৌ ওইদুনা পানখিবা মৈদিংঙু পামহৈবগী মতমদা লৈবাক মীয়াম্না রামান্দি ধর্ম্মবু থৱায় য়াওনা হেন্না পামহন্নবগীদমক রামায়ণগী ৱারী পরীংবু মীপুম খুদিংমক শিনবা থুংনা পামননা তানবদা নত্তনা কৃতিবাসনা লেঙলম্বা রামায়ণগী মশা তরেৎ হায়বদি আদি কাণ্ড, অযোধ্যা কাণ্ড, অরণ্য কাণ্ড (বন পর্ব্ব) কিস্কিনধ্যা কাণ্ড, সুন্দর কাণ্ড, লঙ্কা কাণ্ড, অমসুং উত্তর কাণ্ড, অসিবু বাঙ্গালি লোন্দগী মৈতৈলোন্দা হন্দোক্লবা মদাইরেম ক্ষেমাসিংহ তরেৎ সেলুংবগী মফমদা সনা য়াথং ত্াকপীখি। নিংথৌগী য়াথং মতুংইন্না ক্ষেমা সিংহনা লুচিংদুনা প্রমানন্দ নোংয়াই খুমহৈম্বগা, মুকুন্দরাম,

খোইম্না, লক্ষ্মী নারায়ণ ইবোইবা, বামচবণ নোংথোনবা, লক্ষ্মী নারায়ণ শাইখুবা, মীওই মঙা অসিগা লোয়নদুনা রামায়ণগী মশা তরেৎ অসিবু মৈতৈলোন্দা লেঙথোকখিবা অদুবু রামায়ণগী আদি কাণ্ডদা অসুম্না ইরমই,

সেবক লাইরেল ইপারি পোইরে মৈতৈ নিংথৌ দেব কোরৌ ৱায়েনবা নোংদম মথৌথাগী হিন্দু লমচৎ ইয়া ক্ষেত্রি শাগে লেপ্পবা পোইরে লৈবাক ঙাকপা চীংঙু তাইবঙ খায়বা অসিবু ধর্ম্ম-রক্ষা ঙাকপী থোইনা কর্ত্তণ ৱায়েনবীগে হায়বগীদমক বিষ্ণু মপোক শঙশংবনে খোইয়ুম মখোঙ খাগী সেবা মথৌখনসু থৌকাউরোইয়ে চীঙঙু রামজি থোইখোইবগী মঙণ থাম্বা গুণ মতীক অরুববু নদাইরেম প্রজা অয়াম্বা পায়মা শেকচৎনা উনবি পুক্লিং লেপ্তববু পায়মা পুক্লীং লেপ্পবা রামায়ণ অরুবদি বাঙ্গলা (পাঙল্লা) লোন্দেবনে। পোইরে মীবায়মনা খঙঙল্লোইয়ে। রামান্দি ধর্ম্ম অথোইবা অসিবু নমু পোংবচা অযাম্বনা খঙনবা ইদাইরেম নোইনাই নহারূপ শঙদা তবেৎ শেল্লুংহনবা ক্ষেমাসিংহ কেগে মোরাম্বচা নংনা চিংনা লাইরেল ঐগী ইদাইবেম লাঙ্গোই মোইশায়া শঙলিংবশিংদগী পাঙল্লা লাইবিক তম্বা নহা নংনা পাম্বশিংবু থিনা উনবি পুকমান্ননা নহা পুক্লিং যাংহন্দনা হাওশি ঙমগা চিংনা রামাযণ অরুববু পোইবৈ, মৈতৈলোন্দা ভাষা অর্থ ওন্না শৈশেমও তয়মও হাযনা ৱাহমখোনগী মদাইবেম তরেৎ শেল্লুংহনবনা শমু থাংচপ্পনা কাওবী চীংগা লুক ভক্তি নমঃ তৌনা পাউখুমজখিয়ে। লাইরেল ইবুংঙো তাও, তুবি সনা নয়াথং বাক্য অরেপ্পবু শৈশেমও হায়রবদি নদাইরেম ৱাকমা শৈদমপান তুবি চিংখোং য়াকৈ ৱাক্তগী প্রমানন্দ নোংযাই খুমম্বেম্বগা, নদাইরেম অহল্লুপ শঙলেন য়াইদগী মুকন্দরাম খ্বাইম্নসু নোইনাই নহারূপ শঙগী লক্ষ্মী নারায়ণ ইরোইবগা নিংথৌনাই শঙখুবগী রামচরন নোংথোনবসুঙ তয়ম অখনবা শঙগী লক্ষ্মী নাবায়ন শাইখুবগা ৱা হৈরাল্লোই মঙামগা মোমনু শিম্বোঙ হৌগুম্বশিংগা রামায়ণ অরুববু বিদ্যা লাইরিক ইমনগে। তৌইগুম ইনিংথৌরেল তাইবঙ সোরাবেল। নরপতি মিৎয়েং শঙশঙবা ইবুংঙো তাউও।

অসুম তৌদুনা বাঙ্গলা লোন্দা কৃত্তিবাসনা লেঙলম্বা রামায়ণগী মশা তবেৎকী ৱারীবু মৈতৈলোন্দা হন্দোক্তুনা অঙোম গোপীনা ইখি হায়না ঐখোয়না

লৌনরমবা অদুবু রামায়ণগী আদি কান্দগী অহৌবমক্তদা মহারাজ গরিবনিৱাজগী য়াথং মতুং ইন্না ক্ষেমা সিংহনা লুচিংদুনা মখোয় মীওই মঙাগা লোইনদুনা রামায়ণগী মশা তরেৎকী ৱারীবু মৈতৈলোন্দা হন্দোক্তুনা ইখি হায়বসি তশেংনা খঙবা ঙমই। রামায়ণগী ৱারীগী মনুংদা লঙ্কা কান্দগী মনুংদা য়াওরিবা রাবনগী মচানুপা বীরবাহুবু আযোধ্যাগী নিংথৌ ৱামচন্দ্রগা অকনবা হুয়েল লাম্ছেংনবদা রাবনগী মচা বীরবাহুদি শ্রীরামচন্দ্রগী মখুত্তা মায়থীবা ফংদুনা য়াইবী থৱায় মাঙদুনা নোংমনখি। মতাং অসিবু মহারাজ গরিবনিৱাজনা মদাইরেম অঙোম গোপীগী মফমদা লাইরিক ওইনা মৈতৈলোন্দা ইথোক্লবা সনা য়াথং তাকপীবদগী শোক কুমশীং ১৬৩৫ (খৃঃ ১৭১৩) দা গোপী অমসুং মুরারী অনিনা বীরবাহু তুবা হায়না মিংথোনবা লাইরিক অসি মৈতৈলোন্দা হন্দোক্তুনা ইখি। কৃত্তিবাসকী রামায়ণগী মশা তরেৎ অসিবু মণিপুরী লোন্দা হন্দোক্তুনা প্রমানন্দ নোংয়াই খুমন্থেম্বা, মুকন্দরাম খ্বাইম্না, লক্ষ্মী নারায়ণ ইরোইবা, রামচরন নোংথোনবা, লক্ষ্মী নারায়ণ শাইখুবা মখোয় মঙানা ইখি হায়না বীর বাহু তুবা কৌবা লাইরিক অসিদসু পল্লম্মী।

মৈদিংঙু পামহৈবা গরিবনিৱাজগী মতুংদা মজা ইবুংঙোশিংগী মরক্তা নিংথৌ ফম্বালগীদমক ৱাথোক কয়ামরুম থোকখি। গরিবনিৱাজগী মজাইবুংঙোশিংনা মতম খরা নিংথৌ ওইদুনা পাল্লবা তুংদা মপারি অহল শ্যামশাই খুরাইলাকপনা পোকচবা মপারি গৌরশ্যাম অমসুং ভাগ্যচন্দ্র মচিন মনাউনা শিলোন শিনজিন অমগী মথংদা অমনা নিংথৌ ওইদুনা অমুক পানখি। ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা নিংথৌ ওইখিবা মতমদা মমাগা পোকমিন্নবা মহাক্কী মাম্মা মোইরাং নিংথৌ খেলৈ নুৱা তেলহৈবনা মঙ্গাক ভাগ্যচন্দ্রগী মফমদা মৈতৈ কংলৈপুং ময়োন্দগী লম মচেৎ খরদং পীয়ু হায়দুনা নীবদা ভাগ্যচন্দ্রনা শাওদুনা য়েত্তুম মনাদা পকপা লম মচেৎ অমগী শরুক ফাওবা পীরোই হায়বদগী মোইরাং নিংথৌ খেলৈ নুৱা তেলহৈবনা মঙ্গাক ভাগ্যচন্দ্রবু শাওদুনা ৱারৌখিবদগী ঔৱা নিংথৌগী মফমদা চত্তুনা মণিপুরগী নিংথৌ ভাগ্যচন্দ্রগী মথক্তা লান্দামিন্নসি হায়না লান নেকখি। ঔৱা লৈবাক্কী নিংথৌনসু মোইরাং নিংথৌ খেলৈ নুৱা তেলহৈবনা হায়বদা য়ারদুনা ভাগ্যচন্দ্রগী মথক্তা লান্দারকখি। লান অদুদা ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা মায়থীবা ফংদুনা কাছারদা চেনখিদুনা তেখাও নিংথৌ রাজেশ্বরগী মফমদা চঙজফম লৌদুনা লৈখি। মতম অসিদা মৈত্রবাক মণিপুরদা

লৈবাক কাং-খোং চাযদুনা খুন্তাক লানশি থোক্তুনা খুন্তাক লৈতাকখি। ভাগ্যচন্দ্র মহাবাজনা তেখাও নিংথৌ বাজেশ্ববগী মতেংগা লোযননা চহী খবগী মতুংদা মৈত্রবাক মণিপুবদা হল্লক্তুনা ঔৱাশিংগী মথক্তা অমুক হন্না লান্দাখি। লান্দা ঔৱাশিংবু মাযথীবা পীদুনা মণিপুবদগী তাম্থোক্তুনা পোইবৈ মৈত্রবাক মণিপুবগী নিংথৌ ফম্বাল হনজিন্দুনা নিংথৌ ওইদুনা অমুক পানখি। ভাগ্যচন্দ্র মহাবাজনা থুপখ্রবা মতুংদা মপ্রাবি লাবন্য চন্দ্রনা (খৃঃ ১৭৯৮-১৮০০) চহী অহুম মণিপুবগী নিংথৌ ওইদুনা পানখিবা মতম অসিদা মবুধৌ হাক্তক্তা ইবন্না বামাযণগী মশা তবেৎপু মচোই মচোই চাইখাযদুনা মাংলুবদগী অমুক নৌহৌনা থিগত্তুনা ইনবা শ্রীদাম কৈশামচাগী মফমদা সনা যাথং তাকপীবদগী অমুক হন্না ইখি।

অসুম তৌদুনা মণিপুবী সাহিত্যগী লেপ্তুনা চেষ্টবকপা ঈচেলদসু চহীচা ১৮ অসিদা অচৌবা অহোংবা অমা লাকখিবগী যাম্না মকওইবা মতম অমা ওইখি। হিন্দুগী লাইনিং লাইশোননা লমদম অসিগী হান্নগী পবম পবাগী লাইনিং লাইশোনবু অনৌবা লম্নী অমদা থৈদুনা পুখিবা অদুমক মণিপুবী সাহিত্যগী মতমদুগী লাইবিকশিংদা মপুং যানা মমি তাবমই। চহীচা অসিদা ইখিবা লাইবিকশিংদা মপানগী লোন সংস্কৃত বাঙ্গলা মবক মবক্তা থেক্তুনা ইবন্না মতমদুগী লাইবিকশিংদা উবা ফংই। মৈদিংগু গবিবনিৱাজ (১৭০৯-৪৮) না মণিপুবগী নিংথৌ ওইখিবা মা হাক্তক অসিদা বামান্দি ধর্ম্মদা নিংথৌ মশামক লাইমিং লৌদুনা লমদম অসিদা বার্মান্দি ধর্ম্ম চংনবা হৌখিবদগী লাইবিক ইবা মতমদা অইবগী মিং থাবা মতমদুদা ইখিবা লাইবিকশিংদা মপুং যানা উবা ফংই। সংস্কৃত, বাঙ্গলা লোন থেক্তুনা মণিপুবী লোন্দা হন্দোক্তুনা হিন্দুগী লাইনিং লাইশোনগী ওইবা লাইবিক কযামকম ইবা হৌখিবসু চহীচা অসিদা যাম্না মপুং ওইনা উবা ফংই। মকওইনা মণিপুবী সমাজদা হিন্দু বৈষ্ণবীজমগী ঈহৌ অমা অকনবা শাফুগা লোযনদুনা লমদমসিদা চেনশিল্লকখিবদগী হবাউ কুম্মৈ, লাইনিং লাইশোন দেব কম্মগী ওইনা পাঙথোকপা থৌবমশিংদা হান্নগী লৈবন্না অদুদগী তোঙানবা মাযগৈ অমদা হোংদোকত্তুনা চংনখি। মণিপুবী সমাজদা হিন্দুগী লাইশিং লাত্তুনা খুকম্নবা হৌখি। মদুগী মনুংদা মপুং ওইনা বাম সীতা,

হনুমান, শিব দুর্গা, সরস্বতী, লক্ষ্মী নচিংবা অসিবু অথোইবা লাইনি হায়দুনা মীশিংনা খুকুম্নবা হৌখি। হিন্দুগী বেদ শাস্ত্র অমসুং লাই তীনগী রাবীদা যুম্ফম ওইবা, লাইবিক মহাভারত, রামায়ণগী লাইবিক মণিপুরী লোন্দা হন্দাক্কুনা ইখি। মহারাজ গরিবনিরাজগী মতমদা লৈরম্না শক্লাইবা অগিবশিংনা মপানগী লোন সংস্কৃত, বাঙ্গলা হৈনবা তমখি। কৃত্তিবাসনা ইরম্না রামায়ণগী কাণ্ড তরেৎকী রাবীবু মৈদিংঙু গরিবনিরাজ স্না হাক্কুক্তা ইখিবা অদুবু মণিপুরগা ঔরাগা লান তোয়না শোক্লবদগী ঔরাগী মখুত্তা মাথথিবা ফংদুনা লৈরাক অসি তোয়না খুন্তাক লৈতাকখিবা অদুদা রামায়ণগী লাইবিক অদুসু লান কায়বদা মযম মরাং খণ্ডদনা মচোই মচোই চোয়জাফনদুনা কাংজাই পুজাইনখিদুনা মাঙলুবদগী মৈদিংঙু চিংথংখোম্নগী নজাইবুংঙো লাবন্যচন্দ্র (ইং ১৭৯৮-১৮০০) গী স্না যাথং মতুংইন্না অমুক ।থগত্তুনা খোর্মজিল্লগা শ্রীদাম কৈশাম চানা ইখিবা মতাং অদুবু রামায়ণগী উত্তর কাণ্ডগী অরোইবা শরুক্তা অসুম্না ইরি।

নিংঙু রাম থোইখোইবা রঘুপতি লাইযিংথৌ চীংঙু নিরগুন র্যাতিক চিচিনবা রামায়ণ মশা তরেৎ মাবু আযোধ্যা মখৈ ফংনা ক্রম মথংশীন্না কৃত্তিবাস অশৈরনা লেংলমশৈ উত্তর কাণ্ড রাবী নুংঙাইরবু ঈশৈ মতোল লোনখিরে। রাজাসভা লেংনা তিনবা সাধু খোইমোম লাইবু নিঙরশিংও নংখোয় অযাম্বদি তাংজা নবেতোন্দা জয রাম রাম শোন্না না তাবিযো। খোইয়ম রাম নামুংবগী গুন মতিক অকবা সমুদ্র ইরেনপুঙগুম্বা অসিবু রামায়ণ মশা তরেৎ শুনা লেংলম্নববু পোইরৈ স্না লৈমযোনবু নুংশি লাননং তোইযান্নবগীদমক রামায়ণ মশা তরেৎ মাবু থাবা ওক্লি তৎলবগুম তৎলববু মৈতেংঙু লোইরেনখোম্বা (লাবন্যচন্দ্র) যোইবু নুংবাল্লোন নোংপোক লৈবিখোম্বীগা লাইবেল কংলৈ যোইকোন্নুংদা লিক্লাই মদোম পানফবিঙৈ মদাইরেম লোইযম রাংঙম নহা শ্রীদাম কৈশামচা জ্ঞান লৌশিং লৈতবিবা ঐনা রামায়ণ মশা তরেৎ মাবু ফুবিৎ শুমজিল লাক্কুম্না লাইবিক মপুম ওইনা কলম মচিন যেকচবকপা অসিবু মরূপ লেংনা তিনবা লাংওন মপোক চঙখোনবা খোইমোম লাইবু নীংবা শাস্ত্র লাইবিক হৈবা কুমশিং নাওপুদনা নমু মীযাম পোকপা

ৱাবম খংজিল শেংবা ভক্ত লৈখোন লমচৎ নাইবা নংখোয় পুম্নমক্কী খুযা লৈখোঙখাদা ৱাংঙম তাংজা ঈক কৎনা পুকমজবনে। ত্রিভুবন মবোন অহুমমগী মবুংঙো খোইয়ম শ্রীৱাম নামুংবদি কোল্লোয নাম তাবগা মন্ত্র মপুং ফাববু উনবি পুক্লিং পীনা ভক্তি কোবৌ লনশাবা লাইবেল মৈতেংঙু শ্রীগবিবনিৱজ নবেন্দ্র সোবাবেনগা যোইবু তম্ফা মশানৌ কেগে মোইবাং নিংথৌ চনু থংদাই ৱাংলোন শ্রী গমতী সতী পুক্লিং লেপ্পীগনা মদাইবেম প্রজা লৈবাক অযাম্বা অসিবু বামান্দি ধর্ম্ম অথোইবদা উনবি পুক্লিং লেপ্পবা বামাযণ সাত কাণ্ড মশা তবেৎমকপু শুনা পোইবে মৈতৈলোন্দা ওথোক শৈনে। বামায়ণ লাইবিক নুংঙাইববু সামাপ্ত লাইবিক মতোম লোমখিবে।

মথক্কী ৱাফম খবা অসিদগী গবিবনিৱাজ মহাবাজগী (১৭০৯-১৭৪৮) স্না হাক্তক্তা লেঙলম্লবা বামাযণগী লাইবিক অদুবু মচোই মচোই মাঙলুবববু শ্রীদাম কৈশাম চাগী মফমদা মৈদিংঙু লাবন্যচন্দ্রনা (১৭৯৮-১৮০০) ইনবা স্না যাথং তাকপীবদগী অমুক নৌনা ইথোকখি হাযবসি খঙবা ঙমই। মতম অসিদা অতোপ্পা লাইবিকশিং মকওইনা লক্ষ্মী চবীত, বিধি নোংদম্বা, বীববাহু তুবা নচিংবা কযা অসি মৈতৈলোন্দা তোঙান তোঙানবা মীওইনা হন্দোক্তুনা ইখি। মৈদিংঙু চিংথংখোম্বনা লৈবাক অসগী নিংথৌ ওইদুনা পানখিবা মতম অসিদা হিন্দুগী লাই তীনগী ৱাবী কযাবু মৈতৈলোন্দা হন্দোক্তুনা মতমদুগী শক্লাইববা অইবশিংনা মৈতৈলোন্দা ইথোকখি। মদুগী মনুংদা ধ্রুবচবীত, বাম নোঙ্গাবা, থোইদোক্লা পনবদা মতীক চায।

বাম নোঙ্গাবা কৌবা লাইবিক অসি লবঙ্গ কোম্বৌজাম্বনা মৈদিংঙু চিংথংখোম্বগী স্না যাথং মতুংইন্না বামাযণগী উত্তবা কাণ্ডগী মখা শ্রীবাম চন্দ্রনা নোঙ্গাখিবা মতাং অদুবু শৈহেক শৈদম পান্দুনা মৈতৈলোন্দা ইথোকখি। আযোধ্যাগী নিংথৌ শ্রীবামচন্দ্রনা মপাগী ৱাশক ঙাক্তুনা চহী ১৪ বন্দা চৎথৈদা মশানৌ ইবেম্মা সীতাবু ফত্রবা লঙ্কাগী নিংথৌ বাবন্না চিত্রাকুট বণ্ডদগী নমদুনা ফাবগা পুখিবদগী শ্রীবাম লক্ষ্মণ মচিন মনাউনা যোংগী লুচিংবা নিংথৌ সুগ্রীবগী তেঙ্গোলগা লোযনদুনা লঙ্কাগী হিংচাবা নিংথৌ বাবনগী মথক্তা লান্দাদুনা বাবনবু হাৎলগা সীতাবু উদ্ধাব তৌদুনা আযোধ্যাদা

হল্লক্কবা মতুংদা শ্রীরামচন্দ্র অমসুং সীতানা লৈবাক্কী নিংথৌ অমসুং লৈমরেম্বী ওইদুনা লৈবরদা লৈবাক মীয়াম্না সীতাবু লঙ্কাগী হিংচাবা রাবনগী মখুৎ চন্দুনা ফাদুনা লঙ্কা লৈবাক্তা লৈরুবা অদুদা নুপি ওইবীগী সতীত্ব ধর্ম্মবু কায়হল্লে মরম অদুনা সতীত্ব ধর্ম্ম কায়রবী সীতাবু আযোধ্যা লৈবাক্কী মরেম্মা ওইহনববু লৈবাক মীয়াম্না পামদে হায়রবগী শ্রীরাম চন্দ্রনা লৈবাক মীয়ামগী নিংলিবা অদু থুংহন্নবগীদমক মশানৌ ইরেম্মা গর্ভাবতী ওইববী সীতাবু মনাউ ইবুংঙো লক্ষ্মণ থাদুনা অশোক বন্দা হুন্দোক্তুনা লৈহনখি। সীতানা বন্দা লৈরিঙৈদা মপাবি লব কুশ মচিন মনাউবু মপাবি ওইনা ফংজখি। শ্রীরাম চন্দ্রনা অশ্বমেধ যজ্ঞ তৌদুনা পৃথিবী দ্বীগবিজয় তৌনবগীদমক শগোল মতুং ইল্লকপদা মপাবি লব কুশ মচিন মনাউনা মপাইবুংঙো আযোধ্যাগী নিংথৌরেল রামচন্দ্রনা থাবকপা শগোল অদুবু খঙলুদবদগী ফাজিন্দুনা থমখি। রামচন্দ্রনা শগোল অদুবু থাদোক্লবা অঙাং ওইরিবা লব কুশ মচিন মনাউগী মফমদা হাযবদা লব কুশ মচিন মনাউনা শগোল থাদোকউ হাযববদি মখোযবু মাযথীবা পীবল্লগা শগোল পুখিবা যাগনি হাযবদগী শ্রীরামচন্দ্রস্ শাওখিদুনা মপা মচা শক খঙনদবদগী অকনবা লান শোক্লখি। লান্দা শ্রীরামচন্দ্রদি লব কুশ অনিগী মখুত্তা মাযথীদুনা তেন্না পানবদগী লৈমাযথক্তা ৱাষ্টদুনা তাববদা মশানৌ ইরেম্মা সীতাগা থেংনদুনা মপামচা শকখঙর্নখি। মপাবি লব কুশ অমসুং মশানৌ ইরেম্মা সীতাগা লোযনদুনা আযোধ্যা লৈবাক্তা হল্লক্কবদা লৈবাক মীযাম্না সীতাবু সতীত্ব ধর্ম্ম চাংযেং তৌনবগীদমক মৈগী কুণ্ডদা ইল্লগা চাংযেং তৌবা পামখি। চীংঙু রামচন্দ্র নামুংবনসু লৈবাক মীযামগী অপাম্বা অদুমক পাঙথোক্লবগীদমক মশানৌ ইরেম্মা সীতাবু মৈনুংদা ইল্লগা চাংযেং তৌনবগীদমক মৈগী কুণ্ড তৌহনখি। সতীত্ব ওইবী সীতাগী অৱাবা মতৌ অদুদা মালেম লৈমনা খাঙবা ঙল্লক্ত্রদুনা মালেম লৈবোনবু মচেৎ মচেৎ থোক্লা চেকখাযবক্তুনা মশানৌ ইরেম্মা সীতাদি মালেম লৈবোন্নুংদা চঙখি।

শ্রীরামচন্দ্রনা মশানৌ ইরেম্মা সীতানা লৈখিদ্রবদা মনাউ ইবুংঙো ভরত, লক্ষ্মণ, অমসুং মপাবি লব কুশ মখোয মরিগী মফমদা আযোধ্যা লৈবাক ঙাকহৌবো হাযদুনা শিন্নখি। অদুগা মনাউ ইবুংঙো অতোনবা শত্রুঘনবুনা মথবলি মপুংযাইদা নিংথৌ ওইদুনা লৈবাক ঙাক্লবা শিন্নখি।

অদুগা নশাবী বামচন্দ্র ঐহাক্তি অব্রাংবা কোবৌথক্তা নোঙ্গাখ্রগে হাযনা পাওমেল্লবদা আযোধ্যা লৈবাক মীযামদি অব্রাবগী পনখৈ লোমনা ব্রা মচেৎ ঙাংদনা নুংবংননা লৈখিবা মতাং অদুবু অসুন্না শৈথাবি।

> লহান নোং হর্যিঙৈদা সনা আযোধ্যা মপুংযাইদা সীতা লক্ষ্মী লাইবৈমনা মালেম লৈখাবোন্দা চোংশিনখিববু পৃথিবী মালেম লৈপাক লৈমনা যোইবু নুংশি মতৌ যেংনা তোইনবিঙৈদা খোইযম ব্রহ্মা শিদবনা চেংলৌ মিৎথিৎলবগী লক্ষ্মী সীতা লাইবৈমবু বথ দুলাইথক্তা হাপ্লা কোবৌ নোংমদোন্দা পুখৎলকএ হাযদববা। চীংঙু শ্রীবাম নামুংবদি যোইবু মশানৌ সীতা লাইবৈমবু চেংলৌ শক উদববগী নুংশি মখৈ লৈতনা মিকপলে। স্না আযোধ্যা পুন্নমদসু চিংলেন নোংলাও থিগুন্নবে। সতী কৌশল্যা নিংথিবীনচিংবা কৈকেযী, সুমীএ অহুম্মসু ভবত, লক্ষ্মমণ, শক্রঘ্ন যাওনা মিকপলিঙৈদা লব কুশ অনিমদি পলেম খোইখাদা কোলোই যাথং হিকহাযননা তেংথাখিযে। তে পলেম লক্ষ্মী লাইবৈমাও নংদি নপাবি লব কুশ ইবিংঙাবু নুংশি পুক্লিং মখৈ লৈতনা কবম গুল্লাল্লম্বনো। নুংঙল মতৌ কবমবু লৈতনা মিকপ্লিঙৈদা চীংঙু শ্রীবাম নামুংবনা বাহমখিএ। শানৌ ভবত, লক্ষ্মণ, ইপাবি লব কুশ নখোয মবিমদি স্না আযোধ্যা লৈপাক ঙাকলৌও শানৌ শক্রঘ্ন অতোনবা নঙদি মথর্বাল মপুংযাইদা বাজ্য লৈবাক চাবৌও। চীংঙু ঐদি অব্রাংকোবৌ নোংমদোন্দা নোঙ্গাখিবগে। অসুম হাযনা বাহম্লববু আযোধ্যা লৈপাক পুন্নমদি তুনুং লংলা পুনগুম্না নুংঙোল্লিঙৈদা কোবৌ নোংদোলথক্কী খোইযম লাইনা তিনবা পুন্নমক্না বাহৌখিএ।

বাম নোঙ্গাবা কৌবা লাইবিক অসিদা মতমদুগী অশৈবনা শিজিন্নবিবা লোন অমসুং ব্রাহে ব্রাতা অসিনা মতমদুগী সমাজগী চৎনবীদা ঙাংনা শরুবম্বা মীশিংগী থৌগললোন ববাহাব থকশি খাশি কযা অদুবু মযেক শেংনা ঐখোযদা উহল্লি। মতমদুদা মণিপুবী সমাজদা হিন্দুগী লাইশোন তীনশোন লাইনিং লাইশোন মপুং ফানা চাউখৎখিবা মতৌ অদু বাম নোঙ্গাবা কৌবা লাইবিক অসিদগী খবমখৈ অদুমক খঙবা ঙমই। মবমদি মতমদুগী সমাজগী ওইবম্বা ফিভম অদুদা যুম্ফম ওইবগা অশৈবশিংনা লাইবিক

কন্যামকম ইখিবশিংগী মনুংদা বাম নোঙ্গাবা কৌবা লাইবিক অসিসু অমনি। হিন্দুগী বাম সীতাগী ৱাবীবু মণিপুবী সমাজনা পামজনা তানবমই হাযবসি মতমদুদা বামাযণগী ৱাবী পবীংবু মৈতৈলোন্দা হন্দোক্লুনা ইথোক্লম্বা অসিনসু মতীক চাবা খুদম ওই।

আযোধ্যাগী নিংথৌবেল শ্রীবামচন্দ্রনা কোবৌ থক্তা নোঙ্গাবগে হাযববু কোবৌ নোংমদোন থক্কী খোইযুম লাইযাম পুন্নমক্লসু অসুন্নবু খন্নখি। চীংঙু লাইযাম ঐখোয পুন্নমকসু কোবৌথক্তা নোঙ্গানবগীদমক টীংঙু ব্রহ্মা মুনিবেলগী মখোং খাবু ইন্দাল্লসি হাযদুনা খোইযুম ব্রহ্মা নাক্তবু ইন্দাল্লকখি। অসুন্না চীংঙু ইন্দ্র সোবাবেন কার্ত্তিক, সবস্বতী লাইবৈমা, লাইযাম খিবিকসু টীংঙু ব্রহ্মা মখোং খাদা ৱাইথুংলববদা লাইযাম পুন্নমকপু খোইযুম ব্রহ্মা মপুবেন্না মাগী মাগী ফমযমদা ফমহন্নখি। চীংঙু লাইযাম পুন্নমক্কী মযমদা কবি অমত্তা বাযমগীদমক ব্রহ্মা ঐগী ইফমদা লাকপনো হাযনা পাওহংখি। চীংঙু ইন্দ্র সোবাবেন্না লাইযাম ঐখোযগী ফম্নাল পুন্নমক হাংলিবসিবু কবি মতৌ ওইবদগীনো হাযনা চীংঙু ব্রহ্মাগী মফমদা পাওহংজখি। চীংঙু খোইযুম ব্রহ্মানা লাইযাম পুন্নমক্কী মফমদা চীংঙু শ্রীবামচন্দ্র নামুংবাদ চহী কুমশিং যান্না আযোধ্যা মপৃং যাইদা নিংথৌ ওইনা লৈঙাক্লকপবু মাগী পুন্সি চেংজেল লোইবববনিনা আযোধ্যা লৈবাক্তা মতম শাংথনা লৈথফদ্রে, ইদাইবেম কালপুরুষ নহাক্লা শ্রীবামচন্দ্রবু থুনা যাংনা পাওকৌকও হাযনা যাথং পিখি। চীংঙু ব্রহ্মা মপুবেনগী যাথং ফংলবদা কালপুরুষনা থিহুদনা আযোধ্যাদা থুংলদুনা শ্রীবামচন্দ্রগা পাওমেন পুমেন্নদুনা ৱাবী শান্নদুনা লৈবিঁডেদা খোইযুম ব্রহ্মা মৌশিখোনগী দুর্ব্বাশা মুনিবেলদি আযোধ্যা পুংমযোন্দা ৱাযথুংলাখি। দর্ব্বাশা মুনিবেলদি চীংঙু বামচন্দ্রগী মনাউ ইবুংঙো লক্ষ্মণন্না ঙাক্লুনা লৈবিবা থোঙ্গাল তন্না চঙলক্লবদা লক্ষ্মণন্না দুর্ব্বাশা মুনিবেলবু উববদা খুকমজখি। দুর্ব্বাশা মুনিবেলগী মফমদা লক্ষ্মণন্না কবি থৌগী আযোধ্যা যোইকোন্নুংদা লাকপীবনো হাযনা পাউহংজখি। দুর্ব্বাশা মুনিবেলনা লক্ষ্মণগী মফমদা শ্রীবামচন্দ্রবু উন্নগে লাকপনি হাযনা পাওখুমখি। শ্রীবামচন্দ্রগী মনাউ ইবুংঙো লক্ষ্মণন্না দুর্ব্বাশা মুনিবেলগী মফমদা তাবা লুকোয হাবগা চীংঙু বামচন্দ্রবু উন্নবীযু হাযজববদা দুর্ব্বাশা মুনিবেলদি লক্ষ্মণন্না হাযজবা অদুবু তাবিদনা অশাওও খাম্বী মৈহৌনা লক্ষ্মণবু ৱাতা থিনা চৈখি। দুর্ব্বাশা মুনিবেলনা

শাওবনা হেনখিদুনা আযোধ্যা লৈবাকপু উফুল নোংলৈ ওইনা মাঙহল্লগে হাযনা লক্ষ্মনগী মফমদা হাযবক্লবদা দুর্ব্বাশা মুনিগী মতিক মগুনবু খঙবনিনা লক্ষ্মনগী থম্মোযদা আযোধ্যা লৈবাক অসি মাংবা তাবে হাযনা মীপাযখি অমবোমদা দুর্ব্বাশা মুনিবু মযাম্বুং ইবুংঙো শ্রীবামচন্দ্রগী নাক্তা পুশিল্লুববসু মুনি যাথং লৈবনা যৈখাই থিনগাইবা থোক্লুদুনা লক্ষ্মন ঐদি শোযদনা কোবৌ থক্তা নোঙ্গার্বনি খল্লুবদা খাংফম তৌফম খঙদনা ঙাইহাক পুঙ্গোয হুমাং মবিক কানা ৱানা বাখল তৌদুনা লৈখি। লক্ষ্মন লৌশিংবনা কান্নববোই খঙলদুনা আযোধ্যা লৈবাক মাঙগদৌবগী শরুকপূাদ মহাক্কী যাইবী মথৱায থাবনা হেন্না যবে খল্লদুনা দুর্ব্বাশা মুনিবেলগী মফমদা মহাক্লা লংজখিবা পুম্নমক ঙার্কপিযু হাযনা খুকুমজখি। দুর্ব্বাশা মুনিনা চীংঙ্গুবামচন্দ্রগী মনাক্তা চঙলকপা অদুবু কালপুরুষনা উববদা মহাক্তি মাল্লং যেনচি ওই খমগোন নোংলৈ ওইনা মাংখি। চীংঙ্গু শ্রীবামচন্দ্র থোইখোইবনা দুর্ব্বাশা মুনিবেলবু নোনজবা ৱাহৈনা পাউকৌজখি। ধুপ থাওমৈ অহাও অথুম খিবিক মুনি মখোং খাদা কচ্চবগা খুবুমজখি। শ্রীবামচন্দ্রনা দুর্ব্বাশা মুনিগী মফমদা কবি থৌগীদমক আযোধ্যা লৈবাক্তা লেঙলকপনো হাযনা পাউহংজখি। দুর্ব্বাশা মুনি ঐহাক্তি চীংঙ্গু বামচন্দ্র থোইখোইবা নংবু চেংলৌ শক উন্ননিংদুনা লাকপনি হাযনা পাওখুমখি। শ্রীবামচন্দ্র অমসুং দুর্ব্বাশা মুনি অনিদি ঙাইহাক পুঙ্গোই অৱা পোত্থানা অৱা নুংঙাইগী ৱাবী শান্নববা মতুংদা দুর্ব্বাশা মুনিদি মবাল যাইদা হলৱাযখি। আযোধ্যাগী নিংথৌ বামচন্দ্রনা মনাউ ইবুংঙো লক্ষ্মনবু কোবৌ অৱাংবদা নোঙ্গাবগনি হাযনা দুর্ব্বাশা মুনিনা হাযবম্বা অদুবু মদাইবেমশিংগী মফমদা পাউদর্মাখ। আযোধ্যা লৈমাবা শ্রীবামচন্দ্রনা ইশানৌ ইবুংঙো লক্ষ্মন্না কোবৌ থক্তা নোঙ্গাখ্রবদি মশাবী বামচন্দ্র ঐহাকসু কোবৌথক্তা নোঙ্গাখ্রগে হাযনা মদাইবেমশিংগী মফমদা পাউমেন্নবিঙেদা মনাউ ইবুংঙো লক্ষ্মন থুংলদুনা ময়াম্বুং বামচন্দ্রগী নাক্তা চঙলক্লগা খুকুমজখি। মনাউ ইবুংঙো লক্ষ্মন্না মযাম্বুং বামচন্দ্রগী ৱাবা মতৌদা কবি থোইনা ৱাবীকগনু যাম্বুং ইবুংঙোনা অচুম্বা চৎপগীদমক লৈবাক মীযাম অমসুং খোইযুম লাইযাম্না শোন্নবি। ইমা শক্লবী ইতৈমা সতী সীতামক্লসু যাম্বুংগীদমক খন্দুনা য়াইবী থৱায়বু থাদোক্তুনা লৈবাক মীযাম্বু পেলহর্নাখ। লঙ্কাগী ফত্রবা হিংচাবা বাবনবু যাম্বুংনা লানবীদুনা মনাউ ইবুংঙো বিভিষনবু লঙ্কাগা নিংথৌ হাপ্লীখি।

অদুগা ফত্রবা যোংগী নিংথৌ বালিবুসু লানবীদুনা মনাউ ইবুংঙো সুগ্রীববু কিষ্কিধ্যা লৈবাক পিদুনা যোংযাম পুম্নমক্কী নিংথৌ ওইহনখি। ঐখোযবু পোকপীবম্বা পম্বৌনা ঐখোয পুম্ববু তবা চাকপু হাওনা পীজবন্নগা দোলাই থক্তা লেঙখত্তুনা কোবৌ থক্তা নোঙ্গাখিবা মতমদা আযোধ্যা মীযাম পুম্ববু নুংঙায যাইফনা পালহনখি। নমু মীওইবা খুদিংমকসু সংসাব থাদোক্কুনা ঙম্না নোঙ্গানবি। মুনি কোলোয় ময়াথংবু লেম্না মাংফদবনা আযোধ্যা লৈমযোল অসিগীদমক খন্দুনা নশানৌ ইদোম নোঙ্গাজখ্রগে হাযনা মযাম্বুং ইবুংঙো বামচন্দ্রগী মফমদগী স্না যাথং নিজখি। মযাম্বুং ইবুংঙো বামচন্দ্রদি মশানৌ লক্ষ্মন্না নোঙ্গাখ্রগনি খল্লুবদা যাব্রা খোঞ্জেল থোকঙমদনা মদোম ভুমিন অব্রা মৈচাক খাংনা লৈখি। অবোইবা ওইনা মহাককী পুন্সি চেংজেল লোইবদুনা কোবৌ থক্তা নোঙ্গাবমদাইগী মতমদা মযাম্বুং ইবুংঙো বামচন্দ্রগী মফমদা মনাউ অমনা মযাম্বা অমগী মফমদা লানখিবা শোযখিবা কযা যাওখিবা লৈববসু ঙাকপীনবা শ্রীবামচন্দ্রগী মফমদা হাযজখিবা অদুবু অসুম্না শৈথাদুনা ইবি;

> খোইযুম লাইবু পম্বৌ ঐখোযগী শাংমাবাও বাজা দশবথ নিংথৌবেনগী মপাবি সনা ব্রাপীত্তনবু ওইনা হৈবাং নথন্না থা তাউজিং নথন্না মউ লিংনা শমংদ্রাই হৈওন থোক্কুম জন্ম মপোক ওইববসু নদাইবেম লক্ষ্মন চকমোম মৈতাল শিশুম্বা ঐনা চিংঙু নংবু লাংলেন কোংযাং ব্রাপীহয়ে হাযনা নীংজববগী অপাবাধ লংজববু ক্ষমা ধর্ম্মতৌনা ঙাকপিও। হযেং লাংওন ইপোক খুদিংমক্তসু সেবক নদাইবেম্বু ওইনা পোকচবগে শমু ইহকচাং লৈবাং অতিংঙানা লেম্না মাংগে তৌশুম্না অসিবু নদাইবেম ঐগী চিংঙু লাইবক ফথোইবনা খোইযম সনা নখোং খাবু চেংলৌ শকউ ফংজববগী ইপোক মহৈ চুম্না যানজবে। চীংঙু নোংদম খোনবু লৈবোন অহুমক্কগী প্রান কবম্বনা কোকপিগবনো হাযনা তীর্থ লাইফম পুম্নমগী মহৈ চুম্না যানববু হেনথোইবা খোইযুম বঘু শিদবা নংগী স্না নযাথংবু মাংহন্দনা কোবৌ নোঙ্গাজবগে। তৌইগুম চিংঙু তাইবং সংসাব পুম্নমবু লানবিগে হাযবগীদমক থিংলৌ য়াতোন থোংনা সৃষ্টি মালেম লৈকোই শেম্বদি নংনে, তাংজা লিল্লা নিংথৌ আনন্তসুং তোক্লেন লিশিং পানববু সনা কাংথোল ওইনা য়াহিপ্লবা খোইযুম সনা

ত্রিভুবন মবোন অহুম্মগী থৌজান শিনবা থুংলিবা চিংঙু সনা খুযা থম্বাল লৈখোং খাদগী হৌনা পাতান মালেম লৈখাবোন তবেৎমদগী দোলাই মিংথোংনবিবা নাভ খোঙখৈবমদি আকাশ অতিংঙানে। থবাক লিকলেংলমদি চিংঙু লৈবাকনে। কর্ন নাকোং থোংজাওবেন অনিমদি মাইকৈ তবামগী মালং নোংশিৎ থোংনে। চেংলৌ মিত্রেং অনিমনা থবী শেনগোইবেনগা লোইদাম থাজা পাখংবা অনিমবু ওইনা সাক্ষী ৱাচুম্ববিএ। খদাং চাংজৌমানা তাংজা ইকাইনাবিএ। ঙৌযা থকলমগীনা ধর্ম্ম ৱাযেনববু ওইনবি। পাযমা নবুকনুংনা সমুদ্র লাইজা ঈবেনপুংবু ওইনা শিংলি নাবি অযাম্বনা লাইজা তুখুন পুম্নবু ওইনবনে। চীংঙু লিলা নশানওন খেলা নপাওতোইবু কনা হাযঙমসিকনো। খোইযম ব্রহ্মা শিদবনা শিংলোন লৈশি লৈথোংনা বিশ্বরূপ অথোইবা নীলবর্ন শ্যাম শংবানবা নোপুব কুন্দব মনাশি না নুমিৎ লিশিং শুনা ঙানথোইবা পাম্নোম মাব পানবা প্রভু চেংলৌ শকপাম্বোংবু হবাও পুক্লিং চালবা শিগুলেন মালতী লৈনুংসিনা থবাক ঙক্কোই হেনবা শম্লাং উফোং মৈথোকপনা চুডা শমখোং তৈবা লৈবাং পাবেংনিংখিবনা কোকলেন লুশম ঙাল্লিবা শঙখ চক্র গদা পদ্ম খুৎশু মাবমনা হেনমোইবা শিগে স্না শেৎপনা নমু পুক্লিং শুববা থবাক লির্কাশবম্ব লৌবক ঙাঙ্গোই হেনবা থবাক নবিকাশবমদা বতন চোযনৌ স্না লিক্লাং চিংনুং নোংথাং কুপকুম লমঙানবা হে স্বযং অচীবা নংগী স্বরূপ থোইখোইবদা লাইজা ঈৱাই ঙানবা লৈ, স্না চোই থম্বাল অনিমবু তযম তাংজা লুদা থোং বাম দিব্য মক্তবনু খোং ওইননা নোঙ্গাজবগে হাযনা পুকমজববদা চীংঙু বামচন্দ্র অহেনবগী পদ্ম লোচন মিৎওং থম্বাল মানবা অনিমনা লক্ষ্মন নুংজানবও নংদি দোলাই বথমক্তববু খোংওইননা কোবৌ নোঙ্গাখিবো। দণ্ডবৎ মালেম লৈদা কোংযাং ৱাশাং তাগুম্না হন্না হন্না পুকমজববগা ভক্তি চৈবোইননা দযা বস অথুম্বনা থৌজান লনকুবিবগা লক্ষ্মন চীংঙু লাইবক ফবদি তাইবং নম্ পোংওইবনা ফঙমদববু তানফংজববগী পুক্লিং হবাও চংনা খুযা উফুল লেনবু তাংজা লুদা থোংনা লক্ষ্মন শমু খোঙশানখিবে হাযদববা।

অসুম্না মশানৌ লক্ষ্মন্না দুর্ব্বাশা মুনিগী মফমদা অপনবা ঙাইহাক পীকুবগীদমক নৌনা পুন্সি চেংজেল লোম্না তাববদা মশাবী বামচন্দ্রদি মশানৌ লক্ষ্মনগী মখোংগুনবু যেংনা প্রেম ঈথক হৌনা মিকপখি। পলেম মমা কৌশল্যাগী নাক্তা চত্তুনা লক্ষ্মন্না কোবৌ নোঙ্গানবগীদমক থৌজান লনকুবিনবা হাযজববদা পলেম মমা কৌশল্যাদি খাংফম তৌফম খঙদনা মপাবি লক্ষ্মনবু মথানুংদা চেৎনা কোন্দুনা অব্রা মৈচাক পুঙমদনা মিকপখি। মপাবি লক্ষ্মনগী মফমদা পাবি নঙনা নোঙ্গাথ্রবদি পলেম নমা ঐনা শিবগা কনানা খাম্বী মৈকোইবিগনি হাযনা মিকপ্পবু মপাবি লক্ষ্মন্না হে পলেম সতী উনবি পুক্লিং লেপ্পীও লৈবোন নোংলোন অহুম্মদা পলেম নঙবু হেন্না লাইবক ফবী অমা লৈতে। তাইবঙপান অসিগী মবোন অহুম্মগী মপু শ্রীবামচন্দ্র অহেনবা, ভবত শত্রঘ্ন, লব কুশ মখোয মঙা অসি লৈবিএ পলেম ইমা নহাকপু কবিথোইনা রাবীগনু, পলেম ইমাগী স্না যাথং নিংথিবদুম মচাদা পীনবীযু গাযজখি। মপল পলেম মমা কৌশল্যানা মপাবিগী মফমদা চীংঙু বামচন্দ্র নামুংবনা থম্মোয নংগী লকানুংদা কোবৌ মবোল ঙান্না লৈঙম্ববু ওইজবো হাযনা থৌজান লনকুবিবক্লবদা লক্ষ্মনাদ পলেম মমা যাযমা কৈকেযীগী মফমদা অমুক থৌজান লনকুবিনবা হাযজখি। পলেম মমা কৈকেযীনা মপাবি লক্ষ্মনগী চেংলৌ চিংনা যেংনা মিকপ্লবদা মপাবি লক্ষ্মনগী মফমদা হে লক্ষ্মন লৌশিংবও নংনা মুনি থৌখামলুবদা আযোধ্যা পুম্নমক্কীবু নদোম কোবৌ নোঙ্গাগে হার্যবিবা অসিবু পাবি কবি ৱানো ওম্বোকএ। পাবি নঙনা কোবৌ নোঙ্গাথ্রবদা নপন পলেম ঐখোযনা আযোধ্যাদা কবম্না যাঙ্গোইহৌবসিগে হাযনা থম্মোয শোক্লা তেংথানা মিকপচখি। মপাবি লক্ষ্মন লৌশিংবনা পলেম মমা কৈকেযীগী মখোং খাদসুং খুকুমজদুনা মশানৌ ইবেম্মা উর্ম্মিলা অমসুং মপাবি ভাস্কব, পুস্কব, অনিমাবু যাঙ্গোইবীবকউ হায়না শীন্নর্জখি। মপল মলেম মমা সুমিত্রাগী মফমদসু লক্ষ্মন লৌশিংবনা কোবৌ নোঙ্গাজবগে হায়না পুকুমজববদা পলেম মমা সুমিত্রাদি অব্রা ঙমখৈ লৈতনা পীবেম খকমা তানা মপাবি লক্ষ্মনবু চীংনা যেংনা মিকপ্পবু মপাবি লক্ষ্মন লৌশিংবনা হে পলেম অপোকপী নপাবি ঐসুং পলেম পাইমা উনগোইনুংদা গর্ভ ইপুং ফানা শানফোংজববগী তাইবঙপান অসিদা কোলোই ইমিং থমজবে। খোইযম নোংদম ব্রাযেনববু নোংলেনফদবে। নপাবি ঐসুং কোবৌ ঙসি নুমিৎমদা সূর্য্য লাইজা ঈবেন

পুংবু ইন্দাল্লগে হায়না পলেম মমাগী মফমদগী মঙ্গল আশির্ব্বাদ নিজববদা পলেম মমা সুমিত্রানা মপাবি লক্ষ্মনবু নুংশি মখে ফংনা অৱা মৈচাক থোইনা খাংঙমদনা মপাবিবু কোন্দুনা অবোইবা মতম লাক্লদুনা কাযনবমদাইগী মতমদা মমানা মচাবু বিদায পীখিবা মতাংবু অসুম্না শৈথাবি ;

> লৈবোন নোংলোন অহুম্মবু ফাওনা ৱাচুম্নবিবা ভগীবথ নিংথৌবেনসুং কোবৌ নোঙ্গাহল্লে। নপাবি ঐসুং কোবৌ ঙসি নুমিৎমদা সূর্য্য লাইজা ঈবেন পুংবু ইন্দানখিবগে। নপাবি ঐগীদমকপু দিব্য মক্তববু খোংওইননা কোবৌ নোঙ্গানবা পলেম কোলোই নয়াথং দয়া বস অথুম্ববু আঞ্জা যাথং পিবিবো। নপাবি ঐদি কোবৌ অসি নুমিৎ মখেবু পলেম চেংলৌ শকউ ফংজববোইএ। ইপল খোল্লাং তাজিন ঈনৌ শিঙ্গবকপবু অমৃত শিদযেনবু থিকলেন মাইযোক্লনা পিথকচখিগে হাযনা হন্না হন্না মালেম লৈদা তুনা পুকমজববদা পলেম মমা সুমিত্রা সতী অচুম্বীদি মপাবি লক্ষ্মন কোলোই য়াথং মপাওমেন নিংথিববু মাংহন্দনা পাবি ইবুংঙো হে লক্ষ্মন নুংচানবাও নংবু পলেম ফৈবা তাজিন থক্তা ফমফমলো ও হাযনা ঙকথি লুমলাং কোন খজাই লেংলোই চুপ শল্লাং তোনগা নান্না ফৈবা তাজিনথক্তা থাঙ্গৎলবগা থিকলেন মাইযোক্লনা খোল্লাং ঈনৌ শিঙ্গবকপদা অমৃত শিদযেনবু লক্ষ্মন যাবেন খোংজিনুংদা যাথকচবিঙৈদা কোবৌ নোংমদোনগী দেব লেংনা তিনবা পুম্নমদি হবাও পুক্লিং চংনা শিঙলেন লৈবিক নোংজুনবকলে হাযদববা। পলেম মমা সুমিত্রা সতী অচুম্বীদি লক্ষ্মন হকচাং কোন শিনৌ কুবাং নান মিকোই লাইজা ইফম তাও, প্রেম চাইজি মবাং হৌ নুংশি কোলোই যাথং হিকহাযননা ৱাহমখিএ। পাবি ইবুংঙো হে লক্ষ্মন নুংজানবা নংগী উনবি মতুং ইন্না নশাবি বামচন্দ্র থোইখোইবগী কোলোই য়াথং পুনা সূর্য্য লাইজা ঈবেন পুংবু ইন্দানখিবো হাযনা দযা বস অথুম্ববু ৱাহন্নবদা মপাবি লক্ষ্মন লৌশিংবদি পলেম স্না মখোং খাদা নমস্কাব শমু থাংচপ্পনা পুকমজববগা খুযা উফুললেনবু তাংজা লুদা থোংনা শমু খোংশানখিববদা পাইমা উনগোইনুংদা নিংখনখিএ।

অসুম্না পলেম মমা সুমিত্রানা মপাবি লক্ষ্মনবু কোনবিবগা খজাই লেংলোই চুপ শল্লাং তোনগা নান্না ফৈবা তাজিন থক্তা থাঙ্গৎলবগা থিকলেন

মাইযোক্লনা খোল্লাং ঈনৌ শিন্থবকপা অমৃত শিদযেনবু লক্ষ্মন যাবেন খোংজি নুংদা থকচবিঙৈদা কোবৌ নোংমদোনগী লাইযাম লেংনা তিনবা পুন্নদি হবাও পুক্লিং চংনা শিংলেন লৈবিক নোংজুনবক্লে হাযদববা। পলেম মমা সুমিত্রানা মপাবি লক্ষ্মনগী মফমদা মযাম্বুং ইবুংঙো থোইখোইবগী কোলোয যাথং পুনা সূর্য্য লাইজা ঈবেনপুংবু ঈন্দানখিনবা থৌজানবিববদা লক্ষ্মন লৌশিংবদি পলেম মমাগী খুযাদগী উফুলবু মকোকথক্তা হাপকৎলবদা পলেম মমাগী নাক্তগী খোঙশাল্লক্তুনা মশানৌ তাল্লোয মকম্বী উর্ম্মিলাগী মফমদা কোবৌ থক্তা নোঙ্গাবা তাবে হাযনা পাউদল্লবদা মশানৌ তাল্লোয় উর্ম্মিলাদি ব্রাবগী ঙমখৈ লৈতনা লৈমাযথক্তা ব্রাম্থদুনা মিকপখি। মশানৌ ইবেম্মা উর্ম্মিলানা মশাবী লক্ষ্মনগী হৈনা মতুং ইন্না কোবৌ থক্তা নোঙ্গামিন্নবসি হাযজববু মশাবী লক্ষ্মন লৌশিংবনা পুক্লিং তপ্পা মশানৌ উর্ম্মিলাগী মফমদা পাওমেল্লকখি। ইশানৌ ইবেম্মা উর্ম্মিলা নহাকপু হাযগনু, পলেম ইমা কৌশল্যা, কৈকেযী, সুমিত্রা অহুম্মবু খোইযুম লাইওইনা লাঙ্গোলদুনা ইপাবি ভাস্কব পুস্কব অনিবুসু নাউযোক নাওকোন্দুনা আযোধ্যা স্না লৈবাক অসিবু ঙাকমিন্নৌ হাযনা মশানৌ উর্ম্মিলাগী মফমদা পাওমেল্লিঙৈদা মপাবি লব কুশ অনিমগা শানৌ মচিন মনাউ মবিমাসু থুংলদুনা নোংখোংবগুম কপচখি। লব কুশ মচিন মনাউনা মপাতোন লক্ষ্মনগী মফমদা অসুম্নবু হাযজখি। পম্থৌ ইপাতোন খোইযুম লাইওইনবা ভবত শত্রুঘ্ন অনিসু স্না আযোধ্যাদগী হল্লক্ত্রে। স্না আযোধ্যা য়োইকোনুং অসিবু ইপাতোনগী থৌবাং নথৌমনদগী নুংঙাই যাইফনা পাল্লিযে। ঙসি কোবৌ নুমিৎ অসিদগী স্না আযোধ্যাদি মাঙবা তাবেদো। নপাবি ঐখোয়দি স্না আযোধ্যা লৈবাকপু ঙাকপবু ঙম্লোইযে পম্থৌ হৈনা তুংইন্না কোবৌ নোঙ্গাজবগে হাযনা মিকপ্পবু মপাতোন লক্ষ্মন লৌশিংবনা পুক্লিং অবাবা লৈতনা মপাবি লব কুশ অনিগী মফমদা মশানৌ ভাস্কব পুস্কব অনিবু লুনা চান্না তৌবিযু হাযনা শিন্নখি। ইশাবী ভবত অমসুং ইশানৌ শত্রুঘ্ন অনিমদি নপল পম্থৌ নপাতোন্না উন্নবম্ববু ঙম্লমদবে, পাবি লব কুশ নখোয অনিনা নপল পম্থৌ অনিগী মফমদা ব্রাবৌবিদনবা নুংশি পাউদমবীযু শিন্নখি।

লক্ষ্মন চীংঙু লাইবক ফবদি আযোধ্যা পুম্নমকপু ঙাইবোইননা সূর্য্য লাইজা ঈবেনপুংদা ইন্দাল্লক্লবদা স্না আযোধ্যা লৈবাক্কী নহা অহল ব্রাহ্মন

বৈষ্ণব, খাক্তনা লক্ষ্মনবু থৌজাল লনকুবিদুনা স্না ফিবোই অহনববু শেৎ নুংশিবা হৈনম লৈনম অথুম অহাও পুন্নমক কত্রিবৈঙেদা লক্ষ্মনবু ঈক শান্দেংবীদুনা অশেংবা ফিশেং শেৎ চাচন্দন নুংশিবনা স্না হকচাংদা তৈ চন্দন সিন্দুব থিনবীদুনা অবোইবা যাইহিপ তানখিবা অদুদা কোবৌ নোংমদোন্দগী লাইযাম পুন্নমক্না কোবৌ নোংথোং হাঙনা শিংলেন লৈযাম হুন্না লৈনা নোং চুবগুম চায়থবকখিবা অদুবু অসুম্না শৈথারি ;

> লক্ষ্মন চীংঙু লাইবক ফবদি আযোধ্যা পুন্নমবু ঙাইবোইননা সূর্য্য লাইজা ঈবেনপুংবু ইন্দাল্লকপদা সূর্য্য লাইজা ঈবেনপুংগী লৈবাই চাংজৌথক্তা স্না আযোধ্যা লৈবাক্কী নহা নুবী হনুহনবা ষনশেন নাওবোই খাক্তনা পাত্র লেংনা তিন লাঙ্গোই মোইশাযা কোবৌ নোং শগোলবু মশীং থিঙমদনা ককচেং মালেম লৈমাই শিনগুম নমু মীযাম কোযনা উৎসব কুম্মৈ নুংঙাইববু মিৎয়েং শানখৈর্নাবিঙেদা মুনি লেংনা তিনবশিংনা লক্ষ্মন উনবি পুক্লিং তপ্পবু আশিব্বাদ যাথং লনকুবিনা স্না ফিবোই নিংথিববু শিঙলেন ওইনা গন্ধ মনম নুংশিবা নৈবেদ্য প্রসাদ অথুম্ব নচিংনা যোইনববগা লক্ষ্মন লৌশিংবদি মুনি লেংনা তিনবশিংবু কেলো কুলি থৌজাল লিযেৎননা সূর্য্য লাইজা ঈবক লাইশে থোইবনা হিদেন খোংব্বাই কুম্না ঈক শান্দেংলবগা অলঙ্কাব চবৈ ফিনৌ থোন যাচন্দন ওইনম্ববু হকচাং পুম্না তৈ তিংক সিন্দুব তোমথিন্না শিঙলেন মালতী খাওন্ননা স্না লুহুপ মণ্ডাল নাই কুন্দব নাশিনা চুপলেন নাপ্পা ঙান্না হকচাং লৈতেং শেল্লবগা নবদ্বাব থোংলেন মাপলমবু নোংশিৎ মথোং থিং চিত্ত উনগোইনুংবু একান্ত উনবি পুক্লিং লেপ্পা নোংহার্মালিঙৈদা কোবৌ নোংমদোল থক্কী দেব সভা লেঙনা তিনবা পুন্নমদি হবাও পুক্লিং চং কোবৌ নোংথোং হাংনা শিঙলেন লৈমায় হুন লৈবিক নোংচুবক্লে হাযদববা।

আযোধ্যা মপুংয়াই থাদোক্লস্নগা লক্ষ্মন্না কোবৌ থক্তা নোঙ্গাখ্রবদা মপল পলেম মমা কৌশল্যা কৈকেযী অমসুং সুমিত্রাদি মালেম লৈদা ওন্না থমোইশোক্লা তেংথানা মিকপখি। থাপ্লবা লমদমদা চৎলুবা ভবত শত্রুঘ্ন অনিসু মোংবা মবান যাইদা থুংলববদা মশানৌ লক্ষ্মন নোঙ্গাখ্রে তাবদা

কোবৌ নোং শীংজংনা লব্রায থক্তা ফেম্থবকপগুম থব্রায নোংদা কা মিপাই লাইখংননা চীংঙু বামচন্দ্র নামুংবগী খোইযুম স্না মখোং খাদা খুকমজবগা মশানৌ লক্ষ্মন্না কবি মবমগীদমক কোবৌ নোঙ্গাবনো পাওহংজববু চাংঙু বামচন্দ্র নামুংবনা থোকখিবা ব্রাবী পুম্বা লীদুনা তাহনখি। মশাবী ইবুংঙো বামচন্দ্রনা মশানৌ ভবত শত্রুঘ্ন অনিগী মফমদা নশাবী বামচন্দ্র ঐহাকসু কোবৌ থক্তা নোঙ্গাগ্রগে শানৌ ইচিন ইনাও ঐখোয়বু মতম শাংনা তাইবঙপান্দা লৈববু পুন্সি চাকচা মতোন লোমলেদো মবম অসিনা শানৌ ভবত, শত্রুঘ্ন অনিসু নশাবী বামচন্দ্র ঐহাক্কা লোযনদুনা কোবৌ থক্তা নোঙ্গাবসি তাকপিখি। মশানৌ ভবত শত্রুঘ্ন অনিদি মযাম্নুং ইবুংঙো বামচন্দ্রগী ব্রাহৈ তাবদা হবাও মথোই কানা নুংঙাই যাইবী মতোন লোমনা হোয যাখি। আযোধ্যাগী নিংথৌবেল শ্রীবামচন্দ্রনা মপাবি লবগী মফমদা আযোধ্যা লৈবাক্কী নিংথৌ স্না যম্বাল লাংবু শিন্নখি। অদুগা মনাউ ইবুংঙো কুশবুনা আযোধ্যা লৈবাক্কী যুববাজ হাপখি। ভবত, লক্ষ্মন, শত্রুঘ্ন অহুম্না পোকচবা মপাবি মখোয পুন্নমকসু নশাবী লব কুশ অনিগী থৌবৈ তেংবাংদুনা আযোধ্যা লৈবাক ঙাকমিন্ননবা যাথং খুৎশিন্নখি। চাংঙু শ্রীবামচন্দ্রনা নোঙ্গাবমদাইগী মতমদা মদাইবেম জম্বুবান, হনুমান, অঙ্গদ, নন, সুগ্রীবা পুন্নমক্না খুবাক লোন্নজবগা নদাইবেম পাপ্পী লিংজেল চেনবা লাংওন থবায বাৎলবা ঐখোয পুন্নমকপু খোইযুম হৈনা নতুংইন্না কোবৌ নোঙ্গাজবগে হাযনা হনগৎচববু চাংঙু বামচন্দ্র নামুংবনা অসুন্নবৃ পাওমেল্লকখি। মিত্র জম্বুবান লৌশিংব-ও নংবু পুন্সি চেংজেল বাৎলিদো নুংঙাই থোইনা পালহৌখো। সুগ্রীব ইপাতাউ নংসু নিংথৌ চাকচা মশিংশুনা লৈহৌখো। বিভিষন নহাক্তি লোইদাম থানিংথৌ থবি শেঙ্গোযবেন অপানবা অনিমনা কোবৌ নোংদোন ঙান্না পাল্লবা মখৈদি নিংথৌ চাকচা মশিংশুনা লঙ্কা লৈবাক্তা পালহৌখো। নুংশিৎ নিংথৌ মপাবি হনুমন্ত পাঙ্গলবা নহাকসু কোবৌ নোঙ্গাফবোইএ। যুগ কুমশিং মবিশুনা অমব শিদনা লৈবকখো। নল নীল অথৌবা নবিংঙাসুং অঙ্গদ যুববাজ পাঙ্গলবগা লোযননা কিস্কিন্ধ্যা লৈবাক নুংঙাযবদা মশীং শুনা চাদুনা পাল্লকখো হাযনা পাওমেল্লবগা চীংঙু বামচন্দ্র নামুংবদি সূর্য্য লাইজা ঈশি অশেংবদা কুমদুনা ঈক শান্দেংলবগা চৈবৈ ফিশেং শেৎ যাচন্দন মনম নুংশিববু হকচাং পুম্না ভৈ সিন্দুব তোমথিল মঙাল নাই নুংশিববা লৈনমগী

লৈ পবেংবু শমু ঙক্তা শি নোপুব খোংজি খুত্তা শি ন্না লুহুপ মঙাল নাইববু শমু কোক্তা থোন্না মপল পলেম মমা কৌশল্যা, কৈকেয়ী, সুমিত্রা অহুম্না মপাবি বামচন্দ্র নামুংবগীদমকপু মহেন্দ্র পুংজা যেং অফবা পুংফম ঙাযদুনা মালেম লৈমায়দা ধুপ থাউমৈ থাদুনা ঙাযদুনা লৈখি। শ্রীবামচন্দ্র নামুংবনা মপল পলেম অহুম্মগী মফমদা মখুৎ লোন্নজবগা ইপল পলেম কৌশল্যা, কৈকেয়ী, সুমিত্রা অহুম্না ন্না আযোধ্যা অসিবু যাঙ্গোইবীদুনা নুংঙাইনা থোইনা লৈবিহৌখো হাযনা মপল পালেম মমাশিংগী মফমদগী অবোইবা বিদায লৌজখি। চীংঙু বামচন্দ্র নামুংবদি পাম্বোম মবি পানবা শঙ্খ চক্র গদা পদ্ম খুৎশু মবিমানা লৈতেংবা খোইযুম মতীক অকববু উৎপিববগী আযোধ্যা লৈবাক পুম্নমদি উনবি ঙক্লা নুংবংননা লৈবিঁঙেদা জম্বুবান, অঙ্গদ, হনুমান, নল নীল, সুগ্রীবা, বিভিষন, মখোয পুম্নমক্তি পীবেম থকমা তানা মচিন্দা বাম বাম শোন্না চীংঙু শ্রীবামচন্দ্রগী মখোং খাদা তুনা খুকমজখি। অৱাংবা কোবৌ নোংদোন থক্তগী দেব লাইযাম পুম্নমদি ব্রহ্মা, শিব, নচিংনা সীতা লক্ষ্মী অনিসু যাওনা চীংঙু বামচন্দ্র নামুংবনা কোবৌ থক্তা নোঙ্গাবকপবু ওক্লবগীদমক ঙাযদুনা লৈখি। চীংঙু বামচন্দ্র থোইখোইবনা মশানৌ ভবত, শত্রুঘ্নগা লোযননা কোবৌ নোঙ্গাবক্লবদা মশানৌ লক্ষ্মন্না আনন্ত তোংলেন লিশিং পানববু লুহুপ ওইনা শেম মশানৌ ইবেম্মা সীতানা দোলাইথক্তা তোং মশাবী বিষ্ণু শ্যাম অস্নেবা শ্রীবামচন্দ্রনা যেৎলম ফম, মশানৌ ভবতনা ন্না থম্বাল অঙাংববু ওইনা শাবেন ওযবম পায মশানৌ শত্রুঘ্ন অতোনবনা ন্না থম্বাল নিংথিববু ওইনা লৈতেংদুনা তাংজা লিন নিংথৌগী মকোক তোকলেন লিশিং অমনা ছত্র সেকপিন খান্ন মশানৌ সীতা লাইবৈমগা লোযননা কোবৌ নোঙ্গামিন্নখিববু খোইযুম লাইযাম পুম্নমক্তি কোবৌ নোংদোন্দা যাইবুং পুংজাও থিন কোবৌ নোংথোং হাংনা শিঙলেন লৈযাম হুন্না লৈগী নোং চুথবকখি। চীংঙু বামচন্দ্রনা মশানৌ ইবেম্মা সীতা, মনাউ ইবুংঙো, ভবত, লক্ষ্মন, সত্রুঘ্ন খিবিক্কা লোযননা নোঙ্গাখিবা অদুবু বাম নোঙ্গাবা কৌবা লাইবিক অসিদা অসুন্না শৈথাদুনা ইবি;

> মশানৌ লক্ষ্মন লৌশিংবদি আনন্ত তোকলেন লিশিং পানববু
> ওইনা বাহন শেম, লক্ষ্মী সীতা লাইবৈম্মানা দুলাই যাংদা
> লাং খোইযম মশাবী বিষ্ণু শ্যাম অহেনবনা শমু যেৎলম ফম,

ভরত চিংখোং য়াইমবদি স্না থম্বাল অঙাংববু ওইনা রাম শামু ওইরম পাইএ। শত্রুঘ্ন অতোনপনা স্না থম্বাল নিংথিববু ওইনা শারেন য়েৎলম শু তাংজা লিন নিংথৌগী সনা তোকলেন লিশিংমনা ছত্র শেকপিন খান্না মশানৌ সীতা লক্ষ্মী লাইরৈমবু থৌজাল লাইজা ঈথোৎলৈগুম কোরৌ নোঙ্গাখিববু খোইয়ম সভা পুম্নমদি হরাও মথোই তোংনা কোরৌ নোংমদোন্দা য়াইবুং পুংজাও থিন, কোরৌ নোংথোং হাংনা পুস্প শিঙলেন লৈয়াম হুন্না লৈরিক নোং চুনরকলে। চীংঙু শ্রীরামচন্দ্র থোইখোইবা লক্ষ্মন উত্তম লাই পাখং চীংঙু রঘু শিদবা নবনিধি অনৌবা বিষ্ণু শ্যাম অহেনবদি নীলবর্ন অতাম্ববু মরান য়ুমওইনরগে হায়বগী বিজুলী নোংথাং কুপকুম কোরৌ নোঙ্গাখিরে হায়দবরা।

মতৌ অসুম তৌদুনা চীংঙু রামচন্দ্র নামুংবনা মশানৌ ভরত, শত্রুঘ্ন অনিগা লোয়নদুনা কোরৌ থক্তা নোঙ্গাখিবা অসিগী মরুওইবা ৱাখললোন্দি মীওইবনা তাইবঙপান্দা পোল্লবদি শিবা হায়বসি লমন তোন্দুনা লৈরবা পোৎশক অমখক্লি হায়বসি উৎলি। চীংঙু রামচন্দ্রনা মশানৌ ভরত লক্ষ্মননা শত্রুঘ্নগী পুন্সি চেংজেল লোয়রক্লে হায়বসি দুর্ব্বাশা মুনিগা মহাক্কা শান্নখিবা ৱারী অদুদগী খঙলদুনা মনাউ ইবুংঙো লক্ষ্মননা কোরৌ থক্তা নোঙ্গাখিবা মতমদা মহাককী পুক্লিংদা থোইনা অৱাবা নুংঙায়তবা পোকখিদে। মশানৌ লক্ষ্মনগী পুন্সি চেংজেল লোয়রে হায়বসি শ্রীরামচন্দ্রনা মাঙজৌননা হান্না খঙখি। মতৌ অদুগুম্লদুনা মশানৌ ইবেম্মা সীতাবুসু আযোধ্যা লৈবাক মীয়াম্না মৈনুংদা ইক্কুনা সতী ধর্ম্ম চাংয়েং তৌসি হায়রকপা মতমদা মহাক্না করিসু নাচুংলুদনা লৈবাক মীয়ামগী অনিংবা অপাম্বা অদু থুংহন্নবগীদমক মশানৌ তাল্লোয় সীতাবু মৈগী কোম তৌদুনা ইক্কে তৌরবদা মালেম লৈমায় চেথায়রক্কুনা সীতানা লৈনুংদা চঙখিবা অদুসু মশানৌ ইবেম্মা সীতাগী পুন্সি চেংজেল লোয়রদুনা ঈশ্বরনা মহাকপু কনবীবা ঙমদনা কোরৌ থক্তা নোঙ্গাখিবদু শ্রীরামচন্দ্রদি খঙই। মরম অদুনা মীওইবনা মখোয় মখোয়গী পুন্সি চেংজেল লোয়রক্লবদা কনানসু খাম্লুবা অমসুং থিংলুবা ঙমদনা লাইরৈবাক্তা নোঙ্গাবা হায়বসি শোয়ফদ্রবা থৌদাংনি হায়বসি মীওইনা পোল্লবা ঐখোয়না খক কাওরোইদৌবনি হায়বসি তাকই।

শ্রীরামচন্দ্রনা কোবৌ থক্তা নোঙ্গাখ্রবদা মনাই অচানবা হনুমন্তনা থম্মোয শোক্লা তেংথাখিবা মতাংদা মীওইবগী নুংশি হৈবা থম্মোযনা অমগা অমগা চান্না চিন্নমা অমগী মতেং অমনা পাংদুনা তাইবঙদা লৈমিন্নববদা অবোইবা মতম লাক্লবা মতম অদুদদি পুন্না লোযনদুনা শিমিন্নবা খক যাদে হাযবসি শ্রীরামচন্দ্রনা মনাই অচানবা হনুমন্তগী মফমদা হাযখিবা ৱাহৈশিং অসিমক্না অদুমক ফোঙদোকই।

> অঞ্জনা সতী লিনগোইগী নুংশিং নিংথৌ মপাবি হনুমন্ত
> অকনবদি লাইজা ঈবেন পুংদা নোংমল্লগে হাযবগী পাঙ্গল
> মতিক লৈবগী মথৈ লুপ্পা খাঙলুববু অমন খমলৈ কুম্বিদ্রবগী
> লৈবাই মুংবিথক্তা চোংখৎলবগা প্রভু চেংলৌ শক উদ্রবগী
> নুংশি খোইখৈ তানা কোবৌ নোংদোল লম পাঙ্গল মতিক
> লোম্না চোংখৎখিববু আকাশ অতিংগ্গাদগী থিংলৌ নিংনা
> তেনা হনবাযলক্লবগী অমবক অচেন খংলৈ যাংনা তাংজা
> ঐগী লুবেনতোন অসিবু পনম খোমযৈ খাইগুম নোংমল্লগে
> হাযনা তাংজা লুবেনতোন লাইবক খেলাইথোং নমশা
> তোমথিল লম্বু থৌদু নুংপাক থক্তা যৈখাযকবসুং তাংজা
> কোককাই, চেংলৌ মমিৎফিংনা মালেম লৈদা ওল্লে। চীংঙু
> মবনকুগী অমবশিদবা লৈ ও হাযনা নোংদমলবগীনা কোবৌ
> নোঙ্গাদনা থৌদু নুংদা থেংবগী অনা পোৎলুম যানা
> নোংথোইবিঙেদা বিষ্ণু শ্যাম অহেনবদি মদাইবেম ভঙ্গু নাই
> নুংচেংবগীদমকপু কোবৌ নোঙ্গাঙমদনা যাংলৌ লমদল্লবগী
> হনুমন্ত মালেম লৈদা ওনবদা ৱাহমখিএ। হে হনুমন্ত মালেম
> পাঙ্গলবাও নংদি কোবৌ নোঙ্গাফবোইএ খোইযুম ইহকচাং
> নীলবর্ন হকচাং শংবানবা অসিবু লকা নুংদা ৩ত্তনা চেংলৌ
> শক উন্নসে হাযনা কোলোই যাথং থানা পাওমেল্লম্লবগা
> চীংঙু রামচন্দ্র নিংথিবদি কোবৌ নোঙ্গাখিবে হাযদববা। কপি
> হনুমন্ত পাঙ্গলবদি উনবি নিংশিংলক্লবগী যাৱা খোঞ্জেল লাও
> থম্মোই খুদুম যৈনা হে প্রভু ইবুংঙো রাম শ্যাম নিংগিবা-ও
> কবম্না কোবৌ ঐবু নোঙ্গাহন্দববনো নদাইবেমগী উনবি পুক্রিং
> পেন্না ইপোক মহৈ চুম্না যানববু থাম্বিবমলে।

অসুম তৌদুনা বাম নোঙ্গাবগী ৱাবী অসিমক মতম অমদা লৈবাক অসিদা হিন্দু বৈষ্ণবীজমগী অকনবা ঈহৌ লাকখিবা অদুদা বামাযণগী ৱাবী অসিসু যুমথোং খুদিং লৈকাই খুদিংদা লাইবিক ওইনা ৱাবী ওইনা ৱাবী লিবা লাইবিক থিবা হায়বা ওঝাশিংনা তোয়না লীদুনা লৈবাক মীযাম্না তান্নবমই। লাইবিক অসিগী লোন অমসুং খুৎই ৱাবেংদা শৈবেংগী মওংদা পদ নাইনা ইবনি। চহীচা ১৮ গী মযায় চল্লকপা মতম অসি মণিপুবী সাহিত্যদা ৱাবেংগী ঈহৌ মপান ফনা চাওখৎলকখি। ৱাবেং সাহিত্যনা মপান মউ ফনা চাউখৎলকখিবা মতমদা ইখিবা লাইবিকশিংগী মনুংদা বাম নোঙ্গাবা কৌবা লাইবিক অসিসু অমনি। লাইবিক অসিগী লোন অবিবা মণিপুবী লোন্দা সংস্কৃত ৱাহৈ তোযনা থেৎলগা ইবম্বা অদুবু লাইবিক অসিগী অহৌবমক্তদা অসুম্না ইবি ;

> শ্রীবামচন্দ্র নম নম হয়া হে হে খোইমোম লাইনিংথৌ চিংঙু বামচন্দ্র থোইখোইবা নিত্য নিবঞ্জন নিবাকাব ফাফদবগী লমহৌবকশা খোইযম অনাদি পুবষ অহানবা চীংঙু বামচন্দ্র থোইখোইবা লক্ষ্মন উত্তম লাই পাখং চীংঙু দশবথ শিদববু যাখং অকুবদা কাওবি চিগা লুক্কা পুকমজবক্কে। খোইযম ব্রহ্মা অচিবা লংগী স্না তুখোং খুদিংদা তলা উমিৎ লোইনা মহৈ চুম্না যশবগুম থবী শেনগোইবেং অপানবনা মঙাল যুমদা ঙেলবসিগী ফক্লাং লেঞ্জা মিৎযাৎ লমদা উফুন স্না হাবৈ কুপকুম হন্দোক হঞ্জিন্ননা ফমফাল্লিবী মাযা শক্তি লাইবৈমা নঙোন্দগী শিব মহাদেব চোংথোক্লএ।

বাম নোঙ্গাবা কৌবা লাইবিক অসিদা মণিপুবী সাহিত্যগী তোপ তোপ্পা মশক অমা হোংলকপগী মওং উবা ফংই। লাইবিক অসিগী শকুক অযাম্বদা সংস্কৃত লোন অমসুং মৈতৈলোন অবিবা অনি যানশিন্নবগা ইবম্বা অসিসু লাইবিক অসিগী মপুং ওইবা ফজবা শক্তম অমনি। মণিপুবী সাহিত্যদা মপানগী লোন কয়া চঙশিল্লক্তুনা মমৈথংদদি মণিপুবী সাহিত্যগী লনগৈ ওইখিবা শক্তম লাইবিক অসি পাবগা খঙবা ঙমই। মসিমক্লা মণিপুবী সাহিত্যবু মশক থিজনবদি লায়বদুনা হেন্না ইনাক খুনবা মবাং কাযবা ফজবা ওইহল্লি। খুদম ওইনা পল্লবদা প্রান থবায় তির্থ লাইফমলেন, গঙ্গা লাইজা, স্বর্গবোহন

নোঙ্গাবা, নিবঞ্জন শিদবা চিন্তা অৱা হুইবাং শোন্না, প্রিযা চান্না থোইববী, শান্ত পুক্লিং তপ্প, বানব যোং, পদ্ম লোচন মিংওং থম্বাল মানবা, ত্রিভুবন মবোন অহুমগী, দর্শন চেংলৌ শকউন্নবমগে, ইন্দ্রনোংথৌ সবাবেন, কপি হনুমন্ত, নীলবর্ন হকচাং শংবানববু, গর্ভ মপুং ফানা, লক্ষ্মী সীতা লাইবৈমা, শ্রুতি বেদ অচৌববু, নিবগুন মতিক অকুববু, সূর্য্য লাইজা ঈবেল পুংগুম্বা, অসিনচিংবা কযা অসিমক্লা লাইবিক অসিবু থোইদোক হেন্দোক্লা হেন্না ৱাংবা থাক্তা পুখৎপদা অচৌবা ইনোৎ অমা পীবি। অসুম্না লাইবিক অসিগী ইবম্বা মওংসু মমাংঙৈদগী লৈজবক্লবা মণিপুৰীশিংগী ওইবা তোপ তোপ্পা অতৈ অতোপ্পা ইথিলনা চঙঙমদ্রবা খুৎইদা তুংগী মীবোলনা খঙবদা ৱানা থোক্লগদবা লোন কযাবু পাবদা নত্রগা তানদা নুংঙাযনবা অশৈবনা যাম্না মমুৎ তানা মচা খাযনা ইদুনা লাইবিক অসিগী লৈতেং ওইনা পুশিল্লক্কুনা মযেক শেংনা খঙবা ঙমহল্লি। অশৈবা অসিনা লাইবিক ইবা মতমদা অবিবা লোন অমসুং মপালগী লোন কযা যানশিন্নদুনা ইববসু হান্নগী মণিপুৰী সাহিত্যগী অশৈবশিংগী খুথাদগী থক ৱাংম্মা লান্না চথোক্তে। উপমা তৌদুনা শৈথাদুনা ইবম্না সাহিত্যগী মশক অবিবা মতমদা ইবম্বা লাইবিকশিংদগী চহীচা ১৮ অসিদা ইখিবা লাইবিক অসিদা হেন্না মপুং ফাবা মবীক চুম্বা অদু উবা ফংই। বাম, লক্ষ্মন, ভবত, শত্রুঘ্ন মখোয মযাম্না কোবৌ নোঙ্গাবগে হাযবা মতাংদা উপমাগী অৱাংবা থাক্কী মশক উবা ফংই। কৌশল্যা কৈকেযী, সুমিত্রা অমসুং মমৌ ইবেম্মা উর্ম্মিলানা মবুংঙো লক্ষ্মন্না নোঙ্গাবমদাইদা অৱাংবা থাক্কী লোন কযা শিজিন্নদুনা উপমা তৌদুনা কাযনববা মচা অমসুং মপুবোইবগীদমক অৱাবা ফোংদোক্কুনা অৱা তেংথাবদা শিজিন্নবিবা বাহৈ ৱাতা কযা অসি অৱাংবা থাক্কী লোনগী মশক অদুমক বাম নোঙ্গাবা কৌবা লাইবিক অসিদা উবা ফংই। অশৈবনা ৱাবীগী মতাং চানা চানা ফজববা বস কযা হাপ্তুনা ইবম্বা অসিমক্লা লাইবিক অসিবু অৱাংবা থাক্তা পুখৎলি।

বসকী মতাংদা কৱান বসকী অযৌবী থাক অদু বাম নোঙ্গাবা কৌবা লাইবিক্তা লবঙ্গ কৌম্বৌজাম্বা অইবা মশামক্লা মফম চানা মবাং কাযনা শীজিন্নে। অদুগা অশৈবগী হৈশিংবা মগুণ চপ চানা উবা ফংহল্লি।

ছন্দগী মতাংদসু মৈতৈগী ওইবা অশেংবা শক্তম চৎনবী কায়হন্দনা অশৈবনা হৈশিংনা অপাবা অতাবশিংবু মিৎ নাকোং চোযহন্দনা পেলহনবা ঙম্বা মতৌ অদু লাইবিক অসিদা উবা ফংই। বীব বসকী মতাংদা মপা মচা বন্দা উন্নববদা লব কুশ মচিন মনাউনা যজ্ঞগী শগোল ফাদুনা থমখিবা মতাংদা খবদি উবা ফংই অদুবু মদুসু মমৈথংদদি মপা মচা শকখঙ মাইখঙনববদা কক্কনা বসতা অদুমক অমুক লাকই।

বাম নোঙ্গাবা কৌবা লাইবিক অসিদা মীওইবনা মাগী পুন্সিগী চেংজেল লোযবক্লবদি মালেম তেঙবানবসিদা মিৎকুপ অমফাওবা চোম্থনা পম্থদুনা লৈথোকপা য়াদে হাযবসি ফোঙদোক্লদুনা শ্রীবাম চন্দ্রনা মশানৌ ইবেম্মা সীতা অমসুং মনাউ ইবুংঙো লক্ষ্মন্না কোবৌ থক্তা নোঙ্গাথ্রবদা মহাক্কীসু মতম লোইবে হাযর্বসি মদোম খঙজখি। মপন পলেম মমাশিং মদাইবেমশিং অমসুং মপাবিশিংনা শ্রীবামচন্দ্রনা কোবৌ নোঙ্গা থৌথ্রগে হাযবকপদা থৌখামজবা মতমদা শ্রীবামচন্দ্র নামুংবনা মীযাম পুন্নমক্তা মহাক্কী পুন্সি চেঙজেল লোইবে মালেম তেঙবানবসিদা শাংথা তুংকোইনা লৈযদ্রে তাকপীববদা মীযাম পুন্নমকসু থম্মোয শোক্লা কপচবা লাউজবা নক্তনা কবিশু তৌবা ঙম্লুদনা অদুমক শ্রীবামচন্দ্রদি নোঙ্গাখি। ❐

# অরোং নন্দকুমার লাইবু নীংবা

অঙনবা মতমদগী মণিপুরী সাহিত্যগী নীংথিজববা চঙখোল্লবা ঈচেল অমা লেপ্তুনা চেষ্টদুনা লাকই। অসুম্না লেপ্তুনা চেষ্টবকপা মণিপুরী সাহিত্যগী ঈচেলদা অহোংবা অমা হান্নগী চেষ্টবকপা ঈচেলদগী লাকখিবসি চহীচা ১৮ অসিদনি। মতম অসি মণিপুরী সমাজদা হিন্দু বৈষ্ণবীজমনা মপাল মউ চাউনা মশা মবেং শন্দোক্লুনা ফগৎলকখিবা তানফমনি। হিন্দুগী লাইনিং লাইশোন্না লমদম অসিগী হান্নগী পরম্পরাগী লাইনিং লাইশোনবুসু অনৌবা লম্বী অমদা থৈদুনা পুখিবা অদুমক মণিপুরী সাহিত্যগী মতমদুগী লাইবিকশিংদা মপুং ফানা মমি তাখি। মতম অসিদা ইখিবা লাইবিকশিংদা মপানগী লোনযান সংস্কৃত বাঙ্গলা যাওবা উবা ফংখি। মণিপুরী লোনগী হেন্না ইনাক খুনবা মবাং কাযবা পুক্কৈ মতমসিদা উবা ফংখি। লাইবিক ইবা মতমদা সংস্কৃত বাঙ্গলা লোন মবক মবক্তা চান চাননা থেৎলগা ইবস্বা অসি মতমদুগী মকওইবা চৎনবী অমা ওইবমই। মক্ত ওইনা লৈবাক অসিগী যুমথোং খুদিংদা হিন্দুগী বেদ শাস্ত্রগী ব্রাবী লাইবিক তানবদা নত্তনা হিন্দুগী লাই লক্ষ্মী নাবান, শিব দুর্গা, হনুমান, গরুড, রাম সীতা রাধা কৃষ্ণ অসির্নাচিংবা লাইশিং অসিবু লাৎনবা অমদি খুরুম্নবগী যাম্না মক্তওইবা মতম অমসু ওইখি। অসুম্না মীশিংগী পুক্লিং অমসুং ব্রাখলদা ঈশ্বরবু অসুক্কী মতিক থাজনা নীংজবা অমসুং লাইশিংগী মগুণবু শক শোনবা হাযবসি মণিপুরী সমাজগী খ্বাইদগী মপুং ওইবা শক্তম অমসু ওইবমই।

চহীচা ১৮ অসিদা মণিপুরী সাহিত্যগী খোঙচত্তা অহোংবা কযামকম উখিবশিংগী মনুংদা লাইবিক ইবা মতমদা অইবগী মিং অমসুং ইখিবগী মতম থাবস্বা অসি যাম্না মক্তওইবা অমনি। লাইনিং লাইশোন অমসুং ঈশ্বরবু কীনা লুনা থাজনা নীংজবা কযাগী মতাংদা চহীচা অসিদা লাইবিক কযামকম ইবস্বা থেংনৈ। খবদং পল্লবদা লক্ষ্মী চরীত্ত, রামায়ণ, মহাভারত, ধ্রুবচরীত, বিধি নোংদম্বা, চন্দ্রগ্রহ্ন, থোইদোক্লা মতীক চাববা ভাক্তনী। অদুগা

মপানগী লম সেনবী কবো ঔরাগী ল্যাইনিং লাইশোনগা মরী লৈনবা লাইবিক সনামনিক, ধনঞ্জয় লাইবু নীংবা অমসুং অবোং নন্দকুমার থোইদোক হেন্দোক্লা শীংথাবা য়াই। অরোং নন্দকুমাব কৌবা লাইবিক অসি মৈদিংঙু চিংথংখোম্বা (১৭৬৩-১৭৯৮) ম্না হাক্তক্তা ঈখি হাযবসি ৱাহৈ খরা অসিনা অসুমক ফোঙদোকই।

> হয়াহে খোইমোম লাইনিংথৌ অৱবা কোরৌ নোংমদোল মালেম লৈখারোল তাইবঙ লৈখারোল লৈময়োল অহুম্মগী মবুংঙো খোইমোম লেঙনা তিনবা পুম্নমগী অসুপ্পবু উনবি পুক্লিং অকনবনা পুরিবা পুর্ন-ব্রহ্মা থোইখোইবগী সুংচিন্ননা পুৱমজরক্কে। কপ্লতক উপাল সিদবদি লতা উবী খোঙযেৎ লৈনা তৌবগুম মতম পুংজা হাঙদবা য়োইনা থৌজাল্লিবা শ্রীশ্রী যুক্ত জয়সিংহ মহাবাজ লোইনাই কৌবা চিংথংখোম্বা কৃষ্ণ ভক্ত সংসংবা নোংথৌবেলগী তুবি ম্না মখোং খাদসুং হন্না হন্না পুৱমজবক্কে।

অদুগা অরোং নন্দকুমাব কৌবা লাইরিক অসি শেনবী/কবো লোন্দগী মৈতৈলোন্দা হন্দোক্লগা ইখিবা মতাং অদুবু অসুম্না ইবম্নই।

> লাইরেল ম্না ময়াথংগী খামবন পাউবোন তাৱবা পোইঁবে ৱাবী অৱববু পাউদম্লবদা লাইবেল ইবুংঙো তাউও। নদাইবেম ঐনা শেনবী পাৱারী অসিবু পোইঁবে মৈতৈলোন্দা তেংথা পরেংথিনা শৈশেমজগে হায়না পুজরকএ। অসুম ৱাকৎচরবদা লাইবেল মৈদিংঙু খোইমোম লাইপোক শঙশঙবনা ইদাইরেম নোংয়াই য়োইবা নাহা থোঙলেন তেংমাই থিনবা নন্দ হাউওইবাও নন্দকুমার ৱারী নুংঙায়বা অসিবু সেনবী পাৱারী অচেৎপা মহাক্লে। পোইঁরে মৈতৈলোন্দা লৈতবিএ। ৱাংঙম তেংথা ওইনা লৈরিংও হায়না থৌজাল লনকুবিরবদা মদাইরেম নন্দ হাউওইবা ক্যাং হাওসি ঙম্নচিংবা থোঙলেন তেংমাই ফম্বনা হাউসি ঙমগচিংনা সেনবী পোংনিংথৌ মুংগন লৈমাবা মনোংয়ায় সেনবী লোনদৈববু পোইঁবে মৈতৈলোন্দা ৱারম মবেং শীন্না হন্দোক্লবগা মৈদিংঙু মদাইরেম চিংখোং পুয়োক ৱাক্তগী লোইশং য়েৎলম লুচিংবা ৱাকমা মতম হন্না শঙলেন তেংমাই থিনবা শ্রীবৃন্দাবন

> মযেংবগা শাগৈ ওইবম লুচিংবা তেংথা হিনাউ কোইবেনগী শ্রীমাধববাম ৱাহেংবগা লোইয়ম নুংবাল পাচা পাযমা শিলৈ বোম্বা উনবী মচাক কৌবা অনিমানা মনুং শিনাইবীচাগুম লৌশিং পুজনা ৱাংঙম তেংথা লিওং খন্না নন্দকুমাব ৱাবী নুংঙাইববু শক কুমশিং ৱাচুন্বা ১৭০৯ লেপলিবা লোইদাম হিয়াঙ্গৈ থাগী মাকমৈ ১৩ নি পানবা ইবাই নুমিৎ অকবা অশ্বিনী তোংচেং কায়নৌ থৱান পিচাক্লা পাল্লিঙৈদা শৈওংলকএ। শ্রী হবিচবন ৱাযেনবগা শ্রী খেলবাম ৱাহেংবগা অনিমানা কোংযাং ৱাযি খেৎত মুকমৈ নাবিল শোন্না লেংচিল্লকএ।

ৱাহৈ পবেং খবা অসিনা ফোঙদোক্লিবদি অবোং নন্দকুমাব লাইপু নীংবগী ৱাবী অসিমক মৈদিংঙু চিংথংখোম্বগী পাউতাক তুংইন্না হাউবমচা নন্দনা সেনবী কবোদগী পুবকখিবা ইং কুমজা ১৭৮৭ (শকাব্দ ১১০৯) গী হিযাঙ্গৈ থাগী পানখৎলকপা ১৩ নি পানবা ইবাই নুমিৎকী অশ্বনী নক্ষএ থৌৱানমিচাক্কী পুংফমদা পোং নিংথৌগী মদাইবেম বসানন্দ কোলসবনা সেনবী কবো লোন্দগী মৈতৈলোন্দা হন্দোকখি। মতুংদা মাধববাম বাহেংবা অমসুং মযেংবম বৃন্দাবন অনীনা শৈহেক শৈদম পাল্লগা হবিচবন ৱাযেনবা অমসুং খেলবাম ৱাহেংবা অনীনা খোর্জ্জে খুত্তা পাযনা নীংথিজনা ইখি। অবোং নন্দকুমাব কৌবা লাইবিক অসি মকওইনা লাইনিং লাইশোন্দা যুম্ফম ওইবা লাইবিক্লি। ঈশ্বববু চেৎনা লুনা থাজনা নীংজববদি অৱা অনা খুদোংথিবা কযাদগী কনবিদুনা লায়না ঙাকথোকপা ঙমই হাযবসি লাইবিক অসিদা মপুং ফানা ফোঙদোক্লুনা ইবমই। লাইবিক অসিগী মপুং ওইবা শক্তমদি লাইনিং লাইশোন অমসুং ধর্ম্ম লৈবা মতৌ অদুবু ফিদম ওইনা ফোঙদোক্লুনা ৱাবেংদা শৈবেংগুম্না ছন্দ মাত্র শেমদুনা তানথা চানা চানা পবীং নাইনা ইবনি। অবোং নন্দকুমাববু ইবিবা অশৈবশিং অসি সংস্কৃত লোননীংথিনা খঙবা মীশক ঙাক্তনী হাযবসি লাইবিক অসিদা সংস্কৃত ৱাহৈগা অবিবা মৈতৈলোনগা পুন্না মবক মবক্তা থেৎলগা ইবম্বা অসিনা মযেক শেংনা তাকই। অদুগা লাইবিক অসিদা সংস্কৃত লোন অমসুং মৈতৈলোন অবিবা অনী পুন্না পুন্না ইবম্বা অসিনসু লাইবিক অসিগী মগুনবু হেন্না ৱাংবা থাক্তা পুখৎলি অদুগা মপুং ফাবা ফজবা শক্তম অমসু ওইহল্লি। চহীচা ১৮ অসিদা

মণিপুরী সাহিত্যগী পুক্কেদা সংস্কৃত লোন চণ্ডলক্তুনা তিনশিনখিবা অদুমক লাইরিক অসিদা মপুং ফানা উবা ফংই। মসিনসু মণিপুরী সাহিত্যগী মশক থিহনবদি লায়রদুনা হেন্নদুম ইনাক খুনবা মরাং কায়বা অমসুং ফজবা মগুণবু হাপকৎলি। খুদম ওইনা খরদং য়েংলবদা নির্বান ফগ্নীরেন, ভগবান খোইমোম লাইনিংববু, ত্রিমালেম মবোল অহুমদা, পলেম গর্ভ পিবুকনুংদা, পদ্ম শিঙলেন থম্বাল, পুর্ন ব্রহ্মা লোক, খোইমোম লাইরেবাক্কী সিংহরাজ শারেন নোংশা নিংথৌ, দিঙ্গা হিহোনবা, চীংঙু ইন্দ্র সোরারেন, সমুদ্র লাইজা ইরেনপুং, স্না সিংহাসন, কৃষ্ণ ভক্ত শংশংবা, অসিনচিংবা।

লাইরিক অসিমক মপানগী লম সেনবী কবোগী ৱারী ওইজরবসু পোইরে মৈতৈলোন্দা হন্দোক্তুনা ইরম্বা মতমদদি অসুক্কী মতিক নিংথিজনা শেন্নগা ইরমই। মণিপুবদা পবমপরাদগী হৌনা মপালগী সাহিত্যগী ফজ ফজরবা ৱারী লাইরিক কয়ামরুম মৈতৈলোন্দা হন্দোক্তুনা মণিপুরী সাহিত্যগী মতিক চারবা লাইরিক কয়ামরুম মতমদুগী অশৈবশিংনা তুংগী মীরোলগীদমক খন্দুনা ইদুনা থম্বীরমই। লাইরিকশিং অদুগী মনুংদা অবোং নন্দকুমাব কৌবা লাইরিক অসিসু য়াম্না মকওইবা অমনি। লাইরিক অসিগী মপুং ওইবা ৱারী অসি সেনবী কবো লৈবাক্কী ওইজরবসু লাইরিক ওইনা ইথোরকপা মতমদদি সেনবী কবোগী লোন অমত্তসু লাইবিক অসিদা য়ানশিন্দুনা ইরমদে। রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রনা মণিপুবগী নিংথৌ ওইখিবা মতম অসিদা লমদম অসিদা হিন্দু বৈষ্ণব ধর্ম্মনা মপুং ফানা চাওখৎখি। মতমসিদা ঈশ্বরবু নীংবা অমদি ধর্ম্ম লৈবা মীবু মীনা নুংশিবা, জীব পুম্নমকপু অচান মীরাই শায়দনা নুংশিবা ঙম্বা মতৌ কয়া অদুবু লৈবাক মীয়ামগী.মফমদা শন্দোক্তুনা খঙহন্নবা কন্না হোৎনখি। মতম অসিদা ঈশ্বর অমদি লাইনিং লম্বীগী মরমদা ৱারী লাইরিক কয়া মৈতৈ য়ুমথোং খুদিংদা তানরমই। অরোং নন্দকুমারগী ৱাবী অসিসু মতমদুদা মৈতৈ খুন্নাইনা য়াম্না থৱাযনা পাম্ননা ৱারী ওইনা তানবম্বা অমনি। নন্দকুমার কৌবা পাখং অমনা নুংশিবুক্কী মপোক লাংওন্দা বরানসী লৈবাক্কী চান্দপুর কৌবা খুঙ্গং অমদা লাইরবী লুখ্রাবী মমিৎসু উদ্রবী, মাগীনি হায়বদা হন্না য়েংবদা কনা লৈজদ্রবী নুপী অমগী মচা ওইনা মীগী মপোক্তা পোক্লখি। মতুংদা মহাক্লা নহালমুক্কী মপোক্তা ঈশ্বরবু চেৎনা লুনা নীংজবগী মহৈনা লাইরেম্মা অহম্বু মাগী তাল্লোয় লৈমা ওইনা তানফংজদুনা বরানসী লৈবাক্কী

নিংথৌ ওইদুনা নুংঙায় য়াইফনা পানখিবা মতাং অদুবু চিন্দা লীনরম্বদগী লাইরিক ওইনা ইথোকখি।

অরোং নন্দকুমার কৌবা লাইরিক অসিগী অহৌবদা বরানসী লৈবাক্কী চান্দপুর খুঙ্গংদা লৈরিবা ফিশাবীশিংনা ভগবানগী মফমদা চৈরে ফি শারগা হিয়াঙ্গে থাদা ঈশ্বরগী মফমদা কৎপসি মতম অদুগী খুঙ্গং অদুগী চৎনবী অমনি। শ্যাং লম্বোইববু নীংজবা নহা অহলশিংনা সাধুশিংগী মফমদা মানা মানা ঙমজবা চৈরেফি কৎনৈ। অসুম্না চৈরে ফি কৎপা অসিদা শ্যাং লম্বোইবা অমখক্তি চৈরে ফি থুংদ্রবদা য়াম্না অতোন অতা তারবা কনা লৈজদ্রবা লাইরবা নিপা অমদি থম্মোয় শোক্না মদোম নুংঙায়জখিদে। মহাক্কী নুংঙায়তবা অৱাবা মতৌ অদুবু অরিবা লোন্দা শৈথারম্বা মতমদা মণিপুরী লোনগী অৱাংবা থাক্কী মরাং কায়বা অমসুং ইনাক খুনবা পুক্কৈবু অপাবা অতাবশিংগী মফমদা ময়েক শেংনা উহল্লি। শ্যাং লম্বোইবগী মফমদা লাইরা অতোন তারবা তম্বা অদুনা চৈরে ফি কৎপা ঙমখিদবা মতাংবু শৈথারকপদা মণিপুরী লোনগী অৱাংবা থাক্কী মশক উথোক্তুনা অসুম্না শৈথারি।

> হে মোমনু পামেল চুমলৈ মহুল্লকপী লোইদাম কুমজিল্লবগুম চেংলৌ শক্লোয় হেনবশিংও উনবি নখোয়গী নহৌশা নমু পুক্লিং অৱাববু য়েংহৈদবগী নুংশি ইতৌ য়েংনা পাউহংবিবা অসিবু ৱারম অওকপা মহাক্লে। কুমসি লোইদাম হিয়াঙ্গে থাগী পুঙ্গি খোইমোম লাইবু নিংবশিংদা ভগবান চৈরে ফিরোয় কৎনা বারানসী লৈবাক পুম্না হুপ হৱাউ পুংবু লেম মাঙখঙ মনিন নাই ৱাংলেন পুংজাউ থিন তরেৎ সেনবুং য়ৈ কামরন নোংমৈ খোঞ্জেন চাউ খোইমোম লাইমিংশক চুকোই লেপলৌ শা অশৈ খোনমান্নবা চীংঙু লাইশঙ কোয়না কোরৌ লনশাববু লম্বোই লাইবু নিঙবা পুম্নমাবুদি ভগবান চৈরে ফিরোয় থুংএ। শ্যাং লম্বোই অতোনবা অমত্তবু চৈরে ফিরোয় থুংলমদে মরম অসিগীদমকপু নুংশি অৱাবা পুনা হকচাং মৈচাক থোইরে। চীংঙু লাইবক থিবনা ইরান করিগী অতোন তা খমখু য়াইচেংনীক্না করম পোক্লম্বনো কল্লকএ। লহান লাংওন অমরক্তা গুরু স্না মখোঙ খাদা য়োইনা থৌখল ৱাৎপগী উনবি পুক্লিং থুংদনা থোক্লরে। ৱারম অসিগীবু অৱা পোৎলুম পুঙমএ।

অসুন্না লাইবা অতোন তাববা তম্বা নিপা অদুগী থম্মোয় শোক্লা নুংঙাইতবা অৱাবা মতৌ অদুবু খোইমোম লাইবৈমা শানৌ মচিন মনাউ অহমনা উকবদা নুংঙাইমনখিদ্রদুনা লাইবা অতোন তাববা নিপা অদুবু থাঙ্গা লৈকাই লান চান্দপুৰ খুঙ্গং কোযনা চত্তুনা শিনৌ লশিং মোইথাপ লংবু নিহল্লুবগা নুজা মথোৎ কাবকপী খোইমোম লাইবেম্মা অহুন্না চৈবৈ ফি শাবগা শ্যাং লম্বোইবা ভগবানগী মফমদা চৈবৈ ফি কৎচখি। মদুদা ভগবান্না পেনবীবদুনা হয়েংমুক্কী মপোক লাংওন্দা নখোয়না নীংবা থুংজবো হাযনা থৌজান লনকুবিখি। অসুন্না মতম অদুগী চৎনবী থাজনবীদা ভগবানগী মফমদা পুক্লিং লূপ্না থাজববা অমসুং চৈবৈ ফিবোয তবেৎপু কচ্চবা ঙম্লবদি মী অদু মী ওইনা পোক্লবসু মীথোই মীহেনবা ওই, অদুগা চীংঙু লাইগী মপোক্তা পোক্লবসু চীংঙু লাই অথোইববু ওই হায়না মীশিংনা লৌনবমই। ঙসাইঙেগী লাইব অতোন তাববা তম্বা নিপা অদুনা হন্দকমুক্কী মপোক লাংওন্দা নন্দকুমাৰ কৌনা বাবানসী লৈবাক্কী চান্দপুৰ কৌবা খুঙ্গংদা লাইববা লুখ্রাবী মমিং উদ্রবী মাগীনি হাযবদা কনা যেংবদা উদ্রবা নুপী অমগী মচা ওইনা পোকখি। অদুগা ঙসাইঙেগী খোইমোম লাইবেম্মা অহুম অদুসু তাইবঙ মপোক্তা খোংদাবক্তুনা শিঙলেন লৈবাং লৈহাউ, চামেল্লৈ লৈমা অমসুং শিঙলেন পদ্ম থম্বাল ওইনা শাওন তৌদুনা উমং অশোংবদা খোইমোম লাইগী শক্তম লৌদুনা লৈখ্রি।

মতাং অসিদা অশৈবনা মণিপুৰী লোনগী তোঙান তোঙানবা ৱাহৈ ৱাতা প্রমান পানথৈ কযামকম মবাং কায়না লাইবিক অসিদা শিজিন্নবা থেংনৈ। মসিনা মণিপুৰী লোনগী লোযনাইদ্রবা পুক্কে অমা অঙনবা মতমদগী লৈবকপনা লোযবা থম্বা নাইদনা চেষ্টদুনা লাকপা অদুবু মযেক শেংনা উবা যংহল্লি। মথোৎ কাবকপী শক্তোই হেনবী অমবু শিঙলেন লৈবাংগা পাংখক ওইনা চাংদম্নদুনা শৈথাবদা শীজিন্নবিবা মণিপুৰী লোনগী ৱাহৈ ৱাতা প্রমান পানথৈ কযা অসিনা অতোপ্পা লৈবাক্কী সাহিত্যগা চাংদম্নকবা মতমদা থোইনা তাথবা ওইদে। শিঙলেন লৈবাং লৈহাউ লৈমগী মপোক লাংওনবু শৈথাবদা শীজিন্নবিবা লোন অশৈবগী ৱাংলবা উপমাগী মশক্লি।

নশাবী লৈমা অহনবীদি তলা ওইনম্বদা হৌবিবা লৈহাউ মকা
চাম্মা শুবগী শিঙলেন লৈয়োন্নুংদা চঙনা মপোক লাংওল্লবে।

> পলেম ইমা শিয়োমনুংগুম শিঙলেন লৈকা য়াম্বনা পুম্না য়োম্নীঙমএ। চমপা লৈযোন্নুংগী নমু মীওই শুনা নাউদবি মখৈবু লৈহাউ মকা ফম্না শাৎপিদে শিঙলেন লৈকা খিবিক্লা মাল্লং নোংশিৎ চঙহন্দনা নোংশা মঙাল যৌহন্দনা লাইজা লিক্লা চঙহন্দনা নাউপুইএ। লৈহাউমনম ওইনম্বনা খোল্লং ঈনৌ ওইনা শিঙলেন লৈযোমনুংদা নুংঙাই মপুং ফানা যাতাএ। অওল ওল্লাং শাউবা নুংথম তুবকচনবনা চঙফদে। অসাইঁঙেগী খোইমোম লাইবৈবাক্কী স্না শঙ্গোয নুংঙাইবা অদুগী পান্দম অমহা ওইনা নুংঙাই পাংখক মান্নেএ। তাইবঙ নমু পোং ওইবনা য়াঙ্গোইফমগা চেংলৌ মিৎযেং চামানিফু লাপ্পা লৈএ। তলা টমংলেনগী লৈহাউ উখোং অদুদা কাওবেল শঙ্খৌ চাম্মনা শঙএ। মানবী লুচিংবনা শঙ্খৌ মঙাইবোই কনাগুম্বা অমত্তবু চোযহন্দে। লোইদাম থাবুম তবা শুদবিবা খৈবু লৈহাউ উপাল কোযনা শঙএ। কাউবেল মবায লোংনা যৈখাই যেক্লচোবা কনাবু চঙহন্দে। লোইদাম থাশিং শুববগা শিঙলেন লৈকা যম্না নাউবৌএ।

অসুম্না নন্দকুমাব থোইখোইবসু লাইববী লুখ্রাবী মমাবু যোক থাক্লবা হোৎনবদা অৱাবা কযা খাঙদুনা চানিংবা চাবা ফংদা শেৎনিংবা শেৎপা যংদনা শীং চন্দুনা, যেল্লাং থিদুনা পলেম মমা লাইববীবু নাউযোব নাউকোনজবা মতাংদা অশৈবনা শৈথাবিবা ৱাহৈ ৱাতা অসি ঙসিগী মীবোলনা ঙাংনা শক্লবিবা অসিদগী তোপ তোপ্পা মশক্নি। মসিমক্লসু মণিপুবী লোন অসিনা কদায ফাওবা মবাং কাযনা ঈনাক খুনবগে হাযবদু তশেংনা তাকই।

> পলেম মমা চেংলৌ মিৎথম তাঙবা মিৎযেং উযোন থাবপীবু নাউযোক্লবা শীংবী পোৎলেন চম্না লৈকাই মীথোঙজিন খুদিংদা শীংপোৎ মমল লৌনা যোনজৈএ। মবান লোনযিম যাইদা কোবৌ নোংমত্তবু লৈজঙমদে। তাবা মানা ৱাঞ্জবকপবু পুকমু লৈতম ফেন যাংকোক খপচোই লৌনা চফু তিল্লাং শৌ ইৱাল খোইদৌ ওৎ তবা চাকলুক হান্না পলেম মমা মচা তঙমন্নেএ। তবা চানি খঙদ নোংদি পলেম খোইমোম লাইওইবীঙ কোবৌ অসি নুমিৎমাদি পাবী ঐনা শীংবী পোৎলেন যোনঙমদে তবা

চানি খঙদববগী তবা চীঙ্গাক ৱাংলে। পলেম উনবি চাপুক লাম্লবসু লণ্ডজ অয়োন ঙাকপীও। হযেং ইনুং শবা তৈনা ওল্লবগা যাওনা শীংজা ৱাইকোইকুগে হায়না হন্না হন্না পাওমেনজেএ। মপাবি কোলায মপাউমেনবু তানা পাবি ইবুংঙো পম্ফৌ লাঙ্গোল তাম্বাও পলেম ইমা ইচাগী চীংঙু লাইবক থিবনা লাইবা অতোন তা খুমখু য়াইচেং নীকপনা থোক্লবনে। তবা নঙনা চাতংদা উনবি খুংনা নম্লা নোংথোইবা অসিবু পলেম নমা ঐনা নুংশি মনিও তম্ববু লৈতবে হাযনা পিবেম খকমা তানা অসুম পাউমেন্নর্বিঙেদা কৌবা চীংনুং শোযবক্লবগী লাইজা ইবিক্লাইনা চেংলৌ মমায তাববগা মাইকৈ নোংপোক পাংনা খোইমোম লাইমকবু পুৱামজববদা তবা চাতংদনা থাংজৌ খুক্তা শৃ পোৎপু লেংদা থোংনা শীংচা ৱাকোই চৎখিবে।

পলেম মমা লাইববীনা মপাবি নন্দকুমাব খোইখোইবনা বাবা মতৌদা থৌবি তেংবাং ঙমদনা মদোম থম্মোয শোক্লা তেংথানা অবা চৈনা পুনা খাংখি। অসুম্না লৈবকপনা লোইদাম থাজা কযা হৌখিদুনা লাংহৈ কুমশিং কযা হৌখিববু খঙহৌদে। অদুক যৌনা বাববসু পলেম মমা মচা অনিনা কোবৌ নোংজা খুদিং থৌকাউদনা খোইমোম লাইনিংথৌ অহুম্মবু মৎকুপ পুংজা খাক্তনা কাউদনবু খুৱামজে। নোংমা কোবৌ নোংজা অমদি নন্দকুমাব খোইখোইবগী অৱাবা মতৌদা নুংঙাইমন্দ্রদুনা স্না কোনুং কাবগা বাবানসী লৈমাবগী স্না থৌগল তৌমিন্নকসি হাযদুনা মকং। মপীজাশিংনা নন্দকুমাবগী মফমদা পাওমেনখি। নন্দকুমাব খোইমোম লাইপোক শঙশঙবনা শীংবী পোৎলেন পুনা মোংবা মবাল য়াইদা হল্লকপদা যাংদৌ লম্বীদা ওসাইঙেগী মকপশিং অদুনা ঙাযবল্লগা নন্দকুমাবগী মফমদা বাবানসী লৈমাবগী স্না নাক্তা থৌগল তৌমিন্নকসে হাযখি। নন্দকুমাবনা মোংবা মবাল যাই যৌববদা পলেম মমাগী মফমদা মাগী মকপশিংনা হাযবকপা বাফম অদুবু তমজখি। পলেম মমানা মপাবিগী মফমদা মাই হাযঙমদনা লৈবাক নিংথৌগী মফমদা চৎকদবা থৌগললোন ব্যবহাব, থকশি খাশি ঙাক্লা চৎকদবা খিবিক মপাবিগী মফমদা তাকপী তম্বীখিবা মতাং অসিবু মশৈবনা শৈথাবম্বা মতমদা মণিপুবী সমাজগী মতমদুগী চৎনবীদা অহল নহা

মরূপ মপাং নুপী অঙাং, লাইগুরু ব্রাহ্মণ বৈষ্ণবনচিংবা কয়াগী মফমদা চৎকদবা লিচৎ শাজৎ লোইনগদবা মওং, ঙাংগদবা ৱাঙাং কযা অদুবু তাক্লদুনা অসুম্না শৈথাবি ;

> নিংথৌ মতিক অকবদি শমু খোঙবু তুম পামেল তিংখং লৌগুম্বনে। পাবি নঙনা থৌগল অযোন থোকপা কাযকববগা পলেম পিমাচা পম্বৌ পামাচাবু লৈতে। থৌজাল কনানা লাঙ্গোল বিগবনো উনবি পবৈচেৎনা লৌশিং ৱাখল হৈও যাথং চিনথোই হাযকগুনো কোলোয অথুম্বনা অহল নথক্কীবু খোইমোম লাই ওইনৌও। নাহা নখাগীবু নঙনা পোকপা নচাগুম্না চান্নৌও পুন্সি চৈমান্নববু পলেম পিমাচাগুম চান্নৌও। পুন্সি চৈমান্নববু পলেম পিমাচাগুম ঙাইবোইনৌও। তাংজা লোঙববু নাপল ময়াই কাবা য়েক্ল পাউনৈ চেনবা মবম অসি খিবিকপু তৌগুনো। তুঙলি মাঙলি য়েংনা পুক্লিং খঞ্জিল হৈও। পলেম চিনগোয ইযাথং অসিবু থৌকাউগুনো। পুন্সি নঙনা চেঙজেল লোমদবিবা মখৈবু ৱাবম অসুম চৎও হাযনা পাউতাক্লবদা পলেম মমা পোকমাবীবু হন্না হন্না পুকন্নন্নবগা নিংথৌ স্না মখোঙ খাদা য়োযনা থৌগল্লুগে হাযবগী মবাল লোনযিম যাযবু থোঙলেন নাতৈ গুাবন্নবগা মকপ থৌজান্নবশিংগা ঙাইবোইননা নিংথৌ স্না মথোঙজিন কোবৌ নোংমদোনবু পান্দম্নবদা কাখিবে।

মতম অমদা মবিপুবী সমাজদা মীশিংনা ঙাংন শক্লবম্বা ৱাহৈ ৱাতাশিং অসি ঙসিগী মীবোলদদি যান্না মবীং মবাংবা তাবদা অর্থ লাযনা লৌশিনবা ঙমদনা খঙবদা ৱানা থোকই। অদুবু মসিমক্তি মতমনা পুবকপা কনানসু থিংলুবা ঙমদবা অমনি। ঙসিমক ঐখোযনা ঙাংন শক্লবিবা লোন অসিদগী হেন্না মবাং কাযবা ইনাক খুনবা হেল্লি হাযকবদা লাল্লোইদবা মবম অমদি অবিবা লাইবিকশিংদা শীজিন্নবিবা ৱাহৈ ৱাতা অসিমক ঙসিগী মীবোলনা খঙবদা ৱানা থোক্লি। মতমগী মতুং ইন্না লোন অসিগী ৱাহৈ ৱাতা ঙাংনা শক্লবিবা কযা অসিদা অচৌবা অহোংবা কযা লাকখ্রে হাযবসি ঙসিমক ঙাংন শক্লবিবা লোন অসিগী ৱাহৈ ৱাতা পুম্নমক হান্না লৈবম্বা অদুদগী পুমহোং হোংখ্রে। মবম অসিনা মতম অমগী মবিপুবী লোনগী ওইবম্বা ফিভমদগী ঙসিদি যান্না চাউনা হোংলে হাযবসি খঙবা ঙমলে।

মমাংঙৈগী মতমদা ঙাংন শক্লবম্বা লোন অদুদগী অনৌবা লোনগী শক্তম অমা উবা ফংলিবা অসিনা মণিপুবী লোনগী মবাং কাযবা ৱাত পাদবা পুক্কে ঙল্লিঙৈ মতমদগী হৌনা লৈবক্লে হায়বসি তশেংনা তাকই।

অবোং নন্দকুমাব কৌবা লাইবিক অসিদা তাঙ্কক কযামকমগী থৌদোক ৱাথোক কযামকমনা পুনশিল্লগা মপুং ফাবা ৱাবী অমা শাগৎনবা হোৎনৈ। নন্দকুমাব থোইখোযবনা বাবানসী লৈমাবা ব্রহ্মতাৎ নিংথৌগী থৌগন তৌবকপা লাংহৈ কুমশিং অনী ফাজিল্লক্লবদা নোংমা কোবৌ অমদি নন্দকুমাবগী খোমলেন মঙলান্দা শমু হকচাং অমগী মখোঙ অনীগী কাবক্তা নমু মীহকচাং অমবু লাইজা ঈশিংগা ঈবোযনদুনা যাল্লগা তাউথবকপদা নন্দকুমাবনা শমু হচাং অদুবু লৌখৎলগা ঈক শান্দেংলগা চামথোক্লমই। নন্দকুমাবনা মকপ মপীজাশিংগা লোযননা ব্রাহ্মণ লাইওইনবগী মনাক্তা চত্তুনা খোমলেন মংপাউ হংল্লুবদা বাবানসী লৈমাববু ওইযু হাযবা লৈযে হাযনা তাকপীবকখি। পাউ অদুবু মকপ মপিজা লোযনবশিং অদুনা ব্রহ্মতাৎ নিংথৌগী মফমদা তম্লুবদগী নন্দকুমাব থোইখোইববু হাৎনবগীদমক পুকপ্পা খাবোনা চীংগী শুক্লবা শা কৈনা থল্লবা উমং অদুদগী থম্বাল লৈকা মনা চামা পানববু হেক্লুনবা যাথং পীখি। খোইযুম লাইপোক শঙশঙবা নন্দকুমাব থোইখোইবনা নিংথৌগী অহকপা স্না যাথং অদুবু পলেম মমাগী মফমদা পাউদম্লবদা পলেম মমানা মপাবি নন্দকুমাবগী হৈনা মতুংইন্দুনা থম্বাল লৈকা চামা পানববু থিবা চৎপদা যাওনবা হাযখি। মপাবি নন্দকুমাবনা পলেম মমাগী মফমদা থৌখামজখিবা মতাংদা মমা মচা ওইবগী তৎন থানবা যাদ্রবা মবী অদুবু অশৈবনা মযেক শেংনা লাইবিক অসিদা শৈথাদুনা ইবমই। মীওইবগী পুন্সিদা অৱাবা নুংঙাযবা কযামকম অসি লৈদুনসু পুম্নমক অসিদগী ইহেন হেনবদি মমানা মচাবু নুংশিবগী লিপুন অসিমদি নমথত্তুনা থক মাংহনবা ঙমদে হাযবসি ফোঙদোক্ল দুনা প্রমান পাহ্লৈনা পাওবৌনদুনা অসুম্না শৈথাবি ;

পাবি ইবুংঙো নংনা নিংথৌ স্না মখোঙ খাদা লঙজ অযোন
লৈকদুনা চীংলেন পল্লংলা অৱাংবনা ননশিলবগুম ননশিনবীবে
পাবী কোলোয় নযাথং অসিবু পলেম নমা ঐগী খোমলেন
মংলানচানসে হায়ববসু পলেম ইমা ইচাগী নুংশি তোঙ্গদবা

> অসিগুম্বদি বাবানসী লৈবাক অসিবু হায়দবসুং মালেম চিথেক মবিমদা লৈবোইযে। পলেম নমা ঐদি চেংলৌ মীথোং মম্বা মথক্তা নুংশি পুকথোং মাঙনা হকচাং মৈচাক থোইবক্লে। তবা ঐবু কনানা চাহনবীগবনো। পাবি হৈনা মতুং ইনগে খুজেং হংচিং লাক্লা শমু পালোয় শম্বীও। খোয়মা নাযোম্লক পামেল উখোংখা লম্লক অতাম্বদা পলেম ইমা ইচা লাইবক মতুং ইন্না নোংমনমিন্নসে হায়না নুংশি লৈদা ওন পিবেম মাযখংননা মীকপএ। পায়মা ঐখোযগী উনকোইনুংদা খোইমোম লাইনিঙ ব্রাৎপগী ওইশিক্লবিঙেনে। খোইমোম কবম্বনা নিংথৌ স্না উনকোই নুংদা চঙলুববগী ব্রাবম থোকঙমদবা অসিবু থোকহনবনো ওম্বোকএ। পলেম নাৱা ইখুঙেগী মখৈবু বাবম অসিগুম্ববুনাতাবক্তে। স্না থম্বাল যাইওইবা লৈকা চামা শুবদি ম্রাইকৈ কবম্বদা লৈঙমলোই হাযনা মালেম লৈদা ওন্না যাইবী নিংশা তৎকে তৌগুমলে।

অসুম্না হায়নবা লৈ, মীনা থোইনা হেন্না কা হেন্না ব্রাববদি অমুক্তংদি নুংঙাইবসু ঈশ্ববনা পীনৈ। নন্দকুমাব পোকপী পলেম মমানা মচাগীদমক ব্রাজবা অসিগীদমক ঈশ্ববনসু মদুবু উবিদুনা মপাবিনা থম্বাল লৈকা মনা চামা শুববু থিবা চৎপদা খোইযুম চীংঙু নোংথৌ সোবাবেন্না মনাই মশলশিং থাদুনা নন্দকুমাববু যাংদৌ লম্বী চীংদুনা পুকপ্পা খাবোনা চীংদা যৌবকখি। মফম অদুদা অহানবমত্তদা খোইমোম লাইবেম্মা লৈমা নিঙথিবী শিংলেন লৈবাং লৈহাউ লৈমনা লৈবিবা মফমদা চঙলক্তুনা শাবী শানৌ অনীনা নহালমুক্কী মপোক লাংওনগী ব্রাবীবু নীংশিংনদুনা পুন্সি পম্বুং যৌমিন্নখি। মতাং অসিদা শাবী শানৌ ওইবগী পুক্লিং ইহুন ফোঙদোক্লখিবা মতাংদা শৈথাবিবা অশৈবগী ব্রাখললোন্না উপমা তৌদুনা প্রমান পাম্বৈগী ব্রাহৈনা পাওবৌনদুনা শৈথাবিবা কযা অসিদা মণিপুবী লোনগী ফজবা মশক কযা উবা ফংই।

> হে ইবুংঙো নপোক লাংওন খংলে। খোইমোম লাইশঙ নুংদা চঙলসে হাযনা কৌশিনখিববগা খোইমোম লাইশঙ অয়ানবা অদুসুং অতিংঙা কোবৌ নোংথাংমদা হনগৎখিবে। নন্দকুমার অথোইবনা লৈমা শন্নাং তোনগা নান তাংজা মশম শেৎনা

যেংববু শিঙলেন লৈহাউ নম্বগী লৈমা ঙর্কাথ লুল্লাংকোন শমু লেংলোযশিংনা হন্না হন্না শিনৌ কুবাং নমএ। অপাম পুক্লিং পেন্দে খোইমোম লাইগী মচা চেংলৌ শককোয হেনবা অদুনা নুজা ইকাই মহৌশা চেংলৌ মমার্যলে শাবল তযাল হৈগুম মোইকাই ঙাঙনা হেনবীবু চিনবাল মোমোন নোক্লা চৈবে যিকক খুমএ। তমবা নিপা ওইবগী পুক্লিং মহৌশাবু পামেন কোনা মহী অথুম্ববু থকনিঙবদুগুমএ। কোলোয মপাউমেনবু কবম চুনবনো। নতৌ নীঙথিবা অসিবু থোইনা নুংওল্লে হায়না খুনু লুমথিৎ চিবোন চন চেক্লা পেনাৎ লিয়েন তম্না শমচু লৈব্রায়নবে। নন্দকুমাব লৌশিংবনা শমু ঐগী ওইবম থাবিবী নুংশি অপেন নাইদবী হে লৈমা নিঙথিবী ও ঐবু পম্বৌ নপা তনবা কাওবেল নিংথৌনা হকচাং শাথি থোকনা নোংমলহনগববা খঙদে হাযনা পাউমেন্নবিঙৈদা মালেম লৈখোঙ নীক্লা তেৎনৌ যুহাবাত্র হাযদববা। কাওবেল শম্বৌ চামঙা মাসুং মালং চৈবোযননা বাই থুংলবে।

অসুম্না লৈহাউ লৈমগী পম্বৌ মপা কাওবেন নিংথৌনা নন্দকুমাব লৌশিংববু খোইমোম লাইশংনুংদা ফন্নম্ববু উবদা খোইমোম লাইমক্কী মপোক লাংওন্না খংল্লি। মমোম লৈহাউ লৈমবু নন্দকুমাবগী মফমদা থাজখি। নন্দকুমাব থোইখোইবগী মফমদা কবি থৌগী মফমদুদা লাকপনো পাউহংবদা থম্বাল লৈকা মনা চামা পানবনা হৌবিবা পুকপ্লা খাবোনা কৌবা পাৎলেন অদুবু থিবকপনি হাযনা পাউখুমখি। শিঙলেন লৈহাউ লৈমগী মপল পম্বৌ কাওবেল নিংথৌনা নন্দকুমাবগী মফমদা পুকপ্লা খাবোনা কৌবা থম্বাল লৈকা মনা চামা শুবনা লৈবিবা মফম্ব তাকপীখি। কোবৌ অঙানবা মানা তাখ্রবদা শিঙলেন লৈমনা মশাবী নন্দকুমাববু ঙসি কোবৌ নোংসিমদি পোখামিন্নবসি হাযদুনা খোযমোম স্না শঙ্গাযনুংদা চঙদুনা শাবী শানৌ ওইবগী ব্রাবী ব্রাতায কযা শামিন্নদুনা নহালমুক্কী মপোক লাংওনবু নীংশিংনখিবা মতাংদা উৎলিবা অশৈবগী কল্পনা হায়নিংঙাই লৈতনা ব্রাংলবা থাক্কীনি।

অঙানবা থোঙলোন খমখিববগী শানৌ মতে মনাউ অনিমদি চৈবে যাকুনুং মোল্লাং তপ্তাই থক্তা যাতাবে। স্না কাংখল নুংদা নন্দকুমাব থোইখোইবনা নুংশি পুক্লিং মতোন চোং ঙকথি

লুম্লাং নিংদোল থুক মালং অচুইবা যাতাননা নুংশি পুকমান্নববদা তাইবও নমু পোংওইবগী হকচাং মপুং ফানা হৈ চাউখোং হাবেপ ফানা হৈ অচাউ লেপফা হৈতাউজিং থুমখোইবা উনবী পুকচু হৈবু খুত্তা শূনা খোমলেন তুমকনমন্নবে। কৌবা চীংনুং শোযবক্লবগী তোংলেং তপ্পা চুম চীংখৈ লৈনা থোঙনা শদু চীংলাই ঙাল্লক্লবদা কাযবৈ লমগী যেন ব্রাবা চেঙজা, নিংথৌবনা চীংখোং যাকৈবক্লে। শানৌ মতৈ মনাউদি খোমলেন মিকপ থোক্লবগী নন্দকুমাব থোইখোইবনা ইশানৌ শিঙলেন লৈহাউ লৈমাও। নিংথৌ স্না মযাথংবু তোকফবোইএ শিঙলেন লৈথি চৎলগে হাযনা পাউমেল্লবগী লৈমা নিঙথিবীদি পিবি ইচেম্ববনা চৈবৈ ফিবোল চোৎলবগী লৈমা শমু মহকশাংবু শিঙলেন লৈনাচুইগুম পুক্লিং অব্রা চঙববু উববগী লৈমা শয়েং পানগা লাক ঙকথি লুম্লাং কোন্না হৌগৎপিবগা লাইজা পাশান্না ঈক্ত শান্দেংলুবে। শানৌ মতৈ মনাউবু যোযমযাই তাউদনবা নুমিৎ অনি থোক্লুম্না ফমন্নববু উজা শুক শিলহৈবনা মহৈ শিনশু যেক্লুমএ। চেংলৌ মিৎকোয থন্না কবম নিঙথিবনো। হে ইবুংঙো নমু মীওই চঙখোনবও নশানৌ ঐদি নুংশি মথোঙ খঙলবোই লৈমা ঐবু পুক্লিং থৌকাউদনা নবান যাঙনা হন্বাযবকও।

পষ্টৌ মপা কাউবেল নিংথৌনা নন্দকুমাবগী মফমদা তাকপীবা মতুংইন্না মশানৌ লৈমা অহেনবী শিঙলেন লৈহাউ লৈমবু থনম্নগা থম্বাল লৈকা মনা চামা পানববু হৌবিবা শিঙলেন চামৈল্লে লৈমগী শমু নাক্তা অমুক ব্রাযথুংখি। শাবী শানৌ অনিনা অহানবা উন্নবমক্তদা নহালমুক্কী মপোক লাংওনগী ব্রাবীবু নীংশিংনদুনা নুংশি লিতিম্ননা হবাউ মথোই তম্না পোম্বী চেক্লা মতৈ মনাউনা মচুমনুংদা শাংথা যাতামিন্নদুনা পোম্বী চিল্লোক্লবা অদুগুম শাবী শানৌ অনিসু খোইমোম লাইশংনুংদা চঙদুনা পোথামিন্নখি। শিঙলেন চামৈল্লে লৈমগী পষ্টৌ শাবেল নোংশা নিংথৌনা নন্দকুমাববু উবদা খোইমোম লাইপোক শংশংবা অমবু লেপ্পা তানফংজবে খনজখি। মমোম চামৈল্লে লৈমবু নন্দকুমাবগী মফমদা থাজখি। পষ্টৌ মপা শাবেল নোংশা নিংথৌনা নন্দকুমাবগী মফমদা শিঙলেন পদ্ম থম্বাল লৈকা মনা

চামা পানবনা হৌবিবা মফম্বু পাওহংজখি। শাবেল নোংশা নিংথৌনা নন্দকুমাবগী মফমদা শিঙলেন পদ্ম থম্বাল লৈকা মনা চামা পানবনা হৌবিবা মফম অদুদি মাযগৈ অব্রাং পাংবদা চৎলগা খোইমোম লাইশঙ অমা লৈবনি। লাইশঙ অদুগী মনুংদা লৈমা নিংথিবী অমা লৈবনি। থম্বাল লৈকা মনা চামা পানবগী হৌফমদি লৈমা মাতনা খঙবনে হাযনা তাকপীখি। খোইমোম লাইপোক ওইববা নন্দকুমাবনা লৈমা নিংথিবী অদুগা উন্নববদা থম্বাল লৈকা মনা চামা পানবগী লৈফম্বু হংখি। মতম অদুদা খোইমোম লাইবেম্মা শিংলেন পদ্ম থম্বাল লৈমনা নন্দকুমাবগী মফমদা মতৌ কবম্না মফমদুদা যৌবকপগে হায়না পাওহংখিবা মতাংদা অশৈবনা শুক্লবা উমংগী দৃর্শ থাবদা শিজিন্নবিবা লোন অব্রাংবা থাক্লীনি। ব্রাহৈশিং অসিনা পুক্লিংদা বাখলদা শুক্লবা জঙ্গলগী দৃর্শবু শঙশঙ উহনবগুম ফাওহল্লি।

অবোং থোইখোইবনা খোইমোম লাইগী মচা লৈমা নিংথিবীও, ঐদি চীংঙু লাইহিংচাববু নত্তে। তনবা নিপা কপ্পুগী নমু মীওই চঙখোলবদি ঐনে। বাবানসী লৈবাক নুংঙাযবদগী লাকএ। কোল্লোয় ঈমিংথোংদি নন্দকুমাব কৌএ। ম্না থম্বাল থিবও হাযনা থৌশিবকএ। থম্বাল লৈকা চামা শুববু মফম কবিগুম্বদা ওঙলিবনো পাউতাকপীও। হে লৈমা নিংথিবীও পাযমা ঐগী উনকোয়নুংদা ম্না থম্বাল হেন্না পাম্বা অমা লৈতে হাযনা পাওমেল্লবদা শিঙলেন থম্বাল লৈমনা হে ইবুংঙো নন্দকুমাব কৌবা ম্না থম্বাল থিবও। বাবানসী নবৈবাক্কা য়োজনা চেংলৌ মিৎয়েং চাম্মা লাপ্পদা ঈন্দাল্লকপা অসিবু লোইদাম থাবুম কয়াশুববনো। লাঙ্গোয় লমশা যাপানবা কাউবেল শম্বৌ লাইবোংবা, পানবা কৈযেল্লা কাযবী যেক শওম খোইমোম লাইহিংচা থিলেন মথা কুইনা খোম্লাং কপ্পাক যৌবী নাপ্প কোম্বোং লম্বু লংশুং থাংদিন লংগুম্বী লাঙ্গোই শামু ময়াগুম য়াবেল থোইনা চাউবী পাযমা মপুক্লংদা তবা পাইওন কোৎকুম্বী মমিৎ চেংলৌ চাশঙবগুম থোইনা ঙাঙবা শওম হিংচাবা মকোক থাদা পকপা মনা লাঙ্গোই শামু নাতানবা চেংলৌ মমিৎ অনীমবু নোংপোক চাকমিং শেলগুম্বা শযেং পাম্বোম লাংবগা ওইশিংখু হিংচাবা থাঙলেন যাইওইববু শমু খুত্তা শুনা

> কোবৌ নোংলোন পাইবা খোইমোম লাইতমথি নমু হিংশোং পাযবা অসিসুং শোঙকিদনা কবম ফাওবকপনো হাযনা পাওহংলবদা খোইমোম লাইপোক শঙশঙবা নন্দকুমার থোইখোইবনা হে লৈমা নিংথিবী ও থাঙলেন ইখুৎশু হেবা যাইওইববু নাক্তা যেপলিবগী খোইমোম লাই হিংচা খৈবিক্লা খোযমা ইমাঙ লেপ্পাপদে।

অসুম তৌদুনা মথক্কী ৱাহৈ পবেংশিং অসিদা শীজিন্নবিবা ৱাহৈ ৱাতা অসি চহীচা ১৮ দা লৈবম্বা মণিপুরী সাহিত্যগী শক্তমনি অদুবু চহীচা ১৮ দগীনা ঙসি ফাওবদা ঐখোযগী মণিপুরী লোন অসি কদায ফাওবা অহোংবা অওনবা লাকখ্রবগে হাযবদ্ ঐখোযনা ঙসিমক ঙাংনা শক্লবিবা ৱাহৈ ৱাতা অসিদগীদি অসুক্কী মতীক খেন্নলৈখ্রে। মতম অমদা ঙাংনা শক্লবম্বা অরিবা মণিপুরী লোনগী ৱাহৈ ৱাতাশিং অনৌবা মণিপুরী সাহিত্যদা শীজিন্নবা শুকউমক উবা ফংদ্রে। মসিনা তাক্লিবদি মণিপুরী সমাজনা মতমগী খোঙলৈদা পুরকখিবা অহোংবা অওনবশিং অদুবু মতম মতমদুগী ওইবা সাহিত্যগী লাইবিকশিংদা মমি তাবম্বা অদুমক মণিপুরী সাহিত্যগী তোঙান তোঙানবা মতমদা ইখিবা লাইবিকশিং অসিদা উবা ফংই। অসুম্না নন্দকুমার থোইখোইবনা পদ্ম থম্বাল লৈমগী নাক্তা ৱাযথুংলবদা নুংঙাই মবাং হৌনা শাবী শানৌ অনিনা পুন্না লৈমিন্নববদা পলেম মমা মমিৎ তাঙলবীনা লৈবমগদবা ফিভম অদুবু খল্লুবদা মদোম থম্মোয শোক্লা তেংথানা কর্পচখি। পদ্ম থম্বাল লৈমনা অবোং নন্দকুমারগী মতৌদা ঙক্লদুনা কবিগীদমক থম্মোয শোক্লা কপ্লিবনো হাযনা পাওহংখি। পদ্ম থম্বাল লৈমনা নন্দকুমারগী অৱাবদু কোক্লবগীদমক মহাক্কী ভুজগা মীবোল থোকপা তেনাৱাবু থাদুনা নন্দকুমারবু পোকপী পলেম মমাগী নাক্তা থাখিবা মতাংদা পোম্বী চেক্লা ফাওবসু মবোল থোকপা ৱাখল লৈবা মতৌ অদুবু ফোঙদোক্লদুনা ৱাংলবা ৱাখললোন্না শৈথাবিবা অসিমক্লা অশৈবগী কল্পনাগী শক্তিবু মপুং ফানা অৱাংবা থাক্তা পুখৎলি।

> পোনবী তেনোই লৌশিংবনা লৈমা স্না মযাথংবু পুনা পোনবী শাগল তুফাং ফু মালং চৈবোয়ননা পাইখিবে। ব্রহ্মাতাৎ মবৈবাকপু য়ৌববদা পোনবী তেনোই লৌশিংবনা নিঙখনখিএ। ইবুংঙো

নন্দকুমাব কৌবগী মবাল লোনযিম যাইবু কদায়নবিগবনো নমু কনাগুম্বগী মবাল লোনযিম য়াইদা তোংলুববসুং ঐবু শমু মীখুৎ চল্লগনে। ঐবু লোইবী ইবেম্মা স্না থম্বাল লৈমনসু পোনবী নঙদি থোইনা পঙএ হায়ডেনে হায়না মাইকৈ অৱাং পাংবগী পামেল উতোল তোংনা নাতাবিঙে ইনুং শোইয়াইমদা নন্দকুমাব কোলোয় মমিংথোংবু তেংথাননা মদোম মীকপ্পকএ। পাবি ইবুংঙো নন্দকুাব চীংভু লাইবক থীব ও পামেল উমং অশোঙবদা তবা চাথংদনা নোংমল্লববা। থম্বাল লৈকা চামমা শুববু থিখঙদনা পানবা চিনকোয় চন্না নোংহামলববা নুমিৎ শিংগুন যামনা নবান হলবাইবক্তবে হায়না মীকপ্পবুনা তাববগী মালং চৈবোইননা যাঙনা পাইথবক্লে। মোংবা যিমজিল তোংনা পাওমেল্লইএ। নুংশি পোৎলুম পুনা মীকপ্পিবী হে ইবেম্মা হনু মযাই কাববী নপাব নন্দকুমাব খোইমোম লাইপোক শঙশঙবদি স্না থম্বাল লৈবু থিখঙলে। মশানৌ শিংলেন থম্বাল লৈমগা নুংঙাই মথোই তোংনা পানমন্নবৌবে। নুংশি ফকফা নীক্লা মীকপ্পগুনো। কোবৌ নুমিৎ তবেৎনি শুবগা যোন্দনা বাইথুংলবঙেনে। নগুইবোল স্না থম্বাল লৈমগা নপাবি নন্দকুমাব অখোইবা অনীমানা থৌশিবকএ হায়না পাউমেল্লবদা চেক্লা মযাথংবুনা তাববগী নুংশি মীকপ তোক্লা হে পোনবী তনোই লোম্বোকপাও কোলোয় মমিং থোংদি কবি কৌবনো হায়না পাওহংববু চেক্লা ইমিং থোংদি ভজগা ও কৌএ পাওখুম্নবদা হে ভজগা লৌশিংবও চিনগোয় নযাথং পাবি ইবুংঙোগা ইহুইবোল স্না থম্বাল লৈমগা অনিমাগী নুংঙাই মথোই তোংববু তানা নুংশি পুক্লিং তমলে।পোনবী নঙগী থৌজান নতীক অকুবদি লাংহৈ কুমশিং যাম্না পামেল উমং নুংদা নমু মীখুৎ চন্দনা পালও চেক্লা নঙবু উবদা ইপাবিগী মশক উবগুম থোইনা হবাউবে।

নন্দকুমাব থোইখোইবগী পলেম মমা মমিৎউড্রবীদি ভজগা তেনৌবা মপাউখোনবু তাববদা মপাবিগীদমক অৱা মৈচাক খাঙলম্না অদুবু কোকচখি। পলেম মমানা হবাও মথোই কানা নুংঙায়জবগী পাউবু ভজগা তেনৌৱানা নন্দকুমাব অমসুং পদ্ম থম্বাল লৈমগী নাক্তা থুনা যাঙনা হল্লক্কুনা তমজখি।

পদ্ম থম্বাল লৈমগী পন্থৌ শিক্ষব সোবাবেন্না মমোমগী মফমদগী খোইমোম লাইপোক শঙশঙবা নন্দকুমাব থোইখোইবগী পবিচয খঙলবদা চীংঙু নোংথৌ সোবাবেন্না মমোম পদ্ম থম্বাল লৈমবু খবাই থক্তা লৈহাপ্পা লৈবোং লাইদা কংনা নন্দকুমাবগী মফমদা থাজখি। শিক্ষব সোবাবেন্না নন্দকুমাবগী মফমদা থৌজাল লনকুবিদুনা মমোম খোইমোম লাইবৈমা অহুমগা লোযননা লৈমা নিংথৌ ওইদুনা বাবানসী মপুং যাইদা নুংঙাই য়াইফনা পাল্লুনবা পাউতাকপীখি। পদ্ম থম্বাল লৈমনা লৈমা লুচিংবী ওইনা অদুগা চামেল লৈমা অমসুং লৈহাউ লৈমনা তাল্লোয লৈমা যাইমা অমসুং লৈমা অতোনবী ওইদুনা মশাবী নন্দকুমাবগা লোযননা দোলাই অমমম তোংদুনা থুনা যাঙনা বাবানসী লৈবাক্কী ব্রহ্মতাং নিংথৌগী স্না কোনুংদা থুংলখি। স্না কোনুং ঙাক্লম্বা নিংথৌগী মনাই মশল পুম্বদি মতৌ অদুদা ঙকপগী ঙমখৈ লৈতনা যেংনখি। দোলাইনা কোবৌ অবাংবদগী মালেম লৈদা তাববদা নন্দকুমাব খোইমোম লাইপোক শঙশঙবদি বাবানসী লৈমাবা ব্রহ্মতাং নিংথৌগী স্না মাঙদা চঙলক্লুনা নিংথৌ স্না মখোঙ খাদা লৈনা পুকামজখি। নদাইবেম ঐনা শিঙলেন লৈবাং থিক্ববু ইবান ওন্দেবক্লে হাযনা নিংথৌ স্না মাঙদা হঙ্গৎচববদা মালেম লৈবাক কোইবা মীযাম পুম্নমক্কা নন্দকুমাবগী চৈবৈ মফিশেৎপু হেবা মনি মনিক থানবগুম উববদা উনবি পুক্লিং ঙক্কা মিৎযেং শানখৈনখি। অসুম্না ব্রহ্মতাং নিংথৌগী মফমদা নন্দকুমাধ খোইমোম লাইপোক শঙশঙবনা মখাতানা নদাইবেম ঐনা নিংথৌ স্না যাথংবু লুদা থোংনা শিঙলেন থম্বাল লৈকো চামমা পানববু থিজকবদি থম্বাল মকা চামমা শুবদি লৈবমদে। খোইমোম লৈমা নিঙথিবী অহুমদংবু থেংনদুনা পুজবকই। লৈমা কোলোয মমিংথোংদি পদ্মথম্বাল লৈমা, চামেল লৈমা অমসুং লৈহাউ লৈমা হায়না কৌই। খোইমোম লাইবেম্মা অহুম্মক অদুবু স্না কোনুংগী স্নথোংদা ইনিংথৌবু ঙায়দুনা লৈহৌই হাযনা পাওদমজববদা ব্রহ্মতাং নিংথৌবেন্দি হবাউ মখৈ লৈখিদে।

ব্রহ্মতাং নিংথৌনা স্না ফিবোয় লমঙানবা থোন্দুনা নিংথৌ খুংশু খুংলাই মশিঙ শুনা মনাই মশল ব্রাহ্মন বৈষ্ণব শুনা য়াওনা লৈমা অহুম অদুবু ওক্লুনবা স্নথোং তান্না লেঙথোক্লকখি। কোরৌ অবাংবদা য়াল্লিবা হিবা মনি মনিক মুক্তা লৈতেংলিবা দোলাই অহুম অদুগী মনুংদা লৈমা নিঙথিবী অহুম্না ফমদেংদুনা লৈবিবা অদু ব্রহ্মতাং নিংথৌনা হেক উবমক্তদা হবাউবগী

পান্দম ঙমখে লৈখিদে। নন্দকুমার থোইখোইবনা ব্রহ্মতাৎ নিংথৌরেনগী মফমদা খোইমোম লৈমা অহুমনা তোংলিবা দোলাই অহুম অদুবু মালেম লৈমায়থক্তা কৌথরগা নিংথৌগী লৈমরেন্বী ওইনবা হায়জববু খোইমোম লাইশঙ অয়ানবদি মালেম লৈদা তারকপগী মহুত্তা কোরৌ অৱাংবদা হেন্নদুম ৱাংনা পায়খৎখি। মতৌ অদুদা ব্রহ্মাতাৎ নিংথৌরেলদি মদোম তাংজা মরূ লুক্লা লৈবাক নিংথৌ চামমা ত্তিনবা মমাংদা ইকাই ফিৱাক খুম্না অসুম্নবু পাওমেনখি। মালেম লৈবাক কোইবা পুম্নমকসু তাবীয়ু খোইমোম লাইগী মচা লৈমা মতিক চাউবী অহুম্মা অসিবু ব্রহ্মতাৎ নিংথৌগী তালোয় লৈমা ওইববু ইতিক নত্তববু ওইরে। ইদাইরেম নন্দকুমার লায়র অতোন তাবগী মপোক লাংওন খুদিংদা দান ধর্ম্ম তৌমিন্নরকপবু ওইরবদি নন্দকুমার লৌশিংবনা পাউকৌবদা শোয়দনবু মালেম লৈদা কুম্লক্কনি। খোইমোম লাইপোক শঙশঙবা ইদাইরেম নন্দকুমার নহাক্লা খোইমোম লাইগী মচা লৈমা মতিক চাউবী অহুম্মক অসিবু মালেম লৈদা কৌথদুনা তাল্লোয় লৈমা ওইনবা তাকপীখি। ব্রহ্মতাৎ নিংথৌগী মফমদা নন্দকুমাব লৌশিংবনা লৈমা নিংথিবী অহুম অসিবু ইনিংথৌগীদমক তাল্লোয় লৈমা ওইনবা পুরকপনি লাইরা অতোন তারবা ঐদি খোইমোম লাইগী মচা লৈমা মতিক চাউবীশিং অসিগী মপুরোইবা ওইবদি ইতিক ইপা ওইদে হায়জখি। ইদাইরেম নন্দকুমার খোইমোম লাইপোক শঙশঙবা নহাকপু শিরুনবগীদমক শুক্লবা শা কৈ, শওম, নোংশা, তাংজ লিন খিবিক্লা থন্না লৈরবা শুক্লবা জঙ্গলদা ব্রহ্মতাৎ নিংথৌ ঐহাক্লা থাববু শিবদি লায়বদুনা খোইমোম লাইগী মচা লৈমা অহুমদুম নিংথৌ ঐগী তাল্লোয় লৈমা ওইনদুম পুরকই। অদুবু খোইমোম লাইগী মচা লৈমা অহুম অসিদি নিংথৌ ঐগী তাল্লোয় লৈমা ওইবদা ইতিক নত্তরে অদুনা নন্দকুমার খোইমোম মপোক শঙশঙবা নহাক্কী তাল্লোয় লৈমা ওইদুনা বারানসী লৈবাক অসিগী নিংথৌ ওইদুনা নুংঙাই য়াইফনা পালহৌরো। ব্রহ্মতাৎ নিংথৌ ঐহাক্তি পুন্সি চেংজেল লোয়শিল্লক্লবনা কোরৌ থক্তা নোঙ্গাখ্রগে হায়দুনা নন্দকুমার থোইখোইবগী মফমদা নিংথৌ খুবম শিন্নরম্নগা কোরৌ থক্তা নোঙ্গাখি। নন্দকুমার খোইমোম লাইপোক শঙশঙবনা মশানৌ খোইমোম লৈমা অহুম্বু মালেম লৈদা কৌথদুনা বারানসী লৈবাক্কী নিংথৌ অমসুং লৈমরেন্বী ওইদুনা পলেম মমা মিৎ উদ্রবীগা লোয়ননা নুঙায় য়াইফনা

পানখি। বাবানসী মীযাম পুম্না হুপ্না খোইমোম লাইপোক শঙশঙবা নন্দকুমাব থোইখোইবা অমসুং মশানৌ তাল্লোয লৈমবেম্বী অহুম্বুসু চেপ্না নোম্না খুকমজখি।

অসুম তৌদুনা অবোং নন্দকুমাব কৌবা লাইবিক অসিগী অবোইবা শকক্তা ঈশ্ববগী মতীক মগুনবু শৈথাদুনা লোযশিল্লি। সেনবী কবো ঔব্রা লৈবাক্তা ভগবান বুদ্ধদেববু মীশিংনা অসুক্কী মতিক কীনা লুনা নীংজবা মতৌ অদুবু অবোং নন্দকুমাব কৌবা লাইবিক অসিগী অবোইবা শকক্তা ঈশ্বববু চেৎনা লুনা থাজনা নীংজবা মীশিংনা মমৈথংদা মায পাকপা নুংঙাযবা যাইফবা মীথোই মীহেনবা ওই হাযবসি উৎলদুনা অসুম্না শৈথাবি।

> চৈবৈ ভগবানবু কৎনা মপোক লম্থোই তাল্লকপা নন্দকুমাব শানৌ মতৈ মনাউ মবীমগী যাইফ মিংলেন অথোইববু বাবানসী চনুবা পাখং লেংনা তিনবা পুম্নমানা নুংশি শামৈ লেন চিনবান তাবি খোং অশৈ খোনমান শরু। তেংথানবে। নন্দকুমাব খোইমোম লাইপোক শঙশঙবনা নিংথৌ স্নাপল্লু ওইববদা কোবৌ হয়া কাংদ কুম্বী যাইচেং নীক্কে। তবা চাথং লামদে। চৈবৈ অযিন তামদে। নমু মীবেন হাঙদনা খোইমোম লাইবু নীঙএ। চীংঙু লাইবমলেন মঙামাবু চেৎনা পায ধর্ম্ম লাইনিং নিপাল মাবু থাদোক্তা খোইমোম লাইবমলেন লমচৎ তবামসুং চেৎনা তৌএ। ফুবা লাইমকগী চীংঙু মতিক অহুমমাবু উর্নাবি লাইনিঙ চেৎনা পামেল উমং নুংদা মচি লনমৰুবু তেৎনৌ শৌজৈ লোন্না থম্বগুম চেৎনা খোইমোম লাইনিং থাদোক্তা নন্দকুমাব শানৌ মতৈ মনাউ মবীমগী লমচৎ মতৌ অসিগুম খোইমোম লাইবু নীঙও হাযনা খোইমোম কতমা ফুবা লাই মরু থোইখোইবনা সেবক মপাবিশিংদা ব্রাবী মখৈ নাইদা শব্দোক্লমএ হাযদববা। নির্বান ফম্বী অথোইববু তানফংগে হাযনা কোবৌ নোংলেন পাইনা চৎলিবশিংও চীংঙু কোলোয় ইপাউতাক অসিবু হ্ম্না হন্না নাতাউও। মতম অদুঙৈগী নন্দকুমাব পলেম মমা পোকমাবী পাতাং নোংচেং ওইবী চেংলৌ মিৎফম তাঙবীদো কলি হকথক অসিদা মহা মায়া লাইবৈমনে। শিঙলেন লৈহাও লৈমদি সেবক লৈমা খৈবিক্কী লৈমা ওইবম লুচিংবী

অসিনে। শিঙলেন চামেল লৈমদি য়াইফ কোলোয় মিংচৎপী ক্ষেমা লৈমা নিঙথিবী সেবক যেৎলম লুচিংবী অসিনে। শাবেল নোংশা নিংথৌদো শবী পুক্র মকপ লুচিংবা শাবেল য়েৎলম ফল্লিবা অসিনে। ভজগা পোনবী তেনোই লৌশিংবদি শানৌ অননাদ কৌবা অসিনে। কোবৌ নোং মখা মবোল অহুমমা অসিদা মীপোক লাংওন লুববোই হায়না নিঙখল্লিবদি মখোয অসি খৈবিকনে। মতম অদুগী শিঙলেন থম্বাল লৈমদি চিছত্রা লৈমবেল শিদবী হুবা অহনবগী পলেম মমা পোকমাবীনে। শিক্ষব সোবাবেল অদুদি অনুবাধা যাইফ মিংচৎলিবা অসিনে। বাবানসী লৈমাবা নন্দকুমাব অথোইবদি তাইবঙ মবোল অহুমমাবু লানবিবিবা খোইমোম লাইমক কতমা ফুবা অথোইবা ঐনে।

ঐসুম তৌদুনা অবোং নন্দকুমাব কৌবা লাইবিক অসিদা মকওইনা মীওইবগী পুন্সি অসি তম্না ঙমদবা খোঙচৎনি হাযবসি মযেক শেংনা উৎলি। অমুক ৱাববদি অমুক নুংঙাইবা তাইবঙ মীওইবগী পুন্সি খোঙচৎনি হাযবসি নন্দকুমাব মমা মচা অমসুং বাবানসী লৈবাক্কী ব্রহ্মতাৎ নিংথৌ অমসুং মমা মচাগী পুন্সিনা মযেক শেংনা উৎলি। ধর্ম্ম লৈতবা মীনুংশিং খঙদবা মীবু মাঙনবা খনবা মীশিং অদুনা কৈদৌনুংদসু অফবা তুং কোইনা চাউখৎপা ওইবা ঙমদে অদুগা ঈশ্বরনসু অদুগুম্বা মীশিং অদুগী মতেং খক পাংদে হাযবসি চাউখ্রবা নিংথৌবেল অমগা লাইবথ্রবা মমিৎ উদ্রবা মমা লুখ্রাবীনা যোকপা নন্দকুমাবগী পুন্সিগা অনী অসি চাংদম্নদুনা যেংবদা নন্দকুমাববু শিকনবা হাযদুনা থাখ্রগা লাইগী মচা লৈমা অহুম্বু ফংলকখিবা অমসুং বাবানসী লৈবাক্কী নিংথৌ ওইখিবা অসিমক্কা তশেংনা উৎলি। বাবানসী লৈমাবা ব্রহ্মতাৎ নিংথৌনা মীবু মাঙনবা হোৎনকবদা ঈশ্বরনা তেংবাংবীদনা মশা মবোমদোম লৈবাক মাংদা ইকাযদুনা নন্দকুমাবগী মফমদা নিংথৌ খুবম শান্নবল্লগা নোঙ্গাখিবা অসিমক্কা মীওইবগী পুন্সি খোঙচৎকী তম্বা ঙমলুদ্রবা থৌশিল থৌদাদা ধর্ম্ম লৈতবা মীনা কৈদৌনুংদসু নুংঙাই যাইফবা মীথোই মীহেনবা ওইবা ঙমদে অদুগা ধর্ম্ম লৈবা মীতনা তুং কোইনা পুন্সিগী খোঙচত্তা মাইপাকপা অমসুং নুংঙাই য়াইফবা ওই হাযবসি অবোং নন্দকুমাবগী শাবী অসিনা তশেং তশেংনা উৎলি।

# ধনঞ্জয় লাইবু নীংবা

লৈবাক অমগী নত্রগা জাতি অমগী চৎনবী খণ্ডগে হাযববদি জাতি অদুগী নত্রগা লৈবাক অদুগী সাহিত্য মুন্না কুপ্না নৈনবা চঙই। সাহিত্যদা লৈবাক অমগী নত্রগা জাতি অমগী মতম মতমগী সমাজগী ওইবিবা ফিভম, লৈবাক ঙাক্লোন, চৎনবী, নাৎ ফিজেৎ, চাকচা, হবাউ কুম্মৈ, লাইনিং লাইশোন অসিনচিংবা কযা অসি মপুং ফানা মমি তাই। সাহিত্যনা লৈবাক অমগী নত্রগা জাতি অমগী তুংগী ইতিহাসকী চাওববা থৌদাং অমসু যাই। মীওইবগী ৱাখলনা লান্না ফঙদ্রবা নীংশিংবদা ৱাববা চহীচা কযাগী থৌদোক ৱাথোক কযামকম অবিবা সাহিত্যদগী ফংবা ঙমই। তশেংবমক সাহিত্য লৈতবা জাতি নত্রগা লৈবাক অমবু মালেমদা মখোযবু কনানসু শকখঙবীদে। মবম অসিনা অফবা চাউখৎপা সমাজ অমা শেম্নবদা সাহিত্যগী থৌদাং চাউনা লৈ। অসুম ত্রৌদুনা মণিপুব সাহিত্যগী অঙনবা মতমদগী হৌবগা লিশাং শিংনা লেপ্তুনা চত্থবকপা লিববা মতমগী সাহিত্যগী লাইবিক কয়ামকম তুংগী চাবোনগীদমক লাইগুম্নবা ঐখোযগী ইপা ইপুশিংনা মবাং কায়না ইবগা থম্বীবম্বদগী ঙসি ফাওবদা অমাং অতা থোক্তনা লৈবি। মতম মতমগী ওইবা অওনবা অহোংবা কযামকম লমদমসিদা লাকখ্রে, মদুনা লমদম অসিগী চৎনবী, নাৎ, লাইনিং লাইশোন, হবাউ কুম্মৈ, যুমলৈ কৈবৈ, কযা অসিগী লমদা অচৌবা অহোংবা অওনবা কযা লাকখিবা অদুমক মতম মতমদুগী মণিপুরী সাহিত্যগী লাইবিকশিংদা মপুং ফানা মমি তাবা উই। মকওইনা লমদমসিদা খ্বাইদগী অচৌবা অহোংবা অওনবা অমা লাকখিবা মতাংদি চহীচা তবানিপাল অসিদর্নি। মতম অদুদা লৈবাক্কী নিংথৌ ওইখিবা মৈদিংঙু পামহৈবগী ম্না হাক্তক অসিদা লৈবাক অসিগী হান্না লৈজবক্লবা চৎনবী, নাৎ, লাইনিং লাইশোন, হবাউ কুম্মৈ, ইবাৎ থৌনি, যুমলৈ কৈবৈ, ফিজেৎ চাকচা অসিনচিংবা মাইগৈ কযা অসিগী লমদা অচৌবা অহোংবা অওনবা অমা পুবক্তুনা লমদম অসিদা চৎনবা হৌখি। মসিমক্লা অচৌবা

লমজিং অমা ওইখিবদগী মণিপুরী সাহিত্যগী লমদসু হান্না চথদুনা লাকপা মওংদগী অচৌবা অহোংবা অমা উবা ফংখি। লৈবাক অসিগী মশাগী হান্নদগী লৈজবক্লবা লোনগী মথক্তা মপালগী অনৌবা লোন অমসুং ৱাহৈ ৱাতা কয়ামকম হাপচিন্দুনা ইবা হৌখিবসু চহীচা ১৮ অসিদনা হেন্না মপুং ওই। মতৌ অসুম্না মপাল লমগী লাইবিকশিং মরু ওইনা হিন্দুগী বেদ শাস্ত্রদা যুম্ফম ওইবা লাই তীনগী ৱাবী, মহাভারত অমসুং রামায়ণগী ৱাবীবু মৈতৈলোন্দা হন্দোক্লুনা লমদম অসিগী সাহিত্যগী মচাক ওইনা ইখি। চহীচা ১৮ অসিদা মৈতৈগী লাইফমশিংগী খুবমদা হিন্দুগী লাইশিংগী ফুবা লাইশঙ শাদুনা লাংপা হৌখি। অসুম্না মণিপুরদা অনৌবা লাইনিং লম্বী অমদা হান্না চংনবকপা অদুদগী হোঙদোক্লুনা খোঙদাবা হৌখিবদগী হিন্দুগী লাই তীনগী মরমদা ইবা লাইবিক কয়া অমসু নিংথৌগী যাথংনা ইহনখি। মতম অদুগী লাইনিং লাইশোনগী লমদা যুম্ফম ওইবা মপাল লমগী ৱাবী কয়া অমসু মৈতৈলোন্দা ইখি। মদুগী মনুংদগী ধনঞ্জয লাইবু নীংবা কৌবা লাইবিক অসিসু থোইদোক্লা শীংথাবদা মতীক চাববা লাইনিং লম্বীদা যুম্ফম ওইবা লাইবিক্লি। লাইবিক অসি মপালগী লৈবাক শেনবী করোগী লাইনিং লম্বীগী লমদা যুম্ফম ওইবা লাইবিক্লি। লাইবিক অসিবু মণিপুরী লোন্দা হন্দোক্লুনা ইনবা ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা যাথং পীখিবা অদুবু অসুম্না শৈথারি ;

> হয়াহে হে লীক্লাই ও লহান নোং পুরৌ পাক্তা মপন যাওবৌ লাংপন কা, শাম্বী লৌতোন লোম্বগী মপন কৈখা যুপৈবা, শাবেন শা নৈবদা নুংবান অঙৌবা মৈতেংঙুগী চীংখোং থৌতাইবেম নোংঙান কাইনা থাক পাযমা লিন্দাংশাং, মকোই যাৱা পুক্লীংশিংবু লৌমা তৈবনা, খুৎথাং থাংমা যৈ, হেপলী চীক্তাই শেম, শৈওঙ নাতৈ থিনা শেনবী পাৱাবী শ্রী ধনঞ্জয লাইবু নীংববু তেংথা নোংদা, না তাবৌবগীদমক মবান ওন্দেবকপদা, নোংয়াই ঈশাবি লাংলেন ৱাপীহন, শোইবেন হান্না লৈফাওবা ও শাবি নঙগী ওঝা লাইওইনবা নুংবান পায়মা ঙানবনা শেম্বী পাবাবীদগী ধনঞ্জয লাইবু নীংববু হেপলী মপা থি, অশৈ লিৱোঙ শকপবু নশানৌ ঐনা অপাম পুক্লিং চঙঙে। শাবি নোংয়ায় লাংলেনহনও ৱাকমা হেপলী মপা থি লংশুং চীক্তাই শমনা মুকমৈ নাবিন শোনবিও। নশানৌ

ঐরাকমা শৈদম্মগে হায়না মশানৌ নোংযাই চন্দ্রমনি লৈবাংতোন্দা শাৎপা উনৌ শোন্দে কোয়া হুনবা শোইবেন লৈফাওগীনবা হুইযাই লীকলু অথেঙবা মতুংদা শাৎপা নশাবি ঐদি পাযমা শিংলিবোম মকোই যাবা পুকথোঙ হাঙঙে। শেনবী পাবী নুংঙাযবা শ্রী ধনঞ্জয় লাইবু নিংববু নুংবান কোলোয মপাওমেন্দগী হেপলী মপা থি লংশুং চীন্তাই শমনা যাথং মতা থিঙমলোইএ হায়না পাওমেনববু হোয যানা শাবি নঙবু নুংবান পাযমা ঙানবগী সেবোক মপাবি লেংনা তিনবা লক্তগী বেদ গন্না খঙংও। লাংতৈ কুমশীং তবামঙাদো পকবা লেংনা তিন্না নমু মীযাম হাযবা নত্তববা। নুংবান কোল্লোয মযাথং মুকমৈ নাবিন শোনবিও হায়না অনৌবা পাওমেল্লবগী নোংযাই মশাবিনা মাই বাকন ঙমদনা শানৌ কৌনা ঙাইবোযনবা থাংযি তাউবুং খোংতৌবা মনোংযাই থাংযি মচেঙ চঙববু তেংথানবাচা সুর্য্যমনি অঙাং লাংজেং মথোকলকপদা রাহৌখিএ। শানৌ নঙবু নাউবা নমান্নবা লক্কী মুকমৈ নাবিন শোনববু লৌমা তৈএ। মযেক লাযনা খঙহল্লে হাযএ। নোংযাই ঈশানৌ লৈবাং অতোনবগী কোল্লোয মযাথং শেনবী পারাবীদগী ধনঞ্জয লাইবু নীংববু মুকমৈ নাবিন শোনবিও শানৌ ঈচিন ঈনাওবু যাথং মতা খনমন্নসে। নশাবি ঐদ ওঝা লাইওইনবা নোংবান পাযমা ঙানবগী কোল্লোয মপাওতাক্তগী হেপলী চীন্তাই থি যাথং মপা শিনগে হাযনা পাওমেল্লবগা লোইদাম লাংবন থা নিন্দুং মাকমৈ কুন্নীপান্নি পানবা কোবৌ নুমিৎ শগোলশেন্না মপুং লেপলিঙে নোংযাই মালেম শেনখোঙ অনেম্বদা নাউযবা চা আনন্দ পুখ্রনবনা শেনবী পারাবীবু হেপলী মপা থিবকএ।

•

ধনঞ্জয় লাইবু নীংবা কৌবা লাইবিক অসি ভাগ্যচন্দ্র মহারাজগী স্না হাক্তক্তা অঙোম নিংথৌগী মন্নাইশিংনা শেনবী কবোদা থোকখিবা শেনবী কবোগী ধনঞ্জয় লাইবু নীংবগী রাবী আসিবু ঈশৈ ওইনা শৈহেক শৈদম পাল্লগা মতম অদুগী অশৈবশিংনা ঈশৈ ওইনা শক্তুনা তাহনখিবা রাবী মতাংবু নীংশিংলগা লাইবিক ওইনা খুম্ননচা চন্দ্রমনিদা ইনবা হাযবদগী নিংথৌগী স্না য়াথংবু মাই হাযঙমদনা মশানৌ আনন্দ পুখ্রনবগা থাঙয়ি

(চেংলৈ) চা অনিনা লোইদাম লাংবন থা নিস্দুং মাকমৈ, থা শিথবকপা কুন্নি পান্নি পানবা কোবৌ নুমিৎ শগোলশেলদা বাধা কৃষ্ণ অমসুং সবস্বতীবু খুবাম্লগা লাইবিক অসি ইবা হৌখি। অসুম তৌদুনা চহীচা তবানিপালদা ইখিবা লাইবিকশিংদা হান্নগী মণিপুবী সাহিত্যগী খোঙচত্তগী অচৌবা অহোংবা অমা উবা ফংই মদুদি লাইবিক ইবা মতমদা হিন্দুগী লাই বাধা কৃষ্ণ সবস্বতীবু অহানবমক্তদা খুকুম্লগা ইবস্বা অসিনি। অদুগা অতোপ্পা অমনা মতম অদুদা ইখিবা লাইবিকশিংদা অইবগী মিং অমসুং মতম পল্লগা ইবস্বা অসিসু তোপ তোপ্পা হান্নগী চৎনবীদগী হোংলকপা মশক অমনি। মণিপুবী সাহিত্যগী খোঙচত্তা চহীচা ১৮ গী মমাংদা ইখিবা লাইবিকশিংদা অহানবমক্তদা কোবৌ মালেম অনিবু খুকুম্লগা ইবা, ইবুধৌ পাখংবা, সনামহী, ইমা লৈমবেল শিদবী অমসুং অতিয়া গুরু শিদববু খুকুম্লগা লাইবিক ইবা হৌই মদুগা অইবগী মিং অমসুং ইখিবগী মতমদি থাবমদে। অসুম্না অচৌবা অওনবা অমসুং অহোংবা অমা লাকখিবা অসিমক্তা মাংওইনখিদুনা লমদমসিগী লৈহাওগী সাহিত্যগী পোখোক্তা যাংশিনবা মশক অমা চহীচা ১৮ অসিদা উবা ফংখি। অদুদসু নত্তনা হান্নদগী চখবকপা খুৎইদগী অনৌবা মাইগৈ অমদা অনৌবা খুৎইগী মশক অমা উবা ফংখি। মতম অসিদা বাবেং সাহিত্যগী নাংথিজববা মশক মণিপুবী সাহিত্যগী লাইবিকশিংদা মপুং ফানা চাওখৎলকখি। অদুদসু নত্তনা অনৌবা মখলগী লাইনিং লাইশোন হবাউ কুম্মৈ, ফিজেৎ চাকচা কযা অসিগী লমদা অনৌবা মখল মথেল কযানা লমদম অসিগী সমাজগী চৎনবীদা চৈথেং পীদুনা অনৌবা ঈনোৎ হাপখিবা অদুমক ধনঞ্জয লাইবু নীংবা কৌবা লাইবিক অসিদসু মপুং ফানা মমি তাই। ধনঞ্জয লাইবু নীংবা কৌবা লাইবিক অসিগী মপুং ওইবা ব্রাবীদি মতম অমদা শেনবী কবোদা নিংথৌ ওইদুনা পানখিবা যিশ্ব খুৎনিংথৌনা মশানৌ ধনঞ্জয লাইবু নীংববু মাগী নিংথৌ ফম্বাল্র মুল্লগনি পাখৎপদগী হাৎনবা হোৎনখি। মদুদা ঈশ্ববনা ধনঞ্জয লাইবু নীংববু কনবীদুনা হাৎপা ওমখিদবা অদুবু শৈথাদুনা ইবুনি।

শেনবী কবো লৈবাক্কী নিংথৌ যিশ্ব খুৎনিংথৌগী মশানৌ ধনঞ্জয লাইবু নীংবা কৌবা অমা লৈবমই। মহাক অসি ঈশ্বববু অসুক্কী মতীক থাজনা কিনা লুনা নীংজবা মীশক অমসু ওইবমই। মহাক্কী তাল্লোয অমসু

লৈরমই, মমিংনা লৈমা ভানুমতৌ নুংওনবী কৌই। ধনঞ্জয় লাইবু নীংবনা থোইদোক হেন্দোক্লা ঈশ্বরবু নীংজবদা মাগী মতম পুম্বা লেল্লমই, মরম অসিনা মশাবী শেনবী কবো লৈমাবা য়িশ্ব খুৎনিংথৌগী মতেং পাংদুনা লৈবাক্কী ৱায়েন থৌদাদা থোইনা পুক্লিং চঙলুবা ঙমলুদে। মহাক্কী তাল্লোয় লৈমা ভানু মতৌ নুংওনবী অসিসু মশক মতৌ ফজবদা সোরারেনগী অপসরা বিদ্যাধরনীগী মতৌগুম চঙখোল্লমই। মশাবী য়িশ্ব খুৎনিংথৌদি মচা নিপা নুপি অমত্তা পোল্লমদে, অদুগা মশানৌ ধনঞ্জয় লাইবু নীংবদি মাগী তাল্লোয় লৈমা ভানুমতৌ নুংওনবীগী খোইজি খাদগী মপারি অনিখক ফংজখি। মমিংনা দেবনারাযণ অমসুং দয়ানন্দ হায়না মিংথোনখি। ধনঞ্জয় লাইবু নীংবনা মতম পুম্নমক্তা মপারি অনিগা লোয়নদুনা ঈশ্বরবু নীংজবনা মহাক্কী মপুং ওইবা থবক ওইরমই। মরম অসিনা মশাবী য়িশ্ব খুৎনিংথৌগী থৌরম তেঙবাংবদা থোইনা পুক্লিং চঙলুবা ঙমদনা নিংথৌগী থৌগলসু মপুং ফানা তৌবা ঙম্লুদে। নোংমা কোরৌ অমদি য়িশ্ব খুৎনিংথৌনা মাগী মনাই মশলশিংদা মশানৌ ধনঞ্জয় লাইবু নীংবনা কোনুং কারক্তবসি লাংহৈ কুমশিং য়াম্লক্তে, মশানৌ মাবু তন্না পাওকৌরুনবা মনাই মশলশিংদা যাথং পীখি। নিংথৌগী য়াথং মতুংইন্না মনাই মশলশিংনা ধনঞ্জয় লাইবু নীংববু কোনুং কারক্লবা ময়ুমদগী কৌখৎপা লাকখি। ধনঞ্জয় লাইবু নীংবনা নিংথৌগী মনাইশিংগী মফমদা ঙসিদি থেংলে হয়েং কোরৌ নোংগা ঙাল্লগা ঙন্তানা স্না কোনুংদা কারক্লগে হায়না পাউমেনজখি। মনাইশিংনা মশানৌ ধনঞ্জয় লাইবু নীংবনা হায়জরকপা ৱাফম্বু য়িশ্ব খুৎনিংথৌগী মফমদা পাও তমখি। মদুদা য়িশ্ব খুৎনিংথৌনা মশানৌ ধনঞ্জয় লাইবু নীংবনা নিংথৌ মাগী য়াথংবু থৌওইদবা অসিবু ইশানৌ মানা নিংথৌ ঐগী ফম্বাল অসিবু মুল্লগে খল্লব্রা হায়না মদোম চিংনদুনা মশানৌগা চান্নবা তিম্নবা মনাই মশলশিংদা মশানৌগী পুক্লিং খংব্রা হায়না পাউহংববু অরিবা লোন্দা অসুম্না শৈথাবি ;

> হয়েং কৌবা মনোং শোয়রবগা নিংথৌ স্না নখোঙ খাদা য়াকারক্কে হায়জরকএ হায়না পাওতল্লবদা খোইয়ম নোংদম খোনগী শনি মীৎয়েং চংলবগী নিংথৌ পায়মা উনগোই নুংদা পুকফত্তা খল্লুরে। নিংথৌ য়াৱা খোঞ্জেল ৱাংনা পাওমেল্লকলে। হে ইদাইরেম মালেম লৈবাক কোয়বশিংও ইশানৌ খোইমোম লাইবু নীংবা অসি উনবি পরৈববু ম্যাল্লে। নিংথৌ ঐবু স্না

ফম্বাল থৈথগে হায়না শংলৌ থৌবাঙববু মাল্লে। তয়ম পাত্র অঙম্বা নখোযবু ইশানৌগা মনুং লিতিন্নববু কনা কনা যাওবনো হায়না পাউহংববু মদাইবেম পাত্র অঙম্বশিংনা পাউখুমখিএ। নদাইবেম ইখোযবু উনবী পবৈ মনুং লিতিন্নববু কনা যাওদে। নশানৌ খোইমোম লাইবু নীংবসুঙ থৌবম অবানবা অসিগুম্ববু পঙনা তৌবিবোইএ হায়না পাউখুম্ববু যিশ্ব খুৎনিংথৌনা হে ইদাইবেম পাত্র অঙম্বশিংও কোল্লোয় নঙখোযগী যাথংনা ইশানৌ খোইমোম লাইবু নীংববু খনবিবা রা অসিবু নিংথৌ ঐনা তাবদি তয়ম নখোযবু মনুং তিন্নববগুম্বা তাইএ। যিশ্ব মনিংথৌদি তিল্লাং মখোয শাউনা যাথং অখা থোকনা পাউখুম্লকপবুনা তাববগী মদাইবেম পাত্র অঙম্বা পুম্নমদি অকি পুক্লীং চঙনা কনা পাউখুম ঙমদবে হায়দনবা।

অসুম্না ধনঞ্জয লাইবু নীংবা কৌবা লাইবিক অসিদা ইবিবা লোন্দা পৃদা অসি যাম্লনক লিবা লোন অমদি ওইদে, অদুগা নৌদা নৌবসু নত্তে। মনিপুরী সাহিত্যদা নোংচুপলোমগী সাহিত্যগী ইথিলনা চঙলক্লবা মতুংদা ইবম্বা লাইবিকশিংগী মনুংদা ধনঞ্জয লাইবু নীংবা কৌবা লাইবিক অসিসু অমনি। লাইবিক অসি ফিকসনগী মওংদা ইবা লৈবাক অসিগী অবিবা সাহিত্যগী মনুংচন্দ্রবসু মযায ওইবা মতমগী মনুংচনবা লাইবিকনি। লোনগী মাইকৈদা যেংলুববসু মপালগী লোন সংস্কৃতকা বাহৈ যাম্না মবাং কাযনা লাইবিক অসিদা শীজিন্নবা থেংনৈ। মণিপুরী সাহিত্যগী পুক্কৈদা মযায চনবা মতম অসিদা মণিপুরী লোন্না কদায ফাওবা অৱাংবা থাক্তা চাউখৎলম্বগে হায়বদু লাইবিক অসিদা মযেক শেংনা উবা ফংই। চহীচা ১৮ অসিদা মণিপুরী সাহিত্যগী চেম্বকপা ঈচেলদা অবি অনৌ শিম্নবগী লাংদাযদা অটৌবা অহোংবা মশক অমা লাকখিবা অদুমক লাইবিক অসিদা চাউনা মমি তাবা উই। মণিপুরী সমাজদা চহীচা ১৮ দা লৈবাক্কী মপী মপা শক্লবা নিংথৌনা লৈবাক মীযামগীদমক খন্দুনা লানগী রাখল থাদোক্কুনা ঈশ্বরগী মফমদা ভক্তি অমসুং থাজবা থমদুনা পুক্লিং রাখল নুংঙাযনা লৈবাক বাযেন চংখিবা অদুমক লাইবিক অসিনা তশেং তশেংনা উবা ফংহল্লি।

শেনবী কবো লৈমাবা যিশ্ব খুৎনিংথৌনা মশানৌ ধনঞ্জয লাইবু নীংবগী মফমদা চিংনবা রাখল কযানা লান্না লমজিংখিবদা নত্তনা মশানৌগা

লোযননা তিন্নবা মকাপ মপীজাশিংগী মফমদা মহাক্কী থাজবা অমত্তা ফাওবা লৈখিদে। মশানৌ ধনঞ্জয লাইবু নীংবগা চান্নবা মকাপ মপাংশিংগী মফমদা খাম্বী মৈনুংদা ইক্কুনা মশানৌবু হাৎনবা যাথং পীখি। যিশ্ব খুৎনিংথৌগী মদাইবেমশিংনা মখোযগী মকাপ ধনঞ্জয লাইবু নীংববু কনবা ঙম্নবোই খঙলবদা ঈশ্বব মাগী থৌজালবু যেংলসি হাযদুনা খাম্বী মৈবু থাবসি হাযনা মখোয মশেল অমত্তা ওইনা লেপ্পখি। যিশ্ব খুৎনিংথৌনা মাগী মনাই মশলশিংবু থাজদবগী ব্রাফম অসিবু মশানৌ ধনঞ্জয লাইবু নীংবগী মফমদা পাউদমখিগনি খন্দুনা মাগী মাগী মযুমদা ফাওবা হলহন্দনা তবা চাক পীজদুনা স্না কোনুংদা অহিং নোংলেনহনখি। যিশ্ব খুৎনিংথৌনা মদাইবেমশিংগা লোযনদুনা অহিং তাংলৌ অথেংবদা মশানৌ ধনঞ্জয লাইবু নীংবগী কোলোয শঙ্গাযবু খাম্বী মৈ থানবগীদমক লাকখি। যিশ্ব খুৎনিংথৌনা মদাইবেমশিংগী মফমদা মশানৌ মাবু খাম্বী মৈনুংদগী চেঙ্গোবক্লবদি থাঙ পাযবনা থেংনববসু থাঙনা যান্দুনা হাৎনবা, তা পাযবনা থেংনববসু তানা থিন্দুনা হাৎনবা যাথং পিখি। অসুন্না তৌবিঁঙে তানজা অসিদা ধনঞ্জয লাইবু নীংবগী তাল্লোয লৈমা ভানুমতৌ নুংওনবীগী খোল্লেন মংলান্দা যিশ্ব খুৎনিংথৌনা লাক্কুনা মযুম মৈ থাবম্ববু অহিং তাংলৌ অথেংবদা মশাবী ধনঞ্জয লাইবু নীংবগী মফমদা খোমলেন মংপাউ তমজখি। মশাবী ধনঞ্জয লাইবু নীংবনা মাগী যেক্লববু কনাসু লৈতে, অহিং তাংলৌ অথেংবা অসিদা খাম্বী মৈ থাবিনবা কনাসু লৈবোই হাযদুনা মশানৌ ভানুমতৌ নুংওনবীগী মফমদা পাউমেনখি। হাযনবিঁঙ তানজা অসিমক্তদা নিংথৌগী মদাইবেমশিংনা কোল্লোয মশঙ্গাযবু খাম্বী মৈবু চুদুনা থাবক্লবদা লৈমা ভানুমতৌ নুংওনবীনা মদুবু উববদা থম্মোয শোক্লা কপচখি। মতৌ অদু উবদা ধনঞ্জয লাইবু নীংবনা ঈশ্ববগী নোংদম লৈবি কবি থোঙনা বাকগনু; নপাবি অতোনবা দযানন্দবু চৈবে নাহোং শাদুনা পোশিল্লু হাযনা মশানৌগী মফমদা পাউমেনখি। ধনঞ্জয লাইবু নীংবনা মপাবি অহল দেবনাবাযনবু চৈবে নাহোং শাদুনা পোশিল্লগা মশানৌ লৈমা ভানুমতৌ নুংওনবীগা লোয়ননা চেনগে হাযদুনা মনিং থোংগী পৌবোল হাংগে তৌকবদা মপান্দা যাম্না কন্না ফাজিল্লমদুনা হাংবা ঙমদ্রবদা ফক্লাংদা যাল্লিবা থাংশাং অদু পাযদুনা ধনঞ্জয লাবু নীংবনা ফক্লাং লেনখাযদুনা মপা মচা মখোয মবিমনা কোল্লোয শঙ্গাযনুংদগী চেঙ্গোবকখি। মশানৌ লৈমা ভানুমতৌ নুংওনবীনা মশাবী ধনঞ্জয লাইবু নীংবগী মফমদা ঙসিগী কোলোয

শঙ্গায মৈথাবসিদি নশাবী যিশ্ব খুৎনিংথৌ যাওনা থাবনে, অদুনা শেনবী কবো কনাগী যুমদা চঙদুনা লোৎকুমসে হাযনা মশাবীগী মফমদা পাউমেনখি। অসুম্না মপা মচা মবিমানা শেনবী কবো কনাগী মোংবা শঙ্গাযদা চঙদনা অথাপ্পা মফমদা চত্তুনা অহিংদা লানজেনখি। যিশ্ব খুৎনিংথৌনা মনাই মশলশিংগী মফমদা মশানৌ ধনঞ্জয় লাইবু নীংবা অমসুং মতু মচা মবিমকপু হযেং কৌবা ইনুং ঙাল্লগা পোৎলোইবগী মথৌ মঙম পাঙথোক্লসি হাযনবগা হল্লকখি। কোবৌ নোংগা ঙাল্লগা নিংথৌগী মদাইবেমশিংনা ধনঞ্জয লাইবু নীংবগী তম্পাক শঙ্গায তন্না লাক্তুনা পন্থৌ মপামচা মবিমগী শমু হকচাংবু থিবদা যংদ্রবদা অন্না হুইশোক লাংনা থম্মোয শোক্লা তেংথানখি।

ধনঞ্জয লাইবু নীংবদি মশানৌ লৈমা ভানুমতৌ নুংওনবীগা মপাবি অনিগা লোযননা লমলক অথাপ্পদা লৈবা উমং অমদা অহিং অদুমা যাইবেক্তুনা লৈখি। লৈমা ভানুমতৌ নুংওনবীনা মমা মচা মবিগী অবাবা মতৌ অসিবু থাইবঙ নোংশাপান অসিদা অনিশুনা লৈবস্লোই হাযনা তেংথাদুনা কপখি। অহিং মতম লোইবমদাই নোংঙানগদবা মতম বাংলেন পুংজা অনিবোম শাৎলিঙদা তাউবা হুইনা খোংবা অমসুং কাইবৈ যেন্না খোঙববু না তাববদা লৈমা ভানুমতৌ নুংওনবীনা মশাবী ধনঞ্জয লাইবু নীংবগী মফমদা যান্না নকপা মফমদা খুঙ্গং অমা লৈবে চাবা হেল্লবা মপাবি অনিবু চানবা তবা চাকপু নিকসে হাযনা মশাবীগী মফমদা পাওমেনজবু মশাবী লাইবু নীংবনা তাউবা হুইনা খোংববু ওইহমলোই, লমল্লকী লমহুইনা খোংবদুম ওইবমগনি, কাযবৈ যেন্না খোংবসু ওইবমলোই লমগী উচেক্লা খোংবা ওইবমগনি হাযখি। ঈশ্বর থাগী থৌজান্দগী খুঙ্গং নক্লা লৈবল্লবসু ইপা ইচা ঐখোয মবিমক্লা নমু যুমথোং চঙনা তবা চাক নিকসে হাযনা পাউখুম্লবদা লৈমা ভানুমতৌ নুংওনবীনা মশাবী লাইবু নীংবগী মফমদা নহাক্তি তনবা নিপা ওইবনিনা তবা চাকপু নিকবদা নমু তাইবঙ কনানা নুংশিবিবোই তবা চাকপু পীবক্লোই, মোমনু চীংঙ্গু লাইবক থিবী ঐবুদি মোমনু নুজা ওইবিনীনা তবা চাক নিকবদা শোযদনা পীবক্কনি ইশাবিও নহাক্লা নপাবি অনিগা লোযননা পামেল উখোং খা অসিদা পোখাদুনা লৈবিবস্মু হাযবল্লগা লৈমা ভানুমতৌ নুংওনবীদি মকোক্তা ফৈজা শাবগা শীংজা মপুন অমা থোনগত্তুনা তবা চাকনিববু চৎখি।

লৈমা ভানুমতৌ নুংওনবীনা কাইবৈ যেন্না খোংবা মাইকৈ যেংনা অসুম লাকপদা তুবেল খোঙবান অমগী মনাক্তা থুংখি। হিদেন মতা ফবা অদুদা হিদিঙ্গা ললোনবা পাঙনশিংনা শগোল শামু ষণ অমসুং হুইগী মঙক্তা থৌবী থুবগা যেনবু পোলাংদা হাপচিন্দুনা হি মথকতা থাংগৎপা উব্ধবদা লৈমা ভানুমতৌ নুংওনবীনা মশাবী লাইবু নীংবনা হাযবা ব্রা ইল্লুদবদগী খুদোংথিবা নংলগদ্রা হাযনা মপুক্লীংদা খনখি। মফম অদুদগী তন্না হল্লকদবসু পাংঙন শংখু লীকতম্না খাকি মনিক লল্লোনবশিংনা মাবু উখ্রবনিনা মখোযনা তান্নবক্লবদি মপুবোইবা অমসুং মচাশিংবু থেংনখিদুনা হাৎখিগদ্রা হাযনা খনখি। ঈশ্বরগী নোংদম লৈবি খন্দুনা অমুক হনবা তৌদনা হিথাং ফমদা থুংখি। হিদিঙ্গা লল্লোনবশিংগী মফমদা শীংবী পোৎলেন অদু থন্নগা অসুম্নবু হাযর্জখি, হে পষ্টৌ মানর্বশিংও নখোযগী তবা চাক অবেম অপাবু নীজগে হাযদুনা নমোমগুন্বী ঐহাক্না মফমসিদা লাকচবনি, পষ্টৌ মতৌ মানবা নখোযনা নুংশিবীদুনা তবাচাক খজিক্তং পীবিযু হাযনা নিজববু অহল মতম ওইববা হিদিঙ্গা লল্লোনবশিংনদি লৈমা মাগী মতৌবু যেংবদা নুংঙাযত্রদুনা তবা চাক অবেমথাক খবদং পীবন্নসি হাযখি। অদুবু নহা ওইবা হিদিঙ্গা কাংবুনা মখোয মশেল অমগা অমগা লোন্না ৱাতানদুনা লৈমা মাবু যাদুনা পুবগা পৈশ্না যান্না পাযবা নিংথৌগুম্বা মীশক্তা স্না লুপা যান্না লৌবগা যোম্লোক্লুসে হাযদুনা লৈমা ভানুমতৌ নুংওনবীবু নমদুনা ফাবগা উপু মনুংদা হাপচিনখি অদুগা অৱাং পাংনা পুখি। লৈমা ভানুমতৌ নুংওনবীদি নুপিজা পাঙ্গল শোনবীনীনা কবিসু তৌবা ঙমদনা মশাবী লাইবু নীংবা অমসুং মপাবি দেব নাবাযন অমসুং দযানন্দবু কৌনা অবা মৈচাক খাংঙমদনা তেংথাদ্না মিকপখি। হিদিঙ্গা লল্লোনবশিংগী মখুত্তগী নাম্লোক্লবা উপায লৈত্রবদা লৈমা ভানুমতৌ নুংওনবীনা মশাদা ইল্লিবা চৈবৈ ফিবু মচেৎ মচেৎ শোগাযবগা মাবু পুবা লম্বীগী লৈবাইদা হুনগত্তুনা থাদবমখি।

ধনঞ্জয় লাইবু নীংবদি মশানৌ লৈমা ভানুমতৌ নুংওনবীনা নুমিৎ তাববা ফাওবদা হল্লক্রবদা মপাবি অতোনবা দযানন্দদি খোম্লাং লাম্লক্লদুনা কপ্লক্লবদা মপল পষ্টৌ লাইবু নীংবনা মপাবিবু শমু নমদা পোবগা কপ্না থেমনা থেমনা মশানৌ হল্লকপবু ঙাযখি। কোবৌ নোংজা অদুমা নোংলেল্লবদা কোবৌ নোংগা ঙাল্লবদা মপা মচা অহুমদি অৱাং পাংনা

লাক্কুনা লৈমা মাগী মাব খোঙ্গুল লিবকখি। অসুম লাকপনা ঙসাইঙৈগী দিংগা ব্রাকযৈ হিথাংফম অদুগী হিদেন তাফম অদুদা পষ্টৌমপামচা অহুম্মক থুংলবদা লৈবাই চাংদোন থক্তা মশানৌ মাগী চৈবৈ ময়িনফি থাদবম্বা অদুবু উববদা পষ্টৌ মপা মচা অহুমদি লৈবাই মুংবি থক্তা তিম্ব্রোক যাংদৌ চোংগুম্না থম্মোয কাযনা মীকপখি। ধনঞ্জয লাইবু নীংবনা পলেম নমাবু পাওন শংখু লীকতম্বা খাগী মনিক লল্লোলবনা পুখিববু মাল্লে, পষ্টৌ ইপা ইচা অহুমদি কবিবু ওইশিবনো হাযনা তেংথাখিবা মতাংবু অসুম্না শৈথাবি,

পাবি দেবনবায়ন অহনবাও পলেম নমা পোকমাবীবু পাওন শংখু লীকতম্বা খাগী মনিক ললওনবন্যা পুখিববু মাল্লে পষ্টৌ ইপা ইচা অহুম্মক্তি কবি ওইশিবনো। হাওবৈ খানা পাংবা লম লাইজা ইবোযননা তাউথখিএ, অব্রাং লাইনা পাংনা মোংবা তুখুন ইন্না কাখিএ হাযবস্ খওলৌদবে। পষ্টৌ ইপা ইচা এখোয অহুম্মক্তি মানবী মপী মাওবা শনগুমলে। হে ন'উবা পল্লেম লাউকোন হাঙলবা খোম্লাং ঈথক তাম্লবা নাবঙগ্রাবু কবি ওইসিবনো। শিক্ষা সোবাবেন স্বযং ভগবান নিববান অতাম্বা চীংঙ্গু নওবু কবি ওইনা উদ্রবনো হায়না পষ্টৌ নপা মচা অহুম্মক্তো চেক্লা পেনাৎ লিথেৎনবা তুগুম্ববু মাল্লেম লৈদা ওন্না অমন খমলৈ কুমগদবা মবমবু মীকপখিযে। অসাইঙৈগী মোমনু চবৈ নিংথিবা অদুবু মাল্লৌ ফিবাক থৎলবগা মপাবি লাউকোন হাঙলবা অনিমক্কী শমু মনঙ্গনথক্তা কুপ্লিবে। পাবি তবা চাথংদববা অনিমা ও পল্লেম নমা অপোকপীনে মনীংও হাযনা মীকপখিএ হাযদববা। পষ্টৌ মপা মচা অহুম্মক্তি কোবৌ নুমিৎ অদুদি য়োয়মযাই লাইবেন তাউদনবসু খোকমৈ নেমনা অঙানবা থোঙলেন খমখিববগী লৈবাই চাংদোনথক দিঙ্গা ব্রাকযৈ হিথাংফম অদুদা কৌবা যাযবেকলে হাযদববা। হযেং কৌবা নোঙ্গাশোয় শোবা তৈমাওন, নোংপোক শোযমাও ঙাল্লক্লবগা মপাবি শ্রীদয়ানন্দ অতোনববু শমু নমদা পো মপাবি দেব নাবায়ণ অহনববু শমু পাল্লোইনদুনা অবাং লাইনা পাংববমদা নগবখুনগংলোই মতোন কবম্ববু লৈবিগবনো প্রান থব্রায হিংনবা চৎসে হায়না মমায় অব্রাং লাইনা পাং, তোবৈ নমশাং ইন, পামেন উবক চঙ, চানা পুচাবোক অশোঙবদা

লাংগোই লমশা খোঙ্গুল ইন্না মাইগৈ লমদম যেংনৈ চংখিববু
খুনু মাষ্টিক তেবা মমা পুচেং লৈনৌবীচা লাংলেন কোঙয়াং
ব্রাখুনু চীংশোং লমলৈমা পোনবী মমা মচানা পামেল উফে
থক্তা খুনু চীনওকচন য়াবেন পুশিন্না তিল্লাং হায়শিংননা তবা
চাযিন্নঙম্ববু চেংলৌ মিংথিংলবগী অনৌবা মীকপখিএ।

অসুন্না ধনঞ্জয লাইবু নীংবনা মপাবী দেবনাবাযণ অমসুং দযানন্দ অনিগা লৈবাই মুংবি থক্তা ঙাইহাক পুঙ্গোই পোখাববা মতুংদা মপন পষ্টৌ লাইবু নীংবনা মপাবি অহনবা দেবনাবাযন্না হান্না শমু নমদা পোবগা তুবেল ব্রাংমা লান্না ইবান্দুনা থম্লুবগা অমুক হন্না মপাবি অতোনববু লৌবা লাকপদা লাইজনুংদা লৈবম্বা লেমলৈ ঙা শাবেং অচৌবা অমনা ধনঞ্জয লাইবু নীংবগী শমু হকচাংবু পুন্না যোৎশিল্লগা লাইজা ঈবোলনুংদা লুপখি। মতৌ অদুবু মপাবি দেবনাবাযন্না শঙশঙনা শমু মখোং থিন্দুনা মীকপ্লবদা তুবেল ব্রাংমদা লৈবিবা মশানৌ অতোনবা দযানন্দসু তুম্লম্বদগী খোমলেন মীকপ থোক্লক্তুনা খোম্লাং লাম্লদুনা কপলক্লবদা শৈব্যা খুঙ্গংদা লৈবা ধোবা হনু মালৈ কাববী ফিশাং শুবিনা তুবেল লাইজা হিদেন্দা ফিশুবা লাকপদ্যা থেংনদুনা দেবনাবাযণগী মফমদা কপ্লগী মবম হংখি। দেবনবাযন্না মপল পষ্টৌ ধনঞ্জয লাইবু নীংববু লেমলৈ ঙা শাবেং অচৌবনা লাইজা ইবাল্লকপদা উমদুনা পুখ্রে, তোর্ব্বান ব্রাংমদা কপ্তুনা লৈবিবা মশানৌ অতোনবা দযানন্দবু লৌকৃবগা মহাক্কী শমুনাক্তা পুবিবক্লবা ধোবা ফিশুবীগী মফমদা হাযজখি। ধোবা ফিশুবনা তুবেল ব্রাংমদগী মশানৌ দযানন্দবু লৌকদুনা পুবক্লবদা মশাবী দেবনাবাযন্না থোকখিবা থৌদোক পুম্বা চিংখদনা ধোবা হনু মাল্লে কাববীগী মফমদা পাউদমখি। ধোবা হনু মাল্লে কাবীনা শানৌ মচিন মনাউবু মচা শক্লা নাউকোন্দুনা যোক্খি।

কোবৌ নুমিৎ শীংবুম কযানি ধোবা ফিশুবগী মবাল যাইদা লৈদুনা শানৌ মচিন মনাউদি নোংমা নোংমগী অচাউ লেপফাবক্তুনা চাওবা শাবেপ ফাবক্লবদা দেবনাবাযণ থোইখোইবনা মনাউনুপা দয়ানন্দগা লোযননা পষ্টৌ মপা অমসুং পলেম মমানা মাংখিবা হিদেন তাফম অদুদা মপল পষ্টৌ মপা অমসুং পলেম মমাবু লাকপবা হাযদুনা কোবৌ নোংজা কাংদনা ঙাযদুনা লৈখি। মযাম্সুং দেবনাবাযন্না মশানৌ দযানন্দগী মফমদা থোকখিবা থৌদোকশিং

অদুবু ৱাবী লীদুনা অমত্তা চীথদনা তাহনখি। অসুম তৌদুনা ঙসাইঙেগী হিদিঙ্গা লল্লোনবশিংনা লৈমা ভানু মতৌ নুংওনবীবু লৈবাক খুদিং কোইনা চত্তুনা যোল্লুববু কনানসু লৈবিনবা লৈত্রদুনা উপু মনুংদা অদুম হাপচিন্দুনা পুবক্লগা মখোযগী পোথাফম হিদেল তাফমদা হলৱাযবকখি। মশাবী দেবনাবাযন্না মশানৌ দযানন্দগী মফমদা ৱাবী লিবিবা অদুবু হিদেন তাফমগী উপু মনুংদা লৈবিবী লৈমা ভানুমতৌ নুংওনবীনা তাববদা হবাওমনখ্রদুনা পলেম নমা ঐহাক্তি উপু মনুং অসিদা লৈএ, পলেম নমা ঐহাকপু থুনা যাঙনা উপু ফক্কাযবগা লৌথোক্লবা লাউবকপবু নাতাববদা শানৌ মচিন মনাউদি ঙকপগী ঙর্মখে লৈখিদে। মশানৌ দযানন্দনা মশাবী দেবনাবাযনগী মফমদা কোনা উপু ফক্কাযনবা হাযজখি। মশাবী দেবনাবাযন্না মশানৌগী মফমদা অশেংবা তাংদাংবা অমা খঙবসু নত্তবদা কবম্না কোনা উপু ফক্কাযকগনি অতৈ অতোপ্পা মিং মান্নববু ওইবমগনি হাযনা থাজদনা মশানৌগী মফমদা পাউমেল্লবদা পল্লেম মমা ভানুমতৌ নুংওনবীনা অমুক্কসু অহৌবা খোঞ্জেলদা মপাবী অনিগী মফমদা পলেম নমা ভানুমতৌ নুংওনবী হাযবদু পলেম নমা ঐহাক্লি কোনা উপু অসি থুনা যাঙনা ফক্কাযনবা অমুক্কসু লাউবক্লবদা থিঙ্খবা তৌদনা শানৌ মচিন মনাউনা কোনা উপু অদুবু ফক্কাযদুনা হাঙদোকখি। পলেম মমা ভানুমতৌ নুংওনবীদি মপাবী অনিবু হেক উবা মক্তদা হবাউমনখিবদগী পীবেম খকমা তানা মীকপ্পদগী লৈমায থক্তা ৱাষ্টদুনা জ্ঞান মাংদুনা তাইথখি। ঈশ্বরগী থৌজান্দগী অমুক হিংগৎলক্তুনা মমা মচা অহুম্মক অহিং অদুদা হিদেন তাফমদা পুন্না কপমিন্নববদা কোবৌ নোংগা ঙাল্লক্লদুনা হিদিঙ্গা লল্লোনবা কাংবুনা হিদেন তাফমদা লাকপদা পলেম মমা মচা অহুম্না তৌবম্বা মতৌ অদু উবদা থুনা যাঙনা হনখ্রগা ধোবা ফিশুবগী মশুমাংদা লাক্লগা যাম্না শাওনা অসুম্না হাযখি। লৈমা নীংথিবী অমত্তংবু শৈব্যা ইনিংথৌদা কৎনবা হাপ্তুনা পুবকপবু নপাবি অনিনা কোনা উপু ফক্কাযদুনা লৈমা নিংথিবী অদুবু লৌথোক্লল্লে থুনা যাঙনা চৎলগা যেংলুসি লাউ হাযবম্লগা দিঙ্গা মপীজাশিংগী মফমদা পাউদম্লনবা থুনা যাংনা অমুক চৎখি। হনু মাল্লে কাববা ধোবা মতৈ মনাউ অনিসু থুনা য়াঙনা হিদেন তাফমদা লাক্তুনা মপাবি অনিগী মফমদা নত্তবা থবক কবিগী তৌকবনো হাযনা পাউহংলবদা পলেম মমা ভানুমতৌ নুংওনবীনা থৌবম নত্তববু তৌবা নত্তে নপাবি

লাংজেং মথোৎলকপা অনি অসিবু পোকচবী পলেম মমা লৈমা ভানুমতৌ নুংঙনবী হায়বীদো ঐহাক্নি ইপারি অনিনা পলেম মমা ঐবু দিঙ্গা লল্লোনবশিংনা কোনা উপু নুংদা শো লোল্লগা ফাদুনা থম্বদগী ফক্কায়দুনা লৌথোকপনি হায়না পাউখুমখি। দিঙ্গা লল্লোনবশিংনা খুদক্তা লাক্কুনা নাৱা অঙাং অনি অদুবু করিগী মীগী মতু হুবনো হায়দুনা মখুৎ তুংবুন পঁরে লাক্কুনা ৱায়েন চৈরাক পীনবা পুখি। অসুম্না দিঙ্গা লল্লোনবা সংখু লীকতম্বশিংনা নিংথৌগী স্না মাঙদা মখুৎ লোন্নদুনা অসুম্নবু ৱাকৎখি। হে শৈব্যা লৈবাক্কী মপুরেনও ননাই সংখু দিঙ্গা লল্লোনবা কাংবু ঐখোয়না লৈমা নীংথিবী অমবু ইনিংথৌদা কৎচগে হাযদুনা কোনা উপু নুংদা শো লোন্দুনা থমজববু ধোবা মঁল্লে কারবগী মপাবি অনি অসিনা কোনা উপুগী শো ফক্কায়দুনা লোন্না লৌথোল্কমলে মদুগীদমক মতীকচাবা চৈবাক পীবিয়ু হাযনা ৱাকৎলবদা শৈব্যা নিংথৌনা অঙাং অনি অদুগী মশক য়েংগে পুশিল্লকউ হায়রবদা নিংথৌ স্না মাঙদা নাৱা অঙাং অনিবু পুশিল্লকখি। নিংথৌনা অঙাং নাৱা অনিগী চেংলৌ শকপাম্বোংবু উবামক্তদা মপুক্কীংদা চীংনবা পোর্কখি।

ঙসাইঁঙেগী লেমঁলৈ মীচাবা শাবেং মী মানবনা য়োৎখিবা ধনঞ্জয় লাইবু নীংবদি ঈশ্বব মাগী থৌজাব্দগী লেমঁলৈ ঙানা চাবা ঙমদনা লেমঁলৈ ঙাগী পীবুক্কুংদা খোংগ্রাই চ্দুনা ঈশ্বরগী নিং শোন্দুনা লৈখি। অসুম্না ঙা শারেং অদুগী পীবুক্কুংদা লাই নীংদুনা লৈববদা শৈব্যা লৈবাক্কী ঙা ফাবা দুমশিংনা ঙা ফানবগীদমক চাউববা ঈন অমা তম্বা নিপা তরামঙানা থাবদা ঙসাইঁঙেগী লেমঁলৈ চাউথোইবা শারেং অদুবু মোংবা ঈনপুক্কুংদা চল্লবগী ঈল্লিক লৈমায় খোম্না তম্বা নিপা তরামঙানা ঈন অদুবু শোনবদা লেমঁলৈ শাবেং মী মানবনা ঈন লান্দুনা চোংগে হোৎনবদা ঙমদনা ঈন্নুংদা তাখি। দুম ঙা ফাবা মঙাইবোইশিংনা ঈশিংদা লুপ্তুনা য়েংবদা লেমঁলৈ, ঙা শাবেংনী হাযবা খঙলদুনা ঈন অদুবু লৈঙোয় শেক্তা মথক্তা চীংখক্তুনা লেমঁলৈ ঙা শারেং অদুবু ফাখি। লেমঁলৈ ঙা শারেং অদুগী চাউবা শাংবা মতৌবু উবদা দুমশিংনা মপুক্কীংদা হরাউ মথোই কানা নুংঙায়খি। ঙা ফাবা দুমশিংনা লেমঁলৈ ঙা শারেং অসি চাউমল শাংমল্লি অদুনা শারেং অসিবু শৈব্যা ইনিংথৌদা কৎলসি হায়দুনা তম্বা নিপা মরিবু নিংথৌদা পাও হুংগৎলুনবা চৈরাক কোনুংদা লাকখি। স্না কোনুং য়ৌরবদা নিংথৌনা দুমশিংনা লাকপগী মরম

হংলবদা ঙা ফাবা দুমশিংনা অসুম্না খুমখি। শৈব্যা লৈবাক্কী ইনিংথৌও ননাই ঐখোয় ঙা ফাবা তবামঙানা ঈন চিংবদা লেমলৈ ঙা শাবেং অচৌবা অমবু ফাঁজেএ, অসুক চাউধা লেমলৈ ঙাদি ঈপা ঈপুশিংনসু মমাংদা ফাখিবগী ৱাবীবু লৈতেএ মবম অদুনা শৈব্যা ইনিংথৌনা লেমলৈ ঙা শাবেং অদুবু যেংবীয়ু হায়জববদা শৈব্যা নিংথৌদি হবাউনা য়াবদুনা মনাই মশল মযামগা লোযননা দোলাইথক্তা লেঙখত্তুনা লেমলৈ ঙা শাবেংবু যেংবা লাকখি। শৈব্যা নিংথৌনা মনাইমশলশিংগী মফমদা লেমলৈ ঙা শাবেং অসিগী মবুক অসিবু যাম্না কা হেয়া কংমল্লি মবুক মনুংদা কবি যাওবগে হাযবদু লেনখাযদুনা যেংউ হাযনা যাথং পীবদগী লেমলৈ ঙাপুক ফাংনা লেনখাযদুনা যেংবদা ঙসাইঙৈগী যিশ্ব খুৎনিংথৌগী মশানৌ ধনঞ্জয় লাইবু নীংবদি লেমলৈ ঙাবুকনুংদা মোমোন মোমোন নোক্লা লৈবম্বা উবদা শৈব্যা নিংথৌদি ঙকপগী ঙমখে লৈখিদে। শৈব্যা নিংথৌনা ধনঞ্জয় লাইবু নীংবগী মফমদা মাগী ভশেংবা তাংদাংবা মমিং মথা লৈফম হংলবদা যিশ্ব খুৎনিংথৌগী মশানৌ খোইয়ুম লাইবু নীংবা ধনঞ্জয় লাইবু নীংবা কৌবদো ঐহাক্লি ইশানৌ তাল্লোয মকম্বীগী কোলোয মিংলেন্না লৈমা ভানুমতৌ নুংওনবী কৌই, অদুগা ইপাবি অনিগী মমিংনা দেবানাবাযন অমসুং দযানন্দ কৌই হাযনা পাওখুম্লবদা ধনঞ্জয় লাইবু নীংববু শৈব্যা লৈবাক্কী নিংথৌনা হন্না হন্না খুকমজখি। শৈব্যা লৈমাবনা ধনঞ্জয় লাইবু নীংববু শৈব্যা লৈবাক্তা লৈবিনবা হাযজবদগী ধনঞ্জয় লাইবু নীংবদি শৈব্যা লৈবাক্তা লৈখি। শৈব্যা নিংথৌসু নাপেৎ কৌদুনা মশম মনা কোকথোক্তুনা লাইনিং ভক্তি লম্বীদা চঙজখি। শৈব্যা নিংথৌনা খোইয়ুম লাইবু নীংবগী সেবা তৌনবা মমোম মথোৎ কাবকপীবু লৈএ হায়জববু ধনঞ্জয় লাইবু নীংবনা ঐগী তাল্লোয লৈমা ভানুমতৌ নুংওনবীবু নত্তনা অতৈ কনাবুসু সেবা চঙফবোই হাযখি।

ঙসাইঙৈগী দিঙ্গা কাংবুনা ফাবকপা অঙাং নাৱা অনিবু শব্যা নিংথৌনা মখোযবু পোকপা পলেম পষ্টৌ কনানো হাযনা পাউহংবদা অঙাং নাৱা অনিনা মখোয়বু পোকপা পলেম মমাগী মমিংদি লৈমা ভানুমতৌ নুংওনবী কৌই অদুগা মপল পষ্টৌগী মিংলেন্দি ধনঞ্জয় লাইবু নীংবা কৌই হাযনা পাওখুম্লবদা শৈব্যা নিংথৌনা মাগী লৈবাক্তা লৈবিবা ধনঞ্জয় লাইবু নীংববু মনাই মশল থাদুনা থুনা য়াঙনা কোনুংদা কৌথৎহনখি। শৈব্যা লৈমাবগী

মমাংদা অঙাং নাৱা অনিনা পলেম মমা অমসুং পন্থৌ মপা কায়নখিবগী ৱাবীবু শিংশিংনা লিববদা ধনঞ্জয় লাইবু নীংবনা অঙাং নাৱা অনি অদু মপাবি দেবনাৱায়ন অমসুং মপাবি অতোনবা দয়ানন্দনি হায়বা খঙলবদা পীবেম খকমা তানা কপখি। মতৌ অদু উবদা লৈবাক মীযাম পুম্নসু পীবেম খকমা তানা কোবৌ নোংনা খোংবগুম হৌনা কপ্পখি। পলেম মমা ভানুমতৌ নুংওনবীসু ধোবী মাল্লে কাবীগা লোযননা স্না কোনুংদা লাক্কুনা মপা মমা মচা মবিনা পুন্না উন্নববদা হবাউবগী ঙমখৈ লৈখিদনা মপাবি অনিবু কোন্দুনা কপখিবা মতাংবু অসুম্না শৈথাবি;

তযুম পাত্র অঙম্নশিংও শ্রী গুরু অথোইববু পাউকৌখৎলুও হাযনা থৌশীখিবে। মদাইবেম নিংথৌ পাউখোন পুবনা গুরু স্না মথোঙজিনবু তান্না চৎখিবে। শ্রী গুরু অথোইবদি তবা লুকতংবগী লাইজা চীনকুপ ঙম্নগী মদাইবেম নিংথৌ পাউখোন পুবনা শমু মখুৎ লোন্না ৱাকচচখিযে। হে ইষ্টদেব গুরু অথোইবা ও শেনবী ৱাযেনশঙদা কাবিবকও হাযজবকএ। নদাইবেম পাত্র অঙম্নবু লেংনা তিন্না শৈব্যা খুর্নিনংথৌসু যাযদা শের্নবী চৈবাপ ৱার্যেল্লিযে ৱাবম তুনুং লংলা পুনগুম্না অমবু থোক্লে। ৱাবম মতাথিনা ৱাযেনমন্নসে হাযনা থৌশীবকএ হাযনা পাওমেল্লবদা ইষ্টদেব গুরু অথোইবসুঙ স্না দুলাই খোঙওইনা মনাই থৌগন যাম হুমাই খোকশাং খান্না শেনবী চৈবাপ ৱাযেন শঙদা ৱাইথুংলবে। মদাইবেম পাত্র অঙম্নশিংনা মালেম লৈদা পক্লা পুকম্নবে। নিংথৌ শমু মখোঙ হৌনা লমওক্লুবে। শাবেন যেৎলম স্না ফান্দেং থানা ফমফমহল্লে। প্রনদ মালেম লৈকোয ফম্বনা ৱাহমখিযে। হে ইষ্টদেব গুরু অথোইবা ৱাবম মতৌ ওঙ্খোকপা অমবু লৈএ। ম্নাথং ময়েক থিনা ৱাহম্বিও হাযববদা অসাইঙৈগী দেবনাৱায়ন শ্রীদযানন্দ নাৱা অনীমক্তি চাংজৌ চেপ্পা লোন্না লহান নোং ম্রিশ্ন মবৈপুংগী হৌনা মপল শ্রী ধনঞ্জয খোইমোম লাইবু নীংবা পল্লেম মমা মচা মবিমানা নুমিৎ শীংবুম যাম্না হুয়েন লাঞ্জেল্লকপা, পল্লেম মমা ভানু লৈমা নীংথিবীবু পাঙন সংখু লীকতম্বা খাগী দিঙ্গা ললওনবশিংনা ৱাকযৈ হিকুনুংদা হাপ্পা পুখিবা; মপা মচা অহুম্মনা মাইগৈ লমদম খঙদনা চৎলকপা, ধোবা হিদেন

মতাবমদা লাইজা ইবাল্লকপা পষ্ণৌ মপা খোইমোম লাইবু নীংববু লেমলৈ পীবুক্কুংদা য়োৎখিবা অসি য়ৌনা তম্ববু না তাববদা ইষ্টদেব শ্রী গুরু অথোইবদি থম্মোই ঈথক হৌবনা থোইশিল্লক্কবগী মালেম লৈদা ওন্না মপাবি অনীমক শমু খুৎনা লাম, পায়মা নিংসা মপী হোন নুংশি মতৌ কবম্মু লৈতানা মপাবি অনিমাবু ঙকথি লুল্লাং কোন খজাই লেংলোই চুপ অসুম মীকপ্পববু উববগী শৈব্যা খুন্নিংথৌ প্রনদ মালেম লৈকোয় ফম্বনচিংনা মদাইবেম পাত্র অঙম্বা প্রজা লৈবাক পুম্নমানা নাহা নুবী হনু হনবা কনা খাক্কনা শেনবী চৈবাপ ব্রাযেন শঙবু নিন কবো চাংসোয় ঈবাউখোনগুম মীকপ্পবে হাযদববা।

ধোবা হনু মাল্লে কাববা ফিশুবা শাবী মতে মনাউদি খোইযুম লাইবু নীংবগী মপাবি অনিবু যোক্লম্বগীদমক শৈব্যা লৈমাবনা মতীক চাবা লনথুম স্না লুপা ফৌগে চৈঙ্গে মবাং কাযনা পীবদা নত্তনা কোলোয শঙ্গায নীংথিববু শাবীদুনা নুংঙাই যাইফনা লৈহনখি। ঙসাইঁঙেগী পাঙল শংখ্ব লীকতম্বা খাগী দিঙ্গা লল্লোনবশিংবু শৈব্যা লৈমাবনা যাইবী থব্রায পীখম্নহনখ্রে হাযনা মনাই মশলশিংদা শীন্নববদা ধনঞ্জয লাইবু নীংবনা দিঙ্গা লল্লোনবশিংগী থবাযবু শৈব্যা নিংথৌগী মফমদা কনবীনবা হাযজববদা শৈব্যা নিংথৌনসু ইষ্টদেব গুরু লাইবু নীংবগী ঙাকপীহৈবা ধৰ্ম্ম লৈবা মতৌদা পেনখ্রদুনা খাগী দিঙ্গা লল্লোনবশিং অদুবু মোংবা মবাল যাইদা হলহনখি। ধনঞ্জয লাইবু নীংবদি মশানৌ ইবেম্মা লৈমা ভানুমতৌ নুংওনবী অমসুং মপাবি দেবনাবায়ন অমসুং দযানন্দ অনিগা লোযনদুনা শৈব্যা নিংথৌনা চঙজফম পীদুনা শৈব্যা লৈবাক্তা নুংঙাই যাইফনা লৈখি।

ঙসাইঁঙেগী শেনবী কবো লৈমাবা মশাবী যিশ্ব খুৎনিংথৌদি অহল মতম ওইবক্লদুনা পুন্সি চেংজেল লোযবক্কনা নোংমনখ্রবদা যিশ্ব লৈবাক্কী নিংথৌ ওইবিনবা লৈত্রবদা মশানৌ ধনঞ্জয লাইবু নীংববু থিবকপদা শৈব্যা লৈবাক্তা নুংঙাই য়াইফনা লৈবে হাযবা তাবদগী যিশ্ব লৈবাক্কী মীযাম্না নিংথৌ ওইনবা পীনবীযু হাযজখি। শৈব্যা লৈমাবনা ইষ্টদেব লাইবু নীংবগী মফমদা যিশ্ব লৈবাক মীযামগী অপাম্বদু পাওদমজববদা ধনঞ্জয লাইবু নীংবসু যিশ্ব লৈবাক্তা অমুক হন্দুনা নিংথৌ ওইববু যাববদা বজায বেঙ্গুল পেবে শিঙ্গা খোংদুনা ধনঞ্জয লাইবু নীংবনা মশানৌ লৈমা ভানু মতৌ নুংওনবী

অমসুং মপাবি অনিগা লোননা দোলাই থক্তা লেঙখৎলবদা শৈব্যা লৈমাবনা মপা মচা মবিমবু যিশ্ব লৈবাক্তা থিনখি। ধনঞ্জয় লাইবু নীংবনা মশানৌ লৈমা ভানুমতৌ নুংওনবীগা অনিনা লৈমা নিংথৌ ওইদুনা পাল্লবদা যিশ্ব লৈবাক্কী মীয়ামদি নুংঙাই যাইফনা পানখি।

মৈদিংঙু চিংথংখোম্বনা নিংথৌ ওইদুনা লৈবাক অসিদা পানখিবা মতম অসিদা লমদম অসিদা অনৌবা মখল মথেলগী কলা ৱাবী লীবা, লাইবিক হাযবা থিবা, হৌদোক্লুনা লমদম অসিগী মীয়াম্বু ঈশ্বরগী মবমদা বাবী লাইবিক তাহন্দুনা বেদ শাস্ত্র নৈনবদা হেন্না পুক্নীং চঙনখি। ঈশ্বরগী মযমদা ভক্তি অমসুং শ্রদ্ধ লৈবা মীশিংগী পুন্সিগী অফবা নুংঙাযবা ওইদুনা অৱা অনা কযাদগী লাযনা ঙাকথোকই হাযবসি ফোঙদোক্লুনা ইবা লাইবিক কযা অনৌবা মখলগী মণিপুবী সাহিত্যগী মথেল অমা ওইনা লমদর্মসিদা উবা ফংখি। ধনঞ্জয় লাইবু নীংবগী বাবী অসিসু মতমদুদা ঈশ্বরগী মতীক মগুনবু শোনবদা মৈতৈ যুমথোং খুদিংদা দেব কর্ম্মগী থৌবমদা ৱাবী লাইবিক ওইনা মীশিংনা থোইনা হেন্না পাম্লনা তানবমই। অসিদসু নত্তনা ঈশ্বরগী মফমদা ভক্তি শ্রদ্ধ লৈবগী মতাংদা অবোং নন্দকুমাব, ধ্রুবচবীত, সনামনীক, লক্ষ্মী চবীত, নচিংবগী ৱাবী অসিসু মতমদুদা য়াম্না পাম্লনা মীশিংনা তানবমই। অসুম তৌদুনা মতমগী খোঙলৈ তুংইন্না মতমদুগী অশৈবশিংনা ৱাবী ওইনা তানবম্বা কযা অসিবু অইবা ওইনা ইথোক্লুনা মণিপুবী সাহিত্যগী তাঙলবা খুদোল ওইনা তুংগী মীবোলগীদমক থম্বীবমই। মৈদিংঙু পামহৈবা গবিবনৱাজনা লৈবাক অসিগী নিংথৌ ওইদুনা পানখিবা মতম অসিদা হিন্দুগী লাইনিং লাইশোন্দা যুম্ফম ওইবা অনৌবা মখল মথেলগী কলা কযাবু লমদর্মসিদা চৎনবা হৌশ্রবসু মৈদিংঙু চিংথংখোম্বা স্না হাক্তক্তা হেন্না ফজবা মখলগী কলা কযা হাপচিনখি। পূং ঈশৈ জগোইগী লমদা ধ্রুমেন হৌদোক্লুনা লমদর্মসিদা পুংযৈবশিংগী তোপ তোপ্পা কুম্মৈ শেমগৎখি। বসন্ত বাস, মহাবাস হৌদোক্লুনা বাধা কৃষ্ণগী মতীক মগুণবু লমদমসিদা শন্দোকখি। মৈদিংঙু চিংথংখোম্বগী স্না হাক্তক অসিদা লমদম অসিদা অনৌবা মঙাল অমা পুবক্লুনা মীশিংনা শা য়ু চাবম থক্লম্বা তোক্লখি। মৈতৈ যুমথোং খুদিংদা ওক, হুই, য়েন, ঙানু যেন লোয়ববু মাংই হাযদুনা তোক্লখি। লমদম অসিগী মীয়াম্না হেন্না ফজবা লুবা নানবা সমাজ অমদা

খোঙদাখি। ঈশ্বরগী মতীক মগুণ শক শোন্দুনা মীশিংগী ৱাখলদা শা লানগী ৱাখল থাদোক্লুনা ৱাবী লাইবিক তাবদা হেন্না নুংঙাযবা পুন্সি অমদা খোঙদাখি। মতম অসিদা অশৈবশিংনসু লাই তীন অমসুং ভক্তিগী লম্বীদা শৈথাবা লাইনিক কযা ইবদা তেন্না পুক্লিং চঙখিবদগী লমদমসিগী সাহিত্যগী অনৌবা মীৎকপ থোকখিবগী যাম্না মক্ওইবা মতম অমসু চহীচা ১৮ অসিদা ওইখি।

ধনঞ্জয় লাইবু নীংবা কৌবা লাইবিক অসিগী লোনগী ফজবা যেংলুবগসু অহিং ঈচিক হুম্রকপা মতমদা ধোবা মতে মনাউনা নাউযোক নাঙকোল্লিবা ধনঞ্জয় লাইবু নীংবগী মপাবি দেবানাবাযন অমসুং দযানন্দ শানৌ মচিন মনাউনা কাযনখ্রবা পলেম মমা অমসুং মপন পন্থৌ মপাবু নাকশিগনা খন্দুনা দিঙ্গা হিথাংফমদা কোবৌ নোংজা খুদিংগী ঙাযদুনা শৈথনা মতমদা মশানৌ দযানন্দগী মফমদা পলেম পন্থৌ কাযনখিবগী বাবপু মশাবী দেবানারাযন্না লীদুনা ভাইনখি। মতমদুদা পলেম মমা ভানুমতৌ নুংঙনবীসু দিঙ্গা লাম্লোনবশিংনা লৈবাক শিনবা থুংনা যোল্লুববু শিংলক্ত্রদুনা অমুক হন্না শৈবা। লৈবাক্তা পুবঙুনা হিথাংফমদা থমখি। মতমদুদা মপাবি দেবনাবাযন্না মশানৌ দযানন্দগী মফমদা লীবিবা বাবী অদুবু তাববদা পলেম মমা ভানুমতৌ নুংঙনবীবু কোনা উপু ফক্কাযদুনা থাজদনা উন্নখিবা মতাংদা অশৈবনা শৈথাবিবা লোন্দা পুদা বাহৈ বাতা অসিমক্লা মণিপুরী লোনগী মবাংবা থাক্কী মশক অদু তশেং দশেংনা উৎাল।

পোইদাম থানিন নোংব নোংপুম নিনি হুমান শুখিববগী থানি খেঙনা খোল্লক্লে। বোনৌ অদু নুমিৎমবুঙবা থৱান পিচাকসুং তোংলেঙ মশাং খিঙমদনা পাল্লে। মাযৈগে মনিমা শুংদাই নিপাল মঞ্চসু কোবৌ অচিনবনা ৱাংবন অমংববু পুম্না লৈতে। নোংখোং শংথাংনৈএ। টাংযা মতম ফবশিংদা কোবৌ শান্ত ওইযে। থাবন মঙান অতপ্পগী পামেল উনা মকম মালেম লৈদা তাবনা লৈবাক মযেক চঙবদা নুংওন পুক্লাং ফৈনা মুল্লে। পামেল উতোন থক্তা মাযৈগে লমদম যেংববু চীংযা শান্ত উদনা খোয়জি ঈথক হৌএ। তুবেল লাইথাং ফানবসুং লাইজা মথিনাই ঈমু মঙাও হৌএ। কাওবী সুমলোযতাউ

খোইবা তৌদোনখোম ঈরেন চাংজৌ কোয়নৈএ। লাইজা ঈমায় শীন্না ঈশিং মনিন শুবগী লৈচিন নোংলোন কাবনা খুৎই ময়েক থোকএ। ঈরেল চাউথোইবা অদুদা ঙা কিয়োং লাইমানবা লেমলৈ মীমানবনা ঈরেন ময়ায় লাংনা লেমলৈ ঙায়াম ওনএ। দেবনারায়ন শমু মহাকসাং শিনৌ লশিং তীনগুম্বদা অহিংতাবা তীন নোংয়ায় পাইবা কাঙ ৱাংঙমলোন থিংপাই ফাবী থৌশিতেন মথংলেন নোংবান কাসুম কদেং তাউবা য়াহো কাঙ, নুংবান চাউব্রি শোয়শেনবদি মকাঙ খঙ, লাংগোই নত্তনা মশাতোন পানবা নত্তনা ঈমু তোংগাচিংবা অহিং কাংবী লৌয়াম্বীনা কাঙবী লাংকপ লাংকপ তোংএ। নোংয়ায় চবুক ওল্লবগী লোইদাম থামাবা মহিহুন কোরৌ নোং লীকলা তাবনা পামেল উনা চোৎলবগী থাবল মঙাল অবাবনা পামেন উনা লংবগী হেরামনিক থিনগুমএ। লীকলা মচুম তাবগী খোঞ্জেল পুংখঙ থোক্লনা তারুবগী নুংশি ঈথক হৌনা লহান নোংগীবু লৈনা নীংশিংলুইএ। পল্লেম ঈমা ভানুলৈমা নিংথিবীবু হৃখির্বাদি দিঙ্গা অসিগুম্ববু নবিঁঙেনে। পল্লৌ ইপা ইবুংঙু খোইমোম লাইবু নীংববু যোৎখিবসুঙ লাইজা ঈয়ায লাংনা শান্নবা ঙা অসিগুম্বনা য়োৎখিবনে। মাযগৈ নোংপোক পাংবরমগী লৈরাই চাংদোনথক অসিদা শানৌ লৈবাং অতোনবা নঙবু শুম্লম্বনে। শানৌ নঙবু লাইজা ঈরাল্লমদনা থম্লম্ববু লৈনা নীংশিংলুববগী হে নাউৱা নীংথবা শক ম্না থম্বাল মানবা লৈনুং থৱাবেন অহনবনা মপারি তাপুং শিংমিংনবদা উনবীরকপা চহুই লৈবিক চিনগুম্বা দেবানারয়ন অহনবগী পুক্নীং ঈথক হৌববগী মিৎম্না থম্বাল মানবা অনীমক্তা লাইজা ঈচুমথোক মায়গৈ লমদম যেং চাংসোয় ঈরাউখোনগুম মীকপখিয়ে। অসুম্না মীকপ্পবু মশানৌ শ্রী দয়ানন্দ অতোনবা ৱাকয়ৈ হিকুনুংদা কানা কোরৌ নোংমদোলগী তারা থৱানমিচাকপু তোংচেং মায়ওক্লবিবনা পাওহংলকএ। শাবি লাংলেন কোঙয়াং ৱাপীহনও অসি কোবৌ নুমিৎ মাবু পুক্নীং ঈথক হৌ পিরেম খকমা তা, যাৱা খোঞ্জেল খোক্লা মীকপলকপা অসিবু ৱারম করিগীনো নশানৌ ঐঙোন্দা পাউতাকপিয়ো শাবি নঙদি নুংশি হৈসোন নিকএ হায়না

> পাউহংববু পাউখুমদ্রবগী মশানৌনা অমবক পাউহংখিযে। শাবি নওনা পাউখুমদবা অসিবু নশানৌ ঐনা লৈকোক লৈকাই লানবা ইত্তাউ লৈপুং য়াকাবা খোংচেং পোংপৈধদা হে লমজা হাযনা ঙাইনোকনৈএ। শানৌ ইচিল ইনাউবু পোকপা পল্লেম পষ্ঠৌ ধোবা মল্লে কাববা অসিবু শাবী ইচীন ইনাউবু লাইজা ইহুনবিবা পষ্ঠৌ ইপা পল্লেম ইমাবু নত্তববা। নশানৌ ঐদি ৱাবম খঙদবগী পুক্সীং নুংপং চঙএ হায়না পাউহংববু মশাবিনা পাওখুমলকএ। শানৌ লৈবাং তোন্না শাৎপা উনৌ কোন্দে কোন্না হুনবা শোইবেন লৈফাও থীনবা লোকযাই তান্বা তোং শিনৌ লশিং তীনগুম্না চীংনুং মবাক লৈগুম যাংনা ফবা ইবুংঙু ৱাবম কবি লৈতে মাযগৈ লমদম য়েংবদা চীংযা শান্ত উবগা থবি থেঙনা থোকপগী থাবা মঙান অতপ্পনা পামেল উনা লংবগা জীব জনত্ত থৱায পানবা পুম্নমক্কী শব্দ খোঞ্জেল থোক্লা খোংবা অসিগা পুক্সীং নুংপঙ চঙলুবগী মীকপ্পনে হাযনা মশাবিনা শূমায লাথা কোযগুম কোইথনা লাংবন ইঙা লৌখোং তৈগুম, থৈযাযননা পাউখুম্ববু বা চানদখিযে।

ধনঞ্জয লাইবু নীংবা কৌবা লাইবিক অসিদা অশৈবনা অবিবা মৈতৈলোনগী মবক মবক্তা সংস্কৃত বাহৈ মতাং চানা চানা থেৎলগা ইবম্বা অসিমক্রসু থোইদোক্লা মণিপুৰী লোনগা চানবা ওইহনবদা নত্তনা ফজবা লৈতেং অমসু ওইহল্লি। মণিপুৰী সাহিত্যগী ৱাবেংগী ফজবা নিংথিবা মশক ধনঞ্জয লাইবু নীংবা কৌবা লাইবিক অসিদা উহনবদা নত্তনা মতমদুদা ৱাবেং সাহিত্যনা মণিপুৰী সাহিত্যদা মপুং ওইবা থৌদাং যাদুনা চাউখৎলম্বা শদুমক লাইবিক অসিনা মযেক লাববা খুদম ওই। ধনঞ্জয লাইবু নীংবা কৌবা লাইবিক অসিনা মপুং ওইনা পীবিবা ৱাখললোন্দি মীওইবনা পোক্লবদি শিবা হাযবসিমদি শোযফদ্রবা থৌদানি মবম অসিনা হিংলিঙৈগী মতমদা ফজবা লমচৎ শাজৎ, থৌগললোন বব্যহাব অমসুং অফবা কর্ম্ম তৌদুনা ঈশ্বরবু মতম পুম্বদা কাওদনা থাজনা নীংজবা মীশিংনা মখোযগী পুন্সিবু অনাবা তাববা ফাওবদসু ঈশ্বরনা ইবায লাযনা কন্নবিনা ঙমই হাযবসি ফোঙদোক্তুনা ঐখোয মীওইবশিংদা খঙহনবনি। অতোন অতা তাববা মাগীনি হাযবদা কন্নাসু লৈজদ্রবা মীশিংবু অঙম্বা মতেং পাংবীবনা মীওইবগী অথোইবা

ধর্ম্মনি হায়বসি উৎলদুনা ধনঞ্জয় লাইবু নীংবা কৌবা লাইবিক অসিদা ধনঞ্জয় লাইবু নীংবনা মশানৌ লৈমা ভানুমতৌ নুংওনবী অমসুং মপাব অনিমকপু ঙম্না কাযনখ্রবদসু থোইদোক্লা অৱাবা খল্লুদনা ঈশ্বববু কাওদনা নীংজখি। মমৈথংদদি মপা মচা অমদি মাগী নুপীবু মফম অমত্তদা পুবক্লুনা উন্নখিবা অসিমক্লা ঈশ্বববু খক কাওথোক্তনা নীংজবগী মহৈ অদু তশেংনা উৎলি। মীগী মাঙনবা তৌকদবা অমসুং খল্লদবা মীশিংগীদমক্তি ঈশ্বরনা মখোযবু মতম পুম্নমক্তা ঙাকশেনবী অমসুং মখোযগী অৱা নুংঙায় পুন্সিদা শকক যাদুনা ঈশ্বরগা মতম পুম্নমক্তা লোযনদুনা চৎমিন্নে হায়বসি ধনঞ্জয় লাইবু নীংবা কৌবা লাইবিক অসিনা তশেং তশেংনা উৎলদুনা মিশ্ব খুৎনিংথৌনা ফত্তবা পুকচেলনা মাংওইনখিদুনা মহাক্কী হেক পোকমিন্নবা মশানৌ ধনঞ্জয় লাইবু নীংবনা নি থৌ খুবম মুনগে থৌবাংলে খল্লুবদগী মনাউনিপাবু হাৎকে হোৎনকপদগী মশানৌ ধনঞ্জয় লাইবু নীংবনা অবাফমদা তাদুনা মতু মচা পুম্নমক কাযনকপবা মতুংদা ঈশ্বরগী থৌজান্দগী মশানৌ লৈমা ভানুমতৌ নুংওর্নবী অমসুং মপানি অনিগা শৈব্যা লৈবাক্তা পুন্না উন্নববা মতুংদা মিশ্ব লৈবাক্কী নিংথৌ ওইখিবা অসিমক্লা লানজদবা ধর্ম্ম কাযদবা মীগী মফমদা অযেৎপা অকাযবা পীক্কদবা মীশিংতনা ঈশ্বরনা পু চানবীদুনা তুংদা মাযপাকপা ওই হায়বসি ফোংদোক্লদুনা ধনঞ্জয় লাইবু নীংবা কৌবা লাইবিক অসিদা অসুম্না হঁবি ;

> ৱাকমা হে সাধু চীংঙু লাইবক যবা মহাজন খোইমোম লাইবু নীংবশিংও নখোয়সুঙ তোল্লোই মনা পুংলকপবু তানযং জৌও। ধর্ম্ম মবমচৎ চৎপনা কর্ম্ম মথৌবাঙ শোযগুনো। শ্রী ধনঞ্জয় লাইবু নীংবসুঙ লাহান লাংওন অমবক্তা মুর্ণ খোইমোম লাইনীংবগী মশানওন লৱাই যুংং কোই যুনাবেক চিবা মৈশাংবা ফক্লাং লোঞ্জা থেংকোইবনা যাওৱা পুথোক ফাৎ চৈবৈ যিবাক চঙনা মপাবি হাগনা মমোম নাউনৌবম্বগী জীব থৱায় হাৎনা কংলৈ মশুমাঙদা হুহুঁবৈ। অদুগীবু জিল মপাপ চঙবনা হৌজিক লাংওন অসিদা তাল্লোয শেৎনবা মপাবি খাইনববু লান্নংলবনে হায়বম্মে। হে গুরুজন চীংঙু লাইবক যবশিংও থৌবম লান্নংলবা অসিবু যেংনা কর্ম্ম মথৌবাঙ শোযগুনো। তাইবঙ নমু পোংওইবা ইখোযবু হাকথক লাংওন অসিগী ইতৌ দুষ্ট

অয়োনবনা হয়েং লাংওন অমবক্তা চীংঙ্ভু ইবাইবকপু ওইনৈযে হায়ববু খঙনা ধর্ম্ম নবমচৎ ওইনৌও। খোইমোম নোংদম খোনবু অমা তৈনা লৈতে। কুমাব থুশাবনা মালেম লৈযু শাবগুম মতোম মতোম শমু মহাকশাংবু মশাঙবনে। শংলৌ নথৌবাগুদি তবা চাথোপ অথনবগুম্বনে। চাথোপ অথনবা অদুদা পামেল যাংলি মকুগী হামৈ মপাক অমবু হাপচিল্লবগা বাংলৈ, যু থোকপা ভুগুম্বনে। খোইমোম মবনকুদি পামেল যাংলি মপূগী হামৈ মপাক অদুগুম্বনে। ব্রাবম অসি খঙনা লাংওন পোক্রুফম্ব যেংও। ব্রাবম অসি খঙদবা হৌজিক লাংওন মাদা পাল্লিবা অসিদবু নুঙাযবা ওইনা মনীংবা ইখোয অসিশিংগীদি লাংওন হম্বা বানঙাযএ। থৌবম ঐনা তৌবিবা অসিনা তাইবঙ অবা লাংবু ওইনা লাংথু মিকুপ হাঙদনা কোংপুৎ ঈনমণীবু ওইনা পুথবিযে হাযনবু খঙনা লাইগী থোঙজন্দা শাক্ষি তবেৎমনা নতৌ অযোনববু কোবৌ নোংপুমমবু হাঙবা লৈতনা শীংবী মকু থোক্লা শীংথাবিএ। হয়েং সময মতম থোকখিবদসুঙ লোযনা নঙগী নপাতাউ অপাম পুক্রিং চঙবা চেংলৌ শকপাম্বোংবু মান্নবা পুনুং লেপপাম্বোংবু চুনবা চৈব ফিমান্নবা কোলোয মিংমান্নবা কোবৌ নোংজা খুদিং অহিং নুংথিল নাইদনা বাংলেন পুংজা মবম হাঙদনা লোয়নবিবদো অদুনা সাক্ষি ব্রাচুমলগদববু মবৈবিএ হাযবা খঙনা পায়মা লিংজেন চুম্মো। গুরুজন লাইওইনবা অদুশিংগী লমলোই থৌদোক খোনবু বাবম অওকপা মহাকনে হাযনা খঞ্জল্লে। সাধুলেন তিনবগী কোসোয মযাথং অসিবু পুখিদুনা বাবম খল্লুদ্রবদি লাংওন নপোক তাখিববা মশন্নে। সত্ত্বগুন, রজগুন, তমগুন, অহুম্মবু যেংও। গুন অহুম্মক্কী লাংওন মতীক যেংনা শংলৌ থৌবাংও। হযেং মতম থোকখিববদসুঙ গুরু অথোইবা অদুগী ম্না মখোঙ খাদা পক্লিং ভক্তি তৌনা পুকমজবনে।

মালেমদা পোক্লবা মীওইবনা অথোই নাপন কাবদগী লমখাংদা পুন্সি চেংজেল লোয়খিবা কযানি। অদুগা অফবা নুংঙাযবা ওইদুনা লৈবসু কোঙ্গায ধর্মানি। অদুবু মতম লৈবা খিবিক্তা ঐনি নাপল কাদনা নোল্লুকপগা লোযননা

থকশি খাশি থৌগললোন বব্যহাব ঙাক্লা চৎপা মীশিংদি ফনা যাম্না অরাফমদা তাববা ফাওবদসু ঈশ্বরনা অদুমক মখোযবু ঙাকপী শেনবীদুনা অরা অনা খুদোংথিবা কযাদগী লাযনা নাম্থোক্লুনা মখোযগী পুন্সিনা নুংঙাযনা লেল্লি। মীগী যাইফনবা খন্দবা মীগী মাংনবদা খনবা, অতোন অতা তাববা মীশিংবু থিনা তৌবিবা মখোযবু তেংবাংবিবগী মহুত্তা হন্থবা মীৎযেংদা যেংদুনা ওৎপী নৈবীবা মীশিং অদুবু ঈশ্বরনা কৈদৌনুংদসু ঙাকপিবা লৈতে ঙাকপাবগী মহুত্তা মখোযবু মতীক চাবা চৈবাক পীদুনা কাযনথংদা মখোযগী পুন্সিনা চাউখৎপা অফবা পুন্সি ওইবগী মহুত্তা মীওইবা সমাজনা মখোযগী মফমদা মীনুংশি থাজবা কবিমত্তা লৈবক্তে। মবম অসিনা তাইবঙপানবদা মী অমা ওইনা পোক্লবদি মীনুংশি লৈবা অতোন অতা তাববা মীশিংবু তেংবাংবীবা, মীগী মাঙনবা তৌদবা, সমাজগী চাউখৎ থৌবাংদা থরায হকচাং যাওনা ইশাগী ওইজবা কযা থাদোকপা ঙম্না মীশিং অদুবু তুংগী মীবোলনা মখোযশিং অদুবু লাইগা পাংখক ওইনা লৌনৈ অমসুং শোন্নৈ। অসুম্না ধনঞ্জয লাইবু নীংবসু অদুগুম্না মপোক্তা পোকখিবা মীশক অমনি। মবম অদুনা মীওইবা সমাজনা মহাক্কী বাবীবু থরায হকচাং যাওনা পুক্লিং ঙেনা থাজববদি মীওইবগী অরা অনা খুদোংথিবা কযাবু মাইযোক্লদুনা খাঙবা অমসুং কাওথোকপা ঙমই হাযবসি ধনঞ্জয লাইবু নীংবগী বাবী অসিনা তংশংনা তাকই। ▢

# সনামনিক

চহীচা ভবানিপালদা ইখিবা মণিপুরী সাহিত্যগী লাইবিকশিং অসি মখল মখা কযানি। চহীচা ১৮ অসিদা লৈবাক অসিদা হিন্দু বৈষ্ণব ধর্ম্মনা মপাল ফনা লমদমসিদা চাউখৎলকখিবগা লোযননা মপাল লৈবাক্কী লাই তীনগী মবমদা ইবা বেদ শাস্ত্রগী ৱাবী লাইবিক কযামকম মণিপুরী লোন্দা হন্দোক্লগা মণিপুরী সাহিত্যগী মচল ওইনা লাইবিক কযা অমসু ইখি। লৈবাক্কী নিংথৌ মশামক হিন্দু বৈষ্ণব লাইনিংদা হেন্না পুক্নিং লুপখিবদগী মীযাম্নস্ নিংথৌগী অপাম্বা অদুমক থবায হকচাং যাওনা শৌগত্তুনা হিন্দু বৈষ্ণব ধর্ম্মনা লৈবাক মীযামগী থ্বাইদগী পামজবা ধর্ম্ম অমা ওইখি। হিন্দুগী লাইতীনগী মবমদা শৈথাবা লাইবিক কযামকম মণিপুরী লোন্দা ইহনখি। অসিদসু নত্তুনা মপাল লম সেনবী কবোগী লাইতীনগী ৱাবীদা যুম্ফম ওইবা অবোং নন্দকুমাব, ধনঞ্জয লাইবু নীংবা অমসুং সনামনিক্কী বাবী অসিবুসু মণিপুরী লোন্দা হন্দোক্লগা লাইবিক ওইনা লেংথোকখি। সনামনিক্কী ৱাবী অসি মণিপুরী সমাজদা যাম্না পাম্লনা ৱাবী ওইনা তানবমই। মতুংদা <u>মৈদিংগু চিংথংখোম্বগী (১৭৬৩-৯৮)</u> স্না য়াথংদগী নুংবান ৱাহেংবম মাধববামগী মফমদা লাইবিক ওইনা মণিপুরী লোন্দা ইহনখিবা মতাং অদুবু অসুম্না ইবি ;

> হয়ি হযাহে পষ্থৌ লেপলৌশিনবগী যাইমক থৱায যিমিবেনগী
> ইপুংগু উনবী পুকনিং চাহৈবগী ৱাযথুংফম পাউতাক চিঙশাং
> খোইবেন হীগুম্বনা ফমোই লাইমিৎ মমলববু লৌশিং মিৎথোং
> শেংনা পাওহল্লিবগী স্না মখোঙখা থম্বাল লৈকা মানবা অনিমদা
> কাউবী চীগ লূক্লা মানবী খুতপননা হন্না হন্না পুকমজবক্কে।
> মহৈ শিনতম্বীবা পষ্থৌ লাইওইনবশিংবুসু তাঙজা লুদা থোংনা
> সেনবী পাৱাবী কবো পুৱাবী নুংঙাইবা ববানসী লৈমযোন্দা স্না
> লৈকোয ফম্বা খোইমোম লাইওইববু নিঙবদা লাইবা অতোনবনা
> যাৱা লনপাম্বগুম পুক্নিং অপেন নাইদবা ববানসী খুন্নিংথৌগী

> মনোংযাই সনামনিক চেংলৌ শকহেনবা খোইমোম লাইপোক শঙশঙবা মতৌ নুংশি ওস্থোকপা যাইফা মথোই তোংনা তোনলোই মহৈ পাল্লকপগী ৱাবীবু শৈওং নাতৈ থিনা তেংথাবক্কে। সেনবী বাবী নুংঙাযবা ৱবানসী লৈমযোন্দা স্না লৈকোই ফম্বা খোইমোম লাইওইববু নিঙবদা লাযবা অতোনবনা যাৱাবু পাম্বগুম পুক্রিং অপেন নাইদবা ববানসী খুন্নিংথৌগী মনোংযাই সনার্মনিক চেংলৌ শকহেনবা খোইমোম লাইপোক শঙশঙবা মতৌ নুংশি ওস্থোকপা যাইফা মথোই তোংনা তোল্লোই মহৈ পাল্লকপগী ৱাবীবু শৈওং নাতৈ থিনা তেংথাজবক্কে। সেনবী ৱাবী নুংঙাইবা অসিবু লাইবেল মৈতেংঙু নোইনাই কৌবা চিংথংখোম্বা লৌশিং মালং নোংলৈ যাঙগুম ঙমফদনা লোইবী খোঙচাই ঙম্বা হুইযেন খম্বাফাবা নোংথৌবেন্না লমলেন মদাইমা লানলোই মযাইবম থোংলেন তাইবী লাংথাবাল লমলেন নোংথৈপোক যোইবু খোইমোম লাইবেম্মা মালেম স্না লৈমযোল তাইবঙ লৈশুক লৈশোয খোম্বীগী স্না খোঙদাফম লোনলোই মশুমাঙদা পোইবৈ পুন্না তিন্না পানফর্বিঙৈদা মদাইবেম ৱাকমা নমপোক চৈথংকী মযুম নুংবান ৱাহেঙবা মাধববাম লৌশিং মতম লাকপনা ৱাবী মীবোল ওইবদগী শৈওল্লকএ।

মণিপুবী সমাজবু অনৌবা যাওল অমদা পুবকখিবা নিংথৌদি মৈদিংঙু পামহৈবা (গবিবনিৱাজ ইং ১৭০৯-৪৮) অসিনি। নিংথৌ অসিনা লমদম অসিদা হিন্দুগী লাইনিং লাইশোনবু মথৱাযনা পামজদুনা পুশিন্দুনা চৎনহনখিবা অদুগী মতাংদা সনানহি লাইকন, মিযাৎ, চৈথাবোল কুম্বাবা লাইবিকশিং অসিদা মবীক চুন্না পল্লমই। হিন্দুগী বামাযণ, অমসুং মহাভাবতকী ৱাবীবু মণিপুবী লোন্দা হন্দোক্লগা লাইবিক ওইনা ইহনখি। অসুন্না গবিবনিৱাজ মহাবাজনা (ইং ১৭০৯-৪৮) মশামক বামান্দি ধর্ম্মদা লাইমিং লৌববা তুংদা লমদমসিগী মীযাম্বুসু ধর্ম্ম অসিদা লাইমিং লৌহন্দুনা বাম, সীতা, হনুমান, নচিংবা হিন্দুগী লাইশিং অসি লমদম অসিদা লাৎপা হৌখি। বামাযণগী ৱাবী অসিবু মৈতৈলোন্দা হন্দোক্লগা লাইবিক ওইনা ইহনখি। মৈদিংঙু চিংথংখোম্বগী মতমদা মবুধৌ গবিবনিৱাজগী মতমদগী চৎনবক্লবা লাইনিং লোইশোন অদুবু হেন্না ৱাংবা থাক্তা পুখত্তুনা চাওখৎনবা কন্না

হোৎনখি। অনৌবা মখল মথেলগী কলা কয়াসু হান্নগী লৈরম্বা কয়া অদুগী মথক্তা হাপচিন্দুনা হিন্দু বৈষ্ণব ধর্ম্মগী লেংদ্রবা উপালবু লমদম অসিদা মপাল মউ চাউনা শন্দোকখি। লাইনিং লাইশোনগী মরমদা ইবা লাইরিক্কী মশীং চহীচা অসিদা মশীং য়াম্না পুথোকখি। অরোং নন্দকুমার, ধনঞ্জয় লাইবু নীংবা, সনামনিক, ধ্রুব চরিত, রাম নোঙ্গাবা, বিরাট শান্থুপলোন, চিংথংখোম্বা গঙ্গা চৎপা অসিনচিংবা লাইরিকশিং অসি শীংথাবদা মতিক চারবা ঙাক্তনী।

মৈদিংঙু চিংথংখোম্বনা পানখিবা মতম অসিদা ৱারী লীবা, অমসুং লাইরিক হায়বা থিবা কলা অনি অসি লমদমসিদা হৌদোকখি। মরুওইনা ৱারী নত্রগা লাইরিক হায়বা থিবদা শিজিন্নরিবা মচাক অসি রামায়ণ, অমসুং মহাভারতকী ৱারী, লাই তীনগী ওইবা ৱারী পরীং কয়া অদুবু ৱারী লীবা অমসুং লাইরিক হায়বা থিবা ওঝাশিংনা শক শোল্লগা লৈবাক মীয়াম্না থৱায় হাকচাং য়াওনা তানরমই। অসুম তৌদুনা সনামনিক্কী ৱারী অসিসু চিন্দা অসুম ৱারী লাইরিক ওইনা লিদুনা তানরম্লদগী মমৈথংদা ৱাহেংবম মাধবরামনা মৈদিংঙু চিংথংখোম্বগী মমা য়াথংদগী লাইরিক ওইনা ইখি। লাইরিক অসিগী মপুংওইবা ৱারীদি সেনবী কবো লৈবাক্কী বরানসী খুন্নিংথৌনা চীংঙু লাইবু চেংনা নিংজবদগী ঈশ্বরগী থৌজান্দগী মপারি ৭ পু ফংজখি। মপারি ৭ কী মমৌশিং থিদুনা বরানসী লৈবাক্তা মতম শাংনা লৈবাক মরাতপ্পা পাল্লবদা বরানসী খুন্নিংথৌদি অহলগী মতম ওইশিল্লক্লদুনা মপারি তবেৎকী মনুংদা অমত্তসু মপারি মমোম শাৎত্রবা থম্মোয় শোক্না নুংঙাইতনা ৱাখি। নোংমা কোরৌ অমদি মপারি তরেৎপু কৌশিল্লগা অসুম্না পাওমেনখি। পারি তরেৎমক নপল পল্টৌ নপা ঐহাক্তি অহলগী মতম ওইশিল্লক্লবনা পারি নখোয় তরেৎপু ঈশ্বরবু চেংনা থৌকাউদনা নীংউ পারি নখোয় তরেৎকী মনুংদা নপারি হান্না শাৎপা মীশক্তা বরানসী লৈবাক্কী নিংথৌ খুবম অসিবু শিন্নগনি তাকপীখি। মপল পল্টৌ বরানসী নিংথৌনা তাকপীবগী মতুংইন্না মপারি তরুক্তি খোইমোম লাইবু থৌওইদবদগী মপারি মমোম অমত্তসু শাৎত্রবদা মশানৌ লৈরাং অতোনবদি মশানৌ ইবেম্মা লৈমা শক্তনারীগা লোয়ননা অহিং নুংথিল খাক্তনা ঈশ্বরবু চেংনা নীংজবগী মহৈনা মশানৌ ইবেম্মা লৈমা শক্তনারীগী খোইজি খাদা নমু মীতম লাক্লা নাওনৌরববু মশাবী ময়াম্নুং তরুক্লা খঙলকপদগী মশানৌ অতৌনবগী মফমদা বরানসী লৈবাক্কী নিংথৌ

খুবম্বু শিন্নখিবা তারে হায়না কল্লক মীহৌবা পোকখি। মপল পন্থৌ বরানসী লৈমাবগী মফমদা মশানৌ লৈরাং অতোনবনা নিংথৌ খুবম শিন্নবা হোৎনরে হায়না ওইদবা ব্রাহৈনা অওইবা শাদুনা পাও তমশিনখি। মপল পন্থৌনা মপারি অতোনবা অমসুং মশানৌ লৈমা শঙ্করানীবু মপল পন্থৌ মাগী খুবম মুন্নবা হোৎনরে হায়বা পাউদু তাবদগী মপন পন্থৌ মহাক লৈনা লৈনা মাগী খুবম মুনগে হোৎনবা মীশক অদুদি নিংথৌ মহাক্কীসু য়েক্লবনি খন্দুনা মপারি লৈরাং অতোনববু হাৎনবা মপাবি তরুক্কী মফমদা য়াথং পীখি। মশানৌ লৈরাং অতোনবগী মোংবা মরাল যাইদা লাক্লগা অসুম্নবু পাউমেনখি। ইশানৌ লৈরাং অতোনবও ইপল পন্থৌ বরানসী লৈমাবনা ইশানৌ নঙনা ববানসী লৈবাক্কী নিংথৌ ওইনবা হাযদুনা খোইয়ুম লাইথোং খুদিং ইরাত্তুনা থৌনিজবা অদুবু পন্থৌ ইপা বরানসী লৈমাবনা খঙলদুনা ইশানৌ নঙবু পন্থৌ মানা নোংমনহল্লুরো হাযনবু নশাবী ঐখোযদা শীন্নববু পন্থৌ মাগী মফমদা নশাবী ঐখোয়না ইশানৌ নঙবু করম নোংমনহনসিবনো পাওমেনজববু ইপন পন্থৌ ববানসী লৈমাবনা নশানৌ তাল্লোয লৈমা শঙ্কনারী নিংথিবীগা ইশানৌ নংগা মোংবা মবাল য়াইদবু পুন্না য়াঙ্গোই ফবোই কায়রে য়েনবী য়েনখোং তাদবা য়াংলৈ তাউবা হুইখোং তাদবা য়াওরৌ শানা য়াঙ্গোইফম লমলক অশোংবদা শেৎনা খায়ননা হুন্দোক্লনবা য়াথং পীরকয়ে হায়না মশানৌ লৈরাং অতোনবগী মফমদা পাউদমখি। মশানৌ লৈমা শঙ্কনাবীদি ববানসী লৈমাবগী কোল্লোয ময়াথংবু তারবদা মদোম থম্মোয় শোক্লা অসুম্নবু তেংথাজখি। ইশাবী নিংথৌ মচা অতোনবও লহান নোং ইশাবী ঐখোয় অনিবু পুন্সি পন্দোল লোম্না য়াইফা মহৈ চানা পানমিন্নসে হায়খিবদাই। ইশাবীও স্না নখোং খাদা য়োইনা থৌগলজববু কোরৌ নোংশিং য়ামদ্রিয়ে লাংহৈ কুমশিং অমবু ওন্দ্রিয়ে তুরেল লৈরাই খোইরী তৎকুম্না নুংশি মথোঙ খাইনসে হায়ববু ব্রাবম করি লৈবগীনো ওস্থোকএ হায়না পীরেম খকমা তানা মীকপচখি। লৈমা শঙ্কনারী শকহেনবীনা অসুম্নবু হায়জরকই। বরানসী লৈমাবগী য়াথংদি লেম্না মাঙফদবনা নিংথৌ য়াথংবু ইনজগে তৌইগীদি ইশাবী নিংথৌ মচা অতোনবা অসিবু শেৎন খায়নদ্রিঙৈদা তরা মথেন লুক্কোয় লাংলগা তরা চিন্দমমিন্নজরগা ইশাবী মাগা কোল্লোয় নুংওন ব্রাবু পাউমেন্নজখিগে ঙাইহাক মিৎকুপমরুমদংদদি ঙাইবিখো হায়জখি। লৈমা

শঙ্কনাবীনা ইবান খোইদৌ নিঙ্গোয় ওৎনা লেমলে ঙাতুপ শুনা মথেল লুক্কোয শেল্লগা মশাবী নিংথৌ মচা অতোনবগা তবা লুক্কোয চামিন্নজখি। মশাবী নিংথৌ মচা অতোনবনা তবা লুক্কোয চানা চানা মশানৌ ইবেম্মা লৈমা শঙ্কনাবীগী মফমদা অসুম্লবু পাউমেনজবকই। হে ইশানৌ লৈমা নিঙথিবীও খোইযুম নোংদমখোনবু লৈবিযে। ইশানৌ তাল্লোয় লৈমাও ঐখোয অনিনা লান্দবা মক্তা ওইববদি হযেংতুংদা শোযদনবু অচুম্ববু লাক্কনি কবি থোইনা চিংনদনা পীবেম খকমা তানা মিকপ্পগনু হাযনা মশানৌদা থেমজিনখি।

মশাবী নিংথৌ মচা তকক্লা মশানৌগী মফমদা ঙাইঙমদবা মওংদা পঙ্খৌ মপাগী যাথং অহকপবু যৌবকপনা হাল্লগনি, ইশানৌ অতোনবা নংগী যাবা পাউদমখোনবু তাদুনা লৈবগী মতম নত্রে তযম নিংথৌ ইনাইশিংও ইশানৌ মতৈ মনাউবু শমু খুৎপু পবৈ তুংবুল লাক্লা পুল্লগা থাপ্লবা মফমদা পুদুনা অসুকপা উমংদা হুন্দোক্লনবা যাথং পীখি। মশানৌ লৈবাং অতোনবনা অসুম্লবু হাযজখি। ইশানৌ লৈমা শঙ্কনাবী মহাক্তি নুপী ওইবীগী হৌনবী হৈবাং মচা যান তাউজিংমক হুনখিববু লোইদাম থাশিং শুবক্লবনীনা নাউযান পীবুক থল্লিগৈ অসিবু নুংশি মতৌ যেংনা শমু মখুৎপু তুংবুল পবৈ লাক্লা পুনববু তৌবিগনু। নশানৌ অতোনবা ঐগী মাঙ থানা লৈমা মাবু পুজগে ৢতৌববু মশাবী তকক্লা ইশানৌ অতোনবা নঙদি নিংথৌগী অহকপা দন্দিবু লৈবিবনা নশানৌ মাগী হৈনা মতুংইন্দুনা চৎফবোই হাযখি। মশানৌ লৈবাং অতোনবনা মশাবীশিংগী ৰাহৈদা হোয যাদনা মশানৌগী চৈবৈ ফিজি পায়না খোঙকাপ নৌবৈ থাংলগা মশানৌ লৈমা শঙ্কনাবীগা লোযননা চৎমিন্নখি। মশানৌ লৈমা শঙ্কনাবীদি থাবুম তবা নাওযাল মপুং ফাবকপনা কন্না চৎপসু চৎঙমদা চানিংবা কযা চাবসু ফংদনা নাউযাল মপুং ফাবকপগী চানিংথক্লিংবগী খৌবাং মৈচাক খাঙদুনা ৰানা লেনখি। চীংলৈপাক ওইনম্ববু চানিং মখৈ লৈতনা অদুম মদোম ৰানা খাংজখিবা মতাংবু অসুম্লা শৈথাবি ;

> লৈমা শঙ্কনাবী অহেনবীদি খোঙকাপ নৌবৈ থাংঙমদা লোকলৌ খুদোল হনঙমদনা মশাবীবু থানদনা লমৰাই অতাম্বদবু ইন্দাল্লক্লে। লৈমা নিঙথিবীদি নিংথৌ মচা মকমপানগী পনম নোংশিৎ লাংদা শীংজা ৰাইকোই চথবকপনিগীনা খোঙকাপ নৌবৈ মাবুসু থাংঙমলক্তবে। লোইদাম থাশিং শুবক্লবগী হকশাং

মপুং ফারকপগীবু শমু খোংথাং খুদিংবু লৈতোঙ খুদিং তোয়রে। মোমনু নুজা ওইবিনিগীনা নাউয়ান পিপুক থল্লিঁঙেগী চীঞ্জাক মহৌশা চাতংনিংবা মালেম চীংলৈপাক থৌদু নূংমোন ওইনম্বা তাউজীং থুমখোইরিবা খৈবিকপুসু তানফংজদরে। শৰা হাকশাং চোক্লবগী য়াংদৌ লমদাং শিংঙমদরে। লৈমা মতীক্লববু পামেল্ল উখোং কবম্বদসু চেংলৌ মিংকুপ মরমদবু অৰা পোখাখিসে হায়বসুং পুকনিং মৰাচাবু তমফদখিয়ে।

অসুম্না মশানৌ লৈমা শঙ্কনারী অহেনবীনা নিংথৌমচা তরাক্কী মফমদা মশাবী লৈরাং অতোনবগী ফৈরা তান্দা ঙাথদুনা ঙাইহাক পুঙ্গোই পোত্থামিন্নজগে হায়জবদগী হোয় য়াদুনা মশাবী লৈরাং অতোনবগী ফৈরা তান্দা য়াতাদুনা নুংঙায়না য়াহিপ তুংখুন তানজখি। মশানৌ ইবেম্মা লৈমা শঙ্কনারীনা খোল্লেন তুংখুন তালববু মিংকপ থোক্লো হায়দুনা হৌদোকপবু মশানৌ লৈমা শঙ্কনারীদি অৰা হুইশোক লাংবগী ৰাবনা খোল্লেন তুমখুন তানখিবদগী মশাবী নিংথৌ মচা অতোনবনা কৌজববু তাখিদে। মতম অসিদা মশাবী তরুক্লা মশানৌ লৈরাং অতোনববু লৈমা মানা খোল্লেন তুমখুন তাল্লিঁঙে অসিদা চংহৌরসি লৈমা মানা খোল্লেন মিংকপ থোক্লক্লবদি লৈমা মাবু হুন্দোক্লম্ববু য়াররোই হায়দুনা মশানৌ লৈরাং অতোনবগী মফমদা হায়খি। মশানৌ লৈরাং অতোনবনা মশাবীশিংগী মফমদা মশানৌ লৈমাবু শুক্লবা উমং অসিদা মদোম হুন্দোক্লম্লগা চংপবু ঙম্লোই, ইশাবী তরাকমক্তি খোঙদোইবিখ্রো নশানৌ ঐহাক্তি লৈমা মাগা শুক্লবা উমং অসিদা লৈমিন্নজহৌরগে হায়জববু মশাবী তরাক্লা মশানৌ লৈরাং অতোনবগী শয়েং পানগা লাক্লা চীংগে তৌরবদা কান্নররোই খঙলদুনা মশানৌ লৈরাং অতোনবনা চৈরৈ মাগী অয়িনফিবু লৈমা মাগী শমু হাকচাংদা শুপচিনবিখি। মশানৌ লৈরাং অতোনবনা শমু খুৎদোম্বীদা শিরিবা চোয়নৌ স্না খুদোপ তক্ষা থিনববু লৌথোক্তুনা মশানৌ লৈমা শঙ্কনারীগী খুৎনিংথৌদা শিজিনবীরগা অসুম্নবু পাওমেল্লকখি। হে লৈমা নিংথিবী য়ামজেং লাইবক থীবিও হৈরাং নচা য়ানববু লোইদাম থাশীং শুরবী ইশানৌও নঙনা নশাবী ঐসু য়াওদনা করম্না শুক্লবা উমং অসিদা নাওয়ানহৌগনি। ইপারি শাৎলবসু ইমোম ওইনা ফুইরবসু নশাবী ঐনা চৈরৈ মরাক থৎনা পীরম্লিবা অসিনা হয়েং চৈরৈ নাওহোং

ওইনৌ, খুদোপ তন্ফা থিনবা অসিনা হয়েং মাইকৈ খুঙ্গং অথাপ্পদা ৱাইথুংলুবদা তবা চাক ৱান্দুনা চানৌ হায়না ঙকথি লুপ্পাং কোন খজাই লেংওন চুপ শপ্পাং তোনগা নাম্মা হৌদোকপবু লৈমা মাদি খোপ্লেন মিৎকপ থোকপবু মবৈখিদে। মশানৌ লৈমা মাগী মতৌ অদুদা নিংথৌ মপাবি অতোনবদি লৈমা মাব্ হুন্দোক্লনা খোঙশানববু ঙমদনা লৈমা মানা হিপ্লিবা মফম অদুবু শেম্বীদুনা পুইদিং হামুন ফোযবগা মোলাং মনম খাংবু শিন্দোক পীদুনা অবোইবা খোনফমদা পাওমেনখিবা মতাংবু অসুম্না শৈথাবি ;

হয়েং নঙনা নপাবি ওইনা শাৎলবসুং লমলক অতাম্বা খোযমা নাবোম্নুং অশোংবসিদবু পলেম নমা নচাবু তবা চাদংদা নুজা নথংলেনসুং লৈত্রবা ওইববনিগীনা থৌবম কবম নোংমনগবনো হাযনা লং মপাল ফোয ফুযতিং হামুন ফোযনা লফুৎ লৈনা শেম ফৈবা মতানথকপু লৈনা শিন্না মোলাং মঙাইখাংবু ওইনা শিনথাকলে। হে লৈমা নিঙথিবীও নঙদি খোমলেন তুমকনলিবগীব্ থংলেন নুংশি থৌকাউববীও নথংলেন ওইবা ঐদি ইশশী লৌনম য়েক্লা চেনবশিংনা ববানসী লৈকোযপুংদসু হলনাযবগে হাযশিল্লরুবগী নুংশি ইনিঙ তমঙমদবে হাযনা লফুৎ লৈনা শিন্ন মিকপ লিঙৈদা মশাবী ৬ মানা শযেঙ পানকা লাক্লা চিংলবগী নিংথৌমচা অতোনবদি মশানৌ খোমলেন তুমকল্লিবীগা শোনবী লীযেৎনবদু গুম্ববু চংবী লাবাক শেৎকুম তুবেল ৱাইখুবাচা মথা ফককুম খাইনাবে। মবৌ কনবা ঙমদনা লৈমা চেংলৌ মশক চিংনা যেং নুংশি খোযবু ওৎনা হুল্লাল্লম্লে। পাঙ্গল খুঙম থীনা পুখিববগী লৈমা মশানৌবু মিৎযেং শানখৈনবিবমখৈবু চেংলৌ হম্না যেংনা হে লৈমা নিঙথিবীও যাথং নপাউমেনবু না তাববোই। চেংলৌ নঙগী শকপাম্ভোং নিঙথিবা যাথং ৱাচুম নহৌশা নুজা নথৌখন নিঙথিবসুং লৈবাং অতিংঙাবু ওইনা কবম লৈহৌববনো কল্লকএ। কোবৌ অসি নোংগীবু যেংবা চীংনা খন শঙ্কনাবী কোলোয মমিংথোংবু পল্লা ববানসী লৈকোয়পুংবু ইন্দানখিবে।

লৈমা শঙ্কনাবী অথোইবীদি শমু মিৎকপ থোল্লকপদা মশাবী লৈবাং অতোনবগী ফৈবা তান্দা হিপলম্বগী মহত্রা লফুৎ মথক্তা মোনখাংনবম্ববু

উববদা মালেম লৈদা ওয়া মশাবীবু কৌদুনা ওন্না থোইনা খাংঙমদনা মিংকপচখি। মশানৌ লৈবাং অতোনবা নিংথৌ মচাবু মাযগৈ শল্লাই য়েংদুনা কপ্পগা কৌজববু ফংবা কৌবা মবৈখিদে। মশানৌ ইবেম্মা লৈমা শক্কনাবী অথোইবীদি হৈবাং মচা যানববু লোইদাম থাশিং শুবদুনা মপাবি অমা ফংজখিবা মতাংবু অসুম্না শৈথাবি ;

> মদোম নোংথোইবগৈদা হৈবাং মচা যানববু লোইদাম থাশিঙ শুচিল্লক্রবগী চাওন খোযজি যেক নাউওন নুংযা শাউ হুমাং লৈবিক কাবনা নুংওন যাফম শাউনা নিংদোল থচিন চেংকুম চেংকানা মশাবীসু যাওদা নাউকন খোয়বেন লৈতনা তৌবাং ফকচা থাদা তিঙলী যাংলী শংনা লৈমা নুযেক হেল্লবগী অমন শিবাইদমগুম খোযমা লাংপান পাযনা মপাবি ওইনবু নাউনৌবে। নাব্রা খোযবেনবিনববু কনা লৈতববগীবু খোইমোম মিংযেং তাংজুম্না চীংঙু ব্রায়েনবনা উববগী নুজা মাল্লেমথক্তা ওল্লিবীবু লৈমা মতৌ যেং নব্রা লৈমায ওয়া শুঙা মিকপ্পববু নাব্রা মখোয লেন্না ইক শান্দেংবিবম্লগা খোইমোম থিংলৌ নিঙনা তেনা চীংঙু মকাইযমদবু হলবাইখিবে। পলেম নমা মচাদি মালেম লৈতিনথীবু তবা চাকওইনা পামেল উহৈ চানা নোংলেল্লে। মতৌ অসুম কোবৌ নোংশিং যার্মাচিল্লক্রবগী হাকশাং মযেং তাচিল্লক্লে। কুচু মশক ওল্লক্লে চাযকং মযেংতা চেংলৌ মিংশা তামলে খচাই নাকলৌ চোক খৌবি চাকযোৎ লমসু কংলে। খোমলাং চাইজি পির্শিন কং খোল্লাং ঈ নঙথববু পুম্না লৈত্রবদা মপাবিবু চিংনা চিংনা যেং মিংকোয লাইজা য়িফম তাউ য়াথং হীকহাইননা মিকপখিএ।

লৈমা শক্কনাবী অথোইবীনা মপাবি অমা ফংজদুনা কৌবৌ নোংজা কযা লৈবক্লবদা চাদ থক্তবনা শমু মহাকশাংসু মযেংতাশিল্লক্লদুনা মশা পুম্না চোকথবকপদগী খৌবি চাকযোৎফমসু কংলক্লে। মপাবিবু যেংনা লৈমা শক্কনাবী অথোইবীনা পাবি ইবুংঙো নহাকপু পল্লৌ নপানসু লাঙ্গোলদা লমজা শাবা মচা হাযবদু ওইবেদো হায়না পীবেম খকমা তানা মদোম কপচখি। অসুম্না পলেম মমানা ওন্না থোইনা অব্রা মৈচাক খাঙদুনা তেংথার্বিঙৈদা মপাবি নাব্রা মাদি খোল্লাং পিবুক লামদু কপ্পক্লবদা মপাবিগী

মিত্তগী তাবকপা মপী অদুনা সনাগী মচু ওইনা মুক্তা পবেং লেংশিনবগুম শিনথবকখি। অদুগা মচিন্দগী থোবকপা তিল্লাং অদুনা লুপা মচু ওইনা তাবক্লবদা পলেম মমা লৈমা শক্কনাবী অথোইবীদি মপাবি মাবু অচম্বা নমু তাইবঙ মীদি ওইদবে খংজখি। মপাবি নাব্রা অঙাং অদুগী মতৌদা পলেম মমানা মপাবিগী মমিং সনামমনিক হাযনা থোনখিবা অদুবু অসুন্না ইবি।

> মপাবি নাব্রা অখুবনা খোল্লাং পিবুক থন্দববগী পলেম নাউথেম খোনবু হোয য়াদনা চীংঙু নোংলাউথিকুম পিবেম খকমাদনা মিকপ্পবু খোইয়ম কোবৌ লনশামনগী নাউনৌবনিগীনা নাব্রা মতীক অকাববু পলেম মাঙদা উংনা চেংলৌ মমিং অনিমাদগী মালেম লৈস্না অঙাংবনা পিবেম চাইজি ইবা ওইনা মুক্তা পবেং লেংশিনবগুম শিনথবে। যাবেন খোংচিতোন্দসুং কোবৌ নোংলুমপান্না তিলাং য়িফা ওইনা শিনথবকপবু পলেম মমা শক্কনাবী অহেনবীদি মথংলেন লাইওইনববু তান্নবনিগীনা ইপাবি ইবুংঙো লুতুং চগা লাইকোকতবিবা নঙনা চেক্লাগুম কুকু মীবোল তাবিবা অসিবু নমু মীমাচস্না হাযববু নাব্রা মহীশাংনা তৌদবা খল্লাং পুব্রাবীদা তাদবা ইবেং পুপান লোন্দসুং উবক্তববু খোইমোম লাইগী মতৌগুম কোবৌ নোংলুম পান্না তিলাং য়িফা ওইনবা মলেম লৈস্না অঙাংববু পিবেম ইবা ওইনবা অসিবু ওনথোকএ। পাবি কোলোয নমিংথোংবু মালেম লৈস্না অঙাংববু কোলোয মিংলেন চুনৈএ। সনামমনিক ও তৌনা মিংথোংগে হায়না কোলোয় মমিং থোনখিবে হায়দববা।

লৈমা শক্কনাবী অথোইবীনা মশাবী লৈবাং অতোনবনা থনম্বা চৈবৈ ফি অদুনা নাহোং শাবগা মপাবি সনামমনিকপু পোখৎলগা মশাবীগী লৈফম্বু থিবকপদা অব্রা হুইশোন লাংলদুনা পামেল উজাও অমগী মখোং খাদা পোখাদুনা ঙাইহাক পুঙ্গোই লৈখি। চীংশোং খুনু লমলৈমা খুনু মতে মনাউনা চেক্লা চিদিন্ননা খোংয়েবকপবু উববদা খুনু মতৌ যেংনা লৈমা মাদি মিকপচখি। পোনবী কাইদোংবা চেক্লা চাদসু পোনবী চীংওক্লা চেক্লা চিদিন্ননা খোংমিন্নেএ। মোমনু লাইবক থিবী পলেম ইমা ইচাদি থংলেন নাকপু থানা পাহা নোংচেং ওইনা ইদোম নুবা কবম পুংবা হাঙলবনো। হে ইবুংঙো নিংথৌমচা নিঙথিবাও কোবৌ নোংজা খুদিংদা স্না কাংখলনুং মোলাং

তপ্পাই থক্তা চিনন্না থম্বাল মাইযোক্লনা নুংশি য়াতামিন্নবা অদুবু ফংদ্রেদা হায়না খুনু মতৌ যেংনা যেংনা হকচাং মৈচাক থোইনা হেঞ্জিল্লক্লে মতৌ কবন্নবু নুংশি মৈচাক অসিবু খাংলসিগে হে ঈশাবী লৈবাং অতোনবও। অসুম্না তেংথানা নুংশি কাইনা মৈচাকপু পুঙমদনা ব্রানা খাংজখি।

মাযকৈ অমবোমদনা নিংথৌ মচা অতোনবা মশানৌ লৈবাং অতোনবদি ববানসী লৈকোইপুংদা মশানৌ লৈমা শক্কনাবীনা তৌবমগদবা মতৌ অদুবু খল্লুবদা তুম্বা চাবা চঙদনা মশানৌ ওইবি মহাকপু নাউযান মপুং ফাদুনা মপাবি মযোম্বু শাৎলমগদ্রা খনবদা মদোম খাংফম খঙদনা কোবৌ নোংজা কাংদনা কপ্পুনা লেনজখি।

লৈমা শক্কনাবী অথোইবিদি মপাবিগা লোয়ননা শুক্লবা উমং ব্রামং ফাওদুনা অসুম লাকপনা মমৈথংদা নিংথিনা কৌবা খুঙ্গং অমদা থুংখি। তুবেল লৈবাই মনাক্তা লৈবম্বী নিংথৌগী মনাই লৈলেংবী মালীনি অমবু থেংনদুনা মালীনি মাগী মোংবা শঙ্গাইনুংদা কোবৌ নোংমতদি যাবেকচখিগে হাযদুনা পোখাদুনা লৈখি। পলেম মতৌ মাল্লবী মালীনি অদুনা তবা চাক থোংলগা পীজববদা মপাবিগা লোযননা নুমিৎ শীংবুম কযানিমুক মালীনিগী মোংবা শঙ্গায়দা নোংলেন্দুনা লৈখি। নোংমা কোবৌ নোংজা অমদি লৈমা নিঙথিবিনা মালীনিগী লৈ লেংবা অদুবু পবেং অমত্তং লেঙগে হাযদুনা লেঙবা যাওখি। লৈমা শক্কনাবী অথোইবীনা লেঙবা লৈ পবেং অদুবু নিংথৌগী মফমদা কৎলুবা মতমদা নিংথৌনা মালীনি অদুবু কোবৌ নোংজা কাঙদনা হন্না হন্না লেঙনবা যাথং পীখি। অসুম্না মালীনিগী মতেঙ পাংদুনা লৈমা শক্কনাবীনা মালীনিগী মোংবা শঙ্গাযদা কোবৌ শীংবুম যাম্না লৈবক্লবদা নোংমা কোবৌ অমদি মপাবি সনামনিকপু ঈবক শান্দেংবীগে খল্লদুনা পুল্লাং খুত্তা পায়দুনা ঈশিং শোকপা চঙখ্রিঁগৈদা মপাবি নাব্রা অঙাং সনামনিকপু নাউবোইবীনবা কনাসু লৈবমদে। অঙাং নাব্রা সনামনিক্লা মদোম শান্নদুনা লৈবম্বদগী মালীনিনা লৈকোন্দা চৎখ্রিঁগৈদা নাব্রা অঙাং সনামনিকী নাক্তা লেংনবা থল্লিবা লৈ খববু অঙাং নাব্রা সনামনিক্লা চাযখাযদুনা শান্নবাবদগী মালীনিনা লৈকোন্দগী হল্লকপদা শীংঙেল লৈবাংবু শেগাযদুনা চাযখায়বম্বগীদমক শাওখিদুনা অঙাং নাব্রা সনামনিকপু ফুবিখি। অঙাং নাব্রা

সনামনিক্কা মালীনিনা ফুবা অদুদা চৈনাখোল খাংদুনা কপ্পবদা চেষ্টবকপা মপী অদুনা সনাগী মবীগুম চেষ্টবকপা, তাথবকপা তিল্লাংনা লুপাগী মচু মাল্লা তাবকপা অদুবু মালীনিনা উববদা অঙাং নাৱা অসিদি অচম্বা অঙাংবু নত্তে খল্লদুনা পলেম মমা লৈমা শঙ্কনাবীনা ঈশিং শোকপা চৎখ্রিঙৈদা নাৱা অঙাং সনামনিকপু হুবান্দুনা অতোপ্পা লৈবাক অমদা থৈদুনা পুখি। লৈমা শঙ্কনাবী অথোইবীনা পুল্লাং লুদা থোংনা ঈশিং শোকপা কাবক্লবদা মপাবি নাৱা সনামনিকপু লৈবমদ্রবদা মিপাইখিদুনা কোকচাওবী কাখি। লৈকাইগী যুমথোং খুদিং চঙদুনা মপাবিবু উববা হাযদুনা চেন্না চেন্না হংজখি। লৈমা শঙ্কনাবীনা মালীনিগী যুমদা অমুক হল্লক্কুনা মালীনবু থিবসু ফংদ্রবদা মদোম মপুক্লিংদা মালীনি অদুনা মপাবি সনামনিক্কী মতিক মগুনবু খঙলদুনা অঙাং নাৱা সনামনিকপু হুবান্দুনা পুখিবনি হাযবসি খঙলবদা মদোম থম্মোয শোক্লা মপাবি সনামনিকপু কৌনা কৌনা তেংথানা মিকপখি।

মালীনি লৈ লেঙবীনা সনামনিকপু শমু নমদা পোদুনা অসুম শবকপনা মমৈথংদা কাশী লৈবাক্তা বাযথুংখি। মযম অদুদা লৈবাক্কী নিংথৌসু নোঙ্গাখিবদগী নিংথৌ ওইবিনবা মীশক শন্নবগীদমক শামু যাইশা থাদোক্কুনা নিংথৌ ওইগদবা মীশক অদুবু থিবগী মতম তাঙ্গা থোক্লুদুনা শামু যাইশা অদুনা মালীনি লৈলেংবীনা নাবা অঙাং সনা মনিকপু শমু নমদা পোদুনা লাকপা মাযকৈবোমদা চেনখিদুনা সনামনিক্কা লমওক্লক্কবে। যাঙ্গোই যাইশা অদুনা সনামনিকপু উবা মক্তদা মালেম লৈদা কুহ্ববগা পুকল্লবদা শমু মনঙ্গন্দা তোঙখৎনবা ঈঙ্গৎনা হাযববদা লৈলেংবী মালীনি কুন্দোনা অঙাং নাৱা সনামনিক্কা লোযননা শামু যাইশাগী শযাংথক্তা তোংখৎলগা কাশী লৈবাক্কী মা কোন্নুংদা বাযথুংখি। কাশী লৈবাক মীযাম্না সনামনিকপু কাশীগী নিংথৌ হাপখি অদুগা মালীনি লৈলেংবী অদুবুনা সনামনিক অঙাং নাৱাবু পুদুনা লাকপগীদমক লৈবাক মীযাম্না নিংথৌ পোকপী মমাগুম ইকাই খুম্নজখি। অঙাং নাৱা সনামনিক লাইওইবদি ঈশ্ববগী নোংদমখোল কাযফদবনা কাশী লৈবাক্তা নিংথৌ ওইদুনা নুংঙাই যাইফনা পানখি।

লৈমা শঙ্কনাবী চেংলৌ অহেনবীদি কোবৌ নোংজা কযা মালীনি লৈলেংবীগী মোংবা শঙ্গাযদা নোংলেন্দুনা লৈববদা নোংমা কোবৌ অমদি

লৈমা মাগী নাক্তা খোইমোম লাইবু নীংবা যুবী খুজাই নাক্তাযেপ্পা লম্বোইবা অমা লাকপা থেংনখি। লৈমা শক্কনাবী চেংলৌ অহেনবীনা চৈবৈ ঙক্তা যেৎনা খোইমোম লাইবু নীংবা লম্বোইবা অদুবু খুৎমজখি। খোইমোম লাইগী মশক ওইবিবা লম্বোইবগী মফমদা যাংলৌ লমদাং অবোনবদা মোমনু ঐগা পাংখক ওইবিবী নুজা অমনা অঙাং নাবা অমা শমু নমদা পোবগা চৎখিববু থেংনবিববা হংর্জখি। খোইমোম লাইবু নীংবা লম্বোইবা অদুনা মোমনু লৈবাং নশুং নমান্নবী অমনা মাইকৈ খানা পাংবা মাযকৈদা অঙাং নাব্রা অমবু শমু নমদা পোদুনা চৎখিবব্ থেংনবমই কাশী লমদম য়ৌগদবা খজিক্তুংদা ঙাইনৌবে হায়না শক্কনাবীগী মফমদা খোইমোম লাইবু নীংবা লম্বোইনা অদুনা পাওদমখি। লৈমা শক্কনাবী চেংলৌ শকহেনবীনা খোইমোম লাইবু নীংবা লম্বোইবগী পাউদমখোলবু তাববদা খোইমোম লম্বোইবগী মফমদা মোমনু নুজা অদুনা শমু নমদা পোবগা পুখিবা অঙাং নাব্রা মহাক্তো মোমনু নুজা লাইবকথিবী ঐগী ইচান। নির্ংথনা লৈবাক্কী নিংথৌগী লৈলেঙবী মালীনি অদুনা ঐনা লাইজা ঈশিং শোকপা চৎখ্রিঙৈদা লোন্না হুদুনা পুখিবদগা ইদোম ককঙাওনদুনা পাবি মাবু থিফম মাইকৈ তাংদাংবা খঙদনা লৈবিবনি। খোইমোম লাইগী পাংখক ওইববা লম্বোই লাইবু নীংবনা নদাইবেম ঐগী যাংদৌ লমতাকপীযো ইপাবি মাগী মাব খোঙ্গুলবু লিজকুগে হাযজববদা লম্বোই লাইবু নীংবনা যাংদৌ লম্বেলদি অনিবু লৈযে। যাংদৌ লমদাং অশম্বদি কোবৌ নুমিৎ শীংবুম ১০ নিদা যৌগনি অদুগা যাংদৌ লমদাং অকোযবদি লোইদাম থাবুম ১ চঙগনি লম্বেল অশম্বা অদুদি অকিবগী মশক ফংলবা নোংশা, কৈ, লিন, লাইবেল, শওম অসিনাচিংবা কযাগী যাবেকফমনি চঙলুগুনো হাযনা পাওতাক পিবম্লগা লম্বোই লাইবু নীংবদি মোংবা মবাল যাইদবু হর্নখি। মপাবি কাইনা মৈচাক্লা ঙাওববী লৈমা শক্কনাবী চেংলৌ শকহেনবীদি শিগনি নাগনি কাওখিদুনা অফবা লম্বেলদা চৎকদবা অদুবু চত্তদুনা শোংলবা উমং ব্রামং ফাওদুনা থুনা যাংনা মপাবিগী মাবখোঙ্গুল লিবা চৎখি। অসুম্না'লাকপদা য়াংদৌ লমখাংদা কোবৌহনবনা মালেমদগী তাগ্রবদা অহিংগী মতম যৌবফাওবদসু খোম্লেন তুমদনা অহিং নোংশোইবা লেপ্তুনা লাক্লবদা খোইযুম ব্রাযেনবনা নুজা মাগী পুক্লিং ব্রাচুম খঙগে হাযবগীদমক পানবা কৈনিংথৌ কৈবেন উগ্বীশাবু থৌশিবক্তুনা নুজা মাবু ঙাক্লুনবা থাবকখি। লৈমা

শঙ্কনাবী চেংলৌ শকহেনবীনা পানবা কৈবেন মাবু উবদা মপাবিগী ৱাখলদা লুপখিদুনা মশাদা অকিতুজুং পোকপীদে। পাম্বা কৈবেন মানা উনবি মখোই শাওনা ঙংদুনা চঙলকপবু পাম্বা নচীঞ্জাক ওইনগে হাযবক্সে মোমনু নুজা ওইবী ঐহাক্তি শম্ ইমাই লৈশ্রবোই ইপাবিগী মশকপু উদনা শিবক্সু নুবা ইবাইবক্কীনে খন্দুনা পাম্বা মাগা মাইযোক্লনা ঙাইখন্নবগী নুজা পুকনিং অবেপ্পবু উববদা পানবা মাদি নিঙনা তেনা হলৱাযাখ। মতৌ অসুম তৌদুনা অকিবগী মশক খংলবা শওম, তাংজা লিন, লাইবেল, কৈ, নোংশা খিবিকসু নুজা পুকনিং অচুম্বী লৈমা মাগী মতৌদা মতোম মতোমদা তুমিল হলৱাযনখি। লৈমা শঙ্কনাবী নুজা পুক্লিং অচুম্বীদি যাংদৌ লম্বী লমশাং লাকপদা ৱাবনা মখোং থাংববু ঙম্লক্ত্রবা ফাওবদসু মপাবিগীদমক খল্লবদা অৱা হুইশোক লাংবা লৈতনা শমু হকচাং মযেং তাদুনা নুজা শকফম কাযবক্লবা মতৌ অদুবু অসুম্না শৈথাবি ;

> নমু মীওই ঐখোয অসিদি পাযমা লিংজেল চুপ্পবা উনবী পুক্লিং ৱাচুম শবী নুঙা পুকনিং অবেপ্পী লৈমা শঙ্কানাবীগী শমু মহাকশাংদুবু মৈ ঈশিং নোংশিৎ তবঙ পুম্নমসুঙ চঙঙম শোকঙমদে হাযববু মখঙএ। মতৌ অসুম লৈবিঙে নুজা চীংঙু লাইবক থীববী নুংশি পাঙ্গল শোল্লবী শাৱা তেঙবাং লৈতববী ওলা মচি কাদববী উপালঙম্বী শিঙঙেল লৈবাং খুইথববী লৈহৌ লাংবল শামনা লাগুমলবী চেংলৌ মিৎফম কুৎলবী শিঙঙেল লৈচু ফোলাউনববী খোম্লাং, চাইজি কংলক্লবী শউন কুবাংনা উন্দা পক্লবী নমু মীওইলগী চেংলৌ শকপাম্থোংবু মান্দবেদো। নুজা চীংঙু লাইবক থীবদি অসুম লাংলেন কোঙযাং মচৈশুবু থাদোক্তনা নুজা ৱাচুম অবেপ্পনা লনওইনবীনিনা খোযমা মমায লৈবিদববসু উববগী খোইমোম কোবৌ ৱাযেনবা চীংঙু মিৎযেং তাংজুম্বনা অসাইঙেগী পানবা যেকলাবা কৈবেন শোংকিহন্দনা নুজা পুকনিং য়াংহন্দা পানবা মমৈ থুপ কৈবেন মনা কাঙদনা য়াংদৌ লমজিংবিকও। লৈমা মপাবি নাৱা অখুবনা লৈবাক খুন্নিংথৌবু ওইনা নিংথৌ চাকচা নুংঙাইববু তানফংববু থুনা খঙহল্লুও হায়না থৌশী ৱাগী পানবা য়েকলাবদি কৈবেন মৈগা থুপনা লৈমা মমাও থানা মালেম লৈদা পক কৈবেন স্না কাঙদনা কুল্লববগী নুজা পায়মা লৌশিং চাওবীনা পানবা মহৌশাবু নত্তনা মতৌ অতেবনা লৈমা শমু মাঙদা কুল্লবা অসিদো খোইমোম

> নোংদম্বনা নুজা ঐবু ইথংলেন তান্নবী খোঙকাপ নৌবে থাংঙমদবা যাথং মাযওন্দববু উববগী য়াংদৌ লমজিংবিকও হাযনা থৌশীবকপা ওইবঙেনে।

অসুম্না চীংঙু মিৎযেং তাংজুম্বনা পানবা মাবু লৈমা মাগীদমক লমজিংলুনবা থাবক্লবদা লৈমা শক্কনাবী মহাক্তি পাম্বা শযাঙথক্তা তোংখত্তুনা পাম্বা মানা লৈমা মাবু লমজিংবিদুনা লাক্লবদা শক্কনাবীদি যাংদৌ লমশাং লাকপদা ৱামনখ্রদুনা লাইজা ঈশিং খৌবাঙবনা খাঙবা ঙমদ্রবদা পাম্বা মাগী মফমদা লাইজা ঈশিং খজিক্তং পীথকপীনবা হাযজখি। পাম্বা মানা লাইজা ঈশিং লৌবা চৎখ্রিঙেদা লৈমা পামেল উখোং খাদা পোখাদুনা লৈবিঙেদা শামু অমা লাক্লগা লৈমা মাবু লাঙ্গোই শযাংথক্তা হাপ্তুনা পুখিবমই। পাম্বা মানা লাইজা ঈশিং পুদুনা লাকপা মতমদদি লৈমা মাদি লৈবমদ্রবদা পাম্বা কৈনা শাওখিদুনা লৈমা মাগী খোঙ্গুল লিদুনা থিবকপদা লৈবাক নুংঙাইবা অমদা ৱাইথুংখি। লৈমা শক্কনাবীনা লাঙ্গোই শযাংথক্তা লৈববু পানবা কৈনা উববদা লাঙ্গোই শামু হকচাউবগী নাক্তা পানবা মথি নাই কৈবেন মবাঙ হৌনা চঙখিদুনা লাঙ্গোই শামু মাগা মাইযোক্লদুনা অকনবা লান থেংনখি। লাঙ্গোই শামু অদুনা লৈমা মাবু শযাংথক্তগী থাংথবগা লৈমাযদা থল্লগা কৈবেন মাইযোক যানা অকনবা লানশোক্লববা মতুংদা পানবা কৈনা লাঙ্গোই শযাংথক্তা চোংখত্তুনা মনা নাহুম অহোম্বদা কৈবেন যানা ফংনা চাক্লবদা লাঙ্গোই শামুদি মমায লৈদুনা হলবাযখি। পানবা কৈবেন অদুনা লৈমা শক্কনাবী মহাকপু লাইজা ঈশিং পিথক্লবদা লৈমা মাদি পাযমা লৌশিং থোক উনবী চনিং ঈং খৌবী চবম হো নিংশা মতাং শিৎনা থবায লাইকন ঙমখি। পানবা কৈবেন অদুনা লৈমা মাগী যাইবী মথৱায কনবীববদা লৈমা শক্কনাবীনা পানবা মাবু হযেংমুক্কী মপোক লাংওন্দদি পাম্বা লক্তা তান্দনা নমু তাইবঙ মী ওইনবু পোকউকো হাযনা থৌজান লনকুবিখি। পানবা মাদি লৈমা শক্কনাবীবু অসুম পুদুনা লাকপনা মপাবি সানমনিক্তা নিংথৌ ওইদুনা লৈবিবা কাশী লৈবাক্তা ৱাযথুংলবদা শমু মীবোল থোকপগী পাংখক্তা লৈমা শক্কনাবীগী মফমদা পানবা ঐদি নমু পোংওইবশিংগা তিন্নবা যাবা শাবু নত্তবনা খোযমা নাবোন্নুং পামেল উমংলক্তা যাঙ্গোইবনিনা নমু মীশক উফবোই মবম অদুনা খোযমা নাবোন্নুংদবু লৈহৌবগে লৈমা নিঙথিবী নঙদি নপাবিগী কোলোয়

মমিং হংনা মাব খোঙ্গুলবু লিকও হায়বল্লগা পানবা কৈবেন্না হলব্রাযখিবা মতাংদা অশৈবনা পানবা কৈবেনবু শমু মীবোল থোকপগা পাংখক ওইহল্লি অসিমক থোইদোক হেন্দোকপা অশৈবগী চাওববা মগুন অমনি। অশৈবনা শৈথাবদা শিজিন্নবিবা বাহৈ পবেংশিং অসিমক অসুক্কী মতিক নীংথিনা ফজবা মওংদা ফোঙদোক্লমই। মসিনা মণিপুরী লোনগী মবাং কাযবা ব্রাৎত পাদবা পুক্কৈবু মযেক শেংনা উইহল্লি।

> হে পম্ভৌ লেপলৌ শিনগুম্না পানবা নঙগী নথৌজান মক্লা লাইজা যিগা থিনা নুজা থবম্ব লাইকম্নবিবে। হযেং লাংঙন নপোক অমবক্তদি কৈবেন নঙ্গাইবোইদা লেংতিন্দনা তাইবং নমু ওইনা লাংওনলুও। নুংশি কোলোয ইযাথংবু নুজা ইথংলেন তান্নবী পাবি লাংগোন হাঙলবী ঐবু মোম্ম পুকনিং ব্রাচুম শূবী মাবু ওইবর্বদি যোন্দনা ননিঙ তৌকও হাগনা পাউমেনজববদা কৈবেন খোঙকাপ থাংনা চখ্খিএ। লমদন যাবেকযম উখোঙ পোখাদনা যাংদৌ লমদাং ইন্দালখিযে। মপাবী সনামনিক খোইমোম লাইপোক শঙশঙবগী ব্রাযথুংযম কাশী লৈবাক নুংঙাইবগী খুঙ্গং অথাপ্পদা নমু মীযাম তিন্না নুংঙায মবাং কাযবা অদুগী খুঙ্গং লোইখে তানগী যিমদোমপোক অমতংবু লাপ্পা চেংলৌ মিৎথিৎলবদা কৈবেন অথৌবনা ব্রাহমখিএ। খোযমা নাবোন নুং পামেল টমংলক্তা যাঙ্গোইবনিগীনা নমু মীশক উফবোইএ। খোযমা নাবোন নুংদবু লৈতৌবগে লৈমা নিঙথিবী নঙদি নপাবিগী কোলোয মমিং হংনা হংনা মাব খোংখুলবু নদোম থিজখিবো হাযনা পানবা য়েকলাবাদ থিংলৌ নিঙনা তেনা হলব্রাইবকলে।

লৈমা শঙ্কনাবী চেংলৌ শকহেনবীনা মখুত্তা চৈশু শুদুনা খুঙ্গং অদুগী খুন্দোন্দা তাবা যুমদোমপোক অমদা চঙদুনা নমু মীযাম তিনবা লক্তা মপাবি সনামনিক্কী কোলোয মমিংবু পাউহংলবদা নমু মীযাম লক্তগী কনাগুম্না খবনা কুচু নশক লৈত্রবী শিঙঙেল নতিক নত্তনা লৈবাক্কী নিংথৌবু কবিগী মমিং পন্না হংবনো হাযনা লৈমা শঙ্কনাবীবু শমু খুৎনা লাক্লা ইল্লগা তিল্লাং হার্যাশৎনবম্বসু মযাওই। লৈমা মানা কাশী লৈবাক্কী মীশিংদা মপাবি সনামনিক্কী কোলোয় মিংলেনবু হংনা হংনা অসুম লাকপনা খুনযাই যৌববদা লালোই

ফম্লাইবা অমখক কংলা থৌগাক্নবদগী মোংবা মবান যাইদা কুম্লকপদা লৈমা শঙ্কনাবীগা লমওক্লববদা নুজা যাথং অনোনবনা অকি পুক্লিং ব্রাখলগা লোয়ননা অণ্ডম্বা অদুগী মফমদা সনামনিক কৌবা অঙাং নাৱা অমখক্লা তবা চানিববা চৈবৈ ফিনিববু উহৌবকা লৈববা হায়দুনা মালেম লৈদা পক্লা খুকুম্লগা পাউহংজববু অণ্ডম্বা অদুনা লৈবাক নিংথৌগী মমিংবু থৌগল্লোন বব্যহাব কাযনা পাউহংই হাযদুনা লাঙ্গোইথক্কগী মনম শাজৈ থাদুনা লৈমা শঙ্কনাবীবু ফুবিখি। পলেম মমা ঐহাক্লা ইপাবিগী মমিং হংবা খুদিংদা নমু তাইবঙ লৈবাক নিংথৌগী মমিংবু থওই উশিত্তনা পল্লি হাযদুনা নুজা ঐবু ফুবিবা অসিবু লৈবাক অসিগী নিংথৌগী মমিংগা ইপাবি সনামক্কী মমিংগা মান্নদুনা তৌববা হাযনা লৈমা শঙ্কনাবীদি মদোম পুক্লিংদা খনখি। মমৈথংদা লৈমা শঙ্কনাবীনা মদোম কান্নদ্রে খল্লদুনা নিংথৌ মাগী নাক্তা চঙলগা হেক্তদুম পাওতংলুবগে শিবে অদুমঙাইবে চঙলে ফবে খল্লদুনা স্না কোন্নুং তম্না থুনা যাংনা লাক্তনা কোন্নুংগী থোংঙাকপশিংদা মপাবিগী মমিং পাউহংজবদসু কোন্নুংগী থোংঙাকপা অঙম্বশিংনা নুজা মাবু চৈবিববদা স্না কোন্নুং মনুংদগী থোক্লকপা লৈশা পাংখক ওইববী মোমনু নুজা মঙাগা লৈমা শঙ্কনাবীগা লমওক্লখি। লৈশা পাংখক ওইববী নুজা মঙামনা নুজা মতৌ যেংঙমদ্রদুনা মহাক্লা হার্যানিংবা পুম্নমক মখোয মঙাদা কবিসু অকিবা লৈতনা হাযনবা তাকপীখি। লৈমা শঙ্কনাবীনা হেইমোম মানবী মঙামক মোমনু নুজা ঐগী ইপাবি সনার্মনিক নাব্রা অঙাং মাবু শকউবক্তববু কোবৌ নোংশিং যার্মশিল্লক্লে পাবি কোলোয মমিং থোংবু পন্না পাউহংজববসু থোংশঙবগী লীচৈ মখুৎ শুনা চৈপিবে হাযনা পাউদম্লবদা মোমনু মঙা অদুনা থুনা কাশী নিংথৌ সনামনিক্কী নাক্তা চঙলক্লগা নাইবেম ঐখোয মঙানা হৈবাং অশং যেং তাউজিং অমুন থনগে হাযবগী সনথোংদা থোক্লুবদা কাশী লৈমাবা নগাক্কী পলেম পোকমাবীনে হাযবা অমনা কাশীইনিংথৌগী কোলোয নমিংথোংবু পাউহংজবদা ফৈদাইবোইশিংনা চৈবিবদগী নুজা মাদি মালেম লৈদা ওন নুংশি মথোং খংদনা লৈহৌবে হাযনা পাউদমখি। নুজা মঙাগী পাউদমখোনবু তাববদা কাশী নিংথৌ সনামনিক্লা মহাকপু পোকপা পলেম মমাদি শঙ্গাযনুংদা তবা লুকফম লাংদুনা লৈবি। শাগৈ ঙাইবী কবম্ববু ওইবনো নুজা মপাউমেনবু তাবসি থুনা য়াঙনা কৌশিল্লকও হাযবদগী নুজা মঙা অদুনা লৈমা শঙ্কনাবীবু নিংথৌ স্না নাক্তা পুশিল্লকখি।

লৈমা শঙ্কনাবী নিঙথিবীনা নিংথৌ ম্না মাঙদা চঙলক্তুনা লেপ্পবদা মপাবি সনামমনিকপু হেক উবমক্তদা খোল্লাং কংলুবববু খোমলাং চাইজি নঙথবক্লববু খোল্লাংনা মালেম লৈদা তাগে তৌবববু তাহন্দনা খুবাক লোওনা যাদুনা মপাবিগী মফমদ। অসুম্ন পাওমেনজবকই। পাবি নাবা নহাক্কী চেংলৌ শকপু হেক উবমক্তদা পলেম নমা ঐহাক্তি খোল্লাং চাইজি ঈহৌবক্লে পাবি নাৱা নহাকপু মহৌশাগুম থাদোক্তনা লৈবা মতৌ অদুগুম খোল্লাং ইনগে লাউ হাযনা পাউমেনজববু মপাবি নাৱা অঙাং সনামর্নাক্ত পলেম মাগী অশেংবা চিনগোয মযাথংবু তাববদা নুংশি মতৌ যেংনা অশেংবা খঙঙমদ্রদুনা ঙকচাননা অসুম্নবু পাওমেল্লকখি। নিংথৌ ঐগী পলেম ইমানি হাযবীবী নুজা নহাক্কী ৱাসিদি খোম্লেন মংলান চানগুমলে। নিংথৌ ঐগী পলেম ইমাদি শঙ্গাযনুংদা নিংথৌ ঐগা পুন্না লৈমিন্নবিযে। নিংথৌ ঐগী নুংঙায যাইফবা অসিবু ইপান মহৈ চানিংবগীদমক কবিগী পলেম ইমা শাদুনা হাযবনো। হৌইগুম পলেম ইমা ইচা শেংন শাযনখিবগী ৱাবী লমদাং অদুবু তানিংই হাযনা মপাবি সনামনিক্লা হাযবদগী মপন পলেম পোকমাবী লৈমা শঙ্কনাবীনা মপাবি সনামনিক্কী মযমদা হৌগ্রবা থৌদোকশিংগী ৱাবীদু লীদুনা তাহনখি। পলেম মনাগী বাবী পুন্না তাববদা নাবা অঙাং সনামনিক্লা পলেম মমা লৈংলংবা অমসুং লৈমা শঙ্কনাবী অনিবু অশেংবা মমা কনানো হাযববু খঙনবগীদমক নাৱা অঙাং ঐহাক্কী যাবেল নুংদা খোল্লাং শুমজিল্লগা চাংগেংলসি হাযনা যাথং পীববদা পলেম মমা পোক্তবী নিংথিনা লৈবাক্কী লৈশংবী অদুদি অকি তুজুংবনা মশা অদু নীকখি। অসুম্না নিংথিনা লৈবাক্কী লৈশংবী মালানি অদুনা নাৱা অঙাং সনামনিক্কী যাবেল নুংদা খোল্লাং শুমজিনবদসু যাবেল খোংজিনুংদা খোল্লাং মরিক অমা ফাওবা তাহনবা ঙমখিদে। পলেম মমা পোকমাবী লৈমা শঙ্কনাবী চেংলৌ শকহেনবীনা মপাবি সনামনিক্কী যাবেল খোংজিনুংদা খোল্লাং শুমজিল্লকপা মতমদদি মপাবি সনামনিক নাৱা অঙাং মহাক্কী যাবেল খোংজিনুংদা যাফম ঈথক হৌনা তাকবদগী মপুক্লিং হঙ্গোইবা লৈতনা পলেম মমা পোকমাবীগা খোল্লাংবু মবুক থন্না পেন্না থকচাখবা মতাংবু অসুম্না শৈথাবি ;

পলেম মমা শঙ্কনাবী অহেনবী পাযমা লৌশিংবীনা পাবি
সনামনিক নিঙথিবা নাৱা নঙবু পোকপা পঙ্গৌ নপা ইবুংঙোগী
ফম্বী লৈবাক অদুদি ববানসী লৈবাক নুংঙাইবও তৌনা কৌএ।

লৈবাক নুংঙাইবা অদুগী নিংথৌ লৈমাবদি মপাবি ৭ শুনা পোকএ। মশানৌ অতোনবা অদুদি নিংথৌ নঙগী পন্থৌ পোকমাবনে। মশাবী ৬ মানা মশানৌ অতোনববু খাইনবকপা ৱাবমদি নাৱা মাবু শোঙলেন উমংনুংদা পোক্লকপা মথং নিংথিনা মহৈববাক্কী শিঙঙেল লৈশঙবীনা শমু নমদা পোনা পুখিবা মপাবিগী মাব খোঙ্গুল লীবকপা যাংদৌ লমদাং খুদিংদা নুংশি লান্নংলকপা খৈবিকপু ৱাবম পবেং খাক্তনা পানবা যেকলাবনা য়াংদৌ লমজিংলকপনচিংনা ৱাবম মতোল লোম্না পাউদম্নবু নাৱা মানা মখঙলুদবগী উনবী নিঙপেন্না থাজঙমদে। নুংশি নঙগী নপাউমেন অসিবু ৱাবম থাজবনে হাযনা পলেম ইমা কৌঙমলোইএ। খোইমোম ৱায়েনবা চীংঙু উদবনা সাক্ষি ৱাচুম ওইসুনো পলেম ইমা শঙ্গাই যোইকোন্নুংদা লৈবিবীবু যাঙনা পাউকৌথোকলুও হাযনা পাউমেল্লবগা নিংথৌ স্না যোইকোন্নুংদা পলেম মমা শিন্না লৈবন্থী নিংথিনা লৈবাক্কী শিঙঙেল লৈশঙবীবু য়াঙনা পাউকৌববগা লমবাই অতাম্বদগী লাক্লবী পলেম ঐবু পোকপীনে হাযনা পাউমেল্লবী নহাকসুং পলেম নবিংঙানিবু খোল্লাং পিশিন তোনবু নপাবি ঐগী যাবেন খোংজিনুংদা তম্না শুমজিলও। খোল্লাং চাইজিতোন্না ৱাচুম্নবগে হাযনা পাউমেল্লবদা শিঙঙেল লৈশঙবীদি মচা মানা পোকপদি নত্তবানগীনা পুক্লিং অকি চঙলে। খোল্লাং পিশিন শুমচিনববু য়াবেন খোংজি নুংদবু চঙবিদে। খোল্লাং অতিংঙাবু ওইনা মালেম লৈদা তাখিবে। পলেম মমা শঙ্কনাবী হকচাং মথেং তাববীনা খোল্লাং চাইজি ফামনা লাক্লা শুমচিনববু মপাবিগী যাবেন খোংজিনুং খৌবি চাকযোৎ লমদবু চঙখিবে। যাফম লুবোইনুংদা তাকববগী সনামনিক লৈমাবদি নুংশি নিংদোন থুক্লকলে পুকনিং হঙ্গোই লৈতনা ভৌখি খৌখাক নাইদনা পলেম মমাগা খোযমা মাযয়োকননা চাইজি ইনঙথববু খোল্লাং পিবুক থল্লবগা মপল পলেম মমা পোকমাবীগী শমু মখোঙ পায় হকশাং মালেম লৈদা তুনা মীকপলে।

অসুম তৌদুনা মতম কুইনগী মতুংদা কাযনকববা পলেম মমা মচা অনিবু উন্নবা ফংজববদা মপাবি সনামনিক কাশী লৈমাবদি ঙমখৈ লৈতনা নুংঙাযজখি। পলেম মমা শঙ্কনাবীসু মতম কুইনা চাদ থক্তনা মপাবি সনামনিকপু থিবকপদা কাশী লৈবাক্কী নিংথৌ ওইদুনা লৈবন্থা অদুদা নুংঙাইবনা

থুমহৎখিদুনা লৈমাযথক্তা ৱাম্বদুনা হাইথুখি। সনামনিক্লা পলেম মমাবু চৈবৈ ফিজিনা হুমাই হুমদুনা মাল্লং নৃংশিৎ থেমদুনা পলেম মমাগী শমু মহাকচাংদা হুমাং লৈবিক কাববু তৈথোক্তুনা পলেম মমাগী সেবা তৌজখি। পলেম মমা লৈমা শঙ্কনাবীদি মতম কুইনা চাবকথকলক্তবগী মশাদু যাম্না শোম্বমনখিদুনা কুইনা জ্ঞান মাংদুনা লৈববদা মপাবি সনামনিক্লা পলেম মমাগী মতৌদা মথবায ৱানা নিংশা থবেৎ হোন্না পলেম মমাগী মপুক পাযদুনা থৱায লাইকয়জববদা পলেম মমা লৈমা শঙ্কনাবী নিংথিবীদি চেংলৌ মমিৎ পাংনা পাযমা মনিংশা হোন্না হিংগৎলকখি। মপাবি সনামনিক্লা পলেম মমাগী মফমদা চৈবৈ ফিমল হোংদোক্তুনা তবা মথেন লুক্কোয লাংলগা পলেম মমা মচা পুন্না চামিন্নবা হাযজববু পলেম মমানা মপন পম্বৌ নিংথৌ মচা অতোনববু শকউদ্রিমখৈ তবা চাদংখিবোই চৈবৈ ফিসু হোংখবোই হাযনবিঙৈ তাঞ্জা অদুমক্তদা ঙসাইঙৈগী খোইমোম লাইবু নীংবা লম্বোইবা অদুসু ৱাইথুংলবে। কাশী লৈমাবা সনামনিক্লা খোইমোম লাইবু নীংবা লম্বোইবগী মফমদা ববানসী লৈবাক্তা চত্তুনা ববানসী লৈমাবা অমসুং মপাবি তবেৎপু কাশী লৈবাক্কী নিংথৌগা তবা মথেল লুক্কোয ামিন্নসি হাযকনবা যাথং পীখি। খোইমোম লাইবু নীংবা লম্বোই লাইবু নীংবনা চৎলমদাইগী মতমদা পলেম মমা লৈমা শঙ্কনাবীনা মশাবীনা পীবম্বা চৈবৈ ফিমন মচেৎ অদুগা স্না খুদোপ অদুগা পুন্না যোমশিল্লগা মশাবী নিংথৌ অতোনবগী মফমদা লোন্না খুৎশিৎনবম্নবা শিন্নখি। খোইমোম লাইবু নীংবা লম্বোইবা অদুসু কাশী নিংথৌগী যাথং পুদুনা ববানসী মপুং যাইবু তম্না খোঙশানখি।

মপাবি সনামনিক্লা পলেম মমাগী মফমদা মপু ববানসী লৈমাবা অমসুং মপল নিংথৌমচা তবেৎকী ফমফম্বু কবম্না শেমগনি হাযনা পাওহংজখি। মপল পলেম মমানা মপু ববানসী লৈমাবদি মপাবি সনামনিক্কা ফমফম অমত্তদা ফমমিন্নৌ তাকপীখি। অদুগা মপন নিংথৌমচা তকক অদুদি মথং মনাউ শেম্লগা ফমফম ফিদা থানবা তাকপীখি। অদুগা নপল পম্বৌ নিংথৌ মচা অতোনবদি পলেম নমা ঐহাক্কা পুন্না ফিদা অমত্তদা ফমিন্নদুনা ববানসী লৈমাবা অমসুং নপল পম্বৌ নিংথৌ মচা তবক্কী সেবা থৌগল তৌনবা লৈবগে হায়না মপাবি সনামনিক্কী মফমদা তাকপীখি। লম্বোই লাইবু নীংবা অদুসু ববানসী লৈবাক যৌবদুনা কাশী নিংথৌনা হাযবকপা ৱা পুম্নমক চিংখদনা পাওদম্নবদা ববানসী

লৈমাবসু হোয় য়ারদুনা মপারি নিংথৌ মচা তরেৎকী মফমদা কাশী লৈবাক্তা তরা মথেল লুক্কোয় চারুনবা য়াথং পীখি। খোইমোম লাইবু নীংবা লম্বোইবনা লৈমা শঙ্কনারী শকহেনবীনা শিন্নরকপা ৱারম পুম্নমক অমত্তা চিথদনা নিংথৌ মচা অতোনবগী মফমদা চৈরৈ ফিমল অমসুং স্না খুদোপ্পু শমু মখুত্তা শিন্নখি।

নিংথৌ মচা অতোনবনা মশানৌ লৈমা শঙ্কনারীগী মফমদা পীরম্বা চৈরৈ ফিমল অমসুং তম্ফা থিনবা স্না খুদোপ অদুবু উরুবদা মশানৌ ইবেম্মা লৈমা শঙ্কনারীবু হিংলি হায়বা খঙখি। মতম কুইনা মশানৌ মাগীদমক খন্দুনা চারক থক্লক্তুনা লৈরকপা অদুদা শোঙ্কৱরবা মশা অদুবু মশানৌনা পীরকপা চৈরৈ ফিমল অমসুং সনাখুদোপ তম্ফা থিনববু উজবদা খংকন কনখৎখি। মপল পঙ্থৌ বরানসী লৈমাবসু নিংথৌ ফিজেৎ লৈতেংবা লোয়রদুনা মপারি তরেৎকা লোয়ননা দিঙ্গা অমগী মনুংদা মনাই মশল খিবিক্কা লোযনদুনা কাশী লৈবাক্তবু ইন্দাল্লকখি। কাশী লৈবাক য়ৌববদা মপল পঙ্থৌ নিংথৌ মচা তবেৎ অমসুং মপু বরানসী লৈমাববু ওক্লবগীদমক কাশী লৈমাবা সনামনিকসু মনাই মশলশিংগা ঙাইদুনা লৈখি। নিংথৌ মচা তরেৎ অদুনা মপল পঙ্থৌ বরানসী লৈমাবগী মফমদা মশানৌ লৈবাং অতোনবা অসিদি চাদ থক্তবদগী য়েংবা য়াদ্রবা শকফম অদুদা মতৌ কবম লৈবাক মীয়াম মমাংদা নিংথৌ মচানি হায়না পুথোক্কনি মবম অসিনা ইশানৌ অতোনবা মহাক্তি দিঙ্গা মনুংশিদা অসুম লৈহৌরসু হায়বদগী মপল পঙ্থৌ বরানসী লৈমাবসু য়ারদুনা মপারি তরূক্কা লোয়ননা দিঙ্গা থক্তগী লৈরাই কংফাল থক্তা কাখৎলক্কে। কাশী লৈমাবা সনামনিক্লা মপু বরানসী লৈমাবা অমসুং মপল নিংথৌ মচা তরূকপু খুরূম্নগা ওকখি। পলেম মমা লৈমা শঙ্কনারীনা মশাবী নিংথৌ মচা অতোনববু য়াওরকপা উদ্রবদা মপারিগী মফমদা পাওহংনবা হায়বদগী কাশী লৈমাবা সনামনিক্লা মপল পঙ্থৌ নিংথৌ মচা অতোনববু য়াওরক্তবগী ৱাবু মপু বরানসী লৈমাবগী মফমদা হংগৎলবদা মপু বরানসী লৈমাবনা দিঙ্গা নুংদা লৈহৌরিবা মপারি নিংথৌ মচা অতোনববু পাওকৌরূনবা হায়ববু সনামনিক্লা থুনা য়াংনা চৎখিদুনা মপল পঙ্থৌ পোকমাবা নিংথৌ মচা অতোনববু হরাউ তরাম্না ওকচখি। বরানসী লৈমাবনা মশু সনামনিক্লা ফমফম অমত্তদ ফমম্নিন্নরে পলেম মমা লৈমা শঙ্কনারী অমসুং মপল পঙ্থৌ নিংথৌ মচা অতোনবা অদুসু ঙসাইঙেগী শেংলকপা চৈরৈ

অমনবা অদুবু চৈবৈ অহনবা হোংদোক্কুনা ফমিন্নববদা শাবী মবৈ মনাউ অনিমক্তি লোইদাম পানখৎলকপা থানা মপুং মবৈ ফাবগুম নীংথিজবে। মপল পষ্টৌ তককমক অদুসু মাগী মাগী ফমফমদা ফমদুনা তবা লুক্কোয মথেন পুন্না চামিন্নখি। অসুম্না মপা মচা মশু মপু শকখঙনববদা সনামনিক কাশী লৈমাবনা মপু ববানসী লৈমাবগী মফমদা মপল পষ্টৌ নিংথৌ মচা অতোনববু কাশী লৈবাক্তা মপা মচা পুন্না লৈমিন্নজগে হায়জববদা মপু ববানসী লৈমাবসু মশু ইবুংঙো সনামনিক্না হায়জবা অদুদা হোয যাখিবা মতাংবু অসুম্না শৈথাবি ;

মতৌ অসুম নিংথৌ মশূ মপু অনীনা শকখঙনবা মতৌবু খঙলবগী মালেম লৈবাক কোইবা পুম্নমসুং নুংঙাই মবাং কাইনা খোইমোম লাইনিং শোন্নবে। মনোংযাই সনার্মনিক লৌশিংবনা ময়ু ববানসী লৈমাবগী স্না মখোঙখাদা পাউমেঞ্জখিএ। মনোংযাই ঐবু স্না নঙগী নবৈবাক তান্না চৎচেমসে হায়ববসুং কাশী লৈপাক পুম্নমানা যাবিবোইএ। পষ্টৌ চেংলৌ শকউদা লৈবাক অতাম্বা অসিদা কবম লৈহৌসিবনো নুংশি মওং খন্না ব্রাখলবীযো পষ্টৌ মাঙদা থানা যোইনা থৌগঞ্জগে হায়না পুকমজববদা হোযদা ইনোংয়াই পাযমা লৌশিংবও য়াথং নপাউমেল অসিবু বাবম কবিবু হায়সিবনো। লৈবাক নুংঙাইবা অসিদা পষ্টৌনপা নচানা যাইফা মথোই তোংনা পানমন্নৌও হাযনা পাউযাবিববদা মনোংযাই সনামনিক লৌশিংবনা ময়ু ববানসী লৈমাবগীদমকপু চৈবৈ ফিবাংচান নিঙথিবা পুমনামাবু শাব্রা চাচুম থিনবা স্না উপু হান্না মেনলোং য়োইথোন কচ্চবে। মপল ৬ মাসুং তাংগা খাউচান হান চৈবৈ ফিবোই যাওনা যোইথোন্নর্জখিবে। মালেম লৈবাক পুম্নমদসুং নম্নু মতীক য়েংনা লনযেল্লবগা ময়ু ববানসী লৈমাববু নিংথৌ মবৈবাক তম্না হলব্রাইবগে হাযববদা নিংথৌ সনার্মনিক লৈমাবনা নয়ু নিংথৌবেনবু লৈবাই চাংজৌ কুমনা দিঙ্গা খোঙপোৎ অনীবু অথেনপোৎ মশীং দান দক্ষিনা য়াওনা লৈবাক হূপ্না থিল্লবগা মালেম লৈবাক পুম্নমনা পুকম্নবে। হে ইনোংযাইও পষ্টৌ নপা নচাবু থৌজাল পুকমান্ননা পানমন্নৌও হায়না পাওমেল্লবগা স্না মবৈবাকপু ইন্দালখিবে হাযদববা।

মতৌ অসুম্না কাশী লৈমাবা সনামনিক্না নিংথৌ ফম্বাল লাংদগী কুমথবগা মপল পষ্টোগী মফমদা কাশী লৈমাবা ওইহনখি। পলেম মমা লৈমা শক্কনাবী নীংথিবীবুনা কাশী লৈবাক্কী লৈমবেমবী ওইহনখি। সনামনিক অঙাং নাব্রা পাংখক ওইবিবনা মপল পষ্টৌ মপাগী মতেং পাংদুনা যুববাজ ওইনা লৈখি। ঙসাইঁঙেগী ফৈদা থোংশঙবশিং অদুবু নিংথৌগী অকনবা যাথংনা চৈবাক পীখি। অদুগা নিংথিনা লৈবাক্কী মালীনী লৈশংবী পলেম মমা শাবি অদুদি অঙাং নাব্রা মাবু নাউযোক নাউকোনবীবম্বা অদুগীদমক অতোপ্পা মমিং অমা হোংদুনা কাশী লৈবাক্তা নুংঙাই যাইফনা থমখি।

সনামনিক কৌবা লাইবিক অসি ব্রাবী লীবগী মওংদা ব্রাবেং ওইনা লেঙথোক্লগা ইবমই। লাইনিং লাইশোন ধর্ম্ম কর্ম্মদা যুম্ফম ওইবা মবম্না বীব বসকী শব্বক যাওদে। নিংথৌ মচা অতোনবগা মশানৌ শক্কনাবী চেংলৌ শকহেনবীগা কাযনবা অমসুং সনামনিক নাব্রা অঙাং অমসুং পলেম মমা শক্কনাবীগা কাযনবা মতাংদা কব্বন বসকী মশক মপুং ফানা উবা ফংই। মকুওইনা অশৈবনা লাইবিক অসিদা ফোঙদোক্লিংলিবদি লান্দবা ধর্ম্ম কাযদবা ঈশ্বববু চেৎনা লুনা থাজনা কাওদনা নীংজবা মীশিং অদুনা ফনা যাম্না অবা অনা তাকববসু মমৈথংদা মায পাকপা অমসুং নুংঙাই যাইফবা ফংই হাযবসি মীওইবা ঐখোযদা পাওতাক ওইনা খঙহনবনি। ❒

# চিংথংখোম্বা গঙ্গা চৎপা

মণিপুরী সাহিত্যগী লেপ্তুনা চেহ্নবকপা ঈচেলদা মৈদিংঙু চিংথংখোম্বগী (১৭৬৩-৯৮) মতুংদসু লাইবিক ইবগী ঈচেলদি লেপত্রি। অদুম্নদি ওইবগা অকনবা ঈহৌগী মশক্তি ওইদ্রে। মৈদিংঙু চিংথংখোম্বগী মজাইবুংঙো লাবন্যচন্দ্রগী মফমদা মণিপুরগী লৈবাক ঙাকপগী থৌদাং শিন্নবন্নগা মহাবানীনচিংবী যোইবু যোইহৈ, মজাইবুংঙো ইবেম্মশিং অমসুং মনাই মশল মযামগা লোযননা চিংথংখোম্বা মহাবাজনা গঙ্গাদা খোঙলেঙখিবদগী মণিপুর স্না লৈবাক্তা অমুক হন্নকখিদনা ইংশোক ১৭৯৮ গী মেবাগী হূর্মনি পানবা ইবাই নুমিত্তা শ্রীপাটক্ষেত্রদা চিংথংখোম্বা মহাবাজনা নোঙ্গাখিবগী পাউবু ফংলবদা মজাইবুংঙো লাবন্যচন্দ্রনা ইংশোক ১৭৯৯ ৱাকচিংগী ১০ নি পানবা যুমশকৈশ নুমিত্তা মশাগী চহী ৪৪ দা মণিপুরগী নিংথৌ ওইখি। চিংথংখোম্বা মহাবাজ অসি মৈদিংঙু পামহৈবগী মচা ইবুংঙো শ্যামশাই খুবাই লাকপনা ইৱাংলোন ৱাযেন্বম চনু বসমথি চখা মবিং লোইখোম্বী পান্নদুনা গৌবশ্যাম, চিংথংখোম্বা, অমসুং কৃষ্ণচন্দ্র অহুম অসি পোকই। চিংথংখোম্বা মহাবাজনা পোকখিবা মতাং অসি নামৈবাকপম ইবোচৌবা সিংহ সনা কোনুংগী পণ্ডিতকী মফমদা লৈবা চৈথাবোল কুম্বাবদা অসুম্না লাতোন্দা ইবি "<u>শকাব্দ ১৬৬২ মোইবাং কোইবেংনা চৈথাবা কুম ইঙাগী ২৭ নি যুমশকৈশদা শ্রীযুৎ কার্ত্তা মহাবাজ পোকএ</u>" অদুগা ইংশোক ১৮০০ গী হিযাঙ্গৈ থাগী ২২ নি পানবা থাঙজা নুমিত্তা মজাইবুংঙো লাবন্যচন্দ্রসু নোঙ্গাখি। মজাইবুংঙো লাবন্যচন্দ্র (১৭৯৮-১৮০০) মহাবাজনা পাল্লিঙৈগী স্না হাক্তক অসিদা মপা ইবুংঙো ভাগ্যচন্দ্র (চিংথংখোম্বা) মহারাজনা গঙ্গাদা তীর্থ খোঙলেঙদুনা শ্রী পাটক্ষেত্রদা থুপখিবা মতাং অদুবু লাইবিক ওইনা ইথোক্লুনা তুংকোইনা লৈহৌনবা থনমগে খনবদগী শ্রীনবচান্দ ৱাংখৈ নাউতা, পাচা কুন্দবাম লৌশিং কোবৌ নুমিৎ শগোলশেলগুম্বা মপাবি হৃবচবন থৌনাপাতোল, শ্রীবাহেংবম মাধববাম পণ্ডিত অহুম অসিদা লেঙথোক্লবা হাযববদা

তমখৎলক্লিবা হবিচবন খাংঙেনবা, বীবমনি লৌবেম্বা, খগেন্দ্র য়িম্নাবা, খোংচোন অহৈবা মখোয মবি অসিনা খোর্জ্জে পায়দুনা ইখি।

মকওইনা লাইবিক অসি নোংচুপলোমগী লৈবাকশিংগা মপুং ফানা মণিপুবগা শম্নববা মতুংদা ইখিবা ওইবনা সংস্কৃত, ব্রাহৈ যাওবা থেংনৈ। লাইবিক অসিদা হিন্দু সমাজগী চাউববা মমি অমা তাই অদুগা লোযননা চিংথংখোম্বা মহাবাজনা পাল্লিঙৈদা চৎনবম্বা বাজনিতি ধর্ম্মনিতি অযাম্না লাইবিক অসিদগী খঙবা ঙমই। অদুগা জয়সিংহ (চিংথংখোম্বা) মহাবাজনা গৌবিয়া বৈষ্ণব ধর্ম্মদা কদায ফাওবা লুনা থাজনা তৌবম্বগে হায়বদু লাইবিক অসিদগী খঙবা ঙমই। চহীচা ১৮ দা ইখিবা লাইবিকশিংগী মনুংদা চিংথংখোম্বা গঙ্গা চৎপা কৌবা লাইবিক অসিসু থোইদোক্লা শীংথাবদা মতীক চাবা লাইবিক অমা ওইবদা নত্তনা লৈবাক অসিগী সংস্কৃতি, লাইনিং লাইশোন, হবাউ কুম্মৈ কযাবু মপুং ফানা তাক্কুনা ইবম্বা লাইবিক্লি। লাইবিক অসি ব্রাবেংদা ইজববসু পাবকপা মতমদদি শৈবেংগী মওংদা তানথা চানা পাবা যানবা ইবমই। লাইনিং লাইশোন্দা যুস্ফম ওইবা লাইবিক অসিদা মণিপুবী লোনগী নীংথিবা ফজবা মশক উবা ফংবদা নত্তনা সংস্কৃত লোন মবক মবক্তা অবিবা মণিপুবী লোনগা চান্ন চান্ননা থেৎলগা ইবমই, মসিনসু লাইবিক অসিগী মগুনবু হেন্না ব্রাংবা থাক্তা পুখৎপদা অচৌবা ঈনোৎ অমসু পীবি। মৈদিংঙু জযসিংহ (ভাগ্যচন্দ্র) মহাবাজনা নিংথৌ ওইদুনা পানখিবা স্ন। হাক্তক অসিদা হিন্দু বৈষ্ণব ধর্ম্মদা মপুং ফানা লুপ্তুনা গৌবিযা বৈষ্ণব ধর্ম্মগী ঈচৌবু লমদম অসিদা খমথেংনা চাউখৎনবা হোৎনখি। নিংথৌ অসিগী স্না হাক্তক অসিদা লৈবম্বা অচৌ অশাং ফম্নাইবা, যাইতোং খমদোংবা লাইবিক লাইশু হৈবা ব্রাহ্মণ পণ্ডিত কযা অদুগী মনিং মথা অমসুং মখোযনা তৌবম্বা থবক কযা অমসু লাইবিক অসিদগী খঙবা ঙমই।

চহীচা ১৮গী লোযশিল্লকপা মতমদা ইখিবা লাইবিকশিংদা মণিপুবী লোনগী হোঙলকপা মশক অবিবা মণিপুবী লোনগী মশক্তগী অনৌবা লোনগী ব্রাহৈ ব্রাত্তা খব খব মহুৎশিন্দুনা শিজিন্নবকপগী মওং অদু লাইবিক অসিদসু উবা ফংই। মণিপুবী লোনগী ব্রাহৈগা সংস্কৃত বাঙ্গলা, আসামী নচিংবা মপাল লমগী লোনতোপশিংগী অর্থ মাম্বা ব্রাহৈগা পুন্না পুন্না থমমিন্নদুনা

ইবদা শিজিন্নবকখি, অদুগা কবি কবিগুম্বা মতাংদসু লোনতোপ ঙাক্তা ইবা ফাওবা মতম অসিগী লাইবিকশিংদা উবা ফংই। মণিপুরী লোনগী মমাং অমসুং মতুংদা মপালগী ৱাহৈ ৱাতা শীজিন্নবা কযা মতমসিদা ইখিবা লাইবিকশিংদা উবা ফংই। মণিপুরী ৱাহৈগা সংস্কৃত ৱাহৈগা পুল্লপ পুল্লপ ইদুনা শিজিন্নবা কয়াসু লাইবিক অসিদসু মপুং ফানা উবা ফংই। মতাং চানা লৈচল চানা লেঙশিনবা ৱাহৈ ৱাতাদা ৱাহৈ মখল অহুমগী অপুনবা শক্তম হেক হেক শিজিন্নদুনা ইবম্বা কযা চিংথংখোম্বা গঙ্গা চংপা কৌবা লাইবিক অসিদসু তোয়না উবা ফংই। লাইবিক অসি ইখিবগী মতাং অমসুং ইবম্বা মওং অদুদি অসুম্না ইবি ;

জয়শ্রীশ্রী যুঙ জয়সিংহ মবাজ নোইনাই কৌবা চিংথংখোম্বা কৃষ্ণ ভক্তি থোইখোইবগী মপাবি যুবরাজ থোংলেন ৱাংখৈবাকপা লাবন্যচন্দ্র পাযমা লৌশিং থোইবনা লাইবেল মপা মৈতিংঙুগী শ্রী বাক্য মৃত যাথং মতুংইন্না পোইবৈ লৈপাক ঙাকপা মদোম উনবী লৈনিংশিংনা পাওমেল্লকএ। ইদাইবেম ৱাকমা তেংথা শরুকপা শ্রীনবচান্দ ৱাংখৈ নাওতা অবেম্না চা নঙনা চীংখোং পুয়োক ৱাক্তগী নযুম কুন্দবাম লৌশিং কোবৌ নুমিৎ শগোলশেলগুম্বগী মপাবি শ্রী হবিচবন থৌনাপাতোনগা পণ্ডিত খোইমোম লাইব্ নিংবশিংগী হৈনা নতুংইন্ন মুকমৈ নাবিন শোঞবৌবা শ্রীমাধববাম ৱাহেংবগা তযুম নখোয অহুম্মনা লাইবেল ইপা মৈদিংঙুগী তুবি মতীক অকবা ম্না মবৈপাক্কী নিংথৌ চাকচা নুংঙাইববু নমদা হুন্না বৃন্দাবন প্রাপ্তি ওইখিবা তুবি মতৌ ওহ্নোকপবু তেংথা পবেং থিনা শৈশেমও হাযনা পাওমেনবাগী নদাইবেম ঐখোযদি পাযমা লৈশিং তাম্বা শৈও নাতৈ খংদবিবা মশেন্নে। লাইবেল নপা মৈদিংঙু গুনাবাদ মতিক অকববু তংজা লুদা থোং কোটি দণ্ডবৎ তৌনা পুকল্লবগা নদাইবেম হবিচবন খাংযেনবা বীবমনি লৌবেম্না খগেন্দ্র যিম্নাবা খোংচোন অহৈবা লৌশিং মতম লকপা মবিমকপু মযেক খুৎওইননা কোংযাং ৱাযি খেৎ মুকমৈ নাবিন শোন্না তুবী মতীক অকববু তেংথা শৈশেমজবক্কে। বাবম পবেং কৌবা তেংথা লাকশোন নীংনা বাকমা থোইযা শম্বদি লঙজ ৱা লৌবিদনা লাইবেল নপা মৈতিংঙু গুন মতিক অকবনে হাযনা ক্ষমা ধর্ম্ম তৌনা ঙাকাপও।

লাইবিক অসি শৈবেংগী শৈহেক শৈদাদা শেম্নগা তাম্থা চানা চানা ইবম্বা অসিমক্না পাবদা অসুক্কী মতীক নুংঙাইহল্লি অদুগা অপাবা, অতাবশিংগী মফমদসু অপেনবা ওইহল্লি। মপানগী লমগী লোন সংস্কৃত তোযনা যানশিন্নদুনা ইবম্নবসু লাইবিক অসিগী মশক মওং অদুদি মণিপুবী লোনগী অশেংবা মশক অদুবু মাঙহন্দনা অদুমক ইবমই। অবিবা মণিপুবী লোনগী ৱাহৈ ৱাতা অদুদগী খবা অমুক নৌথোকপা লোনগী অনৌবা ৱাহৈ অমসুং মপালগী লোনতোপ ৱাহৈ অহুম্না পুল্লগা শেম্বা মণিপুবী সাহিত্যগী মশক অমা লাইবিক অসিদা উবা ফংই। অদুগা মণিপুবী লোনগী থৈথবকপা অনৌবা মশক অসিগা মপাল লমগী লোনতোপ অমসুং অবিবা মণিপুবী লোনগা অহুম অসিনা মশা মবেং পাক শন্না অর্থ চেনবা চীং লেম্বা শক্তম অমদি অদুমক শাগোন্নদুনা লাইবিক অসিদা লৈবনা ভাব বসকী ঈচেলদা থোৎপা নৌবা হেনগৎহল্লি। চিংথংখোম্বা গঙ্গা চৎপা কৌবা লাইবিক অসি মপুং ওইনা করুন্না বসতা যুম্ফম ওইবগা লাইনিং লাইশোন্দবু ফোঙদোক্লুনা তেংগা নাওযবা শৈবোলদা শৈথাদুনা ইবম্বা ওইবনা লোনগী থোৎপা মেংবা শক্তম অদুমদি লাইবিক অসিদা অদুমক উবা ফংই। লাইবিক অসিদা উপমা তৌদুনা শৈথাবিবা পুন্নমক যাম্না সাহিত্যীক ওই অদুগা অলঙ্কাবনা মণিপুবী লোনগী মনুং মপাল অনিমক্কী নিংথিবা লৈতেং ওইহল্লি। মৈদিংঙু চিংথংখোম্বনা গঙ্গাদা চৎলগা লাই নীংদুনা লৈকবগে খল্লদুনা মহাক্কী মচা মশু মনাই মশল অমসুং মন্ত্রি আনন্তশাই পুন্সিবনচিংবা কযাগী মফমদা বাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রনা গঙ্গা তীর্থ খোঙলেঙদুনা শ্রীধাম বৃন্দাবন মপুং যাইদা ইন্দাল্লগে হাযখিবা অদুবু অসুম্না শৈথাবি ;

> লাইবেল স্না মহাকসাংগী বযস ফিখৈ ৱাবু মতোম শঙশঙ খঙলবগী লাইবেল ঐনা ইপল মৈতৈ লৈমা ইৱাংলোন শ্রীবসমযী নোংপোক চাখামবিং লোইখোম্বী মাতা দেবী ঈনু শিযোমনুংগী মালেম লৈদা তাবকঙৈগী মখৈবু শ্রী গুরু শ্রীরূপ পবমানন্দ আচার্য্য অথোইবগী স্না মখোং খাদা য়োইনা থৌগল ফঙজবকপগী গৌবিযা ধর্ম্ম অথোইবগী স্না মখোঙখা অসিদা লাইনিং ইহৌশাবু থাদোক্তনা স্না ফম্বাল ফম্ববু নোংশাং কুর্মশিং কুইশিল্লক্লে নুংশি ঐগী চাকচা নুংঙাযবা নমদা হুয়া হাওবৈ নোংচুপ খানা পাংববম শ্রী নবদ্বীপ লৈমযাই নুংঙাইবা বসবাজ

মুর্ত্তি শানফোঙফম যুগল মুর্ত্তি ব্রহ্মা ফম্বীবেল প্রেম ঈথক খোঙহৌফম থবায় লান্না হিগী তোংজেং ত্থিাংফম্বু ইন্দাল্লগে।

অসুন্না মৈদিংঙু চিংথংখোম্বনা মনাই মশল মপাতোন ইবুংঙো মন্ত্রি আনন্তশাই পুন্সিবা অমদি লৈবাক্কী ফম্নাইবা অঙমবশিং, ব্রাহ্মণ পণ্ডিত শিংগী মফমদা পোইবৈ স্না লৈবাক মণিপুববু থাদোক্তুনা শ্রীধাম বৃন্দাবন্দ তীর্থ খোঙলেঙখ্রগে হায়ববদা মদাইবেম লোযনবা অঙম অথৌ, অমসুং লৈবাক মীয়াম পুর্ন্বদি থম্মোয শোক্লা তেংথানা কপচখি। লৈবাক মীযাম অমসুং অঙম অথৌ ফম্নাইবশিং, ব্রাহ্মণ পণ্ডিতশিংনা কযাবক গঙ্গা তীর্থ খোঙলেঙবীদনবা হায়জববু মৈদিংঙুনা নীংখিবা ৱাখলবু হোঙবা লৈত্রবদা লৈপাক মীযাম্না ৱাখিবা অদুবু অসুন্না ফোঙদোক্তুনা শৈথাবি,

> লাইবেল কোবৌ ইনোংথৌ লিক্লাই তাইবঙ সোবাবেন নমু পোংহনবাও শংলৌ নংগী নথৌবাং যেল্লাং মঙমতম অসিবু কবম্বনো। নদাইবেম ঐখোযদি সুমাতন কোইবেন লাইকোইগী ময়াই কোইবেন হুইবেনগী লিক্লাই মকবু লৈতনা ৱাঙম লৈকোইপুং অসিদা লৌশিং পনথাং খঙদনা কবম যাঙ্গোই ঙমও হায়বনো। পামেল উজাও মকম থুপ্তুনা থমলা শোইনাও অপিশক্লা মাল্লং লেপঙমদবা তুকুম্বনে প্রেম খিকমাতা যাথং হিকহাযনা অসুম ৱাকৎচববু লাইবেল মৈদিংঙু ভক্তি লাংওন থোইখোইবদি সমুদ্র লাইজা ইবোনপুংনা ঈশিং লুম্বু শাবীদা ঈবিক কোংকোন শৌবিদবা তুকুমএ। লাইনিং মহৌশাবু লেংবিদে।

ৰাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্র মহাৰাজনা মাগী পুক্লিংগী লেপখিবা ৱাখলবু হোংদ্রবদা ব্রাহ্মণ বৈষ্ণব পুন্নমক্লা অৱাবা যোঙদোকপা মতাংবু অসুন্না যোঙদোক্তুনা শৈথাবি;

> লাইবেল মৈদিংঙু শ্রী যুক্ত জযসিংহ বৈষ্ণব ভাগবত থোইখোইবা পুন্য মুর্ত্তি যাইফবা ধর্ম্ম অংশ মপুবেনও নংনা নপোইবৈ স্নাপুং নৱাঙম মনিন নাইবা অসিবু নমদা শুগ্না শ্রীনবদ্বীপ লৈমাযাইবু ইন্দানখিবগে হাযনা শংলৌ থৌবাংলিবা অসিবু নদাইবেম ব্রাহ্মণ বৈষ্ণব লেংনা তিনবা গৌবিযা লাইবমলেন্দা চৎলিবা খিবিক্কী ধর্ম্ম উপান ওইনা পুক্লিং

> হবাউফন্দু ওইনবিবা নিংথৌবেনও লাইবেল নংনা পোইবে স্নাপুং অসিদা ধর্ম্ম উপাল শিদবা মহাকপু মালেম লৈখোং শেমনা থাবিবে অমৃত লৈহি অথুম্ববু খিক্লা নাওয়োকপগী ধর্ম্ম উপান মবেপ ফংনা পামেল মহৈ পানগে তৌবক্লবদা উপাল মশাযোক মহাকপু লিনফু মবা ফংনা কবম্না যানথেক্লমগে হায়বনো।

মৈদিংঙু চিংথংখোম্বনা লৈবাক্কী অঙম অথৌ মনাই মশল ব্রাহ্মণ পণ্ডিতশিংগী অৱাবা মতৌ অদুবু উববা ফাওবদসু মহাক্কী নিংখিবা ৱাখল অদুবু হোংবা লৈতনা মনাই মশলশিংগী মফমদা অৱা হুইশোক লাংদনা নুংঙায় য়াইফ থোইনা লৈনবা পাওমেনখিবা মতাংবু ফোঙদোক্লদুনা অসুম্না শৈথাবি ;

> হে বৈষ্ণব লাইবু নিংবর্শিংও পাইমা মখোয়গী উনগোইনুংদা অৱা ঈশৌ লাংগনো। লিক্লাই ইপাবি পাঙ্গল মথোক্লকপা গুন মতিক চঙখোনবা শ্রী লাবন্যচন্দ্র অহেনবা থোংলেন ৱাংখৈবাকপা তুবি ইহাকশাংকুম, ব্রাহ্মণ বৈষ্ণব নখোয় পুম্নমবু চাইচোৎ ঈশৌ লাংহন্দা পুক্লিং অৱাবা চঙহন্দনা লাংগোইঙেনে। লাইবেল ঐগী পাইমা নুংদা নিংজিবিবা গঙ্গা তীর্থ ঈবৈমবু নাতৈনা যুগল ব্রহ্মা মপুবেনবু খাজং দর্শন তৌববু তানফংজগে নিংজবিবা অসিদুম উনবি পুক্লিং ইংনা মহৈ চাববু থৌজাল লনকুবিও।

পোইবে মৈতৈ লমদমগী মীযামগা লোযননা লৈবাক্কী ফম্নাইবা নিংথৌশেনবা অঙম অথৌ ব্রাহ্মণ পণ্ডিত পুম্নমক্লা মৈদিংঙু চিংথংখোম্বগী মফমদা লেপখিবা ৱাখল অদুবু লৈবাক্কী মচা মনাই অঙম অথৌশিংনা ৱাহৌগদবা অদুবু অমুক্তংগা খম্থবীদুনা শ্রীধাম বৃন্দাবনগীদমক গঙ্গা তীর্থ খোঙলেঙববু তৌবিগনু হাযনা ঙক্তা চবৈ ফি যেত্তুনা থৌখামজববা ফাওবদসু মৈদিংঙুনা লেপখিবা ৱাখল হোংখিদবা অদুবু অসুম্না যোঙদোক্লদুনা শৈথাবি ;

> হে ইবুংঙো নিংথৌ লাইবু নিংবও নদাইবেম ঐখোযদি ৱাবম ইকাই কোক্লফম তাইবঙ থৱায লেন্না চাক্কি থৌজান নিজফন্দু লৈববোইএ। ব্রাহ্মণ বৈষ্ণব খৈবিক্কী তবা চফম কোৎ, য়াৱা পুজাওবেনবু ওইনবা লংজ অয়োনবা পুম্নমবু য়াইবী থৱায়

ঙাকপদা শিদবা হিদাক য়াইবংচানগুম্বা নোংথৌবেনও নংবু তীর্থ লাইফমলেনবু ইন্দালগে হাযবগী পুক্লিং অযিনবা অসিবু হনবাইবিও। তুবি শংলৌ নথৌবাং লাইবেল যেল্লাং নঙমতম্বু চৈবৎপিও হাযনা হন্না হন্না বাকৎচববু লহান নোং শ্রীনবদ্বীপ লৈমযাইদা নুমিৎ খেনগা যাইকুম ঙান্নবা শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য অবতাব শঙশঙবা যুগল ব্রহ্মা চংখোনবনা নবদ্বীপ স্না মবৈপাকপু নমদা হন্না নীলাচল নুংঙাইবদা সন্ন্যাসী লম্বোই চংকে হার্যঙেদা নবদ্বীপ স্না মবৈপাক্কী সাধুজন লাইবু নিংবা ব্রাহ্মণ বৈষ্ণব পুন্নমনা শ্রীগৌবাঙ্গ সুন্দব স্না মখোং খাদা ভক্তি কাওবি চিগলুক প্রনাম মালেম লৈদা তনা হন্না হন্না থৌখামজববু হোই যাদবা তুকুম্বা ব্রাহ্মণ চিনগোই মযাথংনা হনবাইবিদে।

অসুম তৌদুনা মৈদিংঙুনা মযাদ্রবদা লৈবাক মীযাম অমদি অঙম অথৌ ফম্নাইবা ব্রাহ্মণ পণ্ডিতশিংসু কান্নববোই খঙলবদা মঙাইবোই মনাইমশল 'পুন্নমকপু মৈদিংঙু চিংথংখোম্বগী থৌগল মতুংইন্না গঙ্গা চৎপা যাওনবা হাযজকববদা নিংথৌনা হবাউমথোই কানা হোই যাবিখি। মৈদিংঙু চিংথংখোম্বনা মপাবি থোংলেন বাংখৈলাকপবু ইৰা শান্দেংফমদা কৌশিল্লগা হি যাই স্না লুপা থাং তা পুন্নমক শিন্নদুনা চীংঙু গোবিন্দগী সেবা মথৌগনবু মতম পুম্বদা কাউদনা চৎথনবা শিন্নবা লোইববদা লৈবাক মীযামগী মফমদসু লৈবাক মবা তপ্না নুংঙায যাইফনা পান্নবসু শিন্নখি। অসুম্না শিন্নবা যাবা খিবিক শিন্নববা মতুংদা মৈদিংঙুনা গঙ্গা তীর্থ খোঙলেঙনবগীদমক য়াংদৌ লম্বী শেম্নবা কুমুদানন্দ হাওবমচা অমসুং নব থোকচোমচাগা লোয়ননা মনাই মশল মযাম থাদুনা চীং মান উ বা মোংশোং পুন্নমক হাইদোক্তুনা লম্বী শেম্নুনবা থৌশিখি। লোইদাম বাকচীং থাগী ২০ নি পানবা কোবৌ নুমিৎ নিংথৌকাবগী মহেন্দ্র পুংজা অথুম্বদা তীর্থ যাত্রা অথোইববু পোইবৈ মীযাম হুপ্না তীন্না পুং শেল মোইবুং শিঙ্গা পেবে থিঙ্গান্নমনা হবি মিংলেন শোন্না তুবি যাত্রা খোঙশানখিবা অদুবু চৈথাবোল কুম্বাবদা অসুম্না ইবি; ইং ১৭৯৮ বাকচিং থাদি লৈপাকপোকপনা হলএ। ২০ নি নিংথৌকাবদা মহাবাজ মহাবানী নচিংনা যোইবু যোইহে অয়াম্বা গঙ্গা চঙএ। পোইবৈ লৈবাক মীযামদি মৈদিংঙুনা যাত্রা খোঙশাল্লকপবু উবদা বো খোংনা মীকপ্পখি। মতমদুদা মৈদিংঙু চিংথংখোম্বনা গঙ্গা তীর্থ খোঙলেঙখিবা অসি তৌবাগাডী বেলগাডী নচিংবা

মণিপুরদা লৈত্রিবা মতমনি, মবম অদুনা মণিপুরদগী চীংগী লম্বীদা দোলাইদা মনাই মশলশিংনা পুবগা চৎখি। মৈদিংঙুনা অহানবা যাত্রা খোঙশানবা নুমিৎ অদুমদি কাঞ্চিপুর কোন্নুংদা যাইবেক্তুনা লৈবগা কোবৌ নোংঙানবদা কাঞ্চিপুর কোন্নুং থাদোক্লম্লগা লমাংদোংদা থুংখি। মৈদিংঙু চিংথংখোম্বনা গঙ্গাদা চৎখিবা অসিদা পোইবৈ লৈবাক মীযামগী থম্মোযদা অসুক্কী মতীক নুংঙাইতনা অৱাবা খাংখি হাযবসি লাইবিক অসিদা ইবম্বদগী খঙবা ঙমই। মৈদিংঙুনা বিষ্ণুপুর লমাংদোং মপুং যাইবু হুল্লাল্লম্লগা নিংথৌখোংগী লমলেন চাইনপুং খুজাইবোক্তা যাইবেক্লম্লগা লোইজিং চীংজাউ কাদুনা উবাংপাই খুনযাই শমদুনা লাইজা তোননান লোকপু কান্না চোংলম্লগা কপুই খুবাই ঙমথংনবা লোললোই লৈমতাক্তা ৱাইথুংখি। ফাযেংদা লৈবিঁঙৈদা মপাবি লাবন্যচন্দ্রবু কংলৈপুং মযোন্দা হন্দুনা লৈবাক ঙাক্লনবগীদমক মপন পষ্ঠৌ মৈদিংঙু চিংথংখোম্বনা পাওমেনখিবা মতাংবু অসুন্না শৈথাবি;

> লাইবেল নপা মৈদিংঙু ঐদি গৌবিযা ধর্ম্ম অথোইবা অসিদা উনবি থোইনা পুক্রিং চেৎপবু ওইববদি গঙ্গা তীর্থ ঈবৈমনা থৌজাল মাযোক্লববু যোন্দনা তানফংলুগে। লিক্লাই পাবিও নংদি লাইবেল নপা মৈদিংঙু ঐনা জন্ম মপোক যেংবদা নিংথৌ স্না চোংলেন খানববু লেপ্পা থোকএ। নপোইবৈ স্না পুং ৱাঙম লৈকোইবেন অসিদা মযাই কোইবেন তোংনা নিংথৌ স্না পল্লু ওইয়ো। তৌইকুম বাজ নিংথৌ ওইবগী লমচৎ মতৌশাদি সাম, দান, দণ্ড ভেদ, মখোয মবিমাবু থাদোক ফবোইএ।

মতৌ অসুম তৌদুনা মৈদিংঙু চিংথংখোম্বনা মপাবি লাবন্যচন্দ্রগী মফমদা লৈবাক ৱাযেন থৌদা শিন্নবম্বদগী মজাইবুংঙো লাবন্যচন্দ্রদি মপন পষ্ঠৌ মপাগা মপামচা শেৎনদুনা কংলৈপুং মযোন্দা হল্লক্তুনা ভক্ত বৈষ্ণব খিবিক্লা পুন্না লেংনা তিন্দুনা শ্রীমদভগবদ গীতা অথোইববু কোবৌ নোংজা খুদিংবু শক শোন্দুনা তাজখি। মৈদিংঙু চিংথংখোম্বা মহাবাজসু মনাই মশলশিংগা লোযনদুনা চীংগী লমদম কযামকম লাম্থোক্তুনা শ্রীধাম বৃন্দাবনবু ইন্দানখি। পোইবৈ লৈবাক মীযাম্না মৈদিংঙু চিংথংখোম্বনা গঙ্গাদা তীর্থ খোঙলেঙলকপদা চেং হৌৱাই পান মাইবেলনচিংবা চানবা পোৎলম কযা মবাং কাযনা কচ্চখি। মদুবু মনাই মশলশিংনা পুদুনা লাকপনা লমখাংদা তখেল লৌশিংবা সুবা

কৌবনা চেংকোক লিশিং অমা মুন্দুনা লৌপ্রবদা মৈদিংঙু চিংখংখোম্বনা মনাই মঙা থাদুনা মপাবি লাবন্যচন্দ্রগী মফমদা চেংলুক লিশিং অমা থুনা যাংনা থাজিল্লক্লবা গাথং পীখি। মতম অদুদা মৈদিংঙু চিংথংখোম্বনা তখেলগী দাকু শুবা লৌশিংববু ফাদুনা পুবক্লবা মদাইবেম অথৌবা পবশুবামগী মফমদা শিন্নখি।

মণিপুবগী নিংথৌ জযসিংহ মহাবাজনা থোংনাং তখেল মাইঁগেদা অসুম খোঙশাল্লকপদা তখেল নিংথৌ বাজধন মনিক অহেনবনা মণিপুবগী নিংথৌ জযসিংহগী মফমদা মমোম তস্ফা ব্রাংঙমলোন তুবি চীংলাই লৈমা কজেং ঙাননীবু নিংথৌ মঙোন্দা কাউজনবীযু হাযনা পাউ থাবকখি। মৈদিংঙু চিংথংখোম্বা মহাবাজনা গঙ্গাদা তীর্থ খোঙলেঙলকই তাবদগী লম্বীদা ওক্কদবগী তখেল সিলেট কলিকাতা অসিনচিংবা লমগী নিংথৌশিংনা ওক্লবগীদমক অথেনপোৎ শেম শাদুনা মৈদিংঙুবু ঙাযদুনা লৈখি। ভাগ্যচন্দ্র মহাবাজনা হন্দক গঙ্গা তীর্থ খোঙলেঙলিবসি তশেংবদি শ্রীধাম বৃন্দাবন্দা নত্তনা অতৈ অতৈ মফম কযাসু কোযখি। ভাগ্যচন্দ্র মহাবাজগী স্না হাক্তক্তা থৌদোক ব্রাথোক থোকখিবা কযা অদুগা মহাবাজ মশামক্লা পোইঁবে মবমদম মমা লৈবাক মণিপুববু হুলাল্লন্নগা মনাই মশল ইমুং মনুং শাগৈ নাতৈ, মপালি মমোম, মহাবানী, লৈবাক্কী ফন্নাইবা অঙম অথৌ খিবিকসু যাওনা গঙ্গা তীর্থ খোঙলেঙখিবা অদুবু শুগাযনা মবীক চুন্না শৈথাবদুনা ফোঙদোকপদা লাইবিক অসিনা চাউববা থৌদাং যাবি।

মণিপুবগী নিংথৌ ভাগ্যচন্দ্র মহাবাজনা মথং মথং তীর্থ খোঙলেঙলকপদা শুক্লবা জঙ্গল অশোংবা মোংশোং শা, কৈ, নোংশা, শওম নচিংবা কযানা পীক থন্না লৈবা মফম কযাবু ফাওদুনা লাকপনা গুলাগঞ্জ যৌববদা মপাবি মধুচন্দ্রবু সিলেট্টা হান্না থুংলগা লৈবন্নবা লাঙ্গোই শগোল তোংদুনা চৎহনখি। মতম অদুদা বাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্র মহাবাজসু মদাইবেমশিংগা লোযননা ববাক তুবেল ব্রাংমদা দম্বুব থাকন খল্লগা ঙাইদুনা লৈখি। অসুন্না সিলোৎ লৈমাবনা মণিপুবগী নিংথৌ জযসিংহ মহাবাজগীদমক মনাই মশলশিংবু দোলাইঁগা লোযননা মণিপুবগী নিংথৌবু লৌকনবা থাবকখি। মৈদিংঙু চিংথংখোম্বসু দোলাইথক্তা লেঙখত্তুনা শিলোট কোনুংদা ব্রাযথুংলবদা সিলোৎ লৈমাবনা তবাম তবান্না ওকখি। সিলোৎ লৈমাবনা মণিপুবগী

নিংথৌ চিংথংখোম্বগী মফমদা স্না কংলৈপুং মযোনবু থাদোক্লম্লগা তীর্থ খোঙলেঙলকপবু স্না কোনুংগী লৈঙাক শাসনবু কনাগী মফমদা শীন্নবম্বগে হায়না পাউহঙজববদা চিংথংখোম্বা মহাবাজনা মপাবি লাবন্যচন্দ্রগী মফমদা শিন্নবমলে, নিংথৌ ঐহাক্তি অহল মতম ওইবক্লবনিনা তীর্থ গমন তৌদুনা লাই নীংলুবগে হাযদুনা লাক্লবনি। অসুম্না মহাবাজ ভাগ্যচন্দ্রনা পাউখুম্লবদা বাবৎ সাহেব কৌবা অদুনা লাইবেন মৈদিংঙুবু চেংলৌ শক উন্ননা গুন মতিক হায়না পাউমেল্লকএ। হে নিংথৌ অথোইবা মণিপুবেশ্বব লৈমাবা নংদি ধর্ম্ম পুন্য থোইখোইবা পূর্ণমুর্ত্তি শঙশঙবা মহাকনে স্না নযাথং অসিবু নাতাবদি নিংথৌ নমান্নবা কনাদা নাতাবক্তে; চীংঙু লাইবিক যেক্তসু লৈবিবোইএ নিংথৌ নতিক অকাববু সাহেব ঐনা খংদবদগী ব্রাবম লংজখিববু লৌবিদনা পুক্লিং নাব্রাচাবু তম্না তীর্থ লাইফম লেন্দা চৎখিও হাযনা পাওমেনখি। মৈদিংঙু চিংথংখোম্বনা শিলোৎ লৈমাবা সাহেব নিংথৌদা চৈবৈ মশীং শুনা পীবিখিএ। অসুম তৌববদা সিলোৎ সাহেবনা মাগী মনাই মশল মযাম অমা হান্না থাদুনা দাকু ফত্তবা থেংনগদবা অব্রাবা তাগদবা লৈবা খিবিকপু মাগী সিফাই থাদুনা তখেল লৈবাক্তা চিংথংখোম্বা মহাবাজবু থিল্লক্লবদা ধাকা দক্ষিন মপুংযাইদা ব্রাইথুংখি। ধাকা যৌববদা শ্রীকৃষ্ণ অবতাব শঙশঙবা অমসুং শ্রীমুর্ত্তি মহাপ্রভু অথোইবদা লাইবেল মৈদিংঙুনা ভান্দ্রা উৎসব মথেন লুকোই শেম্না কৎলবদা পুং শেল মন্দিলা মাঙ্গং খিংদুনা ঈশ্ববগী মগুন শৈথাদুনা শক শোঞ্জখি।

অসুম্না ধাকা দক্ষিনগী লমদম থাদোক্লম্লগা তখেল মপুংযাইদা থুংলবদা লাইবেল মৈদিংঙুনা মপাবি মধুচন্দ্র অমসুং মনাই মশল খবগা মণিপুবদা চত্তুনা চানবা চেং চাক লৌকনবা যাথং পিখি। ঙসাইঙৈগী মমোম তম্ফা ব্রাংঙমলোনবু তখেল নিংথৌ বাজধন মনিক খোম্বনা নির্জখিবা মতমদা তখেল লৈবাকপু যৌবগা কাউজনগে তাকপীখিবা অদুবু পীবিনবা হায়জববদা লাইবেল মৈদিংঙুনা মমোম তম্ফা শ্রীহবিশেশ্ববীবু তখেল নিংথৌ বাজধন মনিক খোম্বগী মফমদা থাজখি। অসুম্না মমোম তম্ফা ব্রাঙমলোন হবিশেশ্ববীবু তখেল নিংথৌ বাজধন মনিক খোম্বগী মফমদা থাজদুনা লুহোং খোংদোংবা লোইববদা মৈদিংঙুদি শ্রীধাম নবদ্বীপ্তা চৎলগে হাযনা থৌবাংলবদা মম্মাক তখেল নিংথৌনা মকু ইবুংঙো মৈদিংঙু চিংথংখোম্বনা তীর্থ চৎপা

অসিবু নোংজু থা ওইবনিনা লম্বী চখোক চৎশিন্দা খুদোংথিবা নংগনি অনা অযেক থোক্কনি, মতম খবদংদি তখেল লৈবাক্তা লৈখিনবা হাযজববু লাইবেন মৈদিংঙু বিধি নোংদমখোনবু খঙবা নিংথৌবেন্না অসুম্না পাওমেল্লকই।

> মাকলৌবেন থোংনাং লৈকোই ফম্বাও নমান তুবি চীংলাই নিংথৌ ঐদি লোইদাম কার্ত্তিক মেবা থাদা পুন্সি চেংজেল লোম্না নোংদম মপাল থোক্লে হাযবগী নিংথৌ চাকচা নুংঙাইববু নমদা হুন্না শ্রীনবদ্বীপ নুংঙাইবা যুগল ব্রহ্মা চংখোনবগী লিলা শান্নফম্বু ইন্দাল্লকপা অসিবু থোংনাং তখেল নবৈপাক্তা চেংজেন পন্দোম লোমনা হকচাং চৈখৈ ওইববু থোক্লবদি লাইবেল ঐবু নিংজ পুক্লিং থুংহন্দবগী পাপ লাইজা অকবা কোংবা পোৎকুম পুণ্ডমদববু চংলগনে।

অসুম্না মৈদিংঙু চিংথংখোম্বনা পাওখুম্লবদা মক্কাক তখেল নিংথৌ বাজধন মনিকনা খাম্বা যাববোই খঙলবদা মনাই মশল লোযনবা কযা থাদুনা মকু ইবুংঙো মণিপুব লৈমাবনা কংলৈপুং মযোন্দগী লোযনবকপা মনাই মশল মযাম অদুগা পুন্না শ্রী ধাম নবদ্বীপ তান্না থিল্লুনবা থৌবাং তৌখি। ভাগ্যচন্দ্র মহাবাজনা শ্রী ধাম নবদ্বীপ্তা খোঙশান্দ্রিবৈঙেগী মাংওইননা মমোম তম্ফা ব্রাংঙমলোন হবিশেশ্ববীবু তখেল নিংথৌ বাজধন মনিকী মফমদা থাজদুনা লুহোংখিবা অদুবু শগোল পাউ থাদুনা মপাবি লাবন্যচন্দ্রগী মফমদা খঙহনখি। অসুম্না বাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্র মহাবাজনা মমোম হবিশেশ্ববীগীদমক মনাই মশল মঙা তবা তখেল লৈবাক্তা থনম্লগা মমোম তম্ফা ব্রাঙমলোনবু বীদায পীদুনা মঙ্গল আশির্ব্বাদ পিবিখি।

চিংথংখোম্বা গঙ্গা চংপা কৌবা লাইবিক অসি মপুং ওইনা করুন বসতা মপুং ওইবগা ইবম্নমা তেংথা না'ওইবা, অৱা অনা কযাগী মতাং ঙাক্তনা মপুং ওইবগা ইতিহাসকী তাঙ্কক অমগী থৌদোকপু শৈথাদুনা ইবমই। মণিপুবী সাহিত্যগী লৈকোলদা চিংথংখোম্বা গঙ্গা চংপা কৌবা লাইবিক অসি অনিশুদ্রিবা অশৈবগী খুৎথানি হাযবা য়াই। চিংথংখোম্বা গঙ্গা চংপা কৌবা লাইবিক অসি মণিপুবী সাহিত্যগী লৈকোলবু মবাং কাযবা পুক্কে ওইহনবদা মপুং ফানা তেংবাংপীবা লাইবিক অমসু ওই। মবমদি লাইবিক অসিদা শিজিন্নবিবা অবিবা মণিপুবী লোনগী পুক্কেদা সংস্কৃত লোন হাযবদি

লোনতোপকী মশক অমা নিংথিজনা পুশিন্দুনা মবাং কাযনা থেৎলগা লাইবিক অসিদা ইবন্বা অসিনি।

রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা নবদ্বীপ মপুং যাইবু থুনা যাংনা যৌনিংলদুনা মপাবি মধুচন্দ্রগা নব থোকচোমচাগা অনিবু শিলোট মপুংযাইদা লৈফম চাফম শেম্লুনবা হান্না থাখি। মম্মাক তখেল নিংথৌনা মকু ইবুংঙো মণিপুর লৈমাবনা নবদ্বীপ মপুংযাইদা লেঙগদৌবিবা অদুদা নোংজুথা ওইবনা ঈশিং ঈচাও নংগনি হায়না থৌখাম্বসু মৈদিংঙুদি মেবা থাদা পুন্সি চেংজেল লোম্না নবদ্বীপ মপুংযাইদা নোঙ্গাগে খনখিববু যৌবা ঙম্লবোইদ্রা খন্দুনা মম্মাক তখেল নিংথৌনা খাম্বদা যাদনা সিলোট মপুংযাইগীদমক খোঙশানখি। ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা মনাই মশল পুন্নমক্তা লোযন্দুনা সিলোট মপুংযাইদগী ধাকেশ্বর খুঙ্গংদা ৱাযথুংখি। মৈদিংঙু চিংথংখোম্বা মহারাজনা ধাকেশ্বর খুঙ্গংদগী নবদ্বীপ মপুংযাইবু যৌনবা ইন্দানখি। অসুম্না চিংথংখোম্বা মহারাজনা সিলোট মপুং যাইবু ইন্দাল্লকখিবা মতমদা হিদা চৎকদবা লম্বী ওইবনা হিরম ফাওবা যাদ্রদুনা বুরিগঙ্গা তান্না ৱাকযৈ হিবু থাংদুনা পুবক্লগা ৱাকযৈ হিদা তোংখক্লুনা শ্রীধাম নবদ্বীপকীদমক খোঙশানলকখি। মৈদিংঙু জযসিংহ মণিপুরেশ্বর মহারাজনা কৃষ্ণনগর কৌবা খুঙ্গংদা থুংলবদা মপাবি শ্রীচৌরজিৎ লৌশিংবগা বীরমনি তরেৎ সেলুংবগা অনিমাবু কৃষ্ণ নগরগী নিংথৌ উন্নহল্লুববু কৃষ্ণনগরগী নিংথৌনা লাইরেল মৈদিংঙুবু গঙ্গাবাস কৌবা সহর অদুদা লৈবিও হাজরকএ হাযনা পাউদম্বরু লাইরেল মৈদিংঙুনা হোয যাদনা নবদ্বীপ লৈমযাইদা খোংলেঙখি। অসুম্না লাইরেল মৈদিংঙুনা গঙ্গা তুরেল যৌববদা গঙ্গা লাইজা ইবোম্মুংদা ইক শান্দেংলবগা পলেম মমা অমসুং মপন পম্বৌ মপাগী কর্ম্ম মথৌ মঙম তৌবম্লবগীদমক মনাই মশলশিংগী মফমদা পাওমেনখি।

লাইরেল মৈদিংঙুনা শ্রীধাম নবদ্বীপ মপুংযাইদা ৱাযথুংলবদা কোরৌ নোংবু ঙানবা ঙাইঙমদনা লহান নোং শ্রীকৃষ্ণ চৈতৈন্য মহাপ্রভু থোইখোইবগী অবতার শঙশঙ পোক্লফম যুগল ব্রহ্মা শানফোংফমদা পোইবৈহুপ্না গঙ্গা গোবিন্দা সিংহ নিংথৌগী যোইকোন্নুংদা নুংঙায মবাং কাযনা পোখাদুনা লৈখি। মতম অদুদা নবদ্বীপ মপুংযাইগী শ্রী নিত্যাই নন্দ প্রভু অমসুং অদ্বৈত্ব প্রভু অনিগী থৌগল তৌবা মনাই অনিনা লাইরেল মৈদিংঙুবু উন্নববদা

পোইবৈ মৈতৈ নিংথৌ অসিদি নমু মী অচম্ববু নত্ত্রে বাজা নিংথৌশিংগী গুন মতিকসুং বৈষ্ণব লাইবু নিংবগী চবিত্র মচৎশুং পার্থ অর্জ্জুন তেলহৈবগী সন্তান মবম অহুম্বু তিল্লিবা নিংথৌনি হাযবা খঙলদুনা মহা সংকীর্ত্তন কত্তুনা ঈশ্ববগী মতিক মগুন অক্ববু শৈথানা শক শোল্লববু লাইবেল মৈদিংঙুনা তাববদা অৱা হুইশোং লাংলম্বা পুম্নমক কাওথোক্তুনা ঈশ্ববগী মফমদা চঙজখিবা মতাং অদুবু অসুম্না শৈথাবি ;

> লাইবেল মৈদিংঙুগী উৎসব কুম্মে নুংঙাইবা মৃদঙ্গ পুংখৎনৌবা নৃত্য জগোই নুংওনবা শেওনবা গাযন ঈশৈ হনবীনা প্রভু মতিক হায়না শ্লোক চিন্দা শোনববু উৎসব মখৈ ফংলবগী যুগল ব্রহ্ম চংখোনবা বসবাজ মুর্ত্তি শঙশঙবদি আসন মফমলেন্দগী খোংকাপ নাওবৈ থাংনা চৎথোকলক্কে তৌবা মবমবু চীংঙু স্না মহাকশাংবু পুম্না নিক স্বেদ হুমাং তুখোং হৌ পিশুম পাগোই লৈ, নাসিকা নাসিলেং পদ্মলোচন মিৎলোং গম্বাল মানবা অনিমাদা প্রেম ঈফম তাওনা শিঙ্গবকএ। ঙমখৈ পান্দম লাকশুমদে। শ্রীগৌবাঙ্গা অথোইবা প্রভু স্না মখোং খাদা চীংঙু চৈবৈ থোন্নমন প্রসাদি ফংফদবা মহাক্কা চবন তুলসি অমৃত লৈনুংশিগী নির্ম্মাল্য মালা লিকপবেংগবু লাইবেল স্না মহাকশাংদা হাপ্লবগা ব্রাহ্মন বৈষ্ণব পুম্নমাদি নুংশি ঈথক মঙাও হৌ প্রেম মালেম লৈদা ওন হুঙ্কাব খোঞ্জেল ৱাংনা যাৱা খোঞ্জেন ৱাংনা আবেশ মঙাও হৌবে হাযদববা।

মতৌ অসুম তৌদুনা মৈদিংঙু চিংথংখোম্বনা নবদ্বীপ মপুংযাইদা লৈবিবা মযাম্বুং গৌবশ্যামনা থৌগল চৎলম্বা শ্রীবাধাবমনজিগী লাইশঙদা চত্তুনা লাইবেল মৈদিংঙুনা খুকম্লবদা মৈদিংঙু তাল্লোয লৈমা তবেৎনা জগোই খুথেক্কা লোযননা ঈশৈ শক্তুনা ব্রাহ্মণ বৈষ্ণব পুন্না তিন্না মহাসংকীর্ত্তন নুংঙাইববু মিৎ কুপ্তবমখৈ যেংখি। মৈদিংঙু চিংথংখোম্বনা অনৌবা নট সংকীর্ত্তনগী মখল হৌদোক্তুনা পুং অমসুং ঈশৈগী লমদা হান্না চৎনবকপদগী শবগা হেন্না পাকথোক চাউথোকহন্দুনা যেংবদা নুংঙাযনবা শেমগৎখি। মহাবাস, বসন্ত বাস হৌদোক্তুনা মণিপুবী জগোইগী লমদা অনৌবা ঈনোৎ পাদুনা হান্না লৈবম্বা কযা অদুদগী শেমদোক শাদোক্তুনা শেমগৎ শাগৎখি। পুংগী লমদা মহাক্রমেন হৌদোক্তুনা পুংগী নুংঙাযবা কুম্মেবু হান্নগী লৈবম্বা

মওংদা অনৌবা তোপ তোপ্পা মশক অমা পুথোক্লুনা শেমগৎখি। লাইবিক থিবা হায়বা, ৱাবী লিবা কলাশিং হৌদোক্লুনা লমদম অসিদা অনৌবা মখল মথেলগী তোঙান তোঙানবা হিবমশিং অসিদা অনৌবা ঈনোৎ পীদুনা চাউখৎখিবগী মতৌ উবা ফংখি। লাইবেল মৈদিংঙুনা গঙ্গা তীর্থ খোঙলেঙখিবা মতমদা মহা সংকীর্ত্তন কৎখিবা অদুদা মতমদুদা পুথোকখিবা অনৌবা মখলগী কালাশিং অসি ওম্নমক লমদমসিদা পাংথোকখি।

লাইবেল মৈদিংঙুনা শ্রীকৃষ্ণ অবতাব শঙশঙবগা শ্রী নিংত্যাইনন্দ প্রভু অনিমাগী খোইমোম স্না মখোং খাদা ভক্তি তৌদুনা খৃকমজববদা শ্রীবাধাবমন থোইখোইবসুং চৈবৈ নৌনা হোংনা খুকম্লম্লবা তুংদা শ্রীনবদ্বীপ লৈমযোন্দা অমুক হল্লকখি। লাইবেল মৈদিংঙুনা গনজোনগগাব খুঙ্গংবু যৌববদা মপাবি চৌবজিৎ অমসুং থোংলেন যাইস্কুল লাকপা অনিবু মনাই মশলশিং পুদুনা চীংঙু লাইফমলেন অকৃবদা নিংথৌ মানা লৈনবা যুম শাকনবা থৌবাং তৌব হাযনা থাখি। লাইবেল মৈদিংঙুদি লোইদাম থৌৱাষ্থাগী মাকমৈ মঙানি পানবা ইবাই নুমিৎ অকৃবদা তীর্থ লাইফমলেন অকৃববু মাইবা অহৈবা শ্যাম কৃষ্ণ লৈশাংথেম্বসুং যাওনা হি অমদা পুন্না তোংমিন্নদুনা লাকপনা গঙ্গা তুবেলগী ঈথক কন্না হৌবক্লুনা ৱাকযৈ হিবু লুপ্লীং লুপ্লীং তৌববদা মশাবী মৈতৈ লৈমনা পাখৎচববদা লাইবেল মৈদিংঙুনা মদাইবেমশিংদা পাওমেনজখিএ। হন্দক্কী মতাং অসি মঙাইবে চেকশিল্লু ইশানৌ নহাকসু কবি থোইনা পাখৎলুগনু নশাবী ঐনা গৌবিযা ধৰ্ম্ম অথোইবা অসিদা থম্মোয লাইনিং চেৎপবু ওইববদি ভগবান ঈশ্বব মপু মহাকনা শোযদনা থৌজানবীগনীযে হাযনা মশানৌ লৈমা চম্পকলতা লাইশ্রবীগী মফমদা পাওমেনখি। লাইবেল মৈদিংঙুনা খোংঙম হৈস্নামচাদা মহাক্কী ক্ষেত্র লাইফমলেন অকৃববু যৌকৃবনিনা কমিলা লাইফমলেনবু যৌগদবা কযা ৱাৎলিবগে হাযনা পাওহংববু মদাইবেম খোংঙম হৈস্নামচানা তোবৈ অনিবু ৱাৎলিএ হাযজববদা লাইবেল মৈদিংঙুদি সৌদাবাজি খুন্দোলগী হিদেন লৈবাই চাংজৌ থক্তা অহিং লেক্লুনা লৈখি। কোবৌ নোংঙাল্লবদা মনাই মশলশিংগা লোয়নদুনা মৈদিংঙুনা ৱাকযৈ হি তোংদুনা লাকপদা ঈথক ঈপোম কন্না হৌবক্লুনা ৱাকয়ৈ হিবু লুপকে তৌববদা মশানৌ লৈমা চম্পকলতা লাইশ্রবীদি য়াইফা মথোই তোংনা গঙ্গা গর্ভ ইবেন্নুংদা যাইবী

থবায় থাখি। লাইরেল মৈদিংঙুদি মনাই মশল মচা মনাইশিংগা লোয়ননা শ্রী পাটক্ষেত্রদা থুংখি।

মুর্শিদবাদ জিলাগী গম্ভিলা পাট ক্ষেত্র লাইফমলেন অরুববু য়ৌরবদা অফবা পুংফম য়েংদুনা যাত্রা হল্লগা নিংথৌগী শঙ্গায় শাখি। লাইবেল মৈদিংঙুগী মা হকচাংবু ঙম্নক্তবদগী খংকন কনশিল্লরুবদা মচা মনাইশিং মকাওইনা মপারি মধুচন্দ্র, চৌরজিৎ নচিংবা পুম্নমক্লা লাইবেল মৈদিংঙুগী মতৌদা থম্মোয় শোক্লা অবা তেংথাদুনা মীকপল্লবদা লাইরেল মৈদিংঙুনা অসুম্নবু তাকপীখি। তাইবঙদা পোক্লিবা খিবিক শিবা হায়বসি লমন তোল্লবনি পষ্টৌ নপা ঐহাকপু শিগনি হায়না ৱাকগনু ইপা ইচা মকাপ মপাং শাগে নাতে মরী মতা পুম্নমক মতম মাগী খোংলৈ তুংইন্না শিগদবা ঙাক্তনি। অদুগা জগৎপু শেম্বীরিবা ঈশ্বর মাবু মতম পুম্বদা কাওদনা নীংগদবনি পুম্নমক ঈশ্বব মাগী খুৎশিন্নি। ৱারম অসি লৈবনা নিংথৌ ঐহাক্লা শিথ্রবসু ইপারি লাবন্যচন্দ্রনা পোইরৈ মা লৈবাকী মা তাংবলদা ফমদুনা নিংথৌ ওইরিবা মহাকসে নপল পষ্টৌ ঐগা অমত্তনি, তোঙানবনি খনফরোই। তুবি মা ইখোং খাদা তয়ুম নখোয়না অবা মতোল লোম্না য়োইনা থৌগনজরিবা অসিবু লিক্লাই ইপারি মঙোন্দা যোইনা থৌগনজবা অদুনে হায়না মনিংও। লিক্লাই ইপারি মধুচন্দ্র নহাকসু হন্দক মতম অসিদা লাইরেল নপা মৈদিংঙু ঐবু পুক্লিং হনথোক লৈতনা যোইনা থৌগল মতোন লোমলে। লাইবেল মৈদিংঙু নপা ঐহাকসু থম্মোয় খৈনা নুংঙায়না পেল্লে। নপল মৈতৈ লৈমা নোংয়াই চীংজবোইবীনচিংবনা লাইবেল মৈদিংঙু নপল পষ্টৌ ঐগী থৌগল হৈনা তুংইনবদা পুক্লিংহনবা লৈতববু লাইরেল মৈদিংঙু নপল পষ্টৌ ঐহাক্লা পেল্লেদো। তানফং ঙমদবা চীংঙু লাইফমলেন পুম্ববুসু নিংজ পুক্লিং থুংনা তানফংজবে। লাইবেল মৈদিংঙু নপল পষ্টৌ ঐনা নিংজবকপা পুম্নমক লোইনা ফংগদবা মতম পুংজা কুইরক্তরেদো নপন পষ্টৌ ঐগী পুক্লিং থুংববু ঈশ্বর গোবিন্দ মপুরেন্না য়োন্দনা থৌজানবীশুনো। নপন পলেম লৈমনচিংনা য়োইবু মঙাইরোই পুম্নমকা লিক্লাই নপারি লাবন্যচন্দ্রগী মনাক্তা মাংদা থানা ৱাইথুংও। লাইরেল নপন পষ্টৌ ঐগী অবাবা পাওবু তমলুগনু। ৱারম অমদি ইপারি শ্রীচৌরজিৎ অহেনবা নংগা নশানৌ তুলজিৎ নিংথিবগা নখোয় অনিদি লাইরেল নপা মৈদিংঙু ঐগী অস্থি শাবা লুথাংথৌ চিন্তামনি নুংচানববু পুনা বজ্র লৈপাক

নুংঙাইবা শ্রীবৃন্দাবন লাইফমলেন ঈশ্বর লীলা শান্নফম্বু ইন্দাল্লু। লাইবেল নপা মৈদিংঙু ঐগীদমকপু ব্রাহ্মণ বৈষ্ণব পুন্বা খোম দান দক্ষিনা ব্রাৎহন্দা ভক্তি পুক্লিং চৈবোইননা মহোৎসব কুম্মৈ নুংঙাইবব্ তৌঙমলুও। লাইবেন মৈদিংঙু নপা ঐগী অস্থি শাৱা লুথাংথৌ চিন্তামনি খবদি পোইবৈ স্না পুংদা থৌজান্নুংদা চন্নবা পুখিও।

অসুম্না লাইবেল মৈদিংঙুনা পাওমেল্লবদা তবেৎ সেলুংবা শ্যাম কৃষ্ণ লৈশাংথেম্বা ভাগ্য থোকচোমচা, গঙ্গা নাবাযণ হৌৱাইবা হবি লম্মাবা, মনিচন্দ্র নান্দেবা, মাধব যুম্নাবা তযম নখোয তকক্তি লম লম খুদিংদা নিংথৌ ঐগা লোযনদুনা নিংথৌ ঐগী হকচাং নুংঙাইবক্রুবা খিবিক্তা শেন্নদুনা লাক্লবনিদো, অদুনা হৌজিক্তী নিংথৌ ঐগী হকচাংসে মুন্না কুপ্না যেংলবো হাযনা পাওমেনখি। অসুম্না লাইবেল মৈদিংঙু চিংথংখোম্বা মহাবাজদি পুন্সি চেংজেল লোইবকপগী খেন পুংজা মতম যৌবল্লদুনা মেবা থাগী নিম্যাং (পানখৎলকপা) ৩ নি পানবা ইবাই নুমিৎ অক্কবগী কোবৌ নুমিৎ যুংবগী মতুং পুংমবি শুবকপদা শগোলশেলগী মহেন্দ্র পুংজা মনুংদা মালা পবেং লিকপু থাদোক্লুনা তুলসী শমু খুৎনা পাই চিংঙু লাইগী মিংথৈ শোন নোংপোক মাইকৈ পাংনা ওন্না মাল্লং ফেনচিং ওই খমগোল নোংলৈ ওইনা কোবৌ থক্তা লাইবেন মৈদিংঙু চিংথংখোম্বা মহাবাজ মুর্শিদবাদ জিলাগী গম্ভিলাপাট ক্ষেত্র মপুংযাইদা পুন্সিগী অবোইবা যাংহপ তানখি।

অসুম তৌদুনা লাইবেন মৈদিংঙুনা শিববদা ক্ষেত্র লমচৎ হৌনবী কোবৌ নুমিৎ শিংবুম ১৫ নি শুববদা ক্ষেত্র ফম্বীবেনগী পালা খুৎপু অহুমদংসু পোইবৈ স্না পুংগী লাইবেন মৈদিংঙুগী হৈনা মতুংইন্না লোযনবকপা বঙ্গদেশ খুৎপু অমগা নদিযা পালা মক্কপসুং যাওনা পালা খুৎপু মঙানা অহিং নুংথিল শাক্লনা শ্রীপাট ক্ষেত্রদা শ্রীহবি সংকীর্ত্তন পাঙথোক্লনা লাইজা ঈনোৎ কাবগুম খোইমোম লাইমিং শর্কখিবা অদুবু অসুম্না শৈথাবি।

ক্ষেত্র লমচৎ হৌনবা কোবৌ নুমিৎ ১৫ নি শুববদা ক্ষেত্র ফম্বীবেনগী নিত্যাইবংস এথোইবনাচিংনা ব্রাহ্মণ বৈষ্ণব লম্বোই লাইবুনীংবা খৌবিক্কপু শিঙলেন বার্ত্তন তৌনা পাওকৌকবগা অধিবাস মণ্ডম হৌবে। ক্ষেত্র ফম্বীবেলগী পালা খুৎপু অহুমদংসু

পোইবে স্না পুংগী লাইবেল হৈনা মতুং ইল্লকপা বঙ্গদেশ খুৎপুমগা নদীয়া পালা মকপসুং পালা খুৎপু মণ্ডামনা ইনুং কৌবা চিংনুং শোইববু চৈবেপ্ত পাল' খুৎপু লেঙশিন্না কৌবা চিংনুং শোইববগা কোবৌ নুমিৎ চুপ্লবু সংকীর্ত্তন লাইজা ইনোৎ কাবকুম খোইমোম লাইমং শকএ।

রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রনা মশাগী অবোইবা পুন্সি ফাওবদা নিমান্দি ধর্ম্মবু লমদম অসিদা মপুং ফানা চাওখৎনবা হোৎনখি। চহীচা ১৮ গী মতুংদদি লমদম অসিদা নিমান্দি ধর্ম্ম মপুং ফানা চাওখৎপগী থাক যৌখি। শ্রীশ্রী গোবিন্দগী ধুপ আর্টিগী থৌগলদা চৈতৈনা মহাপ্রভু অমসুং নিত্যাইনন্দ অনিগী মতিক মগুনবু শৈথাদুনা শকপা শোনবদা শিজিন্নখি। অসিদসু নত্তনা রাধা কৃষ্ণগী মতিক মগুনবু শৈথাদুনা মৈতৈ যুমথোং খুদিংদা পাঙথোকপা দেব কর্ম্ম গার্ন্বদি শ্রাদ্ধ, লুহোং খোংদোংবা, অমসুং কর্ণবেদ (নাহুৎপা) অসিনচিংবা থৌবমশিংদা শিজিন্নখি। অসিদসু নত্তনা হিন্দু ধর্ম্মগী অকনবা চৈথেংনা হান্নগী সাহিত্যগী খোঙচত্তগী মপুং ওইনা হিন্দুগী রামায়ণগী ৱারী, মহাভারতকী বাবী, পরীংবু লমদম অসিদা চৎনবা হৌখিবা অদুগী মথক্তা চৈতৈন্য মহাপ্রভু অমসুং নিত্যাইনন্দগী মগুন শৈথাবা লাইবিক কয়া ইদুনা মণিপুরী সাহিত্যগী অনৌবা মখেল অমা হাপকৎখি। হিন্দুগী লাইবেম্বী স্বরস্বতী, লক্ষ্মীগী মতিক মগুন শৈথাদুনা মণিপুরী লোন্দা লাইবিক কয়া ইখি। হান্না রামান্দি ধর্ম্মবু মীয়ান্না চৎনবন্নরসু রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রগী মতমদদি নিমান্দি ধর্ম্মদা অমুক মীয়াম্না পান্নলা চৎখি।

লাইবেন মৈদিংঙু মপন পঙ্খৌ চিংথংখোম্বা মহারাজনা তাকপীবম্বা মতুংইন্না মপাবি মধুচন্দ্রনা তবা চাকপু থোংনা গঙ্গা পিবুকনুংদা পিণ্ডদান শ্রাদ্ধ তর্পন মশীং শুনা বেদ মন্ত্র শোন্না লাইফম খুদিং চত্তুনা কচ্চখি। তখেল নিংথৌ রাজধন মণিক মশানৌ ইবেম্মা শ্রীহরিশেশ্বরীনা অৱা হুইজোক লাংনা মৈদিংঙুনা লৈখিদবদা তেংথা নাওইনা থম্মোয শোক্লা কপচখি। মপাবি মধুচন্দ্রনা মপল পঙ্খৌ লাইবেল মৈদিংঙু চিংথংখোম্বা মহারাজনা তাকপীবম্বা যাথং পুন্নমক অমত্তা চিথদনা পাঙথোক্লম্নবা মতুংদা লোইদাম লমদা থাগী ২০ নি পানবা লৈবাক পোকপা নুমিত্তা মপন পলেম লৈমশিং অমসুং মনাই মশল লোয়নবা খিবিক শুনা শ্রীপাট ক্ষেত্রদগী

কংলৈপুং মযোন্দা থুংলখি। মপন পলেম মমা লৈমশিংনা মযাম্বুং ইবুংঙো মৈদিংঙু লাবন্যচন্দ্রগী মফমদা থৌদোক পুন্নমক পাওমেন পুমেন্ননা অমত্তা চিংখদনা পাওদমখি। মতৌ অসুম তৌববদা মপন পছৌ লাইবেন মৈদিংঙু চিংথংখোম্বগীদমক পাংথোকপা ইবাৎ থৌনিগী থৌবম কযাবু মপুং ফানা মৈতৈ কংলৈপুং মযোন্দা পাংথোকখি।

মৈদিংঙু জযসিংহ মহাবাজনা নিংথৌ ওইবিঁঙৈদা লৈবাক অসি শা, লান তোযনা তৌদুনা ঔব্রা লানগাযদুনা খুন্তাক্লুববসু মতুংদা বৈষ্ণব ধর্ম্মগী ঈহৌবু মপুং ফানা চাওখৎনবা হোৎনখি। বৈষ্ণব ধর্ম্মনা খংচাউ চাউখৎখিবসু নিংথৌ অসিগী মতমদনি। ভাগ্যচন্দ্র মহাবাজনা মহাক্কী মমাগা পোকমিন্নবা মামতুন মোইবাং খৈলৈ নুবা তেলহৈবনা মৈতৈ কংলৈপুং মযোন্দা লম খবা পীযু হাযদুনা নীবকপবু লৈবাক্কী ফম্নাইবা ফমথৌলোই পুন্নমক্কা খন্নববা মতুংদা পীফম থোক্কে হাযদুনা পীখিদে। মদুদা মোইবাং খৈলৈনুব্রাগী তাল্লোয লৈমা লাইশ্রবীনা মপুবোইবদা ইনশিন্দুনা ঔবাগা লৌতুনবগা মোইবাং খৈলৈনুবা তেলহৈবনা মৈতৈ কংলৈপুংদা লান্দাবকখি। লান অদুদা মৈদিংঙু চিংথংখোম্বদি ঔব্রাগী মখুত্তা মাযথীবা ফংলদুনা তেখাও লৈবাক্তা চেন্দুনা তেখাওনিংথৌ বাজেশ্ববগী মফমদা চঙজফম লৌদুনা লৈববদা তেখাও লৈবাক্কী ফম্নাইবশিংনা ব্রা তান্নদুনা মৈতৈ নিংথৌ ভাগ্যচন্দ্রবু তেখাওগী অঙাওবা শামু যানবা হাযখি। মতম অদুদা শ্রী গোবিন্দনা ভাগ্যচন্দ্র মহাবাজগী মমংদা লাক্লগা তেখাওগী অঙাওবা শামু অদুবু মগাক্লা ফাবিগনি, তৌবদবু হযেং নহাক্লা মণিপুবগী নিংথৌ খুবম অমুক হন্নজিল্লবা মতুংদা ঐহাক্কী মুর্ত্তি অসিবু শাদুনা লাৎলু অদুগা ঐহাক্তি কাইনা কৌবা চীং অদুদা থৈবোং পাম্বী ওইনা হৌবমগনি মদুবু যাল্লগা মুর্ত্তি অদু শানবা তাকপীখি। মৈদিংঙু চিংথংখোম্বনা তেখাও নিংথৌ বাজেশ্ববগী মতেংদগী ঔব্রাগী মথক্তা লান্দাদুনা মণিপুবদগী ঔবাশিংবু মাযথীবা পীদুনা তাছোক্লগা মণিপুবগী নিংথৌ অমুক ওইববদা তেখাওদা লৈবিঁঙৈদা শ্রীগোবিন্দনা মমঙদা হাযখিবা পুম্বা কাওথোক্লুবদগী অমুক হন্না মমঙদা লাক্তুনা হাযববদগী খঙনিং নীংশিংলক্তুনা থিন্থবা তৌদনা কাইনাদগী থৈবোং যাল্লুবগা শ্রীশ্রী গোবিন্দগী মুর্ত্তি শাদুনা ম্না শঙ্গায শাদুনা লাংথাবান কোন্নুংদা লাৎখি। মতম অদুদা লাংথাবালদা লৈবিবা বাসমণ্ডল অসি শেমদুনা মাগুব খন্দুনা নুমিৎ মগানি

চুপ্পা শ্রীরাধাকৃষ্ণ অনিগী মতিক মগুন শৈথাদুনা শক শোন্দুনা রাস লীলা শান্নখি। মৈদিংঙু চিংথংখোম্বনা মরুধৌ হাক্তক্তা শেমগৎপীবম্বা হিন্দু লাইনিং লিচৎকী চৎনবীবু হেন্না খুমাং চাওশন্না চাউখৎনবগীদমক অনৌবা মখল মথেলগী কলা কয়া পুথোক্তুনা হান্নদগী হেন্না ফজবা চাওখৎপা ওইহনখি। ভাগ্যচন্দ্র মহারাজ মশামক নিমান্দি ধর্ম্মদা লাইনিং লৌদুনা চৈতৈন্য মহাপ্রভুবু চেৎনা থাজদুনা মশামক্কী অবোইবা পুন্সি ফাওবদা শ্রীচৈতৈন্য অমসুং নিত্যাইনন্দ অনিনা লৈরিবা মফমদা খোঙলেঙদুনা অবোইবা যাইহিপ তানখি। মৈদিংঙু জয়সিংহ মহারাজ অসি ধর্ম্ম লৈবা ঈশ্বরবু থাজনা নীংজবা অমসুং হরাউ কুম্মৈদা পুক্লিং হকচাং লুপচবা নিংথৌনি হায়রসি মহাকথক্তা তৌরম্বা অমসুং পাঙথোক্লম্বা থবকশিং অসিনা তশেংনা তাকই।

মালেম পৃথিবী শিনবা থুংনা মীয়াম্না খঙনরিবা মমিং চৎলবা মণিপুরী সংকীর্ত্তন অমসুং রাস লীলা অসিমক নিংথৌ অসিনা মথরায় হকচাংমক কংখোক্তুনা যামনা পামজনা শেমগৎচরম্বদগী ওসি ফাওবদা মুৎপা নাইদনা যাংবা তারা লৈতনা পৃথিবীগী অতৈ অতোপ্পা লৈবাকশিংগী মমাংদা মণিপুরী জাতিনা চাওথোকচবা ঙমর্জরি। নিংথৌ অসিগী হাক্তক্তা মণিপুরগী পুং ঈশৈ জগোই, অমসুং অতৈ অতোপ্পা কলাশিং রারী লীলা, লাইরিক থিবা হায়বা, কয়া অসিনা মপুং ফানা চাওখৎনবা হোৎনখি।মরম অসিনা রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রনা পানবা মতম অসি লৈবাক অসিগী সংস্কৃতি অমসুং হিন্দু ধর্ম্মগী লমদা খ্বাইদগী মতোল লোম্না চাওখৎপা অমসুং মপুং ফাবা মতম অমা ওইখি। নিংথৌ অসিগী থোইদোক হেন্দোকপা মথৌনা মরিংজেল লৈবা, ঈশ্বরবু যাম্না নীংজবা, ধর্ম্ম লৈবা, কংখোকপগী পেন্নাইদবা, অমসুং লৈবাক অসিগী সংস্কৃতিবু চাওখৎনবগীদমক নিংহন্নবা লৈতনা মশামক পুং যৈদুনা মণিপুরগী অনৌবা নট সংকীর্ত্তনগী ঈহৌবু শাগৎপদা লমযানবিখিবা মীশকনি, অদুদসু নত্তনা মণিপুরী রাস লীলা পুথোকপদা লমযানবীখিবা নিংথৌ অমা ওইবদা নত্তনা শিদবা উপান ওইনা থম্নীবম্বা কয়া অসিমক্লা লমজিং ওইদুনা নিংথৌ অসিবু রাজর্ষি হায়বা মীংথোন পীদুনা পৃথিবীগী লৈবাকশিংনা ইকাই খুম্নখি।

রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা লৈবাক অসিগী হরাউ কুম্মৈ, অনৌবা মখলগী কলা কয়া, অমদি গৌরিয়া বৈষ্ণব ধর্ম্মদা যুম্ফম ওইবগা শেমগৎলম্বা

অদুগুম্না সাহিত্যগী লমদসু মপুং ফানা শেমগৎপীবম্বা নিংথৌনি। হিন্দু গৌবিয়া বৈষ্ণব ধর্ম্মগা মবি লৈনবা মচাক কয়ামকম মণিপুরী সাহিত্যদা পুশিন্দুনা মণিপুরী লোন্দা হিবম অসিগা মরী লৈনবা লাইবিক কযামকম ইহনখি। বৈষ্ণব ধর্ম্মগী পাদাবলি কয়া লৈবাক অসিগী ওইবা মওংদা শেমদুনা ইহনখি। মপান লৈবাক্কী লাইতীনগী ৱাবী কয়া অমসুং ঐখোযগী লোন্দা হন্দোক্লুনা ইথোকহনখি। নিংথৌ অসিগী হাক্তক্তা বাঙ্গলা, সংস্কৃত অমসুং আসামী লোন নীংথিজনা খংলবা লাইবিক হৈববা পণ্ডিত কযামকম শেমগৎখি। মপাল লমদা থাদুনা সংস্কৃত, বাঙ্গলা তমহনখি। মখোযগী কলমদগী ফজ ফজববা মপান লৈবাক্কী ৱাবী কযামকম মণিপুরী সাহিত্যগী মমল নাইদ্রবা পুক্কে ওইনা থম্বীবম্বদগী ঙসিমক লৈবাক অসিগী সাহিত্যগী মবাং কাযবা মচাক ওইনবি। বাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রনা অতৈ অতোপ্পা মপানগী লৈবাকশিংগা মপুং ফাবা মরী থমদুনা লৈবাক অসিগী লাইবিক লাইশুগী লমদা অমসুং সংস্কৃতিগী মাযকৈদা হেন্না মবাং কাযবা অমসুং চাউখৎপা থাক্তো পুখক্লগীদমক অচৌবা থৌদাং কযামকম মশামক যাওনা হকথেংননা পাযখত্তুনা মণিপুরী লোন অমসুং সংস্কৃতিবু অসুক্কী মতীক পাক্লা চাওনা মশা মতেং শন্দোক্লবা কন্না হোৎনখি। মৈদিংগু চিংথংখোম্বনা গৌবিয়া বৈষ্ণব ধর্ম্মবু কদায ফাওবা মথবায লুপচনা পামজবম্বগে হাযবসি মহাক্কী পুন্সিগী অবোইবা মতম লাক্লবা ফাওবদা মমা লৈবাক পোক্লযম্বু থাদোক্লম্লগা গঙ্গা তীর্থ খোঙলেঙদুনা বেঙ্গোলগী মুর্শিদাবাদ জিলাগী শ্রী পাট ক্ষেত্রদা লৈবিবা লাইফম খুদিংমকপু খুকমজববা মতুংদা অবোইবা যাইহিপ তানখিবা অসিমক্লা তশেং তশেংনা তাকই। বাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রগী মতম অসি মণিপুরী ইতিহাসতা কলা, বিদ্যা, সংস্কৃতি, হবাউ কুম্মৈ লাইনিং লাইশোন, কযা অসিগী লমদা অনৌবা মঙাল ফঙদুনা খোঙদাখিবগী যাম্না মকওইবা তাঙ্কক অমা ওইনা মণিপুরগী ইতিহাসকী লামাযদা মুৎনাইদনা লৈবি। ❐

# বিরাট শান্তুপলোন

হিন্দুগী বাবী মহাভাবতকী মশা অমা ওইবিবা বিবাট পর্ব্বগী শরুক অসিবু বিবাট শাস্তুপলোন হায়না মিংথোন্দুনা মণিপুবী লোন্দা হন্দোক্কুনা ইখি। লাইবিক অসি মৈদিংঙু চিংথংখোম্বগী মপাবি নবানন্দ যুববাজনা মপন পন্থৌগী যাথং ভুংইন্না পোইবৈ মদাইবেমশিংগা লোযনদুনা হাওবৈ নোংচুপ পাংবা মার্যকৈদা চত্তুনা ৱাকযৈ হি অহুমখক যাল্লুনবগীদমক অথাপ্পা চীংদা চৎখি। মতমদুদা মদাইবেমশিংগী মফমদা অবা পোখানবা হাযদুনা মহাভাবতকী বিবাট পর্ব্বগী মতাংবু ৱাবী লীদুনা তাহনখি। নবানন্দ যুববাজনা মদাইবেম পানা পান্থোম মবিমক ফুঙ্গানাই মদাইবেম পুখ্রন তেংমাইখিনবা চক্রপানি খুমছেনচা লাইফম সৌশিংহনবগা খাবম হাজাবি লানজিংবা চক্রপানি মৈনমচাগা লোইনাই অহল্লুপশংগী মনোংযাই ঙাংবমচা ৱাঙ্গোল কৈকাংবা গৌবহবি লংমাইথেম্বগা মখোয ৭ সুং লোযনদুনা লমলেন নোংচুপ কোংযাং যাইতু লোক্তগী বাকযৈ হি অমা, অদুগা খোইযুম লাংবুম অনিবা মচীংলেনবু নাতৈননা নোংচুপ যাংলৈবা লোক্লেন অচনবদগী তোংজেং হি অমা, অমসুং নোংচুপ কোংযাং লোক্তগী বাকযৈ হি অমা পুন্না ৱাকযৈ হি অহুম্বু যাল্লুদুনা মা কোনুং তান্না পুবক্লবা হোৎনবদা কোবৌ মশীং যাম লোইদাম থাবুম অনিচুপ্পা ফাযেং নোংগা ফাইনা ইনুং যাবেক্কুনা লৈঙৈদা নিংথৌ মপাবি নবানন্দ যুববাজনা মদাইবেম পুন্নমকী মফমদা লানগী ৱাবী নুংঙাযববু তাহনগে হাযদুনা মহাভাবতকী বিবাট পর্ব্বগী ৱাবী অসিবু লীদুনা তাহনখি।

বিবাট পর্ব্বগী ৱাবী অসিবু মৈতৈলোন্দা হন্দোক্কুনা নোংবান লুৱাং মাধববাম অমসুং মযেংবা বৃন্দাবন অনিদা শৈহেক্ শৈদম প্রান্দুনা বিবাট শাস্তুপলোন কৌনা মিংথোন্দুনা মৈতৈলোন্দা লেঙথোকহনখি। অশৈবা অনি অসিনা লাইবিক অসিবু লেঙলম্বদা মতমদুগী মণিপুবী সমাজগী ফিভম মপুং ফানা ফোঙদোক্কুনা ইবমই। মবমদি মৈদিংঙু চিংথংখোম্বা মহাবাজগী মা হাক্তক অসিদা লমদম অসিদা অনৌবা মখল মথেলগী কালা কযা

হৌদোক্তুনা চৎনখি। মদুগী মনুংদা ৱাবী লীবা, লাইবিক থিবা হাযবিবা কলা অনি অসিসু নিংথৌ চিংথংখোম্বনা থৱাযনা পামজনা হৌদোক্লম্বা কলা মখলনি। মহাভাবত অমসুং বামাযণগী ৱাবী অসি মণিপুবী লোন্দা হন্দোক্লগা ৱাবী লীবা মীশক অমনা মীয়াম মমাঙদা লীদুনা তাহনবা অসি মতমদুগী মণিপুবী সমাজগী অচৌবা ঈহৌ অমা ওইবমই। মতৌ অসুম তৌদুনা হিন্দুগী লাইনিং লম্বীসু মতমসিদা মণিপুবী সমাজদা কন্না চাওখৎলকখি। মতমসিদা হিন্দুগী বেদ শাস্ত্রগী ৱাবীদা যুম্ফম ওইবা লাইবিক কযা অমা মণিপুবী লোন্দা হন্দোক্তুনা লমদমসিগী সাহিত্যগী মচল অমা ওইহনখি। অসুম্না বিবাট শান্তুপলোন কৌবা লাইবিক অসিসু মতমদুগী ইখিবা লাইবিকশিংগী মনুংদা শীংথাবদা মতীক চাবা লাইবিক অমনি।

বিবাট শান্তুপলোন কৌবা লাইবিক অসিগী মপুং ওইবা ৱাবীদি মহাভাবতকী মশা ১৮ লৈবিবা অসিগী মনুংদা মশা অমা ওইবিবা বিবাট পর্ব্বগী মতাংদা হস্তিনাপুবগী নিংথৌবেল ধর্ম্মবাজ যুধিষ্টিবনা কৌবব মশানৌ ১০০ গা চৌবব শান্নবদা ওম্না তুম্না থাদোক্লবদা কৌববকী মখুত্তা মাযথীদুনা মমৈথংদা মশানৌ সতী দ্রৌপতিবুসু থাদোক্লবদা হস্তিনাপুবদা লৈবা যাদ্রদুনা চহী ১২ বন্দা চৎখি। চহী ১২ চুপ্না বিবাট লৈবাক্তা শান্তুপ্লগা শক লোত্তুনা লৈববদা বিবাটকী কিচক সেনাপতি কনবদা মপা লৈত্রববু পাণ্ডবকী ভীমনা হাৎখি। কিচক লৈত্রবদা সুশর্ম্ম অমসুং কৌববকী দুর্য্যোধন্না বিবাট লৈবাক্কী শা ষণ অমসুং লন থুম খোম্বা লাকপদা পাণ্ডব মচিন মনাউ মণ্ডানা বিবাট নিংথৌগী মতেং পাংদুনা বিবাটকী ষণ খোম্বা ঙমখিদে। অসুম্না বিবাট লৈবাক্তা চহী ১২ চুপ্না শক লোত্তুনা লৈবকপা অদুবু অশেংবা মশক তাকথোক্তুনা বিবাট নিংথৌগী মমোম উত্তবাবু অর্জ্জুনগী মপাবি অভিমৈন্যুগী মফমদা থাজদুনা লুহোংখিবা মতাং অসিনা লাইবিক অসিগী অবোইবা শকাক্লি।

লাইবিক অসিদা ইবিবা লোন অসি মতমদুগী মণিপুবী সমাজদা ঙাংন শক্লবম্বা লোন্দা পুদা ৱাহৈ ৱাতাশিং অদু কাযহন্দনা মবক মবক্তা সংস্কৃত ৱাহৈ অমমম অনি থেৎলগা ইবমই। মপানগী ৱাবীদা যুম্ফম ওইজববসু লাইবিক অসিদা লমদম অসিগী চৎনবীদা মপুং ফানা পুশিল্লগা ইবমই। লাইবিক অসি মপুং ওইনা বীব বস হাযবদি অকন অথৌদা মপুং ওইবগা শৈথাদুনা ইবনি। কৱান বসকী শৱাক খবদি বিবাটকী সেনাপতি কিচক্লা

দ্রৌপতিবু সভা মমাঙদা খোঙগোয়নবগা মফি মবোল মুনবিখিবা মতাংদা উবা ফংই। অৱাবা মতাংদদি মচিন মনাউ মঙানা কৌৰবকী মচিন মনাউ ১০০ গা চৌবব শান্নবদা তুম্না মাঙলবদা সতী দ্রৌপতি ফাওবা থাদোক্তুনা হস্তিনাপুবদা লৈবা য়াদ্রদুনা চহী ১২ বন্দা চত্তুনা বিবাট লৈবাক্তা লোত্তুনা লৈখিবা মতাং অসিদা উবা ফংই। ৱাহেংবম মাধববাম অমসুং মযেংবম বৃন্দাবন অশৈবা অনিনা বস ভাব মখল মথেল উৎনবা হোৎনবদা শিজিন্নবিবা লোন অসি অসুক্কী মতিক চঙখোন্না নিংথিজে। পাণ্ডব মচিন মনাউ মঙাগী লোযনবী সতী দ্রৌপতিগী ফজবা চেংলৌ শকপাম্থোংবু বিবাটকী সেনাপতি কিচক্না উৰবদা মহাক্কী পুক্লিং অমসুং ৱাখলদা ফাওখিবা কযা অদুবু শৈথাবদা শিজিন্নবিবা ৱাহৈ ৱাতা অসি অসুক্কী মতিক চঙখোন্না ফজৈ। মসিনা মণিপুবী লোনগী ইনাকখুনবা মবাং কাযবা ৱাতা পাদবা পুক্কেবু মযেক শেংনা উহল্লি।

মতৌ অসুম তৌবিঙৈদা বিবাট নিংথৌবেনগী পাঙ্গল চৈশৌ ওইবিবা লাঙ্গোই শামু লিশিং অমগী পাঙ্গল মতীক ওইবা কীচক অকনবদি লোইদাম থাবুম ওনখিববগী বিবাট নিংথৌবু চেংলৌ শকউনগে হাযনা পুক্লিং হবাও খোইনা স্না যোই কোন্নুংদা বিবাট লৈমাববু চেংলৌ শকউকববগা মমোম (মচে) বিবাট লৈমবেনবু চেংলৌ শক উনগে হাযনা স্না শঙ্গাযনুংদা চংখিববদা বিবাট লৈমাবীনা স্না ফান্দেংথানা ফমহল্লে। দ্রৌপতী লৈমা নিংথিবীবু চেংলৌ মিৎথিৎলবগী পাযমা উনকোইনুংদা নিংখলখিএ। তাইবঙ নোংশাপান অসিদা পাঙ্গল ইদোম নিপা থোক্লা য়াঙ্গোইববু স্না যোই কোন্নুংদা চেংলৌ শক্লোইহেনবা অসিগুম্বীবু মিৎয়েং শানখৈবক্তে। চেংলৌ মাগী শকপাম্থোং অসিবু লোইদাম মেবা থাগী পূর্ণিমা মপুং ফাবা থাগুম্মে। থোইনা উনবী পুক্লিং হুইএ। চেংলৌ মিৎকোই থোংবু থম্বাল লঙাং লৈগী লৈবাং মকা মানগুম কুবঙ্গ শজি মিৎতানৈএ। চিনবান মোইকাই য়াৎপু শাবন তয়ান হৈবু মোইকাই ঙাংনা হেল্লে। থবাক লিকশিবম থবাক লেংয়ান লম্বু শ্রীফোল হৈতানৈএ। খাং চাংজৌ তবামকপু শিঙলেন চম্পা লৈনুংশিগুম নিংথিএ। পাম্বোম থম্বৌ লৈয়োনগুম্না খুবোম তোংযাইবম্বু পুনুং মেনপ্রাগুম খুনিং মোদোন তাবু হিঙঙোল ময়েক চংগুম্মে হায়না উনবী পুক্লিং ঙক্লা পাওহংলকএ।

পাণ্ডব মচিন মনাউ মঙানা মশানৌ দ্রৌপতীগা লোয়নদুনা চহী ১২ বন্দা চৎপা মতমদা উমং রামং নাবক মোংশোং কয়া ফাওদুনা শাষ্টুপফম্বু থিকবদা নিংথৌ ৮৪ মক্কী লৈবাক্তা চত্তুনা মিৎযেং শানখৈকববা মতুংদ মৎস্য দেশ লৈবাক্কী বিবাট নিংথৌগী মফমদা শক ওহ্নোক্তুনা লৈখি। মযাম্মুং যুধিষ্টিবনা ব্রাহ্মণ কঙ্ক কৌনা লৈখি। মশানৌ যাইমা ভীম্না বহলব পুজাবিগী শক্তম লৌদুনা লৈখি। মশানৌ অর্জ্জুন্না নপুংষ ফৈদাবেনবু ওইনা শন্নাং হাপচিন্দুনা মেখলা ফনেক শেত্তুনা নুপি শাদুনা লৈখি। মশানৌ নকুল সহদেব অনিসু অশ্বপাল শংগোল শেনবা, অমসুং গোপাল ষণ শেবা শাদুনা লৈখি। মশানৌ ইবেম্মা সতী দ্রৌপতীনা শৈবন্ত্রী শাদুনা বিবাট লৈমাবগী মহাবানী পাতেশ্বরীগী নাক্তা মিনাই ওইনা থৌগন তৌদুনা লৈখি। বিবাট নিংথৌবেন্দি অহল মতম ওইববনা লৈবাক্কী রাযেন থৌদা পুবদা মঙম শানবা ঙমদ্রদুনা মশেন ইবুংঙো কীচকপু সেনাপতি হাপ্তুনা লৈবাক্কী রাযেন থৌদা পুম্নমক শিন্নথোক্লমই। নোংমা কোবৌ অমদি কীচক সেনাপতিনা মবাই ইবুংঙো বিবাট নিংথৌবু শক উন্নদবা মতম কুইবদুনা মবাই ইবুংঙো অমসুং মচেম ইবেম্মা পাতেশ্বরী মহাবানীগী মনাক্তা লাকখি। মবাই ইবুংঙো বিবাট নিংথৌগা উন্নববা মতুংদা মচেম পাতেশ্বরীগী নাক্তা শৈবন্ত্রী দৌপতীনা থৌগন তৌদুনা লৈবম্ববু কীচক্না থেংনখি। দ্রৌপতীগী নিংথিবা ফজবা শওং শবানবু উকবদা মমিৎ কুপ্তুনা চাগদৌবমখৈ যেংদুনা লৈখি। কীচক সেনাপতিনা মচেম মহাবানীগী মফমদা মাগী শমু নাক্তা ফন্নিবী চেংলৌ শকহেনবী নুজা অসিবু কনানো, পলেম পম্ভৌ কনাগী মমোমনো, কোন্নোই মমিং কবি কৌবগে, কবি লমদগী লাকপনো হায়না পাওহংজখি। বিবাট মহাবানীনা মদু নিংথৌ কীচক পাঙ্গলবগী মফমদা অসুম্না পাওখুমখি। ইদুনিংথৌ কীচক পাঙ্গলবও কোন্নোয মমিং থোংদি শৈবন্ত্রী কৌই। স্বামী মপুবোইবদি খোইমোম গন্ধর্বব মঙামক্লে। মহাক্লা লাকপদি হস্তিনাপুবদগী লাকযে। নচেম ঐগী থৌবম অয়াম্বা থিবিকপু শৈবন্ত্রী চেংলৌ শকহেনবী মানা থৌগল তৌয়ে। অসুম্না পাওখুম্লবদা কীচক পাঙ্গলবনা পুক্লিং কঞ্জাও থোইনা মচেমগী মফমদা অসুম্না হায়বকই। ইচেম ইবেম্মা বিবাট মহাবানী নহাকসে ওহ্নোক্লসু পঙখ্রেদা অসুক ফজবী নুপীবু কবিগীদমক ইচেমগী নাক্তা সেবা তৌনবা থন্নিবনো মীপুম খুদিংবু শুমহৎপা ঙম্বী শক্তম অসিনা শুমহৎখিদুনা নোংমদি

শোয়দনা শৈবন্ধ্রী শকহেনবী নুজা অসিনা বিবাটকী লৈমবেম্বী ওইদুনা শোয়দনা পানখিগনি। নদু নৌপ্বা ঐনা হায়বসে হয়েং মতম অমদা শোয়ব্রা হাযবদু যেংসি। বিবাট মহাবানীনা মদু নিংথৌ কীচক্কী ব্রাহৈদা অসুন্না পাওখুন্নকখি। হে ইদু নিংথৌ নহাক্না অবানবা ব্রাহৈবু কবিগী হাযবগে ঐবু লোইবা হনু মালৈ কাববা বিবাট নিংথৌবেলনা মচা ওইনা নাউযোকলিযে। নচেম ঐবুসুং পলেম মমামক্কে খন্না নীংজবিযে। মদু নিংথৌ কীচক্তি মচেমগী ব্রাহৈদা তাংজা মাযথোং লৈদা লুক ইকাই মখৈ লৈতনা মবান যাইদা হনখি।

কোবৌ নোংবু ঙাল্লবদা কীচক পাঙ্গলবদি বিবাট কোন্নুংদা থুনা যাংনা কংলা থৌগাবক্লগা শৈবন্ধ্রী শকহেনবীনা লৈবিবা মচেম মহাবানীগী শঙ্গাযনুংদা চঙলক্লগা দ্রৌপতীগী মফমদা কীচক মাগী তাল্লোয ওইনবা হাযববু দ্রৌপতীনা যাদ্রবদা মচেম মহাবানীগী মফমদা শৈবন্ধ্রী শকহেনবী অসিবু নমদুনা ফাবগা পুখ্রগে হাযববদা কীচক সেনাপতিগী মতিক মথৌনা মপাঙ্গলবু মচেম্না খণ্ডবনিনা মৌপ্পা কীচকপু থেন্নগা ঙসি কৌবা নোংসিমদি ইশাবী হনু মযাই কাববনা লৈবাক মীযাম মমাংদা ইকাযববু নঙগদবা লৈ। নপাই ইবুংঙো বিবাট লৈমাবনা দান ধর্ম্ম তৌবগীদমক মচা মানা পোকপগুম মমোম মক্লি খন্না নাউয়োক্লিবনে। অদুনা হযেং কোবৌ নোংগা ঙাল্লগা শৈবন্ধ্রী মাবু মোংবা নংগী শঙ্গাযদা থাবক্কে হাযনা পাওমেল্লবদা কীচক পাঙ্গলবদি হবাও মখৈ লৈতনা মবান যাযদা থুনা যাংনা হলব্রাযখি।

কোবৌ নোংগা ঙাল্লবদা বিবাট মহাবানীনা দ্রৌপতীগী মফমদা খোইহী অথুম্বা চানিংই হাযখি। খোইহী অদুবু মদু নিংথৌ কীচক্কী শঙ্গাযদগী চত্তুনা লৌকনবা দ্রৌপতীগী মফমদা স্না যাথং তাকপীখি। দ্রৌপতী সতীত্ব ওইবিনা বিবাট মহাবানীগী মফমদা অসুম্না হাযজখি। হে মৎস্য দেসকী লৈমবেম্বীও টীংগোই য়াথং অক্কবনা নদু নিংথৌ কীচক্কী শঙ্গাযদগী খোইহি লৌকনবা তাকপীবা অসিবু তৌবিগনু। নদু নিংথৌ কীচক নমু মীফত্তা মহাক্তি ধর্ম্ম লমচৎ লৈতে, পাপ্পী লমচৎ চৎলে, চেংলৌ ঐবু শক উন্নবা খুদিংদা ফত্তবা যাথং নিংথিদবা ব্রাঙাংবু শিজিন্নবনা মাগী লমচৎ ওইনেযে। খোযনৌ ইতা লেঙমান্নবীশিংগী লক্তগী অমত্তবু থৌশিবিও হাযজববু বিবাট

মহাবানীনা হোয যাদনা যাথং অহকপা ৱাহৈনা থিহ্বা তৌদনা থুনা য়াংনা চত্তুনা লাংবন খোইহী লৌকুনবা যাথং পীখি। দ্রৌপতী নুজা চেংলৌ শকহেনবীদি ফত্তবা কীচক্কী লাংদা শোযদনা থুদুনা নুপী ওইবীগী সতীত্ব ধর্ম্মবু কাযবা তাবে খল্লুবদা থম্মোয শোক্না নুংঙাযতনা তাংজা মক্ন লুক মাল্লেম খোংবী লৈখৈ যেংনা মদোম স্না খুজাই খুত্তা পায়না স্না কোনুংদগী থোবকখি। দ্রৌপতী নুজা পাঙ্গল শোনবীদি উপায লৈত্রবদা কোবৌ থক্তা থোক্লিবা যোইমযাই তাউদনবা নুমিৎপু কৌবদুনা তেংথা নাওইনা পাপ শিবাপ খোম্বোক্না সতী পুকনিং ৱাচুম শুবী পাঙ্গল লৈজদ্রবী নুপীজা ওইবী ঐবু খুদুম চাপ্রবদি যোযমযাই তাউদনবা নুমিৎ স্না খোমদোম নঙদি নাবী নুপী হাৎপগী পাপ অদুবু লৌজৌ হাযনা দ্রৌপতীনা পিবেম থকমা তানা মালেম লৈদা পক্না পুকমর্জখি। যোযমযাই লাইবেল তাউদনবনা সতী ওইবী নুপীগী অৱাবদু উবদুনা বাক্কস হিংচাবা অনিদংবু পাওকৌবগা হিংচাবা নখোয অনিনা নমু কনাগুম্ববু খঙহন উহন্দনা শৈবক্সী নিংথিবীগা লোযনদুনা কীচক মবাল যাইদবু চঙমিন্নদুনা সতী দ্রৌপতী মাবু তেংবাংলুনবা থৌশিখ।

দ্রৌপতীনা কীচক্কী মবাল যাযদা থুংলবদা কীচক্না দ্রৌপতীবু তবাম তবাম্না পুক্লিং হবাওথোইনা অপাম মিৎমৈ হাযনা যেং মচিন মোমোন নোক্না দ্রৌপতীগী মফমদা অসুম্নবু হাযবকই। হে লৈমা নিংথিবীও শমু ঐগী ওইবম থংবদা ফমদুনা তাল্লোয ঐগী মক্নম্বী ওইনবা নিংথিবা ফিজেৎ লৈতেং লমঙানবা অসিবু মশীং শুনা লাঙদুনা থমলিযে চৈবৈ ফিনৌ হোংলবো হাযখি। দ্রৌপতীনা পুক্লিং অকিচং হকচাং মতু চুংনা পাওখুমখি। নচেম বিবাট মহাবানীনা লাংবন খোইবাং হী অথুম্ববু থকনিংই হাযবগীদমক শৈবক্সী ঐবু থৌশিবকএ। স্না খুজাই অসিদা খোইহী হাপ্পীয়ু ইবাং য়াইদা থুনা হনথ্রগে হাযনা পাওমেনজববু কীচক পাঙ্গলবনা লাংবন খোইবাহী অথুম্বদি তযম মনাইশিংদা থিনহল্লুগে চেংলৌ শক্কোইহেনবী নংবু শমু ঐগী নাক্তবু ফম্লুবাও হাযববদা সতী দ্রৌপতীদি খাংবা ঙল্লক্কদুনা অথিবা খোলফমদা হে পাপ্পী নুংশি হৈতবা নংনা ঐবু নচিন মোমোন নোক্না কবিগী লক্লবনো নচেম বিবাট মহাবানীগী যাথং খোইহী অথুম্ববু পীগনি পীবোই হাযবদু শেংনদুম হাইযু হে পাপ্পী ফত্তবা নতাং তৌদুনা পঙাং ঙাংববু তানিংদে

হায়না মিঁচৈববদা কীচক পাঙ্গলবসু তাংজা ইকাইমনখ্রদুনা অশাওবনা মাংওইনখিদুনা দ্রৌপতীবু শমু খুজেং পাযগে তৌববদা বাক্ষস হিংচাবা অনিমক্লা কীচক পাঙ্গলববু ঙকথি চপনা হাইথুবর্মাখি। দ্রৌপতীনা কীচক্কী মখুত্তগী নানথোক্তুনা থুনা যাংনা অকি তুজুংনদুনা বিবাট কোম্নুংদা চেল্লক্লগা সভা মমাংদা চেনশিন্দুনা খাংলবা ফাওবদসু কীচক পাঙ্গলবনা থুনা যাংনা তান্নবক্তুনা দ্রৌপতীবু সভা মীযাম মমাংদা তাংজা মশম লাক্লা চিংদুনা শমু খোংনা কাওনা শমু মহাকশাংবু কোনগে তৌববদা বাক্ষস হিংচাবা অনিনা দ্রৌপতীগী শমু মহাকশাংবু ঙাকখিবদগী কীচক্লা কোনবা ঙমখিদে। কীচক পাঙ্গলবদি থোইনা হেন্নদুম শাওমনখিদুনা দ্রৌপতী মাবু নমদুনা ফাগে তৌববদা বাক্ষস হিংচাবা অনি অদুসু কীচক মাবু মাযথীবা পীবা ঙমদ্রবদা দ্রৌপতীগী চৈবৈ ফিবু পাযদুনা মুল্লবদা কোবৌহনবনা উবদুনা কীচক মানা দ্রৌপতীগী চৈবৈ ফিবু চীংদুনা হন্না হন্না লৌথোক্লবসু দ্রৌপতীগীদমক চৈবৈ বাংহন্দনা কোবৌহনবনা পীনিখি। কীচক পাঙ্গলবনা দ্রৌপতীগী চৈবৈ মফিশেৎপু চিংথোক্লিবর্মখৈ লোযবা খম্বা লৈত্রবদা মমৈথংদা মপাঙ্গল মযেং তাবক্লদুনা বাজ সভা মমাংদা তাংজা মাইথোং ইকাইদুনা মোংবা মবাল যাইদা মদোম তুমিন হনখি। তাঞ্জা অসিমক্তদা পাণ্ডব মচিন মনাউ মণ্ডাসু 'বিবাট নিংথৌগী বাজ সভাদা লৈবমই। কীচক্লা মশানৌ ইবেম্মা দ্রৌপতীবু সভা মমাংদা ইকাযবা পীখিবা অদুগীদমক পাণ্ডবকী যাইমা ভীমনা খুদক্তা লমন খুমনিংববু মযাম্লুং যুধিষ্টিবনা ইঙ্গিত তৌদুন' খাম্বদগী মদোম তাকশি শোন্না খাঙখি। দ্রৌপতীনা বিবাট নিংথৌগী মযমদা পিবেম খকমা তানা অসুন্না ৱাকৎচখি। বিবাট লৈমাবা নহাক্লা মৎস্য দেশ নবৈবাক অসিদা নিংথৌ চাকচা অথোইববু চাদুনা পাল্লিবা অসিবু শিঙলেন অবেম্বা লৈবাং অতিংঙাবু ওইবে। মোম্নু চীংডু লাইবক থীবী ঐবু বাজ সভা অসিমক্তদা কীচক মহাক্লা নুপী ওইবীগী সতী ধর্ম্ম কাযহনগে খন্দুনা সভা মাঙদা চৈবৈ ইফি মুনববু তুমিন্না যেংদুনা লৈবদি মৎস্যদেশ নবৈবাক অসিদি ৱাযেন মথক মখা নাইদে পাপ্পী লমচৎ চৎলে হায়না ৱাকৎচববদা বিবাট লৈমাবদি তাংজা মক লুক্লা মদোম মালেম লৈদা ইকাই নুংশি যান্নদুনা খাংখি।

ধর্ম্মরাজ যুধিষ্টির কঙ্ক ব্রাহ্মনা মশানৌ ইবেম্মা শৈরন্ধ্রী দ্রৌপতীবু যেংনা অসুম্না পাওমেল্লকখি। হে শৈরন্ধ্রী নাইনুবী নংনা করিগী বিরাট লৈমাববু অথিবা বাহৈনা মিচৈবগে নপুবোইবা গন্ধর্ব্ব মণ্ডামক্না মিৎযেং শানখৈবিয়ে। লাইগী রায়েন লার্কখিনি। তাংজ নংবু হৌজ হৌজ কযাবক ইকাইবা নংহনববু মদোম উফুলগুম্না তুম্না মাওজগনি। নহাকসু কোলোয শঙ্গাযনুংদা চণ্ডদুনা বিরাট মহারানীগী সেবাদুম মতোল লোম্না তৌকও। অসুম্না ধর্ম্মরাজ যুধিষ্টিরনা তাকপীববদা শৈরন্ধ্রী নাইনুবীদি বিরাট লৈমবেম্বীগী মনাক্তা চৎখি। বিরাট লৈমবেম্বী পাতেশ্বরীনা শৈরন্ধ্রীগী মফমদা অসুম্নবু তাকপীখি। হে শৈরন্ধ্রী নিংথিবিও পুক্লিং তপ্পা ফম্লুলাউ নংগী অরাববু উনা বিরাট লৈমবেম্বী ঐহাকসু হন্না হন্না তাংজ মাইথোংসে ইকাইববু নঙলেদা।

অসুম তৌদুনা শৈরন্ধ্রী চেংলৌ শক্লোই হেনবীদি অহিং নোংসোইবা তুম্ববু যাদদুনা কোবৌ নোংবু ঙানবা ঙাইঙমদনা মশাবী গন্ধর্ব্ব মণ্ডাগী মফমদা চত্তুনা ফত্রবা কীচক্না সভা মমাংদা মহাকপু ইকাইবা পীদুনা চৈবৈ ফি মুন্দুনা খোংগোইনখিবা অদুগী লমন শিংবীযু হাযর্জখি। দ্রৌপতীগী থম্মোয শোকপা মতৌদা খাঙবা ঙমদ্রদুনা ধর্ম্মরাজ যুধিষ্টিরনা মশানৌ যাইমা ভীম পাঙ্গলবগী মফমদা ফত্রবা কীচকপু নমু কনা খঙহন্দনা খম্নুং যম নিংথৌগী মফমদা শমু খুৎশিন্নথোক্লুও হাযনা যাথং পীখি। ভীম পাঙ্গলবা বহলব পুজাবি ওইবনা মশানৌ দ্রৌপতীগী মফমদা কীচক সেনাপতিবু নুংশিদনা নুংশি শাশিন্নবগা উত্তরাগী জগোই তম্ফম শঙদা লোম্না উন্নসি হাযনা কৌথোক্লক্লবা পাওতাক পীখি।

কোবৌ নোংগা ঙাল্লবদা কীচক পাঙ্গলবদি স্না যোই কোন্নুংদা থুনা যাংনা থৌগাবক্লগা শৈরন্ধ্রীগী মফমদা মাগী তাল্লোয ওইনবা অমুক্তসু হন্না হাযখি। শৈরন্ধ্রী শকহেনবী দ্রৌপতীনা কীচক সেনাপতিগী মফমদা চিনবান মোমোন তৌনা হযেং তাংলৌ অহিং অথেংবদা উত্তরাগী জগোই তম্ফম শঙদা নমু কনা খঙহন উহন্দনা লোম্না উন্নসি হাযববদা কীচক সেনাপতিদি পুক্লিং হবাও মথোই কানা শৈরন্ধ্রীগী মফমদা যাবে হাযবন্নগা মবান যাইদা হনখি। মশানৌ ইবেম্মা দ্রৌপতীনা মশাবী ভীমগী মফমদা থুনা যাংনা

লাক্কুনা বাবম পুম্বা তমজখি। ভীম পাঙ্গলবনা মশানৌ দ্রৌপতীগী মফমদা পুক্লিং হবাও থোইনা ঈশ্ববরু খুকমদুনা লৈকও হায়না তাকপীবদগী দ্রৌপতীসু মবান যাইদা হল্লকখি।

কীচক পাঙ্গলবদি মোংবা মবান যাইবু যৌববদা মদোম থম্মোয নুংদা কোবৌহনবা নুমিৎ অসিবু থুনা যাংনা ময়ুম চঙখিনবা মপুক্লিং লাংতক্লনা ঙাইদুনা লৈখি। যোইমযাই তাউদনবা নুমিৎ মহাকসুং অঙানবা থোঙলেন খমখ্রবদা কীচক পাঙ্গলবদি অলঙ্কাব ফিজেৎ হোং চাচন্দন লৈনুংশিবু শমু হকচাংদা তৈ ক্যাং পবেং লিক্লা হকচাং খাওন্ননা স্না খুজি তান খিবিক লৈতেংবা লোযববদা উত্তবাগী জগোই তম্ফম শঙবু তম্না খোংকাপ নাওবৈ থাংনা থুনা যাংনা লাকখি। ভীম পাঙ্গলবদি মোমনু নুজাগী শক্তম লৌদুনা কীচক লাকপা ঙাযদুনা উত্তবাগী জগোই তম্ফম শঙদা শৈবন্ধ্রীগী শক্তম লৌদুনা চৈবৈ ফিনা কুপশিল্লগা কীচক লাকপা ঙাযদুনা লৈখি। কীচক পাঙ্গলবনা উত্তবাগী জগোই তম্ফম শঙদা নমু তাইবঙ অমবু লৈবা উববদা শৈবন্ধ্রী শকহেনবীনি হাযনা খন্দুনা পুক্লিং থোইনা নুংঙাযনা থুনা যাংনা প্রপ প্রপ চঙশিনখিদুনা শৈবন্ধ্রীবু কৌজববদা ভীমনা মোমনু নুজাগী খোঞ্জেলনা শমু ঐগী নাক্তা চঙলক্কুনা মোমনু নুজা ঐবু কোনখৎপীয়ু হাযজববদা কীচক সেনাপতিদি হবাওমনখ্রদুনা ভীমশেনগী শমু হকচাংবু কোনখৎকে তৌববদা কীচক সেনাপতিনা লেঙবা ফাওবা ঙমখিদে। কীচক পাঙ্গলবদি মপুক্লিংদা অকি তুজুং ফাওবকখি। তানজা অদুমক্তদা ভীমনা কীচকী মাংদা ফন চোংথোক্কুনা শযেং পাম্বোম তাপ পাযদুনা চিংলগা হায়হত্তুনা কীচকপু হাৎকে তৌবদা কীচকসু কন্দা লাক্তবদি নত্তবনিনা ভীমনা লাযনা হেক হাৎপদি ঙমখিদে। শমু পাঙ্গলবা অনিমক্লা খুৎকা খুৎকা, খোংগা খোংগা অকনবা লানথেংনববদা ভীমনা কীচক পাঙ্গলববু লৈমাযথক্তা কোল্লগা থাদখি। কীচক সেনাপতিগী মখোং মখুৎ ঙম্না থুদেক্কুনা পুল্লপ তাশিন্দুনা ভীমনা কীচকপু অহিং তাংলৌ অথেংবদা কনাসু খঙহন্দনা হাৎখিবা মতাংদা অকনবা অনিগী পাঙ্গল কনবা মতৌ অদুবু অশৈবনা অসুম্না শৈথাবি ;

ভীম পাঙ্গলবদি চৈবৈ ফিক্কখুম্না যাতাঙ্গম্বদা কীচক পাঙ্গলবনা য়াথং অথোৎপনা পাওমেনখিএ। হে শৈবন্ধ্রী নিংথিবিও নংবু পুক্লিং অপাম্ববু নমদা হুন্না কবিগী খোল্লেন তুমখুল্লিবনো চেংলৌ নমিৎ নিংথিবীনা মহে চুম্না যাম্নববু ইস্তৌ নিংথিবা পুর্ণ মপুং ফাবদা চৈবৈ ফিবোই চুনবদা চীংযা নোংহৌবকপদা চীংনুং নোংথাং কুপকুম্বা অসিবু চেংলৌ শকউনববদি অপাম পুক্লিং হুনা মোমনু চিংগু লাইবক ফবিবী ওইবিঙেনে খোমলেন তুমগল্লগনো হায়না য়াহৌববদা ভীম পাঙ্গলবনা থকশিল য়াকুনুংদা মচিন মোমোন নোক্লা পাওখুম্লকএ। হে পুরুষ নীপা অথোইবাও নংদি নতোম্মগী নতীক অচৌববু নাপল মযাই কানা থাগৎচৈএ। পাঙ্গল নংনা নীপা থোক্লবদি নজা ইফমলেন্দগী মোম্ন ইহাকচাংবু মাল্লেম লৈদা তানা থাংথবোলাও হায়না পাওমেল্লবদা কীচক পাঙ্গলবনা অপাম পুক্লিং অযিনবনা চেংলৌ মমিৎ ফিং পুক্লিং হবাও খোইনা চংখিবে। শৈবন্ধ্রী অহেনবীনে হায়না নিংবগী শম্নু মখুৎ অনিমক্লা খ্বাং পমশি লাক্লা থাংথোক্লববু ভীম অকলবগী শম্নু মহাকচাংবু কোবৌ নোং শীংজংগুম্বনিগীনা থৌদু পুঙমদা চেংজা থাংঙমদবা নুংগুম্বগী কীচক পাঙ্গলবদি ক্রোধ কঞ্জাও চোংথোক্লক্লে। হে কীচক পাপ্পী লিংজেল ফত্তবা নংনা বিবাট লৈবাক নুংঙাইবা অসিদা নাপল মযাই কানা পাওমেঞ্জবকপদো অসি ইনুংমদা শম্নু ঐগী ইখুৎবাক্তা চংলে থবাধ হিংঙল্লবোই। খম্নুং যম নিংথৌগী দ্বাব মথোংজিন্দা থাদোক্লগে হায়না ভীম পাঙ্গলবনা শম্নু খুৎনা ফংনা লাক্লবে। কীচক পাঙ্গলবসু লাঙ্গোই লিশিং অমগী পাঙ্গল মতিক থোইবনিগীনা ক্রোধ কঞ্জাওথোইনা শযেং মতানবোম অনীমক্লা ভীম অকলবগী শম্নু হকচাং কোল্লে। ভীম কীচক অনিমক্তি মালেম লৈবু নিক পাঙ্গল মখৈ যংনা লাক্লবে। উত্তবা জগোই শঙগী পামেল য়ুম্বী তেক্লা খুদুম কিঞ্জাও থিম্নবে। শম্নু খোংনা কাওনবে, পাঙ্গল মপা তাম্বা অনিমক্তো খোইমা মমাই ওন্নদে। অস্ত্র খুৎশু পায়নদনা শম্নু খুৎনা ফংনা শোক্লবে। শঙলেন নুংঙাইবা অদুবু পামেন চোইনা তানবে। খোযমা নাবোন্নুং অশোংববু লাঙ্গোই ময়োক্লকপা অযাম্বনা উফুল নোংলৈ থোক্লা নোইহৎপগুমমে।

পামেন খুৎপাক্ট লৈত্রবগী অমবক শমু খুৎনা ফংনা লাক্লহিক্লে। মাল্লেম লৈদা ওন্না তুনবে উফুল নোংলৈ পক্লা খুৎতুম কিঞ্চাও থিন্নবে। ভীম অকলবাদ চকমোম লম্মে চাক্লুন্না মন্নিং কোবি হৌ হকচাং মতুংনং মুং মখা চিক্লা কীচক অকলববু মালেম লৈদা তুনা হাইথুবে। কীচক মহাকচাংবু মাল্লেম লৈদা নম আসন মফম লেনগুম ফম্নবে। শমু মখুৎ ওইবমগীনা খৌবি ঙক্লোইনম পাম্বোম পাবেন যেৎলমগীনা কিনথিন চৈথা কন্না যাবেন মাগী খোংজিতোন কুম্ভ্রামকপু তেক্লা থিন্দেক্লে। কীচক তাংজা মকতোনবু শংলৌ হিংনা থৎপগুম ফোইদৎলবগা পাইমা মপুক্লুংদা ফুমজিল্লে। মক শুনু ওই, মতোং শবেন শদুম ওইনা নেংমলহল্লে হায়দববা। কীচক পাঙ্গলবদি লাঙ্গোই শামু অচম্বা লিশিংমগী পাঙ্গল মতম মানগুম ভীম অকনববা শামু মচুম তাবা লিশিংমগী পাঙ্গল মতিক ওইনা অকলববু নোংমলহল্লে। ভীম পাঙ্গলবাদ বিবাট স্না যোই কোন্নুংগী তুবেল লাইজা ঈনেলপুংদা পুক্লিং অৱা কোক্লা ঈৰ শান্দেংলবগা থিংলৌ অমবক নিংনা তেংনা স্না যোইকোন্নুংগী তবা চাকথোংশংদা নুংঙাই মবাং কাইনা মাতাববে গযদববা।

পাণ্ডব মচিন মনাউ মঙাগী ভীম পাঙ্গলবনা বিবাটকী সেনাপতি কীচকপু মশানৌ তাল্লোয দ্রৌপতীগী মফমদা লংজখিবা মবাল অদুগীদমক অহিং তাংলৌ অথেংবদা লমন খুমদুনা হাত্তোক্লবদা তুবেল লাইজা ইবোন্নুংদা কুমদুনা ইৰ মাইখাজবগা মহাক্লা লৈফম বিবাট কোন্নুংগী চাকথোঙশঙদা হল্লক্লগা তুমদুনা লৌখ। কোবৌ নোংগা ঙাল্লবদা কীচক্কী মশানৌ ৯৯ না বিবাট নিংথৌগী মনাক্তা লাক্লুনা মশাবী কীচক হল্লক্লে পাওদম্বদগী মদাইবেমশিং থাদোক্লুনা মশেল ইবুংঙো কীচকপু থিহল্লবদা উত্তবাগী জগোই ওম্ফম শঙদা কীচক্লা শিদুনা লৈবম্ববু থেংনববদা লৈবাক মীযামদি ঙকপগী ওমখৈ লৈখিদে। বিবাট লৈমাবনা খোইমোম গন্ধৰ্ব্ব মঙামক্কী তাল্লোয শৈবক্ত্রীনিবু সভা মমাংদা ইকাইবা পীখিবা অদুগীদমক খোইমোম গন্ধৰ্ব্ব মঙামক্লা মশানৌ শৈবক্ত্রীনি নিংথিবীগীদমক লেপ্পমক লমন শিংলবনি হাযনা মতোম মতোমদা নীংখন্নখি।

কীচক্কী মশানৌ ৯৯ না মশাবী কীচক্কা শিখিবা অসিবু বিবাট লৈমবেম্বীগী মনাইনুবি শৈবন্ধ্রীনি মশুংলাংগীদমক নোংমনখিবনি ব্বাবম অসি লৈবনা শৈবন্ধ্রীনি মহাকপুসু মশাবী কীচক্কা লোযননা মৈদা ইক্কুনা নোংমনহনবীযু হাযনা বিবাট নিংথৌগী মফমদা ব্বাকৎচখি। বিবাট নিংথৌনা পাওখুম পীবা নঙদ্রিঙৈদা কীচক মশানৌ ৯৯ না শৈবন্ধ্রীনিবু ফাদুনা পুথ্রগা কীচক্কী পোৎলোইবগী শীং মথক্তা থাঙগত্তুনা থমখি। থৌদৌ অদুবু ভীমনা উবদুনা মশানৌ সতী দ্রৌপতীবু খাম্বী মৈদা কীচক মাগা লোযননা পুন্না পোৎলোইমিন্নখ্রবদি মাংবা তাবে হাযদুনা তুবেল লাইজা ঈবেল পুংদা কুমদুনা মশা পুন্নমক লৈখোম্না পুমতৈ তৈশিন্দুনা মখুত্তা চীংশু উগী উত্তুপ অমা পাযদুনা অকিবা শক্তমদা পোৎলোইবগী মৈ চুগদবগী থৌবাং তৌনিবা মফম অদু তম্না চেলশিল্লক্লগা অকিবা খোঞ্জেলনা নমু মীযাম্বু তানখাযবদগী কীচক মশানৌ ৯৯ অদুসু অকি তুজুংবগা লোযননা কিবদুনা মৈ চুবমদনা কাযদ্না চেনখি। মশানৌ ইবেম্মা দ্রৌপতীবু শীং মথক্তগী থাংথবগা যাইদী মথব্বায় কনখি। মতৌ অদুদা লৈবাক মীযাম্না শৈবন্ধ্রীনি চেংলৌ নিংথিবী অসিবু খোইমোম গন্ধৰ্ব্ব অথোইবগী মশানৌ থৌগন ওবম থাবিবু লেপ্পা ওইবে হাযনা মহৈ মহৈ শোন্ন শোন্নদুনা কাযদুনা চেংখি। বিবাট লৈমবেম্বীনসু শৈবন্ধ্রীনি নিংথিবীগী মফমদা লঙজখিবা মবাল খিবিকপু ঙাকপীনবা হায়জখি।

বিবাট লৈমাবনা মশেন ইবুংঙো কীচক্কী শমু মহাকশাংবু খাম্বী মৈ থাবগা পোৎলোইনবগীদমক খাম্বী মৈ চুবিনবা নমু কনা সভা লক্তা য়াওবিবগে হাযনা পাওহংখি। ধৰ্ম্মবাজ যুধিষ্টিব কঙ্ক ব্রাহ্মন্না বিবাট লৈমাবগী মফমদা মশানৌ বহলব পুজাবি ভীম্বু কীচক মাগী পোৎলোইবগী মৈবু চুহল্লগা পোৎলোইহনবীযু হাযজবদগী বিবাট লৈমাবসু যাবদুনা বহলব পুজাবি ভীমশেন পাঙ্গলবগী মফমদা পোৎলোইনবা যাথং পীখি। ভীমশেন পাঙ্গলবনা নিংথৌ মাগী য়াথংবু লুদা থোংনা অসুম্নবু পাওমেল্লকখি। বিবাট লৈমাবাও নদাইবেম বহলব পুজাবি ব্রাহ্মন ঐহাক্না কীচক সেনাপতীগী শমু হকচাংবু খাম্বী মৈ থাদুনা পোলোইবদি যাজবে অদুম্নদি ওইববদা কীচক মশানৌ ৯৯ অদুদি পোৎলোইবদা পুন্না যাওফবোই। খোইমোম গন্ধৰ্ব্ব মঙামক্লা কীচক

মশানৌশিংবু অমুকসু তানখাযববদি নদাইবেম ব্রাহ্মন ঐহাকসু অৱাফমদা তাগনি। মবম অসি লৈবনা কীচক মশানৌ ৯৯ মক্লা মশাবীগীদমক্তা নমু মীপুম অমম্মতনা পামেল শীংবী মতুপ অমবু লেঙদা থোংনা মতোমদা লাক্লগা মশাবীগীদমক থৌগল তৌহনবীযু হাযজখি। বিবাট লৈমাবনসু বহলব পুজাবিনা হাযজবা অদুবু হোয যাবিখি। কীচক মশানৌ ৯৯ দা মদোম অমমমতা শীং পুদুনা লাকপবু ভীমশেন বহলব পুজাবিনা শমু মখুৎ লাক্লা মৈনুংদা অমমম যাদুনা লংশিল্লগা নোংমনহনখি। কীচক মশানৌ ইতোন তোনবা অদুদি বহলব পুজাবি ভীমনা শাম্বী মৈনুংদা হুনজিনবদগী মখুৎ মচিন, মবৈ চাকথেকখিদুনা মবোল থোকপোই থোক্তবোই তৌববদা বিবাট লৈমাবগী মনাক্তা পুবকখি। ভীম বহলব পুজাবনা বিবাট লৈমাবগী মফমদা অসুম্নবু হঙ্গৎখি। হে বিবাট ইনিংথৌও নশেল ইবুংঙো কীচক মশানৌ ৯৯ দি ননাই বহলব পুজাবি ঐহাক্লা পোৎলোইবিঙৈদা মশাবী কীচক্কী মতুং ইন্দুনা মৈনুংদা লোংশিন্দুনা যাইবী মথবায থাম্রবদা মশানৌ অতোনবা অসিমদি খাম্বী মৈনুংদগী শমু মখুৎ লাক্লা চিংথোকহৌবদগী যাইবী মথবায কলহৌবে হাযনা পাউদমখি। বিবাট লৈমাবনা মশানৌ অতোনবগী মফমদা ব্রাহ্মন বহলব পুজাবিনা হার্যাবিবা বাথম অসি অচুম্ববা হাযনা পাওহংনবু কীচক মশানৌ অতোনবা অদদি ঙসাইঙৈগী ভামনা মৈনুংদা লঙশনবদগী মচিনবান অমসুং মবৈ অদু মৈনা চাকথোকখিদুনা ৱা ংবদা শেংনা থোক্লদুনা ভীম্না হার্যবিবা অদুবু অবানর্বনি হাযজবা ফাওবা ঙম্মাখদে। বিবাট লৈমাবনা বহলব পুজাবি ভীমগী মফমদা মহাক্লা হাযবিবা অসব্ কবি হার্যবিবনো খঙব্রা পাওহংলবদা ভীম বহলব পুজাবিনা ননাই ঐহাক খঙৈজ। মশাবী ৯৮ মকসু মশাবী কীচক্কী হৈনা মতুং ইন্দুনা মৈনুংদা চোংশিন্দুনা ঙম্না যাইবী মথৱায থাম্রে, মহাক মতোমতা লৈহৌৱদুনা কবি তৌৱগনি মহাবসু মশাবীশিংগী মতুং ইন্দুনা মৈনুংদা চোংশিন্দুনা শিজখ্রগে অর্সিনি। বিবাট লৈমাবনা বহলব পুজাবিগী ৱাদু তাববদা মহাক্লা নীংজবা অদুমক থুংজবসনু হাযনা যাথং পীখি। মদুদা ভীমদি হবাও মথোই কানা মহাক্কী অবাফমদা তাগদবা কাবসু লৈত্রে হাযদুনা কীচক মশানৌ ইতোন তোনবা অদুসু মৈনুংদা লংশিন্দুনা পোৎনোইখি। মশানৌ তাল্লোয মকম্বী

শৈবক্সীনিগী মফমদা বাজ সভা মমাঙদা ইকাযবা পীখিবা অদুগীদমক কীচকপু হাত্তুনা লমন খুন্বদা নত্তনা মশানৌ ৯৯ মক পুস্ ঙন্না তুন্না হাৎখি।

হস্তিনাপুব লৈবাক্কী বাজ দাববাবদা লৈবাক্কী ফম্নাইবা যাইতোং খমদোংবা ভীষ্ম, দ্রোণ, কর্ণ, সুশর্ম্মা নচিংবা পুন্নমক তীল্লবদা দুর্য্যোধন নিংথৌবেন্না অসুন্নবু পাওমেল্লকখি। হস্তিনাপুব লৈবাক্কী ফম্নাইবা ইবুধৌ ভীষ্ম, গুরুদ্রোন, খিবিক্না পাণ্ডব মচিন মনাউ মঙানা চহী ১২ বন্দা চৎপবু মতম শুগদবা লোইদাম কুমশিং কযা ব্রাৎলিবগে পাওহংজববু লৈবাক্কী ফমনাইবা অঙম অথৌশিংনা খুৎ থেক্তুনা চহীকুমশিং পাকবদা চহী ১২ চপ চনা শুদুনা লৈবন্নবদা পাণ্ডব মচিন মনাউ মঙাবু হস্তিনাপুবদা হল্লক্লবা খন্নখি। দুর্য্যোধন নিংথৌবেন্না মদাইবেমশিংদা পাণ্ডব মচিন মনাউ মঙাগী লৈফম্বু মালেম শিনবা থুংনা থিব্বনবা মদাইবেমশিংগী মফমদা যাথং পীখি। অদুগা পাণ্ডব মচিন মনাউ মঙাবু থেংনববদি লাংহৈ কুমশিং ১২ অমগসু বন্দা লৈখিগদবনি হাযনা হস্তিনাপুবগী নিংথৌবেল দুর্য্যোধন্না যাথং পীবকই হাযনা পাওদল্লম্মু। মদাইবেমশিংনা মালেম লৈবাক শিনবা থুংনা চত্তুনা মচিন মনাউ মঙাগী লৈফম্বু থিবদা খণ্ডদ্রদুনা মমৈথংদা হস্তিনাপুব লৈবাক্তা হল্লক্লগা দুর্য্যোধন নিংথৌবেনগী মফমদা পাণ্ডব মচিন মনাউ মঙাবু মালেম অসিগী মফম কৈদসু থিবা ফংদ্রে অদুগা বিবাট লৈবাক্কী কীচক পাঙ্গলবদি খোইমোম গন্ধর্ব্ব মঙামক্কী তাল্লোই মকক্সী শৈবক্সীনিগী মফমদা লংজব্বগীদমক খোইমোম গন্ধর্ব্ব মঙামক্না যাইবী থরায লৌদুনা নোংমনহনখ্রে হাযবগী পাওদি তাজবকই হাযনা পাওদমজখি। বিবাট লৈবাক্কী অকনবা কীচক সেনাপতি লৈখিদ্রে হাযবগী পাওবু সুশর্ম্মনা তাববদা মতম অমদা বিবাট নিংথৌনা মহাক্কী লৈবাক্তা লান্দাবক্তুনা কাং খোং চাযনা থুগাযখিবা অদুগীদমক লমন খুমগে খন্দুনা নিংথৌবেল দুর্য্যোধনগী মফমদা কীচক সেনাপতি লৈত্রবদি বিবাট লৈবাক্কী অকনবা কনাসু লৈত্রে মবম অদুনা বিবাট লৈবাক্তা লান্দাদুনা ষণযাম পুন্নমকপু খোল্লুবসি হাযববদা দুর্য্যোধন্নসু যাখি। সুশর্ম্ম নিংথৌগী মফমদা দুর্য্যোধন্না বিবাট লৈবাক্কী খা থংবা শক্তা লৈবা কাওবেল ষনযাম মখৈবু খোল্লুনবা শিন্নখি। অদুগা

অন্নাং পাংবা মাযকৈদা লৈবা কাওবেল ষনয়াম মখৈনা মহাক্না খোম্লুবগে হাযখি। অসুম্না নিংথৌ অনি অসিনা বিবাট লৈবাক্তা চত্তুনা কাওবেল ষনযাম খোম্বা চৎনবা লেপ্পববদা নিংথৌলে দুয্যোধন্না বিবাট লৈমাবগী মফমদা হুইযেন লানপাওবু পীকনবা মদাইবেমশিং থাদুনা পাও থাখি। বিবাট নিংথৌনা হস্তিনাপুবগী নিংথৌ দুর্য্যোধনগী মফমদগী লানগী পাওবু ফংলবদা মশেন ইবুংঙো কীচকপু কৌবদুনা হে সেলৌবেন কীচক নহাক লৈত্রে তাবদা বিবাট লৈবাক্তা উশিৎ থৌওইদনা হুইযেন লানপাউ থাবক্লেদো হাযনা মদোম থম্মোয শোক্লা তেংথাখি। তম্বা নিপা থোকপগী মহৌশা মাই ওন্দুনা চেনফদর্বাননা বিবাট নিংথৌদি খোংমি লানমী শাপোৎ লানপোৎ শংগোল শামু দোলাই নিংথৌগী পোৎলোই ফিজেৎ খিবিকপু শেম শাদুনা লানগী যাত্রা তৌখি।

বিবাট নিংথৌগী মশাইকোন্দা শাম্বুপ্তুনা লৈবিবা ভীম, সহদেব, নকুল, অমসুং মযাম্বুং যুধিষ্টিবগী মফমদা বিবাট নিংথৌনা হুইযেন লান পাংথীনবা হাযজবববু ধর্ম্মবাজ যুধিষ্টিবসু লান পাংবা যাখি। বিবাট নিংথৌনা দোলাই মবি শেম শাদুনা লানগী যাত্রা তৌববদা পাণ্ডব মচিন মনাউ মবিমদি সুশর্ম্মনা কাওবেল ষনযাম খোমগনি হাযনা থৌবাংলিবা মযমদুদা বাযথুংখি। সুশর্ম্মনা বিবাট নিংথৌগী মফমদা অসুম্না লাওবকখি। হুযেন লানশোক্লবদা নিংথৌগী ফিজেৎ লৈতেংবা মশেন শোক্লসি অদু নত্তদুনা অচম্বা ফিজোল লৈতেংবা খোংমি লানমী মশেনবু হুইযেন লানশোক্লবদি নিংথৌ মচাগী গুণ মযেং তাবনি হাযববদা বিবাট নিংথৌদি সুশর্ম্মগী মাংদা থোক্তুনা অকনবা হুইযেন লান শোক্লখি। সুশর্ম্মনা খাম্বী মৈগী তেনবু কাপ্লকপদা বিবাট নিংথৌবেনগী ঈশিংগী তেন্না ককথত্তুনা থাদখি। অসুম্না অকনবা লান শোক্লববদা সুশর্ম্মনা নুংশিংকী তেন কাপ্তুনা বিবাট নিংথৌবেলগী দোলাইবু হুমদৎলবদা বিবাট নিংথৌবেন্না লোইদাম থাজা কোঙ্গোই মানবা ব্রাযবা তেন্না সুশর্ম্ম নিংথৌবেনগী লিকং মখুৎশু ককগৎখি। বাযবা তেনজৈ মণ্ডাদং খুৎকাপ থুনা নমকাক কার্পাশিনখিদুনা সুশর্ম্মগী শমু হাকচাংদা পার্নাখি। মদুদা সুশর্ম্মনা শাওখিদুনা বিবাট নিংথৌ তম্না ফুজিনখিদুনা বিবাট নিংথৌবেনগী ব্রাযবা তেনবু কাপখাযববদা বিবাট নিংথৌদি চেনফম শওদদুনা লৈবিঙৈদা সুশর্ম্ম নিংথৌনা চণ্ডশিল্লক্লগা ফাবগা দোলাই মথক্তা

হাপকৎলগা পুখি। ধর্ম্মরাজ যুধিষ্টিরনা বিরাট নিংথৌবু ফাদুনা পুখিবা অদুবু উরদুনা মশানৌ য়াইমা ভীমগী মফমদা বিরাট নিংথৌরেনবু সুশর্ম্মগী মখুত্তগী মুন্দুনা পুরক্লবা শিন্নখি। ভীমনা পম্ববা তৌদনা থুনা য়াংনা সুশর্ম্মগী মথক্তা লান্দাখি। সুশর্ম্মগী মমাঙমক্তদা ভীমনা থৎলগা হুইয়েল লানশোক্লখিসে হায়না খামখি। মদুদা সুশর্ম্মনা মাগী মাইয়োক্তা লানশিংনরিবা নহাকপু কনানো হায়না পাওহংলবদা ভীমনা বিরাট লৈমাবগী মদাইরেম ব্রাহ্মণ তরা চাকথোংবনে, সুশর্ম্ম নহাক্লা ব্রাহ্মণ ঐগী মাংদা বিরাট লৈমাববু ফাদুনা পুখিগে হায়রবদি ব্রাহ্মণ ঐহাকপু মায়থীবা পীরমদনা বিরাট নিংথৌবু থক পুখিবা য়ারোই হায়রবদা সুশর্ম্ম নিংথৌদি কল্লক পেনবা ৱাহৈনা ভীমগী মফমদা নংগুম্বা ব্রাহ্মণ অমা হাৎপদি য়ারৌ শজি মচা অমা হাৎপগুম্বনে অদুবু ব্রাহ্মণ হাৎপগী পাপ অদুদি ঐহাক পুনিংদে হায়খি। ভীম পাঙ্গলবনা পাওখুন্নকই সুশর্ম্ম নহাক্লা ব্রাহ্মণ ঐবু হাৎপগী পাপ্তি খল্লুগনু ব্রাহ্মণ ঐগী মাংদা বিরাট লৈমাববু পুখিবদি য়ারোই হায়বদগী সুশর্ম্মসু শাওখিদুনা ভীমগী মথক্তা হুইয়েন লানশিংনদুনা ৱায়রা তেনবু কাপশিল্লক্লবদা ভীম পাঙ্গলবসু লিরুং খুত্তা পায়দুনা সুশর্ম্মগী শমু হুকচাংদা ৱায়রা তেন কাপশিনখি। সুশর্ম্মগী ৱায়রা তেন্না ভীমগী শমু হুকচাংদা পাল্লবদা ভীম পাঙ্গলবদি উনবি কাচক হৌনা শাওখিদুনা সুশর্ম্মগী ৱায়রা তেনবু ককথত্তুনা লৈমায়থক্তা থাদখি। অসুম তৌদুনা সুশর্ম্ম অমসুং পাণ্ডবকী ভীম অনিনা অকনবা লান শোক্লববদা মমৈথংদা সুশর্ম্মগী দোলাইবু ভীমনা কাপখায়দুনা লৈমায়থক্তা থাদখি। সুশর্ম্মবু ভীমনা ফারগা মখুৎ তুংবুন্নরগা ময়াম্বুং যুধিষ্টিরগী মফমদা শিন্নখি। অসুম্না ভীম পাঙ্গলবনা বিরাট নিংথৌবু সুশর্ম্মগী মখুত্তগী কনখি। বিরাট নিংথৌদি পুক্লিং হরাও থোইনা ব্রাহ্মণ মাগী মফমদা তৌবিমল খঙবা উচ্চখি। অদুগা সুশর্ম্ম নিংথৌরেলদি ইকাইবা ফংলদুনা মশাদা ব্রাহ্মণ মাবু অকি তুজুং পোক্লদুনা তাংজা মাইথোং ফিরূপ খুম্না মৱাল য়াইদা হলৱায়খি।

সুশর্ম্ম নিংথৌবু পাণ্ডবকী ভীমনা মায়থীবা পীথ্রবা মতুংদা বিরাটকী অৱাং থংবা ষনশঙদা লৈরিবা ষণ মখৈবু খোম্লুনবগীদমক কৌরব মচিন মনাউ ১০০ গী ময়াম্বুং অহল দুর্য্যোধন্না লুচিংদুনা মবুধৌ ভীষ্ম, দ্রোন, কর্ণ

যাওনা বিবাট লৈবাক্তা ব্রাযথুংখি। দুর্য্যোধন্না বিবাটকী অৱাংথংবা ষনশঙদা লৈবিবা ষণ মখৈবু তানখাযদুনা খোম্না হৌবক্লবদা বিবাট লৈবাক্কী ষনশেন লোইশিংদি খাংবা ঙম্লক্রদুনা কাযদুনা চেন্নখি। বিবাট কোম্নুংদা শনশেনলোইশিংনা থুনা যাংনা চেল্লক্নুনা অসুম্নবু পাউদমখি। হস্তিনাপুবগী নিংথৌবেল দুর্য্যোধন্না খোংমী লানমীশিংগা লোযনদুনা ভীষ্ম, দ্রোন, কর্ণনা লুচিংদুনা বিবাট লৈবাক্কী অৱাং থংবা ষণশঙদা থুংলদুনা ষণ মখৈ তানখাযদুনা খোল্লবে। নতীক লৈববদি তম্না নিপা থোক্লা হুইযেন লানশোক্লসি হাযবকই। মতমদুদা বিবাট লৈমাবদি সুশর্ম্ম নিংথৌগা হুইযেল লান শোক্লবা চৎখিবদগী ম্না কোম্নুংদা লৈখিদে, মপাবি উত্তবনা ম্না কোম্নুং ঙাক্লমই। দুর্য্যোধন মাবু কিকবদি লাইবদনা মতম অদুদা মহাক্কী দোলাই থৌবিনবা লৈতবগীদমক খল্লুবদা থম্মোয শোক্লা ৱাখি। উত্তবগী ৱাবা মতৌবু দ্রৌপতীনা উবদুনা উত্তবগী মফমদা বৃহনলা অর্জ্জন মহাক্তি দোলাই থৌবা হৈবনি হাযনা পাওতাকপিখি। থিম্ববা তৌদনা মচেম উত্তবা থাদুনা মাগী জগোইগী ওঝা বৃহনলাবু ম্না কোম্নুংদা কৌবদুনা উত্তবনা মহাক্কী দোলাই থৌবিনবা হাযজবদগী অর্জ্জুনর্সু যাদদুনা লানগী যাত্রা তৌদুনা বিবাটকী অবাংথংবা ষণশঙ পাংনা লাক্নুনা দুর্য্যোধনগী কাংবুনা লৈবিবা মফম অদদা থুংলবে। লানফম যৌববদা উত্তবনা ভীষ্ম, দ্রোন, কর্ণ নচিংবা কযাবু হেক উবা মক্তদা অকিবা পোক্লুনা অর্জ্জুনগী মফমদা শকতাকপীনবা হাযজখিবা মতাং অদুবু অসুম্না শৈথাবি ;

> নিংথৌ মপাবি উত্তব অহেনবদি মাল্ল, চৈবোইননা হুইযেন লান্দাখিবে। মাযকৈ অৱাং পাংবনমগী কাওবেল ষনশুম্ফম নিংথৌ লানশোক মমাই লৈদববু লেংনা তিন্না লৈবিবা দুর্য্যোধন নিংথৌবেলগী ফম্বী নাক্তা বাইথুংলুবে। দুর্য্যোধন নিংথৌবেন্নচিংনা নিংথৌ পাঙ্গল মপা তাম্না মতীক চীংলেন পল্লং লাওম্না অদুশিংবু বিবাট লৈমাবা মপাবিদি যাৱা তুকুপ চুংনা শোংকিবে। মাইযোক চীংলেন পল্লং লাগুম্না মসিশিংবু কনা কনানো পাঙ্গল মতীক খঙ্গ হাযনা পাওহংববু বৃহনলা লৌশিংবনা পাওখুমখিযে। হে উত্তব অহনবও লানগী মীযামলক্তা দোলাই বথ তোংবা পুদ্কা অঙৌ অঙাংবনা ওইবিবা চৈবৈ ফিবান যাইদা শাবেন

নোংশা খাংহৌ যেকপা লিকং খুঙা শূবা বত্র স্না লৈখাংবনা নিংথিনরিবা হেবা মনিক থানবা চেংলৌ মিৎচি তেন্না কোবৌ নোংমদোন মাল্লেম লৈখাবোন তাইবঙ নোংশাপান মবোল অহুম্মকপু ফাওনা যেংলিবা অসিদ গঙ্গা সতী অচুম্বী মপাবি ভীষ্ম মতীক পুনুং মৈগুম্বনে। শমু মাগী তুংদা ফম্বা দোলাই মখুনেৎ নিংথিববু শমু খোংওইননা পুদুকা ঈঙাং চুদানবগী ধ্বজ ফিবান যাইদা পাম্বা কৈনিংথৌ যেক্লিবা মালেম লৈম্না অঙাংবনা শানশেম্বা কোবৌ নোংলুম পান্না লিকং খোংজি ওইবা তাংজা লিলা থিগুম্ববু লিকং খুৎশুনবা অসিদি ভবদ্বাজ মুনিবেনগী মপাবি দ্রোন গুরু অকনবা খোইমোম পবশুবাম পাঙ্গলবদা গন্ধর্ব্ব গুর্জ কৌবা খুৎশু অথৌববু শিন্দম্বীবা অদুনে। শমু মাগী তুংদা তম্বা য়েকপা লিকং খুৎথুম ঙাংববু খুৎশুনবা অসিদি কীর্ত্তবর্ম্ম অকনবনে। শমু মাগী তুংদা ফম্বাল পাঙ্গল মঙাল চাউবা হেবা মণিক থাম্না লিকং চংখোনববু খুৎশুনবা পুদুকা অঙাংবা চবৈ অঙৌবা ফিবান অমুবদা পোনবী থাখোং যেকপা অসিদি দ্রোন গুরু মপাবি অশ্বথামা লানফম মহৈবকপনে। মাগী শমু তুংদা ফম্বা লোইদাম থানিংথৌগী থাজা কোঙ্গাই মানববু লিকং খুৎশুনবা ধ্বজ ফিবান যাইদা তাংজা লিলা থৌবু যেক্লিবা অসিদি লানফম তমখীবদা পুক্লিং মচাবু ওইববা প্রান থব্রাই থাদোক্লমদাইদা লানফম মমাই ওন্দবা শৌবোন পাঙ্গল মপা তাম্বনে। লানমী পুনুং অচৌ মৈগুম্ববুনা মাগী লানফম যাইদা লংনা ফমফাম্লিবা লাঙ্গোই শামু তবানা দোলাই বথ শেম্বা চবৈ শেকপিন অঙৌবা নবছত্র মথোন ৯ শুনবু স্না চোংলেন খান চামব লাইশম অঙৌবনা কাংহাই মবেং হুম্বা পাঙ্গল মতিক লৈবা দোলাই লেংদম তোংবা খৈবিক্লা কোইবিবা মদাইবেম লানমী মীশিং থিওমদবা পুম্নমক্লা শমু মখুৎ লোল্লিবা খ্রাংলেন পুংখৎপা তবেৎ শেনযৈবা খৈবিক্লসু কোর্যাবিবা জয়দ্রথ কৌবনা শরেন যেৎলম ফম্বা শকুনি মন্ত্রী লৌশিংবনা শমু ওইবম ফম্বা দুসাসন য়োইনা থৌগন হৈবনা শমু মখুৎ লোন্না খোযমা মাংদা ফম্বা নিংথৌ মতিক লৈমা খিবিক্লা স্না মখোং খাদা নোল্লবা লোইদাম

থানিং থৌগুম লানপোৎ মঙাল নাইবা অসিদি কৌবব পুন্নমক্কী মবুংঙো বাজা দুর্য্যোধন নিংথৌবেন্নে। পাঙ্গল মতিক লৈবা খৈবিক্লা মথং মথং ফমফল্লিএ হাযনা অসুম পাওতাক্লে।

অসুম তৌদুনা অর্জ্জুন্না কৌবব তেঙ্গোল অথৌবশিংগী অশেংবা পবিচযবু শক্তাক্তুনা খণ্ডহল্লবদা বিবাট নিংথৌগী মপাবি উত্তবদি মযাম অদগী মতীক মথৌনা অদুবু তাবদা মশাদা অকি তুজুং পোকখিদুনা অর্জ্জুনগী মফমদা মপন পষ্ট্রৌ বিবাট নিংথৌগী ষনযাম্বু ঙম্না লৌজগ্রসুনু দোলাই মমাই লৈবগা হন্দুনা চেলহৌর্বসি হাযখি। অর্জ্জুন তেলহৈবনা উত্তববু খান্নগা অসুম্না হাযখি। তম্বা নিপা ওইবনা হুইযেল লানফম মযাইদা মাই লৈদুনা চেনফদে লানফমদা যাইবী থবায থাবদি স্নাতোন ধর্ম্মবু লেপ্পনক তানফংজদুনা চংনা স্বর্গবু কাঙমই। মবম অদুনা তম্বা ওইবগী থৌদাং উত্তনা হুইযেন লানশেক্লগদবনি হাযনা উত্তবগী মফমদা অর্জ্জুন্না পাওমেনখি। বিবাট নিংথৌগী মপাবি উত্তবদি অর্জ্জুন্না খান্ন খান্নগা হেন্না হেন্না মশাদা অাক তজুংবা পোক্তুনা মদোম দোলাই থক্তগী কুমথবগা চেনখ্রবদা অর্জ্জুন তেলহৈবনা উত্তববু তান্নদুনা যাখি অদগা মখুৎ তুংবুং লাক্লা পুনশিল্লগা লানফম মযাইদা পুশিল্লক্লগা থর্নাখি। অর্জ্জুন্না নিপা ওইবগী থৌদাং উৎলগে খল্লদুনা বিবাট নিংথৌগী মপাবি উত্তববু হন্না হন্না থৌখামখি। উত্তবনা বৃহনলা নফমদা লাঙ্গোই মোইশাযা লুবাংববু শাম্ন ১০ তযম নাই ১০০ শুনা পাগে নাওব্রা অভাং ঐবু হন্না হন্না থৌখামবীগনু ইপন বিবাট লৈমাবগী মপাবিবু নাওবা অঙাং ইতোমদনে হাযজখি। অর্জ্জুন্না উত্তবগী মফমদা মশামক্লা ওইযেন লান শেক্লগনি হাযববদা উত্তবনা নশক নশাসু খঙদবা নংগী অশেংবা পবিচয়সু তাক্তবা নহাক্লা মতৌ কবম্না হুইযেন লান শোক্লগনি হাযববদা, অর্জ্জুন্না উত্তবগী মফমদা শানী মচিন মনাউ মঙাগী অশেংবা পবিচয পুম্বা তাকপীখিবা মতাংবু অসুমনা শৈথাবি।

হে বিবাট মপাবিও যাওবা তুকুপ চুংনা শোংকিগনো। বৃহনলা ঐদি পলেম ইমা সতী অচুম্বী কুন্তী পাইমা লিনকোইগী পান্দু পাঙ্গলবা মপাবি অর্জ্জুন তেলহৈবনে হায়না পাওতাক্লবদা উওব নাওব্রা অখুবনা নংবু অর্জ্জুন তেলহৈবনে হায়ববদি নশাবী ধর্ম্মবাজ নিংথৌবেন্নাচংনা শানৌ নচিন ননাও মবির্মও মফম

কবিগুম্বদা লৈবিবনো। দ্রৌপতী অচুম্বীসু কদাইনো হায়না পাওহংলবদা অর্জ্জুন পাঙ্গলবনা পাওখুমখিএ। নপন বিবাট নিংথৌবেনগী বাজ সভাবক্তা কোল্লোই মমিং থোংবু কঙ্ক কৌনা লৈবিবদো ধর্ম্মবাজ নিংথৌবেন্নে। ব্রাহ্মণ তবা চাকথোংবা বহলব কৌনা লৈবিবদো ভীম অকনবনে। বিবাট নিংথৌগী স্না যোই কোন্নুংদা কোল্লোই মমিংথোংবু অশ্বপাল কৌনা লৈবদো সহদেব লৌশিংবনে। গোপাল কোল্লোই মমিং থোংনা লৈবিবা অদুদি নকুল স্না খোমদোন্নে। মাংগী ব্রাবম হাযনবগী যাথং মতুং ইন্না চেংলৌ মশক ওন কোল্লোই মমিং হোংনা কোবৌ নোংলেন্নবা যাঙ্গোইবিবনে, হৌজিক মতম অসিডৈদা যাথং মশীং লাক্লা যেংলুববু মতম শীংথা হেনখিবে। মবম অদগী হুইযেন লানশোকফমদা লাক্লবনে হাযনা পাওমেল্লবদা, তৌইগীদি অর্জ্জুন কোল্লোই নমিং ১০ মক্তো শুনা হাযবিয়ো অসুম পাওতাক্লবদা হে নিংথৌ মপাবিও কোল্লোই ইমিংথোং অমদি অর্জ্জুনও কৌএ। কোল্লোই ইমিংথোং অমদি কৃষ্ণও কৌএ। কোল্লোই ইমিংথোং অমদি পার্থিবা ও কৌএ। কোল্লোই ইমিংথোং অমদি দেবদত্ত কৌএ। কোল্লোই ইমিংথোং অমদি ধনঞ্জয ও কৌএ। কোল্লোই ইমিংথোং অমদি শৈবসাজিও কৌএ। কোল্লোই ইমিংথোং অমদি ফালগুনী ও থোন্নযে। কোল্লোই মিংথোং অমদি কীৰ্ত্তিও কৌএ। কোল্লোই ইমিংথোং অমদি গণ্ডিবধব তৌনা কৌএ। কোল্লোই ইমিংথোং ১০ মক্তি অসিনে।

অসুম্না উত্তবগী মফমদা অর্জ্জুন্না মশাগী অশেংবা পবিচয ১০ অদুবু খণ্ডহল্লবদা উত্তবনা অমুক মখা তানা অর্জ্জুনগী মফমদা কোল্লোই নমিংথোং ১০ মক্কী মিংলেন মতিক অদুবু হাযবীযু হাযবদগী অর্জ্জুন্না উত্তবগী মফমদা তাকপীখিবা মতাং অদুবু অসুম্না ইবি।

পঙ্খৌ ইপা শাৎমাবা পল্লেম পোকমাবীগা অনিমক্লা থোনবদি অর্জ্জুন কৌএ। কৃষ্ণ লাইনিং থৌগা পাথৌ লল্লোই ওইকবগী কৃষ্ণ কৌএ। কুবেব ললনিংথৌ খোইমোম লনংগগী মপুবু লানশোক গ্রৈনা ওন্নুবগী ধন লনযাম খোল্লকএ ধনঞ্জয ও

কৌএ। সত্য বাচুম শুএ হায়বগী শৈবসাজিও থোন্নৈএ। পশুপতি লানফম ইখুৎশু পুষ্যা অথৌববু পীনৈএ হায়বগী পুষ্যাও কৌএ। লানফম শোক্লা খুদিংদা খোইমা ইমাই ওন্না হুইযেন লাম্বোং কাইববু হৌনবক্তে হাযবগী কোল্লোই ইমিংথোংবু পার্থবা থোন্নৈএ। তাংজ ঐগী লুবেন তোন্দু বাইবা কনাগুম্বগী মতেনচানা ককৎথংঙমদে হাযবগী বীর্ত্তিও কৌএ। তোংজেং কাইনৌ থবান মিচাক উত্তব ফানগুনীনা পাল্লিঙৈদা নাওনৌএ হাযবগী ফালগুনীও থোন্নৈএ। দেবদত্ত কৌবা শঙ্খ মোইবুং খোংএ হাযবগী দেবদত্তও কৌএ। গাণ্ডিব লিকং যাইওইববু খুৎশুনাযে হাযবগী গাণ্ডিবধবও কৌএ হাযনা কোল্লোই মমিংথোং তবামকপু গুন মতিক হাযনা পাওতাক্লবদা উত্তব লৌশিং মতম্লকপনা পুক্লিং হবাউ থোইনা পাওমেল্লকএ। হে অর্জ্জুন পাঙ্গলবাও কোল্লোই নংগী যাথং তানা অকি পুক্লিং কোক্লে। শমু তুংবন্নবা অসিবু লৌথোকপীবো।

অসুম তৌদুনা লানফম মযাইদা উত্তব অর্জ্জুন মপু মনাই অনিমক শক খঙনববদা উত্তবনা শার্থি ওইবে অদুগা অর্জ্জুন্না লিবি তেন্দোং খুত্তা পাযদুনা হুইযেন লানফম মযাইদা থৌজিল্লক্লবদা ভীষ্ম, দ্রোন, কর্ণ দুর্য্যোধন মখোয পুম্বদি মপুক্লিংদা চিংনববু পোক্লখি। দ্রোন্না ভীষ্মগী মফমদা শার্থি ওইবম্বদগী লিবি তেন্দোং পাযদুনা লানফম যাইদা চঙলক্লিবা তম্বসে অর্জ্জুন নত্তনদি অতৈ অতোপ্পা কনা অমত্তনা লানফম মাইযোক যাঙল্লোই হাযনা পাওমেনখি। দ্রোনাচার্য্যগী বাফম্বু তাববদা কর্ণ পাঙ্গলবদি নাপল মযাই কানা অর্জ্জুন মাবু হুইযেন লানফমদা লম্বা পাদুনা যাইবী থবায লৌবীগে হায়না পাওমেল্লবদা দ্রোনাচার্য্য গুকনা কর্ণগী নাপলবু যৈথৎলদুনা মালেম পৃথিবী অসিদা অর্জ্জুন মাবু হুইয়েন লম্বা পাবীনবা কনাসু লৈত্রিযে। কর্ণ নংনবু কনাবু লানঙম্লকখিদুনা অদুক যান্না নাপল তৌবনো হাযনা কর্ন, দ্রোন অনিদি বাতা থিনা বা হাযনখিযে। অর্জ্জুন তেলহৈবনা উত্তবগী মফমদা বাযবা মাগী গণ্ডিবা লিকংবু অসুকপা উমংগী খোইমোম লাইনিংফমগী পামেল ক্যামলৈগী উতোন থক্তা লোত্তুনা থল্লিবা অদুবু থুনা যাংনা চত্তুনা লৌকবগা যৈদা ফিজেৎ হোংদোক্তুনা কৌবব লানমী তেঙ্গোলগা অকনবা

হুইযেল লান শোক্লখি। মচিন্দা খোইমোম লাইমিং মন্ত্র শোন্না মালং নুংশিৎকী তেন অমা কাপখিববু থুনা যাংনা মবুধৌ ভীষ্ম অমসুং গুরু দ্রোনগী স্না মখোং খাদা তেন অদুনা ভক্তি তৌদুনা খুবমজখি। লানমী অথোইবা খিবিক্তসু অর্জ্জুন ব্রাইবা মতেঞ্জানি হাযবা খণ্ডহনখি। অর্জ্জুন্না বিবাট নিংথৌ মপাবি উত্তবগা মপু মনাইনা কৌবব তেঙ্গোলগা অকনবা লানথেংববদা কৌবব তেঙ্গোলবু তানখাযদুনা লানফমদগী কাযদুনা চেলহনখি। মবুধৌ ভীষ্ম অমসুং দ্রোন গুরুনা অর্জ্জুন খণ্ডলবদা খুৎলাই থাবা ঙমদনা হস্তিনাপুবদা হলব্রায়খি। মতৌ অসুম তৌদুনা কৌবব তেঙ্গোলদি বিবাট লৈবাক্কী কাওবেল ষণযাম্ব খোম্বা ঙমদনা হস্তিনাপুবদা হনখি।

বিবাট লৈমাবসু সুশর্ম্মা নিংথৌগা হাওবৈ মখা পাংবা মাইকৈদা অকনবা হুইযেন লান শোক্লকবদগী হল্লকপা মতমদা কৌবব তেঙ্গোলনা অব্রাং থংবা মাইকৈদা লান্দাবক্তুনা বিবাটকী ষণ খোম্বা লাকপর্গা পাও ফাখি। মপাবি উত্তবনা হুইযেন লানশোক মাইযোক্লবা চৎখিবদগী লৈবমদ্রবদা বিবাট নিংথৌদি মপাবি উত্তবনা কৌবব তেঙ্গোলবু লাম্বা পাববু ঙম্লোই খল্লুবদা মদোম থম্মোয শোক্লা চিন্তা তৌনা লৈবিঙৈদা কঙ্ক ব্রাহ্মণগী শক্লোন লৌবিবা ধর্ম্মবাজ যুধিষ্টিবনা বিবাট নিংথৌগী মফমদা নপাবি উত্তবনা অকনবা হুইযেন লানফমদা মাই পাক্তুনা কৌবব তেঙ্গোলবু মাযখিবা পীদুনা বিবাটকী অব্রাংথংবা শঙ্গোলদা লৈবিবা ষণশিংবু খোম্বা ঙমদনা কৌবব তেঙ্গোলদি মহৈ মহৈ কাযদুনা চেন্নখ্রে হায়না পাওদমখি। ধর্ম্মবাজ যুধিষ্টিবনা বিবাট নিংথৌগী মফমদা অসিমস্ হাযখি, বৃহনলা মহাক্লবু শার্থি ওইদুনা হুইযেন লানশোক্লববদি লানফম কবিগুম্বদসু যেক্লবনা মাযথিবা পীবা ঙম্লোইযে। ধর্ম্মবাজগী ব্রা অদু তাবদা বিবাট নিংথৌদি মপাবি উত্তববু থাগত্তদুনা মীনাই বৃহনলাবু থাগৎলি হাযদুনা শাওনা স্নাগী তোংজৈ অদুবু ধর্ম্মবাজ তম্না লংলকপদা মবাইবক্তা পান্দুনা ঈ পুঙাং ঙাংনা থোক্লবদা ধর্ম্মবাজনা ঈ অদুবু মালেম থক্তা তাখিদনবা হোৎনবা অদুবু মশানৌ দ্রৌপতীনা উবদুনা স্নাগী সেম্পাক্তা যাদুনা তাহনখি। তানজা অসিমক্তদা মপাবি উত্তবসু লানফমদগী মাই পাক্তুনা হল্লক্লবদা মপন পষ্টৌ বিবাট নিংথৌনা মপাবিগী মফমদা লানগী পাউবু তম্নবা হাযখি। মপন পষ্টৌগী মফমদা লানগী পাউ

তম্না লোইববদা উত্তবনা ধর্ম্মবাজ যুধিষ্টিবগী লাইবক্তা ঈনা পুঙাং ঙাংনা থোক্লিবা অদুবু উববদা মপন পষ্ছৌগী মফমদা কবি মতৌনো কঙ্ক ব্রাহ্মণ অসিদি নমু অচম্না মীবু নত্তেযে হাযনা মপন পষ্ছৌগী মফমদা ধর্ম্মবাজগী অশেংবা পবিচয তাক্তুনা খঙহল্লবদা বিবাট লৈমাবদি লংজখিবা মবাল অদুগীদমক মদোম ইকাযজনা ধর্ম্মবাজগী মফমদা ঙাকপীনবা হাযজখি।

ধর্ম্মবাজ যুধিষ্টিবনা মশানৌ মবি অমসুং মশানৌ দ্রৌপতীগী মফমদা অসুম্না পাওমেল্লকই লাংহৈ কুমশিং ১২ শুনা লোৎনসি হাযবদি মতম শীংথা শুবেদো মবম অসি লৈবনা হযেং কৌবা নোঙ্গাশোয বিবাট লৈবাক অসিদা শানৌ ইচিন ইনাউ মঙামক্কী ঈতিক অকববূ শানফোংলসে হাযদুনা ধর্ম্মবাজ যুধিষ্টিবনা লোৎলম্না ফিজেৎ লৈতেং খুৎশু খুৎলাই পুন্নমক লৌকনবা মশানৌ যাইমা ভীমগী মফমদা শিন্নখি। মশাবী ধর্ম্মবাজ যুধিষ্টিবনা কোবৌ নোঙ্গা ঙাল্লবদা বিবাট লৈবাক্কী মা সিংহাসন্দা ফমদুনা মশানৌ ইবেম্মা দ্রৌপতীনা ওযদা ফমদুনা মহাবানী ওইদুনা শানৌ মচিন মনাউ মবিনা ধর্ম্মবাজ যুধিষ্টিবগী থৌগল তৌদনা লৈবম্বু বিবাট নিংথৌগী মনাইশিংনা উববদা থুনা যাওনা চত্তুনা বিবাট নিংথৌগী মফমদা পাওদমখি। বিবাট নিংথৌদি তৌবান্নিবা মতৌ অদুদা ঙকপগী ঙঙৈখে লৈতনা নুংবংনদুনা লৌবিঙৈদা ধর্ম্মবাজ যুধিষ্টিবনা বিবাট নিংথৌগী মফমদা মাংগী থোকখিবা থৌদোকশিং অদুগী ৱাবী লীদুনা তাহল্লবদা বিবাট লৈমাবদি পুক্লিং হবাও থোইনা নুংঙাইবা পোকচখি।

অসুম্না পাণ্ডব মচিন মনাউ মঙানা বিবাট লৈবাক্তা শানযোংলবদা বিবাট লৈমাবনা মমোম উত্তবাবু অর্জ্জুনগী মফমদা থাজগে হাযজববু অর্জ্জুনা মচামক্কী খন্না মহৈ মশীং তম্বীখিবনিনা উত্তবাবু মমোমক্লি খল্লে হাযজবব বিবাট নিংথৌনা মযাদ্রবদা মশানৌ মচিন মনাউ মঙাগী মনুংদগী অমদা মমোম মাবু থাজগে হাযজববদা ধর্ম্মবাজ যুধিষ্টিবনা অসুম্না পাওখুম্নকই। বিবাট লৈমাবাও নহাক্তি ইপন পষ্ছৌ ইপামক্কী পাংখকনে ৱাবম অসি লৈবনা উওবা কৌবী নমোমসে ঐখোযগীসু ইচল শকপীনি। অসুম্না বিবাট নিংথৌনা তাংজা মাইথোং ইকাইদুনা লৈববদা অর্জ্জুন তেলহৈবনা অনৌবা বাখল অমুবক তৌদুনা বিবাট লৈমাবগী মফমদা অসুম্নবু পাওমেল্লকই। বিবাট

লৈমাবাও নমোম মাবু বংস শাগৈ ঐখোয়গীদা পীনিংলবদি অঙাং নাৱা মশেলশু ওইবিবা অৰ্জ্জুন ঐগী ইপাবি অভিমন্যুগীদমক নমোম মাবু থাজবীযু হাযজববদা বিবাট নিংথৌসু হবাওনা যাবদুনা মমোম উত্তবাবু মবাল লুহোং খোংদোংনা অওং অউন ৱাৎহন্দনা অৰ্জ্জুন মপাবি অভিমন্যুগী মফমদা থাজখি। অসুম তৌদুনা বিবাট শাস্তুপলোন কৌবা লাইবিক অসিদা মপুং ওইনা চহীচা ১৮ অসিদা মণিপুবী সমাজদা মহাভাবতকী ৱাবীবু লীবা হৈবা নীপা অমনা লীবগা মীযাম্না তানবম্বা অদুবু লাইবিক ওইনা মচেৎ মচেৎ ইথোকখিবশিং অদুগী মনুংদা বিবাট পর্ব্বগী মতাং অসিবুসু বিবাট শাস্তুপলোন হায়না মিংথোম্দুনা ইথোক্লম্বা অসিমক মণিপুবী সাহিত্যগী মমল নাইদ্রবা তাঙলবা খুদোলনি। ❒

# খুমন কংলৈরোন

মণিপুর অসি লিববা লৈবাকনি, লৈবাক অসিদা লৈবা মীশিংনা লম অসিবু মমাংঙৈগী মতমদা তোঙান তোঙানবা চক্তা (যুগ) তোঙান তোঙানবা মমিং থোল্লম্বগী ৱা অরিবা লাইরিকশিংদা ইরম্না মতুং ইন্না শাকোক লমলেন কৌবা লাইরিক অদুদগী খঙবদি লৈবাক অসিবু মযায কোযবেন পোইরৈ নমথক শাবোল পুং হাযনসু কৌই। মসিনা ঙল্লিঙৈগী বানী অদুগা হংসচক (সত্যযুগ) তা লৈবাক অসিগী মমিং তিল্লিকোকতোন অহনবা কৌবমই। হযাচক্তা (ত্রেতাযুগ) মীরা পোংথোকলম কৌবমই। লাংবা চক্তা (দ্বাপর যুগ) হান্না শেন্না কোন্না লোযবা নত্রগা তিল্লিকোকতোন লৈকোযবেন কৌবমই, কোন্না চক্তা (কলিযুগ) মুৱা পাল্লি নত্রগা চকপা লাংবা কৌবমই। পোইরৈতোন্না খৃষ্টগী অহানবা চহীচাদা লমদম অসিদা খুন্থোক্লকখিবা মতম অদুদা পোইরৈ মৈতৈ হাযনসু কৌবমই। মতুংদা চহীচা তরানিপাল শুবদা লৈবাক অসিগী নিংথৌ ওইখিবা মৈদিংঙু পামহৈবগী (গরিবনিৱাজ ১৭০৯-৪৮) মা হাক্তক্তা মণিপুর হাযবা মমিং অসি থোনখি। অদুগা লৈবাক অসিবু মহাভারতকী মণিপুর হাযনসু ইরম্না লাইরিক খবসু লৈ অদুবু মদুমক্তি যুম্ফম যাওদবা ওই। ভারতকী অৱাং নোংপোক চিদাইদা মণিপুর হাযনা খঙনরিবা লৈবাক অসিদা চীংমী তম্মী হাযনা খঙনদুনা লৈরিবা ফুৱাপ অসিনা মপুং ওইনা খুন্দারিবা মফম অসি মমাংঙৈদদি য়াম্না পাক চাওনা শন্দোক্তুনা খুন্দালম্মী হাযবসি কেপ্তেন পেম্বরতন্না ইবা ইংশোক ১৮৩৫ দা ফোঙবা ইষ্টর্ন ফ্রন্টিযার ওফ বৃটিশ ইন্দিযা কৌবা লাইরিক অসিদা মণিপুরগী লম অসি নোংপোক লোমদা নুমিৎ হুমনিগী লম্বেল অদুগা নোংচুপ্তা কাছার তম্পাক ফাওবদি শন্দোক্লমই হাযনা ইরি। মরম অসিনা মণিপুরগী লম অসি ব্রহ্মদেশ অমসুং আসামগী ব্রহ্মপুত্র তুরেলগী তোর্ব্বান ফাওবা শন্দোক্লমই। অদুবু ঙসিদি ভারতবর্ষগী মেপ্তা লেটিটুদ ২৩.৮৩/—২৫'.৬৮/ লোংগিটুদ ৯৩'.০৩ —৯৪'.৭৮ নোংপোক্কী মনুংদা লৈরিবা লৈবাক অসি মমাংঙৈগী মতমদা তোঙান তোঙানবা মমিং কয়ামকম

কৌবন্নবসু চহীচা ১৮ অসিদগীদি মণিপুব হাযনা অদুমক কৌখ্রে। লৈবাক অসিবু যুমলোন কৈবোন্নবা লৈবাকশিংনা তোঙান তোঙানবা মমিং কৌদুনা খঙনবমই। বর্ম্মিজশিংনা কথে, কাছাবি অমসুং ত্রখেলশিংনা মোগলি আসামিজশিংনা মেখলি, বেঙ্গলি কাংবুনা মোগলু, শান নত্রগা মৈতৈনা পোং নত্রগা ওৱা হাযনা খঙনবা কাংলুপশিংনা কসে হাযনা খঙনবমই। বনেলগী মেমোবি অমসুং মতমদুগী ভাবতকী মেপ্তা মেক্লি হাযনা ইবমই। ভোলেমীগী জিযোগ্রাফিদা মণিপুব অসিবু লিটল সিযো পোলোমেন হাযনা মশক তাকই। চহীচা ১৮ ফাওবদা মৈতৈ নিংথৌ চিংথংখোম্বা (ভাগ্যচন্দ্র ১৭৬৩-৯৮) না বৃটিশশিংগা সন্ধি তৌনবা মতম অদু ফাওবদসু মণিপুব হাযবা মমিং অসি শিজিন্নবগী মহুত্তা মেক্লি হাযনা ইবমই।

ইতিহাসকী তাঙ্কক কযাদা লৈবাক অসিগী মমিং তোঙান তোঙান্না কৌবম্বদগী অপুনবা লৈবাক অমা ওইবকখিবা অসি সুপ্পতগী খৃষ্টগী অহানবা চহীচা অসিদা মৈদিংঙু নোংদা লাইবেল পাখংবনা লুচিংদুনা লৈবাক ঙাকখিবা মতম অসিদগীনি। মণিপুবগী ওইবা মপুং ফাবা ইতিহাস অমা শাগৎপদা যীশু খৃষ্টনা পোক্ত্রিঁঙৈগী মমাং অসি চমম্নবা কযামকম লৈ। অঙনবা মতমদা মীশিংনা খুন্দা লৈতাবম্বগী মওং অসি মকওইনা লমদম অসিগী অবাংবা লীংগী চীংথক্তা ঙাক্তা লৈবমই। ব্রাফম অসি মকওইনা মৈহৌবোল, লৈশেমলোন, লৈথক লৈখাবোল, চাঙ্গোইবোল, থিবেন শাকোক, শাকোক, থিবেল লাযাৎ, লৈহৌ নাউফমলোন, খন্নাংবা খুনকুমলোন, ব্রাংব্রেন খুনকুমলোন, কৌব্রু খুনকুমলোন, থংজিং চীঙ্গোইবোন, চেংলৈবোন, থাঙ্গা চীঙ্গোইবোন, নোংমাইজিং চীঙ্গোইবোন, লাঙ্গোল চীংঙ্গোইবোন অসিনচিংবা লিববা মতমদা ইবম্বা লাইবিকশিং অসিদা মবীক চুম্না ফোঙদোক্তুনা ইবমই। লৈবাক অসিদা হান্না যেক শলাই খাযবমদে অদুবু মৈদিংঙু নোংদা লাইবেল পাখংবনা কংলাদা নিংথৌজা শলাইগী লুচিংবা ওইদুনা খুবাই, বাংখৈ, খ্বাই, যাইস্কুল, পানা মবিগী নিংথৌ ওইদুনা পানখিবা মতম অসিদগী লমদম অসিদা যেক শলাই খাযদুনা চৎনখি। লমদম অসিদা যেক শলাই খাযদোক্তুনা মাগী মাগী যুম্নাক শাগৈ খাযদোক্তুনা চৎনবা হৌখিবা অসি মণিপুরী ইতিহাসকী অনৌবা তাঙ্কক অমা হৌবগী যাম্না মকওইবা মতম অমনি। শলাইগী মশিং অসি অহানবদা যামলমদে হায়বদি নিংথৌজা, খুমন, লুৱাং, মোইবাং

চেংলৈ (থাংযি) অমসুং অঙোম অসিখক্তমক লৈবমই। মতুংদা চেংলৈ শলাই অসিবু খাবা, ঙানবা, শবাং লৈশাং হাযদুনা মবি থোক্লা অমুক খাযদোক্লা যেক ৭ শলাই ৯ শুখি। অসুম্না অঙোম, নিংথৌজা, লুৱাং খুমন, মোইবাং, খাবা, ঙানবা শবাং লৈশাং হাযবিবা শলাইশিং অসিগী মাগী মাগী লম খাযদোক্লদুনা মাগী মাগী শলাইগী লুচিংবা পিবাবু নিংথৌ হাপ্তুনা মশা মশাগী লৈবাক ব্রাযেল চংথবমই। মতৌ অসুম তৌদুনা যেক ৭ শলাই মাপল অসিবু মমৈথংদা নিংথৌজা শলাইগী মখাদা লোযনা লমথদুনা থমখিবদগী শলাইশিংগী মশা মশাগী মনিং মখা তম্না লৈবাক বাযেল চংথবম্না কযা অদুসু মাংখি। ফিভম অমসুং তাঞ্জানা যাবক্তবদগী তপ্প তপ্না শলাইশিংগী মনিং মখা তম্নম্না অদু মাঙশিল্লকখিবা মতম অসিদা ঈ মবী তিন্নবকপা মশেন হান্না ভিন্নবা যাবমদবা কযা অদুবু মান্নবা যেকশিংদা তিনশিনখিবদগী হান্না লৈবম্না কযা অদুবু মান্নবা যেকশিংদা তিনশিনখিবদগী হান্না লৈবম্না মখোযগী শক্তমশিংসু মাংখি। থাঙ্গা কম্বোং কৌবা কাংলুপ অমস লৈবমই মসিনা ঙানবা শলাইদা তিনশিনখি। লেবা খোংনাং কৌবা কাংলুপ অমসু লৈবমই মসিনা অঙোম শলাইদা তিনশিনখি। হৈবেম খুঞ্জান কৌবা কাংলুপ অমসু লৈবমই মদুনা লুবাং অমসুং খুমন শলাইদা তিনশিনখি। খৃষ্টগা অহানবা চহীচা (কোয়চক) অসিদা শলাইশিং অসিনা মাগী মাগী তংতাবা মফম অমমম লৌদুনা খুন্দা লৈভাববদা যুম্নাক শাগে খাযদোক্লনা যুমালং খুল্লিংদুনা খুন্দা লৈতাখি। অঙোম অমসুং নিংথৌজা শলাই অনী অসি পুকোক্তা মপা অমত্তগী মচাদগী মাচন মনাউ অনীনা শলাই অমমমগী লুচিংবা নিংথৌ ওইখি। মতৌ অসুম্না লুবাংগা খুমনগা শলাই অনি অসিসু পুকোক্তদি অমত্তনি। মাচন মনাউ অনীদগী শলাই অনী অসি শন্দোকখি। অসুম্না শবাং, লৈশাং, ঙানবা, খাবা, মবি অসিসু মপা অমত্তদগী শন্দোকাখবনি। মবম অসিনা মখোযশিং অসিবু শাইকক তীন্নবা কৌই। শাইকক অমসুং যেক তীন্নবা মশেল লৌনা লৈনবা যাদে, মচিন মনাউ মপা মচা অমত্তদগী থোকখিবা ঈ মশেলনি। মঙাং শলাইসু নিংথৌজা, অঙোম অমসুং চেংলৈ শলাইদা পুনশিনখি।

শলাইশিং অসিনা ঙল্লিঙৈ মতমদা পাল্লম্না মফমশিং অদুদি মঙাং শলাইনা বাঙ্গোল ওকশঙ, থিংবা, আসগী মপু ওইদুনা পাল্লমই। নিংথৌজা

শলাইনা কংলৈ লমহন্দা হাযবদি খুবাই, ৱাংখৈ খ্বাই, যাইস্কুল অসিগী মপু ওইদুনা পাল্লমই। অঙোম শলাইনা কোংবা ঈ মক অমসুং সেল্লোই লংমাইচীংদা লৈবম্বদগী কুমথবক্তুনা কংলৈদা নিংথৌজা শলাইগা পুন্না লৈমিন্নখি। নোংদা লাইবেল পাখংবনা অঙোম শলাই হাযবদি মযাম্বগী কাংলুপ্পু তাম্লোকপদগী চেনখিদুনা কোচ্ছা অহল্লুপ্তা লৈরুববা মতুংদা মচেৎ অমদি লংমাইজিং চীংদা কাখক্তুনা লৈখি। মতুংদা অমুক কৌথদুনা পুন্না অঙোম লৈকাইদা লৈহনখি। চীংদা লৈবম্বা কাংবুসু কুমথবক্তুনা পুন্না অমত্তা ওইনা পুনশিন্দুনা লৈখি।

খুমন শলাই অসি কাংপোক্পিদা লৈবম্বদগী কোইবৈঙ্গৈদা হোংলকখি। মতুংদা থৌবাল যাইবিপোক, মযাং ইম্ফালদা লৈখি। খুমন শলাইগী কাংলুপ অমদি কংলৈপুং মযোন্দা লাক্তুনা ৱাংখৈদা তাখি। মোইবাং শলাইনা মোইবাংগী চৌরি পুংদা অহানবদা লৈবমই, মতুংদা থংজিং চীংথক্তা কাদুনা লৈখি। মমৈথংদা অমুক কুম্লক্লগা মোইবাংদা লৈখি। শবাং লৈশাংথেমনা থাংহুৎৱা তাম্লোং লৈমখোংদা মতম খবা লৈবল্লগা তাক্লখাদা লৈকবগা অমুক হোংলক্তুনা নম্বুল মপাল লৈশাং হিন্দেন্দা তাবম্বদগী অমুক চাযথোকখিদুনা থৌবাল ৱাঙ্গোইনচিংবা মফমশিং অসিদা চাইনা চাইনা তাখি। লুৱাং শলাইনা লাংশঙদগী কেক্রু পান্দা হোংলকই অদুদগী লাঙ্গোলদা তাখি। লাঙ্গোল্দগী লুৱাং মকুবি চীংদা কাদুনা লৈখি। অমুক কুমথবক্লগা কংলৈ লমহনগী যাওবৈবীদা তাখি। মদুগী মমাংদা মচেৎ অমদি লংমাইজিং চীংদা অঙোমগা পুন্না লৈমিন্নখি। মচেৎ অমদি ফুনান চীংদা তাখি। অদুগা মচেৎ অমনা লমাংদোংগী কীবি চীংদা তাখি। খাবা শলাইনা মহৌচীংদগী লাক্লগা কংলৈ লমহন্দা পাল্লমল্লগা ঙানবা শলাইদা তিনশিনখি। ঙানবা শলাইনা চীংখৈদগী মোংপী চীং চীংমৈবোংদা তাবমই। অদুগা ঙানবা খুমুকচম শলাইদি অঙনবা মতমদা থাঙ্গা চীংদা লৈবমই। মতুংদা হোঙলক্লগা চীংমৈবোং অমসুং কক্কাৱানচিংবা মফমশিং অসিদা চাইনা চাইনা যেক শলাই খাযদোক্তুনা মাগী লমখৈ খাযদোক্তুনা খুন্দাবল্লা অসিগী মতাংবু মমাংঙৈগী মতমদা ইবম্বা লীববা লাইবিকশিং মক ওইনা শলাই খুম্লোকলোন, পুংকনবালোন, লাইখুন্দাবোন, চেংলৈবোন, লৈহৌ নাউফমলোন, নোংমাইজিং চীঙ্গোইবোন, হৈবোক চীঙ্গোইবোন, থাঙ্গা চীঙ্গোইবোন, লাঙ্গোল চীঙ্গোইবোন, থংজিং চীঙ্গোইবোন, কৌব্রু চীঙ্গোইবোন, শাকোক লমলেন, তাংক্রু লমলেন, ক্রুথোং

লমলেন, কৈথ্রু খুনকুমলোন, ব্রাংব্রেন খুনকুমলোন, খুন্নাংবা খুনকুমলোন, মোইবাং কংলৈবোন. লুরাংলোন খোঙ্গুল, খুমন কংলৈবোন, শাকোক, থিবেল শাকোক, থল্লাং পারাবী অহুইবোন, লৈথক লৈখাবোন, পুদিন, অসিনচিংবা অসি পনবা য়াই।

যেক ৭ শলাই মাপল অসিগী মশা মশাগী তোঙান তোঙানবা লোনসু লৈবমই। নিংথৌজা খুমন, লুরাং, মোইবাং, খাবা ঙানবা শবাং লৈশাং অমসুং অঙোম হায়বিবা শলাইশিং অসিনা অঙনবা মতমদা শিজিন্নবন্না খুৎশু থাং, ফিজেৎ লৈতেংগী মচু অসি মাগী মাগী শলাইগী মতুংইন্না তোঙান তোঙান্না খায়দোক্লুনা শলাই অমগা অতোপ্পা শলাই অমগা মান্নবমদে। অঙোম শলাইগী মচুনা অঙৌবনি। লৈদি লৈশং, থবো অঙৌবা, থম্মাল অঙৌবা, হৈদি হৈবোং হৈব, ঙাদি ঙারা শাবেং অঙৌবনি, লাদি লাবোং লাকোই ১সুং লৈহৌলাদি। শাংদি উপল শযীনি। থাঙদি পুকপ থাঙনি। ঈশিংদি কোংবগী বৈশেল অরাংদগী শোক্কনি। নিংথৌজাগী শলাইগী মচুদি মৈবি মচু মানবনি। লৈদি খম্মাল অঙাঙবানি। লাদি থমলা চংবী লানি। হৈদি হৈবি হৈজাও, থমচেৎনি। ঙাদি ঙাহৈ শাবেং মথা ঙাংবনি। ঈশিংদি নুংজেংদগী লৌগানি। থাঙদি চাকথাঙনি। শাংদি শযী উযুংনি। মোইবাং শলাইগী মচুদি অবাংবনি। ঈশিংদি লোক্তাক্তগী শোক্কনি। লাদি খংলানি। লৈদি লাংথ্রৈ, লেকমলৈ, হৈদি হৈবিৎ, কাংগ্রৌনি। ঙাদি ঙাতেন শাবেং অবাংবনি। শাংদি খাংলা, তৌ, কুহি, থাঙদি যেশ্বা মতোক শাবনি। খুমন শলাইগী মচুদি মমুবনি। লৈদি লৈখাম ক্বাকলৈ, লৈশাংনি। হৈদি হৈক্রু হৈবোংনি। ঙাদি ঙাতিন, শাবেং মুবৈনবা। ঈশিংদি পুমলেন্দগী শোক্কনি। লাদি চংবী, ক্বাকলা, শাংলানি। থাঙদি মতোন ককপনি। শাংদি চাওখোং, শযী ব্রাগী শাংনা ওইগনি। খাবা ঙানবা শলাইগী মচুদি অশংবন লাংবা মেমানবনি। লৈদি হাওবৈ, লৈশং যেকমলৈ, মেলৈনি। হৈদি হৈক্বাবা, হৈবুংনি। লাদি লৈহৌলা, লাবোং লানি। ঙাদি শাবেং ঙাংনা লাংবানি। থাঙদি লাইথাং চিনাইবনি। শাংদি চীং যেনশীন, শাংনাং অসিনা ওইগনি। ঈশিংদি লৈতাং লাইবমদগী শোক্কনি। মৈদি লৈখমদগী লৌগনি। লুরাং শলাইগী মচুদি হিগোকনি। হৈদি কীহোম, হৈবা অসিনা ওইগনি লাদি লাবোং লাযাইনা ওইগনি। লৈদি খোঙগলমেলৈ, উযুম লৈনি। থাঙদি তোন্দুম্বনি শাংদি উপল, হৈক্রুনি। ঈশিংদি লমফেল

পাক্তগী লৌগনি। ঙাদি ঙমু শারেং শংলৈনবনি। চেংলৈ শবাং লৈশাংগী মচুদি শংবান্নবনা লাংই। ঈশিংনা তাক্লম তাক্লখাদগী লৌগনি। লৈদি লৈশং লৈখম অনিনি। লাদি লায়াই, থমলা, ঈথমলানা ওইগনি। ঙাদি শারেং মুরৈনবনা ওইগনি। থাঙদি খুম্বোং থাংনি। হৈদি হৈতুপ্পা ওইগনি। শীংদি নোংলৈশংনা ওইগনি। অসুম্না চেংলৈ শলাইগী মনুংদা খাবা ঙানবা, শরাং লৈশাং হায়দুনা শলাই মরি লৈরিবা অসিগী মচু মমেন খুৎশু থাং, শীং, ঙা পুন্নমক অমগা অমগা মান্নদে।

ঙল্লিঁঙে মতমদা শলাইশিং অসিগী চৎনবী তোঙান তোঙান্না লৈবগুম লোন অমসুং ৱাহৈ ৱাতা অসিদসু মাগী মাগী শলাইগী ওইবা লোন লৈরমই হায়বসি অরিবা লাইরিকশিংদা ইরম্বদগী খঙবা ঙমই। খুমন শলাইনা পাৎপু কোন, কংফালবু য়া, শিরববু ফুরবা থন্নাবু লাইরা, নৌবু তাউতেক, য়েন লাববু শোইপাই, য়েনবীবু শোইথিং, শঙ্গায়বু যাকোন, লাইখনবু শরিক কৌই। মোইরাং শলাইনা কংফালবু কোং, ঈশিংবু লোকলৌ, নত্ত্রগা লোক, শীংজঙবু হাইবী, ক্বাকপু শীংজা, মাইববু মোইবা, মাইবীবু মোইবী, থাঙ অথৌববু খারাবা, ফৈবাকপু শেং, তেকপবু কোইরবা, লৌমীবু থাংউরেন, ঙাখাবু, ঙাতোই, কৌই। সেল্লোই লংমাইনা অথৌববু অযাওবা, শিববু তোৎপা, হল্লকপবু তেবকপা, শম্বু খিং খিং, শমজিবু কায়নৌ, পুংবু খোং, মৈবু য়াই, লীৱংবু মাক, লৱাই লেম্ফুবু কোকে, শেংলববু পাল্লবা কৌই। থাঙ্গা কম্বোং (চেংলৈনা) ঈবু হো, নুমিৎপু তুমিৎ, থোক্লববু পাল্লবা কৌই। হৈরেম খুঞ্জান্না য়ুমনীংবু মুংবীতুং, থমনাবু থম কৌই। হৈরেম খুঞ্জান অসি মতম অমদা য়াম্না খুৎকন পাঙ্গলনা মণিপুরগী খাথংবা মাইকৈদা লৈরম্বা কাংলুপ অমনি। লুৱাংনা থোংবু তিংবী, লম্বীবু মুংবী, য়েম্পাকপু ৱাইকৌ, চীং অৱাংববু লা কৌই। অসুম্না ঙাংন শক্লবম্বা লোনশিং অসি ঙসিদি ঙন্নমক মাঙখ্রে হায়বা ফাওবা য়ারে।

মৈতৈগী য়েক ৭ শলাই ৯ লৈরিবা অসিগী মনুংদা য়াম্না মপুং ওইবা শলাই অমসু ওইরিবা খুমন কৌবা শলাই অসিগী হৌরকফমগী মতাংদা ঐখোয়গী লাইগুন্নবা অশৈবশিংনা খুমন কংলৈরোল হায়বা লাইবিক অসি তুংগী মীরোলগীদমক ইদুনা থম্বীরমই। লাইরিক অসি চহীচা ১৮ দা

নিংথৌ ওইদুনা লমদমসিদা পানখিবা মৈদিংঙু পামহৈবগী মপারি জিতশাই গী ম্না য়াথং তুংইন্না বনমালী খুমন্থেম্বা, গঙ্গারাম ব্রারেপ্পা, অমুং রামচরন হাওবমচা মখোয় অহুম্না শৈহেক শৈদম পান্দুনা ইখি। লাইরিক অসিদা খুমন শলাইগী হৌরকফম পারি পুরী মথং মনাউ নিংথৌ ওইখিবশিং অদুগী হাক্তক্তা থোকখিবা থৌদোক ব্রাথোকশিংবু মরীক চুম্না লাইরিক অসিদা শৈথাদুনা ইরমই। হিন্দু বৈষ্ণব ধর্ম্মগী লাইনিংনা মপুং ফানা চাউখৎলবা মতমদা ইখিবা ওইবনা মপানগী লোন সংস্কৃত মরক মরক্তা থেংলগা ইরম্বা কয়া থেংনৈ। খুমন শলাইগী হৌরকফম্বু তাকপদা মখাগী অসুম্না ইবি।

হরি হযাহে নোংয়াই লীকলাং য়াই মরু খোইরা মরুগী লংশুং ময়েক্কী নোংয়াই হান্না পোকমাপা খুমন হান্না শাৎমাপা ইয়ু নোংয়াই লীকলা সুমেরুদি কনানো। চীংঙু মাল্লেম লৈশেম্বা কোরৌ নোংওইবা মাল্লেম লৈকনবা লীকলাই য়াইবীরেন শিদববু চীরেন কোনকা খানা নাউয়োকপা চীংঙু নোংলাই নোংলীকলাই অহেনবা নুংনাং নোংফুবেন অমম্বদা য়াতাবা ঈনুংপুংকোয মহুমনুংগী নোংয়ায় চুপলেন ফেনমন্নবকপা চীংখৈ লৈনা থোংনা য়াইকি লমহৌরকপা পলেম মমা পোকমাবী লৈনুং পিশিন্নু মালেম লৈবু লুম্বী পায়মা উনকোয়নুংগী নযু চীংখোং পোইবেতোন খুনবী পোংমহন খুনুং য়োয় চাখা অরিবা লৈনুং পোইনাউতা অতোনবাও তৌনা কৌএ। চীংখোং পোইবেতোন্দি খোয়মা তোনকুম্পনে, খোয়মা লিবেলতোন লিবেন য়াইথমপোং ময়েক য়েক্লসু মতোন তোন্না পোঙবনিগিনা তাইবও নোংশাপান পুংমায়োন অসিদা হিংনা চাবা মবমসু মুন্না চাবা মথেনসু খুৎশূ খুৎলাই মশীং শুনা নোংদম্বীরম্বা পোইরে মৈতৈ থোংনাং ময়াং তখেন লাংথা লাংনুং কেগে মোইরাং শেনবী কবো চাকোৎ তাংখুন কপুই লমশন, তারাউ তারাং মরিং নাশেন চকপা তাংপা খারম মনুং পুম্নমকপু চাকচা ফিশেৎ তৈয়োয়না চানা ব্রাপু নোংদম্বীরম্বা নয়ুব্রা চীংখোং পোইরেতোন্দি কোল্লোয় মিংথোংগীবু চুনবনে।

খুমন কংলৈরোন কৌবা লাইরিক অসিদা খুমন শলাইবু শন্দোক্লম্বা চীংখোং পোইরেতোন অমসুং মশানৌ লৈমা লৈনাউতাবী অনিগী মতিক

মগুন শৈথাদুনা ইবমই। চীংখোং পোইবৈতোনগী হৌবকফম পাবী পুবীগী মতাংদা লৈথক লৈখাবোন, খাগেম্বা য়ুম্বী, খাগেম্বা য়ুমলেপ্তা ইবম্বা মতুংইন্না নোংদমলেন অখুবনা লৈথমলেন চনুবু তালোয ওইনা লৌই, অদুগা নোংদমলেন অহনবা পোকই। নোংদমলেন অহনবনা চিংনুলৈমা লৌই অদুগা কুকমলেন মৈনাইবা পোকই। কুকমলেন মৈনাইবনা লৈফুবোন চনু পান্নে পোংথাং, পোংহন, পোকই। পোংহন্না পিশিন্নু লৌই। নিংথৌ হৈবোংলেন লোংজুম্বা পোকই।হৈবোংলেন লোংজুম্বনা পীশিন্নুখোম্বী লৌই অদুগা নিংথৌ হৈবোং থাঙাংলেন পোকই। নিংথৌ হৈবোং থাঙাংলেন্না পিয়াইনু লৌই। মপাবি থৌৱাবেন অমসুং পোইবৈতোন অনি পোকই। পোইবৈতোন্না লৈমা লাইনাউতাবী পান্নদুনা শীংদবুং পোকই। পোইবৈতোন অমসুং লৈমা লাইনাউতাবী অনিনা মাগী খুৎপু অমগা লোযনদুনা লৈবাক অসিগী খা পাংবা মাইকৈবোমদগী লমদমসিদা খুন থোবকখি। মখোযনা যা লুগা যো থাং ফৌ চেং লশিং, লা, হিংনা চাবা যাবা মবম চানিপান থোংলগা চাবা যাবা পোৎলম চামা নিপান লোযনদুনা পুযকাখ। মখোযগা লোযনবকখিবা মীশিং অদুনা মৈতৈ, থোংনাং, মযাং, তখেন, লাংথা, লাংনু, কেগে মোইনাং, কবো, চাকোৎ তাংখুল, কপুই লমশন, তাবাউ, তাবাং, মবিং নাশেন চকপা তাংপা খাবম মনুং পুন্নমক মাগী মাগী চাকচা ফিশেৎ পুন্নমক খাযদোক্লনা তম্বীখি। মপাবি শীংদবুংনা পোক্লবা মতুং ইকুই কুইদনা পলেম মমা অমসুং পম্বৌ মপা কাযনদুনা নোংমল্লবদা মপন পম্বৌ লৈনুং থোঙাবেনগী মনাক্তা ৱাযথুংলবদা মপন পম্বৌ লৈনুং থোঙাবেন্না মনুং মতম চাদনা কবিগী অশিবগী লৈবাক্তা লাক্লিবনো নহাক্তি হৌজিক শিবা যাবগী মতমসু ওইদ্রে অদুনা তাইবঙদা অমুক হল্লগা খুমন শলাইবু শন্দোক্লনা লৈকখিগদবনি হাযদুনা শিকববা মচা শীংদবুংবু মপন পম্বৌ লৈনুং থোঙাবেন অহনবনা অমুক হিঙগৎহনখি। অদুগা তাইবঙ পানগী চৎনবী হৌন লোনচৎ পুন্নমক তাকপী তম্বীববা মতুংদা খম্নুং লৈবাক্তগী তাইবঙপান্দা অমুক থাবকখি।

মপন পম্বৌ লৈনুং থোঙাবেন অহনবনা তাক্লকপা মতুংইন্না লৈবাক অসিগী চৎনবোল মেবা মেন্দোংবা, অতাই ইবাৎ কুমচন থাজন, মিকোন থাগোন কুমজা থাজগী তৌফম থোকপা হৌনবী কযা অদুবু তাইবঙপান্দা শীংদবুংনা শন্দোকখি। মহাপু শিকবদগী অমুক হিংগৎলকই

হায়দুনা খমলৈ ওন্দেবা শৱা হলৱাইবা খমলৈ মীনুংকোন শৱা মীখুরোনগী ওন্দেবা হায়নসু কৌই। শীংদবুংনা শঙ্ঘোং পুনেম্বা চনু হুইমু লৈমা লৌই। অদুগা মপারি অরোং অমসুং পাম্মিং অনি পোকই। অসুম তৌদুনা শীংদবুং অমসুং শঙ্ঘোং হুইমু লৈমা অনিনা মপাবি অরোং অমসুং পামিং অনীবু শাৎনরবদা লুৱাং খুমন হায়না মচিন মনাউ অনীগী চাদা নাওদাদগী শন্দোকখি। অরোংনা খুমন শলাই ওইখি অদুগা পামিংনা লুৱাং ওইখি। মরম অসিনা খুমনগা লুৱাংগা অনি অসি শাইৱাক তিন্নৈ লৌন লৈনবা য়াদে। খুমন শলাই অসি মণিপুরগী মখা মায়গৈদা লোক্তাক্কী নোংপোক্তা য়াম্না খুৎকন পাংগন্না পাল্লম্বা লম অমনি। কোন্নুংদি নোংযায় লৈকোযপুং কৌরম্মী, হৌজিক্কা ময়াং ইম্ফাল হাযনা খঙনবে। ময়াং ইম্ফালদা কোন্নুং ওইদ্রিঙৈগী মমাংদদি থৌবাল তোমচীংদা কোন্নুং ওইরমই। খুমন শলাইগী নিংথৌশিং অসি মতম কুইনা মৈতৈ নিংথৌশিংগা চাবৌ মৌবৌনদুনা লৈমিন্নবমই। চহীচা ১৪ হৌগৎলকপদা নোংযায় লৈকোইপুংদা খুমন নিংথৌ লমযায কাইখিনবনা পানবা মতমদা খুমন লৈবাক অসি পিকশিল্লক্কুনা খুমন্দা নিংথৌ ওইদুনা লৈবা ঙমদ্রদুনা মৈতৈ নিংথৌগীদা লাক্কুনা ইম্ফালদা লৈখি। খুমন শলাইগী চাদা নাওদাদগী হাওবম, ঙাঙবম, হৌৱাইবম, থোইদিংজম, লাইশ্রম নাচিংবা অসি শন্দোকখি।

খুমনগী কোন্নুংনা থৌবাল তোমচীংদা ওইখিবা মতমদা লুৱাংগীসু লম্নাংদোংদা মখোযগী কোন্নুং শেমগৎখি। অদুদগী মতুংদা লুৱাং শঙবমদা অমুক লুৱাংগী কোন্নুং ওইখি। অরোংনা চিনফুবোন লাইতোংলেন চীনখুবী পান্নদুনা তুমাবা পোকই। তুমাবনা ঙানুরোন থোঙাইবা চনুবু তল্লোয ওইনা লৌই অদুগা লুংবা অমসুং নুংথোংঙাই অনি পোকই। লুংবদি থৌবালদা খুন্দাবমই হায়বগীদমক থৌবাল লম্মহন্দা খুন্দাবা নিংথৌ লুংবা হায়নসু খঙনৈ। অদুগা নুংথোংঙাইদি লুৱাংদা চৎখিদুনা লুৱাং লংমাইবা হায়না খঙনদুনা লৈখি। খুমনগী লম অসি মতম অদুদদি য়াম্না পাক শন্না শন্দোক্লমই। অদুবু খুমন অমসুং লুৱাং হাযদুনা মচিনা মনাউগী শৱাক অনীথোক্লা খায়দোক্লুনা যেন্নখিবদগী খুমনগী লম অসি পীকশিনখি। পোইবৈতোনগী মতমদা খুমনগী লম অসি কদায় ফাওবা শন্দোক্লম্বগে হায়ববু লম্মাংদোং, ফোইজিং, তেম্বা, ৱাংজিং, ইবিল, শিখোং, থৌবাল তোমচীং, ময়াং ইম্ফাল, খোংজোম অমসুং শুগ্নু ফাওবা শন্দোক্লমই।

খুমন নিংথৌ লুংবনা ঙানুবোন নিংথৌ য়েন্দংচনু লৈমা থম্মোইলেম্বী পান্নদুনা নিংথৌ য়োয়বাংপোক পুন্সিবা পোকই। যোইবাংপোক পুন্সিবনা ঙানুবোন শঙ্গোঙ পুনেম্বা চনু লৌদুনা কাচেং ৱাযেংপা পোকই। খুমন নিংথৌ কাচেং ৱাযেংপনা মৈতৈ নিংথৌ পেংশিবগী মমোম লৈকম চেংপীবু পান্নদুনা খুমন নিংথৌ মোংবা খোনবা পোকই। মোংবা খোনবনা মৈতৈ নিংথৌ নাউখম্বগী মমোম লৈকম লাংবী পায়ে অদুগা খুমন নিংথৌ খোনবা নিংথৌবা পোকই। খুমন নিংথৌ খোনবা নিংথৌবনা মৈদিংঙু নাউফংবগী মমোম মেৎপী লাইপী লৌই অদুগা খুমন নিংথৌ লাইফেংবা পোকই। খুমন নিংথৌ লাইফেংবনা ঙানুবোল কাইবৈমা পান্নদুনা নিংথৌ পুন্সি যুমোইবা পোকই। খুমন নিংথৌ পুন্সি যুমোইবগী মমোম খযোইবোন কৈকংহাংবীবু মৈতৈ নিংথৌ উবা কোষ্টোবগী মপাবি নাউথিংখোংদা থাজখি। খুমন নিংথৌ পুন্সি যুমোইবনা পানবা মতমদা লুৱাংদা লুৱাং গুরু পুন্সিবনা পাল্লি। পুন্সি যুমোইবগী মচল নুপী খযোইবোন ঙানুথুম্বীবু লুৱাং গুরু পুন্সিবনা মাপলশুবা তাল্লোয ওইনা লৌই। মতম খবা লৈবগা মপাবি শেনবা মিমাবনু পোক্লবা মতুংদা লুৱাং গুরু পুন্সিবগা ঙানুথুম্বীগা অনিদি যান্নবক্ত বদগী শৎনদুনা খাযনখি। মপাবি শেনবা মিমাববু পলেম মমা ঙানুথুম্বীনা খুমন্দা পুবক্লগা যোকখি। মপাবি শেনবা মিমাবনা চাওবক শাংলক্লুনা পাখং ফাবক্লবদা নোংমা কোবৌ অমদা মপা ইবুংঙো লুৱাং গুরু পুন্সিবগী মবমদমদা যাবৌ শাদানবা চৎলুবদা লুৱাং মকাইফমদা লৈবিবা মবেন ইমোইনু অহোংবীনা ওনবা শজি অদুবু শেনবা মিমাবনা তেন্না থাদুনা ফাকবদগী মপা মচা শকখঙনখিবা মতাং অদুবু খুমন কংলৈবোন কৌবা লাইবিক অসিদা অসুম্না ইবি।

> নবেন নোংযায খুমন লৈমা ঙানবা খুনুং নিংথৌ চনু শেল্লোয
> মখনমা লংমাই মদাইমা ৱাবা যেনয়াম খোংনা কাইনা বোকপু
> অশৈনবী ঙানুবোল কাইবৈমা লিনকোয়গী নযু নোংযায
> খুমন নিংথৌ পুন্সি যুমোইবও তৌনা কৌএ। অদোন পুন্সি
> যুমোইবা কৌবদি কদৌ নোংগীনো। নোংয়ায় চাবোল যাম
> অদোন শুবোল মনিন নাইনা পাল্লিঙৈদা নোংবান হোংঙনেম
> লুৱাং নিংথৌ পুন্সিবা তাল্লোয় মকম্বী খয়োনবোন ঙানু থুম্বী

মপাবি শেনবা মিমাববু শাৎনববদা তাল্লোয় কেৎনা ব্রা লুমলেন খমপন ব্রাগী নোংবান র্ময়মনাক পুন্নমদা হুন্না মপাবি শেনবা মিমাববু শমু নমদা পোনা মপাম নোংযায চাউবা পুংবু ইন্দাল্লকপদা নোংবান শেনবা মিমাবদি মপুম নোংয়ায চাকনা লৌয়ায় হুইত্রুগুম মপোপ চাউ শাবন তিংকোইগুম মনা লেকনা পাখং উবাংমৈ লেপ্তুম চোংনা অচাউ লেপফাবা শাংসু লমগুন্নবদা লাবা খুমনবু যাংদৌ শাবম লীনা য়াওবৌ শাতানখিববু নুংবান মপা লম লুব্রাং মপু লম মকোই নোংলোন পাই লেম্পা থাযান লম মৈতেংঙু লোইনাই থাবা খোল্লাং তাখোয পুং তিমেন তাবুম পুংবু নাতৈননা যাওবৌ শানাউঁে চীবেন তোম্পোকপবু যাওবৌ শাতুববদা পল্লৌ মপা শাৎমাবা হোঙনেম লুব্রাং নিংথৌ পুন্সিবনা মপাব শেনবা মিমাববু চেংলৌ শকখঙদ্রবগী তে ইনোংয়াযও যাবৌ চীবেন তোমপোকপা শাবেন নঙনা ফাবা অসিবু নুংবান অযিমনাক্তা লাক্কা থোঙ্গযান পামিং পুন্নিংথানা নুংবান শাযাকোৎ চঙনগে তাযনা পাওমেনঙম্ববু নুংবান শেনবা মিমাধনা হোযদা ইযু হনু মযাই কাবাও ঐদি যাওবৌ চীবেন তোমপোকপা অসিগী শাবেন মতীক খঙদে, পল্লেম ইমা পোকমাবীদা অচেন খংলৈ যাঙনা পাউহংলুখিগে হাযনা পাওমেল্লম্লগা নুংবান শেনবা মিমাবনা পলেম মমা খয়োযবোন ঙান্নুথুম্বীদা পাওমেল্লুইএ। পলেম ইমা পোকমাবীও নপাবি ঐনা যাওবৌ শা তাল্লুববু নুংবান র্মযিমনাক লুব্রাং মশাইকোন মকোই নোংলোন পাই লমদেং লমলাং লমদা য়াওবৌ শঙাই চীবেন তোমপোকপবু যাওবৌ শাতুববগী নুংবান হনু মযাই কাববা অমনা থৌদু নুংপাক থক্তা ফম্না নুংপান লম যেংঙম্বদা শাবেন ঐনা ফাবা শা অসিবু নুংবান শায়াইকোৎ চঙনগে য়াওবৌ মমল পীগে হাযনা পাউথেম্মে। শাবেন মতীক খঙদবগী পল্লেম নঙবু ইন্দাল্লকপনে হাযববদা পল্লেম মমা পোকমাবীনা পাবি শেনবা মিমাবাও শঙাই চীবেন তোম্পোকপনে হাযববদি খোযমা নাবোন নুংগী শাবেন মঙাইবোযদা লেংতিন্দবা য়াওবৌ মহীশাংবু শামান্নদবনে। পাবি নঙবু নুংবান নপা লাইনা লনকুবির্বঙেনে। অসাইঙৈগী থৌদু

নুংপাক থক্তা ফমনা নুংবান লম যেংঙম্বা অদুদি পষ্টৌ নপা শাৎমাবা হোঙনেম লুৱাং নিংথৌ পুন্সিবনে। য়াওবৌ নঙনা ফাবা অদুগী শাবেন মতীক ওইবদি নবেন যুমোইনু অহোঙবী ফুঙ্গা মৈনীং ফম্না য়াঙ্গোইবিবী হন্নু মিৎমৈ পবোঙ শুম্না লাইবেন হৈসুম শাববী কপ্লাক হিকৌশানা শমু খোঙথাং খঙদবিবী মিৎয়েং উযোন থীববী অদুবু খোইমোম হী ওইববী চীংঙু য়াই ওইববীনে। অদুবু শাবেন মতীক ওইএ হাযনা ৱাহমলকএ।

অসুম্না পলেম মমা ঙানুথুম্বীগী মফমদা মপাবি শেনবা মিমাবনা যাওবৌ শক্তি অদুগী মবমদা পাওহংজববু পলেম মমা ঙানুথুম্বীনা মপাবি শেনবা মিমাবগী মফমদা অসুম্নবু তাকপীখি। পাবি শেনবা মিমাবাও পলেম নমা ঐহাক্লা পাবি নংবু নাউয়ান্দুনা পোক্লবদা মপন পষ্টৌ লুৱাং গুরু পুন্সিবগা যান্নবক্ত্রবদা পাবি নঙবু খুমন লৈবাক্তা পলেম নমা ঐনা পুবক্তুনা যোকখিবনি। নুংবান লুৱাং মাগী লমদমদা থৌদু নুংপাকথক্তা ফম্না যাওবৌ শা পীদনবা হার্যবিবা নুপাদো পাবি নঙবু পোকপা পষ্টৌ নপানি। পষ্টৌ নপা পোকমাবনা পুবা যাবোই হাযদুনা থিংলিবা যাওবৌ শঙাই টাবেন তোম্পোকপী অদুদি নুংবান লুৱাং মশাইকোনগী ফুঙ্গা লাইকদা লৈবিবা হনু মযায কাববী যিমোইনু মহাক্কী শাযোন্নি। ৱাবম অসি লৈবনা যাবৌ মাবু ফাবদা নুংবান নপন পষ্টৌ লুৱাং গুরু পুন্সিবনা থিংলিবনি। পাবি শেনবা মিমাবা নহাক্লা থুনা যাংনা নপল পষ্টৌ মাগী মশাইকোন্দা চত্নুনা যাওবৌ মাগী মহুত্তা নুংবান লুৱাং মাগী ফুঙ্গা লাইকদা লৈবিবী হনু মযায কাববী যিমোইনু অহোংবী অদুবু যাওবৌ মাগী মহুত্তা পীনর্বিযু হাযনা মপন পষ্টৌ লুবাং গুরু পুন্সিবগী মফমদা হাযকনবা মপাবিগী মফমদা তার্কাপিখি।

নুংবান লুৱাং গুরু পুন্সিবগী মফমদা মপাবি শেনবা মিমাবনা যাওবৌ শক্তি অদুগী মহুত্তা নুংবান লুৱাং মশাইকোনগী ফুঙ্গা লাইকদা লৈবিবী হনুবী অদু পীযু হাযনা হাযজখি। মপন লুৱাং গুরু পুন্সিবদি মদোম হাযনিংঙাই লৈতনা ঙকচানদুনা লৈখি। লুৱাং গুরু পুন্সিবনা মাগী মবাল যাইদা লৈবিবা যিমোইনু অহোংবী পলেম ইমা হনুবী অসিবু খঙগদবর্দি খুমন মকাইফমদা লৈবিবা খযোইবোন ঙানুথুম্বী নত্তনর্দি অতৈ কনাসু লৈতে। অঙাং নাৱা অসিনা লুৱাং মাগী লমদগী মশানৌ ঙানুথুম্বীনা পুখিবা

মপাবি অদুনি হাযবা খঙখি। অসুম তৌদুনা মপা মচা শকখঙনববদা লুৱাং মশাইকোন্দা লৈবিবী পলেম মমা যিমোইনু অহোং অচাউবীবু মপাবি শেনবা মিমাবগী মফমদা শিন্নদুনা পীখি। লুৱাং শেনবা মিমাবনা মবেন যিমোইনু অহোংবীবু খুমন কংলৈপুংমযোন্দা পুবক্লুনা থন্নবদা খুমন মাগী লমদমদি অৱাৎ অপা লৈতনা চাহোং ঙাহোংনা নুংঙায় মবাং কাযনা পানখি। খুমন নিংথৌ পুন্সিবদি অৱাৎ অপা লৈতনা নুংঙায যাইফনা পাল্লি হায়বগীদমক নোংযাই খুমন নিংথৌ পুন্সি যুমোইবাও হায়না মিংথোনখি। নোংযাই খুমন নিংথৌ পুন্সি যুমোইবগী মথক্তা মক্মাক শেনবা মিমাবনা লান্দাদুনা মাগী মামতুন পুন্সি যুমোইববু খুমন্দগী তাম্থোকখি। মমাগা পোকমিন্নবা খুমন নিংথৌ পুন্সি যুমোইবগী লোইনবী তাল্লোয় খুমন লৈমদি লৈযান্দা চেন্দুনা লৈখি। লুৱাং শেনবা মিমাবনা খুমনগী নিংথৌ ওইদুনা মবেনধৌ যুমোইনু অহোংবী অমসুং পলেম মমা ঙানুথুম্বীগা লোযননা মতম খবা খুমন লৈবাক্তা নুংঙাই যাইফনা পানখি। নোংযাই খুমন নিংথৌ পুন্সি যুমোইবদি মশানৌ তাল্লোয লৈমা ঙানুবোন পিযাইবোক্না লোযননা লোইবী লৈযান্দা লৈববদা নিংথৌ পুন্সি যুমোইবদি নোঙ্গাখি। লৈমা পিযাইবোক্তি লোইবী লৈযান্দা মপাবি যোইথোংঙাইবু যোক থাক্লুনা বানা পুন্সি লেনখি। লুৱাং শেনবা মিমাবনা থুপখ্রনা মতুংদা মপাবি যোইথোংঙাইনা খুমনগী নিংথৌ ওইখি। খুমন নিংথৌ যোইথোংঙাইনা ঙানুবোন কাইবৈমা পান্নদুনা মপাবি হাওবমহন, হাওবম নিঙ্গোয যাইমবা, অমসুং হাওবমতোন অহুম অসি পোকই। হাওবমহন্দি লিক্লাংগী ৱাথোক্তগী মতম কুইনা খুমনগী নিংথৌ ওইখিদে। হাওবম নিঙ্গোয যাইমদি মোইবাংদা শাইদাংদুনা লৈখি। মশানৌ হাউবমতোন্না খুমনগী নিংথৌ ওইখি।

নোংমা কোবৌ নুমিৎ অমদা খুমন মপুংযাইদা পলেম মমানা পীবম্বা লিক্লাং যাইওইবা অদুবু মশানৌ অতোনবনা শিগদবা নুমিৎ অমদা মশাবী হাওবমহন্না মশানৌ হাওবমতোন্না কোযথোকখিইঙদা লিক্লাং অদুবু পলেম মমাদগী লৌবগা লমাংদোংদা লুৱাং ফাম্তেক শোক্লাইবগী মকাইফমদা অহোং কুম্মে যেংবা চৎপদা শিখি। মশানৌ হাওবমতোন্না হনজিল্লকপদা লিক্লাং অদুবু পীযু হায়দুনা পলেম মমাগী মফমদা হাযববদা পলেম মমানসু মশাবী অহন্না লিক্লাং অদুবু শিদুনা চৎখি হাযহৌদ্রবদা হাওবমতোন্না

শাওমনখিদুনা লিক্লাং মাবু শিবম্বা মীশক অদু হাৎকনি হায়না শবী ৱাশকখি। মশাবী হাওবমহন্না নুংবান লুৱাং ফান্তেক শোক্লাইবগী মকাইফমদগী অহোং কুম্মৈ য়েংলুবগা হল্লকপা মতমদা মশানৌ অতোনবা হাওবমতোন্না লমখাংদা ঙাযদুনা লৈবগা মশাবী অহন হাওবমহনগী লাল্লু চোমায কক্তুনা লৈমায থক্তা ভাববদা লিক্লাং পবেং অদুসু তক্তুনা লৈমাযথকতা মচোই মচোই তাখি। লিক্লাংনা মচোই মচোই চাইদুনা তাখিবা মফম অদুবু লিক্লাই কাবোং হায়না খঙনখি। মশাবী হাওবম নুঙ্গোয যাইমর্দি মশানৌ অতোনবগী মতৌদা পেনখিদ্রদুনা খুমন মপুং যাই থাদোক্লল্লগা মোইবাংদা শাইদাংদুনা লৈখি। মোইবাংগী খম্বা থোইবীগী ৱাবীদা খম্বা হায়বসি হাওবম নুঙ্গোয যাইমবগী চাদা নাওদানি। হাওবম নুঙ্গোয যাইমনা পাবেম্বা পোকই। পাবেম্বনা পুবেম্বা পোকই। পুবেম্বনা খম্বা পোকই। মশাবী অনীমক্লা লৈত্রবদা হাওবমতোন্না খুমনগী নিংথৌ ওইখি। হাওবমতোন্না ঙানুবোন খোঙাইবা চনু পান্নদুনা মেমশেম্বা, অথিং মোংবীশু, থোংপু শানম্বা, অমসুং লিক্লাই থৱাগা মবিমা পোকই। নিংথৌদি মেমশেম্বনা ওইখি। মহাক্লা ঙানুবোন চনু পান্নদুনা নিংথৌ থোংলৈবোম পোকই। নিংথৌ থোংলৈবোম্না ঙানুবোন খাযথিবা চনু পান্নদুনা খুমন নিংথৌ চীংখোং থোঙ্গ্রাইবা পোকই। খুমন নিংথৌ চীংখোং থোঙ্গ্রাইবনা মমোম খযোইবোন হাওবৈমা ফাবিবু লম্মাংদোংদা লুৱাংগী নিংথৌ ফান্তেক শোক্লাইবদা থাজখি। নুংবান ফান্তেক শোক্লাইবনা মকু ইবুংঙো খুমন নিংথৌ চীংখোং থোঙ্গ্রাইববু নুংবান মবান যাইদা অহোং কুম্মৈ য়েংনবা পাউকৌখি। মকু ইবুংঙো খুমন নিংথৌ চীংখোং থোঙ্গ্রাইবসু মঙ্কাক ফান্তেক শোক্লাইবনা পাউকৌবা অদুবু কবি থোইনা চীংনদনা মনাই মশলশিংগা লোযনদুনা লোল্লোই লমদম্বু ইন্দান্দুনা মঙ্কাক ফান্তেক নিংথৌগী মবান যাইদা ৱাযথুংখি। নুংবান ফান্তেক শোক্লাইবনা মপল পম্ভৌ খুমন নিংথৌ চীংখোং থোঙ্গ্রাইববু শবৌ শিন্নদুনা হাৎকদৌবে হায়বসি খঙলদুনা মমোম হাওবৈমা ফাবিনা ফৌশু ঈশৈ শক্লগা শৈথাদুনা মপন পম্ভৌ মপাবু হাৎকদৌবে হায়বসি ইঙ্গিত তৌদুনা খঙহল্লমই। পম্ভবা তৌদনা খুমন নিংথৌ চীংখোং থোঙ্গ্রাইবদি মোংবা মবাল যাইদা হল্লকখি। লমখাংদা নাবোক্তুনা লৈবম্না নুংবান লুৱাং লাল্লোই ফম্লাইবশিংনা খুমন নিংথৌ চীংখোং থোঙ্গ্রাইববু হাৎকে তেমশিঙনবকপবু হাৎপা ঙমহৌদনা খুমন মবান যাইবু যৌখি। খুমন

নিংথৌ চীংখোং থোঙ্গাইবনা মোংবা মবাল যাইদা ৱাইথুংলবদা পম্বা তৌদনা মনাই মশলশিং থাদুনা মোইবাং নিংথৌ পুবিক্লাই উবা খুন্দাবগী মফমদা ফাম্ভেক মাগী মথক্তা লান্দাদুনা লমন শীংবদা লান পাংবীনবা হাযজখি। মদুদা মোইবাং নিংথৌ উবা খুন্দাবনা যাখি। লুৱাং নিংথৌ ফাম্ভেক শোক্লাইবনসু মোইবাং নিংথৌ পুবিক্লাই উবা খুন্দাবগী মফমদা মকু ইবুংঙো খুমন নিংথৌ চীংখোং থোঙ্গাইবগী মথক্তা লান্দাবদা লান পাংবীনবা হাযজববু মোইবাং নিংথৌ উবা খুন্দাবনা ফাম্ভেক শোক্লাইবগী মফমদা খুমন নিংথৌ চীংখোং থোঙ্গাইবনা হাযজবকপনা হানখ্রে হাযদুনা লান পাংউ য়াখিদে। খুমন অমসুং মোইবাং চঙদুনা নুংবান ফাম্ভেক শোক্লাইবগী মথক্তা লান্দাবকপদা লুৱাং নিংথৌ ফাম্ভেক শোক্লাইবদি মাইথিবা ফংখ।

চীঙ্খোং থোঙ্গাইবগী মতুংদা মপাবি শিযাবোঙনা খুমনগী নিংথৌ ওই। নিংথৌ শিযাবোঙনা লৈমা অনী পাম্লৈ। ৱাংঙমলোন (মৈতৈ নিংথৌ মচানুগী) থোঙন্ইথোংনা খুমন নিংথৌ চেকযাম্বা পোকই। অদুগা খুঞ্জান চনুনা সোইপাই অতনবা, সোই শই তাইবঙ চাম্বা, কাইবী খুবাম্শাম্বা, লীকমন লাম্ববা, থোংবু অতোনবা মঙামক পোকই। খুমনগী নিংথৌদি চেকযাম্বনা ওইখি। লীকমন লাম্ববনা কম্বোং চেংখু চেংযাম্বগী মচানিপা ১৫ না চামলৌ লা হেকপা লাকপদা খুমন লীকমন লাম্ববগা থেংনববদা মহাক্লা লম অসিদি কম্বোং নখোযগী নত্তে কর্বিগী খুমন ঐখোযগী লমদা লাক্লগা লা হেকপনো হাযনা মযাম অদুবু কোযনা কোযনা তান্নখি হাযদুনা লমলেন লমদম অদুবু কোইচীং কোই মহৌ কৌখি। মশম মনা বাযনা ফাবে হাযবগীদমক লমদম অদুবু ৱাযথৌও কৌখি। নিংথৌ চেকযাম্বনা বাংঙমলোন পিযাইতোং পান্নদুনা নিংথৌ থিংগোন লীকমাবগা মচা অমগা পোকই। থিংগোন লীকমাবনা তাল্লোয অনি পাম্লৈ। তাল্লোয লৈমা খোংলৈর্মদি মচা পোক্তে। অদুগা মুংপী লৈমনা নিংথৌ কোকপা, খম্লাংবা, নিংথৌখোং, যাইথিংবা মবিমা পোকই। খম্লাংবদি চীংদা চেনখিদুনা খম্লাং হাও ওইখি। মহাক্লা মচানিপা খাযিংবা পোকই। নিংথৌ কোকপগী মতুংদা যাইথিংবনা খুমনগী নিংথৌ ওই। মথংদা শামুকনুচানা খুমনগী নিংথৌ ওইখি। শামুকনুচানা মপাবি থিংকোনহনবা, থিংকোন খুবা অনি পোকই। নিংথৌ থিংকোনহনবনা কাংচিং লৈনাউতাবগা মযাম্বা সেকমু কাইনৌ চীংশোম্বগা অনি পোকই।

খুমন নিংথৌ কাংচিং লৈনাউতাবনা মপারি ইকোপ লাম্বুবগা মোইরেং শাফবগা অনীমা পোকই। নিংথৌ ইকোপ লাম্বুবনা মপারি পুন্সি খুরেল চনবগা অতোনবগা অনি পোকই। খুমন নিংথৌ পুন্সি খুরেল চনবনা মৈতৈনিংথৌ থৱানথাবগী মমোম লৈমা চীংখৈ থানবীবু লৌই। অদুগা খুমন নিংথৌ পুন্সি খুরেল চনবগী মমোম খয়োইরোন শম্ফবীবু মৈতৈ নিংথৌ থৱান থাবনা তাল্লোয় ওইনা লৌই। নিংথৌ অনী অসি অহানবদা য়াম্না চান্ন চিন্ননা নুংশিনবা মরূপ ওইরম্বদগী মমোম মশেন ফাওবা অমগী মমোম অমনা লৌনদুনা লৈমাশিংদা চন্নরমই। অদুবু চান্নরম্বা অদু মতম কুইবা য়াখিদে।

মৈদিংঙু থৱানথাবনা কোরৌ নোংমদি শাদানবা চৎলুবদগী ৱানা হল্লকপদা তাল্লোয় মরুম্বী খয়োইরোন শম্ফবীগী মোলাং খাদা লৈ নাচোম অমা থনম্ববু মৈদিংঙু থৱানথাবনা থেংনরুবদগী নিপা ঙাংনবা নুপীনি হায়না চিংনখিদুনা অশাওবনা থুমহৎখিদুনা অচুম অরান খম্বুবা অমসুং থিবা তৌরূদনা মশানৌ তাল্লোয় লৈমা খুমন লৈমা খয়োইরোন শম্ফবীবু মরান পীশিন্দুনা লৱায় লেম্ফুদা তরেং য়োৎনা লেঙদুনা হাৎখি। তশেংবমক্তি লৈমন নাচোম অদুমক্তি খুমন লৈমবু কল্লকপদগী মৈদিংঙু থৱাম্বাবগী লৈমা তাল্লোয়শিংগী মনুংদগী লৈমা তাল্লোয় অকোং চনু লাংমৈশু পাওম্বীনা খয়োইরোন শম্ফবীবু কল্লক্তুনা নুংশিদবদগী অৱাফমদা তারসুনু খন্দুনা থমজিল্লম্বনি। খুমন লৈমা খয়োইরোন শম্ফবীবু অনা লাইওং খঙদনা লাইউংনদুনা শিরে হায়দুনা খুমন পুংদা থিনখি। খুমন নিংথৌ পুন্সি খুরেন চনবদি মমোম মাগী মিশি অদুবু মথমোয়দা চীংনবা পোকখি অদুবু হৌনবী তৌফম থোকপা থৌরম পাঙথোক্তুনা মমোম শম্ফবীগী অশিবা হকচাং অদুবু লৈরোন চন্দুনা ফুমখি। লাংহৈ কুমশিং অমা ফারদুনা হৌনবী মতুংইন্না চহীগী কুমওন থৌরম পাঙথোক্লবগীদমক খয়োইরোন শম্ফবীগী ফুমখিবা অশিবা হকচাং অদুবু হোত্তোক্তুনা য়েংলুবদদি লৱাই লেম্ফুদা তরেং য়োৎনা লেঙদুনা লৈরম্বা উবদা মমোম শম্ফবীবু মৈতৈ নিংথৌ থৱানথাবনা তরেং য়োৎনা লেঙদুনা হাৎপনি হায়বসি খঙখি। খুমন নিংথৌ পুন্সি খুরেন চম্বনা মমোমগীদমক লমন শীংগে হায়বসি মপুক্লিংদা চপ য়ুংনা লেপখিদুনা মৈদিংঙু থৱানথাববু হৈরেম খুঞ্জালগী মথক্তা লান্দামিন্নসি, লান খরা পাংবীয়ু হায়বদগী মৈদিংঙু থৱানথাবসু য়ারদুনা মৈতৈগী অকন অথৌ অমসুং খোংমি লানমীশিংগা

লোয়ননা ৱাকয়ৈ হি তোংদুনা খুমন মাইকে পাংলকখি। মৈদিংঙু থৱানথাবনা লমখাংদা পোখাবা ওইনা খুমন নিংথৌবু ঙাইদুনা লৈখিবা মতমদুদা মদাইবেমশিংগী মফমদা হৈ খায়রগা য়েন্দুনা পীজখি হায়বগীদমক মফম অদুবু হৈয়েন হায়না কৌনখি। খুমন নিংথৌসু হি তোংদুনা লাক্লগা মৈতৈ নিংথৌগা পুন্না উন্নদুনা মখোয় মশেন অমগা অমগা হংনখিবা মফম অদুবু হংগুন হায়না থোনখি।

মৈতৈ অমসুং খুমন অনীনা হৈরেম খুঞ্জানগী মথক্তা পুন্না লান্দাখিবা অদুদা হৈবেম খুঞ্জান্দি মাইথিবা ফওদুনা হৈরেমগী অথৌবা কয়াগী লাল্লু চোমায় কক্তুনা পুরকখি। হৈরেম খুঞ্জানবু লানঙমদুনা হল্লকপদা মৈতৈ নিংথৌ থৱানথাববু খুমন নিংথৌ পুন্সি খুরেন চনবনা তবা চাক চামিন্নখিসি হাযবদগী মৈতৈ নিংথৌ থৱানথাবনসু য়াবদুনা খুমন কংলৈপুং ময়োন তম্না লাকখি। মমোম চীংখৈ থানবীনা অবাপ্পদা মপন পষ্টৌ মৈদিংঙু থৱান থাবনা লাকপা অদুবু উবদুনা মপন পষ্টৌবু খুমন নিংথৌনা লৌতুনরগা হাৎখিগদৌবে হাযবসি খঙলদুনা মপল পষ্টৌনা অবাপ্পদা ৱাকয়ৈ হি হোন্দুনা লাক্লিবা অদুবু থুনা য়াংনা মৈতৈ কংলৈপুং ময়োন্দা হনখিনবগীদমক মখুৎনা খন্তোক্তুনা ঈঙ্গিত তৌবগা মচিন্দদি ফৌশু ঈশৈ শকচিন্নখি। মপল পষ্টৌ মৈদিংঙু থৱানথাবনা অরাপ্পদা মমোম চীংখৈ থানবীনা তৌবিবা মতৌ অদুবু খঙলদুনা খুমন মপুং যাই য়ৌরমদনা থুনা য়াঙনা মৈতৈ কংলৈপুং তম্না হলৱাযরকখি। খুমন নিংথৌ পুন্সি খুরেন চনবনা মশানৌ তাল্লোয় চীংখৈ থানবীগী শরৌদগী মপল পষ্টৌ মৈদিংঙু থৱানথাববু হলহনখিবনি হায়দুনা অশাও খাম্বী মৈহৌনা শাওখিদুনা মমোম শক্ষবীদা তরেং য়োৎনা লেঙলগা হাৎখিবা অদুগুম্না মমোমগী লৱাই লেম্ফুদা লেঙখিবা তরেং য়োৎ অদুমক্না মৈতৈ লৈমা চীংখৈ থানবীগী লৱাই লেম্ফুদা লেঙদুনা হাৎখি। খুমন নিংথৌ পুন্সি খুরেল চনবনা মনাই মশলশিং থারক্তুনা লৈমা চীংখৈ থানবীগী অশিবা হাকচাং অদু মৈতৈ কংলৈপুং ময়োন্দা থিল্লকখি। মৈতৈ নিংথৌ মৈদিংঙু থৱান থাবগী মফমদা মমোম চীংখৈ থানবীবু অনা লাইওং খঙদনা নাবদগী নোংমল্লে হায়না পাওদমখি। মৈতৈ নিংথৌ মৈদিংঙু থৱানথাবনা মমোম চীংখৈ থানবীবু খুমন নিংথৌনা হাৎখিবগীদমক শাওখিদুনা লমন শিংনবগীদমক খুমন নিংথৌগী মথক্তা লান্দাখি। লান অদুদা খুমন নিংথৌদি মায়থীবা

ফগুদুনা মৈতৈ নিংথৌনা হাৎপমক্তি তৌদনা মথৱায কনবীখি। খুমনগী হী য়াই পুম্নমক খোল্লগা মৈতৈ কংলৈপুংদা পুবকপদা লমখাংদা খুমন নিংথৌগী মনাই ক্কাকপা লৈতোন পাম্বনা মৈদিংঙু থৱানথাবগী ৱাকয়ৈ হিদা পাযদুনা যাল্লকখি। মৈদিংঙু থৱানথাবগী মদাইবেম অথৌবা তাবিযা এলাংবনা খুমন ক্কাকপা লৈতোন পাম্ববু ফাদুনা হিনুংদা চিংখৎলগা মণ্ডক কক্তুনা হাৎখি। ঙসি ফাওবদা মৈতৈগী হিযাং হিবেনগী হিনাউদা মী মকোক অমা হাপ্পবিবা অসি খুমন ক্কাকপা লৈতোন পাম্বগী কক্তুনা পুবকখিবা মকোক অদুবু নীংশিংনবা হাপ্পনি। অসুম্না মৈতৈ নিংথৌ অমসুং খুমন নিংথৌ অনিদি কোন্না অমুক চান্নখি। খুমন নিংথৌ পুন্সি খুবেন চনবনা ৱাংঙমলোন পানবা ফাবী পান্নদুনা নিংথৌ চবনবা পোকই। খুমন নিংথৌ চবনবনা য়াওশু ঙম্বা পোকই। খুমন নিংথৌ যাওশু ঙম্বনা অহিংদা কেগে মোইবাং যাওশুৱাকপগী মবৈকাইদা মৈ থাদুনা লান্দাখি। লান অদুদা কেগে মোইবাং যাওশুবাকপদি মাযথীবা ফঙখি। খুমন নিংথৌ যাওশু ঙম্বনা তাল্লোয লৈমা অনী পান্নদুনা যোইবেন তোমপোকপীনা যোযবা পোকই অদুগা তবমশুনা লমযাই কাইখিনবা পোকই। খুমন নিংথৌ লমযাই কাইখিনবনা নিংথৌকাংবা চনু লাকহিমোম শাফবীবু তাল্লোয় ওইনা লৌই অদুগা মপাবি স্না পোকই। খুমন লৈমা লাকহিমোম শাফবীদি মতম খবা লৈবম্নগা নোঙ্গাখি। খুমন নিংথৌ লমযায কাইখিনবসু কংলৈ মৈতৈ লমদমদা লাক্তুনা শাইদাংদুনা লৈখি।

খুমন শলাইগী যুম্নাক শাগৈ অসি খুমন নিংথৌশিংগী হাক্তক হাক্তক্ত মাগী মাগী চাদা নাওদাদগী মখোয মখোযগী যুম্নাক শাগৈশিং শন্দোকখি। খুমন নিংথৌ যোইবাংপোক পুনশিবগী ঈদগী আফ্রাম হাযব যুম্নাক অসি শন্দোকখি। খুমন নিংথৌ অদোন লাইফেঙবগী হাক্তক্তগী থৌবালদগী লৈকোযপুংদা (মযাং ইম্ফাল) কোন্নুং হোংখি। হাওবমহনগী চাদা নাওদা মখৈনা থোইদিংজম, য়াংলেম ওইখি। হাওবম নিঙ্গোয যাইমগী চাদা নাওদানা থিঙ্গুজম, পুখ্রেম, ফাইবেনবম, লাংলেনহনবম, চান্দম, তৌবেম, অমসুং পাঙ্গৈজম হাযবিবা য়ুম্নাকশিং অসি শন্দোকখি। অথিং মোংবীশূগী ঈদি মোংবিজম হাযবা যুম্নাক অসি ওইখি। থোংবু শানম্বগী চাদা নাওদা মখৈনা লাংদেম, ঙাংবম, হাযবা যুম্নাক অসি ওইপি। লীকলা থৱাগী চাদা নাওদাদি হৌবাইবম, অকাংজম, পল্লুবম, হাযবিবা যুম্নাকশিং অসি

শন্দোকখি। অথিংবগী ঈদি ওয়নাম, মাইমোম, ওযনাম যেন্দু শঙবম, হায়বিবা যুম্নাকশিং অসি ওইখি। থোংহনগী ঈদি খন্নাম, অহোংশাংবম, চবুংবম, থোংগ্রাম, হৈক্রুজম, যুম্নাকশিং অসি শন্দোকখি। থোংয়াযগী ঈদি সিনাম, অতোম, থোংবম, যাংঙৌযেবম, থাংগংশাবম, হংলেম, হংলেম কবাউবম, অতোম, অসিনচিংবা যুম্নাকশিং অসি শন্দোকখি। লাইবগী ঈদি লাইশ্রম, লাইখুবাম ওইখি। থিংগোল লিকমাবগী মনাউগী ঈদি অসেম ঙাখাখোই, থোংগ্রাম ওইখি। সোইপাই অহনবগী ঈদি কোলোম, সোগাইজম ওইখি। সোইপাই তাইবঙজাম্বগী ঈদি অসেম, তাইবঙজম, ৱাবেপ্পম, ইপুশংবম ওইখি। কাইবী খুবামপাম্বগী ঈদি সাপম, হাওবিজম, কব্রম্বম, অসেম, ওইখি। থোংচু অতোনবগী ঈদি থোংবম ওইখি। নিংথৌখোংগী ঈদি পুখ্রম্বম, সিনাম, মাইবম, মৈতাল কৈশঙবম, লীকমাবম, থিংগোম, মযাংলম্বম, চুংখাম, অযাম, মাইফুৱাম, অম্নাকচম, চবোইবম, অকুৱাম, পোইবিশুমবম, অসিনচিংবা অসিনি। শমযোক ফাগী মনাউগী ঈদি লমাবম, যাইথিংবম, লাংগম, ওইখি। শামুকনুচাগী মনাউগী ঈদি থাংজম শামুকচম ওইখি। থিংকোনখুবগী ঈদি থিংবাইজম খোইবোম অসিনি। শেকমু কাইনৌ থিংশোম্বগী ঈদি থিংগোম ওইখি। খোইপা তেনহৈবগী ঈদি নাম্রম, হাওবম, অসি ওইখি। মোইবেং শাফবগী ঈদ মোইবেংজম, হেন্তাকপম, যেনশেম্বম, যেন্তাকপম, অসিনি। থোঙপু হনবগী ঈদি লাইশ্রম, তাউবেম, অমোম, লাইশ্রম, লাইখুবাম, তোঞ্জম অসিনি। লৈফোনবগী ঈদি পুযাম, যুমখাম, নেপ্রম, ইংগুদম, ঙাসেপ্পম, পাঙম্বম, তোকপম, শঞ্জেনবম, ৱাযেনবম, চিংথাম, সগপ্পম, হাওবোংবম, তৌমোম, সম্থাম, লাম্থম, কদাম অসিনচিংবা যুম্নাকশিং অসি শন্দোকখি। যোযবগী ঈদি থাংজম, থাংজম যাউশোম, অসি ওইখি। ম্নাগী ঈদি খুমহ্নেম, ৱাংগোম, তাওবম, অহৈবম তাওবম অসিনচিংবা যুম্নাকশিং অসি শন্দোকখি।

মতৌ অসুম তৌদুনা খুমন কংলৈবোন কৌবা লাইবিক অসি হিন্দুগী লাইনিং লাইশোন্না লমদম অসিদা খোঙদাববা মতমদা ইখিবা ওইজববসু অবিবা মৈতৈলোন অমসুং ৱাহৈ ৱাতা ঙাক্না শিজিন্নদুনা মপালগী লোনযান ইযাও যাওদনা ইবমই। লাইবিক অসিগী অহৌবদা মপানগী লোন অমা অনিদি যাওই অদুবু ৱাবী পবীং চখবকপা মতাংদদি মপানগী লোন

অমত্তা য়াওদে। অশৈবনা মৈতৈগী য়েক ৭ শলাই ৯ গী মনুংদা শলাই অমা ওইবিবা খুমন শলাই অসিগী রাবী পবীং পাবী পুবী চাদা নাওদা মথং মথং শমথদুনা ইবস্না মতমদা খুমন্দা নিংথৌ ৩৩ না মথং মথং পাল্লবা মতুংদা নিংথৌজাগী নিংথৌ মৈদিংঙু কোংয়াম্বগী (খৃ: ১৩২৩-১৩৩৫) মতমদা খুমন নিংথৌ ওইখিবা লমযায কাইখিনবগী মতুংদগীদি খুমনগী লৈবাক রায়েন থৌদা লৈঙাক শাসন খিবিকপু নিংথৌজা শলাইগী মখাদা লৈহনখি। খুমনগী অকন অথৌ কয়ানা লান ফনা কন্না শোক্লববদসু নিংথৌজাগী নিংথৌশিংবুদি মায়থীবা খক পীবা ঙমখিদে। মতৌ অসুম তৌদুনা খুমন শলাইগী নিংথৌশিংগী মশাগী মনিং তম্বসু নোংমা নোংমগী মাঙশিল্লক্তুনা মমৈথংদদি মপুং ফানা মুৎপগী তানফম অদু যৌবক্তুনা নিংথৌজা শলাইগী মখা পোন্দুনা লৈখি। ❑

# হাওসি নামোইনু

মণিপুরদা ফুঙ্গা ৱারীগী পুক্নৈ যাম্না মবাং কাযনা লৈ। মমাংঙৈগী মতমদা অইবা লাইরিক লাইশু লৈত্রিঙৈদদি লীববা মতমগী লাই শীনগী ওইবা ৱারী, লমদমসিদা থোকখিবা থৌদোক ৱাথোক কযাগী মতাংবু চীঙ্খাং লৈনা চীনবুংদা মীবোল অমদগী মীবোল অমা মথং মথং বারী ওইনা লীনদুনা লাকই। অদুবু মীশিংনা নোংমা নোংমগী লৌশিং জ্ঞান লৈবা হেনগৎলকপা অমদি চাউখৎলকপা হেনগৎলকপদগী চীনবুংদা লৈবক্লবশিং অদুবু অইবা লাইরিক ওইনা থোবকখি। অসুম তৌদুনা ঐখোযগী ইপা ইপুশিং অদুনা ফুঙ্গাদা যম্না মতমদা মশু মচাশিং অদুগী মকমদা চাকওই লানী ওইনা লীরিখিবা ফুঙ্গা বারীশিং অদুনা ঙসিদি মণিপুরী সাহিত্যগী মবাং কাযবা মচাক ওইনবি। লমদম অসিগী তোঙান তোঙানবা মফমশিংদা থৌদোক বাথোক কযামকম লীববা মতমদা থোকখিবগী মতাংদা ইবম্না লাইরিক লাইশু কযামকম মণিপুরী সাহিত্য লৈনবকপদা ঐখোযনা ফেংনবি। খবদং পনবা ৱাববদা মোইবাংগী লমদমদা থোকখিবা ফৌওইবা অকোংচাম্নগী ৱারী, হেনজুনাহা খোংনাং লাইরী লেম্লাগী বারী, ঙানবা শংলৌবেম্নীগী বারী, যাইথিং কোনুগী ৱারী, শ্যাম্বা নমগানবা খমনু যাইথিং কোনুগী ৱারী, রাংলেন পুংদিং লৈবা অমসুং চকপ্রম চনু যশাইবীগী বারী, চোথে থা বাল পাখংবগী ৱারী, ইথাই পুনমচাগী বারী, খম্বা থোইবীগী বারী, কদেং থাংজা হনবা তোনু লাইজিং লেম্বীগী বারী উবা নাহা খোংজোম্বা পীদোন্নুগী ৱারী, হাওসি নামোইনুগী ৱারী, শাসনাচংবাশিং আস থোইদোক্ত পনবা যাই। লুবাং অমসুং খুমনগী লমদমদা থোকখিবা হিজং হিবাউগী ৱারী, লুবাং চনু মতা তকক্না খোংজোমনুবী কৌবা থৱানমিচাক ওইখি হাযবগী ৱারী, হবি নোংনাং পোকখিবগী ৱারী, উনিংথৌ পোকখিবগী বারী, নুংবান পোম্বী লুবাউবগী বারী, পোইবৈতোম্না মৈত্রবাক্তা খুম্বাল্লককখিবগী ৱারী, লিক্লাই কাপোং থোনখিবগী ৱারী, লৈমা নামুন খাম্বীগী বারী, অসিনচিংবা পনবা য়াই। মৈতৈ কংলৈপুং মযোম্দা থোকখিবা ৱারী লংমাই

চনু পীতঙগ্তাগী ৱাবী, খ্বাই নোংজেংবম পীবানা নুমিৎ কাপখিবগী ৱাবী, ইম্ফাল তুবেল অমসুং ইবিল তুবেল তেংখিবা মতমদা কাকযেন্স মীঙম্ববু যোইমোংবা তাউথিংমাং মচিন মনাউনা হাৎখিবগী বাবী, থৱানথাবা নিংথৌগী মমোম চীংখৈ থানবীগী ৱাবী, থম্বালনুগী ৱাবী, সতী খোংনাংগী ৱাবী, মাইনু পেমচাগী ৱাবী থোইদোকনা পনবদা মতীক চাই। অসিদসু নত্তনা থাংযি চেংলৈগী ৱাবীদা যুম্ফম ওইবা লৈমা যেংলিঙৈদা খুনু কাবা, পাম্বোইবী অমসুং নোংপোক নিংথৌগী ৱাবী পনবদা মতীক চাই। অসুম্না লমদম অসিগী তোঙান তোঙানবা মফমদা থোকখিবা থৌদোক বাথোক কয়া অসিদা নত্তনা ঐখোযগী ইপু ইবেনশিংনা লীবিবম্বা পবেৎকী ৱাবী, তাপ্তাগী ৱাবী, কবুই কৈওইবগী বাবী, খম্বাংচাক্কী বাবী, তেনৌৱাগী ৱাবী, হনুবা হনুবী পান থাবগী ৱাবী, শন্দ্রেম্বী চাইশ্রাগী ৱাবী, নিংভোল মৱাগী বাবী, খপংগী ৱাবী, কোম্বীবৈগী বাবী, কুশুমলৈগী ৱাবী, লৈবিগী ৱাবী, ভানু থঙ্গোং শাবী মতৈ মনাউগী ৱাবী অসিনচিংবা কয়া অসিনা ঙসিদি মণিপুরী সাহিত্যগী বাৎতা পাদবা পুক্কে হাযবদ ওইনবি।

মতৌ অসুম তৌদুনা হাওসি নামোইনু কৌবা লাইবিক অসি চক্রাচা তর্বানিপালগী লোযবকপা মতম অসিবাইদা চানবুন্দা পাথাং পুগাং কয়া মথং মথং চীন্থাং যৈনা লীনবকপা অদুবু লাইবিক ওইনা ইথোকখি। লাইবিখ অসিগী অহৌবমত্তদা হিন্দুগী মহৈগী লাইবেম্বী সবস্বতীবু শৈগাদনা খুকমজবগা ইবা হৌই। অদুগা লাইবিক অসি কনানা ইখিবগে হাযবগী মতাংদদি লাইবিক অসিগী অবোইবা শবক্তা তযম লোইবেন ইৱাকমনা ইজবনি হাযনা পল্লি। অশৈবা মশামক সংস্কৃত লোন খঙবা মীশাক্র হাযদনি লাইবিক অসিদা অবিবা মৈতৈ লোনগী মবক মবক্তা সংস্কৃত ৱাহি খব খব থেৎলগা ইবম্বা অসিনা তাকই। হাওসি নামোইনু কৌবা লাইবিক অসিগী ইবম্বা মওংদি অহৌবদা অসুম্না ইবি।

শ্রী সবস্বত্যৈ নম: হযাহে খোইমোম যাইফু পিমাবী তম্পা
মুকমৈ নাবিন থক্তা অঞ্জ লাইযিম থানা কোলোয মিংখোংফবী
হুম্বু নাবেং শুবী যাৱা খোলনাই হান্না উংকাব নখোঞ্জেল
খোঞ্জেল যাইবীবেন সিদবীনা কোবৌ অৱাংববু তাইখৎপী
মালেম লৈনেমথকপু তাইথবী মালেম লৈশেম লৈলোন খোনবু

হান্না ফাওবকপী যোইবু উনবী হীবি তত্তবী তনবা পাযমা য়াইবীবেন সিদবা নমু মীবৈতোন খুদিংদা নবাল ফমবোইননা তাংজা তেংখল ওইবিবী খৌখু লমদাংলেন খৌবোন লমমাবী তম্পা শিঙলেন শিদ লৈ লৈবাং লিক্লু যাইওইবী চীংখু ইতম খোইমোম য়েকতম হৈবী লাইবিক লৈমা শিঙজা খোনবী জীব থরায কৌলকপু থৌজাল তাইহেন নাইদনা লনকু হৈবী তম্ফা মা নখোং খাদা তথম শমু ইখুৎফাং ১০মা ইদ লিশিংনা শমলাং লখামা যাবেন খোংজ ৩০ মা মালেম থৌবৈ লৈগা পায লাশিং মপৈ লাকওমদনা হন্না হন্না পৃকমজখিবনে। হে তম্পা লাইবৈমা যোইব লনকু হৈবীও নচীল থম্বাল লৈদগী থৌজাল লিক্লা মবমদবু থমোয় ঐগী লকানু তাংজা ঐগী ইবৈতোন মুকমু তেংখল খক্তা থৌজাল পাইজা লিক্লামানা ইমু খিকফেল্লবিও।

অসুন্না হাওসি নামোইনু কৌবা লাইবিক অসিদা শীজিন্নবিবা লোন অমসুং বাহৈ বাত্রা কয়া অসি যাম্নমক লীবা লোন অদুর্মক্তি ওইদে। অদুগ ওসি ঐখোয়না ওাংনা শক্লবিবা লোন অসিগা চাংদন্নদুনা যেংলুববদি ফনা নাংখিজনা খেন্ননা উই। হিন্দু বৈষ্ণব লাইনিংনা লমদম অসিদা চঙলক্লবা মতুংদা ইখিবা লাইবিক আসদা অশেবনা মপালগী লোনযান হাযবদি সংস্কৃত লোন খব শবদং থেৎলগা ইবন্নবসু শীজিন্নবিবা বাহৈ বাত্রা লোন্দা পুদা আসদি ওসিগী মীবোলনা শভবদা বানা থোকই, অদুগা ওাংন শক্লবসু ওসিদি তৌদ্রে। হাওসি নামোইনুগী বাবী অসির্মক্তি চীঙ্গাং যৈনা মীবোল অমদগী মীবোল অমা ফুঙ্গা বাবী ওইনা ঐখোয়গী ইপু ইবেনশিংনা নচা নশুশিংগী মফমদা ফুঙ্গাদা ফম্বদা চাকওাই বাবী ওইনা লীদুনা তাহল্লম্বা অদুবু মনৈথংদদি চহীচা ১৮ গী লোয়শিন্নকপা অদুবাইদা লাইবিক ওইনা ইথোকখি। হাওসি নামোইনু কৌবা লাইবিক অসিগী ইবিবা মওং অসিমকসু বাবী লীদুনা তাহনবগী মওং অদুমক কাযহন্দনা মাত্র চানা চানা শেমদুনা তাম্বা নাইনা তাবদা নুংঙাইনবা ইবম্বা মওং অদুমক্লি।

নশল পম্ভৌ নোংবান অঙনবা পলেম মমা লৌশিকাম চনু পম্ভৌ পলেম অনিমনা মমোম হাওসি নামোইনুবু নাবা মদোম শাৎপানিগীনা ফৈবা তান্দা থোং খজাই লেংলোই চুপ তাওজা

মশম নান পোনবীগুম চিলবোক্লা চেক্লাগুম চিদিন্নবা থিকলেন মাইযোক্লা খোল্লাং ঈনৌ ইন লেমলৈ ঙাতোং শেৎনা তবা চযিন তম্না নাউয়োক চৈযে। নাব্রা কোলোয মমিংথোংবু হাওসি নামোইনুও অসুম মিংথোনবিখিবে হাযএ। মপল সেনবী চকলৈ লোইকেনবনা চৈবৈ নাহোংশা মানলৌ থুপাকননা অসুম নাউযোকচববদা মমোম হাওসি নামোইনুদি খুকলু চৈশৌনা উকী চকলৈ মাযনন্না ওযা খোল্লাঙ ঙমজবক্লে। নাবা মহাকশাংবু নিংথি মখৈ লৈতনা থাজা মকোয হেনএ। তাঙজা লুমায খায শল্লাং শাইদা নাইনা কোকলেন লযম হেনববু অহেন খোইনা মিংচুইযে। পোনবী চোঙ্গা লোনতম চেক্কুম্না কুকু মীবোল থোক্লা অচাউ লেপথাবা শাংশু ঙমজবক্লবগী মতা খুনপোই তম খোযনৌ কাংকাপ তম্না পুনুং চেকোয পক্লা তবেং শেনগা শা অশি খা লা মনানা লোইনা খুনগা নইং বী থরো কুথোম লাবু লাবাক অমা শেৎং। মত অমা শানিহে লানাব অমনা মান। পাযদং ইপা নাৎপু ৩৩ ইপা নাৎপা ৩২ হাযনদনা চাউথাই নখোই চোং নুংঙাই মবা কাযনা যাঙ্গাইদং।

অদুগা অশৈবনা কুমগী অবি অনৌ শিন্নবা মতমদা অবিনা কুমং। লোযাখদুনা অনৌবা কুমওন্না লাক্লবদা উমং থামং ইপাল থাপাল নাপী শীংবি মনা মশাং কৈবা লৈবাংশংনা অনৌবা যেনিং চোংলক্লনা হবাই মথাই কানা নালং নুংশিংকী ঈপোমগা লোযননা তাম্বা চানা হাযনা তম্না শান্নজবা অদুবু যোঙদোক্লনা শৈথাবদা শীজিন্নবিবা বাইহে বাংতা প্রমান। পাইহে কযা অসি যেংলুবদা মণিপুরী লোনগী লোইনাইদ্রবা ব্রাংং পাদবা পুক্লিবু তশেং তশেংনা উহল্লি। অশৈবনা মতম কৌবী লাইবেন্না মাবু শৈথাবদা শীজিন্নবিবা লোন অমসুং অশৈবগী বাখললোন অবাংবা উপমাগী মশাল্ল। লৈবাং অমবু শৈথাবদা নত্রগা পোনবী চেক্লা অমব শৈথাবদা নএগা ঈবি কাং অমবু শৈথাবদা শীজিন্নবিবা লোন, ব্রাইহে ব্রাং। কযা অসিমক্লা মণিপুরী লোন অসি অতৈ অতোপ্পা জাতিনা ঙাংনা শক্লবিবা লোনাশিংদগী তাথক্লবা অমসুং হল্লক্লদনা লৈ হাযবসি তশেং তশেংনা মযেক লানা ফোঙদোকই।

কুমজা অনৌবনসু শাবেল যেৎওইনবক্লে। নেম্নী শৌচিনলোন যেনলাং অপক কানা শংলৌ মতা লম চীংযা চাবোই তোং মপাল ঙাওনা শাবনা শিঙলেন কুমগা তম্না লৈবাং অপক

কানা লোইদাম মনুং ওইচিল্লক্লে। চীংখম খমলেনবদগী শজিক য়েম্নৌ কাবনা তিজোই পুমথাং লোন মোইরাং কামুতাক্কী হুপাং লেঙ লেঙ হৌবনা লোইদাম মনুং ওইদনা ওইচিল্লকয়ে। কুম্বা ওইওইনখিরে। থাজা ওইওইনরক্লে। থৌবাল উপোং পোংলাংমৈ পোংনু মচল কুরাউতাউবী শানওল চেক্লা অদোন লানজেনবম লাইহুনপাৎ লাইজা লেঙ লেঙ কাবদা পোনবী মঙাইরোই চেক্লা মহীশাংবু চৈরোয়ননা হুপলেন খাংতপ রায়না চাক্তাবা চেক্লা ঙাওনৈ থাবু ফংজিল্লক্লে। বিষুব সংক্রান্তি লোইদাম শজিফু থা ওইরবগী উবৈশং পামেল নাপুং ফা লোইবী নুংশুক চীং পানবী নাউথেম চীং নেনে হোইথেম চীংদা পানবা হৈ কেগে মোইরাং চোথে থাংবায় পাখংবনা তলা হোইয়ানবা পামেল হোইথেম্বদা লাংগা লৈ মশানৌ লৈমা শুনুলেম্বীদা লমওক লৈ। খারম লৈশোক অঙাঙবনা শিঙলেন মরীক চুম লৈরাং মপান ফানা লোইদাম মনুং ওইরক্লবগী নমু মীওইশিংনা লৈগী কুমগী মতৌ য়েংনা ইপু হনু মালৈ কারবী হনবা মবেং চন্না কৌরোং পানপাই নীক্লবী নাপ্পা উরেকশেক অঙৌবদি লৈনা য়ান ফুংগা থীকপী নমঙানা য়িম্বী চাউবা চৈশু ওইনরবীশিংনা লরাই লাংথ্রে চুবা লৈনুংশিবু চুপলেন নাপ্পা পুক্লিং মখে লাংনিংবা কুম্মু ফংলক্লবগী নুপী নিপা মরাঙ হৌ নুরা পাখং মখে লাংনা হায়নরক্লে। ইখোয়বু কুমজা অনৌবা ফংলকলে। থাজা অনৌবা ওঙলক্লে। তাইবঙ নোংশাপান অসিবু হৌবেল শিগনে পাউচেন্দে হয়েং নাগনে পাউতাকতে। চৈরৈ ফিশিঙননা তরা চাকচানসে হায়না পাউমেন্নরবগা মান্দোপ চাউকোই লৈনা খলনা ইরোক অশুকপদা পানবা কাং চীংশাং অরাংবদা ওঙবা কাং কাংলেন চক্র মকোয় ফাবা কাংবু কাংলেন খুতা শূনা খোয়নৌ মখোয়গী মতারোয় শমককলোনগী ককমননা য়াচুরোনগী লেনমন্নবী য়াঙমথেনগী উয়ুংগুম খোয়নৌ লেংমান্নবীশিংদি চৈরৈ মখোয়গী শীংনাফি নমথাং তোনপাবা কুরাক হুমতাং মানবা পেক্রক লৈনা হেনবা ফিবু চৈরৈ শেনখমনা তাঙজা লুরেনতোন্দা ফৈসা পোকতেক লৈ কোকলেন লুফম ঙান্না শিঙলেন মরীক চুম্বদি চুপলেন নাবু ঙান্না লৈরাং ফামনা .....।

মতৌ অসুম তৌদুনা মতম মাগী খোংলৈদা অৱিবা কুমওন্না লোযশ্রবদা অনৌবা কুমওন্না লাকপদা হনবা হন্নু, নুবা পাখং পুন্নমক মখে লাংনা হাযনবক্নে। ঐখোযবু কুমজা অনৌববু মবাক্নে। থাজা মাসু পানখৎলক্নে। তেঙবানবদা লৈবিবা মীওইবা ঐখোযসে হোবেল শিগনি পাউচেন্দে, হযেং নাগনি পাউতাক্কে, মবম অসি লৈবনা নুবা ওইবী ঐখোযবু অৱা অনা হুনজেক্লা তবা চাকপু চান্নসি, চক্র মকোয ফাবা কাংবু কাংলেন খুত্তা শুনা শান্নসি হাযদুনা নুবা ওইবিশিংনা পাখং মথোক্লকপা চেংলৌ শককোয হেনবশিংবু লৈকাইগী অহে হৈতা নাইদনা কাংলেন খুত্তা পাযনা ঙাইশমলে। নুজা অহল ওইবী তনবা নিপা অহল ওইবশিংনা অসুম্নবু পাওমেল্লকএ। হে ইমোম নখোয তবা মঙামক অঙাং হাওসি নামোইনু নংনা লমজিংও। তম্বা নিপাকপ তবামঙা মখোযগীসু নমু মীচঙ খনবিবে। নুংঙাই মবাং কাইনা কোবৌ নুমিৎ চুপ্পা নাইনু কোন্দে পানজল তান্নৌও তবা চাকশিঙনৌও। অহল ওইবা ঐখোযদি শান্না কুমমৈবু যেংগে হাযনা মান্দোপ চাউকোয থন্না যম কাগুপ মাযফং পবেং শানা চেকফৈ কাঙলম শিল্লে। তনবা লুপ্পা হান্না কাপ্লে, অপানবনা পানবসু যাওএ পান্দবনা যামএ। তনবা নিপাকপুগী মখোয মশেন অমখক্তা অসুম্নবু পাউমেনখি। ইতাউ নঙদি হৈতে তবেৎ শেনখাযকপগে নুবাশিংবু চাকখাংনবা অসুম্নবু হাযদুনা তেযনা তোযনা নোকনৈযে। পান্দবনা খুম্লকই হা ইতাউ খুৎচুম্বা নাপাল তাংগে কাপও অসি হাযনা কাপহলযে। অসুম্না শান্নবনা অপানবনা পান্দবে, পান্দবনা পাল্লক্নে। হা ইতাউ খুৎচুম্বা নপাল তাংগে ইতাউ নমথা পানগা তম্বসু নমু মীপুম অমতংসু পান্দবে। অসুম্না নুপী নাৱা অঙাং পাংখক ওইবিবা হাওসি নামোইনুগী পলেম মমা পোকমাবী লৌশিগাম চনুদি অৱা হুইশোক লাংনা হেদৌ নাহে চন্দুনা তবা চাকপু চাদংদনা অনা লাইওং খঙদনা কন্না নাববদা মদোম পুন্সি চেংজেল লোইবগনি খঙজখি। অবোযবা মীৎকুপ যৌবক্লবদা মশানৌ লৈবাং অতোনবী ঙানুবোল চনুবু তাল্লোয তুযিন তমদুনা মমোম হাওসি নামোইনুবু নাউযোক নাউকোন্দুনা পামিন্নৌ হাযনা মশাবী সেনবী লোইকেনবগী মফমদা শিন্নবল্লগা লৌশিগাম চনুনা কোবৌ থক্তা নোঙ্গাখিবা মতাংবু অসুম্না শৈথাবি।

হে ইবুংঙো তাউও। নঙদো পাহাঙ নোংচেং ওইনা পোইবে
মীথৌ অকম্বা ৱাংঙম মীৱা অচৌববু পুনা কবম

> থৌখাওলৌসিবনো। ইশানৌ লৈবাং অতোনবী ঙানুবোল চনুবু তাল্লোয় খাচিকলনা পোইবে মীথৌ পুমন্না ৱাংঙম মীৱা ঙেমন্নাও। নমোম হাওসি অপিশা অসিবু মানা পোকপা অদুমঙায়এ। লমলান মীচা পোকপু লৌকববদা ইচাবু চানদা মীবায়ববসু খঙদে। মক্কম ঐবু খবাই লাইকল ফিনা মকন ফবিও। ইনু শিযোম লানা মযোম ফবিও। শাবী নঙবু কবম হুল্লালমসিবনো হায়না পাওমেনজববু মশাবীনা নুংনৌ হেসোন নীকনা নাতাববগী পিবেম শকমাদনা খাবা লমকেৎপা অমাই লমথোইবা খমলৈ মীনুংকোনগী থৌখামপা নমোম যোইবুনাই অসিবু চিনলেঙ নিঙাথবাদ তেবান্নতা যাথং নুংওনবদি চিনদিন্নদনা চেংলৌ ঐবু শকখঙলত্তবে কল্লকএ।খাবা অমুবক নথি নাই অমাই অমবক নবাঙ হৌবিও হযনা থৌনেকপবু শেনলৌবেন নোংবান অঙনবাও ইমোমগী চীংঙু মবাইবক যামচেং মতুবোইগীবু খোৎশুম বোইএ হায়না পাউমেন্নবিঙেদা লাইজা ঈশিং মালং মথি নাই খমকোন মবাঙ তৌ হুমলেন যাইবী মক তুপ পাযমা নিংশা মখোঙথিংনা ম্নচীং মতোল লোম ফুবা লাইযিম চঙনা মুক্তি ফম্নাল লাংবু তান্না মদোম খমলৈ কুমখিবে হাযদববা ?

মশানৌ তাল্লোয মৱাম্নী লৌশিগাম চনুনা নোঙ্গাবমদাইগী মতমদা শিন্নবম্বা তুংইন্না মশাবী সেনবী লোইকেনবনা লৌশিগাম চনু অতোনবীবু তাল্লোয ওইনা লৌদুনা মমোম হাওসি নামোইনুবু নাউযোক নাউকোনহনখি। মমোম হাওসি নামোইনুবু যাঙ্গোইদুনা লৈবকপা লোইদাম থাবুম কযা হৌখিদুনা লাংহে কুম্বু ওল্লকবদা। মপন পম্বৌ সেনবী চকলৈ লোইকেনবাদ লৈবাক নিংথৌগী থৌদাদা সেবী মপুংযায়দা কবো লোইথৌববু চৎপা তাখি। মপন পম্বৌ সেনবী চকলৈ লোইকেনবনা সেনবী কবোদা চৎত্রিঙেদা শানৌ তাল্লোয অতোনবী লৌশিগাম চনুগী মফমদা মমোম হাওসি নামোইনুবু লুনা চান্না নাউযোকপীযু হাযনা শিন্নবম্নগা সেনবী কবোগীদমক্তা খোঙশানখি। মশাবী চকলৈ লোইকেনবনা শিন্নবম্বা অদুগী ওন্ন তৈনবদা পোক্তবী মচা মক্লি খন্দুনা হাওসি নামোইনুবু ওৎলগে খনখি। লৌশিগাম চনুনা হাওসি নামোইনুবু পোক্তবী মমোনি খন্দুনা মীনাইগী পাঙখক্লুম চৈবৈ

অফবা শেংহন্দা লৈকাইগী মমান্নবীলক্তা তীলহন্দা মীংকুপ অমা কাংদমখে পাওখোল শীদুনা ঙাইহাক্তা ফাওবা পোত্থাহন্দনা মমোম্সু খাঙবা ঙমদবমখে ওৎপী নৈবীবমই। অদুবু মমোম হাওসি নামোইনুনদি অদু য়ৌনা শাথিনা ওৎপী নৈবীববা ফাওবদসু পলেম মমা অতোনবীবু পোক্তবী মমানি হায়বসি খল্লুদনা পলেম মমামক্তি খন্দুনা কিনা লূনা খনজে। পলেম মমা লৌশিংগাম চনুনা হাযবা পুম্নমক মায় হাযদনা ইনজবমই। কোরৌ নোংজা খুদিংগী পলেম মমা লৌশিংগাম চনুবু কিজদুনা শীগ্ধা শীল্লম কায়দনা পলেম মমাতোনগা তৌমিন্নজে। নাল্লা অঙাংগী মতৌ ওইবিবা হাওসি নামোইনুনা লৈকাই পম্বাল লান্না চৎচদে, তবেং খোংফাং মাংদা থানা পলেম মমানা থৌদাবা থবক থৌবম অদুতবু লোয়থোক্লবা হোৎনজে। পলেম মমা লৌশিংগাম চনুনা তৌ হাযবা থবক অদুতবু তৌজে, নোংমত্তসু মচিন্দসু মাই ঙম্লোই হাযজখিদে। কোবৌ হনবা নুমিৎনা মালেমদগী চাযথ্রবা ফাওবদসু পলেম মমা পোক্তবীনা মমোম হাওসি নামোইনুবু শুক শুম্বল পুথোক্তুনা তবা চেংঙৌ শুবা লোযবকপদা তবা চাক লাম্লে হায়দুনা তবা চাক অমুক হেক থোংহল্লি। অসুম তৌদুনা কোবৌ নোংজা খুদিংবু নোংমত্তসু কাওদনা মীংকুপ অমত্ত ফাওবা পোত্থাবা ফঙহন্দনা মমোম হাওসি নামোইনুবু লৈকাই মমাংদা পোক্তবী মচামক্লি অতাক্লনা অসুক্কী মতীক শাথিনা ওৎপী নৈবীববু হাওসি নামোইনুদি ওন্ন থোইনা খাঙজবা নত্তনা মমা পোক্তবীগী চীস্থক্তা ৱাহৈ অমা ফাওবা হনগৎনা খুম্লুদে।

অসুম্না কোবৌ নোংজা কযানি পলেম মমা পোক্তবীগী মীওৎ মীচৈ খাঙদুনা হাওসি নামোইনুনা লৈবকপা অসিবু চহী কুমজা অমা ফাজিল্লক্তুনা কুমগী অনৌবা কুমওন য়ৌবক্লে। অবিবা কুমওন লোইখিদুনা অনৌবা কুমওন লাক্লবদা চীংযা তময়া লোইজিং লোইযা পাৎ কোন্দা হৌবিবা উপাল ৱাপাল নাপী শীংবী হৈবাং লৈবাং কযানা মহৌশা কৌবী মহাক্কী খুৎশেমদা অনৌবা যেন্নিং হুল্লক্তুনা মপুং মবৈ ফাগৎলকপা মতৌবু শৈথাবদা অশৈবনা শীজিন্নবিবা লোন্দা পুদা, ৱাহৈ ৱাতা, প্রমান পাছে পাওবৌ কয়া অসিনা মণিপুরী লোনগী মপাল নাইদবা পুক্কে অমসুং নীংথিবা ফজবা মশক অদুবু মপুং ফানা উহল্লি।

কোবৌ নোংজা খুদিংবু অসুম যাংগোইজববদা কুম্বা অনৌবনসুং শমু ওইওইনবক্লে। চাংখোঙ লাক্লেন কিশি তাই চীংলম পাংনা য়েংলবসুং চীংলৈ অপক কানা মপাল ঙাঙনা শা তমলেন পাংনা য়েংলবসুং তমলৈ মপাল ঙৌনা শা, খাবা উনলেন পিচা চকমোম লাংসন অঙৌবনা পনথোংলবগী তলা উনা কেন পামেল উবাই কংলবসু কুমজা অনৌ নোংলেন য়িতাববগা তবা উবৈশং পামেল নাপু ফানা কুমজা অনৌ ওল্লক্লে। শিঙলেন কুশুমলৈনা মপাল তাঙনা শাবনা লোইদাম কুমতমলক্লে কোঙপি কোঙয়াংপাল লৈষী থোনবা পাল, লৈংশোক খোনফমপাল, হাওবৈ লুসিপাল, পানগোং নাউদুপাল মেনলৈ সৈবৈপাল, লোকলৈ শনচি শাবক্লে। পুনলৈ শানা ৱাযবক্লে। কোমপেক শাইচিন লোল্লক্লে ; কুবাউ কৈয়া শাবনা যাইগোঙ লোন ঙেবা থোম্বনা তোবৈ নামশঙ ঙায়া লোইদাম শচিফু থা বিষুব সংক্রান্তি ফংচিলক্লবা অসিদা নমু মীওইবশিংনা মাগী মাগী লৈকাই খুঙ্গংশিংদা মকাপ শনমী যামতিন্না হাযনবকএ। ইতাউ পলেম পিমাচা পহৌ পামাচাগুম ঙাইবোইনবা থাংঙা হেপমদবা হেপমন্না লৈকাই পোইবদা পোইমন্নবকপা হৈবাং মচেৎমবু ফক্লুনা চামন্নৈএ। এর্উজিং মপুমমা লৈববু খাযদুনা তংমান্নয়ে। হয়েং ইখোযবু খুৎশম পালোযনদুনা শিবদা শিমঃবোই হৌবেল শিগনে হাযনা খুনবু চাকলোয চৎনা খুনলক কনা পাউচেন্দে। হয়েং নাগনে হাযনা কনা পাউতাক্তবা পুংনে। অঙাইবা চংলৈবাক খুনৌ তোংনা পানবা পুংনে। পলেম পাখোযলেনগীবু শীগদনে হাযব, খঙনা ঐগী ঐগী নুমিৎ ঙাইনা লৈজবিবা অসি মঙাইএ। ইখোযবু শিগদবা থৱাযনে। চিনজাক অহাউবা চানা হকশাং মচি ওইনৈএ। চৈবৈ অফ শেৎপনা শকথোং মতেং পানৈএ। লাহান ইখোয়গী লনঙন মতৈ ৱাৎলকপনা হৌজিক লাংওন অসিদা লাযবা অতোন তা খমনৌ অয়েং চেংনা চাবা শেৎপা বাৎনা পোল্লবসু লাহান অহল ইমাওগীশিংনা হায়বম্বা ৱাবু লৈএ। হবাউববগা নিংথৌ শেল্লে নুংশিববগা শজিক ফালএ হাযমএ। অদুগীনা ইখোযবু কুমচনসে থাচনসে তোকহৌনসে নৌহৌনসে, পুনসিনসে পোকথোকনসে কপযাংনসে, তায়াংনসে, নহা অহল খাযনা

> কাণ্ডজে হুমদং পাসানসে। য়াম্বা লমচাউ থাদনা খাম্বী মৈশানসে নুপী নিপা খাক্তা খুনকং লৈকাই শেন্দনা তরা চাকচানসে। নুপী ওইবী ইমাশা, নখোয়না অহল হাওসি ঙমগা চিংনা চৈরে ফিশিঙনৌও। নচা নশু কনা খাকফবোইএ। তবেৎ শেনখায়না নোইনু থুমথানৌও। শংলৌ অসুম থৌরাংও। তনবা নিপারূপ নচা নশু ঙাইবা ইখোয়দি য়াওরৌ শাপানলোক তোকমু মৈশানকে নুংঙাই মরাং কায়না হবাউ চাকচানসে। মাগুপ চাউকোই খন্দুনা কোরৌ নুমিৎ চুপ্পা কাংলেন খুত্তা শূনা নুপী নিপা শান্নসে হায়না পাওমেন্নরে হায়দবরা ?

কোরৌ নোংগা ঙাল্লবদা অহল নুবী নহানুবী পাখং লৈশা নিংঙোল মৌ খাক্তনা পুন্না শুনা তিল্লবদা অহল ওইবশিং অদুনা অসুন্নবু পাওমেল্লকই। ইচা ইমৌ নখোই খ্বাই খিবিকপু তাউদো, শজিবু থাবু লোইখিগদৌবে কুমগী লাকযেনবু তাযদুনা পুন্সি নুংশাংনববু নিজসি। অহল ওইবী ইখোয়দি মাংগী লম্বীনা শাংহৌবে তুংগী লম্বীনা তেলশিল্লক্লবা ইমং ইখুংনা লামফংলবা ঐখোর্যনি তাইবঙ কুম্মে নুংঙাযবা অসিবু হুনজেক্লম্লগা লাইবৈবাকপু তানখিগদৌবা অসিবু পাম্মুইদা, অসুম হাযনা পাওমেল্লদুনা পিবেম খকমা তানা খুদাং পিফম তৈনবু মিকপ্লখি। অসুম মিকপ্লববদা অহল ওইবীশিং অদুনা নহা ওইবী মৌনহা নিংঙোল লৈশাবীশিংগী মফমদা অমুক্কসু পাওমেল্লকই, শজিবু থানা লাকপদা কুমগী লাইযেন তাইদুনা অনৌবা চৈরে ফি শাদুনা ফিজেৎ লৈতেং হেনববু তান্নদুনা হবাউ মথোই কানা তবা চাকপু চান্নসি, হাযববু মৌ নাহা লৈশা নিংঙোল ওইবীশিং অদুসু হবাউনা যাবদুনা মাগী মাগী লৈজবা লং পুথোক্তুনা শেম শাদুনা ফানিক তোংকাপ চেনবা ফিবু শাবসে হাযদুনা চৈরে ফিবু হৌদুনা শাখি। অসুম্না লৈকাই খুলগী মমান্নবীশিংনা চৈবৈ ফি শাদুনা ফিশিংনববু মমোম হাওসি নামোইনুনা য়াওনিংলবসু পলেম মমা পোক্তবী লৌশিগাম চনুবু কিজবদগী চৈবৈ ফিশিংনবা অদুবু যাওজগে হাযজববু ঙমজখিদে। পলেম মমা পোক্তবীনা মমোম হাওসি নামোইনুবু কৈবোই লৈকাইগী মমান্নবীশিংনা চৈরে ফিশিংনবা অদুবু যাওনিংববা হাযদুনা হংখি। মমোম হাওসি নামোইনুনা পলেম মমাগী ৱাহৈদা য়াওজনিংই হাযনা হবাওনা খুমজখি। অদুবু পলেম মমা পোক্তবী লৌশিগাম চনুনদি হাওসি নামোইনুবু য়াওহন্নিংদুনা হংবদি নত্তবনিনা মদুগী ওন্ন তৈনবদা নদোম নবন্নাই

পুথোক্লগা যাওজক পলেম নমা পোক্তবী ঐহাক্তি কবিসু পীবা ওল্লোই হায়না খুল্লকখি। পলেম মমাগী ৱাহৈ অদু তাবদা হাওসি নামোইনুনা মক লুক্লগা অসুন্না হাযজবকই। কবি বানোদা পলেম ইমাও পমেলগী কোল্লোয নযাথংবু কোবৌ নোংজা খুদিংবু হিক্তোক্তনা পাত্তা কুমদুনা লোংবু খোল্লু খোনজৈ, চীংদা কাদুনা শীংবু চল্লুচো চনজৈ, তবা চাকপু থোংউ থোংজৈ, থবক অসিমা তৌও হাযবদা তযম মীনাইগী মতৌগুন্না তৌজবীবী নমোম ঐনা কদাইদগী ইবন্নাইবু তৌগনি। পলেম ইমা শকপী নহাক্লা চৈবৈ ইফ শাবিও কৈবোই লৈকাইগী খোযনৌ ইন্তাশিংগী মবক্তা নমোম ঐহাকসু ভিন্নববু যাওজকগে হাযজববু পলেম মমা পোক্তবী লৌশিগাম চনুনা মমোম হাওসি নামোইনুবু অথিবা ৱাহৈনা খোন্দা থিনবু চৈবিখি।

কৈবোই লৈকাইগী অহল মতম ওইবীবিশিংনা হাওসি মবাল যাইদা লাক্তনা মমোম হাওসি নামোইনুবু লৈকাইগী চনুবা মমান্নবীশিংগা চৈবৈ ফিশংনাবু যাওহন্নবা হাযববদসু লৌশিগাম চনু পলেম মমা পোক্তবীনা মপনা পঙ্খৌ সেনবী লোইকেনলসু সেংবা কবো লোইথৌববু চৎখি চৈবৈ যাশিংনবু যাওজল্লায হাযনা পাওখুম্মখি। অহল মতম ওইবর্বীশিং অদুনা চৈবৈ ফিশনবু যাওদবা যাবোই হাযবল্লগা খোংলৈ থুনা হলব্রাযখি। হাওসি মাগী লোযনবা লেকাইগী মতাবোইশিংনা হাওসি নাক্তা লাক্তুনা তবা চাকপু পান্নসি চৈবৈ ফিবু ফিদান্নদনা শাশ হাযববু হাওসি নামোইনুনা মতাবোইশিংগী মফমদা অসুন্না হাযখি। পলেম ইমা পোক্তবীনা চৈবৈ ফিদানবা তবা চাকচানবা যাওগে হাযবসু তোযাদে লৈবায চাংজৌ কুমদুনা চেঙই শম্বাল লাংহন্দে, শমজেৎ মাবু হাংহন্দে লৈকাই পানবান পানহন্দে, কোবৌ নাঙ্গাখ্রবা পলেম ইমাবু নীংশিংলগা কপচবনা ইথৌদাংবু ওইবিদো হাযনা মতাবোইশিংগী মফমদা পাওমেনজাখ। খোযনৌ মতাবোইশিংনা হাওসি মাগী মতৌ যেংনা শম্লাং কাবন শাববু নান্না নান্না মখোয মশেন ওনশিন্নদুনা কপমিন্নখি। খোযনৌ মতাশিংনা পলেম মমা লৌশিগাম চনুগী মফমদা মমোম হাওসি নামোইনুবু চৈবৈ ফি শামিন্নজগে হাযজবদসু পলেম মমা পোক্তবীনা যাদ্রবদা খোযনৌ মতাশিংনা হাওসি নামোইনুগীদমক মখোয মতা মযামনা সংলা লংদুম খাযনদুনা চৈবৈ ফি শাবিগে হাযবল্লগা মোংবা মবাল যাইদা হলব্রাযখি। চৈবৈ ফিবু শাবা লোযবদুনা কোবৌ অফবা যেংদুনা চৈবৈ ফিবু

লাইদা কৎনবা শেম শাদুনা উনবি পুক্লিং পেন্না হবাউনখি। কোবৌ নুমিৎ মঙানি শুবদা চৈবৈ ফিবু লাইদা কৎলসি যাওবৌ শাসু কৎসি হায়দুনা তম্বা নিপা ওইবশিংদি যাওবৌ শাদানববু চৎখি। যাওবৌ শাযাম ফাবক্লুনা হযেং কৌবা ইনুং নোঙ্গা ঙাল্লবগা তবা চাকচা হৈজানবগা কাংকাপ কুম্মৈ শান্নদুনা হবাউ তযাম নুংঙাযথোকসি অসুম হাযদুনা লেপ্পখি।

অসুম্না খোযনৌ মতাশিংনা হাওসি মাগীদমক তমদুনা শাবীবা চৈবৈ ফি অদুসু শাবা লোয়বদুনা খোযনৌ মতা হাওসি মাগী মোংবা মবাল য়াইদা লাক্লুনা চৈবৈ অদুবু পীববদা হাওসি নামোইনুদি খোযনৌ মতাশিংবু উজবদা নুংঙাইবগী ঙমখৈ লৈখিদে। খোযনৌ মতাশিংনা চৈবৈ ফি অহনবা অদুবু শেৎলগা লৈকাই চাকচানবা যাওনবা হাযববু খোযনৌ মতাশিংগী মফমদা হাওসি নামোইনুনা লৌশিগাম চনু পলেম মমা পোক্তবীনা মহাকপু অপোকপা মচা নত্তে হাযবগী মতাগুম ওৎপী নৈবীবা অদুবু খোযনৌ মতাশিংগী মফমদা তমজখি। হাওসি মাগী মতৌ অদু উবদা থম্মোয শোক্লা নুংঙাযতনা মখোয মশেল পুন্না কপমিন্নখি। খোযনৌ মতাশিংনা হাওসি মাগী যোকচবী পলেম মমা লৌশিগাম চনুগী মফমদা হাওসি মাবু লৈকাইগী তবা চাক চানবা, কাংকাপ কুম্মৈ শান্নববু যাওহনবীযু হাযজখি। পলেম মমা পোক্তবীনা অসুম্নবু পাউখুম্লকই। নুবা শাব্রা তোংবীশা নখোযদি ইনাক খুনবা মচা ঙাক্তনিদো, নপা নমানা চৈবৈ অনৌবা শাববু ঙমইদো, ঐগী হাওসি নামোইনুদি লাইবা অতোন তাবা মচানে চৈবৈ ফিশা ঙমদেদো অদুনা তবা চাক চান্নদুনা কাংকাপ কুম্মৈ শান্নববু যাওহল্লোই হাযনা খোযনৌ মতাশিংগী মফমদা হাযখি। খোযনৌ মতাশিং অদুনা থম্মোয শোক্লা নুংঙাইতনা হন্না হন্না পলেম মমাগী মফমদা হাযজবদগী পলেম মমা পোক্তবী লৌশিগাম চনুসু ফবে ফবে হাযদুনা হোয যাখি। খোযনৌ মতাশিং অদুসু হবাওবদুনা মতা হাওসি নামোইনুগী মফমদা হযেংদি ইতা নহাক্কা ঐখোয মশেল পুল্লপ চাক চাকলুক অমত্তদা চামিন্নসি ঙন্না লাকউ হাযবন্নগা মাগী মাগী মোংবা মবাল যাইদা হলব্রায়নখি।

পলেম মমা পোক্তবী লৌশিগাম চনুনা মমোম হাওসি নামোইনুবু খোয়নৌ মতালক্তা তবা চাকচানবা কাংকাপ কুম্মৈ শান্নববু যাওহল্লোই

খল্লদুনা নুমিদাং তবা চাক চাম্মিন্নবদা মমোম হাওসিগী মফমদা অসুম্নবু হায়বকএ। হাওসি নংদো হয়েংদি লৈকাই চাকচা হৈজানবা কাংকাপ কুম্মৈ শান্নববু যাওগে হায়ববদি তবা চানববু লৈতে হয়েং ঙন্না হৌবগা তাউথোংদগী মপু মবেনগী নাক্তগী ফৌ লৌকনবা থৌদাখি। হাওসি নামোইনুনা ইপল পলেম ইমাও কোবৌ নুমিৎ ১০ নিগী চানববু লৈবিএ ইনুং ঙাল্লবগা চৎলবদি তাউথোং লম্না তাম্বনীনা কোবৌ নুমিৎ চুপ্পদুমা মমাংলে হবাউ কুম্মৈ শান্নববু নঙলোইএ হায়জববু পলেম মমা পোক্তবীনা যাখিদে। হাওসি নামোইনুনা খোযনৌ মতাশিংগা লোযননা চাকচা হৈজানবা, কাংকাপ কুম্মৈ শান্নববু যাওনিংখ্রদুনা নুমিদাং তাংলৌ অথেংবা অদুদা মপু মবেনগী যুম তান্না লোইমোম যৌবু লৌবা চৎখি। মপু মবেনগী নাক্তা যৌববদা চেঙপোৎ লুবোই থুনা শেম্বীও হৌজিকমক তন্ন হন্দববু যাদবে হয়েং ইনুং ঙাল্লবদি খোযনৌ ইতাশিংগা লোযননা তবা চাকচানবা কাংকাপ কুম্মৈ শান্নববু যাওকগদবনে হায়না মপু মবেলগী মযমদা হায়জখি। অহল ওইববা মপু মবেন অনীনা কবি ৱানোদা ইবেম্মা হয়েং নোংঙাল্লগা চৎলুদা, পলেম নমা পোক্তবীনা নহাকপু তবা চাকচানবা কাংকাপ কুম্মৈ শান্নববু যাওদনবা তৌবনি। অসুম্না হায়দুনা মশু হাওসি নামোইনুগী তাংজা মশম নানবীববদা মতম কুইনা ঈবা মাযথম্ভদবগী হৌনবা মশম পুম্বদু খোইজুশুম ত্রব ত্রব খোযাজনবা মতৌবু উববদা পলেম মমা পোক্তবীনা ঈশুবু অসি যৌনা ওৎপীববকো হায়না তেংথা নাওইনা মশু মপু মবেন অহুম্মক্তো কপমিন্নখিযে। হাওসি নামোইনুনা মপু মবেন অনিদা চেঙপোৎ লুবোই শেম্বীও নশূবু থৌখাম্বীবা তৌবিবগনু হৌজিকমক পম্বদনা মোংবা শঙ্গায়দা বাযথুংলগে হায়বদগী চেঙপোৎ লুবোই শেমদুনা লৌৱায থক্তা থোনগক্তুনা মবেন মপুগী যুমদগী মোংবা মবাল যাই তম্না হলৱাযবক্লে। মপু মবেন অনিদি শোল্লবনিনা কবিশু তৌবা ঙম্লুদনা মশু নুপী হাওসি মাগী মতৌদুদা নিংঙমদনা কপ্পুনা খবাই থোঙ্গাল ফাওবা থিম্দোক্লকগা লেপ্পুনা যেংদুনা লৈহৌই।

নুবা হাওসি নামোইনুদি হয়েং কোবৌ নোংগা ঙাল্লগা খোযনৌ মতাশিংগা লোযননা হবাও তযাম্না তবা চাক চামিন্নদুনা কাংকাপ কুম্মৈ

নুংঙাযববু শান্নগনি খল্লুবদা অহিং তাংলৌ থেংলবা অদুদা মশাদা কবিশু অকি তুজুং পোক্তনা যাংদৌ লমখাংদা লাকপদা অহিং তাংলৌ লৈনা থেংমনখিদুনা তীনমু লাইমু ফত্তবশিংনা মথি ফোঙলকপবু থেঙনখি। হাওসি মাগী মতৌদা তীনমু লাইমু ফত্তবশিং অদুনা কবিশু অকি তুজুংবা পোকহন্দনা যাংদৌ লম্বীবু লমজিংবীখি। যাংদৌ লম্বী লমশাং লাকপদা খোইমোম লাইগী শাওন মশক ওইবা নমু তাইবঙ মী মানবা তম্বা নিপা মঙাখক পামেল পুংদোল (পোংহৈতোন) মথক্তা তোংলম্বদগী কুমথবরুগা হাওসি নামোইনুগী মফমদা নাব্রা অঙাং নতীক নত্তনা অহিং অথেংবা থাবল অসিদা চেঙপোৎ লুবোই পুদুনা নুংশি তেংথাবকপী নংবু কনানো হাযনা পাওহংববু নুবা হাওসি মাদি পাখৎখিদুনা লব্রাই লেম্ফুগী মশম চপ চপ যুংনা কোকচাওবী কাখি। হাওসি মাগী মতৌদা কিবে হাযবসি খঙলদুনা তম্বা নিপা মঙা অদুনা কিগনু ঐখোযসু ঙাংঙোয পাখংনে অশোয অঙাম থোক্তনা মোংবা মবাল যাইদা ব্রাইথুংলুবো হাযবন্নগা খোইযম শাযন ওইবা নমু তম্বা নিপা মঙা অদুদি মফম মবাং খঙদনা মাঙগ্রবদা হাওসি নামোইনুনা মদোম অসুম্নবু শোনজখি। ইহে ঐদি নমু তাইবঙ মীবু মাল্লুবে খোইযম লাই ওইবেকো নদাইবেম ঐহাকপু খোইযুম লাই নখোয খিবিক্লা থৌজানবিযো। অসুম্না হাওসি নামোইনুনা মপুক্লিংদা নিংনা নিংনা লাকপনা যাংদৌ লমখাংদা পাম্বা কৈবেন অথৌবনা মমিৎ মৈবুন থান্দুনা লৈবম্ববু লমওরুববদা হাওসি মাদি পাম্বা মাবু খুকমজেদি হাযববু শ্বায লাইনা পাখৎপনা লব্রায লিতোন শাৎখিদুনা মদোম পাম্বা মাংদা তুথখি। পাম্বা কৈবেন মানা হাওসি মাবু মচিঞ্জাক ওইবদি লাইবদুনা নাওব্রা হাওসি নামোইনুবু হুন্দোক্লন্নগা লাংখোংদা চোংশিনখি। নাওব্রা অঙাং হাওসি মহাক্লা হৌগৎলকপা মতমদদি পাম্বা মাবু উদ্রবদা মদোম অসুম্নবু তেংথাজবকই। হা পলেম ইমা পোক্তবী নহাক্লা নমোম ঐবু শিশুনো নাশুনো খন্দুনা লাক্লববু পাম্বা মানা যাথোং লোনগ্রবদি নমোর্মদি মাঙজবেদো ।হা পাম্বা কৈবেন অথৌবা ননাই নুপিজা নাব্রা ঐহাকপু কনবিযু হাযনা খুকমজখি। অসুম তৌনা তৌনা চেঙপোৎ কোক্তা পুদুনা থুনা যাংনা যাংদৌ অতাম্বদা মদোম লাকপনা কোবৌ নোংগা ঙাল্লক্লদুনা তামনাগী খোঞ্জেল, লমখুনুগী খোঞ্জেল তাববদা নাওব্রা হাওসি মহাক্তো মদোম মপুক্লিং নুংশিবক্তুনা কপচখি হাযদো।

খোযনৌ মতাবোইশিংনা হাওসি মাবু উন্নকসি হায়দুনা অয়ুক যেন্দা মাংদা ঙম্না হৌদুনা মতা হাওসি নামোইনুগী মোংবা মবাল যাইদা চত্তুনা পলেম মমা লৌশিগাম চনুগী মফমদা মতা হাওসি নামোইনুবু হঙজখি। পলেম মমা লৌশিগাম চনুনা নতাবোই হাওসি মহাক্তি ঙবাং নুমিদাং তাউথোংদা লোইমোম ফৌ লৌববু চৎখিএ হাযনা পাওখুন্নবদা খোযনৌ মতাশিংনা মতাবোই হাওসি মাবু ওক্লুসি হাযদুনা লাকপনা লমলেন খুনদিনবী লম নামুংদা মতা মাগা লমওক্লখি। খোযনৌ মতা মযাম্না হাওসি মানা পুবকপা চেঙপোৎ লুথোং অদুবু লাউ লাউ ইতা হাযনা ওক্লগা পোখামিন্নখি। হাওসি মানা যাংদৌ লম্বীদা লাকপদা খোইযুম লাইবু ওক্লখিবা পাম্বা কৈবেল থেংনখিবা পুম্নমক ৱাবী লীদুনা খোয়নৌ মতাশিংগী মফমদা পাউদম্লবদা মখোয মশেলদি কপমিন্নখি। খোযনৌ মতা হাওসি মানা পুবকপা চেঙপোৎ লুথোং অদুবু হাওসি মাগী মহুৎ শিন্দুনা মতাবোইশিংনা পুবক্লগা মোংবা মবাল যাই ফাওবা থিনবিবম্লগা মতাবোইশিংদি মাগী মাগী যুমদা হন্নখি। লৌশিগাম চনু পলেম মমা পোক্তবীনা মমোম হাওসি নামোইনুদা পোখাবগনু হৌজিক থোংনবা তবা চেঙবু লৈতে ফৌ শুদোকউ হাযনা থৌদাববু হাওসি মানা তবা চেঙ মচঙবু লৈয়ে হাযজববা ফাওবা পলেম মমা পোক্তবীনা হোযাদে। হাওসি মাদি শুক শুম্বল পুথোক্তুনা তবা চেঙভৌ তানববু যাংকোক খপচোই লৌববদা পলেম মমা পোক্তবীনা নাৱা হাওসি মাবু কুম্মে হবাউবু যাওহল্লোই খৰ্নখিদুনা ফৌ শুবা লোইবম লোযফাত্রিঙৈদা তবা চাক থোংদোক্লবা অমুক থৌদাশিল্লক্লবদা মমোম হাওসি নামোইনুদি পলেম মমা লৌশিগাম চনুগী মফমদা লৈকাই চাকচা হৈজানববু যাওক্নু হাযববা হাযনা পাওহংজববু পলেম মমানা তবা চাক চাবগা চৎলো হাযখি। নাওৱা হাওসি মহাক্লা তবা চাকপু থোংলবদা চফু তিলাং শৌবিঙৈদা পলেম মমাগী মফমদা কবি যেনশাং থোংউ হায়বগে পাউহংজববু পলেম মমা পোক্তবীনা শংলৌ চম্না থোংউ হায়বদগী য়েল্লাং অনৌববু হেক্তুনা থোংখি। তবা চাকপু থোংবা লোইববদা পলেম মমা লৌশিগাম চনুগী মফমদা তবা চাক চাবসি হাযদুনা পলেম মমাসু চঙলক্লে। পলেম মমা পোক্তবীনা শংলৌ যেনশক যেংনা কবি যেনশাংনো পাওহংববু হোয়দা পলেম ইমাও শংলৌ যেনখুং মাংনে পাউখুমজববু পলেম মমা পোক্তবী ফত্তবদা খম থেংবি অশিনবা হৈদগীসু হেন্না শীনবীনা অথিবা যাৱা মীচৈদা অসিগুম্বা যেনশাংবু কনানা চাবা

হৌনববা নমা শিখিবীদুবু পীজৌ হায়না হাওসি নামোইনুবু চৈবিবদা নত্তনা লাংলেন ৱাগী খাবৈনা হাওসি মাগী লৱায কোযবেনথক্তা থাবদগী নাওবা হাওসি নামোইনুদি ইঙাং পাক্তক্লদুনা ঈমু পামফেন্নৗনা মালেম লৈদা হাইথুববদা হাওসি মাগীনি হাযবদা কন্নানসু কোনখৎপীনবা লৈতনা লৈমায থক্তা অদুম অশিবগী পাংখক্কুম ৱাম্বদুনা লৈখি।

অসোমদনা খোযনৌ মতাবোইশিংনা হাওসি মাবু লাক্লুবদা ঙাযবা ঙম্লক্লদুনা হাওসি মাগী মোংবা মবাল যাইদা থুনা যাংনা লাক্লুনা পাউহংলবদা হাওসি মাদি ঈঙাং পাক্তক্লা ঈমু পামফেন্নদুনা অশিবগী পাংখক ওইনা লৈমাযথক্তা ৱাম্বদুনা লৈবম্বা অদুবু খোযনৌ মতাবোইশিংগী মনুংদগী অমনা থেংনখি। মতৌ অদু উকবদা পাখৎখিদুনা ইতা নঙদি মাঙলেদনা হাযদুনা খোযনৌ মতাবোইশিংদুনা তেংথাদুনা কপচখি। হাওসি মাবু খোযনৌ মতাবোইশিংনা ফক্লোং চবাই থক্তা চৈবৈ যি থাদুনা হিপহন্দুনা মতা মাবু লাইকন্নজখি। খোযনৌ মতাশিংনা ঙাইহাক পুংগোই লাইকন্নববদা হাওসি মহাকসু চেংলৌ মমিৎ পাঙলক্লুনা হৌগৎলক্লে। হাওসি মাগী মতৌদা খোযনৌ মতাবোইশিংনা হবাওদুনা ইতা নঙনা লাকমন্দ্রবদুদা ঐখোয মযামদি ঙায়ঙম্লক্লদুনা ইতাগী মোংবা শঙ্গাযদা চৎলসি হাযদুনা লাকপনি। মতম অদুদা ইতা নহাক্তি ইঙাং পাক্তক্লা ঈমু পামফেন্নদুনা লৈবম্ববু কবি মতৌনোনে ইতা হাযনা খোযনৌ মতাবোইশিংনা পাওহংববু হাওসি মানা পীবেম চাইজি মবাঙ হৌনা মতাশিংবু চিংনা যেংলগা পাওমেনখিবা মতাংবু অসুম্না শৈথাবি ;

> মতৌ কবিদগীনো অসুম পাউহংববু হাওসিনা মতাশিংবু উববগা
> পিবেম চাউজি মবাঙ হৌনা মতাশিংবু চিংনা যেংদুনা হাযজবকএ।
> হা ইতাশা নখোযবু ইতা নত্তবে পলেম পিবু শক্লা লাঙ্গোলবিববা
> ইমানে। ঐবু তাঙজা ইবৈতোনবু খৎচফদে চিনবান মোইকাইমাবু
> লেঙজফদে। লুৱাই কোযবেনথক্তা লাংলেন কোঙযাং মতাং
> খাবৈনা চৈপিএ। অবাং কোবৌ নুমিদাংগী মখৈ লৱাই ফৌ
> পুকবা লোনযিম নাক্তা যৌববগা তৌজবকপা মবম মখায
> পুম্নমাবু পাউদম মতোল লোমলে। অসিবু অমত্তনি হাযজগে
> ঐগীদমকপু হৌজ মপৈ মপৈ ৱাববী ইতাশা, নখোযগী লমন

> মপৈবু ঐনা শিংবা ওমলবোইএ। ইতা নখোয়দো অফ তানফংজরকও ব্রাবিগুনো শিঙলুপ লৈকাই খুঙ্গং হায়বিয়ো হায়ববদা হোয়দা ইতাও ইখোয়না তাকলুগদনে হাযনা মীয়াম সভা মাঙদা তাকলুবে। নাব্রা মপাউ তারে। চৈফম য়েংবদা লুবেনতোনবু যৈফাৎলে, পাযমা নিংশা ফাওবে। কোংপোন ঈবীক শৌএ। হে অঙাংও পাম্মুইএ শিগুনো মমা নগুগী যাথং তাগে চুন্না খুমও হাযববদা মাগী ব্রাবম লানবনা খুন্নঙাই লৈতরে। খঙলে খঙলে নহাশা মঙক কঙ থাংও মখুৎ তুংপুন্নবো মীহাৎপীনে। অসিদি থেঙলে হয়েং নিংথৌদা কৎসে। মিৎশেং খাঙও হাযরন্নগা খুঙ্গং চাবু তাবা সভা মীয়ামলক্তা তুন্নুরে হায়দবরা ?

অসুন্না লৈকাইগী খোযনৌ মতাশিং অদুনা লৈকাইগী অহল লম্মন পুন্নমক তাক্লদুনা হাওসি মাগী মবাল যাইদা খুংলখি। পলেম মমা পোক্তবী লৌশিগাম চনুবু লৈকাই অহল লম্মনশিংনা ব্রাহং পাউহংলবদা মানা লাল্লববনিনা পাউখুমনিংঙাই কবিসু লৈখিদে। লৈকাইগী অহল লম্মনশিংনা লৌশিগাম চনুবু মখুৎ তুংবুন্নরো মীহাৎপীনে মহাক্তি ঙসি থেঙলে হযেং কৌবা নোংদা ইনিংথৌদা কৎসে মিৎশেং খাঙনা শঙও হাযবন্নগা মবাল য়াইদা হলব্রাযখি। নাওবা হাওসি নামোইনুগী খোযনৌ মতাশিংনা তবা চাকপু পুৎক্লনা খোযনৌ মতা হাওসি নামোইনুবু তবা চাক চামিয়সে হাযববু হাওসি মানা ইতাশা ঐবু তবা চাকপু চানিংদবে নতা ঐদ তাইবঙ নমু পোংবু ওইঙল্লবোই খোযনৌ ইতাশা নখোয মযাম্বু পুন্সি চাবী কুই বাংঙম খোংদোন শাংনা চাবোক কাদং শীন নাউদা খোংফাং লেংনা পুন্সি মতোল লোল্লকউকো। লাইবক থিবী নতা ঐহাক্তি কোবৌ থক্তা নোঙ্গাখ্রবী পলেম ইমাগী খোঙ্গুল লীদুনা তাইবঙ পানবু থাদোক্লনা চৎলগে। পলেম ইমা পোক্তবীনা ওৎপা নৈবদা খাঙঙমদ্রে। হা খোযনৌ ইতাশা নখোয়না শেৎপীবা চৈবৈ অসিনা ইত্তু ইমান ওইনরগে, থবাক্বী থাখুম ফি অসিনা ইশা শাগল ওইনা হাকশাং পুন্না লোযনগে। সেল্লোয় হুইচারিক হুইনিংনাং নিংনাং য়াংশবিকপু ওইনা শাওল্লগে নুংবান ইপা লাই লুব্রাং ইপু লাইও ননাইদি য়াইথিবীনে ঐনা নিংবা থুংহনবীয়ু হায়না মপা মপু লাইবু খুকমজখি। অসুম তৌদুনা নুংবান মপা মপু লাইনসু কুবিরদুনা নাওব্রা হাওসি নামোইনুদি সেলোই নিংনাং যাংশরিকপু ওনখিদুনা ইঙা কুমগা তম ইঙেল কুমখাযক্লবগে হায়না খোযনৌ

মতাশিংদগী অবোইবা যাৱা খোনফমদা পাওমেন্নজখি। মপন পন্থৌ অপোকপা সেনবী কবো লোইথৌবা চৎখিববু হল্লকপা ঙাযদুনা যুমগী শাইজিন্দা থুপ্পুনবু লৈখি।

অসুম্না হাওসি নামোইনুনা হবি নোংনাং ওনথ্রবদা খোযনৌ মতা মযামসু হাওসি মাগী মতৌদা ঙকপগী ঙমখৈ লৈতনা খোযনৌ মতাবু কৌদুনা কপচবা নত্তনা কবি উপায লৈখিদে। পলেম মমা পোক্তবী লৌশিগাম চনু ফত্তবীবু মখোয মতা মযাম্না শাওদুনা মপোক মপোক খুদিংমক্তা নপাবি শাংকনু নমোম ফুইগনু হাযনা শাওনা হাযবল্লগা মবাল য়াইদা হলৱাযনখি। মপল পন্থৌসু কবো লোই থৌকবদগী হলৱাযবক্তুনা কেগে মোইবাং যিমখু পোংলেন হনবদা কবো লোইপোৎ কৎলল্লগা মোংবা মবাল যাইদা ৱাযথুংলবে। মমোম হাওসি নামোইনুগী চেঙলৌ মশক উবক্তবদা মমোম্মু কদাযদা লৈবগে খোম্লেন ঐগী মংলানচাবু নুংঙাযবমদে পোনবী ঐগী তেনৱা লোইজববু পোনবী লাপ্পা পাইখিববু চেক্লা হনজিল্লক্তনা খোম্লেন মীকপ থোক্লকএ হাযনা মশানৌ তাল্লোয অতোনবী লৌশিগাম চনুগী মফমদা মঙবু তমখি। লৌশগাম চনুনা হাওসি নামোইনুবু থাংঙা লৈকাইদা চৎথ্রিববা খঙদে হাযনা খুমখি। তানজা অসিমক্তদা লৈকাইগী নিপা নুপী অহল নহা খাক্তনা হাওসি মাগী খোযনৌ মতাবোই খিবিকসু শুনা লাক্তুনা তিল্লবদা মপল পন্থৌগী মফমদা থোর্কখিবা থৌদোক পুম্নমক অমত্তা চিংখদনা লীববদা হাওসি মাবু পোকপা মপল পন্থৌ সেনবী লোইকেনবদি অঙাওবগী পান্দমগুম সেনবী কবো লমদগী মমোমগীদমক লৈবকপা স্না লীক কোন চৈবৈ ফি পুম্নমক পুথোক্তুনা মখোং মখুৎ শৎ তিংথোক্তুনা মমোম মাবু কৌ কৌদুনা নোং খোংবগুম কপচখি। নমু লৈকাই মীযামসু হাওসি মাবু পোকপা পন্থৌগী মতৌ যেংবদা ঙমদ্রদুনা নোং খোংবগুম কপ্লখি।

অসুম্না কপ্লবিঙে তাল্লক্তা হাওসি মানা ওনখিবা হবি নিংনাং যাংশবিক্লা মপল পন্থৌবু যেংদুনা শাইজিনগী ইকা মবক্তগী মপল পন্থৌ মপাবু খুকমজখি। লৈকাইগী খোযনৌ মতাবোইশিংনা হাওসি মানা ওনখিবা ইকালক্তা লোত্তুনা লৈবিবা হবি নিংনাং যাংশবিক অদুবু শকতাকচববদা মপল পন্থৌ সেনবি লোইকেনবদি খাঙফম খঙদনা মমোম হাওসি নামোইনুবু কৌদুনা ইমোম নংবু অমুক্তদি তাইবঙপানসিদা হল্লকখোগবা হাযনা পীবেন

খকমা তানা কপচখি। তাইবঙ মীবোল থোকপা মপাগা লোনথোক্তবা হবি নিংনাং য়াংশবিক্কা মুন্না য়েংনবা নত্তনা কবিশু খঙনদ্রবদা খোইযুম মানা হাওসি মাগী পীবুক্লুংদা চঙদুনা নমু মীবোল থোকহল্লে। মপল পঙ্খৌগী মফমদা হাওসি মানা তেঙথা নাওইনা হায়র্জখিবা মতাংদা অশৈবনা ফোঙদোক্লিবা ৱাখললোন অৱাংবা থাক্কী মশক্লি; অশৈবনা শীজিন্নবিবা লোন ৱাহৈ ৱাতা কযা অসিনা মণিপুরী লোনগী লোইনাইদ্রবা পুক্কেবু মপুং ফানা উহল্লি।

খোইয়ম ইঙাইবোয়শিংও, হাওসি মপা মচা অসিবু নমু মীবোল তিন্নদববনিগীনা মপানা কপনা হায়ববু মচানা খঙবা নত্তবে। অসিনিগীনা য়ুথক পুংজা মবমদবু পোনবী চোংঙা লোন্দম চেকনা তেন্নোই লোনথোক্লপগুম নমু মীবোল থোকনা পঙ্খৌ মপা মচাদো চিনলেন নিঙথিবা যাথং নুংওনবা নুংশি মৈচাক খাইনা ৱা তাইবঙপানবু হুল্লান ৱা পুংমা যোনবু নমমুক ৱা খোয়নৌ মতাশিংবু খাইনা ৱা, মমা মতোন মচে মনেম মবেল ঙাইবীশিংবু শেৎন ৱাবু নুংওন খোযবু কায নুংশি পন্দোল লোম্না ঙাঙনসুনো। অসি হায়নববগা লাইনা পাযমা মপুকনুংদা চঙনা নমু মীবোল শঙশঙ থোক্লকএ হাযযে। মপলনা হন্না হন্না হংএ। অসুম পাউমেঞ্জববু মমোম হাওসি নামোইনুনা পাউখুমলকএ। হোযদা ইপলও অসাইদি নমু মীবোল খঙলমদে। ইপা ইবুংঙো হৈবাঙ ইচা যান্না তাউর্জিং ইক পনবিবা হাওমন খোমশি লৈগুম ইতোন নৌনা শিওংবীবা ইপা নঙনা নুমিৎ চৈয়েনবা ঐবু পোকপা ইমা নুমিৎ শিংবুম ৩০০ নি লোইদাম থাবুম ১০ নি নাউপুদুনা পোকপীবা ইমানা থবা লান্নংবা কবম্বদা থোক্লবা, অদু নত্তনা কোবৌ ইনোংথৌনা লানদাবা ৱাংবা ইকাশানা খোঙহৌ ৱাগীবা পলেম পিখোয় লেনগীবু ৱাইথুংলববা। ঐবু কোবৌ ইনোংথৌনসু লান্দাদে ৱাংবা ইকাশানসুং খোঙহৌদে। পলেম পোক্তবীনা যোকপা ইমা ফত্তবীনা লাঙ্গোলবা, শূবা মশীং থাবিদে, চীংদা কাদনা শীচলও মচলএ, পাত্তা কুমদুনা লোংখোলও মখোলএ। লৈকোক মাবু ৱাৎহন্দে, লৈকাই মাবু পোইহন্দে। লৈকাই চৈবৈ ফিশীং নৈএ। ইমা নকমপানগীনে য়াওজগে হাযজৈএ। যাওফবোই হায়দুনা শাবীদে যাৱা নবন্নাইনা শাজৌও হাযএ।

অসুম্না মপল পম্বৌগী মফমদা হাওসি মানা ব্রাবৌজনা নুংহিক্লবা ব্রাহৈদা হা পম্বৌ অপোকপাও নমোম ঐবু পম্বৌ ইপা পলেম ইমানা নাওনৌবদা কবম্বা নুমিৎ থাদবু নাওনৌখিবনো নমোম ঐদি যামজেং লাইবক থিনা পোক্লবনিনা পলেম ইমানসু নাউযোক নাউকোনবা ফংদ্রেদো, পোক্কবী পলেম ইমানা নাউযোকপদা নমোম্বু কোবৌ নুমিৎ অমত্তসু নুংঙাযনবু লৈঙমদে। পলেম মাগী যাথং থৌদাদা মিৎকুপমবু পোত্থাবা ফংঙমদে। পম্বৌ নংনা সেনবী কপো লোইথৌবা চৎথ্রিঙৈদা পলেম পোক্কবীগী ওৎপা নৈবদা খাঙঙমদ্রদুনা খোযনৌ ইতাশিংনা শেৎপীবা চৈবৈ ফি অদুনা ইশা শাগল ওইবগা তাইবঙলক্তা লৈনিংদ্রদুনা তাইবঙ মীবোল থোক্রবা সেল্লোই নিংনাং যাংশবিকপু ওন্দুনা পম্বৌগী থৌগলবু মতোল লোম্না তৌঙমদ্রবগীদমক নমোম ঐবু ব্রাবৌবীগনু হাযনা মপল পম্বৌগী মফমদা পাওমেনর্জাখি। পলেম পোক্কবী নমু মীহিংচাবীও নঙসু ঐবু শাৎপা পম্বৌগা কেগে মীবা অব্ববা মোইবাং মীথৌ অচৌববু পুমিন্নদুনা পালহৌবো। ঐগীদমক হৌজা কযাবক বাজববী খোযনৌ ইতাবোই নখোযসুং পুন্সি চাবি কুইনা পুন্সি নুংশাংনা পাল্লকউকো। অসুম্না হাওসি নামোইনুনা অবোইবা খোনফমদা মপল পম্বৌ অমসুং খোযনৌ মতাবোইশিংবু কাযনবগী খোনফমদা পাওমেল্লম্লগা মোইবাং নিংথৌ যিমখু পোংলেন হনবগী ইংখোল চাইগোইনুংদা নোংঙাল্লকপগী চীংখৈ যাকৈননা শঙ্গাই কোনলোই নুংলানচান্দা নোংদম নোংখাযদুনা লৈবক্বগে হাযদুনা হবি নিংনাং যাংশবিক ওইদুনা পাইখি। মতৌ অসুম তৌদুনা হাওসি নামোইনু কৌবা লাইবিক অসি মণিপুবী সাহিত্যগী চহীচা ১৮ গী লোয়শিল্লকপা লাংদাইদা ইবম্বা তোপ তোপ্পা মচল অমনি অদুগা অশৈবগী খুখাসু তোপ তোপ্পা অনি শুদবা খুত্থানি।

মতৌ অসুম তৌদুনা মণিপুবী সাহিত্যগী মচল অমা ওইনা ইবম্বা হাওশি নামোইনু কৌবা লাইবিক অসিনা মণিপুবী সাহিত্যগী তোপ তোপ্পা মশক অমা উৎপদা নত্তনা হেন্না মবাং কাইবা পুক্কে অমা ওইহনবদা চাওববা থৌদাং অমা যাই। ☐

# খাহি ঙম্বা

তবামাপল শুবা চহীচা অসি মণিপুব সমাজদা হিন্দু ধর্ম্মনা চাওখৎপগী খম থেঙবা মতমনি। হিন্দু বৈষ্ণবীজমগী সভ্যতানা মপাল মবা তানা শন্দোকপা হৌখিবদগী চহীচা ১৯ অাসদদি নোংচুপলোমগী মীওইশিং মবাং কাযনা লৈবাক অসিদা চঙলক্কুনা লৈখি। ব্রাহ্মনশিংনা মীওইশিং অদুগী মনুংদা খ্বাইদগী মপুং ওইবনি। মণিপুবদা হিন্দু ধর্ম্ম শন্দোকপদা ব্রাহ্মনশিংনা চাউববা থৌদাং লৌদুনা মণিপুবগী তম্পাক্কী লমদমদা হিন্দু ধর্ম্মগী ফজববা মশক অমা চহীচা ১৯ অসিদা উবা যংখি। অদুবু মাযোং অমবোমদা চীংগী লমদমশিংদদি হিন্দু ধর্ম্মগী শাফু অসি চঙবা ঙমখিদে। নোংচুপলোমদগী গৌবিযা বৈষ্ণব ধর্ম্মগী অকনবা শাযুনা মণিপুব যৌবক্লবদা লমদম অাসদা হান্না লৈবম্বা অমসুং চৎনবম্বা লাইনিং লাইশোনগী লমদা অনৌবা যাওং অমা লাকখি। মপাল লমগা শম্নকুবদগী তক তকবা লূববা ঈচেল কযাসু লমদমসিদা চেংশিল্লকাগ। লৈবাক অসিগী হান্নগী লৈজবম্না চৎনবী হবাউ কুম্মৈ লাইনিং লম্হংশান যিজেৎ লৈতেং চাকচা যথক যুমলৈ কৈবৈ অসিনাংবো কয়া মাসগী লমদসু অনৌবা মতোংবা কযা লাকখি। চহীচা ১৯ অসিদা ওইখিবা সমাজগী কিভম অদুবু মতম অদুগী মণিপুবী সাহিত্যদসু মযেক শেংনা মনি ওই। মতম অদুদা মমাবোন্দা লাইবিক ইবগী চাং অসি অসুক্কী মতাক হংখি। লোনাক অসিগী মশাগী ওইবা বাবা পবীংদা ইবা লাইবিক্কী মশীংদগী মপালগী হিন্দু ধর্ম্মগী প্রভাবনা মপুং ওইবা লাইবিক্কী মশীংনা হেন্না মবাং কাযনা ইখি। মতমদুগী লাইবিক লাইশু হৈববা অইবাশিংনা মপালগী লোন সংস্কৃত, বাঙ্গলা তম্বদা হেন্ন পুক্নিং চঙখিবদগী মশাগী মমালোন্দা লাইবিক তম্বা অমসুং ইবগী চাং যাম্না তাখি। মতম অসিদা মৈতৈ মযেক্তা ইবা লাইবিক্কী মশীং যাম্না হন্থখি লোযননা মৈতৈ মযেক্তা ইবা তোক্কুনা বাঙ্গলা অমসুং সংস্কৃত লোন্দা লাইবিক কযা মকুম ইখি। অদুমকপু মবৈবাক মবমদম অসিবু থম্মোয শেংনা নুংশিজবা অইবা কযানা সংস্কৃত অমসুং বাঙ্গলা লোনগী থিংবা ঙম্নদনা চেত্থবকপা ঈচেলবু নাথিনবগা

মমালোন্দা লাইবিক কযাসু ইখি। মদুগী মনুংদা লাঙ্গোই শগোল থাবা, খাহি ঙম্বা, ঔবা ঙম্বা, গম্ভীরসিংহ নোঙ্গাবা, শামু ফাবা অমসুং গোবিন্দ লিংখৎপা, চহুই লৈবোং পাম্বা, রূপবাল, ভক্ত চরীত, চন্দ্রকীর্তি জিলা চঙবা থোইদোক্লা শীংথানিংঙাই ওইবা লাইবিক ঙাক্তনি। মতৌ অসুম তৌদুনা মণিপুরী সাহিত্যগী লেপ্তুনা চেষ্টবকখিবা ঈচেলদা চহীচা১৯ অসি লাইবক থীবা মতম হাযবদু ওইখি। মমালোন্দা লাইবিক পাবা ইবা তোকখিবগা লোযননা মণিপুরী লোন্দা ঈশৈ শকপসু তোকখি অদুগা মীগী লমগী লোনগী ঈশৈনা লমদম অসিগী হবাউ কুম্মৈ দেব কন্মগী থৌবমদা মীবমদমগী লোন্দা শকপা শোনবা হৌখি। অদুম ওইনমক অচৌবা যাওন অসিগী মবক্তসু মমালোনবু নুংশিজবা লাইবিক লাইশু হৈবা মীওই খবদং ওইববসু লমদম অসিদা পোকখি। মখোযশিং অদুগী মনুংদা লোংজম পবশুবাম, নিংথৌজাম্বা মাধব, চিংঙাখমচা চাউবতোন, সবাংথেম সুবপানন্দ, থৌদামচা চাউবাতোন, খুমুজাম্বা পুর্নচন্দ্র, অসিনচিংবা কযা অসি থোইদোক্লা শীংথানিংঙাই ওই।

মতৌ অসুম তৌদ্না চহীচা তবামাপলদা মৈতৈ নিংথৌগী মতীক মগুন, মবিংজেল, মথৌনা, তৌবা ঙম্বা শাক্তিগী মতাংদা শৈথাদুনা ইবম্বা লাইবিকশিংগী মনুংদা খাহি ঙম্বা কৌবা লাইবিক অসি থোইদোক হেন্দোক্লা মণিপুবগী ইতিহাসতা যুম্ফম ওইবা শীংথাবদা মতীক চাবা লাইবিক্নি। খাহি ঙম্বা কৌবা লাইবক অসি মহাবাজ গম্ভীবসিংহনা বটিশকী মতেং পাংদুনা খাসিযা অমসুং জযন্তিযাশিংবু মাযথীবা পীখিবা মতাং অদবু শৈথাদুনা ইর্বনি। লাইবিক অসি মহাবাজ চন্দ্রকির্তি মা হাক্তক্তা বিপুজিৎ সিংহ বাজ মন্ত্রীনা মপা ইবুংঙো গম্ভীব সিংহ (১৮২৫-৩৪) মহাবাজনা অদুঙৈ খাসিযা অমসুং জযন্তিযা ঙমখিবগী বাবী অদুবু তুংকোইনা কাউদনা লৈহৌনবগীদমক মনাই চিংঙাখম চাউবতোনগী মফমদা লাইবিক ওইনা ইথোক্লবা হাযবদগী শৈহেক শৈদম পান্দুনা ইখি। লাইবিক অসি মৈতৈলোন অবিবদা সংস্কৃত ব্রাহৈ খবা খবা মবক মবক্তা থেৎলগা ইবমই। মহাবাজ গম্ভীবসিংহনা বৃটিশকী ইষ্ট ইণ্ডিযা কম্পানীগা মবী লৈনকবদগী মহাক্কী মফমদা বৃটিশনা মতেং নীবকপদা হবাওনা যাবদুনা নিংথৌ মচা ওইবগী ফজববা ব্যাবহাব মরূপ ওইবগী মফমদা উত্তুনা লৈবাক্কী অকন অথৌ মনাই মশল ফম্নাইবা কযামকমগা লোযনদূনা মখোঙনা থোংনা খাসিযা জযন্তিযাদা খোঙলেঙদুনা খাসি অমসুং

মণিপুব অনিগী মাযকৈদা শোক্লখিবা অকনবা লানফম অদুবু শৈথাবদুনা খাহি ওম্বা কৌবা লাইনিক অসিদা মবীক চুম্না শৈথাদুনা ইবমই। ইষ্ট ইণ্ডিযা কম্পানীনা সিলেট খুদুম চল্লবা তুংদা খাসিযা জযন্তিযা জয তৌগে খন্দুনা লান্দাবা মতমদা চঙবা ওমদ্রবদা মৈতে নিংথৌ গম্ভীবসিংহ অমসুং নবসিংহ মচিন মনাউগী মফমদা বৃটিশ সবকাবনা খাশিযা জযন্তিযাদা লান্দাবদা তেংবাংবীনবা হাযজবকপদগী খৃ. ১৮২৯ দা সিলেটতা খোঙলেঙদুনা মৈতে লাম্মী তেঙ্গোলগা বৃটিশ লাম্মী তেঙ্গোলগা লম যেম্ছোক্লবগা খাশিশিংগী মথক্তা লান্দাববদা মৈতে লাম্মীনা হান্না খুল থুগাযদুনা খাসি নিংথৌবু ফাবগা বৃটিশকী মখুত্তা শীন্নখি।

খাহি ওম্বা কৌবা লাইবিক অসি শ্রী পঞ্চযুক্ত চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহ মহাবাজ স্না হাকথক্তা শ্রীযুক্ত বিপুজীৎ সিংহ বাজ মন্ত্রীনা মপা ইবুংঙো শ্রীযুক্ত গম্ভীবসিংহ মহাবাজনা (১৮২৫ ৩৪) খাসিযা জযন্তিযা ঙমখিবগী বাবী অদু কাউদনবা মনাই চিংঙাখমচা চাউবাতোন সিংহবু ইহল্লম্বনি। লাইবিক অসিগী অহৌবদা ৱাহৌদোক ওইনা মখাগী অসুন্না ইবি;

লাইবেল মৈতেংঙু নাউচিংঙলেন নোংদ্রেনখোম্না চীঙনুং থবাকলৈ, থবা নোংদ্রেন অঙেনবা নোংথৌবেল ৱাযবা শাদা নোংদা লৈবাই শুবৌ খোই, লৌখোই হামলম্বীচা হামুন চাব লেপনৈববু চামতোংদবিবাদি মচেং চল্লাইবোই কচেং চামফাদা খোইজং চামতানদবিবাদ মবাল ওঙ্গেবোই তেনশিংবা চেক্লম্বা হুযেল লান্দা নোংদা পোন্নী শুকড চেকানংথৌ তুবি হীকোকপা লাইবেল ফিফৌবা চামাবু চাকযেন্নবা চেকুম্বা পাম্বা কৈশিঙলেল লাংগোই শাযাম উনা থিংলৌ থবোনপু যাওবৌ শাযাম ফাববু মশিঙ থিঙমদবা লাইবেল পাঙ্গল নাপা থোকপা শুন মত্তীক অকাবা যাইফা মিংচৎ থোইবগী নিংথৌ মমান্নবা স্না চোঙলেন খানবা পুন্নমনা শোংকিনবা লোইবী লমযাং ওম্বা হুযেল কোকদং ফাবগী লাইবেল স্না হাকথক্তা লাইবেল মপাবি বাজ মন্ত্রী বিপুজিৎ সিংহ পাযমা লিন্দাংশাং লৱাই হাযুবোনগুম মবীচৎ, হাদাংশাংগুম মতালামনা নমু মীপুকনুংগী ৱাবম মপা খঙবা কোলোয মীযাথং যাথং মীপাউমেনবু চৈবৈ ফাবুল ওককুম কোলোয পাউখুম ওম্বা ৱাবম তাঙনা খঙবা লৌশিং

> লাইজা ঈবেন পুঙগুম লিক্লাই লৌশিং মথোকলকপনা ঈদাইবেম তাম্বোও চিঙঙাখমচা লাংজেং মথোকলকপা নঙবু লাউও! ঈযু লাইবেল মৈতেঙঙু তুবি চিঙলেন নোংদ্রেন খোম্বা লাইবেল চিঙখবও নোংলেন পাইগুম্বগী তুবি থযাও মথৌনা চুঙশেল মবান ওন খাহি খুনঙম শৈবু শৈশেমও। তেংথা শৈশক খুদিংদা তমুম ঈবিঙঙাগী ভক্তি ঈথৌখনবু ওইজসে। অসুম পাওমেনখোনগী লোইযম নোংযায নহা কবি জযবাম অতোন পুম্রম্বা পণ্ডিত মকোই পার্টনিংশিংগী সেবক মপাবি চাউবাতোন তানথোও চিঙঙাখমচা লৌশিং নাউব্রা শৈদমপান তিংগোই মালেম লাইশম হৌ পোম্বী চোঙঙা লোন্দম চেককুম পাযমা শিললৈ বোম্বনা অশৈ তেংথা শৈওন লাক হেম্লী নাতৈ থিনা শেমলমশৈনে। মপাবি নাউব্রা শৈদমপান তাম্বোও চিঙঙাখমচা তুলসিংহ লাংজেং মথোক্লকপনা কোর্ব্বাক মাঙদা থা কাওগ্র মিতম যেক্লা ফাবৌশৈনে। তুবি মতীক থাঙমদনগী লওজা অযোনবা খৈবিকপু লাইবেল শ্রা খুযাবেম্না হন্ন হন্না ঙাকপীঙনে।

মণিপুবগী নিংথৌ গম্ভীব সিংহ মহাবাজনা বৃটিশকী মফমদা লাল পাঙখিবা মতাং অসি মমিং লৈববা লাইবিক চৈথাবোল কুম্বাবাদা অসুম্না ইবি ;

> ২২নি নিংথৌকাপতা শ্রীযুৎ মহাবাজ শিলেভা সাহেপ খাহি নাপা ঙমদবে হাযনা তাঙ্কুনা লান পাংবা চঙখিযে। নবাক গোবর্নব ইস্কা শ্রী মহাবাজপু ওকলমযে। শ্রীযুৎ মহাবাজনা সাহেপকা লোযননা খাহি নাপা চৎযে। তেশাও লৈবাঙ্গা সাহেপনা শেম্বা সিফাইকা মৈতৈগী সিফাইকা লম যেন্ননা লান চঙযে। মৈতৈ সিফাইনা হান্না খুল খুগাযযে। খাহি নিংথৌ ফাদুনা সাহেপ্পা পীবমযে।

খাহিঙম্বা কৌবা লাইবিক অসি শৈবেং মানবা বাবেংদা ইবমই। চহীচা ১৯ অসি মণিপুব সাহিত্যদা ব্রাবেং সাহিত্যনা মপান মউ ফনা চাউখৎলকখিবা মতমনি। মতম অসিদা মণিপুবী সাহিত্য অসি বাবেং সাহিত্যগী যুগনি হাযবদা কবিশু লাল্লোই। খাহি ঙম্বা কৌবা লাইবিক অসিগী ইবিবা মওংদি লাইবিক অসিগী অহৌবদা অসুম্না ইবা হৌই ;

নযোন মৈতৈ লৈমা নোংশুবোন খুম্বোংশু থোংনাং মাইবং লাম্বাবী হুয়েন কাকন্না ফাবী মযু নোংশু অহানবা শান্নাং নোংফু মহুমনুংগী চিঙভু আইথে যায়মবা স্না ঈবু চিবৌ ফবী, পুনুং লেম্প্রা শাদনা লমলেন ঙামুবাদা পানবা লৈ, ওকলেন লাবা খুবৌলৈ লাইবেল লাবা খাঙযেৎলৈ লৈবাং চুমবুন খৌথাং লৈশুম থোইনা হেন্না হেমোইবী শেকমাই ঈমায শম কোয়বেল লমজাউ ঈ, অঙৌবা নিংথৌ তোবানা যাওবৌ শাযেং কাই হৈবেম নিংঙোন খোংদা তবা চযোম খোমহানমনগী খ্রামল অংঙেচা অথৌবা স্না যেম্পাক তুপ্পবু কাইনা হুনবী ঈবেম্মা হৈবেম কেবে চিঙ খুঞ্জাল লাল্লমথেল চব তাংশোই লান্দ। চোযনৌ স্না খোমহানবী ঔন্না তখেং ফাবীগী পাযমা স্না লিনগোযগী লিক্লাই স্না খোমমদোন চৈবে যিজি নাহোংতোন উনৌ কোন্দেকোয়া হুনবশুন্না মৈতেংঙু খল্লাং অতোনবা মযু খোইয়ুম লাইনিংথৌ, উবেল উথা নিংথৌবা উথা লাংগা ফাবগী খোইমোম স্না মামংলেনবু মৈনা ন্নাযনা মিংথোং যবা লাইবেল মৈদিংভু গম্ভীর্বাসিংহ তুবি চিঙলেন নোংদ্রেন খোন্না কোবৌ নোং শিঙজঙশুন্না কোবি পাথাঙ থোংশুন্না তুবি লিক্লাই নিংথৌবেল তেন্দোং নম্বো চাওনুংগী কিযাং লমঙম তেনশুন্না নুঙখেল চামিলৌদা খৌশাবা নোংচুপ মাইবঙ চীংবু চিঙখুন থৌবা ঐবাবতী লৈস্না হাগোক ঈবু থাঙলেন নাগা হাইনা হংথি শেল্লোয ঈদা তেনশিঙবা লমলোই ঈ মক চিঙলেন পানবাইবমদা থৌদাংবা লাইবেল মৈতেংঙু নোংথৌবেন্না থোংজু বাইবোকপা মশুমাঙ থোংলেন তাইবি লাংথাবাল চৈবেকাই লমমথক কাইবে কাই লম্মখা কাঞ্চিপুব লৈমযোন পোইবে স্না যোইকোয়ুং লাইবেল মশঙ্গাই শঙ্গাই নুংলানপান নিঙাথবা।

মহাবাজ গম্ভীব সিংহনা মতীক মথৌনা লৈনা মশানৌ নর্বসিংহগা লোযননা লাংথাবালগী কাঞ্চিপুবদা কোয়ুং ওইদুনা নুংঙাযনা পাল্লবদা ক্ষেত্র মপুংগাইদা লৈবিবা জগনাথ মখোং খাবু খুকল্লুগে খল্লদুনা মনাই হঞ্জবা লোমা নোংবাল লোংজাম্বদা জগনাথ মখোং খাবু ইন্দায়বা শেম শাবো হাযনা থৌবাং তৌবিঙৈদা শিলোং লৈকোযদা ফল্লিবা বৃটিশ (সাহেপ) না খাশিশিংগী

মথক্তা লান্দাবদা তেংবাংবীয়ু হায়না মতেং নীবকপদগী মহারাজ মশামক মৈতৈগী অকন অথৌ অমদি লৈবাক্কী ফম্নাইবশিংগা লোয়ননা বৃটিশকীদমক লান পাঙবা চৎখিবা অদুবু অসুম্না শৈথাবি।

লাইবেল পোইবৈ মৈতৈ নিংথৌ তুবি চিঙলেন নোংদ্রেনখোম্বদি শ্রী গোবিন্দ স্না মখোঙ খাদা ভক্তি কাওবী চিগা লূক্লা হন্না হন্না পুকস্নবগা ময়ু তুবি য়োইনোংদা নোংদা লাইবেল পাখংববু তুবি তাঙজা লূদা থোং চিঙজু খোইমোম লাইমক্লগা লাইবেল শমু মাংদা থা মদাইবেম নিংথৌ পুক্রিং খঙবা নীলমনি ইবোমচানা লাইবেল স্না ক্লাগোক খন, মোদোন সিংহ থিংবাইজম চানা তুবি স্না খুদোল খল, মেলান্দা নামৈবাকপনা লাইবেল স্না সেনা কখল, পার্থসিংহ চিবোমচা কম্পু হাওশি ঙমচিংবনা তুবি য়েৎথাঙ খল, লোমাসিংহ লাইশ্রমচা অহল্লুপ শেলুংবনা লাইবেল স্না ওয়থাং খল, নবসিংহ কোঞ্জেংবমচানা শিকাব নোংমৈ মাঙদা থা, অবুংতোন যোইবেম্বম চানা তুবি তিমেল মখুৎশূ লাইশম চুম্বল শাববু লাইবেল শমু মাঙদা ণানা, মদাইবেম অচোমচা লুরাংবা লাইফম লৌশি হঙবা অবোংবা মীশিং শূবা মেঞ্জব হাওসি ঙমজিংবগা ব্রাহ্মণ শাগৈবেন্দগী গুন হাওসি ঙমজিংবনা তুবি রাযবা শামাঙ চৎ হুযেল লানগী লানমাঙ থা যাত্রা খোঙশাল্লক্রে।

অসুম তৌদুনা গম্ভীব সিংহ মহাবাজগী মফমদা অবোংচা লাইফম থনবা, অপাউচা খাবম নাক্লৌ শিনবা, পাম্বা শৈশক্লববা কৈবেল তেংথানববা লালফমদা হৈশিংলবা অঙম্বশিংনা নিংথৌ মখোং খাদা অসুম্নবু পাওমেনজখি। লাইবেল কোবৌ ইনোংথৌও তুবি স্না খোঙলেঙবিগনু লিক্লাই নশানৌ ইবুংঙো পোইবৈ সেনাপতি অকনবা লানফম পাম্বা কৈগুম্ববু পোইবৈ লাম্মী কোঙ্গায পুবগা হুযেল লান পাংহল্লুসে হাযনা হনগৎখি। মহাবাজ গম্ভীবংহিনা মদাইবেম শিনৌ নোংথোম্বা মদনানন্দ হুইবেমচা হেবু পুখ্রন তেংমায লেপ্পা গৌবশ্যাম মাইস্নামচা, মন্ত্রী হবি সৌগাইজাম্বগা অহল্লুপ শঙলেন লাকপা হবি নিংথৌজাম্বা, নহারূপ শঙলেন লাকপা দেবেন্দ্রসিংহ কৈশামচা, খাবম লাকপা বিনোদ হাওবমচা, অঙম্বশিং অসিগী মফমদা মশানৌ নবসিংহগা লোযনদুনা পোইবৈ মৈত্রবাকপু ঙাক্লম্নবা যাথং পীখি।

মহাবাজ গম্ভীবসিংহনা মনাই মশল অমদি লৈবাক্কী অওম অথৌশিংগা লোযনদুনা খাসি লৈবাক্তা লান্দাকনবগীদমক খোঙশাল্লকপনা সিলেট মপুংযাইদবু ব্রাইথুংলবদা ফ্রিংগি সাহেবশিংগী মফমদা বোমা সিংহ লোংজাম্বা থাদুনা চিঠিদা পাউ থাখি। বোমা সিংহ লোংজাম্বসু সাহেব নাক্তা থুংদুনা বৃটিশ সাহেবকী মফমদা চিঠি অদুবু খুৎশিন্নখি। মহাবাজ গম্ভীব সিংহনা সিলেট মপুং য়াইদা কোবৌ নোংফাইদুনা লৈখিবা মতাং অদুবু অসুম্না ইবি ;

নহালনোং হয়িচক্তা য়োইবু খোইমোম লাইবেম্মা কালিকা
নোংথাং লৈমগী শমু মখুৎফাং মঙাবু কোবৌ থক্কী লংথব্রায়
খোইযম মৈবি তোমশৎপা মালং নোংশিৎ হুমমোইবা খোইমোম
লাইযিংথৌনা তৌবেল খ্বাওদা পুম্না থোং লাইবেল মপা
মীকৌননা কোলোয় মপাউ চাউনা মীকপলম মোংবিজাম্বা
শগোলশঙ অতোন য়াবা শজিকলোয হুপ্না তোনগা ফানবনা
ঘাতি হিদেল লেনগী হলব্রাফম শান্তিদাস অথোইবা বৈষ্ণব
বৈবাগ্য পাওকৌফম মংগল শিলোং মপুঙয়াইগী লাইবেল
কোল্লোই মশঙ্গায় শঙ্গায় নুংলান নুংঙাযবদা পোইবে পুম্না
মবাঙ হৌ ব্রাংঙম মানিন নাইনা বাইথুংলে। মদাইবেম কৃষ্ণচন্দ্র
উসমচা শামু নোংশু খুম্বোংচা তবেৎশেল্লুং হনবা অনীনা
লাইবেল স্না থৌগল তৌনা ফাযেং নোংফাইনা পোৎথাগ্রে। ‘—

মহাবাজ গম্ভীব সিংহনা মদাইবেম বোমা সিংহ লাইশ্রমচাবু ফ্রিংগি সাহেবকী মনাক্তা পাও থাখিবা অদুসু থিঙ্গবা তৌদনা সাহেব নাক্তা থুংখি। বোমা সিংহ লোংজাম্বনা মৈতৈ নিংথৌ গম্ভীবসিংহনা সাহেবশিংগী মফমদা ইবকপা চিঠি অদুবু বৃটিশ সাহেব খুত্তা শীন্নখি। মৈতৈ নিংথৌ গম্ভীব সিংহনা হাযবকপা ব্রাবম কযাসু ফ্রিংগি সাহেবশিংগী মফমদা অমত্তা চিংথদনা পাউদমখি। ফ্রিংগি সাহেবশিংদি পাউ অদু তাবদা ওমখৈ লৈতনা নুংঙাযখি। ফ্রিংগি সাহেবশিংনা হয়েং কোবৌ নোংঙালবগা বৃটিশ সাহেবশিংনা মহাবাজ গম্ভীব সিংহগী নাক্তা লাক্কুনা উম্নগনি হায়না ইবা চিঠি মবোল অদু পুবক্কুনা বোমা সিংহ লাইশ্রমচাদি তাংলৌ অহিং অথেংবদা সিলেট মপুংযাইদা লৈবিবা গম্ভীব সিংহ মহাবাজগী নাক্তা থুংলখি। কোবৌ নোংগা ঙাল্লদুনা ফ্রিংগি সাহেবশিংসু মণিপুবগী নিংথৌ গম্ভীব সিংহগী মনাক্তা লাক্কুনা

খাসিশিংনা বৃটিশকী অচৌ অশাং অঙম অথৌশিং অমসুং লাম্মীশিংবু হাৎখিববু পাউদম্লবদা মহারাজ গম্ভীর সিংহনা মনাই মশলশিং থাদুনা খাসিশিংনা ফ্রিংগি সাহেবশিংনা যাংদৌ লম্বী শেম্বদা থিংদনবা পাউ থাখি। খাসি নিংথৌ কমলা হৈমিংনবা জৌবরসিংহনা বৃটিশ সাহেবশিংগা খাসিশিংগা খৎনবদা মৈতৈ নিংথৌনা মীচং চঙদনবা পাও অমুক থাবকখিবা মতাংবু অসুম্না শৈথাবি ;

> জৌবরসিংহ অথৌবনা মপাউ মেল্লকই। পোইবৈ মৈতৈ নিংথৌবেল স্না চোঙদোন লেনগুম্বগী কোলোয মপাউ কবি ব্রানো খাহি খুঙ্গং তবামাপলদি লাইবেল মাগী পাকচামা তুবি মাগী মহীখাকসে ঈয়ু খোইমোম লাইনিংথৌ লাইবেল তীল্লি লিনদাওবেল তুবি লাইবেল তাউবোইনাইগী তুবি যাবি খাযাৎনুংগী খাযথবকপা ঈ মশেলনে। ফ্রিংগি সাহেব যেক্রবা কম্পাগী লানশোকনা ব্রাবু পোইবৈ মৈতৈ খামফবোই। পোইবৈ মৈতৈ নিংথৌ মহাকসু খাহি ঐগী ইশাইকোন্দা কাফবোই হাযনা পাউদমলূ। খাহি মনিংথৌ মপাউখোলবু খাহি মবম্বু মদাইবেমনা লাইবেল স্না মখোঙ খাদা তন্না পাউদমজপ্রে।

খাসি নিংথৌ জৌবরসিংহনা পাওমেল্লকপা যাবাবু মৈতৈনিংথৌ গম্ভীর সিংহনা তাবনদা অশাও খাম্বী মৈহৌনা খোযদৌ থিৎনা শাওখিদুনা মনাই মশল অকন অথৌশিং থাদুনা খাসিশিংনা যাংদৌ লমথাংদা পৈশিন্দুনা থল্লম্না নুং মখৈ ঙম্না হোনদোক্লগা হুনদোকহনখি। থৌদৌ অদুদা খাসিযাশিংদি ঙকপগী ঙমখৈ পান্দম লৌখিদে। মহারাজ গম্ভীর সিংহনা মনাই মশল অঙম অথৌশিংবু মীৎকুপ নাহুমশিংনা লৈনবা লাম্থোং শিন্দোক্লগা খাসিযাশিংবু তুম্না মাংহন্দ্রি যাওবা অকনবা লাম্থেংনগদবনি হাযনা পাওমেনখিবা মতাংবু অসুম্না শৈথাবি;

> ঈদাইবেম পাম্বা শবাখোল শাবেল নোংশা লান্দাখোল তনবা পুক্রিং শোংকাংদবা যমদৌ ইঙাযবোই নখোযবু ইযু নিংথৌবেল খুদিংদা নাচুঙ খোঙযৈ ওইবগা লৈবাই শোযযু ওইনদি মালেম লৈবাক ঙাকপশিংগী মপাবি মনোংযাই মশেলনে।

লাইবেল মৈতেংঙু ইহাকসুঙ লাইবেল ঈপা মৈতেংঙু লোইনাই কৌবা চিংথংখোম্বা ধর্ম্ম নিংথৌ লাইওইবা শেকপাউ ওম্বা মপাবি লানফম কোবৌ নোংশিংজংগুম ওমফদবা ঐবু লৈবিযে। খাহি লমহেনবা অসিবু মোংবা ঈনগোয পাংনা কোযনা লেমলৈ অহুকপা উপ্পগুম রানচেং অহাবা ফাবগুম খাহি মপুং তাকনা পনথেংসে। চিংতোন পেমবর্ত্তন গ্রান্ট স্কট জেনেবেল কর্নেল অপুম্বা লানশোক কুম্মৈ যেংসনু। ঈদাইবেমশা নখোযবু রাযবা শাদা তোযববা হুযেল লান্দা হকপগী লোকলৌ নমখু ঈবু কংদা হুমাং শেংগোয ঈ তাকতা, পাখং শমখোঙ কাবল ঈ চুবা শাইজুম নাম্ছু ঈবু তাকতবগী রা ওইফবোইযে। কোলোয মিংলেন শিদববু হযেং পোইবৈ চাদোম্না নিন্দুম নিম্নকৈসনু তনবা নমায লৈফবোই য়ামজেং ননম মুকফবোই । লাইবেল কোবৌ মনোং থৌনা অসুম থৌদোংলবদা পোইবৈ অথৌ লিচা হেপ্প থাযাঙ কোন্দাই লোনবা তনবা কংলা কাওনবোয অবোং লাইফম থনবা অপাউচা খাবম থনবা পাম্বা কৈশক্লববা কৈবেল তেংথানববা সুকমু শনপা তামলবা কাইবৈ যেনবা খোঙকাও কন খোং ফল লানশোক মাযোক যা কচেং থাঙযান হকপবু পুক্লিং শোর্ংক চঙদবা মাম্বী খুমাং কোক্লাদ লানফম মথোকলকপশিংনা ওকলেন লাংশম থৌগুম্না খাহি পনখোং যৌনা চঙ পোইবৈ তেঙ্গোল চাযনদা খাতি লাম্মী চেন্নদা থাঙলেন লামযাম্নবক্লে।

ফ্রিংাগ সাহেবশিংনা মৈতৈ নিংথৌ গম্ভীব সিংহগী লাম্মাশিংগা মাযগৈ যেঙ্খোক্লদুনা খাসিযাশিংগী মথক্তো অকনবা হুযেল লান্দাবক্লবদা খাসি নিংথৌ জৌববাসিংহগী খোংমী লাম্মী অকন অথৌ খিবিকসু অকনবা লানফমদা মাইবোং যাদুনা নীংহন্নবা তৌদনা বৃটিশ অমসুং মৈতৈ লাম্মাশিংগা অকনবা হুযেল লানশোক্লখিবা মতাংবু অসুম্না শৈথাবি ;

খাতি মনিন নাইবসুঙ কামাব পল্লেপ চানা শেম খুদোংনিশান পান্দম যেং লংদুম খোঞ্জেল চাউনা তবেৎ শেনফাং মনিন নাই রাংলেন পুঙজাউ পুঙফাং যৈ, থাঙলেন মশেল খেবাং থাং টিমেল টাতোন ঙানোয চোং পোইবৈ তকথোক তর্কাশিন্না কোবৌ খোঞ্জেল মথিনাই রাংবল নোংলাউ খোনগুম্না নোংমৈ

খোঞ্জেল মৈবিথোক লানশোক মায়োক্লবগী মৈখু নোংলোন কাবনা কোবৌ নোঙথোঙ থিংখ্রে। লানফম মৈখু সিকা উপনা শমু মায়ওন্নদ্রবদা মদাইবেম অচোমচা লুবাংবগা গুন ব্রাহ্মন অথোইবা তনবা অখম মীপোকপা অথৌ লাঙ্গোলবা অনীনা পজেং থোম্মা ফিবাল থেৎ শযেঙ তানচাউ য়াইশিঙ শু চকথাঙ যাগ তানবশিংবু তনবা উনবী কচক হৌ শয়েং পানবু কননা তিং যাবেল খোংজি ক্রক ক্রক চিক লংদুম মানবী খোঞ্জেল চাউ বেংগুন খোঞ্জেল মনিন নাই খুদোং থিনকাপ কুংনা থা লানশোক মখৈ ফংনদি হবি মিংলেন লাউনা শোন পোইবৈ তেঙ্গোল লাল্লাউখোল শাবেল নোংশা লাল্লাউগুম লানফম ঈকা মখেলাং কম্পানি সিফাই মবাং হৌ লানশোক মনিঙ তৌদুনা তোপ মালেম লৈবু খোন কামাব নোংমৈ থাঙফেংনা খাহি যাংলৌ লমশাং ইন দুর্গা মাই খোঞ্জেল নোংদোনকা মাযকৈ অন্থম থাংচপননা খাহি তেঙ্গোল অচৌববু থোঙজি নাতৈ লোনবগুম থিংলৌ তুগুম পমজল্লা লাবা পনকোযবগী খাহি তেঙ্গোল মবাঙ হৌ মংগল চিঙশাং মনিল নাই তোমান পুঙজাউ মবাঙ হৌ পোইবৈ তেঙ্গোল তাংশক্তা সাহেব লাম্মী মীথাদনা লাবা তকলৌ শিতং শোন লানফম মমিৎ কোবি কা কামাব নোংমৈ থাঙফেঙনা মংগল তেনবী খোইপাইতম খুদোং থিংকাপ কুঙনা থা তেঙ্গোল কাকুপ মাযোক্লা ওকলেন ভাগাল শাগুম্না খাহি মমায লৈদবে। পোইবৈ মনিন নাইবসু থবা লালজেল মৈকাপ্পী শঙাইশেল শাফু তম্লা বাযবা তেনবী নোংচুনা চকমোম খাম্বী মৈথাঙগৌ শদু তেকচাক মৈদুনা কোযবেল লমজাউ চাকপগুম লানফম খাম্বী মৈশা লাং খোংফেল লানশোক চেন্নদা তেঙ্গোল মমায লৈনদা উকায় ফালং তকপগুম পোইবৈ তকথোক তর্কশিন্ননা খাহ ইন্থোক ইনশিন্ননা ফুন্দ্রে মাল্লৈ মিতম চিংগুম গুযেল লানশোক্লবগী মিশি নোংমৈ মব্বনা চিঙশাং খোইবেল পাইগুমলে।

অসুম্না খাসিযাশিংনসু হন্দ্রবদা মৈতৈ লাম্মীশিংনা খাসি লাম্মীশিংবু ঙাইন তকপগুম তকখাযদুনা তান্ন তান্নদুনা থুগাযবগা লোযননা হুকথেংননা যান্নববদা মমৈথংদা খাসিযা লাম্মী পুন্নমক খাংবা ঙম্মদনা মাযকৈ শলাই

খওদনা কাযদুনা চেন্নখি। খাশি লাম্মী কযা অমসু মৈতৈ লাম্মীশিংনা যাদুনা খাসিগী লানজিংলেন লুচিংবা জৌবৱসিংহ অথৌবা খাসি চিন্দ্রং মনিংথৌ পাবমনি হৈনিংথৌবা অহুম্ম যাবক্তুনা বৃটিশ সবকাবগী গ্রান্ট সাহেবতা শীন্নখি। মৈতৈ নিংথৌ গম্ভীব সিংহনা খাসিয়াবু মাযথীবা পীববা তুংদা অচোমচা লুৱাংবা অমসুং ব্রাহ্মন গুন কম্পু ওমজিংবগা অনিনা মৈতৈ লাম্মী চামগা লোযননা কবিগুম্বা খাসিশিংনা অমুক হন্না লান হৌবক্লবদি নমথনবগীদমক থনম্লগা মনাই মশল অওম অথৌশিংগা লোযননা গম্ভীব সিংহ মহাবাজদি সিলোট মপুংযাইদা হল্লকখি। সিলোট মপুংযাইবু যৌববদা পাওলগী কুম্মৈগা মৈতৈগী কুম্মৈ বথ যাত্রা কাং চিংবগা নুমিৎ অমত্তদা যাংননা তাবদগী মৈতৈগা পাওলগা খৎনববদা মৈতৈ নিংথৌ গম্ভীব সিংহদা ফ্রিংগি বৃটিশকী স্কট সাহেবনা মৈতৈগী কুম্মৈ বথ যাত্রা কাংচিংববু নোংমতং যৈথবগা পাওলগী কুম্মৈবু হান্না তৌহনসি হাযববদা মৈতৈ নিংথৌ গম্ভীব সিংহনা পাওল নখোযগী কুম্মৈ অদুদুম নোংমা যৈথোক্লগা পাওথোকসি হাযখি। মতম অদুদা মৈতৈগী বথা যাত্রা কাংচিংবগী হৌনবী মতুংইন্না মৈতৈ অহল লম্মনশিং অমসুং ব্রাহ্মন বৈষ্ণব পুন্না হুপ্না তীন্দুনা পালা পবেং লেওদুনা পুং ঝান মাঙ্গং যৈদুনা অশৈ খোনফাংনদুনা চিওভু জগনাথকী কোলোয মিংলেন শোন্দুনা বথ যাত্রা কাংচিংলবদা পাওলশিংসু মখোযগী কুম্মৈ তলহৌ হৌদুনা যাংজিন্নববদা গম্ভীব সিংহ মহাবাজদি অশাউ খান্বী মৈহৌনা খোযদৌ থিৎলবদা, মদাইবেম মৈতৈ অকনবা অথৌ লিচা হেপ্পশিংদা পাওলগী কুম্মৈবু থুগাইযু হাযনা স্না যাথং পীদুনা থুগাইখিবা মতাংবু অসুন্না শৈথাবি ;

> লাইবেল তুবি মৈতৈওভু গম্ভীব সিংহ নিংথৌবেন্না অসুম হাযনা পাউখুমখি। মুসলমান মনিন নাইবাশা জগন্নাথ মপুবেনগী বথ যাত্রা কুম্মৈসিদি কোবৌ মশিও ককপনি মতম ক্ষেনফম লেপ্পনি লাইগী থৌ লেওযদবনি। অদুনা পাওল নওগী ইমাম লাইগী কুম্মৈদুম কোবৌ নোংমা যৈথোকসি। জগন্নাথ মপুবেলদি আল্লা মপু মহাকনি। ইমান লাই কুম্মৈ অসিদি কুমজা থুদিং মহোংই হোংবগী হোংবা মহো সি। হিন্দু কুম্মৈসু মুসলমান নওসু যাওবীযু ইমাম লাইগী কুম্মৈসু মৈতৈ ঐখোয়সু মযাওগে। অসুম পাওমেলজববু যিবিংগি

স্কট সাহেবনা অসুম যাথং তাক্লকলে। মৈতেগুঙু বাজা নিংথৌবেল বথ যাত্রা কুম্মৈ অচৌবা লাইবেল নংগী নথৌগল লাইগী কুম্মৈ তৌসুনো। রাবম অদু তাবদা লাইবেল তুবি মৈতেগুঙু চিঙলে নোংদ্রেল খোম্বদি মবাল হলবাই ওক্তেবক্লে। মৈদিংঙু গম্ভীর সিংহদি মদাইবেম পুম্না হৌ রাংঙম পুম্না তিন্দুনা নুপী নহা খাক্তনা হনু হনবা লেংনা তিল ব্রাহ্মণ বৈষ্ণব ভাইবোইনা ব্রাহ্মন লাইওইনবনা চিঙঙু স্না থৌগল তৌ পালা অশৈ পবেং শক চিঙঙ মিংলেন শোল উনৌ খোংজা পবেং শম থৌবি মিতম চিংনবু বথ যাত্রা কুম্মৈ হৌখ্রে। মুসলমান মনিন নাইবসু খুল্লক মীযাম হৌবক্লে পাঙল পুম্না তিল তাবুল চিঙঙু লেংদা থোং পাঙল থবাক লোংনা যা ওকশম তোংদম হাইদুনা ইমাম লাইমিং শৈশক্লা আল্লা কোলোয মিংলেন শোন ওকশম খুদুম নমযেনা ইমাম লাই কুম্মৈ অচৌবা মিংখৈ শোনবা হৌখ্রে। হিন্দু মুসলমান অনাগী চিঙঙু অনী মাযোকনা খোইযুম মশেল খমথেংনা সোনোক যাঙবী মথক্তা শযেঙ মশেল থৈনবক পাম্বোম মশেল ভানবদা লাইবেল তুবি মৈতেগুঙু খবঙ চাকবাই থৌগুম্বদি তুবি শযেঙ পাম্বোম নান যৈবা তানবুম ফুদুনা থাঙশা মতম পানগুন্না থোন্দ্রিসিংহ চানম চা, জযহে শমজেৎ শাবা, মেঘসিংহ খাঙজবা, নীলমনি যৌগেশঙবা নখোয পুম্বা কৈদৌরি। মুসমাল চবুক ওৎনা কৈথেল চবাং পাইগুম পাঙল লমহেনবা খুগাযবো নিংথৌ যাথং তাবদা পোইবৈ লৈবাক অপুম্ব মতোম মতোম চোঙথোক্লে। পাম্বা শাবাক থৌবগুম মপা নপা চোংশিন্না নিংঙাই চাউববু চৈবুল খুওা শুদুনা কাঙদেল যৈনা হাযদুনা অঙম অঙম যৈনবে। লানগী মৈপু কোকত্রিবা মৈতৈ সাম্মী অপুম্বা লানগী মযায কাবনা মৈতৈনা পাঙল লাকচবে। অবাক তম্না খুগাযবে। কাওবেল শলযাম তানবগুম মার্যকৈ খঙদনা তান্নবে। পাঙল হুকচেল হোজেন্না চবাং মশা পাইবগুম খোঞ্জেল লাউনা কপ্পুনা মায়কৈ মবি চেন্নবে। গম্ভীর সিংহ নিংথৌবেল হবাউ খোয়কম মোমোন নোক পোইবৈ মীযাম লোযননা জগন্নাথ লাইমকগী থৌগল মতোল লোমখ্রে। হিন্দু অপুম্বা হবাউবে।

মহারাজ গম্ভীর সিংহনা মুসলমানগী কুম্মৈ তৌহন্দনা কাং খোং চাযনা সিলোট পাঙল পুন্নমক চাযখাযদুনা মৈতৈগী রথ যাত্রা কাংচিংবা কুম্মৈবু সিলোট মপুং যাইদা মপুং ফানা পাঙথোকপা লোযবদুনা পোইরৈ মৈতৈ লমদমদা হল্লসি হাযদুনা মনাই মশল অঙম অথৌশিংগা লোযনদুনা সিলোট মপুং য়াযদগী খোঙশাল্লক্লে। যাংদৌ লম্বী চৎনা চৎনা তুলবাম লৌশিংবা মদাইরেম অচানবনা মহারাজ গম্ভীর সিংহগী মফমদা কাছার খুঙ্গংদা মহাক্তি খুল লেপ্পা ঙমদ্রে মবম অসিনা কাছার খুঙ্গং অসিবু শেম্বীবন্নবা হাযজবদগী যোলোসিংহ অম্বেমচাদা পোইরৈ মৈতৈ সিফাই যাংখৈগা কাছার খুল শেম্নবা তুলাবামগী নাওা থনমখি। কাছার মপুং যাইবু হুলাল্লন্নগা চীংলোন বিষ্ণুপুর যৌবরদা বিষ্ণু লাইমকবু খুবাং চা জী চেপ্পা লোন্না খুকম খাজ ঙলন্নগা পোইরৈ মৈতৈ কোম্নুং তন্না লাক্লগা লাংথাবাল কোন্নুংদা চঙদুনা স্না সঙ্গাযদা বাযখুংখি গম্ভীর সিংহনা পোইরৈ মৈতৈ লমদম যৌবমদা সিলোট মপুংযাইদা লৈতৌবা পোইরৈ মৈতৈগী খোংমী লাম্মী অঙম অথৌ ফম্নাইবা খিবিকপু পোইরৈ মৈতৈ লৈবাক্তা থোক্লক্লবা পাও থাখি। মহারাজ গম্ভীর সিংহগী যাথং ফংলদুনা পোইরৈ মৈতৈগী খোংমী লাম্মী অঙম অথৌ পুন্নমক থুনা যাংনা থোক্লত্তুনা মৈত্রবাক্তা বাযথুংলখি।

মতৌ অসুন্না খাহি ঙম্বা হা না মিংথোন্দুনা মহারাজ গম্ভীর সিংহনা খাসযা ঙমখিবা মতাংদা ইবাল্লিবা অসিমক্লা চহীচা তবামাপলগী মণিপুরী সাহিত্যগী তাঙলবা খুদোল অমদি ওই। লাইবিক অসিগী লোন যান্নসু লিদবা, যান্না নৌদ নৌরসু ওইদবা মওংদা ইবপ্পা অসিমক্লস্য লাইবিক সিগী মগুনবু অৱাংবা থাক্তা পুখৎপদা নত্তনা অপাবা অতারশিংগী বাখলদা থোইদোক্লা নুংঙাযবা মহাও অমস্য যংহল্লি। মৈতৈলোন অবিবদা সংস্কৃত লোন খবা খবা যান্নদুনা ইবম্না লাইবিক অসিনা মণিপুরী লোনগী হনাক বা পুক্কে ওইহল্লি। মপালগী লোনগী মম্নি লাইবিক অসিদা তাবিবা অসিমক অইবনা থোইদোক হেন্দোক্লা মপালগী লোন পামজনগী বাযফম ত্তনা চহীচা তবামাপল অসিদদি মণিপুরী লোন্দা লাইবিক ইবগী মহুত্তা মপালগী সংস্কৃত বাঙ্গলাগী অকনবা শাফুনা মণিপুরী সাহিত্যদা যৌবরদা নত্তনা মহুৎ শিল্লক্লবা মতাংনি। মতম অসিদা অইবনা মমালোন অমসুং মরৈবাক মবমদম্বু নুংশিজবা থম্মোযনা মণিপুরী ইতিহাসতা যুম্ফম ওইবা

খাহি ঙম্বা খুদোল তম্বীবম্বা অসিমক অশৈবগী মফমদা মৈত্রবাক্কী মীযাম্না শীংঙম্নবোইদৌবা লমন অমদি তোনশিল্লবনি হাযর্জনিংই। খাহি ঙম্বা চহীচা তবামাপলগী মণিপুরী সাহিত্যগী পুক্কৈদা তাঙলবা খুৎখানি হাযবদা হাযমনবা থোক্রবা লাইবিকনি। মণিপুরী সাহিত্যগী পবম পবাদগী লেপ্তুনা চেহ্বকপা ঈচেলবু তৎশ্রগদবা নতমদা অচৌবা ইনোৎ পীবমক ঙমদ্রবস্ মণিপুরী সাহিত্যগী ঈচেলদা খকপা লৈতবা ইনোৎ হাপখিবা লাইবিক্লি খাহি ঙম্না।

গম্ভীরসিংহ মহারাজনা মণিপুরগী নিংথৌ ওইদুনা পানখিবা মতম অসিদা বৃটিশ সরকারগা যাম্না কা হেন্না নক্নবা মরী থমখিবগী খ্বাইদগী মরূওইবা মতম অদু ওইখি। মরম অদুনা বৃটিশ সরকারনসু মণিপুরগী নিংথৌ গম্ভীরসিংহগী মতেং যাম্না পাঙখি অদুগা গম্ভীরসিংহ মহারাজনসু বৃটিশকী মতেং যাম্না পাংখি। মতৌ অসুম্না বৃটিশ সরকারনা মণিপুরগী নিংথৌ গম্ভীরসিংহগী মফমদা মণিপুর লেভি শেমগৎনদুনা শিফাই ৩০ গী থাগী তনাব বৃটিশ সরকারনা লেপ্তুনা পীবমই। অসুম্না নক্নবা মরী থম্লবদগী বৃটিশ সরকারনা মখোযগী খুদোং চাবা হেন্নিন্না লৌবক্নুনা মমৈথংদদি মণিপুরবু মখোযগী লোযলম শাসনগী মখাদা থম্নবা হোৎনবকাখ। অসুম্না ইংশোক ১৮৯১ দদি মণিপুরবু খুদুম চনশিন্দুনা মখোযগী লোযলম শাসনগী মখাদা থমখি। ❐

# ঔবা ঙম্বা

চহীচা তবামাংলদা ইখিবা ইতিহাসতা যুম্ফম ওইবা লাইবিকশিংগী মনুংদা ঔবা ঙম্বা কৌবা লাইবিক অসি থোইদোক্লা শীংথাবদা মতীক চাবনা লাইর্বিক্লি। মণিপুরদা ঔবানা চহী তরেং পান্দুনা লৈবাক অসিদা খুন্তাক লানর্শি নংখিবা মতমদা মহারাজ গম্ভীর সিংহ অমসুং মশাগী নর্বাসিংহ অনিনা ঔবাগী মথক্তা লান্দাদুনা মণিপুরদগী ঔবাশিংবু তান্থোকখিবা অদুবু মণিপুরগী সাহিত্যগী মচল অম ওইনা ঔবা ঙম্বা হায়না মিংথোন্দুনা খুদোল গ্রন্থান।'মহারাজ গম্ভীর সিংহনা লোঙ্খাগ্রবা মতংদা মজা ইবুংঙো চন্দ্রকীর্তি মহারাজনা নিংথৌ ওইদনা পানখিবা মতম অদদা মপাবুং মহারাজ গম্ভীর সিংহ (১৮২৫-৩৪) অমসুং মপাতোন নবসিংহ যুবরাজ আননা ঔবাবু মণিপুরদগী তান্থোক্কুনা লান ঙমখিবা মতাং অদুবু তুং কোইনা লৈহৌনবগাদমক ইংশাক ১৮৭২ দা ওবা ঙম্বা কৌবা লাইবিক অসি খুমুজাম্বা পণ্ডিত, চিংঙাখম চাওবতোন, সবাংথেম সুবপানন্দ, থৌদামমা চাউবতোন মখোয মবিনা পনর্শিন্দনা ইখি। লাইবিক অসি মপুং ওইনা মৈতৈলোন অবিবদা মবক মবকা সংস্কৃত বাহি খবা খবা থেংলগা ইবমই। মৈতৈ লান্মীশিংগা ঔলাগী লান্মীশিংগা অকনবা হুয়েল লানশোক্লদুনা থাংগা থাংগা তাগা তাগা ঙকথেংননা চায়নখিবা অদুবু মণিপুরী সাহিত্যগী ওইবা বাহি বাতা লোন্দা পৃদা কযানা লৈতেঙলগা মবীক চুম্না ইবম্বা আসমক্লা অপাবা অতাবা মীশিংগী পুক্লিংদা বাখলদা নুংঙাযবা মহাও অমদি ফংহল্লি।

মণিপুরদা ইংশোক (১৮০৩-১৮১৩) দা নিংথৌ ওইদুনা মহারাজ চৌবজিৎনা পানখিবা মতম অসিদা মনাউ ইবুংঙো যুবরাজ মার্জ্জিৎনা ঔবাদা চত্তুনা লান নেক্লুবগা মযাম্মুং চৌবজিৎকী মথক্তা লান্দাদুনা নিংথৌ মচিন মনাউনা কর্কচিং পনজাওদা অকনবা লান শোক্লখি। নুমিৎ ১১ নি চুপ্না অকনবা লানথেংনববা মতুংদা মনাউ ইবুংঙো মার্জ্জিৎকী মখুত্তা মাযথীবা ফংদুনা মযাম্মুং ইবুংঙো চৌবজিৎতি মণিপুর থাদোক্লম্লগা কাছারদা চেন্দুনা

লৈখি। মশানৌ মার্জ্জিৎনা মযাম্বুংবু মণিপুবদগী তাম্থোকখ্রবা মতুংদা ইংশোক (১৮১৩-১৮১৯) দা মণিপুবগী নিংথৌ ওইখি। মযাম্বুং চৌবজিৎ অমসুং মশানৌ ইবুংঙো গম্ভীব সিংহ অনিনা কাছাব যৌববদা কাছাবগী নিংথৌ গোবিন্দচন্দ্রগী মফমদা চঙজফম লৌদুনা লৈখি। মহাবাজ মার্জ্জিৎনা নিংথৌ ওইববা মতুংদা ঔৱাশিংনা মহাক্কী মথক্তা অমুক লান্দাবক্কুনা মাযথীবা পীবদগী মণিপুবদা লৈবা যাবক্রদুনা শ্রীশ্রীগোবিন্দগা লোযননা কাছাব লৈবাক্তা চেনখি। মতম অসিদা ঔৱানা মবিপুবদা চহী তবেৎ পান্দুনা মৈতৈ লৈবাক অসি খুন্তাক লানশি থোকখি। মযাম্বুং ইবুংঙো চৌবজিৎ অমসুং মশানৌ ইবুংঙো গম্ভীব সিংহ (১৮২৫-৩৪) অনিদি কাছাবগী নিংথৌ গোবিচন্দ্রগী মফমদগী লম নিদুনা কাছাবগী তোঙান তোঙানবা মফমদা কোন্নুং শেমগত্তুনা নিংথৌ ওইদুনা পানখি। মণিপুবদা লৈনিঙৈদা মশানৌ ইবুংঙো মার্জ্জিৎকা নিংথৌ ফম্বালগীদমক অকনবা লান শোক্লদুনা খবা নুংঙাযনখিদ্রবসু কাছাবদদি মনাউ ইবুংঙো মার্জ্জিৎপু মযাম্বা অমা ওইবগী ঙাকপী হৈবা থম্মোযনা ঙাকপীদুনা চঙজফম পীদুনা লৈম্নিন্নখি। মযাম্বুং চৌবজিৎকী মফমদা মশানৌ ইবুংঙো মার্জ্জিৎনা শ্রীশ্রীগোবিন্দ অমসুং বৃনামচন্দ্র লাই অনি অসিবু খুৎশিন্নদুনা পীখি। মতম খবা লৈববা মতুংদা চৌবজিৎ মার্জ্জিৎ অমসুং গম্ভীবসিংহ মচিং মনাউ অহুমনা কাছাবগী নিংথৌ গোবিন্দচন্দ্রগী মথক্তা লান্দাদুনা গোবিন্দচন্দ্রবু হাৎখি অদুগা কাছাব পুম্নমক লৌশিল্লগা শকক অহুম থোক্লা যেন্নদুনা মাগী মাগী নিংথৌ কোন্নুং শেমদুনা নিংথৌ ওইদুনা পানখি। মতম অসিদা ঔৱানা বৃটিশকী মথক্তা লান্দাবক্কুনা বৃটিশ সবকাবনা গম্ভীব সিংহ মহাবাজগী মফমদা লান পাংবীনবা হাযজবকপদগী ইংশোক ১৮২৪ দা মণিপুব লেভি শেমগত্তুনা বৃটিশকী মতেং পাংদুনা ঔৱাশিংবু মণিপুবদগী অমুক তাম্থোকখি। গম্ভীব সিংহ মহাবাজ অমসুং মশানৌ ইবুংঙো নবসিংহ মচিন মনাউনা মণিপুবদা চহী তবেৎ ঔৱানা পান্দুনা মৈতৈ লৈবাক অসিবু খুন্তাক লানশি থোকখিবা অদুদগা মণিপুববু কনখি অমসুং ঔৱা তেঙ্গোলবু লানফমদা তুমনা হাত্তুনা নিংথি তুবেল ৱাংমা ফাওবা ঔৱাশিংবু তাম্থোক্কুনা লৈহনখি। মবিপুবগী লমখৈ নিংথি তুবেল ফাওবা শন্দোক্কুনা লৌশিনখিবা অদুবু শৈথাদুনা ঔৱা ঙম্বা কৌবা লাইবিক অসিদা ইবি।

মণিপুবদা মৈদিংঙু গম্ভীব সিংহগী মজাইবুংঙো চন্দ্রকীর্ত্তিনা (১৮৫০-৮৯) নিংথৌ ওইখিবা মতম অসিদা হিন্দু ধর্ম্মনা লমদমসিদা খম

থেংনা চাওখৎখিবা মতমনি। মতম অসিদা মণিপুরী সমাজদা মীশিংনা ঈশ্বরবু থাজবা অমসুং লাই তীনগী লমদা পুক্নিং চঙনখিবদগী লৈবাক অসিদা শা লানগী রাখল লৈত্রবা মতমনি। মণিপুরদা শ্যা লানগী খ্বাইদগী কনখিবা মতম অসি মহারাজ গম্ভীর সিংহনা পানখিবা মতম অসি ফাওবদি লৈবাক অসিদা শা লানগী অকনবা চৈথেংনা লৈবাক অসি কাং খোং চাযদুনা লৈতাফম খঙদবা মতমনি। লৈবাক্কী চাউখৎ থৌবাংদা অপনবা পীবদা নত্তনা লৈবাক অসিগী কলা সংস্কৃতি অমসুং লাইনিং লাইশোল লাইতীনগী থৌরম কয়া অসিদা অপনবা কয়া থোককখিবা মতমনি। অদুবু মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তিনা পানখিবা মতম অসিদদি লৈবাক ঙাক্লোন্দা ইংনা তপ্পা মবা চেৎনা পানখি। মৈতৈ নিংথৌশিংনা শা লানগী অকনবা মৈখু মরক্তা মৈবাক মরমদম অসিগী তুংগী চাবোল শুবোলগীদমক খল্লমই, মখোয মখোযগী হাক্তক্তা লাইবিক লাইশু ইরবগী লমদা অচৌবা থৌদাং লৌদুনা শুমাং যান্নমক চাউশিনবা ঙমখিদ্রবসু লৈবাক্কী নিংথৌশিংনা তুংগী মীবোলগীদমক লাইবিক লাইশু কয়া ইহন্দুনা থম্বীবম্বশিং অদুগী মনুংদা ওবা ঙম্বা কৌবা লাইবিক অসিসু চহীচা তবামাপলগী মণিপুর সাহিত্যগী তাংলবা শুখ্যানি।

ঔব্রা ঙম্বা কৌবা লাইবিক অসিগী অহৌবদা মৈতৈ নিংথৌ গম্ভীর সিংহনা বৃটিশ সরকারগী মতেং পাংদুনা ঔব্রা তেঙ্গোলবু মাযথীবা পীনবগীদমক মশামক্না চত্তুনা লান পাংখিবা অদুবু অসুম্না শৈথারি :

> শ্রীহরি হযাহে হে খোইমোম লাইযিংথৌ শ্রীবৃন্দাবন পামেল
> উমংলেন নুংঙাইবা কলপ বৃক্ষ পামেল নতাবনা ওংলব্রাই
> সয ঋতু সানফোংফম যুগল ব্রহ্ম ফম্বিবেল শ্রী বৃন্দাবন
> নুংঙাইবদা ফমযুম ওইননা নন্দ যশোদা মবাল যাইদা নাওনৌবা
> শঙখ চক্র গদা পদ্ম খুৎশু ৪ মানা হেমোইনবা বনমালা লৈবিক
> ঙককোই হেনবা লাইযামগী ববাক লাইজা যিবোল অচনবা
> মথুবা লাইজা যিপাললেন তমযা নুংঙাযবদা মযিম খামবল
> মনিল নাইবা ঔব্রা তানদবনা খামবল মলচু ফিসেৎনবা ঔব্রা
> শম্লাং তাবুল চিনবনা কবৎ খামবল তেংকোল লিংলবগা
> মালেম লৈখুনহল খুদোং নোংমৈ চিনদোল লিংনা আধর্ম্ম
> লানসোক মিনম্বশিংনা খামবল মবাং হৌনা ঙাইখম্লবগী ইকৈ

> পুবব দেশ হাওবৈ নোংপোক পাংববমগী বব সাহেব অচৌবনা হুয়েল লানগা চিং অঙৌবা কপ্তান জেনেবা সেনাপতী কম্পু তুলি ঙাইবোইননা ধর্ম্ম লানশোক খামবল খমথেংনগে হায়বগী যাত্রা খোংশাল থোক্লবগী মণিপুব বাজা সাহেব নিংথৌবেল ও খামবল লানশোক কুম্মৈ নুংঙাযববু মিৎয়েং শালখৈবাও হাযনা যাহৌববগী লাইবেল মৈদিংঙু তুবি চিঙলেন নোংদ্রেলখোম্বা মালং নোংশিংচঙগুম্বসুং লাঙ্গোই শগোল খোঙওইবনা টিমেল খুৎতা সু লানপোৎ চৈবৈ মঙাল নাই থাংলেন নাক্তা যেপ তুবি চুঙ্গোয মখুৎসু তম্ফা য়াইদাবাংনা হেনমোইবা চুঙবু সাগ্না তুবৈ ওই ওইশেল মদাইবেল পোইবৈ অযাম্ববু ঙায়বোইননা ফ্রিংগি লানশোক কুম্মৈ যেংগে হাযনা যাত্রা খোঙশালথোক্লবগা ইদাইবেম লাংগোই খোঙওইননা টিমেল খুৎশুনবশিংও খামবল লানশোক হন্দক অসিদি খোইমা মাইওন্না যামচেং ননমমুকফবোইযে। ঔরা কাবোঙ খুৎকুমলা চেঙপুম মনাউতোলগুম্ববু লা•শিং তানসে হাযনা তুবি মনিলখোলবু যাঙনা থৌতোংলবগী মদাইবেম তুবি চিংখোঙ পুযোকলোই লাইবেল পুকললোই পুন্নমসুঙ লাইবেল মনিলখোলবু যাঙনা থৌতোংলবগী মদাইবেম তুবি চিংখোঙ পুযোকলোই লাইবেল পুকললোই পুন্নমসুঙ লাইবেল মনিলখোলবু নাতাববগী তলবা মদোম মদোম ব্রাশব্লখিযে হাযদববা।

গম্ভীব সিংহ মহাবাজনা (১৮২৫ ৩৪) মণিপুবদা নিংথৌ ওইদুনা পানখিবা মতম অসিদা মশানৌ ইবুংঙো নবসিংনা যুববাজ ওইখি। নিংথৌ মচিন মনাউনা যান্না পুকচেল খোইজেল তিন্নন লৈবাক ঙাকমিন্নবদগী অতৈ অতোপ্পা মপালগী লৈবাক্লা মণিপুবদা লান্দাবকপা ঙম্মখিদে। মযাম্সুং ইবুংঙো চৌবজিৎ অমসুং মার্জ্জিৎকী মতমদা ঔব্রানা মণিপুব লৌশিন্দুনা চঠী তবেৎ খুন্তাক লানশি থোকখিবা অদুবু শানৌ মচিন মনাওনা ঔব্রাগী তেঙ্গোলবু বৃটিশ সাহেবশিংগী মতেংদনী লাযনা তকথোক্তুনা মণিপুবদগী তাম্বোক্তুনা মহৌশাগুম্না লৈবাক মীযাম্বু মশা মশাগী মযুম মযুমদা হনজিলহন্দুনা খুন্দা লৈতাহনখি। মহাবাজ গম্ভীব সিংহনা মণিপুবদা নিংথৌ ওইখিবা মতম অসিদা বৃটিশ সবকাবগা মবূপ মপাং ওইবগী ফজবা মবী লৈনবমই। বৃটিশ

সবকাবগী মতেংদগী মণিপুবদা লেভি শেমগৎতুনা সিফাই ৫০০ গী অচংবা পৈশা পুন্নমক বৃটিশ সবকাবনা মৈতৈ নিংথৌ গম্ভীব সিংহদা তেঙবাং পীপি। মদুনা ঔন্নাশিংবু মণিপুবদগী লাযনা তাম্বোকপদা অচৌবা তেঙবাং অমা ওইখি। বৃটিশ সবকাবনসু ঔবাবু নমথনবা হোৎনবদা ঙম্লক্ত্রদুনা মৈতৈ নিংথৌ পম্ভীব সিংহগী মফমদা ঔবা নমথবদা মতেং পাংবীনবা হাযবকখি। মদুদা মৈতৈ নিংথৌ গম্ভীব সিংহনসু পন্থবা থিন্থবা তৌদনা ফ্রিংগি সাহেবশিংগী মতেং পাংখি। ঔন্নানা ফ্রিংগি সাহেবশিংগী মথক্তা লাম্দাবক্তুনা তিলান চীংদা লানবন শাদুনা লৈববদা বৃটিশ সাহেবশিংসু মৈতৈ নিংথৌ গম্ভীব সিংহগা লোয়ননা যাত্রাপুব মপুংযাইদ বম তোপ পুখত্তুনা খিনখি। ফ্রিংগি সাহেবশিংনা ঔন্না তেঙ্গোলনা লৈবিবা তিলাই চীংথক্তা বোম তোপ কাপশিল্লবদা বোমগী মৈখুনা খাংবা ঙমদ্রদুনা ঔবা তেঙ্গোলদি কাযদুনা চেনাখ। ঔবা অমসুং বৃটিশ অনিগী মাযকৈদা হনবা লৈতনা কোবৌ নুমিৎ ৩৮ নি চুপ্পা লান শোম্নবক্লবদা বটিশ সিফাইশিং অযাম্বদি নোংনা যৌখিবদগী অনা হুইশোল নঙলবগী হুযেল লানশোক ঙম্লক্ত্রবদা ফ্রিংগি সাহেবশিংনা মৈতৈ নিংথৌ গম্ভীব সিংহগী মফমদা বটিশকী লানবন ঙাক্লবা শীন্নবম্নগা শলোট মপুং যাইদা হল্লবাযখি। মৈতৈ নিংথৌ গম্ভীব সিংহনা খাগ্রল ঔবা তেঙ্গোলবু কবি তৌবিবগে যেংলুনবা পোইবৈ মৈতৈগী লাম্মী খবা থাদুনা যেংহনখি মৈতৈ পোইবৈ লমদমগী অথৌবশিংনা ববাক তুবেল মথক্তা হবাউ মথোই কানা খাগ্রন ঔবা লাম্মীবু যেংলুবদগী পাখৎখিদুনা ঔন্নাগী লাম্মী মখোদ মদোম মদোম মৈবুন শাযদুনা অহিং অথেংবদা চেন্নখি। মৌদংদু গম্ভীব সিংহনা ঔন্না লাম্মীশিংবু লখিপুব যৌবা যাওনা তান্নখি। ফ্রিংগি সাহেবশিংনা মৈতৈনিংথৌ গম্ভীব সিংহবু খাগ্রন ঔবা লাম্মী ঙম্না তানখাযবগীদমক পেল্লদুনা পোইবৈ মৈতৈগী খোংম্মী লানমী অঙম অথৌশিংনা বলাট ঐখোযগী লৈবাক্তা চৎপদা অপনবা অথিংবা কবিসু লৈহল্লোই, থাং গা খুৎশু খুৎলাই অপান্না খিনিকসু পীগনি হাযখি। মৈতৈনিংথৌ গম্ভীব সিংহনা ফ্রিংগি সাহেবশিংগী মফমদা লান পাংলিবা অসিবু মনা মথুম লৌনবা নত্তে, মমাংগী মতমদা খাগ্রন ঔন্নানা মণিপুবদা লেগী তবেৎ পান্দুনা খুম্ভাক লানশি নঙখিবা অদুদা ফ্রিংগি সাহেবাশংনা মতেং পাংবীদুনা ঔন্না তেঙ্গোলবু মৈত্রবাক্তগী তাম্বোকপা ঙমখিবা অদুগী লমনবু কাওদনা ঔন্নাগী মথক্তা

মতেং পাংবনি হায়খি। ফ্রিংগি সাহেবশিংসু মৈতৈ নিংথৌ গম্ভীব সিংহগী মবৌশিং মবুদ্ধি উবদা লৈমায়দা মাইথোং লুকখদুনা লৈখি। মৈদিংঙু গম্ভীব সিংহনা ফ্রিংগি সাহেবশিংগী লৌনম নমথাক খঙবনা মখোযনা হাযবদা লাযনা যাখিদে অদুগা মহাবাজ গম্ভীব সিংহনা মনাই মশল অঙম অথৌ পুন্নমক্কা খন্নদুনা ব্রা তানখিবা মতাংবু অসুন্না ইবি ;

লাইবেল মৈতিংঙু তুব চিঙলেল নোংদ্রেল খোম্বগা মদাইবেম মন্ত্রিলোক অযাম্বগা মন্ত্রনা বাতানখিযে। তাযমসা সাহেব মপাওমেলবু হোই যাসে হাইববা ফ্রিংগি কোনলোই মযাথংবু হোই যাগনুসে নিংববা কোলোই মপাওমেলবু হোই যাববদি হযেং লাংওন মন্নং থোকপদা চিল্লগৈনে। ইপোইবৈ ম্নাপুং মযোন্দি নিংথৌ কনাগুম্বা অমওগী শযেং মখা থানা লোইহা লৈখিদে। খোইমোম বিষ্ণু লাইযিংথৌনা পোইবৈ খুন্নংথৌবু ওইনা মালেম লৈমাই তেমলিবা পুঙম যানানে। লাইবেল কোবৌ ইনোংথৌও মহি থকপা জাৎকি চিনকোই মপাওমেলদি তঙশাই মচেৎ লৌও বাবম খাইবোক শুদ্দোকও হাযববু নিত শাস্ত্র অৰুবনা হাযবিবা অদুনে। অসুম তৌইশুম বসুদেব অথোইবগী চিনকোই মযাথংবু লৈবদাই কান মতম পাঙ্গলবনা মকনাযে বসুদেব দেবক্কী ইবিংঙানা হযেং শিনবা কংশনবু শিববা অদু নোংগীবু হিংনবগু লাকনগৈনে। থৌবম ১সু খানা লাইবেম্মগী নিতি সাস্ত্র লৈবিযে সাপেব মাসেপেং পেংযেব মাসে সাপ তাংজা লিলাগী মচিনবু হংঙোই কোন্দে নুবাবনা চুমবোল মাইযোক চুপ্পা হংঙোই কোন্দে নুবাবিকি কোন্দে মচিন পানবু তাংজা লিলনা চুপ্পা কালবু যেংগৈনে। মতৌ পান্দম ১ দি পাপিজন ১ মাবু যম দুৎ খোংলোই অযাঙবনা ফানা পুখিববু পাপিজন মিওনথোক্তি যাংলৌ লমখাংমগী হূপনৌ খাংতপ বাইনা পাযখিবগী যম নিংথৌবেলগী সমু মমাঙ শঙশঙবদা নাতোন নর্পাচ নুংদা হূপনৌতোলগা থিংজিল্লবগী হর্কাথ পুখোঙ মম্না খল্লবগী যম নিংথৌবেলনা পাওমেল্লকযে। তযম অযাম্বও পাপিজন অসিবু চিঙঙু লাইমিং শেলনা মুক্তলালনাখিবে পাপি থাদোকপীগ্রো হাযনা থাদোকখিযে হাযদববা হে ইপুংথৌও লাইবক খেনলাই থোংগি চিঙঙু মথৌথাবু ইনগৈনে। ব্রাহ্মণ বৈষ্ণব হন্নুহনবা নহা নুবি পুন্নমদি তযম

> মিনাই ওইঙৈনে মণিপুব ঐখোয়গী পুংময়োনসুং খাগ্রন মনিন নাইবনা ঔব্রা তেঙ্গোল লিংনা লৌখিযে। লাইবেল কোবৌ ইনোংথৌও পোইবে স্নাপুঙ ময়োনগী অব্রা লৈখে তাববু যেংবিঙৈনে। হৌজিক নোং অসিগী চিঙঙু খুৎলোন নোংদমখোন অসিবু নানথোক্লবদি হয়েং তুংগী ১ বক হৌহৌববু ব্রাবঙৈনে হায়না পাওখুম্ববু লাইবেল মৈতিংঙুনা না তাববগী ফবে তযমশা অচুম ব্রাখল ওইদনা ওইবে হাযনা তুবি চিঙলেন নোংদ্রেনখোম্বনা ফ্রিংগি সাহেব লোক অযাম্বগী শমু মাঙদা কানা হোয য়াকবগী লাইবেল মৈতিংঙুনা পাওমেলখিয়ে। হযেং শমু মতুং থোকপদা য়াথং হাযখিববু চিনগোই লৈনগুনুসে হাযনা পাওমেলবগী সাহেব লোক অযাম্বনা মণিপুব নিংথৌবেলও কোলোই নাপাওমেল অসিদি ফদনা ফবে মহা বাহাদুব নংদি চানম লানদা ওইবে হযেং শমু মতুং থোকপদা কোঁব মপাক লেংদবদা শাস্ত্র লাইবিক ইনা পিবকঙৈনে হাযনা লোমনাখিযে হাযদববা।

মৈদিংঙু চাংলেন নোংদ্রেনখোম্বা গম্ভীব সিংহবু মযাম্বুং চৌবজিৎনা উন্নসি হাযদুনা পাওকৌদুনা মশানৌগী মফমদগী শ্রীধাম নবদ্বীপ মপুং যাযদা লাইনিংদুনা লৈকবগে মযাম্বগীদমক পৈশা খবদং থাবকউ হাযনা শিন্নবম্লগা মযাম্বুং চৌবজিৎতি নবদ্বীপ মপুংযাইদা খোঙলেঙখি। অসুম্না মহাবাজ গম্ভীব সিংহগী মফমদা ফ্রিংগি সাহেব বিলাট মহাবানীনা ঔব্রানা মখোযগী মথক্তা লাম্দাবক্লে লান পাংবিযু হাযনা চিঠি অমুক ফংবদগী বৃটিশ সাহেবশিংগী লান পাঙবা মনাই মশলশিংগা লোযননা চৎখি। লালফমদা ঔব্রাগী খোংম্নী লাম্মীশিংবু যেনদেম থাবাক শোযগুম শোয়দত্তুনা ঙম্না তাক্লা তুম্না হাৎখ। ঔব্রাশিংদি মৈদিংঙু গম্ভীব সিংহগা লাম্দা মাইবোং যাঙমদনা কাযদুনা চেনখি। বিলাট লৈবাক্কী সাহেবশিংবু মনাই মশল অঙম অথৌশিংদা শিন্নদুনা কলিকাতা ফাওবা থিলহনখি। বিলাট মহাবানীনা মণিপুবগী নিংথৌ গম্ভীব সিংহগী মফমদা তৌবিমল খঙবা উত্তুনা কোবি কোম্পাক্তা লাইবিক ইদুনা নুমিৎ থানা লৈবিবমখৈ মণিপুব নবৈবাকপু নিংথৌ পানবা অতোপ্পা লৈবাক অমনা লাকচা খুদুম চনবা ঙমদবা ওইসুনু হাযনা মৈদিংঙু গম্ভীব সিংহগী মফমদা থৌজাল লনকুবিবকখি।

অসুম্না ঔৱা তেঙ্গোলবু চাযখাযদুনা তাক্লা তুম্না হাৎলবদা ঔৱা মনিন নাইবশিংদি মৈদিংঙুগী মমাংদা খাঙবা ঙমদনা ঙম্না কাযদুনা চেনখি। শিলোট মপুংযাযদগী মশানৌ ইবেম্মা মহাবানী লংমাইথেম চনুসু মৈদিংঙু নাক্তা ব্রাযথুংলদুনা শিলোট মপুংযাযদা মুসলমালশিংনা মৈতৈ কুম্মৈ বথ যাত্রা কাংচিংববু তৌফবোয হাযদুনা শ্রীগোবিন্দজি অমসুং শ্রীজিগী লাইশংমন্দিব ফাওবা খোঙ হাংহন্দ্রে হাযনা মৈদিংঙুগী মযমদা পাওদম্নবদা মৈদিংঙু গম্ভীব সিংহদি অশাও খাম্বী মৈহৌনা শিলোট মপুংযাইদা থুনা যাঙনা ব্রাযথুংখি। শিলোট মপুংযাইবু যৌববদা শ্রীগোবিন্দজি অমসুং শ্রীজিগী লাইথোং হাংদুনা আর্টি দর্শন কচ্চখি। বথ যাত্রা কাংলেন থক্তা জগন্নাথ বলবাম লাই অনিবু হাপ্লগা পুং শেল ঝান মাঙ্গং, মোইবুং খোংদুনা জয ধনি লাউদুনা বথ যাত্রা কাংবু চাংলবদা হিন্দু লাই লাৎপগা মুসলমালশিংগা খুৎকা খুৎকা ফংনা যৈনববদা তুবি চিংলেন নোংদ্রেনখোম্ননা মদাইবেম অথৌবশিংদা মুসলমাল পুম্বা যুগাযবো হাযনা য়াথং পীবদগী মৈতৈ অকন অথৌ অঙম্বশিংনা মুসলমালশিংবু ফুগাযদুনা তানখাযখি। মৈদিংঙু গম্ভীব সিংহনা ঙমদুনা বথা যাত্রা কাংচিংবা অযেৎ অপন পীবা ঙমদনা শিলেট লৈবক্তা পাঙথোকখি। মহাবাজ গম্ভীব সিংহনা থোংনাং লাইজিং নিংথৌ কলাবাক্তগা মফমদা শ্রীগোবিন্দজি অমসুং শ্রীজি লাই অনিগা লোযননা নপী এঙাং অহল নাহা অমসুং ব্রাহ্মণশিংবু শমু খুৎশিন্নবম্লগা লাইবেল মৈদিংঙুদি সবশপুব মপুংযাইদগী বটিশ সাহেবশিংনা তাপথা নাবেল খুলদা শৈশিন্দুনা লৈবিবা ঔৱাগী তেঙ্গোলবু চাযখাযবীবমউ হাযলদগী শিলেট মপুংযাইদগী খোঙশাল্লকখি। লাইবেল মৈদিংঙুনা জিবি উমং, থ্বায ঈবং লাম্হোক্লগা তুমুতাপ পন্দোন মযাদা খাগ্রন ঔবা মনিন নাইবগা মাইযোক্লদুনা অকনবা লানশোক্লখি। ঔৱা মনিন নাইবশিংনা হুইযেন লানফমদা খাঙবা ঙমদ্রদুনা মমায লৈদুনা কাযদুনা চেনখি। কোবৌ নুমিৎ হুর্মান চুপ্পা তাপ হুইযেন লানশোক্লববদা বিলাট মহাবানীনা প্রেমবর্তন সাহেবপু মৈদিংঙু গম্ভীব সিংহগী মনাক্তা থাবক্তুনা খুদোলপোৎ থাঙশাঙবু শিন্নখি। মতুংদা মৈদিংঙু গর্ম্ভীব সিংহনা অঙ্গো চীংগী নাপোমদা ঔৱা তেঙ্গোলনা লানবল শাদুনা লৈবম্ববু ঙম্না তানখাযদুনা নিংথি তুবেল ব্রাংমা ফাওবা তাম্ছোকখি। ঔৱা তেঙ্গোলনা মৈতৈ পোইবৈ মীযাম্নু কাওবেল ষন হোইবগুম ঔৱাশিংনা হোইখ্রে তাববদা থুনা য়াঙনা লোইজিবি তাম্না খোঙলেঙদুনা চীংখোংদা তেঙ্গোল শাদুনা লৈবম্বা

ঔব্রাশিংবু তানখায়দুনা মৈতৈ পোইবৈ মীযাম্বু ঔব্রাগী মখুত্তগী মুলহৌখি। মৈদিংঙু গম্ভীর সিংহনা মনাই মশলশিংগা লোযনদুনা মৈতৈ কংলৈপুং মযোম্দা ব্রাযথুংলবদা পন্থবা তৌবমদনা থোংনাং মযাং মপুংযাযদা লৈহৌবিবা মশানৌ মহাবানী, শ্রীজি, অমসুং শ্রীগোবিন্দজিগী নাক্তা বাযথুংলবদা শ্রীজি, শ্রীগোবিন্দজি, অমসুং মশানৌ মহাবানী, মৈতৈ অঙম অথৌ খোংমী লাম্মী পুন্নমক্তা লোযননা মণিপুবগী কোন্নুং কাঞ্চিপুব তম্না লাকপদা লম্বীদা খোংজাই খুল অহুম লোই চনলমখি। কাঞ্চিপুব কোন্নুং মপুংযাইদা ব্রাইথুংলবদা ফ্রিংগি সাহেব অনিবু খাসিশিংনা থৌবি যাম্দুনা হাংখ্রে হাযবগী চিঠি পাউ ফংবদগী মৈদিংঙু গম্ভীর সিংহদি থিহ্বা তৌদনা খাসি মপুংযাইদা ব্রাইথুংলবদা খাসি তেঙ্গোসগা কোবৌ নুমিৎ চুপ্পা অদুমা হুইযেন লান শোক্লববু খাসিযাশিংদি খাঙবা ঙম্নক্লদুনা ঙম্না কাযদুনা চেনখি। লোইদাম থাবুম মবি মৈদিংঙু গম্ভীর সিংহনা খাসিযাদা লৈদুনা খাসিযাশিংবু ঙম্না নমথববদা খাসি নিংথৌ রুববসিংহ, উমা মন্ত্রী, থিবল মন্ত্রীগা অহম্মকপ্ ফাদুনা ফ্রিংগি সাহেবশিংগী মখুত্তা খুৎশিন্নখি। উমা মন্ত্রী অমসুং থিবল মন্ত্রী অনিদি বৃটিশ সাহেবশিংনা মৈদিংঙু গম্ভীর সিংহগী তৌবা ঙম্ব মতৌদা পেনখ্রদুনা থোংনাং মযাং লৈব্যাক কাছাব লৌজবো হাযনা পীবখি। ঔব্রা ওম্বা কৌবা লাইবিক অাসদা নিংথৌ মচা অমা ওইববদি কাব কবম্না থৌনা লিংজেল চেনগদবগে, লানফমদা যেক্লবগা মাইযোক্লবা মতমদা যেক্লববু মতৌ কবম্না মাঙহনগদবগে অমসুং লানফমদা মাযথীদুনা চেল্লবা তোল্লবা মীশক মীওইদা থৎলাই পাফদে হাযবা নতাংবু অসুম্না শৈথাবগা ঈব;

> হুইযেল লান শোক্লবদা লানফমদা মমাই ওনা হুইযেল লান চেল্লবা মীবু তান্না চৈপিকওনো নমু তুংলোমদা টিমেল টাঙনফবোই। হুইযেল লানশোক্লবদা লানযম মমায লৈনা লানচেল্লবা লাম্মী মতাওবু নমু মীযাম কোইনা হাৎফদে। বামোন মোমনু নুজাকপ অঙাং নাওব্রা অখুবা অতিৎ লম্বোইবা ভিক্ষা ১০ চানিবা ব্যাধি লাইথুং লৈবা অসিশিংবু প্রান থব্রায হাৎপা হাযদবসু খুৎশু কাপসিনাখিবনা খঙলৌদনা পাল্লুববদি মহা পাপ্প পুঞ। পুনুং লানপোৎ থাববা চৈবৈ ফিসেৎতববা অসিসুং হাৎহৈদে। চৈবৈ ঙক্তা যেৎলবা ময়া নাপী চীক্লবা সমু লোয়াববা সাধু লাইবু নিংবদা চেনশিন ঙম্লবা পামেল উদা

কাববা পামেল লৈশৌবুঙদা তোংলবা অসিশিংবু হাৎহৈদে।
খোমলেন তুমকনঙম্বা নুংওন পুকতিন ঙম্বা ১০ চাকপু চাঙম্বা
মালা লিকলেং চৎঙম্বা খিবিকপু হাৎফদে।

অসুম্না মৈদিংঙু গম্ভীবসিংহনা মপা ইবুংঙো কার্ত্তা মহাবাজ স্না হাক্তক্তা লোই চনগে খনখিবা লোইবি খোংজাই খুলবু লোযচলবা ঙমখিদনা নোঙ্গাখিবা অদুবু কাওদনা মৈদিংঙু গম্ভীব সিংহনা লোইবি শাইতোন খোংখুলদা লান্দাবা চৎখি। খুবোই হাওবা লমলাংদোংদা ৱাইথুংলবদা মৈতৈ কংলৈপুং মযোনগী কাঞ্চিপুব কোন্নুংদা ফত্রবা জঙ্গল্লি দাকুশিংনা লান্দাবকপবু মশানৌ ইবেম্মা মহাবানী পাতেশ্ববীনা খুত্তা থাংলেন খুৎশু হাযনা হুইযেল লান চংলবদা, মৈতৈ পোইবৈ কোন্নুং ঙাকপা অঙম অথৌশিংসু মৈতৈ লৈমা পাতেশ্ববীগী মতেং পাংদুনা জঙ্গল্লি দাকু লুচিংববু ফাদুনা তাংজা লুবেল ককখি। তাংজা লুবেল অদুবু মশানৌ ইবুংঙো যুববাজ নবসিংহ, মশানৌ ইবেম্মা মহাবানী পাতেশ্ববী, কংলৈ মৈতৈ পুংমাযোনগী অঙম অথৌ ফম্নাইবশিংগা লোযননা বিষ্ণুপুব যোই কোন্নুংদা পুবক্তুনা মশাবী মৈদিংঙু গম্ভীব সিংহগী খুযা খাদা কৎচখি। মৈদিংঙু গম্ভীব সিংহনা তাংজা লুবেল অদুবু উববদা মশানৌ ইবুংঙো যুববাজ নর্বাসিংহগী মফমদা নিংথৌ ফি শাইজোনববু মনা ওইনা কুপ্লীখি। মশানৌ ইবেম্মা মহাবানী পাতেশ্ববীবুনা জঙ্গল্লি দাকুশিংবু মাযথীব' পীবগীদমক ভুবনেশ্ববী হাযবা মিংথোল পীবিখি। অদুগা হাওবম সুবিদাবগী মফমদা বিলাট সাহেবনা পীবকপা খুৎশু থাংলেনবু মনা ওইনা ফংজবো পীবিখি। অসুম্না মৈদিংঙু গম্ভীব সিংহনা মশানৌ ইবুংঙো নবসিংহ অমসুং মশানৌ ইবেম্মা পাতেশ্ববীনা জঙ্গল্লি দাকুবু লাযনা ঙমদুনা মাযথীবা পীখিবা অদুবু বিলাট মহাবানীগী মফমদা পাউ থাদুনা খঙহল্লবদা বিলাট মহাবানীনা পেল্লদুনা মৈতৈ পোইবৈ লমদমগী নিংথৌ শাগে ওইখিবা, অমসুং লৈমা মহাবানীশিংগী হৌবকফম পাবি পুবিবু খঙনিংই, কবি কবম্বা, মবম লৈবনা অসুক যাম্না কন থৌবনো, কবম্বা মণিপুবগী লাইবিক্তা নিংথৌগী চাদা নাওদা যাওবগে খঙহল্লকউ হাযবদগী মৈদিংঙু গম্ভীব সিংহনা মৈতৈ পণ্ডিতশিংগা তান্নদুনা পাখংবা লাইহুই, সনামহী লাইহুই, নিংথৌবোলনচিংবা পুযা লাইবিকপু বিলাট মহাবানীগী মফমদা থাখি। বিলাট সাহেবশিংনা পুযা লাইবিকশিং অসিবু পাববদা মৈতৈ নিংথৌ

গম্ভীব সিংহনা বক্রুবাহনগী চাদা নাওদানি হাযখিবা অদুদি লাইবিকশিং অসিদা যাওদে হায়বকখিবা অদুবু ঔগ্রা ঙম্বা কৌবা লাইবিক্তা অসুম্নবু ইবি ;

মদাইবেম ব্রাহ্মন পণ্ডিত পুম্না তিল্লবদা লাইবেল মৈদিংঙুনা পাওমেন থোকযে হে পণ্ডিত লৌশিং থোইবশিংও হন্দক অসিদি ব্রাবম লাইবেপ চনফদবে কম্পানি বিলাট লাইবেম্মনা কনমন থৌমলযে হায়না ব্রাবম যাম্না থাগৎলক্রো ব্রাবম ফবগা থৌবম ফৎতবগা ফত্তবা হায়বা অদুবু থোকহনবিগনু হায়ববদা মদাইবেম পণ্ডিত খৈবিকনা লাইবেল মৈদিংঙুগী স্না য়াথংবু শোইহন্দনা পুবান বংশাবলি পাথংবা লাইহুই, সনামহি লাইহুই, বংসাবলি নিংথৌবেলনচিংবা পুম্নমকপু সাহেব মখুবাক্তা পিখিবে। লাইবেল মৈদিংঙুনা মদাইবেল পণ্ডিত লৌশিং থোইবাশিংদা তযম নাই পাখং মথোক্লকপা ১ তংবু পিনখিএ। মণিপুব স্না লৈমযোনগী পুবান অবিবনু বিলাৎ মপুঙ যাইদা অষ্ট কৌশন সাহেব ৮ মাগী মমাং সঙসঙবদা মণিপুব স্না মবৈবাক্কী পুবান অবিবন্ পুবান মথং শিন্না পাববদা বিলাট লাইবেম্মনা হাযবকএ। বব্রুবাহনসু কদাইনো নয়ু নবুধৌ ১না ব্রাহ্মন বৈষ্ণব চংএ। নয়ু নবুধৌ ১ না মাইবি মাইবা চঙএ অসিগী ব্রাবমু খাইনা হায়বকও। মণিপুব নবৈপাক্কী পুবান ভাগবত গীতা আথাব পুবান লিলানচিংবা সাপাদাবনা বিচাব তৌদবদা বিলাট লাইবেম্মনা হাযবকএ। মণিপুব নবৈপাক্কী পুবাল অবিবদা হাযবিবা খোইমোম লাইনা শাবি লাইস্না লৈমা ৩ থকপু নানমাব নিংথৌ অহুম থকপু তালফংবি আসদি ব্রহ্মা ইন্দ্র মবৈবাক্কী মানু মানসুচা মমোম মচন পোকমানবীবু তাল্লোই তুওইনবা দেশ মবৈবাকপু ওইবে হায়না মোহব সাপা থাববগা দাক খোঙলোই অয়াংবনা পুবকতনা লাইবেল মৈদিংঙু তুবি চিঙলেল নোংদ্রেনখোম্বা নিংথৌবেলগী স্না মখোঙ খাদা মোহব সাপা থাবকপবু কৎলববদা লাইবেল মৈদিংঙুনা তুবি মশঙ্গাইদা লাইবেল মৈদিংঙু কোবৌ ইনিংথৌ মতোমমনা মোহব সাপা থাবকপবু মথংশিন্না পাববদা লাইবেল মৈদিংঙুনচিংবা মণিপুব স্না মবৈবাকপু লোইবি গোবোথোন চিঙদা পুললিন্দগী জাৎপু ওইবে।

ঔৱা ঙম্না কৌবা লাইবিক অসিদা শিজিন্নবিবা লোন্দা পুদা ৱাহৈ ৱাতা অসি অসুক্কী মতীক ফজনা মবীক চুম্না মণিপুরী লোনগী মবাং কাইবা মচাক্লা লৈতেংলগা ইবমই। মৈদিংঙু গম্ভীর সিংহনা মণিপুরগী নিংথৌ ওইখিবা মতম অসিদা মতীক মথৌনা মবীংজেল লৈনা মপালগী লৈবাক ঔৱা, কাছার, খাসি নচিংবা লৈবাকশিং অসিবু লায়না নমথদুনা মণিপুরগী ঙমখৈবু পাকথোক চাওথোকহনখিবা মতাংদা শৈথাবিবা লোন্দা পুদা ৱাহৈ ৱাতা কয়া অসিমক মণিপুরী সাহিত্যগী মবাং কাযবা লোনগী মশক্তি। মৈদিংঙু গম্ভীর সিংহনা লোইবি ওকফুৰুল তাংখুলশিংনা ঙাওবক্লবদা নমথনবগীদমক মৈতৈ লাম্মীশিংনা ওকফুৰুল তাংখুলাশিংগা শোক্লখিবা লালফম অদুবু শৈথাদুনা ইবম্না অসিদা মণিপুরী লোনগী মবাং কায়বা পুক্কে অমসুং ফজবা মশক উবা ফংই।

> লাইবেল মৈদিংঙু তুরি চিংলেল নোংদ্রেনখোম্বা নিংথৌ:বল
> লালফম খাম্বী মৈশালাংবদা পাইমা পুক্লিং তপ্পা থাংলেল ময়া
> থৌবা তেলবি য়াইওইবা কামাব নোংমৈ মৰুনা লাংবল
> খোইবেল পাইগুম্ববু পুক্লিং শৌপিংদবা নিংথৌবেন্না যাইবি
> মনুং হৌ লিক্লাই তিলাং মখোই শাওবক্লবগী অচা পোইবৈ
> লাম্মী অথৌবা ইতাইবেম ব্রাহ্মণ গন্ধা শৌগাইজাম্বা সুবিদাব
> ফৌগেশংবা নিংথৌজাম্বা ইদাইবেম পার্থ চুবা নামৈবাৰুপা
> খুম্বোং সুবিদাব অচা পুক্লিং লাইযেক চল্লিববা হায়না
> থৌতোংলবদা মদাইবেম স্নাহাকথংগী পার্থ চিনোম চানা
> ওকফুৰুল মাংথাবকপা তাংখুল হাও পাখং অমতংবু থাংলেন
> মখুৎশুনা তাংজা লুবেলতোলবু লাল্ল চোমাই সানা যাবা
> মদাইবেম খুম্বোং সুবিদাবনা ওকফুৰুল লুহুপ্পা লাংলেন
> কোংযাঙ ৱাচিন চনগুম চিনথংলকপা ১ মাবু কিবিশ থাংলেন
> মখুৎশুনা পুনুং চংবী লফু তুপকুম য়াম্ভবে। মদাইবেম সিফায
> লোক অয়াম্বগা ওকফুৰুল তাংখুল হুইনিং লুহুপ্পা তিমেল তাশাং
> শুবগা শয়েং মশেন থিম্ভোক্লা নাকলু মোইফাং শমতৎনা
> পাম্বোম মশেন য়ানথোক্ল পোইবৈ চেল্লনদা ওকফুৰুল চাইদনা
> হুয়েল লালশোক্লববু চেংলৌ মিৎপু ঙকপদা খুদোং নোংমৈ
> কাপ্পগী মৈখু নোংলোন কাবনা নুমিৎ থোঙলেন লুম ওকফুৰুল

হুইনিং কবতাল লুহুপ্লা তিমেল তাশাং শুবনা চৈবৈ লৈবামফিবু লাইজা ঈশিং চৎপবু খাওন্না চুঙলোও ওক্তা হুক খুবাক তিলাইমেন তিমেল খাংতপ পাই র্মামৎ কোবি হৌ ওকফুবাল মখা চিক তাংখুল মবৈতম তাংখুল লাস লাওননা ফুজিল্লক্রুবদা পোইবৈ সিফাই পুম্নমবু খুদোং নোংমৈ কাপ্পবু ওমতববগী ওকফবাল তাংখুল পুম্নমনা তাখোক অকুইবনা লামযৈ যৈ পোইবৈ মৈতৈ পুম্নমনা নোংমৈ গুন্দা মখুৎশুনা ওকফুবাল খুকউ কাংগোইথোংবু যৈখাই হুইনিং নাকতোল হুমদাং খুমৈতোলবু যৈথেক শায়াম লুবেলবু থুখাই পোইবৈ সংগিল মখুৎশুনা তাংখুল পুকনোপ শর্লথিনফমদা থিন্না অসুম হুইযেল লালশোক্লববু ওকফুবাল তাংখুল মমাই লৈবিদ্রবদা লাইবেল মৈদিংঙু তুবি চিঙলেন নোংদ্রেলখোম্বা নিংথৌবেলনা দোলাই লেংজ্জাওথত্তা মা য়েৎথাং খুৎতাসু কদম মথেক লৈবোং হাই লিক্লাই যাবা মখোনজেল মৈবি সঙাইসেন লাললোইবনা খোনজেল নোংখাক চৈবোইননবনা লাওথবকএ। ইদাইবেম পোইবৈ লৈবাক কোইবসিংও তলবা নমাই লৈগুনো ওকফুবাল যানরো হুইনিং থিনরো শায়াম হাৎও তাংখুল তুপও হাযনা লিক্লাই যাওবা মখোলজেল খোনজেল নোংখাক চৈবোনবনু ওকফুবাল তাংখুল হুইনিং শাযাম পুম্নদি খোযবু মহুম চাযগুম ওকফুবাল হুপচেয়া হুইনিং হাচেংখিবে হাযদববা। হে লিক্লাই ও লাইবেল মৈদিংঙুনা ওকফুবাল খুল্লক চং থেলবুং নুংপাকথক্তা থেংগৌ কদম চাওকোইবেল সাখিএ। থৌবম অদু মতুংদা হুইনিং খুলযাইনা তাংখুল হাওযম পুম্নমবু খাম্বি মৈখুনা থুগাযববগা ওকফুবাল কান্না চোংনা হাইচুম চোইথাব নুঙাগ্র নুঙহা পুম্নমবু থুখাইযে। চোইথাব খুলোল্লমদুনা ১ বক শাকো ফলাং ঔরাগী সিমনা যৌনা তকখাইবম্মবগা তাংখুল পুম্নমবু লোই চলনবময়ে হায়দববা।

অসুম্না ওকফুবাল তাংখুলশিংবু লোযচল্লম্নবদা মমোমলোন তম্ফা অতোনবীবু নোংমল্লে হাযনা পাও থাবকপদগী মৈদিংঙুদি মোংবা মবাল যাইদা ওন্দেবক্লে। অসুম তৌবিঙে মবক্তা ওকফুবাল তাংখুলশিংনা লান অমুক হৌবক্তুনা ওকফুবাল তাংখুলশিংগী মথক্তা অকনবা হুইযেল লান্দাদুনা

লম্লাং চীংশাং থুগাযখি। ফাদাংদা মৈতৈ তেঙ্গোলগী লাম্মীশিংনা লানবন শাদুনা ফাদাং তাংখুলশিংগা অকনবা লানথেংনখি। লালফমদা ফাদাং তাংখুলশিংবু মাযথীবা পীবদগী নাবোক্তুনা চেনখি। অসিদসু নত্তনা মৈদিংঙু গম্ভীব সিংহনা খৌপুম হাওযাম্নুসু নমথদুনা লোই চন্দুনা লোইপোৎ কাহনখি। লোইবি খৌপুম লোই চল্লবদা লোইবি শাইতোন খোঙজাই খুলবু অমুক লোই চনখি। মৈদিংঙু গম্ভীব সিংহনা শাইতোন্দগী মৈতৈ কংলৈপুং ময়োন্দা হল্লক্তুনা লান্দা কক্তুনা পুবকপা খোংজাইশিংগী মকোকপু নুঙ্গোযবীদা লালু চনখিবা অদুবু অসুম্না ইবি ;

লাইবেল মৈদিংঙু তুবি চীংলেন নোংদ্রেনখোম্বা নিংথৌবেলনা পাওমেলথোক্লকএ। ৱাবম অবাইববু নত্তে হায়না পাওনাববগা লোইবি খোঙজাই শাইতোন পুম্লমদি লালু পবেং শিন শাইতোন অচংবা লালহিংনা শমু তুংদা লৈ পবৈ লালকা শা ঙকলি কংজাও থু মদাইবেম পোইবৈ লাম্মী অথৌবা পুম্লমনা লেপলৌ পবেং শিন লাইবেল মৈদিংঙুনা দোলাই লেংজাও থক্তা চিঙঙ নোংথৌ সোবাবেনগুম তুবি য়াইদাবাংনা লোইবি শাইতোন কান্না চোংনা পোইবৈ স্না পুংদা ৱাইথুংলবগা চেঙঢ়া নুঙ্গোয়বীদা শাইতোন খোঙজাই পুম্লমগী হুযেল লালু চল্লবগা লাইবেল স্না মশঙ্গাইদা ৱায়থুংলবদা মদাইবেম পোইবৈ লাম্মী অথৌবা পুম্লমগা ওকফুব্বল হুইনিং শায়াম, ফাদাং হাযচুম চোযখাই নুঙগ্রি নুংহা শিবোই লাতাং থোনলাং তামা তাকৌ তাদোল ঙামৈ শলমৈ নাকা চেং থিংক্রা শৌবুম তাযাং শাইতোন খোঙজাই হাওযাম পুম্লমবু নাবগী পাঙ্গল মনা পুম্লমবু পিখিযে। ইদাইবেম বিনোদ হাওবম সুবিদাব নংদি তুবি খাংনপ লমঙাল নাইবা অসিগা মন্ত্রী ৱাপি হাযববু ফংজখিও। নযু নবুথৌ মন্ত্রী পুন্সিবনা হেমকাই কমশোন অসিবু তৌবমও। বিনোদ নংনা হেমকাই কমশোন অসিবু হাইফংও। ইদাইবেম থৌগানায় পুজাবি প্রেমানন্দ নংদি কামাব নোংমৈ মকনা ফৈবা নতান পাকপু কাপথেক্লববু তলবা নমাই নৈদবা নংগী শাগৈ ফুঙ্গা মথৈবু লাই মনাই ওইববু পানা থোক্লা লাইফমলাকপবু ফংজখিও ইদাইবেম সেবক ইপাবি থৌক্লাও জিবন নংদি লালফম খাম্বী মৈশা লাংবদা পাইম্মা পুক্রিং তপ্পা নিপা পুকচেল লৈ

নংদি হাজাবি ফংজবো। ইদাইবেম কোনশবা কীর্ত্তি নংদি কবোগী তুমু নিংথৌ ফংজখিবো। ইদাইবেম অচোইবা নংদি মোইবাং নিংথৌ ফংজখিবো। ইদাইবেম লোংজাম্বা লমা নংদি নবুধৌনা শুগ্নু যিবমলেনগী থৌবম পুম্নমবু তৌবমযে। লমা নংদি লম সেনাপতি ওইদুনা শুগ্নু য়িবম পুম্নমগী হাওযাম পুম্নমবু তকখায়দনা পোইবে নাইয়াম থাও। হিজবা মেজব নংদি পুথ্রলববু ফংজখিবো। পাইবৌবেম ধনি লংমাইথেম্বা নংদি অঙোম নিংথৌ ফংজখিবো। ইকু মাইস্না নংদি লুৱাং নিংথৌ ফংজখিবো। ইবায লংমাইথেম্বা কীর্ত্তি নংদি শিল্লৌ নোংথোলববু ফংজখিও। সদসবা সদয় নংদি লাইফম লাকপা ফংজখিবো। ইদাইবেম সোগাইজাম্বা নংদি অহল্লুপ লাকপা ফংজখিবো। ইদাইবেম সেললোই ইপাতাও মিমি নংচালবা নংদি খাবম সেলুংবাহন ফংজখিবো। ইদাইবেম ঈবোয়বা সেলুংবা নংদি অহল্লুপ সেলুংবা অহন ফংজখিবো। ইদামবেম পাইবৌবেম মাইস্নামচা সুর্পা নংদি পোইবে পানা হাজাবি ফংজখিবো। ইদাযবেম মাইস্নামচা চন্দ্রবদন পাইমা পুক্রিং তপ্পা যাথং বাপে হাযদবা ধর্ম্ম শাস্ত্র খঙবা নংদি নোংপোক তাংখুল মবিং চিংশাং পুম্নমবু যৈফাংলুও। ইদাইবেম পাথ চিবোমচা নংদি ফিদা অচংবদা সুবিদাব ফংজখিবো। ইদাইবেম দযা তোংৱা নংদি লোইযা কাংঙমোংদা ঔবা তানদবনা লৈবাকচা ঙম্নবদা লাইবেল ঔৱা থুগাইগে হাযনা কৈনৌ অচংবদগী কাখৎলকপদা ঔৱা লৈবাকচা ঙম্বা ঔৱা মিপুম ৭ মু তাংজা শমখোঙ লাক পবে লালকা শানা মাওবি পোংযানগুম যান যেন্দেম থাবাম শোহগুম শোই পুনুং চংবি লাম্মোল ভুপগুম ভুপ্পনে। দযা তোংৱা নংবু লাইবেল ঔনা পাইমা পুক্র পেনখোইবে নংদি থাংদা পুবেন ওহখিবো। ইদাইবেম নামৈবাকপা কোনজেংবা নবিঙদি ফিদা অপালবদা জামাদাব সুবিদাব ফংজখিবো। লাইবেল ইশানৌ সেন্দ্রেং মনিকখোম্বা পেইবৈ সেনাপতি হুযেল লালচিংবা নংগা অদোল খুম্বোং দামু সুবিদাব নংগা ইদাইবেম অচোইবা লুৱাংবগা নখোয ও মনচিংবা পোইবৈ সিফাই পুম্নমগা ঙাইবোইননা লোইবি খোংজাই হাওযাম পুম্নমবু তকখায়ও। ইদাইবেম সেবক হৌৱাইবা ইদাইবেম অহঙেম্বা

> হৈয়ং ইদাইবেম পাবা পাঙলদগী সুবল নখোই ৩ মনা তুমুতাপ নাঙৈদা লালফম মৈশাকনবদা পাইমা পুকনিং পেনখিবে হায়না মদাইবেম ৩ মদা বব লনকুবিখিযে। লাইবেল মৈদিংঙু তুবি চিঙলেল নোংদ্রেলখোম্বা নিংথৌবেলনা মদাইবের্ম পোইবে লৈবাক পুন্নমবু পাঙ্গল মতীক য়েংনা থৌজাল লনকুর্বিখিযে হায়দববা।

মতৌ অসুম তৌদুনা মৈদিংঙু গম্ভীব সিংহনা মণিপুবদা পানখিবা মতম অসিদা মথৌনা মবীংজেল লৈবা লৈবাক্কী ফম্নাইর্বশিংবু মাগী মাগী ফমথোল পীদুনা ইকাই খুম্নবা উংখিবা অদুবু ঔবা ঙম্বা কৌবা লাইবিক অসিদা মবীক চুম্না শৈথাদুনা ইবমই। মৈতৈগী থৌনা ফববা অঙম অথৌশিংনা লৈজবী থাদুনা মখোয মখোযগী মবীংজেল মথৌনা ফুদোক্তুনা যেক্লবগা লান শোক্লখিবা মতমদা যেক্লববু মাযথীবা পীদুনা লানঙম্লকখিবা কযা অদুবু ঔবা ঙম্বা কৌবা লাইবিক্তা মযেক শেংনা উবা ফংই। লৈবাক্কী নিংথৌনা লৈবাক ঙাক্লোন ব্রাযেন পথাপ চথবদা লৈবাক্কী ফম্নাইবা অঙম অথৌশিংনা লৈবাক নিংথৌগী মফমদা যজবা ব্যবহাব নিতি উত্তুনা যেক্লববু মাযথাবা পানবা হোৎনবদা মথব্রায ফাওবা থাদোক্তুনা মবৈবাক মবমদমগীদমক পুন্সি কখোকখিবা অদুবু ঔবা ঙম্বা কৌবা লাইবিক অসিগী তাঙ্কক কয়াদা উবা ফংই। মণিপুবদা মপাল অমসুং মনুংগী লৈবাক ঔব', খাশি, কাছাব, অমসুং লোইবী চীংদা তোংবা চীংমীশিংনা হৌজ হৌজ কযাবক লান্দাবক্লুনা লৈবাক অসিবু কাং খোং চাযহল্লবা ফাওবদসু মৈতৈ নিংথৌ গম্ভীব সিংহনা লৈজবী থাদুনা মশাগী মথৌনা মবীংজেল ফুদোক্তুনা নীংহন্নবা লৈতনা অঙম অথৌ খোংমী লাম্মী নযামণা লোযননা যেক্লববু লান্বা পাদুনা মমা লৈবাক মবমংখু যেক্লবগী মখুত্তগী কর্নাখবা অমদি লান ঙম্লক্লবা মতমদা নিংথৌনা মনাই মশলশিংগী পুক্লিং থৌগত্তুনা যমথোন হাপখিবা কযা অদুবু ঔবা ঙম্বা কৌবা লাইবিক অসিদা মবীক চুম্না ইবম্বদগী মাংলমচংকী নিংথৌ পাল্লিংগী মতমদা পাঙথোক্লম্বা চংন পথাপ অমসুং লৈবাক ঙাক্লোনগী অশেংবা শক্তম অদুবু শঙশঙনা উহল্লি। মায়থীববা লৈবাকশিংগী অঙম অথৌ লুচিংবশিংনা মশানা মায়থীবে হাযবা য়াদুনা মৈদিংঙু গম্ভীব সিংহগী মথ পোন্দুনা চহী খুদিংগী লোইপোৎ কাংগৎ মণিপুবগী নিংথৌদা পীখিবা কযা

অদুবুসু ঔৱা ঙম্বা কৌবা লাইবিক অসিদা মযেক শেংনা উবা ফংই। মৈতৈ নিংথৌ গম্ভীৰ সিংহনা মণিপুৰদা পানখিবা মতম অসিদা মপাল লমদা মণিপুৰগী ঙমখৈ অসি কদায় ফাওবা পাক চাউনা শন্দোক্লম্বগে হায়বসি ঔৱা ঙম্বা কৌবা লাইবিক অসিদগী খঙবা ঙমই। মহাৰাজ গম্ভীৰ সিংহগী মতমদা মণিপুৰগা বৃটিশকা কদায় ফাওবা নক্লবা মৰী লৈনবম্বগে অমসুং চান্নখিবগে অমসুং মৈতৈ নিংথৌ গম্ভীৰ সিংহবু বৃটিশ সৰকাৰনা কয়া যান্না ব্যৱহাৰ তৌখিবগে হায়বসি ঔৱা ঙম্বা কৌবা লাইবিক অসিদা তশেং তশেংনা মযেক শেংনা ইবি।

ঔৱা ঙম্বা, লাইবিক অসিদা হৌচা তৰামাপলগী লোযৰমদাইদা মণিপুৰ সমাজদা চংনবম্বা, পাঙথোক্লম্না হবাউ কুম্মৈ, ইবাং থৌনি, লাইশোন তীনশোন, কয়া অসিদা হিন্দু গৌবিযা বৈষ্ণৱ সম্প্ৰদাযগী খম থেংনা চাওখৎখিবা মতৌ অদুবু লাইবিক অসিদা মযেক শেংনা ইবমই। অসিদসু নত্তনা মহাৰাজ গম্ভীৰ সিংহ নবসিংহ শানৌ মচিন মনাউনা লৈবাক অসিদা নিংথৌ অমসুং যুৱৰাজ ওইদুনা লৈবাক ঙাক্লোন চখিবা মতম অসিদা শা লানগী অমসুং অতৈ অতোপ্পা যেক্লবা লৈবাকশিংগা লান শোক্লখিবগী খ্বাইদগী অচৌবা গুঞ্জক অমনি হায়বসি ঔৱা ঙম্বা কৌবা লাইবিক অসিনা তশেং তশেংনা উহল্লি।

মতৌ অসুম তৌদুনা মণিপুৰী সাহিত্যগী লেপ্তুনা চেহ্নবকপা ইংচলদা লমদম অসিগী শেংলবা লৈহাওগী পোখোক্তা যুম্ফম ওইবা মহাৰাজ গম্ভীৰ সিংহনা যেক্লবা লৈবাক কয়াৰ্ নমথখিবা অমসুং খুদম চন্দুনা লৌশিনখিবা অদুবু মতমদুগী অশৈবনা ইতিহাসতা যুম্ফম ওইবা থৌদোক ৰাংথোকশিং অদুবু সাহিত্যগী ওইবা লোন্দা পুদা ৰাইহৈ ৰাতা কযানা লৈথেং লৈচল শেমদুনা শৈথাবগা ঔৱা ঙম্বা হাযনা মিংথোন্দুনা ইবাল্লবা অসিমক্লা মণিপুৰী সাহিত্যবু অৱাংবা থাক্তা পুখৎপদা কযাদা চাওনা তেঙবাঙ পীবিবা। তশেংনমক ঔৱা ঙম্বা মণিপুৰী সাহিত্যগী অকন অথৌ অমসুং মণিপুৰগী নিংথৌ গম্ভীৰ সিংহ মহাৰাজগী মতীক মগুন অমসুং মথৌনাবু শৈথাদুনা ইবম্বা লাইবিকশিংগী মনুংদা অশৈবগী তাঙলবা খুদোললনি। ☐

# গম্ভীরসিংহ নোঙ্গাবা

চহীচা ১৯ গী মযায চল্লকপদা মণিপুরী সাহিত্যগী ওইবা লমদম অসিগী লৈহাওদগী শাগত্তুনা ইখিবা লাইবিকশিংগী মনুংদা গম্ভীর সিংহ নোঙ্গাবা কৌবা লাইবিক অসি থোইদোক্লা শীংথাবদা মতীক চাববা অমনি। লাইবিক অসিগী মপুং ওইবা রাবীদি ইং ১৮২৫-১৮৩৪ ফাওবা মণিপুরদা নিংথৌ ওইখিবা রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রগী মজা ইবুংঙো গম্ভীর সিংহ মহারাজনা নোঙ্মখিবা মতাং অদুবু শৈথাদুনা ইর্বান। গম্ভীর সিংহ মহারাজনা নোঙ্গাত্রবদা মশানৌ ইবুংঙো চিঙথংলেন পামহৈবা নরসিংহনা মযাম্বুং ইবুংঙো গম্ভীর সিংহ মহারাজনা অবোইবা যাহিগ তানখিবা মতাং অদুবু তুংকোইনা লৈহৌনবগীদমক মতমদুগী মণিপুরী সাহিত্যগী অশৈবা দিযারাম লৌরেম্বা অমসুং নবশ্যাম নিংথৌজাম্বা পণ্ডিত অনিগী মফমদা শীনদুনা গম্ভীর সিংহ নোঙ্গাবা কৌবা লাইবিক অসি ইহনখি। লাইবিক অসিগী মপুং ওইবা রাবী পবীং অসিমক অহল মতম ওইবক্লবা নিংথৌ মীবোল হাকথক কযা ফম্লাইবক্লবা নোংবাল অঙোম নিংথৌ ধনি নোংমাইথেম্বা অমসুং নুংবাল লুরাং নিংথৌ গৌরশ্যাম মাইস্নামচা অনিনা লমজিং লমত্রাকপীখি। মশাবী ইবুংঙো গম্ভীর সিংহ অমসুং মশানৌ ইবুংঙো যুবরাজ নরসিংহ শানৌ মচিন মনাউনা মণিপুর স্না লৈবাক্তা পুকচেল অমত্তা ওইদুনা চান্না চিন্ননা লৈবাক রাযেন থৌদা পুন্নিন্নদুনা মতমদুদা শোক্লখিবা লানফম কযা মায পাকখিবা অদুগা কযা অমনা মাইথিখিবা অদুগী অরা নুংঙায কযা অদুবু শৈথাবদুনা মণিপুরী সাহিত্যগী মচল অমা ওইনা গম্ভীর সিংহ নোঙ্গাবা হাযনা মিংথোন্দুনা ইরম্লুনি। মশানৌ নরসিংহ যুবরাজগী মফমদা তুংগী লৈবাক্কী থৌরম থৌদা পুন্নমক শিন্নরম্বগা লোযননা মপাবি নিংথেম পিশক (চন্দ্রকীর্ত্তি) অমসুং মমোম তম্ফাম্না অনিবু লুনা চান্না নাউযোক নাউকোনবীবু হাযদুনা খুজেং পাযদুনা শীন্নরম্বা অদুবু মশানৌ ইবুংঙো নরসিংহ যুবরাজনা কাওদনা মযাম্বুং ইবুংঙো গম্ভীর সিংহনা থুপখত্রবদা মশাগী ওইজবা পুন্নমক থাদোক্তুনা মযামবুংনা পোক্লম্বা মপাবি নিংথেম পিশকপু নিংথৌ ফম্বাল তোংহনখিবা মতাংনা গম্ভীর সিংহ নোঙ্গাবা কৌবা লাইবিক অসিগী মপুং ওইবা শক্তমনি।

অদুগা গম্ভীর সিংহ নরসিংহ শানৌ মচিন মনাউনা মৈতৈ লৈবাক মণিপুরবু ঔৱানা খুদুম চনখিদুনা চহী তরেৎ খুন্তাক লানশি নঙখিবা অদুবু শানৌ মচিন মনাউনা মণিপুরদগী ঔৱাশিংবু তাঙ্খোক্তুনা মায়থীবা পীখিবা অদুগা ঔৱাশিংবু হাৎপদা ঈ পক্লবা ব্রজসিংহ থাংশাংবু নিংথি তুরেলদা চামখিবা মতাংবু লাইরিক অসিদা মরীক চুম্না ইরমই। গম্ভীর সিংহ নোঙ্গাবা কৌবা লাইরিক অসিগী লোন অমসুং খুৎহই অরিবা মণিপুরী লোন্দা সংস্কৃত লোন মরক মরক্তা মতাং চানা চানা থেত্তুনা ইরম্বা মওংনি। মসিমক্কসু মণিপুরী লোন অসিবু মরাং কায়বা পুক্কে ওইহনবদা নত্তনা অৱাংবা থাক্তা পুখৎপদা অচৌবা ঈনোৎ অমসু পীরি। মচিন মনাউ ওইবগী ফজবা যৌগললোন ব্যবহার পুকচেল খোইজেল তিন্নবা মতৌবু তমজনফম ওইবা মওং কয়া অদুবু লাইরিক অসিদা শৈথাদুনা মরীক চুম্না ইরম্বা অসিমক্কসু লাইরিক অসিগী মগুনবু হেন্না ৱাংবা থাক্তা পুখৎপদা চাউরবা থৌদাং য়াই। অদুগা অশৈবগী হৈশিংলবা ৱাখললোন অমসুং অৱাংবা থাক্কী উপমা কয়া অদুবু মপুং ফানা লাইরিক অসিদা উবা ফংই। ময়াম্বুং ইবুংঙো গম্ভীর সিংহনা মাগী পুন্সি চেংজেল লোয়রক্কদুনা শিরমদাইগী মতমদা ঈশ্বরগী খুযা খাদা চঙজদুনা পুন্সি মতোল লোম্লগে খল্লদুনা মশানৌ ইবুংঙো যুবরাজ নরসিংহগী মফমদা লৈবাক্কী ৱায়েন থৌদা পুম্নমক শিন্নরম্বা মতাংবু লাইরিক অসিদা মখাগী অসুম্না শৈথাদুনা ইরি ;

> শানৌ ইবুংঙো চিংখোং য়াইমবাও লিক্লাই নশাবি ঐদি চেংলৌ মিৎলম পাংবরমগী শ্রীবৃন্দাবন স্না লৈময়োনগী চীংঙু লাইফম খুদিঙদা নুংঙাই পুক্লিং থুংনা খাজং দর্শন তৌনা খোইমোম কোরৌ লনশারুগে নিঙজ পুক্লিঙ থুংলগা স্না লৈকোয় পুংদা থিংলৌ নিঙনা তেনা হলৱাইরক্কে। লিক্লাই ইশানৌও নঙবু উনবি পুক্লিঙ চেৎও পায়মা পুক্লিং লেঙদনা স্না লৈবাক ঙাকও। লাইরেল নশাবি ঐনা পোক্লম্বা ইমোম তম্ফা ৱাংঙমলোন লুপা য়োইথম্বালগুম্বীগা মদু নিংথৌ নাৱা অখুবা স্না কোনখাঙ লৈগুম্লগা অনিমা শাৎমন্নবা অসিবু লিক্লাই নশাবি ঐনা পোকচবা নত্তরে। লিক্লাই ইশানৌ নঙনা পোকচবা লৈরাং মতম মানগুম্না নুংশি থাদা কোন্না লাইরেল নশাবি ঐবু নুংশি খুৎপায় থাদোক্তনা নাউয়োকপিয়ো হায়না কোল্লোয় য়াথং অথুম্লদা পুম্নমবু ৱারম

অসুম তৌনা খঙহল্লে। ব্রাবম অসি মতুংদা পোইঁবে মালেম লৈবাক কোইবা অয়াম্বা ব্রাহ্মণ বৈষ্ণব পুম্নমক্তা ব্রাহমখি। নখোয় লৈবাক খিবিক্কা লিক্লাই ঈশানৌগা যাথং চৈবোযননা উনবি পুক্লিং পুকমান্ননা পোইঁবে স্না লৈবাক ঙাকমন্নাও হায়না লিক্লাই স্না ময়াথং অবেপ্পবু খঙহল্লে। লাইবেল শংলৌ মথৌবাঙ তুবি যেল্লাং মঙমদম লেঙদবা স্না ময়াথং হোংদববু উববগী লিক্লাই মশানৌ পোইঁবে যুববাজ চিংথংলেন পামহৈবেনচিংবা পোইঁবে লৈবাক কোইবা ব্রাংঙম ব্রায়েল মীকোক থোংবা লোযশঙ ফম্না ইবিবা খৈবিক্লা লাইবেল স্না মখোঙ খাদা মালেম লৈফাই তু ভক্তি কাওবী চীগ লুক্লা হন্না হন্না পুকমজখিযে। লাইবেল কোবৌ ইনোংথৌ লিক্লাই তাইবঙ সোবাবেন নমু পোংহনবা ইবুংঙো তাও লাইবেল নংগী শংলৌ নথৌবাং য়েল্লাং নঙমদম্বা অসিবু কবম্বনো। নদাইবেম ঐখোযদি শুমদিন কোযবেল লাই মযাই কোযবেল গুইবেলগী লীক্লা যাইমকবু লৈতনা বাংঙম লৈকোইপুং অসিদা লৌশিং পনথাং ফম্বু খঙদনা কবম যাঙ্গোইঙমও হায়বনো। প্রামেল উজাও মকুম থুপুবা তল্লা শোইনৌ অপিশানা মাল্লং মমাঙ লেপঙমদবা খাবা উল্লেন, ইীন্না য়ৈহৎপা তুগুম্নঙেনে হাযনা প্রেম খকমা তানা যাথং ঈকহাযননা অসুম ব্রাকৎচববু মৈতেঙঙু ৩ও লাঁংও থোইখোযবদি সমক্র লাইজা ঈবেন পুঙনা ঈশিং লুম্বু শাবিদা ঈবিক কেঙ্গোল শৌবিদবগুম লাইনিং মহৌশাবু লেঁঙবিদে।

অসুম্না গম্ভীব সিংহ মহাবাজনা লেপখিবা পুক্লিংবু হোংদনা শ্রীবৃন্দাবন মপুংযাইদা খোঙশাল্লগনি হাযনা পাওস্মেনবব্ মদাইবেম ব্রাহ্মণ বৈষ্ণবশিংনা থমোই শোক্লা নুংঙাযতনা পিবেম খকমা তানা গম্ভীব সিংহ মহাবাজগী মফমদা পোইঁবে মৈতৈ লৈবাক অসিবু থাদোক্লনা চৎপিগনু হাযনা থৌখামজববু নিংথৌ স্না যাথং অহকপনা অসুম্নবু পাওমেল্লকই।

হে ব্রাহ্মণ লাইওইবা ভক্তি সিদ্ধান্ত অথোইবাও খোইযুম নোংদম্না মাগী নোংদমখোনদি যাব্রা শেলযাম পীনা তোংনদে নিংথৌ শমু মমায য়েংনা মালেম লৈফাই তু ভক্তি কাওবী চীগ লুক্লা হন্না হন্না পুকমজখিযে। লাইবেল কোবৌ ঈনোংথৌ লিক্লাই তাইবঙ সোবাবেন নমু পোংহনবা ইবুংঙো তাও

> লাইবেল নংগী শংলৌ নথৌবাং য়েল্লাং নওমদম অসিবু কবম্বনো। নদাইবেম ঐখোযদি শুমদিন কোযবেল লাই ময়াই কোয়বেল হুইবেলগী লীক্লাং য়াইমকবু লৈতানা ৱাংঙম লৈকোইপুং অসিদা লৌশিং পনথাং ফম্বু খঙদনা কবম য়াঙ্গোইঙমও হায়বনো। পামেল উজাও মকম থুপুবা তল্লা শোইনৌ অপিশানা মাল্লং মমাঙ লেপঙমদবা খাবা উল্লেন হীনা যৈহৎপা তুগুম্লঙৈনে হাযনা প্রেম খকমা তানা য়াথং হীকহায়ননা অসুম ব্রাকৎচববু মৈতেঙঙু ভক্ত লাংওন থোইখোয়বদি সমক্র লাইজা ঈবেন পুঙনা ঈশিং লুম্বু শাবিদা ঈবিক কেঙ্গোল শৌবিদবগুম লাইনিং মহৌশাবু লেঙবিদে।

অসুম্না গম্ভীব সিংহ মহাবাজনা লেপখিবা পুক্লিংবু হোংদনা শ্রীবৃন্দবন মপুংযাইদা খোঙশাল্লগনি পাওমেনববু মদাইবেম ব্রাহ্মন বৈষ্ণবশিংনা থমোই শোকনা নুংঙাযতনা পিবেম খকমা তানা গম্ভীব সিংহ মহাবাজগী মফমদা পোইবৈ মৈতৈ লৈবাক অসিবু থাদোক্তনা চৎপিগনু হাযনা থৌখামজববু নিংথৌ ম্না যাথং অহকপনা অসুম্নবু পাওমেল্লকই।

> হে ব্রাহ্মণ লাইওইবা ভক্তি সিদ্ধান্ত অথোইবাও খোইযুম নোংদম্বা মাগী নোংদমখোর্নদি যাৱা শেলযাম পীনা হোংফদে নিংথৌ শমু মমায যেংনা থৈফদবগী ব্রাহ্মন লাইওইবা পণ্ডিত লাইনিক হৈবা বৈষ্ণব লাইবু নিঙবা নখোযগী কোল্লোয নযাথংবু তাংজা লুদা থোংনা তোয যাফদবনা হে ব্রাহ্মন বৈষ্ণব লাইবু নিঙবও পাযমা নখোযগী উনগোইনুংদা অবা ঈশৌ লাঙনা নিঙলুগুনে তাইবঙ লমদাং শীংগী মহৌশা পাথৌ লমলোয লৈবি। তবেৎ লনযাম লোইবি নমু মীকোক খোংলি হাযনা লমচঙ কোম্বোং কানফদে, খোইযুম নোংদমখোনগী মতুংইগা লমলোয চান্নবা লুমলেন নুংশিবী পাবি ইমোম নুংঙনবী তবেৎ শেলযাম পুম্নমবু হন্না যেংদনা চৎঙৈনে।

মৈদিংঙু চিঙলেন নোংদ্রেনখোম্বনা (গম্ভীব সিংহ) শ্রীধাম বৃন্দাবন্দা খোঙলেঙদুনা ঈশ্বরগী খুযা খাদা চঙজদুনা লাই নীংদুনা লৈকুবগনি তাবদা মচা মনাইশিংনা থৌখামজববা ফাওবদা মৈদিংঙু চিঙলেন নোংদ্রেনখোম্বনা লেপখিবা ৱাখলবু হোংবা তৌদনা মশানৌ যুববাজ চিংথংলেন পাম্বৈবা

নবসিংহগী মফমদা লৈবাক মীয়ামগা লোয়ননা লৈবাক্কী ৱায়েন চুপ্পি পুমিন্নবা শীন্নখি। ময়াম্সুং মৈদিংঙু চিঙলেন নোংদ্রেনখোম্বনা হৌখিবা থৌদোকশিংবু নীংশিংলগা মশানৌ নবসিংহগা লৈবাক্কী ৱায়েন থৌদা পুগিন্নবদা কযাগী মতীক মশানৌ নবসিংহনা ৱাজখিবা অদুবু পল্লদুনা মশানৌগী তৌবা ঙম্বা মতীক মগুন কয়া অদুবু শীংথাবদুনা লৈবাক মীযামগী মফমদা খঙহনখি। মশাবী গম্ভীব সিংহ অমসুং নবসিংহ শানৌ মচিন মনাউনা ঔৱা লৈবাক্কী নিংথৌনা মণিপুবদা লান্দাবক্লবদা ঔৱাগী মখুত্তা মাযথীবা ফংদুনা কাছাবদা চেন্দুনা কাছাব নিংথৌ গোবিন্দচন্দ্রগী মফমদা চঙজফম লৌদুনা লৈখি। কাছাব লৈবাক্তা লৈবিঁঙেদা চৌবজিৎ, মারজিৎ, গম্ভীব সিংহ, নবসিংহ শানৌ মচিন মনাও মবিনা মণিপুবদা লৈবিঁঙেদা নুংঙাযনখিদ্রবসু কাছাব লমদম যৌববা মতমদদি যাম্না নুংশি চান্নমা লৈমিন্নখি। চৌবজিৎ, মাবজিৎ, গম্ভীব সিংহ, নবসিংহ, শানৌ মচিন মনাউ মবিনা কাছাবগী নিংথৌ গোবিন্দচন্দ্রবু হাৎলবা মতুংদা মাগী মাগী কোন্নুং শেমদুনা লম যেনথোক্লবগা লৈবাক ঙাক্লোন চঙ্গদুনা পানখি। অসুম্না গম্ভীব সিংহ, নবসিংহ, শানৌ মচিন মনাউনা কাছাব লৈবাক্তগী খোংমী লাম্মী ৫০০ গা লোযননা যাত্রাপুব কোন্নুংদগী লানগীদমক খোঙশাল্লকখি। চীং, পাৎ, তুবেল, উমং ৱামং, অশুকপা জঙ্গল কযা লান্দুনা খোঙনা লাক্লগা মণিপুব তম্পাক্তা ৱায়থুংখি। মতম অদুদা মণিপুবদা লৈবমবা ঔৱাগী লাম্মী তেঙ্গোলবু শা ষন তানবগুম্না তানখাযদুনা শানৌ মচিন মনাউনা মণিপুবদগী তাম্থোকখি। মণিপুবদা চহী ৭ খুন্তাকখিবা মতমদা মী মশীং লাকঙমদনা শিখিবদগী খুন্তাক লানশি থোক্লুনা মী পোং কনাসু লম্নী লম্মাংদা চৎনদ্রবদা মফম খুদিংমক্তা লমহাং তুমহাং ওইদুনা মোংশোংগী মোংশোং ঙাক্তা ঙাযদুনা শা কৈগী লৈফম ওইদুনা নমু তাইবঙ মীগী খোঙ্গুল ফাওবা তাখিদবা মতৌ অদুবু গম্ভীব সিংহ নোঙ্গাবা কৌবা লাইবিক অসিদা মবীক চুম্না অসুম্না শৈথাবি ;

> পাম্বা হাথনা কৈরেল নাউশোংনা ওকলেন তমথিল লাইবেল
> হুময়ান শোয়পাই হাবেপনা য়াৱা ফনননলিং, তিংগোই লাইশম
> শোঙ যাওবৌ শবি য়াম্ম তোনবনা মথক পুঙ্গা থোল মখা
> খোঙ্গা তৌ লৈবক খোংলেন মবিল মাঙ হূপ্পা খোংশিললোন
> তৌশেৎ শেৎথনা তৌবা লমথন পোম্বী য়োইতম পৈ ক্লাক
> পুইদু খোং পোইবে চীকনেম নেম ৱাংঙম চীকথম থম্না

> ফুবেল ঙাযোকফুবু লেমলৈ চেপ্পা হৈবা অদুগী লৈবাং মতম মানগুন্না পোইবৈ মচেং ব্রাংঙম পাংশোয নীক্রা পাল্লবদা লিক্রাই ঈচন্ ঈনাওনা ঈযু লাইবেল নাউফঙবা লমথক শাবোঙ পুঙ তিঙাহি ব্রাক্ষেণ্ডলাক লাবা নোংলৈফম কংলা গোন তবেৎ থোল্লাংমৈবু থাঙলেন নাগা হাই মালেম থৌবে লৈমায যান্না শঙলেন কানুম অস্কুম্ব লৈনা খল পোইবে চেন্না তান্না খুল্লিংহৌবে হযদধন। ভ্রাব খল্লাং পাপলোই লাইবেল ঈবেং পুপালোই পোইবৈ মাগোম লৈবাক ঙাক্লিবা লাই খৌনিক্তসুঙ হৈবাঙ পুঙবু লেম তাইজিঙ থেনমায লাংনা যোইনা পুকমলে। পোইবৈ অসুন্না খুল্লিংলাবদা লাইবেল নশাবী ঐদি থোংনাং মবৈবাক্তা লৈহৌবা হনু হনবা ব্রাহ্মণ বৈষ্ণব যোইবু যোইবে পুন্নমদা লানফম যাইফবক্তে পোইবৈ খুল্লিংলমলে হাযনা পাইদমলখিগে। লিক্রাই ইশানৌ নঙনা পোইবৈ খাঙ্গংথৌবু ওইনা পালহৌবো হাযনা ব্রাহম্ববু হোয যাদনা পাওখুমমে।

মন্ত্রী অসুম তৌদুনা মৈদংঙু চিঙলেন নোংদ্রেনখোম্বনা মাংগী থোকখিবা থৌদোক বাথোকশিংবু চীখদনা পোইবৈ লৈবাক মীযামদা তাহল্লবগা নিংথৌ মানা নীংজবিবা শ্রীবৃন্দাবন মপুংযাইদা লৈবিবা যুগল ব্রহ্ম মপুবেনবু খাজঙ দর্শন তৌববু তানফংজগে হাযনা নীংজবিবা অসিবু উনবি পুক্লিং থুংনা তানফং মহৈ ঢাববু থৌজান লনকুবিবো ম্না ইবৈবাক অসিসুং যাইফা মহৈ পানববু লেপ্পা ওইবসুগো হাযনা মৈদিংঙনা থৌজান লনকুবিখি। লৈবাক্কী অঙম অথৌশিংস মৈদিংঙুনা লেপখিবা পুক্লীংবু মহন্দ্রবদা শ্রীবৃন্দাবন মপু যাইদা খোঙলেঙনাগীদমক মৈদিংঙুগী যাথংঙাইদুনা লৈখি। পলেম মমা ইবেম্মশিংনসু মপাবিগী শংস্লৌ থৌবাং অদুবু পীবেম খকমা তানা তোযনা থৌখামজববু মপাবিগী লেপখিবা পুক্লিংবু হনবা মবৈত্রবদা কান্নবগোই খঙলদুনা মপাবিগী নীংজবা পুক্লিংবু লেপ্পমক থুংজবো হাযনা থৌজান লনকুবিবমল্লগা মোংবা মবাল যাইদা মদোম মদোম হলরাযখি। লাইবেল মৈদিংঙুগী কোল্লোয যাথং তুংইন্না শীন্নৌ নোংথোনবা কীর্ত্তি লংমাইথেম্বনা শ্রীবৃন্দাবন মপুংযাইদা থুনা যাঙনা খোঙলেংদুনা ফুবা লাইযুম শাকবগা শ্রীকৃষ্ণগী শক্তম শেমনা লেঙশিনখি। শীন্নৌ নোংথোনবা কীর্ত্তি লংমাইথেম্বনা

পোইবৈ স্না পুংদা থুনা যাংনা হলব্রাযবক্তুনা লাইবেল মৈদিংঙুগী স্না মখোং খাদা থৌবাং ঙমদম লোইবে পাউদম্লবদা লাইবেল মৈদিংঙুনা মশানৌ যুবরাজ চিংথংলেন পামহৈববু কৌখত্তুনা লৈবাক্কী রাযেন থৌদা পুন্না শিন্নখিবা মতাংবু অসুম্না শৈথাবি ;

> লিক্লাই ইশানৌ শ্রীপুরবসিংহ পাযমা লৌশিং চাউবা নঙবু তাও, পোইবৈ খমলাং পাপল্লোন ঈবেং চৎনবোল অকববু কাওগুনো। পোইবৈ চৎনবোন্দা মোমনু নুজা ওইবীনা মযাই কোইবেল শুমদিল লাইকোয ফমহৈদে রাযেল মকোক ওইফদে। নুজা উনবী ঈখৌ লাংবদি খাম্বী মৈবিগুম লাম্বনি লমচৎ অঙ্কা ওইবনি। খাম্বী মৈত্রেং অবাবনা মপাঙ্গল চৈশৌ ওইনবা শিঙবী হামজৌ চাকথেক্লগা চকমোম পাঙ্গল মাঙনবগুম মোমনু পাঙ্গল মাঙ্গনৈযে। নুজা পুক্লিং ইখৌ লাংবদি তনবা নীপাক্কপুগী পাবোম তবেৎ থোইবনি। নুজা পুক্লিং মহৌ তুবেল লাইজা তৌবৈগুম পুকচল পাবি চৎকন্দে। অবাংবা মাযকৈ কাবন্দে অনেম্না মাযকৈ থিগল্লি। মবম আস লৈবনা নমু মীকোক খোংফদে। লিক্লাই ইশানৌ নহাক্লা ঙাকলৌ নৈশৌ ওই লাইবেল নশানি ঐহাক্লা ঈচঙ খোংহৈ ঙেইনা পোইবৈ লৈবাক ঙাকপামবসু তাইবং মীবৌলা দা থুদুনা থম্মোই থৌদুনভবু ফুম উনবী মৈশা লাংনা নোংথোইবরা অসিদা নুজা শমু মখুৎবাক্তা বরম পোইবৈ লৈবাব ঙাকও বাংঙম থৌদাও হার্যাসবনো। লিক্লাই ইশানৌ নহাক্লা স্না যম্লাল তোংবাদি হযেং মতম লাকপদা পাবি লাউবা অখুবনা চাউবা লেপ্পম ফাববদা লাইবেল নশাবী ঐগী চাম্নাখুৎলায খাদোকনা শমু খুৎশিন্নবদা পুক্লিঙ বাকাউবিবোইযে। নশাব মৈতৈ লৈমদি নিংথৌ চাকচা নুংঙাইববু শমু খুগ থম্লবদি নুজা পুক্লিঙ মহৌশা মপাবি নুংওনবসুঙ কাউখ্রনি মমোম নুংজানবীসুং খনখ্রবোই। ফমদৌ মঙাইবোই নিংথৌ মহিশাংগী কোল্লোয মপাউ ভাগ্রবোই। নিংথৌ লৈবাক মপুগী ঐনি মযাই কাবদি রাংলৈ যুদগী থোইবনি। নাউবা উনবী লৈখল লনবগা পাংখর্কনি। পণ্ডিত মকোই পাউনিংশিংবা ফমদৌ মঙাইবোই লাইবেল মহীশাংনা নিংথৌ লৌশিং ওইনবনে। নিংথৌ লৈবাক

> মপুন্দি পুক্রিং ফমহোং তোযফদে উনবী ঈশৌ থোইনা লাংফদে। শূন্নী লুদাইদবীনা পামেল হুমওইফন্নু চিকথেকপগুম নিংথৌ পাঙ্গল ওইবিবা লৈবাক্লা ময়েং তাববদি নিংথৌ লৈবাক মপুগী পাঙ্গল ময়েং তাবনি।

লাইবেল মৈদিংঙু চিংলেন নোংদ্রেনখোম্বনা মপাবি নিংথেম পিশক অমসুং মমোম তম্ফাম্না অনিবু তেক্তা কাযদনা নাউযোক নাউকোনবিনবা অমদি মপাবি নিংথেম পিশক্লা চাউবা শাবেপ ফাববা মতমদা স্না ফম্বালদা ফমহন্দুনা মণিপুরগী নিংথৌ ওইহন্নবা মশানৌ নবসিংহ যুবরাজগী মফমদা খুজেং পাযদুনা শিন্নখি। অসিদসু নত্তনা পোইঁবে মৈত্রবাক্কী লৈবাক ব্রাযেন থৌদা পাওথোকপদা ব্রাহ্মণ বৈষ্ণব অমদি পণ্ডিতশিংগী মতেংগা লোযননা লৈবাক ঙাক্লোন চত্থমিন্নবসু মশানৌ নবসিংহগী মফমদা পাওমেনখি। লৈবাক্কী নিংথৌ ওইববদি অবেপ্পা পুকচেল অমসুং ব্রাখলগা লোযননা মতম চুপ্পদা লৈবাক মীযামগী যাইফনবা খন্দুনা হাযদোকখিবা ব্রাফম্ন খক হোংদনা লৈবাক মীযামগী অনিংবা অপাম্বা কযাবু থুংহন্নবা হোৎনগদবনি। মসিনা নিংথৌ মচা অমা ওইবগী মগুন্নি হাযনা মশানৌগী মফমদা পাওমেনখি। নিংথৌগী পাঙ্গল শক্তিদি লৈবাক মীযাম্না ওইবনা লৈবাক্কী অৱা অনা অকৱা ফিভম লাকপা মতমদা নিংথৌ ওইবিবা নহাক্লা নথবায হাকচাং পুম্নমক কত্থোক্তুনা অৱাবা কোঙ্গাই খাওদুনা নাকোক থক্তা থাগত্তুনা পুগদবনি হাযবসি মতম চুপ্পদা খক কাওথোকফদে হাযনা মশানৌ নবসিংহগী মফমদা মযাম্বুং গম্ভীব সিংহনা তাকপীখি। মৈত্রবাক্কী স্না ফম্বালদা মোমনু নুজা ওইবীনা ফমদংদুনা লৈবাক ব্রাযেন পত্থাপ চত্থবদি ইপা ইপু হাত্তকগী খক চৎনবক্তে। মবম অসি লৈবনা মোমনু নুজা ওইবীগী মবা মপাউ লৌদুনা লৈবাক ব্রাযেন চত্থফদে হাযবসিমসু মতম চুপ্পদা খক কাওথোকফদে হাযনা মশানৌ নবসিংহগী মফমদা মযাম্বুং গম্ভীব সিংহ পাওতাকপীখি।

মতৌ অসুম্না লাইবেল মৈদিংঙু গম্ভীর সিংহনা মশানৌ যুবরাজ চিংথংলেন পামৈহবা নবসিংহগী মফমদা লৈবাক্কী ব্রাযেন থৌদা পুম্নমক শিন্নবা লোযবদুনা শ্রীধাম বৃন্দাবন মপুংযাইদ্রা ইন্দান্নবগীদমক লিক্লাই মশানৌ নবসিংহ যুবরাজনা শিন লাংদুনা ব্রাহ্মণ বৈষ্ণব লাই গুরুজন. অহল লম্মন অমসুং লৈবাক্কী অমাইবা অমাইবী পণ্ডিত খিবিক্লা শুনা পোইবে

মালেম লৈবাক কোইবা লোইশঙ ফম্নাইবিবা পুন্নমকপু কাগুপ পবেং শানা যোইবু কংলৈ মৈতৈ লৈমা যোযকমলোন (লুবাং চনু) পুঙলেন খোম্বীগী মপন পন্থৌ নুংবান লুবাং নিংথৌ গৌনশ্যাম মাইস্নাম চাগা লাইবেল মৈদিংঙুগী পাইবৌবেম তুবেল বাংমা নিংথৌ ধনি লংমাইথেম্নগা কেগে মোইবাং নিংথৌ লুবাংবা অচোমচাগা নিংথৌ অহুম্মকসু যাওনা লাইবেল মার্গী শেললৈ পাইবৈ শাবি শানৌ যোইবু যোইহে পুন্না হৌনা গীতা ভাগবত তানা অনা লাইকন্নবে। লাইবেল মৈদিংঙুনা অবাংবা কোবৌ পক্তা নোঙ্গাবমদাইগী মতম অসিদা ব্রাহ্মন বৈষ্ণব লেংনা তিনবশিংদা চোযনৌ স্না মৈখাঙকোনবু তাঙ্গা মপুম পান লাইবেল শমু খুৎনা ফংনা কৎচবগা ভক্ত পাদা দেহ মঞ্জুবী নুংচানবীবু থাদোত্তনা লৈবিঁঙে যোইবু মশানৌনা তীর্থ লাইফম খুদিংগী জগন্নাথ প্রসাদ অথোইবর্নাচংবা লাইবেল স্না চিনবান থোং মিৎ তবেং শ্রীকৃষ্ণ লীলা যেংনা মিৎ নাকোং মালং নোংশিৎ থোং শ্রীগুরু মপাউতাক্লা চঙনা থোঙ, নাত্তোল মালং নুংশিৎ থোঙ চবন ভুর্লপী লৈনুংশিনা চঙনফম নমশা লৈযেক তোমখিনফম খিবিক্তা লাইজা ঈচেন্না হাপর্চবিঁঙেদা শ্রীরাধা কৃষ্ণ হাযবা কোল্লোয মমিংথোংবু খোঙ্গেল যাইবী রাংনা শোনথাক্লক্লে। ব্রাহ্মণ বৈষ্ণব পুন্নমকসু যাথং নুংনৌ চৈবোযনন শেনমিন্নবে।

অসুম্না মশানৌ যুবরাজ নরসিংহনা লাইবেল মশাবী গম্ভীর সিংহনা অবোইবা যাইহিপ তাল্লমদাইদা থম্মোয শোক্লা তেংথাজখিবা অদুবু অশেবনা অসুম্না শৈথাবি ;

> লিক্লাই মশানৌনা তব, লুঙুং লাংখ্রিঙেদা লাইবেল মশাবিবু অনা লাইথোইজল্লক্লে হায়না পাউকৌরুবদা লিক্লাই মশানৌদি চৈবৈ শেৎলম শেৎফাত্তনা মাল্লৌ ইনথি ইল্লম ইনফাত্তনা যাংদৌ চেনগাবক্লে । স্না যোই কোন্নুংদা রাইথুংসবগা পাউমেল্লবে। হে মাইবা লাইযেং হৈবশিংও লাইবেল ঈনোং থৌগী মালং তোংলেঙ হৌ লাইজা ঈনিল শুনা হাকচাং নুংঙাযতবা খৈবিক্তা যাফম লুবোয খোম খোযজি মিহুললে, শিংলী পাফল নম খুদম মতম য়েংনা ঙাকচবকপশিংও নখোযদি হৌজিক মতম অসিদা নহে মতীক যেংনা তৌবিবো। লিক্লাই

মশানৌনা নুংশি মখৈ ফংনা পাওমেনববু মাইবা লাইযেং হৈবশিংনা পাউখুম্বদি নতাইবেম ঐখোযদি লাইবেল নশাবীগী অকবা অসিনু কবম খঙসিবনো ঙমখৈ পান্দম লাকঙমদবনা খুদম মযেক থাঙমদে। লাইনিং মহৌশাদা নুংঙাই মনিং খুংগে হাযববু মাল্লে। অসুম পাউখুম্লনদা লিক্লাই মশানৌদি লাইবেল মশাবীগী হাকচাং লাইওঙ পান্দম যেংনা নুংশি লাইজা ঈথক মবাও হৌ পিবেম ঈবাউ চৈবোযনা হাইহৎ লৈফাইতুনা মালেম লৈদা ওল যাওরা খোঞ্জেল চাউনা মীকপলে। লাইবেল ইশাবী সেম্লেঙ লমহৌ যাইগুম্বও লিক্লাই ঈচিন ঈনাওবু ব্রাকযে লাইজি লাক তোংজেং খাবক হিগুম ঙাইবোইনববু অসি নোংলেনমগী মখৈবু তুবেল লৈবাই চোপ্পা খোইবী তৎপগুম তৎনবো উনথম চৈবৈ ফিবোল থাইগুম খাইনবো হাযববা ?

অশৈবনা গম্ভীর সিংহ নোঙ্গাবা কৌবা লাইবিক অসিদা শিজিন্নবিবা লোন অসি লীদা লীবা লোন অদুমকসু ওইদে অদুগা নৌদনৌবা লোন হাযবদুমকসু নত্তে। অবি অনৌ অনিগী লাংদাইদা পামেল উপালথক্তা মশা মবেং ফন্না পুংনা লৈবন্না উনাশিংনা লীবক্তুনা মখোক লোযবক্তুনা লোযনা কেনখ্রগা অনৌবা যেন্নীং হুল্লক্তুনা অমুক নাপ্ ফাবকপা মতম অদুগী ফজবা অদগুম্না মণিপুবী লোনগীসু অবিবা লোনশিংনা মাঙশিল্লক্তুনা অনৌবা লোন্না অমুক মহুৎ শিল্লকপদা লোন অসিগী হান্নগী শক্তমদগী হেন্না মপুংমবৈ ফাবক্তুনা যজবকপা মতৌ অদুমক অশৈবনা লাইবিক অসিদা শিজিন্নবিবা লোন্দা পুদা বাহৈ ব্রাতা কযা অসিনা মযেক শেংনা উহল্লি। লাইবিক অসিদা শিজিন্নবিবা বাহৈ ব্রাতা লোন্দা পুদা অমসুং মফোংদোক অসি কক্কন বসতা হাযবদি মীওইবগী অন্না অনা থম্মোয শোক্লা তেংথা নাওইবা মতৌ অদুদা যুম্ফম ওইবনি। মণিপুবী লোনগী পুক্কৈদা পাওবৌ পাম্ভৈগী শকক মবাং কাযনা ব্রাত্তনা লৈ হাযবসি লাইবিক অসিদা ইবিবা কযা অসিনা মযেক শেংনা উহল্লি। লাইবিক অসি ব্রাবেংদা ইবদি ওইবগা শৈবেংগী ছন্দ মাত্র, তাছ্বা নাইবা অদুগুম পবীং কাযহন্দনা ইবমই। মসিমক্লসু লাইবিক অসিবু পাবদা নুংঙাযবা পোকহল্লি অদুগা অতাবা মীশিংগী থম্মোযদসু নুংঙাইবা ফাওহল্লি। সংস্কৃত লোন মতাং চানা চানা থেক্তুনা শিজিন্নে, মসিনসু মণিপুবী লোনবু মবাং কাযবা পুক্কৈ ওইহনবদা অচৌবা ঈনোৎ অমা হাপ্পদা তেঙবাংবদা

নত্তনা মণিপুরী লোনগী মগুনবু থোইনা হেন্না ৱাংবা থাক্তা পুখৎপদা অচৌবা থৌদাং অমসু য়ারি।

লাইরেল মৈদিংঙু গম্ভীর সিংহদি পুন্সি চেংজেল লোয়রক্লদুনা লোইদাম পোইনু থাগী থাশি, কোরৌ শগোলশেল নুমিত্তা শ্রীধাম বৃন্দাবনবু ইন্দানখি। মৈদিংঙু চিংলেল নোংদ্রেনখোম্বা গম্ভীর সিংহ মহারাজনা থুপগ্রবদা লৈবাক্কী চৎনবীদা নিংথৌ ফম্বাল হাংদুনা লৈবদি য়াদবনিনা মশানৌ চিংথংলেন পামহৈবা নরসিংহ যুবরাজনা ময়াম্বুং ইবুংঙো গম্ভীর সিংহনা অরোইবা য়াহিপ তাল্লমদাইদা খুজেং পায়দুনা শিন্নরম্বা ৱাফম্বু থৌকাওদনা ময়াম্বুংনা পোল্লম্বা অঙাং নাৱা অপিশক ওইরিবা নিংথেম পিশক (চন্দ্রকীর্ত্তিবু ১৮৫০-১৮৮৬) থৌরাং পুম্বা তৌনবা শিন্নরবদা ফম্নাইবশিংনা মোংবা শঙ্গায়নুংদা চঙদুনা মমা ইবেম্মা মহারানী কুমুদিনী অমসুং অতৈ মমা ইবেম্মশিংদা পাউ অদুবু খঙহনখি। পাউ অদুবু তাবদা মহারানী অমসুং মমা ইবেম্মশিংগী ৱাখলদা পাউ অদুগী ওন্ন তৈনবা ৱাখলনা মাংওইনখিদুনা অঙাং নাৱা অপিশক ওইরিবা মপারি নিংথেম পিশকপু মপল পম্বৌগী মহুৎ শিন্দুনা নিংথৌ ওইহনগনি হায়শিল্লগা মপারিবু পুথোকহল্লগা পম্বৌ মপাগী নোঙ্গাখিবা অসিদা অঙাং নাৱা মহাকসু অঙাং ওলহনখ্রগে হায়ববোইরে খনাখিদুনা মপারি নিংথেম পিশকপু পলেম মমা মহারানী কুমুদীনিগী মপাম মাইস্নাম লুৱাং মশাইকোন্দা থৈদুনা থমখি। থৌদৌ অসিদা ফমথৌলোই অঙম্বশিংদি হায়ফম তৌফম খঙদনা যুবরাজ নরসিংহগী নাক্তা হলৱায়রক্লুনা পাউ অদুবু তম্নবদা লিক্লাই মশানৌ নরসিংহদি য়াইবী মনুং হৌ তিল্লাং মখোয় শাউনা থাঙলেন মখুম শৎ তিমেল মখুম হাংনা পাওমেল্লকয়ে। লিক্লাই ইপারি নাৱা অখুববু ময়িম নুংবাল ময়িমনাক লুৱাং মশাইকোন্দা শাম্বুপ্লবু থুনা য়াঙনা পাউকৌহল্লুরগা কেগেরক্কী মোইরাং নিংথৌ ইৱাং পুরিক্লাই ঙাঙোই লৈরিখোম্বনা থাদা কোন্না স্না য়োয় কোন্নুংদগী মপাল য়াথোক্লক্লে। পম্বৌ মপাতোন পোইরৈ যুবরাজ চিংথংলেন পামহৈবনা ফৈরা তান্দা থোংনা লমওক ঙম্লবগা লোক্টৌ শানা কোল য়াঙলেন লাইকা শিং শীনৌ কুরাং নাল খজাই লেংলোই চুপ্প লাইবেল মশাবী তুবি চিঙলেন নোংদ্রেনখোম্বগী চেংলৌ শকপাম্বোং পুনুং লেপ্পাং থোংবু করম মানবু মানবনো হায়না নুংশি ইথক মরাঙ হৌ পিরেম ঈরা চেন্না মীকপখিয়ে। অসুম মীকপ লুরগা খন্নাং

পাবাবী ঈবেং পুবাবীবু কাউদনা তাম্না হাওবম ফুহন্দা চিঙজেং নাবল ঈবু
তংহন্দ মৈনা রায তাংনা শম্না ময়ু লাইবেল নাউথিংখোং মঙাংঙম্না শঙলেন
খুংলামখাম চঙবী মহৈবেল লোইবী চিঙবুবোযবা হেম্না তম্ন থনবনা যিবোঙ
চামিবোই যিবাক তেমশাবোই ফিদুং গৌবী কাচল্লোই উশোঙ লৈবাবোই
চাপাক লোঙবুম লোই থাঙলেন চুমপূল লোইবু লোইযা শঙশেন্নী যমর্থা
খল্লোং লোই তুনুং লংপাল লোই তবেৎ শেলপাল লোইবু লোইযা শঙ।
পোংনাং মোইবাং পোৎতম লোই লিক্লোন খাউজাউবোই লাইশম তোলোঙ
লোইবু লোইযাশঙ ম্না চংলৈবেম লুগা থেন্মায নাংনা পানবা শঙ তুবি
যাই নোংদা নোংদা লাইবেল পাখংবনা বাইথুং কা লাইসবা শঙলাংমেগী
চোযনৌ ম্না ফম্নাল থক্তা যমহনগে হাযবগী তুবি ফমদী মঙাযবোই
লাইবেল নিংথৌ মহীশাং পুম্না হৌনা নিংথৌ পোংলোই মশাং শু পোইবে
খুঙ্গা তৌ তযুম নাইজা তিল্লবদা পোইবে ম্না গোকোয পুঙগী গাঙত মকোই
গাউনিংশংবা খোযুম শগোলশেজ ... ম্না মুংযাম্না পাউন্ম চানা নমু
লাইহৌহ তাল খোইঙাল নাবা মচান খৈনা ম্না যাইগা ... লুপা কোনগা
নোবা মালেম লৈতাইববগা পোইবে শ নাংমৈগী শঙলেল কানেনা যাই
পবিং কাবল নুং ম্না যম্নাল থক্তা যমকম্নবগা অশানম্না খো হান্নে
এবাথম্না ঈরু শান্দনলে। নুংবাল লৈনো জম্না লৈবোং কোকশা শমাজল
নাযেৎ চিযৈ শমপাবেৎ লোনযাম্বা পাকলোই ঙাংতা নাযমু ... শেল
লৈবেকশেক নোইনিংখোত অসি খিবক যাঙনা যমযন্নবদা মতাইবেম পোইবে
শশকগা বাংঙম তেংখাবা অশি তৌনাম লনা তিনবন্ধগী শঙলেন
তংমায থিম্ন রাকম তেংথা শঙনাকপা মরাক মবন লেম্বা তেংখা লনথাইবা
লাইযম রাংঙম নহা হোদাম চানা তাব মতাক থা নাইবেল মঙনা শক্ক পাম্নাং
পাবেপ থোই ঈবেং পুবেপ হেনববু খোইযম লাকখোঙ যা চিঙচু খোঙাল
যায়না থোযম কোবৌ লনশাবে। বাবন অসুম তৌনা অযোধ্যা ম্না লোবাঙা
চঙচু শ্রীরামচন্দ্র লাইযিংথৌনা মশানী সীতা লাইবেম্মগ লক্ষ্মণ ম্না
খোম্মদানগা ভাযবোহননা নিংথৌ চকা অমাইববু শমু লদা ...
খাইমা নাবোম্নুংদা পক্ষৌ বাশব ভাকপা চৎচৈ লোনগা মশানৌ ...
... খোং যাইমববু ম্না যম্নাল যমতহাযনবু হোথ যানা মশাবি শ্রীরাম
নামবগী ম্না খোবাম মখোঙনোংপু ম্না যম্নাল লাংদা থা গৎলগা কোনৌ

নোংজা খুদিংমবু মশাবি শ্রীরামচন্দ্র লাইহিংথৌ মহাকমক্কে হায়না যোইনা থৌগলজবা অদুগী লৈবাং মতম মানগুম্না লিক্লাই মপাবি নাৱা অখুবা লাঙহৈ কুমশিঙ যামদ্রিবা চহী মবিতা ঙাযবিববু মযাই কোযবেল হুইবেল তোংনা পোইবৈ খুন্নিংথৌবু শানশেমবিবগা স্না থৌগল তৌনা পোইবৈ স্না লৈবাক ঙাকচবে। পোইবৈ যুবরাজ চিঙথংলেন পামহৈবগী ধর্ম্ম মতৌ ওল্হোকপা কোল্লোয যাথং হোংদবা শবী নামুং অচেৎপা অসিগুম্বদি লাহান খল্লাং পাপল লোন্দসুং তাবক্তে হযেং পোইবৈ চাদোন্দসুং লৈববোই।

মৈদিংঙু নিংথেম পিশক চন্দ্রকীর্ত্তিবু (১৮৫০-৮৬) মবিপুবগী নিংথৌ হাপ্লবদা মপা ইবুংঙো গম্ভীব সিংহগী থৱায যাওদ্রবা হকচাংবু হৌনবী মতুং ইন্না ইকৈ শাঁন্দেংলগা পোৎলোইখি। মমা ইবেম্মা মৈস্নাম নিংঙোল কুমুদীনি মহাবানীনা মশানৌ নবসিংহ যুবরাজগী মফমদা মপাবি অঙাং নাৱা নিংথেম পিশক্লা মৈতৈ পোইবৈ লৈবাক্কী নিংথৌ ফম্বাল তোঙদুনা লৈবাক ৱাযেন থৌদা পাঙথোকপা অদুবু অঙাং নাৱা ওইমল্লি মপাবি নিংথেম পিশক্কী মহুত্তা মশানৌ যুবরাজ নবসিংহবু পোইবৈ মৈত্রবাক্কী ফম্বালদা কাদুনা নিংথৌ ওইনবা হাযববু মশানৌ নর্বসিংহনা মযাম্বং গম্ভীবসিংহনা থুপ্লমদাইগী মতমদা শিন্নবম্বা ৱাফম্বু কাওদনা মশাবী মৈতৈ লৈমা কুমুদীনি মহাবানীগী অনিংবা অপাম্বা অদুবু হোয যাখিদে। মযাম্বুং ইবুংঙো চিংলেন নোংদ্রেনখোম্বা গম্ভীব সিংহ মহাবাজগী অবোইবা পুন্সিগী খোঙচত্তা লৈবাক্কী নিংথৌ অমা ওইবগী শনমান অমদি ইকাই খুম্নবা উত্তুনা কাঞ্চিপুব হাযনা খঙনবিবা মফম অসিদা নোংমৈনা শলাম্মী পীদুনা পোৎলোইবগী মশিন থৌবম পাঙথোক্তুনা মোংফমদা ফুবা লাইযুম শাদুনা কচ্চখি। লাইবেল মৈদিংঙু গম্ভীব সিংহনা নিংথৌ ওইদুনা পানখিবা মতম অসিদা মণিপুবী সমাজদা বৈষ্ণব ধর্ম্মনা মপৃং ফানা মশা মবেং ফন্না লৈবাক শিনবা থুংনা শন্দোক্তুনা খমথেংনা চাউখৎখিবা মতমনি। মবম অদুনা মৈদিংঙু গম্ভীব সিংহগী পোৎলোইবগী থৌবম পুম্বা হিন্দু শাস্ত্রগী চৎনবী নিযম পুম্নমক অদুগী মতুংইন্না পাঙথোকখি। লাইবেল মৈদিংঙুগী থৱায মীবেন্না কোবৌ থক্তা নোঙ্গাখিবা মতমদা লম্বী লমখাংদা কবিসু খুদোংথিবা থোক্তুনা খম্নুং লৈবাক যৌখিবা মত্তাংদা অশৈবনা শিজিন্নবিবা লোন অমসুং ৱাখললোন অৱাংবা থাক্কী মশক্কি;

লাইবেল মৈতেগুণ্ডু ভুঁবি চিঙলেন নোংদ্রেনখোম্বা ভক্ত লাংওন থোইখোয়বগী খোইমোম লৈবক শাথৌবা শিঙনাং চোমভাউ শুন কবাক য়েন্দং হাইবা চিঙঙা লাংথাকপদা থুখিদে নম্বুল শাবাউখোনবু তাখিদে পোইবৈ অমন শিগুমলম কুমখিদে খম্নুং লেপ্পী চিঙবু কাখিদে শৱা ঙাইনা থেনবু লেপ্লুদে। খম্নুং শাবক লেংয়াল ঈবু কুবাক লানচেল ঈবু থক্লুদে। খম্নুং পাৎথীযাম শৱা কোনখাঙহকপা কঙখঙ মবিল লোম্বা, থোংলেন পাম্বে হাঙবা তাঙজা শম্নমনা থোংশাবা, শল্লাংমনা থোংলেন পাম্বে শেম্বৰম্ব লাল্লুদে খম্নুং অশিৎ অৱানফম শৱা লম্মাথাঙবু কুমলুদে। খুম্বী নূঙথোঙচিঙ চেঙজা লাল্লুমথেনবু যৌকদে যাইথোঙ অশিবম্ব তাকদে। নুবা চিঙথেল পাখং থোংবাল ৱাই তাৰ্জিঙ হৈবালফম নুবা চোমবাল ফম্ব যৌকদে। খম্নুং খাংহনবা পুং লাইকোক চানা পুঙতোযফম্ব চঙলুদে। খম্নুং মফোং হিবানবা শমচু ফুবিৎ লিৎপনা ৱাকযৈ হিবানফম হংঙোই কোন্দে নুবাবীনা বাকযৈ হিশঙ লম্ব যৌকদে খম্নুং পুঙফু নোংফাইচিঙ যাওশু চিঙনল লাই মাব লেপ্পী চিঙ খোইয়া উতং পোকপীবু তাকদে চাখা চিঙমৈ শাং লাইকম চিঙতামপোকপু কাকদে। থোং ঙাক অশিথেল মকোই নুংওন চিঙ বাবা মবে লাউবা ফৎমাঙচিঙ খুনু মিৎশা তাম্বা লুককচিঙ কাকদে। খম্নুং মথোংচিল শাবা মবাকচিল, চেংঙা বাবা ফেবে লাউবা লাওকুচিঙ তেৎনৌ যোৎপাল কুম কচেং যোৎনিঙ তেকপা শিঙলেন মচু তাউ লৈবাং খুমোৎ চাবৰম্ব ইল্লুদে অমন শাম্বা মাযবোইনখিদে। হাওবৈ নাংচুপলা পাংববমদা শ্রীবৃন্দাবন স্না লৈমযোনবু ইতানখিবে। অহিং লম্বী চৎপদা মৈবুল থানখিযে। নুংথিল চৎপা লম্বীদা পশোৎযিনা থাজেম্বা স্না লমজাউ চৎখিযে। হিনা চৎপা লম্বীদা ৱাকযৈ হিজাউ তোংদুনা খুমু নৌখোম লাক্লা লাইজা ঈপাক শমখিযে। গোলোক শ্রীবৃন্দাবন ৱাইথুংলবগা দেহ মঞ্জুবী নুংচানৰবা লেংনা তিনববু ঙাইবোইননা শ্রীৱাধা কৃষ্ণ অনীমগী খুগা থম্বাল লৈখোও খাদা যোইনা থৌগল যংগ্রে।

অসুম তৌদুনা লাইবেল মৈদিংঙুনা কোবৌ গক্তা নোঙ্গাগ্রবদা লৈবাক মীযাম পুম্বদি থম্মোয শোক্লা নুংঙাইনখিদে। মৈতৈ যুমথোং খুদিংদা

লাইবেল মৈদিংঙুগী অবোইবা নুমিৎ অদুদা থবক ইনখাং অমত্তা শুনা নোম্লখিদে। নমু যুমথোং খুদিংমক্তা শম্বী লৈঙোইনা তৈথোক্তুনা চফু ঈরাল থুগাযদুনা যুম মাঙনখি। মৈতৈ লৈমা মহাবানী মৈস্নাম চনু কুমুদিনীনা মশাবী লাইবেল মৈদিংঙুগীদমক সেবা ফংদুনা পাযবম্বা থাং অদুবু মতৈ ইবুংঙো চৌবজিৎ মহাবাজগী মচাইবুংঙো বামসিংহগী মফমদা গিবা থাংবগী থবক অদুবু শিন্নখি। মহাবানী কুমুদিনীনা মপাবি নিংথেম পিশক (চন্দ্রকীর্ত্তি) অমসুং মমোম তস্ফাম্না অনিবু মথানুংদা পল্লগা মশানৌ ইবুংঙো নবসিংহগী মকাইফমদা চত্তুনা মচা ইবুংঙো পিক্লিবা অঙাং অসিনা মণিপুবগী নিংথৌ ওইদুনা লৈবাক ঙাকপদি মতিক নত্ত্রি। নুমিৎকী মঙালগুম মাযকৈ মবিদা নমিং চৎলবা ইশানৌ ইবুংঙো যুববাজ নহাক্লা নিংথৌ ওইদুনা ফম্বাল তোংলগা মণিপুব লৈবাক অসিবু ঙাকউ। অসুম্না মশানৌ নবসিংহগী মফমদা নিংথৌ খুবম পীকববু মশানৌ নর্বসিংহনা লৌ হাযবা য়াখিদে। ময়াম্বুং ইবুংঙো লাইবেল মৌদিংঙু গম্ভীব সিংহ মহাবাজনা থুগ্লমদাইগী মতমদা তাকপীবম্বা ব্রাফম অদুবু থৌকাউদনা নিপা ওইবগী লেপখিবা নাখল পুকচেল হোংযদে, নশানৌ ঐহাক্লা নিংথৌ খুবম অসিবু লৌকবা তাববদি হযেং চাবোন শুবোন ফাওবদা নশানৌ ঐবু পোইবৈ মৈত্রবাক্কী মাযাম্না থিনা শোম্নহৌবগনি। অদুতসু নত্তনা নোঙ্গাখ্রবা যাম্বুং ইবুংঙো মহাক্লসু মনাউ ঐবু লাইবৈবাক্তগী যেংথবকপদা মশানৌ ঐবু উবগা অশাওবা মিৎযেঙ্গনা যেংখিগনি। মবম অদুনা ইশাবী লাইবেল মৈদিংঙুগী মফমদা শকখিবা শবী বাশক অদুবু কবম্না কাইযু হাযবনো হাযনা মতৈ লৈমা মহাবানী কুমুদিনীগী মফমদা পাওমেনজখি। অদুগা যাম্বুং ইবুংঙো। চিঙলেন নোংদ্রেনখোম্বা গম্ভীব সিংহ মহাবাজনা শ্রীবৃন্দাবন লাইফমলেন ফংখিবা অসিগুম্বা মনিঙ থুংনা নুংঙাইনা শিখিবা অসিগুম্বা মমাংঙৈদা পানখিবা ইবুধৌশিংগী স্না হাক্তত্তসু অমুক্তসু থোকখিদ্রি। অদুনা ইশাবী ইবুংঙো লাইবেল মৈদিংঙু মহাক্কী মনাই নুপীনি হাযদুনা স্না থৌগল ফংজহৌবা ইতৈমা ইবেম্মা মহাবানী নচিংবী ঐখোয পুম্নমকসু ঈশ্ববনা তম্বীবম্বদগী ফংজবনি। মবম অদুনা থোক্লিবা থৌদোক পুম্বসে ঈশ্ববনা তমখ্রবা নোংদমনি অদুনা লাইনা যেনবা ব্রায়েন্না তৌবনি হায়না খন্দোক্তুনা পুক্লিঙদা অব্রাবা তৌকুগনু। নশানৌ ঐহাক্লা ইচা ইবুংঙো অঙাং ওইবিবা নিংথেম পিশক অসিবু নোংজু

নুংশা নংবদা ব্রাবগুম অৱা স্নো অকি অথং থোক্কদবা পুন্নমক্তা পাঙ্গল থৌনা লৌশিং শিজিন্নদুনা লৈবাক ঙাকচগে হায়না মশাবী মতৈ লৈমা মহারানী কুমুদিনীগী মফমদা মখা তানা অমুক্কসু পাওমেনজখি।

মহারানী কুমুদিনীনা মশানৌ নবসিংহগী মপাউখোনবু তাববদা মশাবী ইবুংঙো লাইবেল মৈদিংঙুবু নীংশিংদুনা মালেম লৈদা ওন্না মীকপচখি। হিমালয়গুম লেওদবা মনাউ ইবুংঙো নবসিংহনা হায়ভবা ব্রা অদু তাবদা মহারানীনা চিংবী লোয়নবী ময়াম অদুসু হবাউনা স্না কোন্নুংগী কোলোই শঙ্গায নুংদা হল্লকখি। মশাবী ইবুংঙো লাইবেল মৈদিংঙুনা লৈখিদবগী তৌফম থোকপা মথৌ মঙম পুন্নমক নহা ওইবিবা মচা ইবুংঙো রামসিংহনা নুমিৎ খুদিংগী পোবোক পিন্দ কৎলকপা অদুসু কোবৌ নুমিৎ শীংবুম তবানিথোইনি শুববদা ক্ষেত্রিগী চৎনবী মতুংইন্না শেঙদোক্তুনা কোবৌ নুমিৎ শীংবুম তল হুমদোইনি শুবা নুমিত্তা শোবাৎ শোনবগী চঙগদবা পোৎলম চৈবম মশিঙ শুনা হাপ্লগা পুরোহিতনা বেদ মন্ত্র শোন্দুনা মতিক চানা দান দক্ষিনা নচিংবা কত্তুনা ঈশ্বরদা লৈখিদ্রবগী থবায মীবেন অদুনা কোবৌ থক্তা গাইস নুংঙায়না লৈব্কনবা মথৌ মঙম পাঙথোককখি। লাইবেল মৈদিংঙুগী ৭ইবক্কী শক্ম মচেৎ অদুনা মহারাজগী সেবক অচানবা নোংমাইথেম্না মনি সেল্লুংহনবনা মঙঙ্গা শিদুনা পবগা ঈশংগী মবক্তগী অথোইবা গঙ্গাগী ঈশংদা থাদ্দুনা নোঙ্গাখিবগী পাঙথোকফম থোকপা মথৌ মঙম অমত্তা চিথদনা পাঙথোকখি।

ময়াম্বুং ইবুংঙো তুর্বি চিঙলেন নোংদ্রেনখোম্বা মহারাজনা নোঙ্গাখিবা মসিদা মনাউ ইবুংঙো নবসিংহ চিঙথংলেন পামহৈবা যুবরাজদি ময়াম্বুং ইবুংঙোগী মতুং ইন্দুনা শিবসু ঙম্মুদনা মথৱায ৱানা পুক্লিংদা মতু শোন্না মপাব নাৱা চন্দ্রকীর্ত্তিনা লৈবাক ৱায়েন চথবদা শোযখিদুনা কল্লক মমাঙদা চেংতাদুনা যেক্লবগী মীনোক চঙগদ্রা হায়বগীসু অকিবা পোক্তুনা কদাযদা শোযখিগদবগে থল্লুবদা মায়থোং মকা লাংশিনখি।অসুম্না তাইবঙ পানবগী হৌনবী অশিবনা নোংমা নোংমগী নুংশিবদগী লাপথোকখিদুনা কাওবকপা অদুগুন্নদুনা ময়াম্বুং মহারাজ গম্ভীর সিংহনা নোঙ্গাখিববু নোংমা নোংমগী কাউশিল্লক্তুনা মতোল ইবুংঙো নবসিংহসু মচা ইবুংঙো চন্দ্রকীর্ত্তিগী লৈবাক

ৱাযেন থৌদা পুবদা অমম্বা অহিংদা থাউমৈনা ঙানবগুম ফজনা ৱাযেনবদা লৈবাক পুম্নমক নুংঙাই মবাং কাযনা পানখিবা মতৌ অদুবু অশৈবগী কলম্না শৈথাবদা শীজিন্নবিবা লোন অমসুং ৱাহৈ ৱাত্যশিং অসি অসুক্কী মতিক মবীক চুম্না ফজনা নীংথিজে;

পোইবৈ স্না লৈকোয পুঙ অসিনা পুখ্রি লাইজা ইয়োককোন্নু ওই লিক্লাই পোইবৈ নিংথৌ অখুবা চিঙথংলেন পামহৈবনা থমলা খেনচোং ওই লাইবেল কোবৌ ইনোং থৌনা স্না থম্বাল লৈবু ওই, পোইবৈ লৈবাক অয়াম্বনা ইমায পকপা থম্বালগুম স্না থৌগল তৌনা শিঙলেন লৈকাফল লাইজা ইৱাইননা শাৎপগুম পোইবৈ লৈবাক ঙাকমন্নবে। তুবি মপাচা লাইবেল মযেল্লু পুম্নমদা অহিং অমম্বনু ওইখ্রে। পোইবৈ যুবরাজ শ্রীনবসিংহ চিঙথংলেন পামহৈবদি ৱাকযৈ খৱাঙ তোংবগুম পুক্লিং ইকাই চন্না নুংপঙয়ে। লাইবেল মপাবি নাবা অখুবা লাইনিংথৌগী যোইনা থৌগল শোযদুনা মীনোক লাংদা থুগববা শোংকিয়ে। লাইবেল মশাবীগী কোবৌ নোংকা লাংগী ৱাবম অচেৎপা নিংথৌ পুক্লিং কার্যখিবা ৱাবু খনবদা মাযথোং কুচু লাংশিল্লী তৌইগুম তাইবঙ চঙনা মহৌশা খম্মং শবা তানখিবনা কোবৌ নোংজা খুদিংবু নুংশি নৌহৌনযে। লাইবেল মশাবিদি কোবৌ নোংকাখ্রবগী নোংমা নোংমগী মকাউশিল্লকপনা লিক্লাই মপাতোন চিঙথংলেন পামহৈবনা লাইবেল মপাবি পোইবৈ নিংথৌ হনবগী ৱাযেনবদা ইনুং থাউমৈ ঙানবগুম ঙান্না পোইবৈ লৈবাক ঙাকপবু নুংঙায় মবাং কাযবে। লাংথৈ কুমজা খুদিংদা লৈপাল যাংলৌ হুইবম চেল তনমু নাকল ফাইযাঙ কংতং যৈনা লোইদাম কমশা নোংদা স্না যোই কোন্নুংদগী দুলাই লেংজাউ তোংনা পানম যাথোকপবু পোৎলোই মশিঙ শু-পে-থবো কুযোম্বা থাজা শককোয় মানবগী টৈবৈ ফিথুপ তৈনা চোহ্বকপা লৈনানা শিংঙেল থম্বাল লৈগী লৈবিক মকোয মাল্লে। মাল্লংনা লিবি গুম্বদা মানা নোযনা ঙাইখম্বা চিঙনুং নোংথাং কুপকুমই। সনকপ পেগী মখাদা তম্ফা য়াইবং চামগুম্না লাইবেল কোবৌ ইনোংথৌনা ফমফম্বদি মিৎথোঙ চামনা যেংনিংই। কোল্লোয যাথং অমেঙবা নাকোঙ চামনা তানিংই।

অসুম্না মযাম্বুং ইবুংঙো গম্ভীব সিংহনা থুপখ্রবা মতুংদা মশানৌ ইবুংঙো নবসিংহনা মতম চুপ্পদা মযাম্বুংনা পোক্লম্বা মপাবি নাৱা অঙাং ওইবিবা চন্দ্রকীর্ত্তিনা লৈবাক ৱাযেন থৌদা চত্থবা অদুবু থৌবে তেঙবাঙদুনা লৈবাক মবা চেৎনা ইংনা তপ্না পাল্লবদা পোইবৈ মৈত্রবাক্কী নমু মীযাম পুম্বদি নুংঙাই যাইফনা লৈখি। অসুম্না লৈবাক মবা তপ্না ইংনা পাল্লিঙৈ তাঞ্জাসিদা পাম্বা কৈবেনশিংনা পোইবৈ মৈত্রবাক্কী কাওবেল ষনযাম্বু ঙম্না ফা ফাদুনা চাবক্কে হাযবা পাউ ফংবদগী মপাতোন চিঙথংলেন পাম্হৈবা নবসিংহনা মপাবিগী মহুৎ শিন্দুনা মখুত্তা নোংমৈ পায়দুনা পাম্বা কৈরেলশিংবু থেংনবা স্না কোন্নুংদগী খোঙশানখি। লোইদাম ঈঙেল থাখাই অমগা থাৱান থাখাই অমগা কোবৌ নুমিৎশিংবুম ৩০ নিদা পাম্বা কৈবেন কুনমাথোই শুনা হাৎখি অদুগা লমলেন (মোংশাংগৈদা) শাবেল কৈফা পুংবু থোন্দুনা পোইবৈ খুঞ্জা হৌ তযুম নাইজা লেঙনা তিন্না শাবেল কৈফাপুংবু হোঙখি। মপাত্রোন চিঙথংলেন পাম্হৈবা নবসিংহ যুববাজদি হাওবমচা মন্ত্রীগী মমোমলোন খুমন চনু যোইবু তম্পাক লৈমগা মবাল লুহোং খোংদোংদুনা তাল্লোয তুযিন তমদুনা পুন্সি চাবি কুই বাঙম খোমদোন শাংনা পোইবৈ স্না লৈবাক ঙাক্লা মপাবি নাৱা অঙাং চন্দ্রকীর্ত্তিবু নাউযোক নাউকোন্দুনা পুন্সি তোলোইনা পানখি।

মণিপুবগী ইতিহাসতা নবসিংহ মহাবাজগী পুকচেল শেংনা অমসুং মশাগী কান্নবা ওইজবা অমত্তা খন্দনা মপুন্সি চুপ্পা মবৈবাক মবমদমগীদমক কখোকখিবা অদুবু ঙসি ফাওবদা মুৎনাইদনা মযেক লানা লৈবি অমসুং লৈবাক মীযাম্না নবসিংহ মহাবাজগী কখোকপা গুম্বা পুকচেল অদুবু কাওদনা শোন্নবি। নবসিংহ মহাবাজনা লৈবাক্কী নিংথৌ ওইদুনা চহী ৭ লোম লৈবাক ঙাক্কুনা পানখিবা মতম অসিদা মীযাম্না লৈবাক মবা তপ্না ঈংনা নুংঙাইনা পানখি, অদুগা লমদমসিদা হবাউ কুম্মৈ লাইনিং লাইশোনগী লমদসু মপুং ফানা চাউখৎখি। ❑

# শামু ফাবা অমসুং গোবিন্দ লিঙখৎপা

চহীচা তবামাপলদা মণিপুরী সাহিত্যদা লাইনিং লাইশোনগী মবমদা ইবা লাইবিকশিংগী মনুংদা শামু ফাবা অমসুং গোবিন্দ লিঙখৎপা কৌবা লাইবিক অসিসু যাম্না মরুওইবা অমনি। লাইবিক অসি মহাবাজ গম্ভীর সিংহনা (খৃ: ১৮২৫-৩৪) মণিপুরগী নিংথৌ ওইখিবা মতম অসিদা মপা ইবুংঙো চিংথংখোম্বা মহারাজনা মণিপুরদা শ্রীশ্রীগোবিন্দ লিঙখত্তুনা লাৎখিবা মতাং অদুবু শ্রীখেমাচন্দ্রদা লাইবিক ওইনা ইথোকহনখি। হিন্দুগী চৎনবী লাইনিং লাইশোন মপুং ফানা চাউখৎলবা মতমদা ইখিবা ওইবনা লাইবিক অসিদা সংস্কৃত লোন মবাং কাযনা শীজিন্নদুনা ইবমই। মপানগী লোন সংস্কৃতনা মণিপুরী সাহিত্যদা মবাং কাযনা শীজিন্নদুনা ইবম্বা অসিমক্না মণিপুরী লোনবু ইনাক খুনবা মবাং কাযবা লোনগী থাক্তা পুখৎপদা অচৌবা ঈনোৎ হাপ্লগী মতৌ লাইবিক অসিদা উবা ফংই। লাইবিক অসিদা মতাং চানা চানা মবক মবক্তা সংস্কৃত লোন থেৎচিন্দুনা ইবম্বা অসিমক্না লমদম অসিগী বাবীদা যুম্ফম ওইজববসু মতমদুদা হিন্দু ধর্ম্মনা লমদম অসিদা মপাল মবা মশা মবেং ফন্না চাউখৎলকখিবা মতমদা ইখিবা ওইবনা হিন্দুগী ফজবা শক্তম কযামকম লাইবিক অসিদা হাপচিল্লগা ইবমই। অসুম তৌদুনা চহীচা তবামাপলদা অনৌবা মখল মথেলগী কুম্মৈ হবাউ কযা শেমগত্তুনা লৈবাক অসিগী চৎনবীদা হিন্দুগী লাইনিং লাইশোনগী মপুং ফাবা শক্তম অমা লমদমসিদা উবা ফংখিবা অদুমক লাইবিক অসিদা মযেক শেংনা মমি তাই।

ঔরানা ইংশোক ১৭৬৫ দা মণিপুরদা লান্দাবক্তুনা লৈবাক কাংখোং চাযনা থুগাযখি। মতম অদুদা ভাগ্যচন্দ্র মহারাজদি মণিপুরদা লৈবা ঙমদনা কাছারদা চত্তুনা কাছারী নিংথৌ সম্বিকারীগী কোন্নুং মাইবঙ তান্না লেঙশিনখি অদুগা মতুংদা কাছারী নিংথৌগা লোযননা তেখাও কোন্নুং তান্না লেঙশিনখি। অসুম্না লৈবাক কাং খোং চাযদুনা মণিপুর লৈবাক কাযখিবা অদুগী মতাংদা

চৈথাবোল কুম্বাবদা অসুম্না ইবি। "লাইশ্রম কাংগাবামগী কুম শোক ১৬৮৬ ৱাকচীং থাদা ইবুংঙো শিজ হবিচবন সেনাপতিনা ঔৱা নাবা চৎএ। তুম্ন কৈথেন্দা অৱাগা শোক্লববু ঙমদদুনা চেল্লকএ। নহাৱপ হাজাবি ক্ষেত্রি চৈতন্যগা ২ মা শিবৌএ। ফাইবেন ২৮ নি ঈবাইদা মহাবাজনা ঔৱা নাবা চৎলে। ককচিংদা তেংগোল শাইএ। চক্ষনা পন শাদুনা ঔৱাগা য়াম্না কন্না শোক্লৈএ। ঙমদদুনা চেল্লকএ। বাজি হবিদাস, বনলকচান, নাকনবা হাজাবী ৩ মা লালফমদা য়ান্নদুনা লৈবৌএ। লৈপাক তাকএ। নিংথেমদি মযাংলম চেন্দুনা তেখাও লৈবাক যৌখিয়ে। লৈবাক অযাম্বা মোইবাংদা লৈএ"। অসুম তৌদুনা চিংথংখোম্বা মহাবাজনা তেখাও নিংথৌ বাজেশ্ববগী মফমদা চঙজফম লৌদুনা মমোম কুবঙ্গ নযনীবু তেখাও নিংথৌ স্বর্গদেব বাজেশ্ববগী মফমদা থাজখি। মতম ইকুই কুইদনা তেখাও লৈবাক্কী মীযাম অমসুং অঙম অথৌ ফন্নাইবশিংনা নিংথৌ বাজেশ্ববগী মফমদা মৈতৈ নিংথৌ চিংথংখোম্ববু চঙজফম পীদুনা থম্বা অদুবু পান্নক্রদুনা নিংথৌগা বা তান্নদুনা তেখাও লৈবাক্কী অঙাওবা শামুবু ফাহল্লগা মণিপুবী নিংথৌবু চাংযেংলসি লেপ্লখি। ভাগ্যচন্দ্র মহাবাজনা তেখাওদা শামু ফাবগী মতাং অসি নিংথৌবোল কুম্বাবদা মখাগী অসুম্না ইবি ;

> শেনবী তেখাও লৈমাবা নোংথৌবেল স্বর্গদেব মদাইবেম হুইযেল লাম্ভৌযাংশিংনা তেখাও খুল্লক পাউগা চেন শেনবি তেখাও যাঙ্গোইশা হকচাউববু পোইবৈ মৈতৈ নিংথৌনা হযেং ইনুং শোযবদা যাঙ্গোই মোইশা যা যাপানববু শমু খুৎনা নম্না ফাবগনি হায়না খুম্বোং হুপ্পা পাউদল্লে। ইনুং শোযাইমাদি যাঙ্গোই পললেন খাবিবা শোঙবু তেখাও লালোই চংনা অহিং খোমলেল তুমকন্দা নোংথিল মিংশা লাঙমদনা যাঙ্গোই যেংনা মোইশা তান্নেএ। মৈদিংঙু নোংথৌবেলদি ইনুংমদি উনবী অৱা হকচোক্লবগী পাযমা নিংশা শৎহোলননা খাম্বী মৈপোক থোক্লমএ। মৈতেংঙু মতৌ ওম্বোকপবু মিৎয়েং শানখৈববগী য়োইবু মশানৌ অহুম্মনা লোইনাই নাক্তা চংনা য়াৱা অমেঙবা খোঞ্জেল নিংথিবনা পাউহংজখিযে। যোইবু মশানৌ অহুম্মগী যাৱা পাউহংখোলবু নাতাববগী মৈদিংঙু লোইনাই চিংথংখোম্বনা যোইবু ইশানৌ অহুম্মা শেনবি তেখাও নিংথৌনা লাইবেল ঐগী ইবাইবক,লাইবক খেনলাই ফবা

ৰাবু তৌও হায়ববু থৌবম কবম পাঙশিবনো নুংওল্লে। অসুম পাউখুম্লবদা খয়োইবোল দেব যানীনা তবা লুক্তং হানবা, শংলৌ থৌবাং লোইখিববগা মৈতেংঙু নোংথৌবেন্দা অহিং ইনুং মাগী তবা লুকহা কৎনা মৈতিংঙুনা চীংঙু মপুথৌ খোইযম সনামহীদা তবা লুকহা মথেন কৎ চাখোম লুবোই তম্না প্রসাদ চাংলেন ফংখিয়ে। অহিং ইনুং ওইববগী শাংবা যাহিপ তানা ফমলেনথক্তা কাববগা মৈতেংঙু নিংথৌবেন্দি খোমলেন তুমকন ঙমদা অহিং পাংশোই নীক্লা চেংলৌ মিংশা তাম্লবনিগীনা চীংঙু অচিবা খোইয়ম অবোইবা কোবৌ ফাৎলৌ লাইমাখোম্বনা মৈতেংঙু খোমলেন মঙলানচানবু মঙফাউনবক্লে। হে লাইবেল ইপাবিও নঙবু উনবী পুক্লিং তপ্পা লৈঙম ও। ময়িম আসাম তেখাওগী য়াঙ্গোই শামু অঙাউববু নয়ু খোইমোম ঐনা লাইবেল তেংবাংপিনা ফাগদনে, অসুম চীংঙু চিনবাম্নোংগী খোইয়ম চিনসনা চিঙ্গোই মপাউমেন লাংবল খোইবেল হীগুম্বনা লাইবেল পুক্লিং তপহল্লগা চীংঙু মাগী মশালওন ওম্নোকপা নিংথি নুংওন মতৌ চঙখোনববু মথেক ৩ শুনা লেপ্পা কোক্তা ৰাহোং তুবিক থেৎনা খুত্তা বাঁশি বীনা পাযনা খোইযম মুর্ত্তি শঙশঙববু উহল্লবগা হয়েং নপোৰ্ইবৈ পুংময়োন্দা নয়ু ঐগা শানফোং মুর্ত্তি চঙখোনববু লেপ্পা শানশেমজৌও। নয়ু ফাৎলৌ লাইমাখোম্বদি ঐনে, খোইযম ইশানওনবু মওং তোপ্পা হোংলঙেনে হায়না হয়িঙৈগী মতমদা নযু পাখংবা মশাওনগী লৈবাক নিংথৌ পান্না ঙাক্লকপবু কুমওন মতম লোইববনিগীনা নয়ু সনামহী ওইবা ঐগা মতম লাংওন হৌঙল্লমনে। নয়ু সনামহীসু হাউবৈ খানা পাংববমগী কাইনা চীংমতোনগী হুইথবা লোকচপ মতৌ নিংথিববক্তা পামেল থৈবোং পাম্বী নিংথিবা ওইনা হৌবগদনে। ঐবু উনবী পুক্লিং ৰাকাউ লৈতনা মুর্ত্তি শানশেন্লবগা ইবাৎ পুকম্নজৌও। লৈবাক মবাক ময়ুং নাইনা কোলোয় নমিং চৎনা থৌবৈ নংগী তেংবাংবিগে অসুম পাওমেল্লবগা চীংঙু মদোম মাংথোকখিবে। লাইবেল মৈদিংঙু নোংথৌবোল চিংথংখোম্বদি খোমলেন মিকপ থোকপদা ময়ু মুর্ত্তি নিংথিববু উঙমদববগী পিবেল চাইজি ঈহৌনদুনা উনবী হীক্লা নুংওন্না য়াৰা খোঙেল থোক্লা কপ্পকখিয়ে।

মণিপুরগী নিংথৌ ওইদুনা পানখিবা মহারাজ ভাগ্যচন্দ্রনা (১৭৬৩-৯৮) ঔরাগী মখুত্তা মাযথীবা ফংদুনা তেখাও নিংথৌ স্বর্গদেব রাজেশ্বরগী মফমদা চঙজফম লৌদুনা লৈববদা মহাকপু নিংথৌ রাজেশ্বরনা তাঙ্খোকপসু ঙমদা মৈতৈ নিংথৌ ভাগ্যচন্দ্রবু অশেংবা নিংথৌমচাবা নত্তববা খঙনবগীদমক মহাক্কী অঙম অথৌ ফম্লাইবশিংগা ব্রা তান্নববা মতুংদা চাঙযেং তৌবসি হাযদুনা তেখাওগী অঙাওবা শামুবু ফানবা যাথং পীববদা অহিং নোংশোইবা মীকপ অমা ফাওবা তুম্বা যাদনা তেখাওগী অঙাওবা শামুবু কবম্না ফাগনি খল্লুবদা ওঙ্খোল্লা ব্রানা অহিং মিংশেল খাঙদুনা লৈখি। অদুবু অহিং চুপ্প তুম্নক্রুবদা নোংঙাল্লমদাইগী মতমদা ব্রাবদুনা ঙাইহাক উবোন তুমথখিবদা শ্রীশ্রীগোবিন্দনা মমঙদা লাক্তুনা অঙাওবা শামু অদুবু মহাক্লা ফাবিগনি নহাক কবিমতা ব্রাক্নগনু হাযনা তাকপিখি অদুগা মহাক্তি কাইনা চীংদা থৈবোং পাম্বী অমা ওইনা হৌবমগে মদুবু নহাক্লা মণিপুরগী নিংথৌ খুবম অমুক হনজিল্লবা তুংদা ঐহাক্কী মূর্ত্তি শকপাঙ্খোং অসিবু শালশেমদুনা লাৎলু হাযনা মৈদিংঙু চিংথংখোম্বগী মফমদা তাকপীখি। তেখাও লৈবাক মীযাম তিল্লবদা ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা অঙাওবা শামু যাইশা অদুবু ফানবগীদমক পন্নুংদা চঙলক্লবদা তেখাওগী মচুম তাববা অঙাওবা শামু য়াইশানা মৈতৈ নিংথৌ ভাগ্যচন্দ্রবু উববদা মীনুংশিগী মীৎয়েংগা লোযননা কবিসু তৌদনা যেংদুনা লৈববদা তেখাও লৈবাক্কী নিংথৌ স্বর্গদেব রাজেশ্বর অমসুং মহাক্কী মনাই মশল অঙম অথৌ ফম্লাইবা পুম্নমক্তি ঙকপগী পান্দম লৈখি'দে। অসুম্না ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা শামু নাক্তা চঙশিল্লবদা মচুম তাববা শামু যাইশা অদুনা তপ্পা কুম্থবক্তুনা ভাগ্যচন্দ্র মহারাজসু শামু শাযাং থক্তা কাখৎতুনা তোংলবদা তেখাও লৈবাক মীযাম্না মণিপুরগী নিংথৌ রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রদি লাইনি লাইনি লাউনখি। অসুম্না তেখাওগী অঙাওবা শামু যাইশাবু ফাববদা তেখাও নিংথৌ স্বর্গদেব রাজেশ্বরনা মৈতৈ নিংথৌ ভাগ্যচন্দ্রগী মতেং পাংদুনা ঔরাগী মথক্তা লান্দাদুনা মণিপুরদগী ঔরাশিংবু তাঙ্খোক্তুনা অমুক হন্না মণিপুরবু ঔরাগী মখুত্তগী কনখি। ইংশোক ১৭৬৭ তা রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রনা মণিপুরগী নিংথৌ অমুক ওইববদা মহাক্লা তেখাওদা লৈবিঙৈদা শ্রীশ্রীগোবিন্দনা মমঙদা তাকপীখিবা ব্রাফম পুম্নমক কাওথোক্তুনা লৈকববদা নোংমা মাগী মঙলান্দা শ্রীশ্রীগোবিন্দনা অমুক লেঙলক্তুনা ভাগ্যচন্দ্র মহারাজ

নহাক্তি হায়নখিবা ব্রাবু কাওথোক্তুনা ঙসি ফাওবসু ঐগী মুর্ত্তিবু শাদ্রি হায়ববদা থিম্বা তৌদনা কাইনাদগী থৈবোং পাম্বী অদুবু থিকদুনা যাল্লুবগা শ্রীশ্রীগোবিন্দগী চেংলৌ শকপাম্হোংবু শানশেমদুনা মণিপুবদা লাৎখি।

শামু ফাবা অমসুং গোবিন্দ লিংখৎপা কৌবা লাইবিক অসি মণিপুবগী ইতিহাসকী তাঙ্কক অমদা থোকখিবা মৈদিংঙু চিংখংখোম্বা মহাবাজনা মণিপুবদা শ্রীশ্রীগোবিন্দজিবু লিঙখত্তুনা লাৎখিবা মতাং অদুবু তুংগী মীবোল ফাওবনা খঙহৌনবগীদমক মজাইবুংঙো গম্ভীব সিংহগী মতমদা শ্রীখেমাচন্দ্র সিংহনা ইবম্বা মতমদা অবিবা মৈতৈলোন্দা ইবমই। লাইবিক অসিগী অহৌবা শকক্তি অসুম্না ইবা হৌই।

শ্রীহবি হয়াহে হে লিক্লাইও ইবুংঙো নোংথৌবেন পুমাবাও তযম চিনগোই ইব্রাকমনা লৌশিং উপু তুংনফম্বু ওইবিবা যোইবু সবস্বতী লাইবৈমা হুম্বু নাবেং শুবিবু নিংশিংদনা লাইবেল কোবৌ ইনোংথৌ অবাং কোবৌ নোংনা থাবা খোই, শংলৌ নোং কবিগুম্বা নোংচুপ লানতোন থৌবা ধর্ম্মপুব যিমচং যাম্বা হমৈ তাংকা মবমগী উফুন তাঙ্গোয মথক্তা মালেম কোইকোইনা লৈশেম্বা চীংলেন নোংতাইখোম্ববু তাংজা লুদা থোংনা শৈথিজবক্লে। লাইবেন নপা ইবুংঙো শ্রীযুৎ জযসিংহ মহাবাজ নোইনাই কৌবা চীংথংখোম্বা ধর্ম্ম অতিয়া নোংথৌবেন্না লহান মাংদা পোইবৈ স্না লৈপাক শেন্নকঙৈগী হৌনা তেঙথাজবক্কে। নযুতুবী যোইনোংতা নোংতা লাইবেল পাখংবগী নোংদম মথৌথাগী ইপোইবৈ স্না লৈবাক অসিবু হৌজ হৌজ খুন্তাক মঙাবক তাক্লবদা লাইবেল মৈদিংঙু হেবা চীংবা থাংগুম্বা নিংথৌবেন্না মতম লাংওন অদুবু হেন্ননববু থোংনাং মপুংযাইগী তেখাও মতম্বাক্তা শাম্বুপাখিযে। মতমদো শা ওম্হোকপা লাংফম অকববু লেন্ননবা তেখাও নিংথৌ থোংনাং লৈমাবদা তম্ফা ব্রাঙমলোন চীংলাই লৈমা লাইবেল কজেং ঙানবা চনুবু পীনা যোইচান্নেএ। ব্রাহে অবাক তমঙমদা পাম্বোম মীকম থুপনা অসুম্না পাল্লিঙৈদা শেনবী নিংথৌ তেখাও লৈমাবনা লাইবেন মৈদিংঙুগী গুন মতিক অকবা লাংওন মতৌ চংখোনববু খুঙনবগে হায়না থৌবাংলক্লে।

ইং কুমজা ১৭৬৫ দা মণিপুবগী নিংথৌ জয়সিংহ মহাবাজ ম্না হাক্তক্তা মমাগা পোকমিন্নবা মোইবাং খেলৈ নুৱা তেলহৈবনা মন্মাক ভাগ্যচন্দ্রগী মফমদা লম খবা পিযু নিবদা পীবক্তবগীদমক শাওদুনা ঔৱাগা লৌতুনদুনা মোইবাং নিংথৌ খেলৈ নুৱানা মৈতৈ নিংথৌগী মথক্তা লান্দাবক্তুনা মণিপুববু চাযখাযদুনা খুন্তাক লানশি থোক্লবদা মৈদিংঙু চীংথংখোম্বদি কাছাবগী কোন্নুং মাইবং তাম্না লেঙশিনখি। ভাগ্যচন্দ্র মহাবাজনা কাছাবগী তেখাও নিংথৌ স্বর্গদেব বাজেশ্ববগী মফমদা মমোম মৈতৈ লৈমা কুবঙ্গনযনীবু থাজদুনা তেখাও নিংথৌ বাজেশ্ববগী মফমদা চঙজফম লৌদুনা লৈখি। তেখাও লৈবাক্তা মতম খবা চঙজফম লৌদুনা লৈববদা মোইবাং নিংথৌ খেলৈ নুৱা তেলহৈবনা হে ইতাউ তেখাও নিংথৌ নংনা যোক্লিবা মৈতৈ নিংথৌ মচাদুদি ফত্তবা মীনে, নং মাংগনি থমগুনো হাযনা চিঠি পিবক্লবদা তেখাও লৈবাক পুম্নমক ৱা তানববদা তেখাও নিংথৌনা হাযখি মৈতৈ নিংথৌ অসিবু মতীক চাওযে মাগী মতীক যেংসে শামু লমশা অঙাওবা অসিবু ফাহনসে লেপ্পখি। মণিপুবগী নিংথৌ মৈদিংঙু চিংথংখোম্বদা তেখাও নিংথৌ স্বর্গদেব বাজেশ্ববনা হযেংগী নুমিত্তা তেখাওগী অঙাওবা শামু যাইশা অসিগী মযা পাযবো হাযখি। মহাবাজ ভাগ্যচন্দ্রনা তেখাও নিংথৌগী য়াথংবু মায হাযঙমদনা হযেংগী নুমিত্তা শামু মযা পাযবগে হাযখি। মহাবাজ ভাগ্যচন্দ্রনা অহিং নোংশোইবা চবা চাকহেন তমদুনা শ্রীগোবিন্দজিবু খুকমজখি। তেখাও নিংথৌ বাজেশ্ববনা মণিপুবগী নিংথৌ ভাগ্যচন্দ্রগী মফমদা অঙাওবা শামু ফানবা হাযখিবা মতাংবু অসুম্না ইবি;

> ইমান মণিপুব পোইবৈ মৈতৈ নিংথৌ চোযনৈ ম্না চোংতোনবেনগুম্বাও নংগী পাঙ্গল নথৌমন লাংওন মীপোক অকব্ববু খঙনবগে। লাঙ্গোই ঐগী লৈবেম কাও লুবাং অহোংবা চনু যাওবা শিনকিবিনা ওনখি শা শামু মচুম তাবিবা অসিবু লাইবেন শমু নখুৎনা নম্না পাইযো। যোইমযাই মহুমনুংগী অঙানবা ময়িমনাক্কী নোংথিল পোবোপ্তা খুনকুম্মে হাযববু খুদম শঙশঙনা খঙনবগে হাযনা পাওমেল্লববু লাইবেল মৈদিংঙুনা নিঙখনখিয়ে।

চিংথংখোম্বা মহাবাজনা তেখাও নিংথৌ বাজেশ্ববগী যাথং মতুংইন্না তেখাওগী অঙাওবা শামু যাইশাবু ফাগনি খল্লুবদা চবা চাদংদনা থম্মোয

শোক্লা খাংফম তৌফম খঙদনা অহিং নোংশোইবা তুমদনা অহিং মিংশেল খাঙদুনা লৈখি। নোংঙাল্লমদাইগী মতমদা ব্রাবক্লদুনা ঙহাক উবোন তুমথবদা চীংঙু শ্রীগোবিন্দ লাইমকনা খোমলেন মঙলান্দা লেঙলক্লগা তেখাওগী অঙাওবা শামুবু মহাক্লা ফাবিগনি ব্রাকগনু হায়না মৈদিংঙু চিংথংখোম্বদা পাওমেনখি অমসুং মৈদিংঙু চিংথংখোম্বনা মণিপুবী নিংথৌ খুবম অমুক হলজিল্লবা মতুংদা মহাক্কী চেংলৌ শকপাম্বোংবু শালশেমদুনা লাৎলু হায়খিবা মতাংবু অসুম্না শৈথাবি ;

> শ্রীগোবিন্দ থোইখোইবনা লাইবেল স্না উনগোই পিবুকনুংদা থম্মোয় লৈকানুংদা পকপিববগী নোংঙাল্লমদাই চীংখৈ লৈনা হুল্লক্লবদা লাইবেল মৈদিংঙুগী চেংলৌ মমাং থা চীংঙু চেংলৌ শকপাম্বোং পুনুং মবেপ শঙশঙবা চীংনুং নোংথাং কুপকুম্ববু শঙশঙ উৎনা হে লাইবেল মৈদিংঙু জয়সিংহ মহাবাজ মণিপুব পোইবৈ মৈতৈ নিংথৌও নংদি নপোইবৈ তাম্বোং ময়ুং কুই লেমথোং মফৈ পাকনা নুমিৎ মহুমনুংগী মনি যাইবং চান্না খুনকুম্মৈ হায়বগীবু মণিপুব পুংময়োনও কৌবা অসিবু শুকং লৈকোইবেনবু চৈবোয়নবা নবৈপাক অসিবু কবিগী হুনলাল্লম্বনো হেম্বা লৌমন লাংদগী মাবেম যাঙ্গেন শুমশিংনা ব্রাইশেং লৈমায় শিৎপকুম্নদি ঔবা নমু মিতর্মাথ মিতাক শানফোংবনা কবিগী শিৎনা থল্লম্বনো মাঙফদবা নবৈবাকনে চীংঙু ঐবৃদুম মুর্ত্তি ইহকশাংবু শঙশঙনা লিংখৎও। পোইবৈ স্না নবৈবাকপু শেমলুবসে হায়নদি লিক্লাই মমাংদা শঙশঙনা লেপনা চীংঙু শকলেন চেংলৌ মঙান নাইববু শঙশঙনা উৎনা লাইবেল শাযাং মপানবোম থম্বৌ লৈবা য়োম্বগুম্বা অনিমকপু থাঙ্গভুনা প্রেম লাইজা ইবাওখোনবু চৈবোয়নবা চোইনৌ স্না যমজাউথক্তগী ওম্ববক্লে।

মৈদিংঙু চিংথংখোম্বনা মবুংঙো শ্রীগোবিন্দনা মমঙদা লাক্লুনা চেংলৌ শকপাম্বোং নিংথিবনা শঙশঙ মংফাওনবিববদা হবাওবগী ঙমখৈ লৈতনা মীৎকপ খংথোক থোক্লকপদা কোবৌ নোংসু ঙাল্লমখি। মহাবাজ ভাগ্যচন্দ্রনা তেখাওগী অঙাওবা শামু যাইশা অদুবু ফাগনি তাবদা তেখাও লৈবাক্কী মীযাম পুম্না হুপ্না তিন্দুনা যেংনখি অমসুং মৈতৈ নিংথৌ জয়সিংহবু

শিবা তাবে ঙাংনখি। মৈদিংঙু চিংথংখোম্বনা পম্লুংদা চঙশিনখিদুনা শামু যাইশাগী নাক্তা লেপ্লুববদা ভাগ্যচন্দ্র মহারাজবু হেক উবা মক্তদা শামুনা মুনা যেংলগা তাথি তাওইনা তৌবগী মহুত্তা মদোম তপ্পা কুহ্লদুনা লৈখি। তেখাও নিংথৌ অমসুং লৈবাক মীয়াম পুম্নমক ঙকপগী পান্দম লৈখিদে মণিপুবগী নিংথৌ ভাগ্যচন্দ্রবু লাইনি লাইনি ঙাংনখি। অসুম্না মৈদিংঙু চিংথংখোম্বনা শামুগী মথক্তা কাখত্তুনা তোংখৎলবদা অঙাওবা শাবু যাইশা অদুনা কাওবেল ঘনগুম তেখি। তেখাও নিংথৌ স্বর্গদেব বাজেশ্ববনা চিংথংখোম্বা মহাবাজগী মতেং পাংদুনা ঔৱাশিংগী মথক্তা লান্দাখি। মণিপুবদগী ঔৱা তেঙ্গোলবু তাম্বোক্লুনা মৈদিংঙু চিংথংখোম্বনা নিংথৌ খুবম অমুক হনজিন্দুনা মণিপুবদা নিংথৌ ওইদুনা পানখি। মৈদিংঙু চিংথংখোম্বনা তেখাওদা লৈবিঙেদা মবুংঙো শ্রীগোবিন্দনা মমঙদা হাযখিবা ৱাফম পুম্বা কাওথোক্লুববদা নোংমা কোবৌ অমদা শ্রীশ্রীগোবিন্দনা অমুক হন্না লাক্লুনা মমঙদা হাযববদগী নীঙশিঙলক্লুনা গিল্থবা তৌদনা মনাই মশল অঙম অথৌশিংগা লোযনদুনা কাইনাদা হৌবিবা থৈবোং পাম্বী অদুবু যাল্লুবগা শ্রীশ্রীগোবিন্দগী চেংলৌ শকপাম্বোং শাখিবা মতাংবু অসুম্না শৈথাবি ;

> তুবি ফমথৌ মঙাইবোই লাইবেল নিংথৌ মহিশাং লেংগা তিন ব্রাহ্মন পণ্ডিত নাকলৌশিন্না চাংঙু মূর্ত্তি মহাকশাংবু শঙশঙ লিংখৎলে। খোইমোম কোবি পাম্বোম থোং থবাক ঙানফম শোইদা পুকশি হুইথাপ শোইনদা খোর্যাজি খোইযা শেংক্রুক পাফন ফৈকন খুকউ কোংকোই খুবাই খোংচেং খোংনাও খুজিন লৌৱাই শম্লাং খোই খোই তাবা শোইনদা চিনবান মোইকা যাৎপু শোইহন্দা নাতোন তাচি অনিমকপু তিল থোইদিং মপানকুম মান্ননা নাখাং নাপোম তিং মিৎলু থম্বাল মান লৌৱাই কোইবেন থক্তা ৱাহোং শিখি চন্দ্রিকাগী তুনিংথৌনা কোকলেন লুফম নাইয়ে। খোংগা খুৎকা খুজিন কুনমকপু নিনি পানবা থাগুম্বা মকোই খাফাং মান্নযে। যোইবু মশানৌগা শযেং শোইনদা পাম্বোম হেন্নদা শর্মজি হুকতুং থাংনা শম্মৈ শমদোন যোম; স্না খুজি পান্নেন হৌ সনবিকনা ঙাঙ্গোই হুকনা চিংঙু মতৈ মনাউবু চোযনৌ স্না ফান্তেংথক নিংথিবা স্নাগী সিংহাসন্দা থাঙ্গত্তনা জীবন্যাস তৌনা লাইশেংলবদা

> অধব মুবলী মতৌ উববদা লাইবেন মৈদিংঙু শ্রীশ্রীযুক্ত জয়সিংহ মহাবাজ লোইনাই কৌবা চিংথংখোম্বনা পাম্বোম থম্বৌ লৈবাযোনগুম্বা অনিমকপু থাঙ্গত্তনা জগোই লেপলৌ শাবে। লাইবেল ঐঙোন্দা চীংঙু চেংলৌ নশকবেন উৎলবগা লিক্লাই মনোংযাই ঐনা স্না মুর্ত্তি নহাকশাংবু লিংখৎচবা অসিগা শোইনদবে হাযনা প্রেম ঈথক হৌনা চীংঙু স্না মখোংখাদা লাইবেল ননোংযাই ঐগী নিংথৌগী পোৎলোই অসি চোং শেকপিন্নচিংলিবা খৈবিকপু গোলোকনাথ মপুবেন খোইমোম স্না নখোংখাদা কচ্চববনে। ইপোইবৈ স্না লৈপাক অসিদা চেৎনা ঙাকপিবো অসুন্না কচ্চবে হাযদববা।

মতৌ অসুম তৌদুনা মৈদিংঙু চিংথংখোম্বনা কাঞ্চিপুব পুংমযোন্দা কোন্নুং শেমদুনা বিষ্ণুপুবদগী হোঙলক্লগা শ্রীগোবিন্দ অমসুং মশানৌ ইবেম্মা বাশেশ্ববী অনিগী চেংলৌ শকপাম্বোংবু শাবা লোযবদুনা ফুবা লাইশং অচৌবা শাদুনা নিকুপন তৌবা লোযববদা মৈদিংঙু চিংথংখোম্বা মহাবাজনা লৈবাক বাযেন থৌদা পুন্নমক শ্রীগোবিন্দ অমসুং বাশেশ্ববী মবুংঙো মবেম্মা অনিগী মফমদা শিন্নজখি। পোইবৈ লৈশাং হিদেন্দা শ্রীগোবিন্দ অমসুং বাশেশ্ববগী লেঙথোক্কুনা হিযাং কুম্মৈ পাঙথোকখিবা মতাংবু অসুন্না ইবি,

> লৈপন পানজাও কোইনা গোলোক নাথ মপুবেনগী খোইমোম লাইশং শা মাঙোপ চাওকোই শেম মৈদিংঙুগী কোলোই শঙ্গাই চাউনা শা পৃথ্রি লৈফম চাউনা তৌ, মযুম চাউকোই লৈনবু চীংঙু নোংথৌ সোবাবেন্না মালেম তম্পাক লৈতাবকপগুম অসুন্না লৈপাক মযাই চন্না হোংজিল্লকলে। কোন্নুং মমিংথোংবু কাঞ্চিপুব ও তৌনা কৌএ। পোইবৈ অনৌবা মনিন নাই ৱাঙম মবাঙ হৌবকলে তবা চাকহোঙলে নোইনু থুমহোঙলে। লেমলৈ ঙাখানা মৈখোমননা অসুন্না চাকহোঙ ঙাহোঙ থুমহোঙনা চৈহৈ কুমশিং যান্না কুইনা পাল্লে হাযদববা। হে লিক্লাই ও লাইবেল ইখুন খুনশি তাবব থমলমগে হাযনা পোইবৈ লৈপাক পুন্না তিন্না তুখুন মালেম লৈতৌএ। তুতৌখোং মমিংদি লৈশাং হিথেনও কৌএ। লোইদোম কুম ওল্লবা খুদিংদা পোইবৈ খুনজা নাইজা তিন লৈকাই খুনচেন মবিমা হৌনা হিয়াং কুম্মৈ শানৈএ।

মৈদিংঙু চিংথংখোম্বনা বিষ্ণুপুর লমলাংদোংদগী হোঙলক্তুনা কাঞ্চিপুর পুংমযোন্দা কোন্নুং ওইববদা নুংঙাই মবাং কাযনা পাল্লবদা মপাবি বিশ্বনাথ লোইবী খোংজাই ঙম্না মপাবিবু শাৎনখি। মতুং খবা লৈবগা মপাবী শামু ফাবা (গম্ভীর সিংহ) বু পোকখি। মতম খবা লৈববা মতুংদা মৈদিংঙু চিংথংখোম্বা মহাবাজনা লৈবাক ঙাকলোনগী থবক পুন্নমক মপাবি লাবন্যচন্দ্রদা শিন্নবল্লগা গঙ্গা তীর্থ খোঙলেঙদুনা পুন্সিগী অবোইবা খোঙচৎ ওইনা শ্রীনবদ্বীপ মপুংযাইদা খোঙলেঙদুনা অবোইবা যাহিপ তানখিবা মতাংবু অসুম্না ইবি,

নিংথৌ কোবৌ নোংগা থৌগল পুন্নমকপু চীংঙু লাইফম খুদিংদা ইবাৎ পোৎলোই পুন্নমাবু মশীং অমবু খাকপা নাইদনা অসুম্না তৌবল্লবগা পোইবৈ স্না পুংদা বাইথু লবে হাযদববা হে লিক্লাই ও অসি মতুংদদি লাইবেল মৈদিংঙু তুবি লাইবেল চিংথংখোম্বনা পোইবৈ চাবি কুই বাংঙম খোংতান শাংনা অসুম্না নিংথৌ চাকচা শুনা চৈহি কুমশিং মতোনলোল্লবগী খোইমোম যোই কোন্নুংদা না থৌ স্না হাকচাংবু থুপখিযে। অহন শীংদা চনববু খামফদবগা শ্রীর্তনি লাইবেল মৈদিংঙুদি মতাম আযু পুন্সি চৈহি মতোমমগীবু খঙবা বিষ্ণু শঙশ ঙবনিগীনা ঈশ্বর খোঙহৌ যম্বীবেনবু খঙবনা নোংচুপ চাংলেন মাপলবু লান্না শ্রী পাৎ ক্ষেত্র মপুংযাই গঙ্গা ঠাকুববানীগী মখোঙখাদা লাইবেল খোঙনা চৎনবু স্না হকচাং অসিবু থুপলুবগে হায়না লিক্লাই মপাবি শ্রী পুর্নচন্দ্র তুবী লোইবেনখোম্বদা পোইবৈ লৈপাক খুৎশিংবমলে। পোইবৈ লৈপাক কোইবনে, ব্রাহ্মণ বামোন কনাশুম্বনা থৌখাম ঙমদেযে। লিক্লাই কোবৌ নোংশীংজংশুম্না নোংথৌবেন্না মযু নিংথৌবোন খুদিংবু হেনথোইবা চীংঙু নোংথৌ সোবাবেন্না শঙশঙনা পোইবৈ স্না নবৈবাক্তা পোক্লববা যোইবু মৈতৈ লৈমসুং য়োইহৈ মঙাইবোই কনা খাক্তনা লিক্লাই নপাবিশিং পুন্নমসুং তুবী হৈনা তুংথাং ইন্না নিংথৌ পোৎলোই মশীং শুনা লাইবেল স্না লাংচেং মমৈ রাইনা খাকতনা যোইনা থৌগল ঙম্না ফংজবৌএ। গৌবিযা খোঙহৌ যম্বীবেন মক্তবা চীংঙু লাইবৈবাক্তা গঙ্গা ত্রিবেনী ইবম অহুম ফাংবদা লাইবেল শমু খোঙনা ফংনা চত্নুনা স্না মহাকশাংবু থুপখিযে হাযদববা।

শামু ফাবা অমসুং গোবিন্দ লিঙখৎপা কৌবা লাইবিক অসিদা শ্রীশ্রীগোবিন্দ নিকপন হাযবা মতাংদা মণিপুবদা মৈদিংঙু চিংথংখোম্বনা শ্রীশ্রীগোবিন্দজিবু নিকপন তৌখিবা মতাং অসিবু শৈথাবদুনা মৈদিংঙু চিংথংখোম্বনা তেখাও নিংথৌ স্বর্গদেব বাজেশ্ববগী মফমদা চঙজফম লৌদুনা লৈখিবা মতমদা তেখাওগী অঙাওবা শামু যাইশা ফানবা হাযবকপদা চঙজফম লৌদুনা মীগী লৈবাক্তা লৈকুবনা মাই হাযঙমদনা অঙাওবা শামুবু ফাগে যাখি। মতমদুদা শ্রীশ্রী গোবিন্দনা মণিপুবগী নিংথৌ ভাগ্যচন্দ্রগী মমঙদা লাক্কুনা কবি থোইনা ব্রাকুগনু অঙাওবা শামু অদুবু মহাক্না ফাবিগনি হাযখিবা মতাংদা মৈদিংঙু চিংথংখোম্বনা ঙমখে লৈতনা ব্রাখিবা অদুবু অসুন্না যোঙদোক্কুনা ইবি;

> মহাবাজনা অহিং নোংশোইবা ব্রত তৌদুনা শ্রীগোবিন্দনা ভাজ্যচন্দ্র বাগুনো ঐ লাক্লে হায়ববদা ভাগ্যচন্দ্র মহাবাজনা খুকমজখি। ইবুংঙো নংনা মণিপুবগী নিংথৌ অমুক্তা ওইনিও ননাই ঐনা ইবুংঙো নংগী ননাই ভাগুবী অমুক্তা ওইজগে হায়জববদা শ্রীগোবিন্দনা ফবে ঐগী মুর্ত্তি যেংহৌবো নংগী লৈপাক্তা নিংথৌ ওইদুনা পাল্লববদা কাইনা হাযবা চীং অদুদা হৈবোং ওইনা হৌবমগে নং ঐগী মুর্ত্তি শাও হাযবল্লগা শ্রীগোবিন্দদি থুপখ্রে। মহাবাজনা ব্রাংখৈ পণ্ডিত গোপীবাম সিংহ পাৎচহনবদা স্না যাথং তাক্কুনা শ্রীগোবিন্দগী মুর্ত্তি যেকহল্লে। নোংভাল্লবদা তেখাও লৈপাক পুন্নমক্লা শোং তৌবে, পন শাবে, শগাই শাবে, নিংথৌ নচিংবা তেখাও লৈপাক পুন্নমক শগাইদা ফমদুনা কুম্মৈ যেংলবদা ভাগ্যচন্দ্র মহাবাজসু চাইথবে। ভজন তৌবা লোইবদুনা খামেন চপ্পা ফৈজোম শেৎচিল্লে লমথাং খুৎলৎ যেৎলে, স্না খুজি শিদুনা লাকলে। তেখাও নিংথৌনা মণিপুব মহাবাজ চংলো হাযববদা ব্রাংখৈ গোপিবাম সিংহ পাচহনবা অযেকপা বসমোন কৈকুংবা অনিমনা স্না থৌগল তৌজযে। মপু মনাই অহুম্না চংলকলে। তেখাও লৈপাক তিনবা মযাই যৌববদা শামু লমশা অঙাওবা অদু থাদোক্লকলে। শামু অদুনা মহাবাজগী স্না মাং যৌববদা শামু মযা অনিমা লৈপাক্তা যৈশিন্দুনা খুকখুদপ কুল্লবদা মহাবাজনা স্না খোঙ অনিমানা

শিবা তাবে ঙাংনখি। মৈদিংঙু চিংথংখোম্বনা পম্নংদা চঙশিনখিদুনা শামু যাইশাগী নাক্তা লেপ্পুববদা ভাগ্যচন্দ্র মহারাজবু হেক উবা মক্তুদা শামুনা মুনা যেংলগা তাথি তাওইনা তৌবগী মহুত্তা মদোম তপ্না কুহুদুনা লৈখি। তেখাও নিংথৌ অমসুং লৈবাক মীয়াম পুম্নমক ঙকপগী পান্দম লৈখিদে মণিপুরগী নিংথৌ ভাগ্যচন্দ্রবু লাইনি লাইনি ঙাংনখি। অসুম্না মৈদিংঙু চিংথংখোম্বনা শামুগী মথক্তা কাখত্তুনা তোংখৎলবদা অঙাওবা শাবু যাইশা অদুনা কাওবেল ষনগুম তেখি। তেখাও নিংথৌ স্বর্গদেব রাজেশ্বরনা চিংথংখোম্বা মহারাজগী মতেং পাংদুনা ঔবাশিংগী মথক্তা লান্দাখি। মণিপুরদগী ঔরা তেঙ্গোলবু তাম্থোক্তুনা মৈদিংঙু চিংথংখোম্বনা নিংথৌ খুবম অমুক হনজিন্দুনা মণিপুরদা নিংথৌ ওইদুনা পানখি। মৈদিংঙু চিংথংখোম্বনা তেখাওদা লৈবিঙৈদা মরুংঙো শ্রীগোবিন্দনা মমঙদা হাযখিবা বাযম পুম্বা কাওগোক্লববদা নোংমা কোবৌ অমদা শ্রীশ্রীগোবিন্দনা অমুক হন্না লাক্তুনা মমঙদা হাযববদগী নীঙশিঙলক্তুনা থিম্থবা তৌদনা মনাই মশল অঙম অথৌশিংগা লোযনদুনা কাইনাদা হৌবিবা থৈবোং পাম্বী অদবু যাল্লুবগা শ্রীশ্রীগোবিন্দগী চেংলৌ শকপাম্থোং শাখিবা মতাংবু অসুম্না শৈথারি,

> তুবি ফমথৌ মঙাইবোই লাইবেল নিংথৌ মহিশাং লেংগা তিন ব্রাহ্মন পণ্ডিত নাকলৌশিন্না চাংঙু মুর্ত্তি মহাকশাংবু শঙশঙ লিংখৎলে। খোইমোম কোবি পাম্বোম খোং থবাক ঙানফম শোইদা পুর্কাশ হুইথাপ শোইনদা খোযজি খোইযা শেংক্রুক পাফন ফৈকন খুকউ কোংকোই খুবাই খোংচেং খোংনাও খুজিন লৌরাই শম্লাং খোই খোই তাবা শোইনদা চিনবান মোইকা যাৎপু শোইহন্দা নাতোন তাচি অনিমকপু তিল থোইদিং মপানকুম মাম্নমা নাখাং নাপোম তিং মিৎলু থম্বাল মান লৌরাই কোইবেন থক্তা রাহোং শিখি চন্দ্রিকাগী তুনিংথৌনা কোকলেন লুফম নাইযে। খোংগা খুৎকা খুজিন কুনমকপু নিনি পানবা থাগুম্বা মকোই খাফাং মান্নযে। যোইবু মশানৌগা শয়েং শোইনদা পাম্বোম হেন্নদা শমজি হুকতুং থাংনা শম্মি শমদোন যোম, স্না খুজি পান্নেন হৌ সনারিকনা ঙাঙ্গোই হুকনা চিংঙু মতৈ মনাউবু চোয়নৌ স্না ফাম্ভেংথক নিংথিবা স্নাগী সিংহাসন্দা থাঙ্গত্তনা জীবন্যাস তৌনা লাইশেংলবদা

অধব মুবলী মতৌ উববদা লাইবেন মৈদিংঙু শ্রীশ্রীযুক্ত জযসিংহ মহাবাজ লোইনাই কৌবা চিংথংখোম্বনা পাম্বোম থম্বৌ লৈবাযোনগুম্বা অনিমকপু থাঙ্গত্তনা জগোই লেপলৌ শাবে। লাইবেল ঐঙোন্দা চীংঙু চেংলৌ নশকবেন উৎলবগা লিক্লাই মনোংযাই ঐনা স্না মুর্ত্তি নহাকশাংবু লিংখৎচবা অসিগা শোইনদবে হাযনা প্রেম ঈথক হৌনা চীংঙু স্না মখোংখাদা লাইবেল ননোংযাই ঐগী নিংথৌগী পোৎলোই অসি চোং শের্কপিন্নচিংলিবা খৈবিকপু গোলোকনাথ মপুবেন খোইমোম স্না নখোংখাদা কচ্চববনে। ইপোইবৈ স্না লৈপাক অসিদা চেৎনা ঙাকপিবো অসুম্না কচ্চবে হাযদববা।

মতৌ অসুম তৌদুনা মৈদিংঙু চিংথংখোম্বনা কাঞ্চিপুব পুংমযোন্দা কোন্নুং শেমদুনা বিষ্ণুপুবদগী হোঙলক্লগা শ্রীগোবিন্দ অমসুং মশানৌ ইবেম্মা বাশেশ্ববী অনিগী চেংলৌ শকপাম্বোংবু শাবা লোযবদুনা ফুবা লাইশং অচৌবা শাদুনা নিকপন তৌবা লোযববদা মৈদিংঙু চিংথংখোম্বা মহাবাজনা লৈবাক ব্রাযেন থৌদা পুন্নমক শ্রীগোবিন্দ অমসুং বাশেশ্ববী মবুংঙো মবেম্মা অনিগী মফমদা শিন্নজখি। পোইবৈ লৈশাং হিদেন্দা শ্রীগোবিন্দ অমসু বাশেশ্ববগী লেঙথোক্লুনা হিযাং কুম্মৈ পাঙথোকখিবা মতাংবু অসুম্না ইবি ;

লৈপন পানজাও কোইনা গোলোক নাথ মপুবেনগী খোইমোম লাইশং শা মাঙ্গোপ চাওকোই শেম মৈদিংঙুগী কোলোই শঙ্গাই চাউনা শা পুখ্রি লৈফম চাউনা তৌ, মযুম চাউকোই লৈনবু চীংঙু নোংথৌ সোবাবেন্না মালেম তম্পাক লৈতাবকপগুম অসুম্না লৈপাক মযাই চন্না হোংজিল্লকলে। কোন্নুং মমিংথোংবু কাঞ্চিপুব ও তৌনা কৌএ। পোইবৈ অনৌবা মনিন নাই ব্রাঙম মবাঙ তৌবকলে তবা চাকহোঙলে নোইনু থুমহোঙলে। লেমলৈ ঙাখানা মৈখোমননা অসুম্না চাকহোঙ ঙাহোঙ থুমহোঙনা চৈহৈ কুমশিং যান্না কুইনা পাল্লে হাযদববা। হে লিক্লাই ও লাইবেল ইখুন খুনশি তাববু থমলমগে হায়না পোইবৈ লৈপাক পুন্না তিন্না তুখুন মালেম লৈতৌএ। তুতৌখোং মমিংদি লৈশাং হিথেনও কৌএ। লোইদোম কুম ওল্লবা খুদিংদা পোইবৈ খুনজা নাইজা তিন লৈকাই খুনচেন মবিমা হৌনা হিযাং কুম্মৈ শানৈএ।

মৈদিংঙু চিংথংখোম্বনা বিষ্ণুপুর লমলাংদোংদগী হোঙলক্লুনা কাঞ্চিপুর পুংমযোল্দা কোম্নুং ওইববদা নুংঙাই মবাং কাযনা পাল্লবদা মপাবি বিশ্বনাথ লোইবী খোংজাই ঙম্বা মপাবিবু শাৎনখি। মতুং খবা লৈবগা মপাবী শামু ফাবা (গম্ভীর সিংহ) বু পোকখি। মতম খবা লৈববা মতুংদা মৈদিংঙু চিংথংখোম্বা মহারাজনা লৈবাক ঙাকলোনগী থবক পুম্নমক মপাবি লাবন্যচন্দ্রদা শিন্নবন্নগা গঙ্গা তীর্থ খোঙলেঙদুনা পুন্সিগী অবোইবা খোঙচৎ ওইনা শ্রীনবদ্বীপ মপুংযাইদা খোঙলেঙদুনা অবোইবা য়াহিপ তানখিবা মতাংবু অসুম্না ইরি ;

নিংথৌ কোবৌ নোংগা থৌগল পুম্নমকপু চীংঙু লাইফম খুদিংদা ইবাৎ পোৎলোই পুম্নমাবু মশীং অমবু খাকপা নাইদনা অসুম্না তৌবন্নবগা পোইবৈ স্না পুংদা রাইথুংলবে হাযদববা হে লিক্লাই ও অসি মতুংদদি লাইবেল মৈদিংঙু তবি লাইবেল চিংথংখোম্বনা পোইবৈ চাবি কুই রাংঙম খোংতোন শাংনা অসুম্না নিংথৌ চাকচা শুনা চৈতৈ কুমাশং মতোনলোম্নবগী খোইমোম যোই কোম্নুংদা নিংথৌ স্না হাকচাংবু থুপখিযে। অহন শীংদা চনববু খামফদবগী শ্রীহরি লাইবেল মৈদিংঙুদি মতোম আযু পুন্সি চৈথৈ মতোমংগীবু শংবা বিষ্ণু শঙশঙবনিগীনা ঈশ্বর খোঙহৌ ফম্বীবেনবু খঙবনা নোংচুপ চীংলেন মাপলবু লায়া শ্রী পাৎ ক্ষেত্র মপুংযাই গঙ্গা ঠাকুরবানীগী মখোঙখাদা লাইবেল খোঙনা চৎনবু স্না হকচাং অসিবু থুপলুবগে হাযনা লিক্লাই মপাবি শ্রী পুর্নচন্দ্র তুবী লোইবেনখোম্বদা পোইবৈ লৈপাক খুৎশিন্নবমলে। পোইবৈ লৈপাক কোইবনে, ব্রাহ্মণ বামোন কনাগুম্বনা থৌখাম ঙমদেযে। লিক্লাই কোবৌ নোংশীংজংগুম্বা নোংথৌবেন্না মযু নিংথৌবোন খুদিংবু হেনথোইবা চীংঙু নোংথৌ সোবাবেন্না শঙশঙনা পোইবৈ স্না নবৈবাক্তা পোল্লববা যোইবু মৈতৈ লৈমসুং যোইহৈ মঙাইবোই কনা খাক্তনা লিক্লাই নপাবিশিং পুম্নমসুং তুবী হৈনা তুংথাং ইন্না নিংথৌ পোৎলোই মশীং শুনা লাইবেল স্না লাংচেং মমৈ রাইনা খাকতনা যোইনা থৌগল ঙম্না ফংজবৌএ। গৌবিয়া খোঙহৌ ফম্বীবেন মক্তবা চীংঙু লাইবৈবাক্তা গঙ্গা ত্রিবেনী ইবম অহুম ফাংবদা লাইবেল শমু খোঙনা ফংনা চত্তুনা স্না মহাকশাংবু থুপখিযে হায়দববা।

শামু ফাবা অমসুং গোবিন্দ লিঙখৎপা কৌবা লাইবিক অসিদা শ্রীশ্রীগোবিন্দ নিরুপন হাযবা মতাংদা মণিপুবদা মৈদিংঙু চিংথংখোম্বনা শ্রীশ্রীগোবিন্দজিবু নিরুপন তৌখিবা মতাং অসিবু শৈথাবদুনা মৈদিংঙু চিংথংখোম্বনা তেখাও নিংথৌ স্বর্গদেব বাজেশ্ববগী মফমদা চঙজফম লৌদুনা লৈখিবা মতমদা তেখাওগী অঙাওবা শামু যাইশা ফানবা হাযবকপদা চঙজফম লৌদুনা মীগী লৈবাক্তা লৈকুবনা মাই হাযঙমদনা অঙাওবা শামুবু ফাগে যাখি। মতমদুদা শ্রীশ্রী গোবিন্দনা মণিপুবগী নিংথৌ ভাগ্যচন্দ্রগী মমঙদা লাক্তুনা কবি থোইনা ব্রাকুগনু অঙাওবা শামু অদুবু মহাক্না ফাবিগনি হাযখিবা মতাংদা মৈদিংঙু চিংথংখোম্বনা ঙমখে লৈতনা বাখিবা অদুবু অসুম্না ফোঙদোক্তুনা ইবি ;

> মহাবাজনা অহিং নোংশোইবা ব্রত তৌদুনা শ্রীগোবিন্দনা ভাজ্যচন্দ্র ব্রাগুনো ঐ লাক্লে হাযববদা ভাগ্যচন্দ্র মহাবাজনা খুকমর্জখি। ইবুংঙো নংনা মণিপুবগী নিংথৌ অমুঙা ওইবিও ননাই ঐনা ইবুংঙো নংগী ননাই ভাগুবী অমুক্তা ওইজগে হাযজববদা শ্রীগোবিন্দনা ফবে ঐগী মুর্ত্তি যেংহৌবো নংগী লৈপাক্তা নিংথৌ ওইদুনা পাল্লববদা কাইনা হাযবা চীং অদুদা হৈবোং ওইনা হৌবমগে নং ঐগী মুর্ত্তি শাও হাযবল্লগা শ্রীগোবিন্দদি থুপখ্রে। মহাবাজনা ব্রাংখৈ পণ্ডিত গোপীবাম সিংহ পাৎচহনবদা স্না যাথং তাক্তুনা শ্রীগোবিন্দগী মুর্ত্তি যেকহল্লে। নোংঙাল্লবদা তেখাও লৈপাক পুম্নমক্না শোং তৌবে, পন শাবে, শগাই শাবে, নিংথৌ নচিংবা তেখাও লৈপাক পুম্নমক শগাইদা ফমদুনা কুম্মৈ যেংলবদা ভাগ্যচন্দ্র মহাবাজসু চাইথবে। ভজন তৌবা লোইবদুনা খামেন চপ্পা ফৈজোম শেৎচিল্লে লমথাং খুৎলৎ যেৎলে, স্না খুজি শিদুনা লাকলে। তেখাও নিংথৌনা মণিপুব মহাবাজ চংলো হায়ববদা ব্রাংখৈ গোপিবাম সিংহ পাচহনবা অযেকপা বসমোন কৈকংবা অনিমনা স্না থৌগল তৌজযে। মপু মনাই অহুম্না চংলকলে। তেখাও লৈপাক তিনবা মযাই যৌববদা শামু লমশা অঙাওবা অদু থাদোক্লকলে। শামু অদুনা মহাবাজগী স্না মাং য়ৌববদা শামু ময়া অনিমা লৈপাক্তা য়ৈশিন্দুনা খুকখুদপ কুল্লবদা মহাবাজনা স্না খোঙ অনিমানা

শামু মথক যৌনবা স্না থৌগল তৌজেএ। শামু অদু হৌগত্তুনা তেখাও লৈপাক্কী তিল্লবা মীযাম মাংদা কোয়না মহারাজবু পুবে। কোইবা লোইবগা খকখুদপ কুল্লে। স্না খোলেঙথবগা শামু লমশা অঙাওবা অদু চৎখ্রে। বাংখৈ পণ্ডিতনা মহারাজবু মনমদা পোদুনা তেখাও লৈপাক মযাই যৌনা স্না থৌগল তৌএ। তেখাও নিংথৌনা মণিপুর মহারাজ নংগী খুযাদা ননাই ঐনা যাম্না লাল্লে। ঐগী রাজ সিংহাসনবু কৎচববনে হায়না স্না খোঙ শোক্না খুকমলে। পাত্র মন্ত্রী পুন্নমগা লোয়ননা মহারাজগী স্না থৌগল লুনা তৌরে।

অসুম্না মৈদিংঙু চিংথংখোম্বনা তেখাওগী অঙাওবা শামু যাইশাবু ফাববা মতুংদা মণিপুরদগী ওরা তেঙ্গাল তাহোক্তুনা কাঞ্চিপুর পুংমযোন্দা কোন্নুং ওইদুনা পাল্লবদা বাংখৈ পণ্ডিত পাচাহনবগী মফমদা শ্রীশ্রীগোবিন্দগী মূর্তিবু শাহনখিবা মতাংবু শামু ফাবা অমসুং গোবিন্দ লিঙখৎপা কৌবা লাইবিক অসিদা অসুম্না হীন :

> বামন হাবিচবনাগী কুম শক ১৬৮০ দা মোইরাং নিংথৌ ওবাদা চংখিয়ো। মৈদিংঙু চিংথং খোম্বা মহারাজ তেখাওদগী লাক্লুনা নিংথৌ ওইবে। মোইরাং দা নিংথৌ খুনা কাবক্লে। হৈস্নাম খোংজোমগী কুম শক ১ ৬৮০ হ্যাঙ্গৈ থা ১২ নি পানবা ইবাই নুমিৎতা মৈদিংঙু চিংথং খোম্বা মহারাজনা স্না যাথং তাকপীবা মতুংইন্না বাংখৈ পণ্ডিত গোপরামসিংহ পাচতনবনা শ্রী গোবিন্দগী মূর্তি শাইএ। রাজেশ্বরীগী নিরূপন তৌবদি ক্ষেত্রি পানেম নন্দাসিংহ কোনসবা চক্রপানি কোনসবা শামুরোক কোনসবা যোইমা তনেং অসিনা শাইএ। উদোন অদনা গোপিনাথ বিজয় গোবিন্দ, অদ্বৈত, নিত্যাইনন্দ, মদনমসু শাইএ।

মণিপুরগী নিংথৌ মহারাজ জয়সিংহ স্না হাক্তক্তা শ্রীশ্রীগোবিন্দজিবু নিরূপন তৌখিবা মতাং অসি নিংথৌরোল কুম্বাবা কৌবা লাইবিক অসিদসু মযেক শেংনা অসুম্না ইরমই ;

> মযু নোংদা লাইগী কুমাশং ১৭৬৯ থুংলবা শকাব্দ ১৬৯৮ গী চৈথাবা হৈস্নাম খোংজমগী কুমশাদা লোইদাম মেবা থানা রাইথুংলবদা কাঞ্চিপুর লৈমযোন্দা লৈবিবা চিংঙু গোবিন্দ

শকপাম্বোংবু শানশেমগে নিংখল্লবগা পামেল থৈবোং নুংওনবদি কোবৌ নোংশা মৈনা পামেল থনুংথিংনা কংলবগা ৱাবম নিংথিববু মৈতেংঙু লোইনাই চিংথংখোম্বা স্না খাদা মদাইবেম নিংথৌ লৈকোই শেনবশিংনা পাউহোমজখিএ। মৈতেংঙু কোবৌ ইনোংথৌ তাইবং সবাবেনও লমলেন লাংথাবাল স্না যোইকোনুংদা থম্লম্বা পামেল থৈবোং নুংচানবদি কোবৌ নোংশা মৈনা পামেল উনুং থিংনা মকংলে। ইনিংথৌ উনবী পুকথুংনা গোবিন্দ মুর্ত্তি শানশেম্ববু যাবগনি অসুম পাউকৎলবদা ভক্ত মদাইবেম চংখোনবা মৈতেংঙু লোইনাই চিংথংখোম্বদি উনবী পুক্লিং হেকওাই মপাউ চাউনা নিংখল্লবগা মদাইবেম উকং খুৎহৈবা শিযাৎপমচা লোখোনবু অচেন খংলৈ যাংনা পাউকৌহল্লুইএ। মৈতেংঙুনা লমলেন লম্লাংতোঙ লমদগী পুনা লাংথবাল স্না যোইকোম্নুং নুংওাইবদা কোবৌ অদু নোংদবু যাংনা বাইথুংলকএ। লমলেন লাংথবাল স্না যোইকোম্নুংদা বাইথুংলবদা মদাইবেম খুৎহৈবা শিযাৎপম চাবু পামেলনা ওা থুংমন্না স্না যাথংনা পাউমেনখিএ। হে ইদাইবেম নুংচানবা লোখোনও পামেল অসিবু উকক মফম যেংনা ককও হাযনা পাউতাক্লবগা মদাইবেম লোখোন খুৎহৈবনা পামেল মতুপ মফম যেংনা ককচখিএ। পামেল উকক মওংবু স্না মিৎযে মোকাই উববদা মবেপ শাংবা ৱাৎলগনি হাযনা মৈতেংঙু লোইনাই উনবীনুংদা নিংখল্লবগী লোখোনসিং মদাইবেমদা অনৌবা অমবক কক্লবা হাযখিযে। মৈতেংঙু স্না মযাথং যাথং থুমখোই বাগী মদাইবেম লোখোন্না পামেল থৈবোং অদুবু উকক মযম যেংনা মতুপ অনি অহুম থোক্লা মকক্লববু মিৎযেং শানখৈববদা পামেল উকক খুদিংদি উকক লেম্লা মাওফবোই। উকক খুদিংনা চীংঙু শকপানথোং অমমম্বু ওইনা পুথোক্কদনে অসুম পাউতাক পিখিএ। মথং মনাউ কাযফবোই হাযবসুং পাউতাকএ। মদাইবেম নুংচানবা উকং খুৎহৈবা শিযাৎপনা পামেল থৈবোং মকোক থংববু মৈতেংঙু স্না মপাউমেনগী হান্না শানশেমগে হাযনা শিংজঙ লৈতোয় চন্না খুৎলাই হান্না থাঙমলুবগী খাম্বী মৈত্রেং মৈবীক থোকপবু মৈতেংঙু মদাইবেম লোখোন্না পুক্লিং শোঙকি চংলবগী লাইবেল

স্না মখোং খাদা ৱাবম থাংখৈ শেংনা পাউকৎলুইএ। তয়ম শিয়াৎপা খুৎহৈবা মপাউমেনবু নাতাববদা মৈতেংঙুনা হে তয়ম খুৎহৈবা লোখোনও। চীংঙু গোবিন্দ মথৌবাংগী কোবৌ নোংদমখোনবু ৱাৎলঙেবু ওইনঙেনে। পামেল উকন্দুবু থমখিযে। মথং যেংনা শানশেমও হায়ববগী মদাইবেম খুৎহৈবা লোখোন্না উকং সেবক মপাবী পুন্ন হৌ পামেল উকক মথং মবেং শীন্না খোইযম গোবিন্দ মহাকশাংবু মুর্ত্তি শঙশঙ থোক্না শানশেমখিবে। মতৌ অসুম মৈতেংঙু মথৌবাং হিন্দু আচাব মবমচৎনা পোইবৈ হুপ্না ঙানগদবা ৱাবু চীংঙু লাইযি খঙবা মকোই পাউনিংশিংবা পোইবৈচা অখঙবা নম্বোল থোংহি মাইবগা শামুবৌ চিগোংগা কম্মেং ফদিবগা লাঙ্গোল লুখোইগা মখোয মখোঁদি হিন্দু লাইনিং চৎঙমদববগী খোইযম লনশা যম্মু যেংনা মহৈ মহৈ শোনথুপ্লাখিবে। থৌবম অসি মতুংদা চীংঙু গোবিন্দ মহাকশাংগী চেংলৌ শকপাম্বোঙ নিখিবা মুর্ত্তি শঙশঙ খোইখোইববু শানশেম লোইববগী মৈতেংঙু স্না মখোংখাদা যোইনা পাউহনজববদা লাইবেল স্না পৃক্রিংদা উনবী হেকমায মবাঙ হৈবগী পরমানন্দ, স্বরূপানন্দ ভাসপতি, ভম্বব, গৌবশ্যাম খুম্নো চন্দ্রমনি লচিংনা বতন ঃ মাগী মফমদা পাউইমজৈএ। হে বতন লৈকোয ফম্না খোইযম লাইলম্নু ৬ মাঙ হুন্দব মতম শ্রীহবি মথৌজালগী চীংঙু গোবিন্দ মুর্ত্তি শানশেম্নবু জীবন্যাস মঙম তৌনা পুকম ইবাৎ থৌবমদা নিংথৌ শঙে মচে পাচা হৌনা চৎনা খঙনববু পাগা পুগী চৎলম যেংনা চন্দ্রাব্দ খুৎপাই কৌবা লাইবক খেনযেংনা চাহবু শানশোম্ব ও চাংঙু স্না খুযাখাদা কপচঙেনে অসুম পাউতাক হাকএ। বাবম অমসুং চীংঙু গোবিন্দজি খোইখোইবগী জীবন্যাস মঙমথৌবু শংলৌ থৌবাংনোংদা শ্রীভাগবত খোইখোইবগী বাসলীলা শুংঙাইবা চীংঙু বতি শায়থৌবু ৱাবম মবে চুম্না নংক চুকাই কৎঙেনে। ৱাবম অসুম পাডতাকখোনগী কবো খুবোম্বদা যাৱা পাউশিন্নববগা লৈতায নোংদাই খোইযম খুম্বোক হবাউ খুৎলোন শাথেক্না চুকোই মপুং শেম্না তম্মল্লে। যোইবু মশনৌ ঙাংবম চনু হবিমতীনা চুকোই মকোক চিংলে। তম্পা ৱাংঙমলোন বিম্বাবতীনা থৌবানী শাদুনা বাসলীলা মপুং ফানবা

> তক্মল্লে। স্না যোইকোন্নুং ব্রাহ্মণ বতন্না চীংঙুগী শ্রীগোবিন্দজিগী জীবন্যাস যজ্ঞ মণ্ডম থৌগী কোবৌ অকবা থাবা অশেংবা খনখিববগী লোইদাম হিয়াঙ্গে ১২ নি পানবা ইবাইগী অয়ুক যুথক মতুং পুং ১ তাববগা নিংথৌকাবগী খেন মাহেন্দ্র পুংফমদা জীবন্যাস কৎলগনি লাউথোক্লে। অসুম্না বতনশিংনা ময়ু কিযান্না স্না হাক্তক্কী চীংঙু বিষ্ণু ইবাৎনোংগী হৌনা চন্দ্রাব্দ খুপাই শেমজবে। মতোল ইবুংঙো ঙৌব্রাম শাইনা ঈশৈ হল্লে, ধবশাইনা দুহাব, শ্রীযুৎনা পুং থোল্লে হাযববগা বাধাভাব সংকীর্ত্তন হৌবে।

মতৌ অসুম তৌদুনা শ্রীশ্রীগোবিন্দজি অমসুং বাশেশ্বরী অনিবু লাংথাবাল কোন্নুংদা লাৎলম্বদগী ইম্ফাল মযোন্দা লৈবিবা কংলা অসিগী মনুংদা লৈবম্বদগী চুরাচন্দ মহারাজগী মতমদা অনৌবা কোন্নং অমুক ইম্ফাল মযোন্দা হোংলকখিবা মতম অসিদা শ্রীশ্রীগোবিন্দজিগী যুবা লাইশংসু ইংশোক ১৯০৬ শাবা হৌবগা ইংশোক ১৯১০ দা লোযশিন্দুনা শ্রীশ্রীগোবিন্দজি অমসুং বাশেশ্বরী অনিমক লেঙশিনখি।

শান্মু ফাবা অমসুং গোবিন্দ লিঙখৎপা কৌবা লাইরিক অসি হিন্দুগী লাইনিং লাইশোনগী চৎনবীদা যুম্ফম ওইবগা ইবমই অদুমবপু গৌবিযা বৈষ্ণব ধর্ম্মগী চপ চাবা মশক অদমক পুবানা লৌবগা লাইরিক অসিদা ইবব্রা হাযবর্বদি মদুমকসু ওইদে। মণিপুরী সমাজগী মতমদুগা চৎনবী হবাউ কুম্মি লাইনিং লাইশোন যুমলৈ কৈবৈ ইবাৎ থৌনি কযা অসিগী লমদা অনৌবা যাওন অমা পুবক্লবগীদমক হিন্দুগী লাইনিং লাইশোন ইবাৎ থৌনিগী চৎনবী পুশিন্দুনা মণিপুরী সমাজবু হেন্না নানবা লুবা থাক্তা পুখৎনবা হোৎনবমই হাযবসি লাইরিক অসিদা মপুং ফানা উবা ফংই। চহীচা তবামাপলদা ইখিবা লাইবিকশিংদা মণিপুরী সাহিত্যগী লমদসু অনৌবা খোঙচৎ অমদা বাবেং সাহিত্যগী মপুং ফাবা চাওখৎপগী মতৌ অদু শান্মু ফাবা অমসুং গোবিন্দ নিরুপন কৌবা লাইরিক অসিদসু অদুমক উবা ফংই। মতম অদুগী মণিপুরী সমাজদা গৌবিযা বৈষ্ণব ধর্ম্মগী খম থেংনা চাউখৎখিবা মতমদুগী মণিপুরী সাহিত্যগী লাইরিকশিংদা মমি তাবম্না অদুমক লোন অমসুং ৱাহৈ ৱাতা কযাদসু মপালগী লোন কযামকম মণিপুরী সাহিত্যগী

মচাক ওইনা মতমদুগী অইবশিংনা মবাং কাযনা শিজিন্নবা অদুবু শামু ফাবা অমসুং গোবিন্দ লিঙখৎপা কৌবা লাইবিক অসিদসু অদুমক উবা ফংই। মপালগী লোন সংস্কৃত, বাঙ্গলানা মণিপুরী সাহিত্যদা চঙলকখিবা মতমদা ইখিবা লাইবিকশিংদা মতমদুগী অশৈবশিংনা সংস্কৃত বাঙ্গলা লোন ফজনা খঙনা শীজিন্নবা উই, মসিমক্লা মতমদুদা সংস্কৃত অমসুং বাঙ্গলা লোন মপুং ফানা তম্নবে হাযবসি উৎলি। অশৈবশিংনা লাইবিক ইবা মতমদা হান্নগী চৎনবী মণিপুরী লোনগী মশক্তগী খঙহোং হেক হোংদোকপদি ঙমদ্রবসু হিন্দুগী লাইবেন্থী সবস্বতী অমসুং বামনচিংবা পুশিন্দুনা ইবা হৌবগী মওং চহীচা ১৮ অমসুং ১৯ দা ইবম্না লাইবিকশিংদা তোযনা উবা ফংই। অসুম তৌদুনা মণিপুরী সাহিত্যদা মপানগী লোন অমসুং ব্রাবী কযামকাম চঙশিল্লকাখবদগী মণিপুরী লোনগী থাকপু হান্নগীদগী হেন্না মবাং কাযবা অমসুং ইনাকখুনবা পুক্কে ওইহনবদা নত্তনা অবা বা থাক্কী লোনগী কাংলুপ্তা চলহল্লি। শামু ফাবা অমসুং গোবিন্দ লিঙখৎপা কৌবা লাইবিক অসি হিন্দুগী লাইনিং লাইশোন্না লমদম আসদা মপান কনা চাউখৎলকখিবা মতমদুদা ইখবা ওইবনা লমদম অসিগী চৎনবাসু হিন্দুগী লাইনিং লাইশোলগী চৎনবীদা যুম্ফম ওইবগা পাঙথোক্লম্বা কযা মদগী অশেংবা শত্তম অদু মপুং ফানা লাইবিক অসিদা উবা ফংই।

# চহুই লৈরোং পাম্বা

চহীচা ১৯ গী লোযশিল্লকপদা মণিপুবদা লাইবিক ইবগী ঈহৌ অসি হেন্না কনখৎলকখি। মতম অসিদা লৈবাক অসিদা হিন্দু বৈষ্ণব ধর্ম্মগী চাউখৎপগী অযৌবী থাক্তা লৈখি। হিন্দুগী লাই তীনগী ৱাবীদা যুম্ফম ওইবা লাইবিক কযামকম ইদুনা লমদম অসিগী সাহিত্যগী মবাং কাযবা মচাক ওইখি। অদুবু লৈবাক্কী নিংথৌনা মমালোনবু হেন্না ৱাংবা থাক্তা পুখৎনবা হোৎনবদা অচৌবা ঈনোৎ হাপ্লুনা লমদম অসিগী ওইবা থৌদোক ৱাথোক্তা যুম্ফম ওইবা লাইবিক কযা অমসু মতমদুগী সাহিত্যগী লমযানবা অশৈবশিংগী মফমদা ইহনখি। চহুই লৈবোং পাম্বা কৌবা লাইবিক অসিসু লমদম অসিগী মমাংঙৈগী লিববা মতমগী থৌদোক বাথোক্তা যুম্ফম ওইবগা ইবগ্না লাইবিক্নি। মৈদিংঙু নিংথেম পিশক্না মপাত্তোন চিংথংলেন পাম্হৈবা নবাসংতগী যাথং তুংইন্না হৌখ্রবা মাংলমচৎকী মতমদা মবুধৌশিংগী হাক্তক্তা থোর্কখিবা পোইবৈ মৈতৈ লমদমগী পুবাবীবু অমুক নৌহৌনা নীংশিংদুনা তুং কোইনা লৈহৌনবগীদমক মদাইবেম লোইযম নোংযাই খুমন অদোন পুখ্রলবগী মফমদা অহল মতম ওইবাশিংদগী মথং মথং বাবী ওইনা তান্নবক্লবা চহুই লৈবোং পাম্বগী বাবীবু সাহিত্যগী ওইবা লোন্দা পুদাদা লেঙথোকহনখি। নোংযাই খুমন অদোন পুখ্রলবনা নহাল নোং হর্গিঙদা খুবাই বাইবংবা মশাই কোন্দা খুন্দাবা নোংবান হৌবা লাংবনা মৈদিংঙু যাংলৌ কৈফাবগী মমোম ৱাঙমলোন শাফবীবু তাল্লোয তুর্যিন তমদুনা মপাবি নোংবান চহুই লৈবোং পাম্ববু শাৎনবব তুংদা থোর্কখিবা পুবাবীবু মদাইবেম থৌনাওজাম্বগা লোযননা ৱাবী পবেং নাতৈ শেমদুনা ইখি।

চহুই লৈবোং পাম্বা কৌবা লাইবিক অসিগী মপুং ওইবা ৱাবীদি নোংবান হৌৱা লাংববু মাগী চান্নবা মরূপ অমু খুৱাং লাংমৈবেম্বনা অহোং কুম্মে যেংনবা পাওকৌবদগী নোংবান হৌৱা লাংবসু মপাবি চহুই লৈবোং পাম্বগা লোয়ননা পাথৌ মরূপ অমু খুৱাং লাংমৈবেম্বগী মশাইকোন্দা অহোং

কুম্মে যেংববু চংখি। পাথৌ মাগীদি মকপলোই অমু খুৰাং লাংমৈবেম্বগী মশাইকোনবু যৌববদা খুৰাং লাংমৈবেম্বনা পাথৌ মাগীদি মকপ নোংবান হৌৰা লাংবগী মপাবি চহুই লৈবোং পাম্ববু উবদা হবাউ মথোই কানা তবাম্না ওক্কুনা মোংবা শঙ্গাইনুংদা পুশিনখি। অমু খুৰাং লাংমৈবেম্বগী তাল্লোয শছোং নিংথৌগী মমোম যাইবী লৈমনা পোকচবী মমোম অতোনবী খুবাং লাংমৈবেম্বীগা পাথৌ মকপ নোংবান হৌৰা লাংবগী মপাবি চহুই লৈবোং পাম্বগা অনিমদি চহী লোঙ্গা পাংখক ওই। খুবাং লাংমৈবেম্বীনা মপন কোলোই মপাউমেন্দগী নোংবান চহুই লৈবোং পাম্ববু মপন পহৌ অমু খুৰাং লাংমৈবেম্বনা মমোম খুৰাং লাংমৈবেম্বীবু পাথৌ নোংবান হৌবা লাংবগী মপাবি চহুই লৈবোং পাম্বগা হৈবাং লান্নদুনা চামিন্নৌ গযনা পাউমেনবদগী মমোম লাংমৈবেম্বীসু চহুই লৈবোং পাম্বগা হৈবাং লান্নদুনা চামিন্নখি। শাবী শানৌ ওইবা অনিদো মথোৎ কাখৎলকপগী থিংঙমদ্রবা নুংশিবগী ঈচেলদা মিৎকুপ অদুমক্তদা থম্মোযগা থম্মোযগা কিশি কিনখি। অমু খুবাং লাংমৈবেম্বনা পাথৌ মাগী মকপলোয নোংবান হৌবা লাংবা অমসুং মপাবি চহুই লৈবোং পাম্না অনিবু তা লুকোয মথেল লাংদুনা তবা চিন্দমমিন্নববু লোযবদুনা অহোং কুম্মে যেংলবা তুংদা মপাবি চহুই লৈবোং পাম্বগা লাযননা মোংবা মবাল যাইদা খোংদোইবকখি।

অসুম তৌদুনা নোংবান হৌবা লাংবদি নুংঙাই যাইফনা লাংহৈ কুমওন কযা লৈনবদা লোংমা কোবৌ অমদা মৈদিংঙু নাউথিংখোং মঙাং ওম্বগী কোলোয যাথংনা নোংবান হৌবা লাংববু পাউকৌবগা অসুম্না তাকপীখি। ইদাইবেম নোংবান হৌবা লাংব ও লোইবী থাপলা মনিন নাইবনা মৈতৈ নিংথৌগী মফমদা কাবঞ্চদবা লোইপোৎপু কাবকাখদবা লাংহৈ কুমশিং যান্নক্লে ইদাইবেম নঙনা লোইবী থাপলা খুল্লাকপগী মফমদা লাক্লুনা লোইপোৎ থৌকনবা যাথং পীখি। মৈদিংঙু মদাইবেম নোংবান হৌৰা লাংবসু নিংথৌগী যাথংবু কোক্ত থোংনা মদাইবেমশিংগা লোযনদুনা লোইবী থাপলা খুলদা লোইপোৎ থৌববু চংখি।

লোইবী থাপলা মনিন নাইববু যৌববদা থাপলা খুলগী পহোং থিংদুনা লৈবমখি। নোংবান হৌৰা লাংবনা মনাই মশল থাদুনা থাপলা খুল্লাকপগী মফমদা মৈতৈ নিংথৌ মৈদিংঙু নাউথিংখোংগী যাথং তুংইন্না

থাপলা মনিন নাইবা নখোযনা মৈতৈ নিংথৌগী মফমদা কাগদবা লোইপোৎপু কাবক্তবা কুমজা মশীং যামলক্লে হাযবগীদমক লোইপোৎ থৌবা লাকপনি হাযনা পাউদমখি। থাপলা খুল্লাকপনা মৈতৈ নিংথৌগী লোইপোৎসু পীবোই অদুগা খুলগী থিংলিবা থোংসু হাঙলোই, মৈতৈ নখোযনা হেন্না ঐখোযগী ইথক্তা লান্দাবক্কুনা কবি তৌবা ঙমগনি হাযনা পাউখুন্নকখি। নোংবান হৌব্রা লাংবদি থাপলা খুল্লাকপগী মপাওখোনবু তাববদা চৈবৈ ফিজোন তন্না হোঙদোক্কুনা যাইপল যাইওইবা যাইমু লৈবাংবু কোক্তা থেৎচিন্দুনা শাইবা পলবু লিৎ কুবাউ পলগী থিংলিবা থোঙ অদুবু যক্কাইবগা পন্নুংদা চঙখিদুনা লোইবী থাপলা মনিন নাইবগী শমু যুমথোং খুদিংদা লৈবিবা থাং, তা, চুঙ্গোই, লোং, তেন, খ্বিবিকপ্ যাইপল অমূবা যাওইবগী মতেংনা থাপলা খুলগী মীওই অমত্তসু খঙহন উহন্দনা ঙন্না খোমদোক্কুনা অতোপ্পা মফম অমদা পুল্লপ পৌশিন্দুনা থমখি। লোইবী মনিন নাইবা হেন্না লমকেৎপশিংনা মৈতৈ নিংথৌ মদাইবেম খুবাই খাংজকপ অথৌবা অসিবু মদোম নোংমনজবগে হাযবগীদমক হেন্না ঐখোযবু উশিৎ থৌওহ্‌দনা পন্নুংদা চঙলক্লে মৈতৈ অথৌবা মহাক্কী যাইবী মখবায লৌদুনা মদোম নোংমলহল্লসি হাযদুনা হেন্না মখোযগী মখুৎশু থাং, তা, চুঙ্গোই, তেন, লোং খ্বিবিকপু থিকবদা অমত্তা লৈবমদ্রবদা থাপলা মীযাম ঙকপগী ঙমখে লৈখিদে। লোইবী থাপলা মীযাম্না মখোযগী খুৎশু খুৎলাইশিং অদুবু থিবকপদা চীংদোংথক্তা ঙন্না পৈদুনা লৈবম্না উকবদা মৈতৈ অথৌবা খুবাই খাংজকপ অথৌববু লাইমক্কি শোন্নখি। লোইবী মনিন নাইবশিংনা উপায লৌত্রদুনা মৈতৈ নিংথৌগী লোইপোৎ পীবগে যাখি। কোবৌ নোংগা ঙাল্লবদা লোইবী হেন্না মীযাম্না লোইপোৎ পীনবা থৌবাংলিঙৈদা ঙসাইঙৈগী নোংবান হৌব্রা লাংবগী শমু কোকথক্তা থেৎখিবা যাইপল অমুবা যাইওইবদি খোইবু মচিন তুম্না শাইবা তিংখংদা পন্দুনা মালেম লৈদা তাখিববু নোংবান হৌব্রা লাংবদি খঙহৌদ্রদুনা লোইবী হেন্না চীংদোন থক্তা পৈবিবা খুৎশু খুৎলায পুম্নবু হেন্না শমু খুৎনা ফংখিদুনা থুনা যাঙনা খুৎকা খুৎকা হকথেংননা হুযেন লানশোক্লখিবা অদুবু অসুম্না শৈথাবমই।

> মৈতৈ খুবাই খাংজকপ অথৌবনা লোইবী যিপুঙ যাইবু
> চংলকলে হাযনা তিমেন মখুৎশু চুং, লোং, মনোংখাং লোইবী
> থাপলেন মখুৎশুবু থিকবসুং থি খংদ্রবকি হেন্না থেলপুং

ঙমচিংবা নোংবান হৌৱা লাংবখোই অথৌবনা যিবোই খুবাই হাউনুতেং অতেং মিকনখাইও নশাবী নপুঙাইবা ঐদি তুবি মকখাক খুঙ্গমল হৈবাং মতং খাক চামল লাইবেল বাইবা লিখাও মবি খুঙ্গমল তুবি মথৌজাল থৌজাল মাযোক্লবগী শনবিক লিকতোম্পপু তানফংলবনে তলবা লাবা ঐবু লানফম ইমাই ওল্লবোই।

অসুম্না নোংবান হৌবা লাংবনা লোইবী থাপলা মনিন নাইবশিংগা হকথেংননা খুৎক খুৎক যান্নদুনা লাম্থংনববদা লোইবী হেন্না পুন্নমক্তি তাক্লা তুম্না শিববদা নোংবান হৌৱা লাংবনা লোইবী লমকেৎপা হেন্না কনা কনা লৈবিবগে শমু ঐগী মাংদা চোংথোবকউ হাযনা লাউখি। লোইবী হেন্না অথৌবা পাখং মঙাখক্লা নোংবান হৌবা লাংবগী মমাংদা লেপ্লদুনা তিমেন তা লংশিল্লকখি। নোংবান হৌবা লাংবনা তিমেন তা মঙামকপু শমু মখুৎশু চুঙ্গাইনা খত্তোক্তনা হেন্না লমকেৎপা পাখং মঙামক্তি তিমেন মখুৎশুনা থিন্দুনা তাংজা লুবেল ককলিউঙদা লোইবী হেন্নশিংনা তিমেল তা লংশিল্লকতনা নোংবান হৌবা লাংবদি থনুং থিংনা তিমেন তানা লেংদুনা যাইবী থবায মাংখি। অসুম তৌদুনা নোংবান হৌবা লাংবগী শমু হকচাং অদুনা মাংবা তাবা লৈতনা লোইবী যেলাং লৈবু শাযোনখি।

নোংবান হৌবা লাংবনা নোংমনখ্রবদা পোইবৈ মৈতৈ লান্মী পুন্নমক্ত থম্মোয শোক্লা তেংথানা মোংবা মবাল যাইদা হল্লকখি। নোংবান হৌবা লাংবগী তাল্লোয মকম্নী মৈদিংঙু যাংলৌ কৈথাবগী মমোম লাইনুবাগী মথমদা মশাবী নোংবান হৌবা লাংবগী চৈবৈ লানথি মফিজেৎপু শমু খুত্তা শিন্নবগা মশাবী নোংবান হৌবা লাংবনা লানযমদা নোংমনখিবগী মতৌ অদবু অমত্তা চিংখদনা পাওদমখি। মশানৌ মনেম মচা বাংগোল লাই নুবাদি মশাবা নোংবান হৌবা লাংববু শিবে তাবদা পিবেম খকমা তানা থম্মোয শোক্লা তেংথানা মিকপচখি। নোংবান হৌবা লাংবগী মপাবি চহুই লেবোং পাম্নসু মপন পম্ভৌগী থাবা লিকলে, তোমখিল নাইববু কোন্না থম্মোয শোক্লা পিবেম খকমা তানা মপন পম্ভৌ হৌবা লাংববু কৌদুনা মিকপচখি। পনেম মমা ৱাঙ্গোল লাই নুবা লাকহিমোম শাফবীদি মপাবি চহুই লৈবোং পাম্নবু নাউযোক নাউকোনজববদা শামা পাঙ্গল চাওবক্লুনা পাখং শাবেপ ফাবক্লবদা

পলেম মমা ৱাঙ্গোল লাই নুবা শাফবীদি মপাবিগীদমক তাল্লোয তুযিন তন্নবা খুবাই লমথক কোই ৱাংখৈ লমখা কোইনা খ্বাই চনু শকহেনবী অমবু থিকর্বদি ফংখিদে। লমলেন লাংচীং খেল্লাং চীংবু হোঙনেম্না চনু যাইবী লৈমগী মমোম খুৱাং লাংমৈবেন্নীশুঙ মপুং মবৈ ফাবক্লদনা ফান্তক সেনল ঙাইবনা হৈবাং খুদোল পুনা শুমাং উবোংখিনগে হাযজববু হোয যাখিদে। থাঙ্গা কম্বোং উবোক উশা কাংবুগী পাখং লাংজেং মথোৎ কাবকপশিংনা তাল্লোয ওইনবা হাযবসু খুবাং লাংমৈবেন্নীনা যাখিদে। মপন পম্বৌ খুবাং লাংমৈবেন্ননা মমোম মাগী মতৌদা খনফম তৌফম খঙলক্রদনা মমোম মাগী থবাযনা খোযদাজবা তন্না মীশক অদব থিজবো তাকপীখি।

অসুন্না কোবৌ নোংমদি মৈদংদু অতোন যোযবেনবনা যাবৌ শাদানবা চৎপদা নম্ যুমথোং খুদিংদা নৌবিবা নহা অহল নপা মচা খাঙনা অমত্তা চিংদনা শাদানবা চেৎকদবনি হাযনা লৈকাই খুনথোং মবিমবু পুম্নাক পাউগা চেলহনখি। নোংবান চহুই লৈবো পাম্বগী পলেম মমা পোকমাবা পা হিকমোম শাবর্বানা মপাবি চহুই লৈবোং পাম্বনা কোবৌ নোংগা ঙাল্লগা হাবৌ শাদানবা চৎপদা পুনবা ওবা চেযামবু নুমিদাং তাংলী লৈনা থেলনদা লাংলম্নগা খোমলেন তুখুল তানাখ। কোবৌ নোংগা ঙাল্লবদা মপাবি চহুই লৈবোং পাম্বদি ঙপ্তা হৌগত্তুনা পলেম মাগা নকমদা নাইদাম থাজা পাখংবনা মশা পান্দুনা লোংচেপ মাযকৈদনা পানবক্লগা নোংবা এখাযগী কোনোই শঙ্গাযনুংদা পাযাশল্লকপাবু উবনই হানদনা খোম্লেন মও তমজখি। পলেম মমানা মপাবিগী খোম্লেন মওনা অদব নাংঙাই যাইবা খদমনা নম মতাপ কনাদসু নাকোং ওনা শুনা খোম্লেন মও তমযদে হাযনা পানতাক পাখি। পলেম মমাগী যাথ লুদা খোনা লৈকাই কনা যাহৌদ্রিউ সেলোয পাহৌ নকাপ অমত্তদসু পাঙহন্দনা অথুক যেন্দ। মা অনানদা হওযেন লাংপা যি নিংথিববু শেত্তুনা তিমেল খুত্তা পায চেলেনচংগা লুক ওবেদ। নাইজা যৈনা লান্না যাওবৌ শাদানবা চৎখি।

নোংবান চহুই লৈবোং পাম্বদি লেপ্তুনা অসুম লাকপনা যাংদৌ নমখাংদা মশানৌ মনেম মচা খুবাং লাংমৈবেন্নীবু লমচক্লগববা খন্না খন্না মোংবা তৌবৈ তুথেক কযা লান্দুনা লাকখি। খুবাং লাংমৈবেন্নীসু খোম্লেন

মাগী মংলান্দা মশাবী মমান মচা চহুই লৈবোং পাম্বনা নুবা মাগী মঙশোক ফমলাংদা নুবা পাম্বোম ঙাইখাংননা যাতামিন্নদুনা নুংশিবা যাৱা খোঞ্জেলনা তবেং খোংফাং থাদুনা শিহ্বা শিল্লম পাঙলমউ নশাবী ঐসু যাওবৌ শাদানববু চৎলুখিগে হায়না পাওমেল্লম্বা অদুবু তাইবঙ মাল্লংপান্দবু খোঞ্জেল থোক্লা লাউবকই। পলেম মমা যাইবী লৈমনা মমোম লাংমৈবেন্বীনা লাউবকপা অদুবু তাবদুনা মমোমগী নাক্তা থুনা যাংনা চঙলক্কুনা কাংথোল থক্তা ফম্না মমোম্বু কৌদুনা কবিগী খোল্লেন মঙলাক্লবনো পাউহংখি। মমোম লাংমৈবেন্বীনা পলেম মমাগী মফমদা অসুম্নবু খোল্লেন মঙতমজখি। পলেম ইমা পোকমাবীও নমোম ঐগী খোল্লেন মংলান্দা হিদেল ঐখোযগী ইতাবম লাইজা যিবাই ফমদা চৈবৈ যিসুবিঁঙৈদা যোইমযাই লাইবেল তাউদনববু শমু খুৎনা খাম্না নমোম ঐগী থাদা পম্নদুনা নুবা ঐগী মাংশোক ফম্লাংচান অসিদা চৈবৈ থৈজুপ নুংদা থাবী শাদুনা ইপল কাওবেল নমনাগ মানবী ঙাবা পুংচোংবগী কাওবেল ষনগাংথক্তা তোংলদুনা হাওবৈ নাংপোক পাংনা মবাল যুমথিবনি হায়না চৎখিবা অদদা নুংঙাযতদুনা লাউবনি হায়না মপল পলেম মমাগী মফমদা খোল্লেন মঙবু তমজখি। পলেম মমা যাইবীলৈমনা ইমোম শঙগী খোল্লেন মঙলানচান অসিদি লাইবেল মৈদিংঙ কাইনৌ ইবেংবগী মমোম তক্ষা বাংঙমলোন লাইস্রা ওকযান্নীগী মপাবি নোংযাই গোংবু হলবগী খোল্লেন মঙলান অদুগুম্নবু ওইবে। খুবাং নতাকপ কেগে নচেম কনাদসু মঙ লিথোকফদে হায়না পাওমেনখি।

যোযমযাই তাউদনবা নুমিৎ মাসু সেল্লোয চীংদোনপোগুগী খেনকাবক্কুনা কোংযাং থাতোন লোম্লক্লে, নোংবান চহুই লৈবোং পাম্বা মহাক্তি খোল্লেন মাগী মঙলানচানবু নীংশিং নীংশিং লাকপনা মশানৌ মনেম মচা খুবাং লাংমৈবেন্নীগী মশাইকোন কেগে লমদবু বাগথুংলবদা মশানৌ মনেম মচা খুৱাং লাংমৈবেন্বীসু চৈবৈ ফিশুবিঁঙৈদা মানজা মাসু খোল্লেন মঙবু ৱাকাউদনা লমদম লাপ্না যেংলকপদা নোংবান চহুই লৈবোং পাম্বদি খোল্লেন মাগী মঙলানবু শবী বাবু ওইবে। ইমান খুৱাং লাংমৈবেম্বগী মোঙবা শঙ্গাযদা চঙদুনা নুবা মাবু চেংলৌ শক উন্নদুনা নুবা মাগী পুক্লিং খঙদোক্লগে পাযমা নুংদা খহ্বনা চৈবৈ হুইযেন শাদান ফিবু খোংলৈ থুনা হোংদোক্কুনা মোংশোংলক্তা লোৎশিল্লমখি। চহুই লৈবোং পাম্বা হুইথৌ

লাবা শাওঙনা খুদৈ লিবৌ শেৎ খোক্লাং তাবু লেংদা থোংনা কাওবেল ষন থিববু শাদুনা লাবা থিযাং থোক্লা খোঙদোইবক্কে। খুন্নাং লাংমৈবেম্বীনা লমদম অতাম্বদা লাক্লিবা চহুই লৈবোং পাম্ববু মিৎযেং শানখৈববদা চৈবৈ ফি শুববু তোক্কুনা নুবা নিঙদোল থকথক হৌ মিৎকোই লাইজা ইফমতাওনা মিৎযেং শানখৈঙম্ববু মমাল মচা নোংবান চহুই লৈবোং পাম্বা পাখং উবাংমৈ খ্বাংনৌবা লেপতম চোংগুম পুনুঙ লেমপ্রা ফৈনা চংবী লাযোল থোক্কুম নিঙথিবসুং খোম্লেন মঙলান চানগী মনেম মচা খুবাং লামৈবেম্বীগী চেংলৌ শকপাম্ভোংবু উববদা মমান খুবাং লাংমৈবেম্বগী মযুম নাকপ্ হংগে হংঙমদা নুজা মৱা তাগে তাঙমদা মনেম মচা খুবাং লাইমৈবেম্বীগী চেংলৌ মশক যেংনা মিৎকোই লাইজা ইবা হৌনা কপাখি। খুবাং লামৈবেম্বীনা নোংবান চহুই লৈবোং পাম্বা নগাক্লা ইপল মকাইযমদা নাকঙৈদা পাখং ৱায বায ফাবকপগুম নুবা এসুং লাংচেং ইনাখৎলকচৈগী অপাম নুংশি কোংগোই নাংনা লুবাং নংগী মিৎচি মোমোন খোইকাম তেংনা মোমনু ঐগী খোইজি নংদা তেনপানপিববু নুজা ইদোম শাংকে শাৎভমখিদে। কোবৌ নোংমত্তসু পানা নমনান্দনা শাংলেন লৈবাং অমবু খাইনা চিন্দ্রিবীনো হাযনা নুজা খুদাং পিফম তৈনা যাখং হিকহাযনা যাবা খোঞ্জেল থোক্লা শাবা মানজা পাম্নবা নঙবু লাইজা পুনা ইবাল্লকও হাযনা নুংশি মখাং চাউনা লাউর্জখি। মশাৰা নোংবান চহুই লৈবোং পাম্বসু মশানৌ লাংমৈবেম্বীগা শমু নাওা লাইজা পুনা লান্দুনা ৱাযথুংখি। শাবী শানৌ অনিনা নতম কুইববগী তুংদা উম্নবা ফংলবদা খুৎজেং হংজ পাযনা পামেল উখো খাদা ফমমিন্নববদা শাবী শানৌ হানমক্তা পিবেম চাইজি ঈহৈথবগুম মাকপমিন্নববদা মমাল মচা চহুই লৈবোং পাম্বনা যোইবু মশানৌ লাংমৈবেম্বীবু ৬কখি পুন্নাং কোল খজাই লেৎলোন চপ নুজা থবাক ডানফমলেন তাৱৗজং হৈবাং তুগুম্ববু মানজা খুৎঙম থল্লবা চিঙলাই ডান্না লৈবু অভৌবা কাংলোন লৈ খাযনা চকলৈ ভুনুং লিবোল লৈ লাইজা তোমশাৎপা লৈ, নোকলৌ লিক্লা ঈপলৈব চিনওক্লনা শিঙলেন লৈচুনা লোইযম্ববু পুক্লিং খাইথুং লৈ নুজা পক্লি পেংনা লৈবু শিঙলেন লৈচিনমিন্নাখি। কেগে খুবাং লাংমৈবেম্বীনা ইপনা মবান যাই মোংবা যমলেন নুংবু চঙলসে হাযনা পাউমেল্লবদা নোবান চহুই লেবোং পাম্বদ ইকায নুংশি যান্নবা কেগে লাংমৈবেম্বীগী শঙ্গাযনংদা চঙলকখি। কেগে

লাংমৈবেম্বীগী মপন পম্বৌ লাংমৈবেম্বদি মাঙ্গোল খেনচংনুংদা মোক্তেকথক্তা মদোম ফমদুনা লৈবন্বা উবদা চহুই লৈবোং পান্বদি তাংজা মাইথোং ইকাযবদুনা চণ্ডলকপবু ঙমদ্রবদা খুৰাং লাংমৈবেম্বীনা খোইকম মোনমোন মীনোক্লা পম্বৌ ইপাবু উবগা কবিগী ইকাযবিবনো হায়না মশাবী নোংবান মাবু মোংবা শঙ্গাযনুংদা পুশিনখি। পলেম মমা যাইবী লৈমনা মমোম মাগী মতৌদা ঙক্লদুনা তম্বা নিপা অসিবু কনানো কবি লমদগী লাকপনো হায়না মমোম লাংমৈবেম্বীগী মফমদা হংখি। মমোম লাংমৈবেম্বীনা নহাল নোং ইপল পম্বৌ নিংথৌনা লাংজিং খেলাংচীংবু হোংনেমঙৈদা ইপন পম্বৌ নোংবান হৌৰা লাংবগা লোযনদুনা লাকমিন্নখিবা ইপল পম্বৌ হৌৰা লাংবগী মপাবি অদুনি হাযনা পলেম মমাগী মফমদা শক্তাকচখি। লাংমৈবেম্বী পলেম মমা যাইবী লৈর্মদি থিকলেন থাবু যৈনা নমাল পলেম নমা ঐনা পাবি নঙবু কাওথোক্লুবে হাযদুনা মপাবি চহুই লৈবোং পান্ববু শম্লাং তোনগা নানবিদুনা কোল্লগা কপখি। পলেম মমা যাইবী লৈমা অমসুং মমোম লাংমৈবেম্বী অনিনা নোংবান চহুই লৈবোং পান্ববু শমু খুৎ ওয যেৎ পাযদুনা মপন পম্বৌ খুৰাং লাংমৈবেম্বগী নাক্তা পুশিল্লক্তুনা খুকমহনখি।

কেগে খুৰাং লাংমৈবেম্বনা চহুই লৈবোং পান্বগী চেংলৌ শকপাম্বোংবু কাওথোকখিদুনা মশানৌ তাল্লোয মকন্বী যাইবী লৈমগী মফমদা নাৰা অঙাং ওইবিবা তম্বসিবু কনানো পাওহংলবদা মকন্বী তাল্লোয যাইবী লৈমনা কেগে খুবাং নিংথৌ নহাক্কী সেলোই নপাতাউ অযুক ঙন্না কংলা কামিন্নবম্বা নুমিদাং কংলা থৌকুমমিন্নবম্বা নোংবান হৌৰা লাংবগী মপাবি চহুই লৈবোং পান্বনি হাযনা শকতাকখি। কেগে খুৰাং লাংমৈবেম্বদি কোবৌ থক্তা নোঙ্গাগ্রবা পাথৌ মৰূপ নোংবান হৌৰা লাংববু কৌবদুনা নোং খোংবগুম মখোল হৌনা কপখি। মপাবি চহুই লৈবোং পান্ববু শমু খুৎনা কোন শম্লাং তোনগা নান ঙকথি লুম্লাং কোন্না মিকপমিন্নখি। কেগে খুৰাং লাংমৈবেম্বনা নোংবান মাগী পলেম মমা পোকমাবী ৰাঙ্গোল লাই নুবা মতৌ কবম যাঙ্গোইবি হাযনা মপাবি চহুই লৈবোং পান্বগী মফমদা পাওহংখি। নোংবান চহুই লৈবোং পান্বনা হোযদা ইমান নিংথৌও পলেম ইমা মহাক্তি অহল মতম ওইবক্লদুনা শমু হকচাং পাঙ্গল মযেং তাশিল্লকপগী চৈবৈ অযিন ৰাৎ, মাল্লৌ অশেৎ ৰাৎনা যাঙ্গোইবিএ হাযনা পাওদমখি। খুৰাং লাইমৈবেম্বদি

থম্মোয় কায়না নুংঙায়তনা মদাইরেম হাওবোংহলববু থাদুনা নোংবান লৈরোং অহোংবা ময়িম নাক্তা চত্তুনা তম্ফা ব্রাংঙমলোন শম্ফবীবু থুনা পাউকৌহনখি। ব্রাঙ্গোল লাই নুরা শম্ফবীনা খুব্রাং লাংমৈবেম্বগী শঙ্গায়দা ব্রায়থুংলবদা মপারি চহুই লৈরোং পাম্ববু লৈরম্বা উববদা অসুম্নবু হায়রকখি। পারি ইবুংঙো নহাক্তি নপল পম্বৌ লৈতববু অতাক্লা পলেম নমা ঐহাকপু খঙহন্দনা নমাল মরাল য়াইসিদা করম্নবু লৈঙম্বনো হায়না মপারিগী শমু নঙ্গন্দা য়ৈরদুনা মিকপনবিঁঙেদা শম্বোঙ মপু নিংথৌ চনু য়াইবী লৈমনা ব্রাঙগোল লাই নুরা শম্ফবীবু খুজেং হংজি পায়দুনা মোংবা শঙ্গায়নুংদা পুশিন্দুনা হৌখিবা থৌদোকশিংবু নীংশিংনদুনা মপারি মমোম অনিমক্কী খোম্লেন মঙবু লীনদুনা অব্রা পোখাখি। কোবৌ নোংগা ঙাল্লবদা খুব্রাং লাংমৈবেম্বনা খুব্রাং মপা মচা মবুং মৌপ্বা মপু মবেন পুম্নমক খোমদুনা কেগে মপা লাই খুব্রাং মপু লাইবু খুকমহল্লবগা মমোম লাংমৈবেম্বী অমসুং মম্মাক নোংবান চহুই লৈবোং পাম্বা অনিগী লুহোং খোংদোংবা লোয়বদুনা অওং অউন তমদুনা কৈকক কৈদাই মশিং সুনা ফিদুপ ফিদাই কোবি সেনয়াই যাওনা কাওরেল নিংথি ঙাবা পুংচোংপা মচী শঙ্গাই শাববুসু মমোম মাগী মফমদা লনউন্দুনা নোংবান মবান যাইদা থিনখি। মমোমগী লুহোং খোংদোংবা লোযরবা মতুংদা খুব্রাং লাংমৈবেম্বদি লোইদাম থাবুম অহুম লৈবম্লগা অহলগী মতম ওইরক্লদুনা কোবৌ থক্তা নোঙ্গাখি।

মৈদিংঙু অতোম যোইবেনবসু অহল মতম ওইবক্লদুনা মশানৌ হেমদৌ লোযম্বগী মফমদা নিংথৌ ফম্বাল শিন্নরবদা মৈদিংঙু হেমদৌ লোয়ম্বনা ফমোই মিৎতা ফম্না নিংথৌ ফম্বাল তোংলবদা পোইবৈ নুজা খুদিংনা নিংথৌ মাগী মফমদা শীঙলেন লৈবু লাংখি। খুব্রাং লাংমৈবেম্বীসু মশাবী নোংবান চহুই লৈরোং পাম্বগা লোয়ননা লোইদাম থাবুম কযা নুংঙায থোইনা পাল্লবদা মৈদিংঙু হেমদৌ লোযম্বগী মকাইদা শীংলেন লৈলাংবদা নুজাশিংগী মবক্তা যাওখি। মৈদিংঙু হেমদৌ লোয়ম্বনা নুজা লাংমৈবেম্বীবু উবদা নিংথৌগী পুক্লিং শুমহৎখিদুনা নুজা মাবু খোযদাকবে। মদাইবেম ফমথৌবোইশিংদা নুজা মাগী পাবী পুরী থিকনবা থৌশিখি। মদাইবেম ফমথৌবোইশিংনা নুজা মহাক্তি কেগে খুব্রাং লাংমৈরেম্বগী মমোমনি মমিংনা খুব্রাং লাংমৈবেম্বী কৌই হৌজিক্লা খুরাই খাইজকপ্লা অথৌবা নোংবান হৌব্রা লাংবনা পোক্লম্বা

মপাবি নোংবান চহুই লৈবোং পাম্বগী তাল্লোয মকামবী ওইবি। অসুম্না নিংথৌ হেমদৌ লোযম্বগী মফমদা মদাইবেমশিংনা পাওদম্লবদা মৈদিংঙু হেমদৌ লোযম্বনা অপাম ৱাবু হাযদোক্তনা লোৎশিন্দুনা থম্লগা খুৱাং লাংমৈবেম্বীবু লৈবোই হঞ্জবী হাপখি। অদুগা মশাবী চহুই লৈবোং পাম্ববুনা অথাপ্পা মফমদা থাদোকখিগে খল্লদুনা লোইবী থোলাং মনিন নাইবদগী নিংথৌ মাগী কোলোয শঙ্গায শাবদা খাংঙবু ওইনবা পামেল উ যানবা থাদোকখি। চহুই লৈবোং পাম্বনা নিংথৌগী যাথং তুংইন্না লোইবী থোলাং মনিন নাইবা মপুংযাইদা ৱাযথুংলবদা লোইবী হুইযোম শা থোলাং মখেলাং তিমেন ঙাগোই চোংগুম্না নোংমনহনগে খল্লদুনা নোংবান চহুই লৈবোং পাম্বনা লৈবিবা থোলাং অহোং যুমনুংদা লোইবী হেম্বা মনিন নাইবশিংনা থাং তা, তেন, পাযদুনা চঙলকপদা লোইবী হেম্বা চীংশাং কৈমাইবা খুল্লাকপনা লোইবী হেম্বা মঙাইবোইশিংবু থোংজিন্দা থক্তুনা থমখি। লোইবী চীংশাং কৈমাইবনা হেম্বা মঙাইবোইশিংগী মফমদা অসুম্নবু পাওমেনখি। হে লোইবী থোলাং ইপাতাওশিংও নোংবান লৈবোং অহোংবগী মপাবি চহুই লৈবোং পাম্বা অসিবু লোইবী ঐগী ইপাতাউবু ওইবল্লে, ইতাও মাগী মচাদি ঐগাসু ইচা ওইবেদো, পাবি মাবু তবা ঢাক খবদংদি পির্জখিগে হাযনা থৌখামলগা লোইবী হেম্বা পুন্নমকপু তেকপী ওকলেন থোংনা বাংলৈ যুনৈববদা হেম্বা মপুকথলনা চাববদা লোইবী থোলাং খুল্লাকপনা মপাবি নোংবান চহুই লৈবোং পাম্ববু কোবৌ নুমিৎ ঘান্নদং কুবাউ হংচনদুনা নুংশাদা যৌদুনা থল্লাস হাযববু হেম্বা পুম্বসু হোয যাখি। নোংবান চহুই লৈবোং পাম্ববু কুবাউ হ চন্দুনা নোংবান পুক্লিং নুংশি থোইনা চিনবাল যাবি কণ্ডনা থানা থোইনা থাংখি।

মৈদিংঙু হেমদৌ লোযম্বনা মদাইবেমশিং থাদুনা খুৱাং লাংমৈবেম্বীগী মফমদা লিকলেং পাবং ঙক্লোই মশুং লেঙলকও থংলেন মতুং থোকপদা স্না যোই কোল্লুংদা কাবকও শিঙলেন শেৎথনা লৈবাং খাযথনসে নুংঙন বাবৌ লিক অমবু থাবা লিকৱাইনসে হাযবকএ হাযবা পাওদমখোনবু তাববদা খুবাং লাংমৈবেম্বীদি নুজা খুদাং পিফম তৈ নুংশি তেকঙাই মপাউ চাউনা মিকথ্নদুনা অসুম্না পাওমেলজববই। হে লাইবেল মৈদিংঙুগী মদাইবেমশিংও নোংবান নখোযগী নঙ্কাক শাবী মানজা নিংথিবগীদমকপু পামেল হোযচিঙ

ঙল্লকশুনো হাযবগীদমক পানা তপ্তাই চাদ্রবী শম্লাং শম্বুল থোক্ত্রিবী মোলাং মানা খাংলম্ববু কোন্দুনা যাতাবিবী নুবা ঐবু তুবি মতীক্লা উশিত্তনা মপা নত্তবা ৱাবু হাযবেদা হাযনা পাওখুমখি। মৈদিংঙু মদাইবেমশিংনা খুৱাং লাংমৈবেম্বী যাৱা মপাউখোনবু নিংথৌ নাপদা পাওদমজখি। মৈদিংঙু হেমদৌ লোযম্বনা মদাইবেমশিংগী মফমদা নুমিদাং তাংলৌ লৈনা থেঙ অমম তোলবা নাবল ৱাযখ্রবদা নুমিদাং তাংলৌ অথেঙবদা লাইবেল মৈদিংঙু ঐহাক চত্তুনা নুবা মাবু পাওথেমলুগে হাযখি। মদাইবেম তেংলৈ মুংচা অবাপ্লা হাওবা মুংচা অতাম্বগা ঙাইবোইননা নোংবান মযুম নাক্তবু লাক্লবদা কেগে খুৱাং লাংমৈবেম্বীগী শংলৌ মথৌবাংনা ইনুং মাগী তুবি মমাং শঙ্গোযদা যাংলৈ তাউবা হুই অমোম চাজেলবিদ' তবা চাকপু পৈবগা তাউবা মহুইচা লৌশিংবদা তবা চাক খজিক্তং হুল্লবদা তাউবা মহুইচাদি তবা চাকপু থন্দনা তাউবা মশোং কাঙনা যাঙলৈ মযা খিগত্তুনা তাউবা হুই অমোম্বু চিথেক্ল'দা তবা চামল পিববদা খুবাং লাংমৈবেম্বীনা লাইবেল মৈদিংঙুব তাসুনু হাযবগী মতাওম যাংলৌ তাউবা হৌবিংজেল ফত্তবদা থৌদোংলগা যাংলৌ তাউবা হুইবিংজেল ফত্তবাও অমোম পাঙ্গল শোল্লবী তযম ননাইবিগী তবা মচাক লুকপু মুল্লবে। তাউবা শাবিংজেল হিংচাবা ননাই চাকসু খত্তদবা মপু চাক্লে যংদবা নঙদি তাংজা নমাই ইকাযদবনা' তযুম ননাই ওইবগী শকাক লুকতোম হুনববু মীনম শোবি চাকপু কবিগী চাগে নীংলিবা হাযদুনা মোমনু শুমজিৎ মখুৎশুনা যাংলৈ তাউবা মতাকপু মনম চৈবিগে কৌথোকপা অদুবু মৈদিংঙু হেমদৌ লোযম্লগী চেংলৌ মিংনা উববদা খুবাং লাংমৈবেম্বীগী যাংলৌ তাউবা হুইচৈখোনবু তাববদা তবি ঐব তাউবা হুইগা পাংখক ওইনা পাওবৌনাবা বাবু ওইবে হাযনা নিঙলুববগী লাইবেল মৈদিংঙুদি তাংজা ইকাই থোযনা মদোম ভুমিল্লা স্না যোইকোল্লংদা হলবাযবকখিবা মতাংদা অশৈবনা পাওবৌ তৌদুনা শীজিন্নবিবা লোন্দা পুদা অসিদা মণিপুরী লোনগী অৱাংবা থাক্কী মশক মযেক শেংনা উবা ফংই।

> লাইবেল মৈদিংঙুনা তযুমশিংও হৌবেল নুমিদাং তাংলৌ
> লৈনা থেঙ অমম তোলপা নাবল শিফা নিক্লপাওা লাইবেল
> ইহাক চৎনা পাওথেমকে হাযনা মতাইবেম তেংলৈ মুংচা
> অবাপ্লা হাওবা মুংচা অতামপপু ঙাইবোইননা নোংপাল মযিম
> নাকপু চঙলকলপতা কেকে খুবাং লাংমৈবেমপিনা লাইবেল

মৈতিংঙুনা লোল্লুম আযুম নাকপু চঙলক্লে হাযনা লাইবেল মশানা খঙলপাকসু খুবাং লাংমৈবেমপি শঙলৌ মথৌবাংনা ইনুং মাকী তুপি মমাং শঙকোইতা যাংলে তাউপা হুইথকঙে চবোৎ হুইমোমপু অমোম চাচেলপিতা তবা চাপুঙ পৈ তাউবা মহুইচা মালপা লৌশিংপতা ১০ খচিকতা হুলনা যাংলৈ তাওপা মশোংকাঙ যাঙলৈ মযাখিনা তাউপা হুইচিক থোকলপতা তবা চামল পিবপতা খুবাং লাংমৈবেমপিনা লাইবেল মৈতিংঙুনা তাসুনো হাইপকি যাংলৌ তাউপা হুইবিংচেল যন্তপাও অমোম পাঙ্গল শোল্লপী তযম ননাইপিকি তবা চাকলুকপু চাববে। তাউপা শাবিংচেল হিংচাবা ননাই চাকসু খঙতবপা মপু চাক্ল যেংতবপা নঙদি হুইচিনতুম হুইনঙকাঙ শথিপা তাওপা হুইচিনতুম নঙাদ যাঙলৈ নাযাই মালু তাঙচা ইকাইতপবা তযুম ননাই ওইপকি শরুক লুকতোম হুলচাপপু মীনম শোব চাকপু কবিকি চাকে নিংলপা নঙতি কোবৌ নোংখাবমৈ মনুং লালচেল মৈপু শোঙকিতপবা। যাংলৌ তাউপা হুইনেনা মোমনু শুমচিৎ মখুৎশুনা যা লৈ হুইনম যৈনা নুচা শমু নপুং তোলনা তাউপা নাতম তম্না চৈপিকে হাযনা যাংলৈ ইবী থোকলপকিপু লাইবেল মৈতিংঙুতি চেংলৌ মিৎথৎলা মিৎযেং শালখৈবপকি খুবাং লামৈবেমপিকী যাংলৈ তাউপা হুইচৈ খোলবু নাতাবপকি তুপি ঐবু পাওবৌনা বাপু ওইবে হাযনা নিংখল্লুবপকী লাইবেল মৈতিংঙুতি তাংচা ইকাইথোই হুইযাই শেনকোই মকলুক শেলপি চাযৈ খিবাং চালকুম লাইবেল ইকাই ঙকচুনবকপকী মযিম নাক্তগী তুপি খোচকাপ নৌবৈ থাংঙমতনা স্না যাইকোল নুংপু যাচঙখিযে হাযদবা।

নোংবান চহুই লৈবোং পাম্না মহাক্তি মশানৌ মথেমে মচা খুবাং লাংমৈবেম্বী অমসুং পালেম মমাবু উবা যদনা শিবা তাবেদকো খল্লুবদা মদোম থম্মোয শোক্লা মিকপ্পবু মপন লৈবোং অহোংবগী নকপ লোইবী চীংশাং নিংথৌ কৈমাইবনা ভাবদুনা পাথৌ মাগী মকপলোই নোংবান হৌবা লাংববু নীংশিংলক্তুনা মপাবি চহুই লৈবোং পাম্বু কোল্লদুনা থম্মোয শোক্লা নুংঙাযতনা কপমিম্নখি। মপন লোইবী থোলাং খুল্লাকপনা পাথৌ মাগী মপকপলোই মকেঙ খুল্লাকপবু পোইবৈ পুংমযোন্দা চত্তুনা মপাবি নুংবান

চহুই লৈবোং পাম্বগী মোংবা মবাল যাইদা চত্নুনা পাউ পীবিকনবা থাখি। মকেঙ খুল্লাকপনা নোংবান মাগী মোংবা শঙ্গাযদা লাক্কুনা মশানৌ মনেম মচা খুৱাং লাংমৈবেম্বীগী মফমদা পাউ অদুবু তম্লবদা মশানৌ মনেম মচা খুবাং লাংমৈবেম্বীদি খনফম তৌফম খঙদনা মোংবা যুমগী মনিং মমাং চেন্না তিনথ্রোক যাংলৈ চোংশুম্না থবো মাল্লো ওন্দুনা মাকপখি। থিহুবা তৌদনা থুনা যাংনা মশানৌ মিৎনম মাইনম্ববু পাওকৌববদা কাওবেল মাগী অউন ষনবু কদায লমদা চাক্তাখিবগে হাযদুনা কাওবেল মাগী কোম্ভৌবি পাযদুনা থিববু থিখংদ্রবদা মশানৌ মিৎনম মাইনম্বগা লোযনদুনা মপন কেগে লমদা লাক্তুনা কাওবেল মাবু থিববদসু ঋংবা লৈখিদে। খুবাং অহোংবগী মোংবা মবাল যাইদা চঙদুনা কাওবেল মাবু চঙলকপ্রা পাউহংলুবসু কাওবেল মাদি চঙলক্তে হাযববদা পলেম মমা যাইবী লৈমনা মমোম লাংমৈবেম্বীগী মফমদা কাওবেল মাবু কাঁব থৌগীদমক থিবকপনো পাওহংনে। মমোম খুবাং লাংমৈবেম্বীনা মশাবা চহুই লৈবোং পাম্বগী যাইবী মথবায কল্লুনবা কাওবেল মাবু থিলকপনি হাযনা পাওখুম্লবদা নোংবান পুন্না হুপ্না কাওবেল মাবু থাঁখি। কেগে খুবাং লাংমৈবেম্বী মতাক্তি থোঙঙাক মবমদম যাওদুনা লমলেন লম্ফেল লমযাই শন্না কাওবেল ঙাবা পুংচোংববু লৈববা হাযনা যেংবদসু লৈবমদ্রবদা উবিপোক খোংশাযান যৌবাযাং অচলববু লোন্ননা কৌবা লৌচিঙ্গোল কোল্লাং মৈ কেগে লৌবেলবা চাওবা সৌবোল ঙম্না খোইমোম লাইহাৎকোন্দা কাওবেল ঙাবা পুংচোংবদি মুবা লোকলেনকোন ঙাংচেঙ মম্বীবোক তম্ফা মুকতম মেন্দা কাওবেল মনিঙ তম মানবী লৈশুকাম নুংবী নমঙানবা যাতাকবগী মালবী লৈঙাং লৈ মালবা চিবেল অনিমবু মাললেম লৈখোম তৈনা চিঙখোঙ কাওবেল ষনযামলক্তা চাক্তাবম্ববু থেংনখি। কেগে লাংমৈবেম্বীদি হবাও নুংশ যান্নন মিকপনবিঙৈদা মশানৌ মিৎনম মাইনম্লনা মালবী বোবো হাযনা কাওবেল থৌবি থুগে চঙখিববু মালবা মমিৎ শুক্না কাওবেল নিংশা থিংকাম্লনা নোংবান মিৎনম মাইনম্ববু তাম্লক্লবদা কাওবেল থৌবি থুগে থুঙমদা মালবী লিগা লৌগে লৌঙমদ্রবদা খুবাং লাংমৈবেম্নীনা কাওবেল মাবু থৌবি থুগে ত্রৌববদসু কাওবেল মানা নাযগে তৌবকখি। কেগে খুবাং লাংমৈবেম্বীদ মশাবী চহুই লৈবোং পাম্বগী যাইবী মথৱাযবু কনবা ঙম্লবোইদ্রা খলবদগী কাওবেল মাগী পাবি পুবীবু শৈথাদুনা

তেঙথা নাওইনা মীকপ্পবদা কাওবেল মাদি খাঙবা ঙম্লক্কদুনা খুৱাং লাংমৈবেন্বীগী নাক্তা চঙলক্কুনা খুৱাং লাংমৈবেন্বীনা কাওবেল মনা পায মালবী শযাং শিৎনা কাওবেল থৌবি থুববদা মশানৌ খুবাং মিৎনম মাইনম্বনা কাওবেল মাংদা চীংনা চীঙ্গোল থেঙ্গাবম্ব ফৈনা তুবৎ নাতৈ শম্না খাৈল্লে লমলোংগৈবু কান্না চোং কৌবা লুৱাং চীং লাল্লগা নোংবান তেন্দোং যানবু তুবৎ শম্না খোযনৌ লমযেঙ চীংবু হুলাল্লম্লগা লমলেন কংলা তোংবীবু তুবৎ শম্লগা মশানৌ খুৱাং লাংমৈবেন্বীদি অৱা হুইবাং শোন্দনা মশাবী চহুই লৈবোং পাম্বগী মাব খোঙ্গুলবু লিবকখি।

লোইবী থোলাং খুল্লাকপা কৈমাইবনা লোইবী হেন্বা খিবিকপু শানৈ যুনৈদুনা ৱাংলৈ যু অযাকপা পীথকপদগী ৱাংলৈ যুবু ঙাওদুনা খোল্লেন তুমগনলিঙৈ মশাবী চহুই লৈবোং পাম্বদি কুবাও হংগা থাংনা লোকলেন বাযখুবোক্কী লোকলেন লাইজা ইবম তুংইন্না থাদোকখিববু কুবাউ হংসৎ ঙমদ্রবগী লোইবী হেন্বা মনিন নাইববু শোংকিদুনা কুবাউ হংবু থাংনা থৌদু নুঙ্গায থক্তা শানথুপলিববু থিখঙদ্রবগী মশানৌ মিৎনম মাইনম্বদি যাংদৌ লমশাং লাকপগী তবা চাকপু লামদুনা তবা চাকথোংবদা খাম্বী মৈবু মুৎখ্রদুনা তবা চাকশৌ ঙমদ্রবদা কাওবেল ঙানা পুচোংবনা নিংশা থিঙকাম্লবদা খাম্বা মৈবু কামথোক্লকবদা খাম্বা মৈ অদুবু লৌবগা তবা চাক শৌখি। খুৱাং লাংমৈবেন্বীদি লম্বী লমশাং লাকপদা বামনখ্রদুনা উবোন উবোন ঙাহাক তুমথকবদগী খোল্লেন মঙলান্দা মশাবী চহুই লৈবোং পাম্বনা অবা হুইবাং শোন্না থৌদু নুঙযামলক্তা কুবাও হংবু চীংঙমদনা ওন্না খোযনা থবো মাল্লো ওন্দুনা খাঙলিবা অদুবু মঙফাওনববদা মিপাই পাখৎ খোম্বাংনা যাৱা খোঞ্জেল হৌনা মপুবোইববু কৌনা মিকপ্পকখি। মশাবী চহুই লৈবোং পাম্বনা মশানৌ মনেম মচা খুবাং লাংমৈবেন্বীনা নোংবান মাগী মাব খোঙ্গুলবু লিবকপবু ওইববা হাযনা যাৱা মপাউ চাউনা লাওবকপবু মাল্লং নুংশিৎকী ঈপোম্না পুবক্কুনা পুক্লিং নুংশি মিকপখোনবু মষন মালবী ঙাবা পুংচোংবনা তাববদা কাওবেল মথি নাই মালবী মবাং হৌ কাওবেল ষনগী থৌবিবু (কোম্বৌবিবু) থদক্কুনা মালবী মপী তানা কাওবেল নিংশা থিংকাম্লনা লোকলেন ৱাইখুবোক্কী লাইজা লোকলম ইন্না নোংবান চহুই লৈবোং পাম্বগী মাব খোঙ্গুলবু লিখি।

কাওবেল নিংথি ঙাবা পুচোংবনা মনম শুৎ শুৎ নমদুনা নোংবান চহুই লৈবোং পাম্ববু থিবক্লবদা নোংবান চহুই লৈবোং পাম্বনা কুবাও হংগা থাংনা লৈবম্ববু থেঙনববদা মালবি হুঙ হুঙ মিকপননা কাওবেল মবৈতোলনা লেক্লবদা নোংবান চহুই লৈবোং পাম্বনা মশানৌ মনেম মচা কেগে খুৱাং লাংমৈবেম্বীবু যাওবকপবা পাউহংলিঙৈদা খুৱাং লাংমৈবেম্বীসু কাওবেল মাবু লৈবমদ্রবদা কাওবেল নিংথি ঙাবা পুংচোংবগী মাব খোঙ্গুলবু লিদুনা থিবকখি। কাওবেল নিংথি ঙাবা পুচোংবনা মশাবী নোংবান চহুই লৈবোং পাম্বগী নাক্তা লৈবম্ববু মশানৌ মনেম মচা কেগে লাংমৈবেম্বীনা থেংনববদা মশাবীগী ঙকথি লুম্লাং কোল খজাই লেংলোই চুম্না মশাবীবু কোন্দুনা কপ্লগা অসুম্না পাওমেনজখি। শাবী ইবুংঙো নুংশিবা নঙবু নুজা ইশুংলাংগীদমক লাইবেল মৈদিংঙু হেমদৌ লোযম্নগী খুঁজিল থৌবাংদগী ইশাবী নঙবু শিসুনো হাযনা থৌবাংবগীদমকপু কোংকোই লাংদা থুববোইকো, কৌবা ইবোক লাইচম নুং অসিদা কুবাও হংগা থাংনা নদোম কবম্না কোবৌ শিংবুম যাম্না নমু কনা যেংদুনা বানা নোংথোইবম্বনো হাযনা পাউমেল পুমেন্নজখি। মশানৌ মনেম মচা খুৱাং লাংমৈবেম্বীনা মশাবী চহুই লৈবোং পাম্বগী শমু হকচাংদা থাংলম্বা কুবাও হং অদুবু লৌথোক্তুনা শমু খুজেঙ পাল্লোইনদুনা যিবোক লাইচম নুংদগী হেম্বা যাংলৌ পোখাফম্বু যৌনা কাখৎলক্তুনা খাম্বী মৈবু হৌদুনা শাবী শানৌ মতৈ মনাওদি অমুবক নুংশি বাযথুংনখি।

লোইবী থোল্লাং মনিন নাইবশিংনা খোম্লেন তুমখুন তাল্লুবদগী মিকপ থোক্লকপদা নোংবান চহুই লৈবোং পাম্ববু কুবাও হংগা থাংদুনা থনম্বা অদুবু লৈবমদ্রবদা লোইবী হেম্বা পুম্বদি মাযগৈ শলাই খাযদোক্লদুনা নোংবান চহুই লৈবোং পাম্ববু থিবক্লবদা ঙসাইঙৈগী পামেল উমংনুংদা খাম্বী মৈহৌবগী মৈখুনা নোংমদোন অতিযাদা কাবকপা অদুবু হেম্বা হাও পাখং মবিনা খাম্বী লিখুন থিবকপদা কাওবেল মাগী মযনচা নিংথি ঙাবা পুংচোংবদি শজিক হানৌ চাদুনা লৈবম্নবু লমওক্লববদা লোইবী হেম্বা মবিদো হবাও মথোই তোংনা কাওবেল মাবু হাত্তুনা মচিঞ্জাক ওইবসি হাযনবদগী কাওবেল মাবু ফানবা হোৎনবদা লোইবী হেম্বা অহুমদি কাওবেল মচিনা হাইদত্তুনা নোংমনখি। লোইবী হেম্বা হিংহৌবা অমদুনা কাওবেল মতৌ উবদা পাখৎখিদুনা যাইবী মথৱায পুদুনা হেম্বা মপুংযাইদা পাউদম্লুববু লোইবী

হেম্বা পুম্বনা কাওরেল মাবু ফানবা থৌরি কোঙ্গোই খুত্তা পায়দুনা কাওরেল মনাক্তা লাকপদা কাওরেল নিংথি ঙারা পুংচোংবনা লোইবী হাওয়াম পুম্ববু নিংশা থিংকাম্লনা তানখায়দুনা হাৎলক্লবদা নোংবান চহুই লৈরোং পাম্বা অমসুং মশানৌ খুৰাং লাংমৈরেম্বীনা মশানৌ মিৎনম মাইনম্বগা লোয়নদুনা কাওরেল নিংথি ঙারা পুংচোংবগী থৌরৈ তেঙবাংদুনা খুৎশু থাংলেন তিমেন তা পায়দুনা লোইবী হেম্বশিংবু চৈপিরবগী লোইবী হেম্বা খিবিক্তি নোংমনখি। লোইবী হেম্বা হিংহৌবা খরা অদুনা থোলাং খুল্লাকপগী মকাইফমদা চেল্লক্কুনা পাউদম্বদগী লোইবী থোলাং মনিন নাইবা পুম্লমক্তা নোংবান চহুই লৈরোং পাম্বগী মথক্তা হুইয়েন লান্দারকখি। লোইবী থোলাং হাওয়াম পুম্বগা নোংবান চহুই লৈরোং পাম্বগা অকনবা হুইয়েন লাম্ছেংনরবদা মশানৌ মনেম মচা খুৰাং লাংমৈরেম্বী অমসুং মশানৌ মিৎনম মাইনম্বা অনিসু চহুই লৈরোং পাম্বগীদমক অকনবা হুইয়েন লানশোক্লবদা থৌরৈ তেঙবাংখি। লোইবী থোলাং মনিন নাইবশিংনা নোংবান চহুই লৈরোং পাম্ববু খজিক লাকচা খুদুম চল্লক্লবদা কাওরেল নিংথি ঙারা পুংচোংবনা লোইবী থোলাং হাওয়াম্বু নিংশা থিংকাম্লদুনা চিরেল ওই য়েৎ লৈনা হায়দুনা লোইবী হাওয়াম য়ুম্লক্তা চেনশিনখিদুনা চোঙশিন চোঙশিন্দুনা লোইবী থোলাং হাওয়াম্বু হাৎখিবা অদুবু অসুম্না শৈথারি ;

> য়িংথি পামহৈবা মপারি কাওরেল ঙারা পুংচোংবশুং মালপী
> মতিং তিংনা য়্নি কাওরেল মমিৎ শংনা য়েং মালপী মমিৎ
> লাওতুম ল্লাও হুইতু লৈতাই খোঙ মালপী খুমাঙ খোৎ কাওরেল
> মমৈ কাং মালপী মতু খিং কাওরেল নিংশা থিংকামনপনা
> ঙামার উতোং মৈফু নুংকি চকমোম খাম্বী মৈকামথোক্কুম
> কাওরেল খোংদুম খোং মালপী চিরেল য়েৎ ওই লৈনা হাইনা
> লোইপী হাওয়ামলক্তা চোঙচিলখিপপু লোইপী কনানা থিলকে
> থিলঙমতা হেম্বা কনানা য়ানকে য়ানঙমদনা লোইবী মপামচা
> খঙতপা হেম্বা পাম তালপপু লোইচেলনরে লোইবী
> কোইতালনরপকি থৌতু নুঙতা থেংপা পামেল কোক
> থেংনপশিংতি চেংলৌ মমিৎ ফিংনা চেন হেম্বা শিফাৎতপশিং
> পুতি নোংবাল চহুই লৈরোং পাম্বা সানৌ মচিন মনাওনা
> পোলপী য়াসং তালকুম লেমলৈ ঙাসি লোক্কুম লোকথোকলে

হেম্না লমশাং যিলনা চেনখৎলিপা শিংপুতি কাওবেল ঙাবা পুঙচোংপনা মালবী মথি নাই কাওবেল মবাং হৌ মালবী নিংশা থিংকামননা লোইপি তুংযিল তানখৎখিপবু হেম্না পম্বোং থিংঙমলপকি লোইবী অসোলপা হেমপা হনুপাশিংতি লোইপি মপাবিশিংনা কাওবেল সনসা পুবকঙৈনে হাইনা ঙাইখমঙামপা পুম্নমতি কাওবেল লালতাল খোল মালপী শাফু খোলপু হেমপা লাইখৎনবা শোংকিবপকি লোইপি হাওযাম মানা খাঙচা ঙমপপু মালপী মবাং হৌ কাওবেল মথি নাইনা লোইবী চেনব্রানবপকি হেমপা পনথোং নমথেকনপনা লোইপী লেংফাই শীহেমপা পামতালনবে কাওবেল ঙাবা পুংচোংপতি থোলাং খুল্লক চঙ মালপি যিমযাই খাইনা কাওবেল যিমমালেং হাংতনা মালপী ওকত্রু লৈতাই খোংলোইপী যিমপুম তাংতা হেমপা যিমপুবেলপু খাকতনা থাংশাপকি মৈবিক চোংকুম মালপী নিংশা থিংকার্মশিল্লপকি থোলাং মল্লোই মপুংযাইদা খৌশা থোইনা যিম থিনকাইবক্লপকি খার্ম্বী মৈফম থেংনা হেম্পা যিম মৈহৌবক্লপকি মৈপী তানকোই পাই মৈখু নোংলোল কানা চৎলম ফানশাং থুম খাবা খেচং কিনথা সাইপু মৈতালপক লোইবী মবোল লোলকা থুম হেম্পা মবোল লোলকা তাক্লা পালথেংলপতা নুংপান চহুই লৈবোং পামপকা মকম খুব্রাং লাংমৈবেম্বী মশানৌ লুব্রাং মিৎনম মাইনমপকা অহুমমনা লোইপি তাবোল যাম্লা পুনা কাওবেল ঙাবা পুংচোংপকি মালপী তুংযিন কাওবেল মমৈব্রাইনা হুইযেল লাল তালখৎলকপপু থোলাং মপুংযাইপু যৌবকলপতা মললোই মৈখু থোকলম্লপকি কাওবেল ঙাবা পুংচোংপা যিমাল খুবাং লাংমৈবেম্নবু সকলাপাও লোইপী পাওইনপা হেমপা চিঙশাং কৈমাইপকি লোইপি মবাল যাই তোংপা অহোং সোর্কাপকনো হাইপপু পাওমেনর্বিঙৈ নোংপাল পনথৌ মপাতাও লোইবী চীংশাং কৈমাইপা পনথৌ মশক মালনাপনা পাবি নুংপাল চহুই লৈবোং পামপাও যিমোম যিহুইবোলকা নোংপাল নতৈ ননাওকি লৈবোং নতিক খঙলে কাওবেল নসলচাপু থৌখামপিও হাইনা পাওমেনখোলকি কেকে খুব্রাং লাংমৈবেম্পীনা কাওবেল ঙাবা পুংচোংপা মাল্লোই লালযাম থিনা থোলাং মৈশু থৌপা কাওপু মালপী বো বো খাম্লা ফাচিলখি।

অসুম তৌদুনা নুংবান চহুই লৈবোং পাম্বনা মশানৌ মনেম মচা লাংমৈবেম্বী অমসুং মশানৌ মিৎনম মাইনম্বগা লোযনদুনা কাওবেল নিংথি ঙাবা পুংচোংবগী হৈনা মতুং ইন্দুনা থোলাং লোইবী হাওযাম যুম্লক চঙদুনা লান্দাখিববু থোলাং মনিন নাইবশিংবু তাক্লা তুম্না হাৎখি। থোলাং খুল্লাকপা কৈমাইবনা মপাবি নোংবান চহুই লৈবোং পাম্বগী মফমদা শাবী নতৈ ননাওগী নতিক খঙলে কাওবেল নষনচা অসিবু খামজিল্লো হাযবদগী কাওবেল নিংথি ঙাবা পুংচোংববু খুৱাং লাংমৈবেম্বীনা খার্মজিনখি।

লোইবী থোলাং মনিন নাইবা চীংশাং খুল্লাকপনা লুচিংদুনা মৈদিংঙু মযাথংবু লুদা থোঙনা পামেল খাংঙবু অচৌববু যাল্লুদুনা লোইবী হাওযাম পুন্না হৌনা থিনগে হাযদুনা থৌবাংলিঙৈদা মৈদিংঙু হেমদৌ লোযম্বনা মদাইবেমশিং থাবক্তুনা নোংবান চহুই লৈবোং পাম্বগা উন্নবা ফংলবদা শিদ্রে খঙলবদা পুক্লিং হবাউ থোইনা নুংঙাইখি। লোইবী থোল্লাং মনিন নাইবশিংনা মৈতৈ নিংথৌ লোযম্বগী মফমদা মদাইবেম চহুই লৈবোং পাম্বগী থোকখিবা ৱাবী পুন্নমক পাউদম্লবদা লাইবেল মৈদিংঙু হেমদৌ লোযম্বনা কাওবেল মাগী মতীক মগুন অব্বা অদুবু অকি তুচুং পোক্তুনা কাওবেল মাবু মপুক্লিংদা খুকমজখি। মদাইবেম চহুই লৈবোং পাম্ববু নিংথৌ মাগী থৌদা তুংইন্না লোইবী চীংদা থাদুনা শিকুবসনু খল্লববু শিবগী মহুত্তা যাইবী মথবায হিংদুনা পামেল খাংঙবু অচৌববু যান্দুনা পুবকপগীদমক পেল্লদুনা স্না খুৎনা লৈবোং নমদা কুপ্পা শিনৌ নোংথোনফম্বু হাপখি। অদুগা মশানৌ খুবাং মিৎনম মাইনম্ববুনা চৈবৈ ফি পিনা নোংবান মাগী লমনবু লনশিংখি। মশানৌ তাল্লোয মকম্বী খুৱাং লাংমৈবেম্বীবু চোযনৌ স্নাবু পীনা শেল হৈশোই থাংনা তযুম নাযগা উনবিখি। কাওবেল মাগী মষনচা নিংথি ঙাবা পুংচোংবদি মচি যেৎলম ওইবমদা স্না লুপা কোনগা তোপ্পা মালবী কাওবেল মমিংথোংবু কাওবেল ঙাবা পুংচোংবা লোইবী থোলাং ঙম্বা মিংথোংনা তযুম নাই মঙাগা লোযনদুনা নোংবান মযিমনাক্তা থিনখি। অসুন্না নোংবান চহুই লৈবোং পাম্বদি মশানৌ কেগে খুৱাং লাংমৈবেম্বীগা পুন্সি চাবি কুইনা নুংঙাই যাইফনা পানখি।

অসুম তৌদুনা চহীচা ১৯ গী লোযবমদাইদা ইখিবা চহুই লৈবোং পাম্বা কৌবা লাইবিক অসিদা মপানগী লোন অমত্তা যাওহন্দনা ইবম্বা অসিমক অশৈবগী চাওববা মগুন অমনি। হিন্দুগী চৎনবীনা লমদর্মাসদা মপুং যানা চাৎখৎপদা নত্তনা মপানগী লোন কপামকম মবাং কাযনা মতমদুদা ইখিবা লাইবিকশিংদা শিজিন্নবসু চহুই লৈবোং পাম্বা কৌবা লাইবিক অসিদদি মশাগী ওইজবা মণিপুরী লোন্দা মপুং যানা শৈথাদুনা ইবম্মা অসিমক্না চহীচা ১৯ গী লাইবিকশিং নৈনবকপদা লাইবিক অসিগী চাউববা থৌদাং লৈ। লোন্দা পুদা বাঁহে বাতা প্রমান পাঙ্গে, পাও.বী অমসুং মফোংদোক্লচিংবা কযা অসিগী ওইবা তোপ তোপ্পা মশক অমা লাইবিক অসিদা উবা ফংই। মসিমক্নসু লাইবিক অসিগী মগুনবু হেন্না অবাংবা থাক্তা পুখৎলি।

# চন্দ্রকীর্ত্তি জিলা চঙবা

মৈদিংঙু তুবি চিংলেন নোংদ্রেনখোম্বা গম্ভীব সিংহ মহাবাজনা থুপখ্রবা তুংদা মজা ইবুংঙো নিংথেম পিশক (চন্দ্রকীর্ত্তি ১৮৫০-১৮৮৬) না মণিপুবগী নিংথৌ ওইখি। চন্দ্রকীর্ত্তি মহাবাজনা মণিপুবগী নিংথৌ ওইখিবা মতম অসিদা ভাবতকী গর্ভনব জেনেবেল অমসুং ভাইসরোই নোর্থ ব্রুক্কা বাবাক তুবেল খোঙনুংদা জাহাজ মনুংদা মহাবাজ চন্দ্রকীর্ত্তিগা দাববাব তৌখিবা মতাং অদুবু মণিপুবী সাহিত্যগী মচল অমা ওইনা চন্দ্রকীর্ত্তি জিলা চঙবা হায়না মিংথোন্দুনা লাইবিক ওইনা ইবমই। লাইবিক অসিমক্লা মবিপুবী সাহিত্যগী চহীচা ১৯ গী লোযবমদাই অসিগী মণিপুবী সমাজগী শক্তম অমখক্তি ঐখোযদা তশেংনা উইনবদা অচৌবা তেঙবাং অমদি পীবি। চন্দ্রকীর্ত্তি জিলা চঙবা কৌবা লাইবিক অসি অবিবা মণিপুবীলোন্দা সংস্কৃত ৱাহৈ মবক মবক্তা থেৎলগা ইবমই, মসিনা লাইবিক অসিগী মগুনবু হেন্না ৱাংবা থাক্তা পুখৎপদা অচৌবা ঈনোৎ অমসু হাপ্লি। সবাংথেম সুবপানন্দ অমসুং থৌদাম চাওবতোন অনিগা খুন্দ্রাকপম জয সিংহ, যুমলেম্বম পেনা খোঙবা অনিসু যাওনা খুমুজাম্বা পণ্ডিতনা লুচিংদুনা চন্দ্রকীর্ত্তি মহাবাজগী যাথংদগী চন্দ্রকীর্ত্তি জিলা চঙবা কৌবা লাইবিক অসি ইখি। লাইবিক অসি হিন্দু গৌবিযা বৈষ্ণব ধর্ম্মনা লমদমসিগী মপুং ওইবা লাইনিং লাইশোন ওইববা মতমদা ইখিবা ওইবনা হিন্দুগী লাইনিং লাইশোনগী ওইবা ফজববা শক্তম কয়ামকম লাইবিক অসিদা মমি তাই।

কাছাববু মৈতৈনা থোইদোক হেন্দোক্লা জিলা হাযবগা খঙনৈ। শ্রোক ১৮৭৪ ইংগী আগষ্ট থাদা শিলচবদা মণিপুবগী মহাবাজ সাব চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহগা ভাবতকী গভর্নব জেনেবেল লোর্দ নোর্থব্রুক অমসুং আসামগী চিফ কমিসনব লোর্দ কিটিংজগা জাহাজ মথক্তা দববাব অমা তৌখি, দববাব অসিবুনি ঐখোয খ্বাইনা জিলা দববাব হাযবিবসি। ভাবত সবকারনা আসামগী চিফ কমিসনব লোর্দ কিটিংজদা থাবকপা ফোর্দ ৱিলিযমগী ১৮৭৪ ইংগী

জুলাইগী তাবিখ ৮ গী নম্বব ১৪৪১ শুবা টেলিগ্রামদা মণিপুবগী মহাবাজ চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহবু ভাইসবোইনা কাছাবদা দববাব তৌদুনা উন্ননিংঙি হাযবকখি অমসুং মহাবাজদা বার্ত্তন কৎলকখি। চন্দ্রকীর্ত্তি মহাবাজসু মপুক্লিংদা যানিংবা য়ানিংদবা পুন্নমক থাদোক্লগা লৈবাক্কী অকন অথৌ ফম্নাইবা অঙন্ববশিংগা লোযনদুনা শ্রীশ্রীগোবিন্দবু মথা নুংদা চেৎনা থাগোন্নজবগা কাছাব মপুং যাইদা জিলা দববাব খোঙলেঙখি। ইংশোক ১৮৭৪ ইংগী আগষ্টকী তাবিখ ১২ গী নুংথিল পুং ৫.৩০ দা দববাবগী নুমিৎ অমসুং মতম লেপখি। আসামগী চিফ কমিসনবনা বার্ত্তন তৌবকপদগী জিলাদা চৎননবা তৌখিবা থৌবাং অদুগী মতাংদা নিংথৌবোল কুম্বাবা কৌবা মৈতৈগী অবিবা পুযাদা অসুম্না ইবি ;

> হাওবৈ নোচুপলা পাংববম থোংনাং মপুংযাযগা বিলাট লৈকোয় ফম্বী ভিকতোবিযা মহাবানীকী কোলোয মযাথংবু কলিকাতা লৈকোয ফম্বা লাত সাহেপনা ৱাহর্মখিযে। শ্রীপঞ্চযুক্ত মণিপুবেশ্বব মহাবাচা পোইবৈ মৈতৈ নিংথৌ লাইবেল মৈতিংঙু শ্রীগমভিব সিংহ তুবি চীংলেন নোংদ্রেনখোম্বা, বিলাট ঐখোযকী চান্না লমতাং শাংপু কাবকতপা নোংথৌবেনকী মপাবি শ্রীপঞ্চযুক্ত মণিপুববেশ্বব মহাবাচা লাইবেল মৈতিংঙু চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহ নাউচিংলেন নোংদ্রেনখোমপা পোইবৈ মৈতৈ নিংথৌবু পাবতোন লাইবিক খুৎথোল তৌনা লৈপাক লাকযেন কিশিতাইনা চাননা পুকমাননা দববাব ৱা ঙাঙনকও হাযনা ৱাহমখোনকী বানী কোলোয় ময়াথং ৱাবম পুমনামাপু শ্রীযুক্ত লোবপুকক লাক সাহেবনা লাইচা যিপাকথক্তা চৈবৈ ফিঙৌ থানা য়োইওইঙৈতা সিঙতুম নীংকোয থোং মুকমৈ নাবিন শোন মুকতম কোয়চা যেকনা আসাম সেনপি তেখাউ মবৈপাকপু ৱাতেমলিপা শ্রীযুক্ত কিতিঞ্চ চীফ কমেশোন সাহেপ্তা লাইবিক খুথোল ৱাপু শমু খুৎশিন্নবপকী কিতিঞ্চ কৌবা চীফ কমেশোননা মণিপুব পোইবৈ স্না পুংমযোন্দা যাংকোইবিপা শ্রীযুক্ত পোলিতেকেল এজেন্ট পুকান সাহেপ কৌপতা মতাইবেম থোংনাং ৱাহায়না যিকপ ঙমতাইনপা থোংনাং সোবোক যাংদৌ লমতাংশাংপু ৱাতেমলিপা খমলাং অহোঙপা থংকান কাংঙাপা মচা তুলি হাওশি ঙর্মাচংবদা শমু খঙশিন্নবপকী তুলি হাওশি

ঙমচিংপানা লাইবেল স্না মখোঙ খাদা পাবতোন লাইবিক খুৎথোল মাপু কৎনা খুপাং চাংচৌ চেপনা লোন্না ৱাকৎখিএ। হে লাইবেল কোবৌ ইনোংথৌ শ্রীশ্রীপঞ্চযুক্ত মণিপুরেশ্বর মহাবাচা লাইবেল মৈতিংঙ শ্রীগম্ভীর সিংহ তুপি চীংলেল নোংদ্রেনখোমপা যিবাপতি কোনচং লৈসনা হাকোক যিবু থাঙলেন নাকে হায়না যিংথি শেলোইতাদা খৌশাপা নোংচুপা মাইপং চীংপু টাংমুন থোনথোকনা তেনমৈ শমবুমপা নোংথৌবেনকী মপাবী পঞ্চযুক্ত মণিপুরেশ্বর মহাবাচা লাইবেল মৈতিংঙু চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহ নাউচিংলেন নোংদ্রেনখোম্বা মান যাইবংচান নুমিৎ খেনকা যাইকুম কংলৈ পুংখোয নেৎ মযায কোযবেল তো সনা চোঙলেন যিনচম খান্না ঙান্নবিপা নোংথৌবেল ও বিলাট লৈকোয ফমপী বানী কোলোয মযাথংগী থোংনাং কলিকাতা লৈকোয যম্পা শ্রীযুক্ত নোবপুকক লাৎ সাহেব কৌপাকী চেপনা লোন্না পুকমচবপাতা লাইবেল মৈতিংঙুনা তুপি পুক্লিং হবাওথোইনা লিক্লাই মপাবি পোইবৈ চুপাবাচা লাংচেং মথোকলকপাকা লিক্লাই মশাপী পোইবৈ সেনাপতি হুযেন লানচিংলেনকা অনিমানচিংবা মতাইবেম চৈবাপ বাপী হাযপা কাবোৎ মনিন নাইপা অখম মীপোকপা অথৌ লাংকোনপা পুম্নমপু ঙাইবোইননা পাউকৌশিল্লবাকা পাবতোন লাইবিক খুদোল পোৎপু পংতি মবেং থীনা পাবপতা লাক মপাউমেল যিবপ কোলোয মযাথং নুংওনপপু পাউমেলচবকপতি শ্রীপঞ্চযুক্ত মণিপুরেশ্বর মহাবাচা পোইবৈ মৈতৈ নিংথৌবেল ও লাইবেল নঙগী পোইবৈ নবমখৈ থোংনাং ঐখোযগী লমমাতোন কাছার জিলা মপুঙ যাযপু যিনতাল্লক্লে। লোইদাম থবান থাগী মাকমৈ ১০ নি পানপাতা চেংলৌ শকউন্ননা ৱাইথুংমন্নসে। হযেং কৌপা মনোং শোয়বপকা যিতাইবেম ৱাংঙম থংকান কাংঙাপমচা ল্যাইফম শঙলেন তেংমাই থিনপা তুলি হাওশি ঙমচিংপ নঙন্নাচিংবা য়িত্রাইৱেম কোকুলসিংহ নোংথোনপাচা সুপিতার পাপু শঙখুপা, সুপিতাব তুলোসিং যিমনাপা হেৱাসিং কাংঙাপমচা তুলোসিংহ লাইফ্রাকপা কোশোবাসিংহ হাওবমজা কুনোসিং অয়েকপা, সকপা

নোংথোনপমচা মপা মাইপা তাম্রসিংহ মাইপমচা নখোয পুন্নমানা হনতক থোংনাং লমযেংপা অসিদা কোবৌ মপুংফাপা চামঙাপু ঙাইলোইননা শমু মাঙতা চৎনা যাংতৌ লমতাং শেম যিবোক থোংকা শা থোংলেন পানপাই লাকনা ফমগী যাবেকফম খুতিংতা খাংপক মফম তৌ যিনলুম মফম শেম্না শঙলেন অতেংপপু লৈনা শাবমও হাযনা বাহমখোনগী মেনচোবা তুলি হাওশি ঙর্মাচিংপনা সুপিতাব চোমানতাব কুৎ পুন্নমানা সিফাই মনাওবোক মাপু লানলোই মপু ফাপা ৫০০ তংসু ঙাইলোইননা অহিং খোম্লেন তুমকনতা নোংথিল অবা পোথাতনা খুবোই হাওবা লমলাংতোংপু যৌনপা খোঙশানখিযো হাযনা মতাইলেম অখল অতেং পুন্নমাওা পাউমেনখিযে।

শোক ১৮৭৪ ইংগী জুলাইগী তাবিখ ৩০ শগোলশেল নুমিত্তা মহাবাজ চন্দ্রকীর্ত্তিনা জিলা লেংগদবগী যাত্রা তৌখিবা মতাং অসি চৈথাবোল কুম্বাবদা অসুম্না ইবি।

থাংজম চাওবগী কুম শক ১৭৯৬ ইঙেন থা ১৫ নি ইমশৈকেশদা লাট সাহেপনা বাঙোনা লাইবিক খুদোল ইদুনা মণিপুবগী শ্রীযুৎ মহাবাজ ও ঐস্য জিলা লংখাইবদা লাক্কে শ্রীযুৎ মহাবাজসু জিলাদা লেঙকও তো লৌ শক উনসে হাযনা লাইবিব থুংলৈ। চৈবাপ গাবোৎকী অঙম্ব পুন্নমক তিন্দুনা শ্রীমতী মমাসজা নিংথৌপোকপীদা দববাব তৌদনা খাম্নগা যৈ থোকই হাযনা শ্রীযুৎ মস্না যাথং কাঙবমা থাঙ্গান মেঙ্রোব নঙদি মর্বিনি গম্না লম্বী থোং শেমলমও। ঠাকুব বাজান মেঙ্গোব নঙ্দি সিথাই পুন্নমা পুদুনা নুমিৎ ২ নি হাম্না লেলমও। থবান থা ১৬ না শগোলশেন্দা শ্রীযুৎ মহাবাজনা জিলাদা চৎকদবগী যাত্রা তৌএ। ১৭ নি ইবাইদা শ্রীযুৎ মহাবাজ মস্না খোঙলেংএ। থৌগল ইনবা অঙম্নাদ মচা ইবুংঙো ব্রাংখৈবাকপা মস্না শামু হঙবা, শৌগাইজমচা বোলাই, মেঙোব চিংঙাখমচা খাথম লাকপা, মাইবা শঙলেনগী নিংথৌখোংজা গোকুলসিংহ পাণ্ডিত হৈথমচা বোতোনসিংহ যোইবেন হঞবা, লুব্রাংশংবা যমই তিদং, খেন্দম্বা পাঞ্জ কমলাকান্ত কোনোক হঞবা, ব্রাহ্মংবম শঙগোইতাবা পাঞ্জিগী

লালুপর্নচিংবা লৈপাক্কী থৌগল লাংগল পুন্নমা চৎলে। ১৮ নি থাঙজদা শ্রীযুৎ লৈমতাক তাযে। বামোন থুমজাও পুবেনগা পুকন সাহেবকা ২ মা লোযননা চৎএ। ২০ নি লংমাইজিংদা খৌবুম যৌএ। ২১ নি দা ইবং যৌএ। মবুধৌ পাখংবা থোক্লকুনা শ্রীযুৎনা খুকমএ। ২৩ নি ইমশকৈশদা মকুদা লেকএ। ২৪ নিদা জিলা যৌএ। শ্রীযুৎ মহাবাজগী যেত্তা ইষ্ট সাহেপ, পুকন, ৱাংখৈবাকগা শামু হঞ্জবা, থাংগাল মেঙোব, বোলাই মেঙোব, বামোন গোকুল অসিনা চৌকি ১১ দা ফমহল্লে শ্রীযুৎ লাট সাহেপকী ওইদা চীফ কমিশোন সাহেপ মেঙোব বালা কপ্তান সাহেপ টিতোন সাহেপ অসি ফমএ। অদুদা সাহেপনা হায শ্রীযুৎ মহাবাজবু উনবা অসি যাম্না নুংঙাযখ্রে হায, মহাবাজনা খুমএ। লাট সাহেবপু উনববা অসিদা ঐসু যাম্না নুংঙাইবে হাযনা খুমএ।

মহাবাজ চন্দ্রকীর্ত্তিনা জিলা দববাব মাইপাক্কুনা মণিপুবদা হল্লক্ৰবদা হযেং তুংগী চাবোল শুবোন ফাওবা কাওদনা লৈহৌনবগীদমক মদাইবেম অশৈবর্শিংগী মফমদা জিলা খোঙলেঙখিবা অদুগী বাবীবু লিশাং শিংনা নিংথৌ যাথং তুংইন্না ইখিবা মতাং অদুবু চৈথোবোল কুম্বাবদা অসুন্না ইবি,

কাংহুজাম্বা খেমাগী কুম শক ১৭৯৮ নি ইমশকৈশদা শজিবুগী পালোক ওই। ২৭ নি ইবাইদা শ্রীযুৎস্না যাথং, খুমুজাম্বা পুর্নচন্দ্র, পণ্ডিততা জিলা ৯৬উবগী লাইবিক শেমও হাযনা শিন্নদুনা শবাংথেমচা শুর্পানন্দ পণ্ডিত থৌদমচা চাওবতোন পণ্ডিত ২ না ফমদুনা খুন্দ্রাকপমচা জগসিংহ, যুমলেনবমচা পেনা খোংবা পাখং লাকপা ১ ২ মাসু যাওনা ৪ মানা স্না খোঙলংলুবগী ৱাবু মথংশিংনা ওক্কুনা যাম্বেমচা অঙাতোন ১, ইবংবমচা পাবু, খুন্দ্রাকপমচা নংনাং ১, খোমদ্রাম লৈশং ২, লালুপচিংবা ৪ মানা কর্ফাই চেদা কাঙ্গু কোলোম পাইদুনা ইএ।

ভাবত সবকাবগী মকোক গর্ভনব জেনেবেল লোর্দ নোথব্রুক অমসুং আসামগী চিফ কমিসনব লোর্দ কিটিংজনা মণিপুবগী নিংথৌ মহাবাজ চন্দ্রকীর্ত্তিগী মফমদা চিঠি থাবক্কুনা কাছাবদা জিলা দববাব ফম্নবা হাযবকখিবা মতাংবু চন্দ্রকীর্ত্তি জিলা চঙবা কৌবা লাইবিক্তা অসুন্না ইবি;

> লাইবেল নওগী পোইবে নবমখৈ, থোংনাং ঐথোযগী লম্মদোন কাছাব জিলা মপুং যাযদা তুবি মা খোঙলেঙবিবকও। লাট ঐসুং কাছাব মপুংযাযবু ইন্দাল্লক্কে। লোইদাম থবান থাগী মাকমৈ ১০ নি পানবা চেংলৌ শক উননা বাইথুংমল্লসে। লৈবাক লাক্লেন কিস তাই চান্ন পুকমান্নবা দববাব ব্রা ঙাংনসে, লৈবাক নিংথৌ পানবা অনিমাগা চান্ন মতৌ ওইবা চযেং পোইবে চাদোন্না কাউদনবা ইরূপ ইশূতোন্না নিন্দশুনো হাযনা ইরূপ পাওমেলখোল লাট কোলোয মযাথং পুন্নমাবু নাতাববদা লাইবেল মৈদিংঙু র্মান যাইবং চানগুম্বা নিংথৌবেন্না তুবি কৃকিল খোন্দাননা পাউমেল্লকএ। তুবি হৈবাং ইযুশা লাইবেল তাউজিং ইহৈকোল খাইচেং লেংনা তিন লেমচেং লেংনা ফাংবা ইমাতোন্না পোকপা লাইবেলতোন্না যেনবা ফমথৌ ইঙাইবোই লাইবেল নিংথৌ ইইশাং অখম মীপোকপা অথৌ লাঙ্গোলবা পুন্নামশিংও নখোর্যাদ ইয নিংথৌজা মবোল খাদংগী খমলাংপা বাবী ইবে, পুবাবীদা লৈপাক লাকলেন কিশি তাইনবা পুন্নমাবু না তাবক্লবা মশেন্না পোইবে ইবমখৈদগীসু জিলা মপুংযাইবু ইন্দানসে হাযনবা।

অসুম তৌদুনা ভাবতকী গভর্নর জেনেরেল নোর্থ ব্রুক্কা মযমদগী থাবকপা চিঠি মবোলবু লৈবাক মীযাম ফমথৌবোইশিংগী মফমদা পাদুনা তাববদা পলেম মমা লুবাং চনু মৈস্নাম নিংঙোল কুমুদিনি অমসং লৈবাক্কী ফমথৌ ফমনাইব্রশিংনাদ মহাবাজ চন্দ্রকীর্ত্তিবু কাছাব জিলাদা দববাব খোঙলেঙবনু পামলমদে। অদবু মহাবাজ চন্দ্রকীর্ত্তিনা মশাদা কাবশু চিংনদনা দববাব অসিবু চংলুনবগীদমক অহম অথৌ ফম্নাইবশিং অমসুং মা মনাই ওইবাশিংগী মফমদা খোঙশান্নবা শেম শানবা যাথং পীখি। পলেন মমাগী মফমদা ঈশ্নবগী মফমদা থৌজাল লনকুবানবা খুকুমনবা হাযর্জখি। অদুবু মপল পলেম মমা মৈতৈ লৈমনা মপাবীবু থৌখামর্জখিবা মতাংনু অসুম্না ইবি ;

> লোইদাম থাজ ওল্লকপা কোবৌ নোংচামাদা চেংলৌ শকউনগে হাযনা লাইবেল ঐগী পাযমা পিবুকনুংদা নিঙখল্লম্নগা লাক বার্ত্তন লাইবিক মখুদোলবু ব্রাইথুংলবা অসিগা খোযমা

মাইয়োক্লববে হায়না তুবি পুক্লিং হবাউ ঙমখে লৈতববগী লাইবেল মৈদিংঙুদি ৱাংঙম থৌখামখোনবু হোয যাদনা মপল মৈতৈ লৈমগী যোযবু স্না মখোঙ খাদা লাট মপাউমেন ইৱপ কোলোয মযাথং নুংঙনবা ৱাবম পুন্নমাবু ভক্তি কৌবী চীগলুক্লা পাউদমজববদা মপল মৈতৈ লৈমনা পাউমেল্লকএ। লাইবেল ইপাবি স্নবীক লীক্তোমপোক্লম নদোম তোমশাৎনবা, মনি যাইবং চান, নুমিৎ খেনকা যাইগুম ঙান্নবিবা নিংথৌবেলও। নদাইবেম পোইবে পুন্নমনা থৌখাম্ববু লৈবাক নিংথৌ পানবগী হৌন লমচৎনা ৱাবম অচুম্বা মহাকনে। বাজা নিংথৌ ওইবনা চোযনৌ স্না ফম্বাল্লাংবু থানা মীবৈবাক নিংথৌ পানবা অমবু লান্না তুবি স্না খোঙলেঙবদি যেক্ল লাঙ্গোই যাম্বনিগীনা তিংখং মচীল থেকঙমদনা খোযমা তুম্বৌ চঙলঙৈনে। স্না যোই কোনুংবু থানা কাছাব জিলা মপুংযাইদা কদৌবা ইন্দাল্লুগেবনো হাযনা পাউমেনখোলবু নাতাববগী লাইবেল মৈদিংঙু চাহুই লৈবীক চিনগুম নানৌবনা মপল মখোং খাদা ভক্তি কৌবা চীগ লূক্লা খুফাং চাংজৌ চেপ্পা লোন্না বাকনখিএ।

অসুম্না পলেম মমা মৈতৈ লৈমনা মপাবিবু থৌখামজববু মপাবি চন্দ্রকীর্ত্তিনা পলেম মমাগী মফমদা মপল পছৌ গম্ভীর সিংহগী মতমদা কাছাবদা লানজেন্দুনা লৈখিবা মৈতৈ পোইবে লমদমগী নহা অহল খিবিকপুসু উন্নজগে লাট সাহেপকা লোযননা দববাব অসিদ্দ উঃগে, ইমানা মপাবী ঐগীদমক মঙ্গল আশীর্বাদ পীনবীদুনা ঈশ্বর শ্রীগোবিন্দগী মখোং খাদা থৌজাল লনকুবিনবা কোবৌ নোংজা খুদিংবু কাওদনা থৌনিবিবম্মু হাযনা পলেম মমাগী মফমদা হাযজখি। মহাবাজ চন্দ্রকীর্ত্তিনা কাছাব মপুং যাইদা জিলা দববাব চৎনবগীদমক লম্বী শেম্লুনবা হাযদুনা মৈতৈ লৈবাক্কী অঙম অথৌ পুন্নমক্তা যাথং পীবগী গোকুলসিংহ নোথোনবমচা, সুবিদাব বাপ শঙখুবা, সুবিদাব তুলসিংহ যুন্নাবা, হেবাসিং কাংঙাবমচা তুলসিংহ লাইফ্রাকপম, কেশোবসিংহ হাউবমচা, গুনোসিংহ অযেকপা, সোকপা নোংথোনবমচা, থবা লাইশ্রবা, তাম্রসিংহ মাইবমচা, মখোয পুন্নমনা লুচিংদুনা যাংদৌ লম্বী শেম্লুনবা মণিপুবদগী খোঙশানখি। যাংদৌ লম্বী শেম্বা লোযববদা মনাই মশল ব্রাহ্মণ বৈষ্ণবশিং হান্না থাদুনা তোঙান তোঙানবা মফমদা ঙাযদুনা

লৈবম্নবা মণিপুবদগী থাখি। চন্দ্রকীর্ত্তি মহাবাজনা জিলা খোঙলেঙবা মতমদা মপাবি সুবুচন্দ্র অমসুং কুলচন্দ্র অনিবুসু লোযনখি। অসুম তৌদুনা মৈতৈ লৈবাক্কী চাওববা কুম্মৈ বথা যাত্রা কাংচিংবগী কুম্মৈ মতোল লোম্লবা মতুং কোবৌ শগোলশেল নুমিত্তা জিলা মপুংযাইগীদমক খোঙশান্দুনা শ্রীগোবিন্দজিগী মফমদা দণ্ডবৎ তৌদুনা খুকমখিবা মতাংবু অসুম্না ইবি ;

> হে গোবিন্দ লাইমকঙ জগৎনাথ অখোইবা চীংঙু অতেংবাও নদাইবেম ঐনা হন্দক মতম অসিদা জিলা মপুং যাইগী লাট বার্ত্তন থৌচৎ ব্রাবু যাইফা মাইপাক ফংহনবীববদি হযেং জিলা মপুংযাইদগী ইপোবৈ লমদম হলব্রাইববগা চীংঙু নঙগীদমকপু ম্নাগী ফুবা দলাল লাইযিম মাবু কৎঙমগে, লম্বী ঈথৈ লৌখোং পুম্নবু শেম্না চীংঙু ম্না নখোও খাদা কচ্চগে। ব্রাবম মতৌ অসুম তৌনা পুকম্নবগা থাকুব কমলাকান্ত পাঞ্জি শঙলাকপনা ঘট থাউমৈ শেম হৈকক পাম্না লাকোয থানা লাইবেল মৈদিংঙুনা পূজা ইবাৎ থৌনিজনবগা লাইবেল খোঙকাপ মাপল থাংনা যাত্রা তৌহল্লে।

অসুম্না মহাবাজ চন্দ্রকীর্ত্তিনা চীংঙু গোবিন্দ থোইখোইবগী চবন খাদা পুকমজবা লোযববদা পলেম মমাবুসু খুকমজখি। লৈবাক মীযাম অমদি মপাবি মমোর্মাশংনা নিংথৌ মহাক্না জিলা খোঙলেঙখ্রগনি খঙলবদা অব্রা পনখৈ লৈতনা তেংথাখি। মতৌ অদু উবদা মৈদিংঙু চন্দ্রকীর্ত্তিনা অসুম্নবু পাওমেনখি, ইপোইবৈ লৈবাক মীযাম পুম্নমক থোইনা হেন্না বাবীগন্ নিংথৌ ঐনা চৎকদৌবিবা অসি শুপ্নগী কোবৌ নুমিৎ কুননিথোইনি খক্তনি। চীংঙু মাগী থৌজান্দগী নিংথৌ ঐগী হাকচাংশে থোইনা নাবা যেকপা তৌবাই মখল্লি। ইপোইবৈ ইমা ইচা পুম্নমক্কসু নিংথৌ ঐগীদমক চীংঙু শ্রীগোবিন্দজিবু চেৎনা থাগোন্নবীদুনা থৌজাল লনকুবীনবা খুকম্বাবম্মু। অসুম্না নিংথৌনা পোইবৈ মৈতৈ মীযাম্মু পুক্লিং থৌগৎলবা তুংদা মনাই মশল লৈবাক্কী অঙম অথৌশিংগা লোযননা শেগা লম্বেল শম লোইবি ক্রাক কৈথেল খাবী নম্বোল লান্দুনা বিষ্ণুপুবদা ব্রাযথুংখি। বিষ্ণুপুবদা অহিং যাইবেক্লগা নোংঙানবদা লাইমতোন্দা থুংলগা লৈমতাক খোঙবান কুম্লকপদা লৈমতাক তুবেল ঈশিং চাওবমদুনা থোং লিতান তৎলম্লবদা লাইবেল মৈদিংঙুদি লানবা যাদ্রদুনা

লৈমতাক্তা অহিং যাইবেকখি। শ্রীযুৎচন্দ্রকীর্ত্তি মহাবাজনা ঈশিং মতা উবদা মীদি হাযকনু শামু লাল্লু যাদ্রবদা নিংথৌনা গতি লৈতবা অদুদা অঙ্গম অথৌ অকন অথৌ কনামত্তনা মেঙ্গোব ফম পীগে হাযববা ফাওবা চোঙথোক্লক্ত্রবদা চহি ২৬ তা ঙাইবিবা লৈশং যাত্রনা নন্যাই ঐহাক লাইবক যেংজগে হাযদুনা নিংথৌগী স্না মাঙদা চঙশিল্লক্তুনা খুকমখি। মদুদা লাইবেল মৈদিংঙুনা পেনখ্রদুনা ঙমজবা ওইযু হাযনা বব পীদুনা কোনবিখি। লৈশং যাত্রানা কল্লবা ঈশিং ঈবৈগী ঈপাক্তা চোংথদুনা ঈকপ্লগা লিতান শমখিবা মতাং অদুবু চন্দ্রকীর্ত্তি জিলা চঙবা কৌবা লাইবিক্তা অসুন্না ইবি ;

> ইংঙা কুমখাযবা ইংঙেল কুমদন্নবগী নোংলেন মখোঙ ফুইনা চুববগী থ্বাই লাইজা ঈহৌবক যিমু মথিল নাইবনা ঈশিং তমলেন চাউ কোবী শুমলোই তাউ নেম্বী মপাল ফুক পামেল উক তাউ লৈবায থেংখাং কিন্থববগী লীতান থোংলেন তৎপনা লাইবেল মৈদিংঙুদি থ্বাই লোক্লেন লানঙমদ্রবনিগীনা ফাযেং নোংফাই চন্না অবা হুইবাং শোনববু মৈদিংঙু মদাইবেম লৈশং যাত্রা অথৌবনা স্না যাথং লুদা থোং লাইজা তমলেন অচৌবা যিমু মঙাও হৌববকী চঙনা শ্রীগোবিন্দ মিংখৈশোল খাম্মায লাইযিমনুংদা মযু পাফল কাটঙমদনা শমু খুৎনা লাইজা থিনপেক্লনা যিমু মনুং চঙ লাইজা যিযাই থুংলবগা পামেল কেক্রু চাউখোইবা উক উবাং পাল্লবনা লোকলেনা থন্না তাউববু পামেল হেন্দোক ঙাইনবগী পোইবৈ মীযাম পুন্নমনা উংশী নুংবঙ চঙ চীংঙু গোবিন্দ চিন্দ শোল লৈশং থবায নির্নাখিএ। লাইজা ঈহৌ অচৌবগী পামেল চাউথোইববু পুবকপনু হেন্দোকখিববগা লৈশং যাত্রা অথৌবনা যিম মনুং চঙদগী লাইজা ঈপাল ফাউববগা লীতান মবী শম্বদা পোইবৈ মীযাম পুম্বদি জয যাইফা থোক্লে।

মতৌ অসুম তৌদুনা মহাবাজ চন্দ্রকীর্ত্তিনা লৈশং যাত্রাবু মেঙ্গোব ফম থিন্দোকপিখি। কোবৌ নোংগা ঙাল্লগা লিতান লাল্লগা অসুম খোঙশাল্লকপনা যুলতোব চীংখোং যৌবক্লবদা অহিং অদুমা লখিপুবদা নোংলেন্দুনা লৈখি। কোবৌ নোংগা ঙাল্লবদা মহাবাজ চন্দ্রকীর্ত্তিনা শিলচব তান্না খোঙলেঙখি। মৈদিংঙু চন্দ্রকীর্ত্তিনা জিলা মপুংযাইদা থুংলবদা জিলা

মপুংযাইগী নমু মীযামগা লৈবাক অনিগী মীযাম তিল্লবদা লাইবেল মৈদিংঙুনা চীংঙু বিষ্ণু থোইখোইবগী আবতি সংকীর্ত্তন কচ্চখি। নোংথোনবমচা মবৈবনা ঈশৈ হন, লৈমপোকপা থাবন্না পুং যৈদুনা খোইযুম আর্তি তৌবদা লাইবেল মৈদিংঙু চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজনা শ্রী গোবিন্দজিবু কোবৌ নুমিৎ ১১ নি চেংলৌ শকউনদবগী অবা হুইশোল্লাংবনা পাযমা পিপুকনুংদা বাবগী ঙমখৈ লৌখদে। সংকীর্ত্তন আর্তি লোইববদা ব্রাহ্মণ পুরোহিত থোইখোইবনা ভাগবত লাইবিক তৌবে, থোকচাও চাওবনা চিংঙু রামাযন বাবী লিবে, লাইবেল মৈদিংঙুদি মদাইবেম চনমচা বাপু হঞবনা নাবদ মুনি মখুৎশুবু থাদা পম চৈজিং যেত্তা পাইনা রূপবান মতীক থানা শৈশক্লববদা লাইবেল কোবৌ ইনিংথৌদি অহিং খোমলেন তুংখুন হুনখি। লাইবেল মৈদিংঙু চন্দ্রকীর্ত্তিনা কোবৌ নুমিৎ মবিনি তাধুতকী গভর্নব জেনেবেল লোর্দ নোর্থব্রুক সাহেপবু জিলাদা ঙাইবা তাখি। শ্রীযুক্ত চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজনা শ্রীগোবিন্দগী দর্শন ফংদবা অমসুং মমাশিজনা কুমুদিনীনা তপ্পা পানা হাদবা মতম কুইশিল্লক্লবদা হযেঙ দববাব তৌগনি হাযবা নুমিৎ অসিগী নুমিদাং নুমিদাংবাইদা শ্রীগোবিন্দগী নির্ম্মাল্য অমসুং মমা শিজনা তপ্পা পানা খুদপপু দববাব নংনবা লৌবা ঙম্বা কনা কনা যাওবিবগে হাযনা মী যাথং পাকপাববদা কনা অমত্তা চোংখোঙ্ক্লবদা মাইবা তাগ্রসিংহনা মঙক্তা মথি যেত্তুনা লাইবেল মৈদিংঙু মফমদা মহাক চৎচগে হাযখি। মতৌ অসুন্না মাইবা তাগ্রসিংহনা অহিং নোংশোইবা লেপ্তুনা চেল্লকপনা নোংঙাল্লকপদা কোন্নুং যৌবক্লে শ্রীগোবিন্দগী নির্ম্মাল্য অমসুং মমাশিজনা তপ্পা পানা পুবক্লুনা অমুক চেল্লকপনা নোংঙাল্লগা দববাব যর্মাদ্রিইঙ্গে মমাংদা থুংখি। লাইবেল মৈদিংঙুগী মফমদা শ্রীগোবিন্দগী নির্ম্মাল্য অমসুং মমা শিজনা তপ্লকপা পানাবু লাইবেল মৈদিংঙুগী মফমদা শিন্নজখিবা মতাংবু অসুন্না ইবি,

> মতৌ অসুম পোইবৈ চেনবা খোঙশাল্লববু শমু খোঙনা
> লুম্বনা তিংখং খোঙযুথোই নানবা তুমবৌ খোঙডংলবগা
> চৈবৈ ফিনা যেৎ খোঙকাপ নাইবৈ পুঙমদা ঙম্মাং লৈবিক
> চোৎ তাইবং মিৎখোঙ মম্না তুবি মী মখোঙ খাবু তন্না
> ঈনশিল্লক্লবদা তযম হকশাং পুঙমদ্রবগী মালেম ফুবাক তুনা
> তুবি মমাঙদা তুববে। থৌবম মতৌ উববদা মৈদিংঙু পাইমা

উনকোইনুংদা হবাউ পুক্লিং থোইববগী তযম নাই নুংবাল অথৌবা মাইবমচা তাম্র অচানবা হৌগৎলু নহাকপু ব্রাহায মবম অসুম হায়দোকপগা তুবি শমু খুৎনা ফংনা তযম নাউকোন্না হৌগৎপিববগা নিংথৌ মিৎকোয লাইজা তবং হৌ তযম ৬৬ কিবিবা চীংঙু নির্ম্মল্য নিঙথিববু শমু খুৎফংননা লৌজববগা তুবি লুদা থোং পলেম খুদোলপোৎ নিঙথিবা পান্না তপ্পাইবা মপল তুবি চঙখোনবগী লাইবিক চাজুম মাবু চেংলৌ মিৎপু থিৎনা মোইফাই শংনা যেংনা তুবি থাদা কোঞ্জবে।

বিলাট মপুংযাইগী অথোইবা লাট সাহেবসু কাছাবদা থুংলদুনা খ্বায তুবেল মথক্তা ব্রাকযৈ হিনুংদা দববাব ফমদুনা মৈতৈ নিংথৌ অমসুং তাবতকী গভর্নব জেনেবেল নোর্থ ব্রুক্কা বাবী শান্নববা মতুংদা ব্রাকযৈ হিনুংদা মহৈ মহৈ পোত্থাদুনা লৈনখি। নোংঙাল্লগা দববাব অমুক হন্না তৌদুনা মপাইবুংঙো গম্ভীব সিংহ হাক্তুক্তা যানখিবা ব্রাফম পুন্নমকশিং অদু অদুমক কাযদনা চশ্নবা হাযনা মাইকৈ অনিমক্লা যানখিবা মতাংবু অসুন্না শৈথাবি ;

শ্রীপঞ্চযুক্ত মহাবাজ গম্ভীব সিংহ নাপাবুংগী হাঙক্তসু বৃটিশ ঐখোযগা চান্ন চিন্ন ওইনা লৈবকএ মবম অদুনা হৌজিক ইবোইশেন্নদা বৃটিশ ঐখোযগী লনডন ইতিকী মী লৈবা অসি থিবোমমৈদা থমগে মসিনা মণিপুব আসাম অনিগা মবঙা লনওনবা থবক্কী খুদোং যান্না চাগান। মবম অসিনা মযাং লাংচিংগী সিফাইশিংদি থিবোম্মৈদা হোংবা যাবিয়ো। যাবিববদি হৌজিক লম্বা ফঙবা দিম্নাপুবদগী থিবোম্মৈ যৌবা লম্বানা বৃটিশ ঐখোযগা শেন্না ওইগে। থিবোম্মৈদগী মণিপুব নবম লৈবাক গৌবদি বাজা সাহেবনা শেম্বীযো হাযবা বাবম হাযবক্লবদা শ্রীযুৎ অর্মাহন্তি অঙম্বাশং ভাইহাক তুমিন লৈনা ব্রা খন্নাখএ। লৌশিং লাংথাক হৈবা সাহেবনে শ্রীযুৎপু ফাদুনা সাহেব মখুৎ চনগববা খনববু ব্রাবম মতৌ ওন্ননা থোক্লবে। বৃটিশ মচা মখোযনা পোইবৈ মৈতৈ লৈবাক্কী মযোম্দা লৈবম্নবু খবা কুইনা চোংনা যুমহোংগে হাযবদি ফৈএ অসুম খন্নবগা শ্রীযুৎনা যাবিবে।

জিলা দববাব তৌখিবা অসি ববাক তুবেল মথক্তা ভাইসবোইগী জহাজ মনুংদনি। হান্না যাৎখিবা প্রোগ্রাম মতুংইন্না ভাবতকী ভাইসবোই অমসুং গভর্নব জেনেবেল লোর্দ নোর্থব্রুক্না মহাবাজ চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহবু তবাম তবাম্না ওকখি। মসিগী মমাংদা মহাবাজনা শামুদগী হেক লেংথবগা ভাইসবোইগী এ ডি সিনা মহাবাজবু হান্না ওকখি। দববাব তৌগদৌবিবা মফম অদুগী কাবপেৎ মচি অমদা মণিপুবগী পোলিটিকেল এজেন্ট মি: ব্রাউননা মহাবাজবু ভাইসবোইগী মমাংদা পুশিল্লমই। ভাইসবোইনা লেপখৎলগা মহাবাজবু ওকখি অমসুং মহাক্লা মহাক্কী য়েৎ থংবা নাকন্দা লেংশিনবীযু হাযবম্মী। ভাবত সবকাবগী হোম দিপার্টমেন্টগী সেক্রেটবীনা মহাবাজগী যেৎ হেক থংবদা ফমলম্মী অদুগা মহাক্কী যেত্তা মণিপুবগী পোলিটিকেল এজেন্ট মি: ব্রাউন অদুগা মহাবাজগী অওম অথৌ মবি থংন থংননা ফমলম্মী। ভাইসবোইগী হেক ওইথংবদা আসামগী চিফ কমিস্নব মি: কিটিংজনা ফমলম্মী। মহাক্কী ওইদা ভাইসবোইগী প্রাইভেৎ সেক্রেটবি মিলিটবি সেক্রেটবি অমসুং এ. দি. সি অনি ফমলম্মী। মথংদা চন্দ্রকীর্ত্তি মহাবাজনা ফমফমদগী লেংখৎলগা স্না মোহোব ২১ খুদোল পোৎ ওইনা পীবম্মী। ঙাইহাক ব্রাবী শান্নবগা মহাবাজগী থৌগল তৌবিবশিং অদুবু মণিপুবগী পোলিটিকেল এজেন্ট সাহেবনা মশক তাক্ল ম্মী। অমসুং মখোয খুদিংমক্না স্না মোহব অমমম ভাইসবোইদা খুদোল তৌবম্মী। মথংদা শেম্পাক ১৫ দা হাপ্পা খিলৎ (Khillat) মহাবাজদা খুদোল তম্লম্মী। ব্রাবী শান্নববা মতুংদা ভাইসবোইনা উতব (Utter) অমসুং পাবোন (Pawn) মহাবাজদা খুদোলপোৎ তমলম্মী অদুগা পোলিটিকেল এজেন্টনা মণিপুবগী অওম অথৌশিংদসু হাযবিবা খুদোলপোৎশিং অসি যেল্লম্মী। লোইববদা মহাবাজবু ওকফম অদু তান্না থিন্দোক্লম্মী। মতাং অসি জিলা চঙবা লাইবনিক্তা অসুম্না ইবি ;

> লাট সাহেব অথোইবনা পাওমেল্লকএ মণিপুব নিংথৌবেল ও, শবেল ফম্বা অসিদি কনানো হংববু ইপাবি চিংখোং য়াইমবা থোংলেন ব্রাংখৈবাকপা ব্রাইবা শাথোং হুয়েল লাম্লোং খংবনি, পাবি ওইদা ফম্বা অসিদি লাঙ্গোই শামু হঙবা খাম্বী মৈকোক থাদা লাঙ্গোই শামু হুন্নবাংনি পাওখুমখিএ। লাট সাহেব অথোইবনা লাইবেল মৈদিংঙুদা চোইনৌ স্না পেবে লুপা পেবে লাল্লে। চোইনৌ স্না মনি মুকুট থানবা লিক

স্নকপ্পা শোবি সুকপ্পা থাংস্নকপ্পা নোংমৈ পিখি। লাইবেল মৈদিংঙুনা লাট সাহেব অথোইবদা লাঙ্গোই শগোল ১ শামু ১ পিবমএ। দববাব ব্রা ঙাংবগা লাট ঐসু ব্রাকযে হিদা লাকপগী খান্বী মৈশা লাংএ, মণিপুব বাজা অথোইবা নংসু লোইবি চিংলোন ৯ লায়া লাকপনিনা অব্রা হুইশোল লাংলনি, অব্রা পোথানবসি হাযনা হলব্রাইনবকএ। লৈবাক মীযাম পুম্নমকসুং হলবাইবক্লবদা অহিং ইনুং শোইবদি খান্বী মৈকাপ্পিনা কোবৌ চুমথাং থানগুমলে নোংমৈ বম্বুলা কাপ্পনা লৈপাক ইনিন নিনখি। লাইবেল মৈদিংঙুদি অব্রা পোথাফম যৌবদা লাট সাহেব অথোইবনা দববাব ব্রাতান্নসি হাযনা লাইবিক চিঠি লাকপদগী মণিপুব বাজা অথোইবসি মাই ব্রাকন ঙমদবগী পাযমা চিন্তা তৌ, শৃংশ পোৎলুম যানা মপাবি অনিমা খুৎশম্ননা মদাইবেম থাঙ্গাল কাংঙবা ঙাইবোইনবদা পাবি নখোযদি মণিপুবদা হল্বাযখ্রো, নযাম্বুংগা লৈবাক ঙাকমীন্নক পলেম ইমা ইবেম্মদা পাওদম্লুনবা পাওমেল্লবদা লৈপাক মীযাম পুম্নমক্লা পাযমা চিন্তা তৌ, প্রেম খকমাদা অব্রা হুইশোল্লাংবদা লিক্লাই মপাবি অনিমানা মদাইবেম থাঙ্গাল কাংঙবা অংগানা শামু মাংদা হন্না খোংশাল্লকপদা লাইজা ববাক মপান্দা লাইবেল মৈদিংঙুগী মখুত্তা পামেল স্না খোংনাং মখোংদা চিংঙু শ্রীগোবিন্দ থোইখোইববু নিংশিংনা পামেল স্না খোংনাং কোইদুনা পুকমজববগা বাকযে পাউহনহি মচাদা তোংদুনা চৎখিএ। খাম্বি মৈশা বাকযে হিবেল অচৌববু চংলমদাইবু লাঙ্গোই মীবোল খঙবনা লাইজানুংদা কুম্না বাকযে হিবাল খুবৌযেৎ লাঙ্গোই নাওতাল অশাংবনা ফাববদা লাঙ্গোই মাস শমু পাঙ্গল থেক্লা বাকযে হিবেন অচৌববু ফাঙম্নবগী হিবেন মৈগী হিদি লাইজা থক্তা গ্রক গ্রক নীক্লা খাঙনৈএ। মন্ত্রী অসুম তৌবিঙৈগীবু মৈদিংঙু মদাইবেম পোইবৈ মীযাম অপুম্বনু মীৎযেং তোবান্ননা শানখৈজববগা পোইবৈ মৈতৈ অযাম্বদি লাইবেল মতৌ যেংলুনবু পিবেম খকমাদনা মীকপ খোঞ্জেল থোক্লবে। মতৌ অসুম সদব ঘাট্টা বাযথুংবগা ব্রাকযে পাউহনহিদগী ফিবিংকি সাহেবচা মবিমানা মৈদিংঙুগী শমু খুৎশম্ননা ব্রাকযে হিবেন নুংদা পুশিনখিযে।

অসুম তৌদুনা চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজনা জহাজ মনুংদা চৎখিবা মতমদা সাহেবশিংনা মণিপুরগী নিংথৌরু ওকখি। লাইবেল মৈদিংঙুনা লাট সাহেবশিংগী মযমদা কনি হায়না হাযগদবনো হাযবদু কবিসু থোইনা লৈতে ইপা হাক্তক্তগী সবকাব নখোযগা তিন্নদুনা লাকপনি, নখোযনা তেঙবাং কযা পীদুনা লৈবাক ঙাক্লোন চথবকপনি অসুম তৌসি হাযবদু অদুম তৌবগা লোইবে হাযনা পাওমেন্নবিঙৈদা বাকযৈ হিনা খোংদুনা লাইজা ঈশিং নুংদা লুপ্পক্লবদা ফ্রিংগি সাহেবশিংদি মণিপুরগী নিংথৌ অসিদি নমু তাইবঙ মী নত্তে খোইযম লাই অশেংবনে, অসুম্না পাওমেন্নদুনা রাকযৈ হিনুংদগী হলবাযনখি।

লাইবেল মৈদিংঙুনা জিলা মপুংযাইদগী দববাব লোযবদুনা মৈদিংঙু চন্দ্রকীর্ত্তিনা মনাই মশর্লাশিংগা লোযননা মায পাক্তুনা হবাও মথোই কানা পোইবৈ মণিপুর স্না লৈবাক্তা হল্লকখি। স্না কোন্নুং হেক যৌবগা মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তিনা শ্রীশ্রীগোবিন্দজিগী মমাঙদা সংকীর্ত্তন কৎকনি হাযখিবা অদুব কাউদনা মহাসংকীর্ত্তন কৎখিবা মতাংবু অসুম্না শৈথাবি ;

> মৈদিংঙুনা পোইবৈ পুংমযোন্দা বাযথুংলবগা চা ঙু গোবিন্দগী অগ্রমাঙদা কীর্ত্তন পালা ১০৮ না হরিধ্বনি তৌএ। থৌরম অসিবু চাংঙু গোবিন্দ চৈতন্য মথৌজান্দগী কোরৌ চিন্দুম চিন বাংবল মংদুমমং কোরৌ খোংদুম খোং বাংবল লাউদুম লাউনা নোংলেন মবাঙহৌবব মাল্লং অযাঙবা খমগোল অচৌবনা খম্বংদা কোরৌ নোংলানপানগী যোইমযাই স্না খোম্মদোন্না নুমিৎ মমায নুথবা মমাথ শেংনা যাথোকপন্তম চেংলৌ শকপাহ্লোংনা নাংথি তবেং পুরখনা ঙানথোইববদা পোইবৈ মাযাম পুন্নমানা মৈদিংঙুবু নমু তাইবঙসুং মনত্তে, চাংঙু খোইযম নশাওনগী ঈশ্বরগী মপুরেনা হাযনা শোনমোইনববগী লাইবেল কোলোয মমিংথোব মহারাজ ঈশ্বরও তৌনা মিংথোনাখএ।

চন্দ্রকীর্ত্তি জিলা চঙবা কৌবা লাইরিক অসিগী লোন্দা পুদা বাহৈ রাতা, মফোঙদোক কযা অসিদা চহীচা ১৯ গী লোযবকপদা মণিপুরী সাহিত্যনা ওইখিবা ফিভম অমসুং থাক খবা মখৈদি মযেক শেংনা উবা ফংই।

ৱারেং সাহিত্যগী ফজরবা শক্তম অমসুং নিংথিনা মপুং মরৈ ফানা মণিপুরী সাহিত্যদা মতমদুদা চাওখৎখিবা অদুবু জিলা চঙবা কৌবা লাইরিক অসিনা ল্যারবা খুদম অমা ওইহল্লি। মতম অদুগী সমাজগী চৎনবী কয়ানা লাইরিক অসিবু লৈতেংদুনা ইরন্বা অসিমক্লা চহী চা ১৯ গী লোইরমদাইদা মণিপুরীশিংনা করম্বা ফিভমদা লৈরম্বগে হায়বা অদুসু লাইরিক অসিদা ফনা নিংথিজনা উত্তুনা ইরি। লাইরেল মৈদিংঙু চন্দ্রকীর্ত্তিনা মহা সংকীর্ত্তন কৎকনি হায়না শ্রীগোবিন্দগী মফমদা ৱারেপখিবা অদুবু থৌকাওদনা মহাসংকীর্ত্তন কোরৌ নোংজা কাংদনা কচ্চখি। মতম অসিদা দেবী ধ্রুমেনসু য়াওখি হায়বসিগী মতাংদা অসুম্না ইরি ;

> থৌনাউজম ওজানা হায়বিরম্বা গোবিন্দগী অগ্রদা কৎলিবা
> কীর্ত্তন অসি মৈদিংঙুগী খোল্লেন মঙলান চানতা ময়ু খোইমোম
> লাইরেম্বা য়ুমজাউ লৈমনা খোল্লেন শঙশঙ থোক্লা হায়রমএ।
> হে নিংথৌ য়াইফাপাও নঙদি নথৌ লোইরে কাওথ্রে।
> অসাইঙে নঙনা শরি ৱাশক্লম্বা ঐগী পুং পালা কৎকে হায়বদি
> কাউবরা অসুম হায়রম্ববু মৈতেংঙুনা লাইরেম্মা ধ্রুমেন কৎলে।

মতৌ অসুম তৌদুনা মৈদিংঙু নিঙথেম পিশক (চন্দ্রকীর্ত্তি) গী স্না হাক্তক অসিদা মণিপুরদা হিন্দু বৈষ্ণবীজমগী চাওখৎপসু খমথেংনা মতোল লোমখি। চন্দ্রকীর্ত্তি জিলা চঙবা কৌবা লাইরিক অসিমক মণিপুরী ইতিহাসকী থৌদোক্তা য়ুম্ফম ওইরগা অশৈবনা থোকখিবা থৌদোক খরবু লাইরিক ওইনা ইথোক্তুনা পাউদম্লম্বা অসিমক মণিপুরী সাহিত্যগী তাংলবা খুদোলনি। লাইরিক অসিনা চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজনা নিংথৌ ওইদুনা পানখিবা মতমদুগী সমাজদা থোকখিবা থৌদোক ৱাথোক অৱা নুংঙাই কয়া অদুবু তুংগী মীরোল ঐখোয়দা নোহৌনা নীংশিংহনবদা নত্তনা শঙশঙ উহল্লি। □

# রূপবাল

মণিপুরী সাহিত্যগী লেপ্তুনা চেঙ্থবকপা ঈচেলদা চহীচা ১৮ অমসুং ১৯ অনিগী তাইনফম লাংদাই অসি মণিপুরী সাহিত্যদা ৱাবেং সাহিত্যনা মপাল ফনা চাওখৎলকখিবা মতমনি। মতম অসিদা লৈবাক্কী নিংথৌ অমসুং মীযাম্না হিন্দুগী লাইনিং লাইশোনবু থৱায যাওনা পামজনা চৎখিবদগী হিন্দুগী লাইশিংবু মৈতৈ যুমথোং খুদিংনা খুৎলুম্নবা মতম অমসু ওইখি। হিন্দু শাস্ত্রদা যুম্ফম ওইবা বেদ পুরান অমসুং লাই তীনগী ৱাবী কযা মীযাম্না বাবী অমসুং লাইবিক থিবা হাযবদা শক শোন্দুনা তানবম্বা অসি মতম অদুগী মণিপুরী সমাজগী মপৃং ওইবা চৎনবী অমসু ওইবমই। লৈবাক্কী নিংথৌনা মতমদুগী খোর্জেই শুবা অশৈবশিংদা হিন্দুগী বেদ পুরান্দা যাওবা লাই তীনগী বাবী কযামক্কম মণিপুরী লোন্দা ইথোকহনখি। খবদং পল্লবদা একাদশি পঞ্চালি, বীরসিংহ পঞ্চালি, অষ্টকাল, কৃষ্ণ ভক্তি, চৈতৈন্য মহাপ্রভু, ভক্ত চরীত, থোইদোক্লা পনবদ মতীক চাববা ঙাক্কনী।

রূপবাল কৌবা লাইবিক অসিসু থোইদোক্লা লাই তীনগী ওইবা ৱাবীদা পাওবৌ পাওতাক কযাগী ৱাবীনা যুম্ফম ওইবগা ইবম্বা লাইবিক্নি। লাইবিক অসি কনানা ইখবগে হাযবগী মতাংদদি থাংজমচা মেঘা সিংহনা মৈদিংঙু চন্দ্রকীর্ত্তিগী স্না হাক্তক্তা ইখি। ভক্ত অথোইবা রূপবালগী বাবীবু মতমদুদা মণিপুরী খুন্নাইদা মীশিংনা যুমথোং যৈনা ৱাবী ওইনা তানবম্বদা নত্তনা পেনাগী শৈহেক্তা ঈশৈ ওইনা শৈহেক শৈদম পান্দুনা শক্লগা তানবমই। মৈদিংঙু নিংথেম পিশক (চন্দ্রকীর্ত্তি ইং ১৮৫০ ১৮৮৬) না জিলাদা দাববাব খোঙলেঙখিবা মতমদুদা চনম্বা পেনা খোঙবনা ভক্ত অথোইবা রূপবালগী ৱাবীবু পেনাগী শৈবোন্দা নিংথৌগী স্না মাংদা যৌগল তৌদুনা মীযামদা তাহনখি। রূপবাল কৌবা লাইবিক অসি ভক্ত গুনামৃত কৌবা সংস্কৃত লোন্দা লীলানন্দ দাসনা লেঙলম্বা লাইবিক অদুদগী মৈতৈলোন্দা হন্দোক্লগা মৈতৈ মযেক্তা মণিপুরী সাহিত্যগী মচল অমা ওইনা ইথোকখি।

লাইবিক অসিগী মপুং ওইবা ৱাবীসু হিন্দুগী লাই তীনগী ওইবা পাওবৌ পাওতাক কয়ানা লৈতেং ওইবগা মীওইবনা চৎকদবা লীচৎ থৌগললোন ব্যবহাব হৌনা লোনচৎ কযা অদুবু মচা খাযনা তাক্কুনা ইবম্বনি। লাইবিক অসিদা হিন্দুগী বেদ শাস্ত্রগী প্রমান পাষ্ছে পাওবৌ পাওতাক কযানা কুযম ওইদুনা যোমশল্লগা লেংলম্বা শ্রীমদ ভাগবত গীতাগী শৰুক মতেক খবসু শ্রীকৃষ্ণনা মনাই অর্জ্জুনগী মফমদা লানফম মযাইদা লীদুনা তাহনখিবা শ্লোক খবসু লাইবিক অসিদা যাওবা থেংনৈ। অদুগা চন্দ্রধজা নিংথৌগী মপাবি ৰূপবালনা পলেম মমা কুবধাত্রিবু খমনুং যম লৈবাক্তা চত্তুনা থিকুবগা শিকুবদগী হিংগৎলক্কুনা তাইবঙ পান্দা অমুক হল্লকতুনা নুংঙাই মবাং কাযনা পানখিবগী ৱাবী অসিনা লাইবিক অসিগী মপুং ওইবা বাবীনি।

ভক্ত অথোইবা ৰূপবালনা পলেম মমাবু থিবা চৎপদা যাংদৌ লম্বীদা অঙকপা থৌদোক কযা থেংনখি। ব্রহ্মা হিংচাববু মাযথীবা পীদুনা নোংমনহন্নখি। যম লৈবাক যৌববদা যম নিংথৌনা ভক্ত ৰূপবালবু অশিবা মযাম অদুগী মবক্তগী পলেম মমাবু খল্লু হাযনা পাওতাক পীববদা মফমদুদা লৈবম্বা অশিবা নুপি পুম্নমক্কী খোল্লাংবু ফিবোল ৭ খন্দুনা মহাক্কী মযাদা শুমথবা মতমদা পলেম মমা নত্তবর্শিং অদুদি খোল্লাং অমত্তসু থোক্তনা মযাদা তাবা ঙমখিদে। পলেম মমা ওইবিবী অদগী খোল্লাং শুমথনকপা মতমদদি খোল্লাংনা ঈযুৎ থোকপগুম মবাং হৌবক্কুনা ৰূপবালগী মযাদা তাখি। অসুম্না ভক্ত অথোইবা ৰূপবালনা পলেম মমাবু শকখঙলদুনা যম লৈবাক্তগী মমাবু শিকুবদগী হিংগৎলক্কুনা মমা মচা অনিনা তাইবঙপান্দা হল্লকপদা লম্বী লমখাংদা খুদোংথিবা কযামকম হকথংনা থেংনখিবা অকি তুজুংনিংঙাই ওইবা থৌদোক কযাগী বাবীবু শৈগাদুনা ৰূপবাল কৌবা লাইবিক অসিদা ইবমই। লাইবিক অসিগী মপুং ওইবা তোপতোপ্পা শক্তম অমদি নার্দা মুনিনা মুনি সভা লেঙনা তিনবদা লাইগী মচা ভক্ত অথোইবা ৰূপবালগী বাবীবু লীদুনা তাহনখিবা অদুবু ৱাবী লৌবগী মওংদা পাউদম্লগা লাইবিক ওইনা ইথোকপা আর্সনি। মতমদুগী মণিপুবী সমাজদা লাই তীনগী মবমদা ইবা লাইবিক লাইশু অমদি লাইগী শাক্ত চেনবা মীশিংগী মবমদা বাবী লাইবিক ওইনা লীদুনা মীযাম পুন্না ফমদুনা তানবা অসি যাম্না মপুং ওইবা চৎনবী অমনি। অসুম্না ভক্ত অথোইবা ৰূপবালগী ৱাবীবু মীশিংনা তাবা

ফংজববদি অব্রা অনা পুন্বা কোকপা ওমই হাযনা থাজনবমই। অশেবনা লাইবিক অসিদা মৈতৈলোন অবিবদা সংস্কৃত লোন মবক মবক্তা খবা খবা মতাং চানা চানা থেৎলগা ইবমই। মসিমক্লা লাইবিক অসিগী মগুনবু থোইনা ফজবা ওইহল্লি। রূপবাল কৌবা লাইবিক অসি ইখিবগী মতাংদা মখাগী অসুম্না ইবি।

> শ্রীহরি হে হযাহে হে। শ্রীকৃষ্ণ চৈতৈন্য মহাপ্রভুবু খুকমচাযে। নাওবা লৌশিং পুন্নমাপু তার্কপালপা শিব ভগবানবুসু খুকমএ। লীলা পুন্নমকপু যাইখাইলিপা অতুপু মাগুহল্লিবা গনেষপু খুকমএ। অসিকি মতুংতা পিতা পুন্নমক্কী মপেমমা ওইবিবী সবস্বতীপু খুকমএ। শ্রী কুর্বকি খুযাপু খুকমচাএ। সুবত ভকতা পুন্নমাপুসু ননাইনা ভকর্তা তৌচালমএ। অসিকুমপা কৃষ্ণকি গুন মতিক অলুপা ভকতা বাবী লমতাংসাং নুংঙাইপা অসিবু লেগুর্চানিংপকি লোইদাম কালেন থা ৬ নি পানবা ব্রেসপতি সংগালশেল নুমিত্তা হৌএ। বাবী অসিবু তাচালপকা শ্রীকৃষ্ণকি অচেৎপা তন্ত্রসু মখগুনএ। পাষ্ঠী পালেম মমা মপা ২ মাকি অরূপ ফকাতসুঙ পোকনএ। নতাইবেন্না অহানবতা লাইবিক গুন অকপ শ্রীকৃষ্ণকি তন্ত্র মতিক অথোইপপু খুকমচবমযে। হৌর্জিক্তি বৈষ্ণব গুন অচৌপা ফকতা বাবী লমতাংসাং নু ঙাইপা হৈয়া লাঙনা শৈথিচকে।

হিন্দু শাস্ত্রগী ফাওববা লাইবিক শ্রীমদ ভগবত গীতাগী শ্লোক কযাব শ্রীকৃষ্ণ অমসুং অর্জ্জুন মপু মনাই অনিনা লানযম নযাইদা ঙাংনখিবা বাবীদা অর্জ্জুননা শ্রীকৃষ্ণগী মযমদা অশেংবা তন্ত্র তাকপীযু হাযজাখিবা অদুগু শ্রীকৃষ্ণনা ভক্ত অথোইবা রূপবালগী বাবী অসিবু মনাই অর্জ্জুনগী মযমদা লীখিবা মতাং অদুবু লাইবিক অসিদা অসুম্না ইবি।

> হে কৃষ্ণ ইবুংঙো তাবিও সংসাব তাইবঙপানকি তাইবঙ অকনবা কৌবসুঙ কদাইবু অকনবা কৌবনো। ভক্তি মুক্তি কৌবসুঙ কবম্ববু ফকতি মুক্তি কৌবনে। পলেম পষ্ঠী ২ মাকি ফকতি সেবা কৌবসুঙ কবম্বু কৌবনো ননাই অর্জ্জুন মহাপাপ্পীলেন ঐনা মীৎকুপ খুদিং শ্রীমুকখ চিনম্না থম্বাল

লৈরোম্বোক্তগী না তাচানিঙএ। হায়না পাওহংচববদা শ্রীকৃষ্ণ লাইনিংথৌনা পাওখুমলকএ। হে প্রান্না ভাই যিতাউ অর্জ্জুনও কোনলোই নপাউ হংবা অসিবু কৃষ্ণ ঐবু উনবি পুকনিং বৈষ্ণব নংঙোন্দা ভক্তা লমচৎ অবেপ্পবু হাইবগে উনবি পুক্লিং তপ্পা না তাও। তাইবঙ অকনবা কৌবদি কোল্লোই যাথং লেপ্পা উনবি পুক্লিং হোংদবা সৈত্য ব্রাচুম্ববু হেন্না অকনবা ১ লৈতে। নমু অসোনবা কৌবসুঙ সৈত্য মহাকনে। ভক্তি মুক্তি কৌবসুং সৈত্য মঙোন্দগী মপোকএ। সৈতা ব্রাচুম অবেপ্পগী গুন মতীক খঙনববু ব্রাহমলক্কে হায়না মনাই লোকলৌ স্না কোল সিন্নৌ কুবাং সিং চিনস্না থম্বাল মাইযোক্লনা ব্রাহমলকএ। হে প্রান ভাই ইতাউ অর্জ্জুনও লাহান প্রুবে মমাঙদৌ চমপাকানকলা কৌবা লৈবাক অমা লৈবমএ। লৈবাক অদুগী কোবৌ মনোংথৌদি চন্দ্রধজা ও তৌনা কৌএ। চন্দ্রধজা কৌবা নিংথৌদো পাঙ্গল মপা তামএ। খোইযম লাইগী থোঙজিন্দা উর্নবি পুকনিং মমাই ওর্নসিল থোইএ। খেমা দয়া ঙাকপী হৈএ। নিংথৌ তানলোই মকম্বী পাতেশ্বরী মহাবানীকি কোনলোই থোংদি কুবধাত্রিও তৌনা কৌএ। কুবধাত্রি মর্হাক মহাসতীলেন চেংলৌ সকতানাএ। পাইমা উনকোইনুংবু সবস্বতী উনবী পুকমালনএ। সতী উনবী অচেৎপদি থংলেন মপুবোইববু এত তবা চাকহেনবগুম নিঙজা থোইএ। লৈবাক প্রজা পুন্নমাবু তবা অচা বাৎতা চৈবৈ অযিনা তামদা যেক্লা তিংখং লৈতা লোকলৌ পাউনাইদা তিংখং ব্রাসৌ লৈতনা পানযএ। অসুন্না পানফাবদা নিংথৌ মহাবাণী অনীমক্তো মপাবি ১ তা সাৎনদে। মমোম ১ তা যুইদবকি মদাইবেম গনলত খেলহৈববু পাওকৌলবগা চন্দ্রধজা নিংথৌ স্না মযাথংবু পোলপী কোকিল খোন্দাননা পাওমেল্লকএ।

শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা অর্জ্জুন্না অশেংবা তন্ন তাকপীযু হাযজববদা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা মদাইবেম অর্জ্জুনগী মফমদা নিংথৌ চন্দ্রধজা অমসুং মহাবানী কুবধাত্রিগী ব্রাবীবু লীদুনা তাহনখি। চম্পাকানকলা লৈবাক্কী নিংথৌ চন্দ্রধজানা মশানৌ তাল্লোয মহাবানী কুবধাত্রিগা মবাল লুহোং খোংদোংনা তাইবঙ যুমলেপ চাবা লীংদুনা লৈবকপবু চহী কুমশিং যাম্লক্লবদা মপাবি মমোম অমত্তা

শাত্রবদা শাবী শানৌ মতে মনাউ অনিদি ৱাবগী ঙমখৈ লৈখিদে। চন্দ্রধজা নিংথৌনা গনলত অঙ্কখুহোৎ চুম্ববু পাওকৌদুনা মপাবি মমোম ফংলবোইদ্রা হাযনা যেংহনখি। গনলত অঙ্ক খুহোৎ চুম্বনা কুপ্পা যেংলবা তুংদা চন্দ্রধজা নিংথৌগী মফমদা মপাবি মমোম ফংজৌ হাযববু লৈযে। মবম অদুনা কোবৌ নুমিৎ খুদিংগী শিব মহাদেববু পুজা তৌদুনা খুকমজৌ তাকপীখি। চন্দ্রধজা নিংথৌ অমসুং লৈমা ৰুবধাত্রি অনিনা চীংঙু মহাদেববু থৌকাওদনা লোইদাম থাশিং কুমশিং যাম্না নিংজবদগী নোংমা কোবৌ নুমিৎ অমদি নিংথৌ চন্দ্রধজাগী খোল্লেন মংলান্দা লম্বোই লাইবু নীংবা শানা লৈবাং পবেং অমবু শমু খুত্তা শিন্নবগা অসুন্না তাকপীবমখি। হে চন্দ্রধজা নিংথৌও নংনা চীংঙু মহাদেব ঐবু থৌকাউদনা নিংজবগী মহৈনা থোইদোক হেন্দোকপা লাইগী মশক ওইবা তাইবঙপানগী মীওইবনা ফংঙমদবা খুভমবু লাইনা ফংবা ঙন্না নপাবি অমা ফংজবো। তৌর্বদি অঙাং অদুনা তাইবঙ খোঙদাববা মতুংদা পলেম মমাদি অঙাং নাৱা মাগা শেৎনা খাযনগনী হাযনা পাউতাকলমখি। চন্দ্রধজা নিংথৌনা মশানৌ তাল্লোয মকন্থী মহাবানী ৰুবধাত্রিগী মফমদা খোল্লেন মংপাউ তমজববদা লৈমা নিংথৌ অনিদি অবা হুইশোক লাংনা চিন্তা পোৎলুম পুনা চীংঙু খোইযুম মাগী থৌদাখোল কাযফদববু কোকচনাবা চীংঙু লাইথোং খুদিং চঙদুনা খোইযুম থৌদাখোল যত্তববু ঙাকথোকপীনবা থৌনিজখি। চীংঙু খোইযুম থৌদাখোলদি কাযফদবনা ৰুবধাত্রি মহাবানীদি মপাবি অমা শাৎলবদা শমু মহাকশাংবু পাংশোই নিক্লা অনা লাইওং খঙদনা নাবদগী লৈবাক্কী অমাইবা অমাইবীনা চীংঙু খোইযুম লাইযাম খিবিকপু খুকমজদুনা থৌনিজববু যবা ঙমদনা ৰুবধাত্রি মহাবানীদি কোবৌ থক্তা নোঙ্গাখি। চন্দ্রধজা নিংথৌদি মশানৌ তাল্লোয মকন্থী ৰুবধাত্রিনা মপাবি নাবা ৰূপবালবু হুন্দোক্লন্নগা তাইবঙপান থাদোক্নুনা কোবৌ থকতা নোঙ্গাখিবা অদুদা থম্মোয শোক্লা নুংঙাইতনা ৱাবগী পনখৈ লৌখিদে।

ৰুবধাত্রি মহাবানীনা থুপথ্রবদা লৈবাক মীযাম্না নিংথৌ চন্দ্রধজাগী মফমদা লৈবাক্কী লৈমবেন্থী ওইনবা মোমনু নুজা অমবু থিনবা হাযজববু চন্দ্রধজা নিংথৌদি থম্মোয শোক্লা নুংঙাযতনা মশানৌ ইবেম্মা লৈমা ৰুবধাত্রিগীদমক খল্লুবদা হোয যাবা ঙমখিদে। লৈবাক মীযাম্না নিংথৌ মাগী মফমদা কযাবক হাযবদগী চন্দ্রধজা নিংথৌসু লৈবাক মীযামগী অনিংবা

অদুদা হোয যাবদুনা লৈবাক্কী ফম্নাইবা ফমথৌলোইশিংনা পাতেশ্বরী মমোমলোন কবথৈনা কৌবিবু হাযকদুনা মবাল লুহোং খোংদোংলবদা চন্দ্রধজা নিংথৌ অমসুং মহাবানী কবথৈনা অনিদি নুংঙাই যাইফনা পানখি। মপাবি অঙাং নাব্রা কপবালসু চহী কুমশীং অহুম শুবদুনা নাহুৎ নাবেং তমখি। মতুংদা লাংহৈ কুমশিং মঙা শুবদুনা লুগুন থাংদুনা মহৈ মশীং তম্নবা মপন পষ্টৌ চন্দ্রধজা নিংথৌনা ব্রাহ্মন হবিশর্ম্ম কৌবগী মফমদা শিন্নখি।

নোংমা কোবৌ অমদি হবিশর্ম্ম ব্রাহ্মন ওঝানা কপবাল অঙাং ওইবদা লাইবিক তশ্নীবা মতমদা চুমই লাল্লি হাযদুনা নিংঙাই শাংদানদুনা মবৈ যেৎনবকপদগী নিংথৌ মচা কপবালদা ব্রাহ্মন ওঝা হবিশর্ম্ম নংনা হাযবদি লাল্লি ঐনা হাযবনা চুমই হাযদুনা নিংঙাই শাংদানদুনা মবৈ তৌনবদা ব্রাহ্মন ওঝা হবিশর্ম্মনা শাওমনখিদুনা অশাও খাম্বী মৈহৌনা নিংথৌ মচা কপবালবু ওঝা গুরুগী মফমদা থৌগললোন ব্যবহাব মশক খণ্ডবদি হাযদুনা অশাওবা খোনফমদা মমা পোক্তবীনা যোকপদগী ওইবেকো হাযনা মিঁচৈববদা নিংথৌ মচা কপবালদি মদোম শাওমনখিদুনা অশাও খাম্বী মৈহৌনা ব্রাহ্মন ওঝাগী মফমদা অসুম্না হাযখি। হে ব্রাহ্মন নংগুম্বনসুং ঐবু পোক্তবী পলেমনা নাউযোকই হাযজবসাই। ঐগী পলেম ইমাদি কবথৈনা লৈমবেম্বী মহাকনে। ব্রাহ্মণ ওঝা হবিশর্ম্মনা কবথৈনা লৈমবেম্বী মহাকপু নঙবু হেক পোকপা পলেম নমা নত্তেযে হাযনা পাওখুমখি। নিংথৌ মচা কপবালনা ওঝা ব্রাহ্মন হবিশর্ম্মগী মফমদা মহাক্না থৌগললোন ব্যবহাব মশক খণ্ডনা হাযখিবা ঙাংখিবা কযা অদুবু ঙাকপীযু হাযনা খুকমজখি। কপবালনা থুনা যাংনা মোংবা মবাল যাই স্না কোন্নুংদা হল্লক্লগা মপল পষ্টৌ চন্দ্রধজা নিংথৌগী মফমদা মহাকপু পোকপা পলেম মমাবু কনানো কদাযদা লৈবগে হাযনা পাউহংজববদা মপল পষ্টৌ চন্দ্রধজা নিংথৌনা শঙ্গাযনুংদা লৈবিবী কবথৈনা মহাবানী অসিবু নঙবু পোকপী নমানী হাযনা তাকপীখি। মপাবি কপবালনা মিৎস্না ঈবা চেন্না মপুকনিং নুংশিনা কপ্লদুনা মপল পষ্টৌদা পলেম মমা কবথৈনা মহাক্তি ঐবু পোকপী পলেম ইমা অদু নত্তে ঐবু পোকপা পলেম ইমা অদুবু মফমকৈদা লৈখিবগে শেংনা তাকপীযু হাযদুনা মিকপ্লবদা মপল পষ্টৌ চন্দ্রধজা নিংথৌদি খাঙবা ঙন্নক্রদুনা মপাবি কপবালবু চিংনা যেংলগা পাবি ইবুংঙো নংবু পোকপী পলেম নমাদি নহাকপু হেক পোকপগা

কোবৌ থক্তা নোঙ্গাখ্রে। পলেম নমা লৈতবগী কবি থোইনা ৱাক্নগনু পল্টৌ নপা ঐহাক লৈবিযে হাযনা মপাবিবু শল্লাং তোনগা নাল্লদুনা পাওথেমজখি। চন্দ্রধজা নিংথৌনা মশানৌ কবধাত্রিবু কৌবদুনা ইশানৌ ইবেম্মা কবধাত্রি নহাকপু নপাবিনা থিবকলে মালেম তাইবঙপানশিদা হলৱাযলক্লোগবা হাযদুনা তেংথানা পীবেম থকমা তানা মীকপখি। মপাবি কপবালগী মফমদা পাবি নহাকপু পলেম নমাবু নীংশিংদুনা হংলগনু নপল পল্টৌ ঐবু অমুক অৱা হুইশোক লাংনা মিকপহল্লগনু নপল পল্টৌ ঐগী থম্মোযসে পুববু ঙমদনা কাযবেদা হাযনা মপাবি কপবালগী মফমদা থম্মোয শোকপা খোলফমদা থৌখামখি। মপল পল্টৌ চন্দ্রধজা নিংথৌগী অৱাবা মতৌদা থম্মোযশোক্লা নুংঙাযমনখিদ্রদুনা পলেম মমা কবধাত্রিবু খম্লুং লাইবৈবাক্তা চত্তুনা থিকগে হাযদুনা মপল পল্টৌ অমসুং পলেম মমা কবথৈনা অনিগী মফমদা থৌজাল লনকুবিযু হাযজববদা মপল পল্টৌ চন্দ্রধজা অমসুং পলেম মমা অনিদি ঙকপগী ঙমখৈ লৈতনা মপাবি কপবালগী নফমদা অসুন্নবু পাওমেল্লকখি।

> হে পাবি ইবুংঙো কপবাল চেংলৌ সককোই হেনবাও নাৱা কোলোই নযাথংবু কবি ৱানো। অঙাই তাইবঙ মালংপানদি তাইবঙ অমা পোকসু পোকএ সিসুঙ সিএ। অমল খমলৈ কুম অকেম চকমোম লাংগা ওইনা থানযম কোক্কক তম লমযাই কাইথিল তন্না চকমোম খাম্নী মৈপুকনুংদা শমু মহাকশাংবু তুমনখিযে। প্রান থবায অমতুনা যমবাজ মবৈৱাকপু যিন্দানখিবনে। অমল খমলৈ কুমখিবপা মীগা অঙাই তাইবঙ পানবগা খোম্লেন মঙলান চাবু নৎতনদি অঙাই তাইবঙ পানবকা চেংলৌ শকউন্নৌ তমদবে। কোবৌ কৈদৌ নোংসুং পলেম নমা উববোইএ। তাইবঙ সিখিবপপু পাবি থিনা খঙএ হাযববু খল্লাংপাৱাবীদা হাইবমদে। যিবেং পুৱাবীদা লেংলমদবে। কোবৌ কৈদৌনোংসু পলেম নমা খঙলুলোইযে পাবি কবি ৱানো তঙাইএ। নপল নিংথৌ ঐগী ফৈবা তাজিনথক্তদুম নুংঙাই মবাং কাইনা যাঙ্গোইও হাযনা ফৈবা তান্দা পম লোকলৌ শানা কোলনা থৌখান্নবু হোয যাদনা পাওমেল্লকযে।

মতৌ অসুম তৌদুনা মপল পল্টৌ চন্দ্রধজা নিংথৌনা মপাবি কপবালগী মফমদা থৌখান্নবদসু হোয যাদনা মপল পল্টৌ চন্দ্রধজা নিংথৌ

অমসুং পলেম মমা ক্ববথৈনা অনিগী মফমদা পলেম মমা অপোকপীবু থিবা চৎচক্কগে থৌজান লনকুবীযু হাযনা মপাবি ক্বপবালনা হন্না হন্না হাযজখি। মপল পন্থৌ চন্দ্রধজা নিংথৌনা মপাবি ক্বপবালবু থৌখাল্লবসু যাববোই খঙলদুনা মদাইবেম গনলত পাঞ্জি খুৎহোৎ হৈববু থুনা যাংনা পাওকৌহল্লবগা মপাবি ক্বপবালগী মপোক লাংওনবু ফত্তবা খুদোংথিবা থোক্কদববু কবি লৈবগে যেংহনখি। মদাইবেম গনলত পাঞ্জি খুৎহোৎ চুম্বনা ক্বপবালগী মপোক মযিবু উববদা চন্দ্রধজা নিংথৌগী মফমদা অসুম্নবু পাওমেনখি। চন্দ্রধজা ইনিংথৌও নপাবি ক্বপবাল অসিদি খোইমোম লাইগী মপোক শঙশঙবনে কবি থোইনা ফত্তববু থোক্কদবা লৈতেযে। লাংহৈ কুমশিং ১০ শুবকপা মতমদা বিদেশ লৈবাক লান্না কোযনা চত্তুনা কাযনখ্রবা পন্থৌ পলেম্মু তানফংজৌও হাযববু লৈযে। অসুম্না গনলত পাঞ্জি খুৎহোৎ চুম্নগী মপাউখোনবু তাববদা চন্দ্রধজা নিংথৌদি মমাঙৈঙগী হৌখিবা মতমদা নোংমা কোবৌ নুমিৎ অমদা চীংঙু শিবা মহাদেবনা খোম্লেন মঙলান্দা লাক্তুনা হাযখিলা বাবু নীংশিংলক্কুনা মপাবি ক্বপবালনা শিখ্রবা পলেম মমাবু থিবগে হাযজবা অদুবু হোয যাদুনা মপাবি ক্বপবালবু থৌজাল লনকুবিখি। মপল পলেম যোকচবী মহাবানী ক্ববথৈনাসু মপাবি ক্বপবালগী মফমদা পলেম মমা অপোকপীবু তানফংবা ওইজৌও হাযনা থৌজাল বব পীবিখি। গুরু ব্রাহ্মন হরিশর্ম্মাবুসু খুরুখুদক কুম্না মালেম লৈপাক শোক্না খুরুমজববদা পলেম মমা অপোকপীবু তানফংজৌও হায়না থৌজান লনকুবিখি।

অসুম তৌদুনা নাবা অঙাং ওইবিবা ক্বপবালনা অশিবগী লাই যমরাজ কৌবদি হাওবৈ খানা পাংবা লমদা লৈএ হাযদুনা শমু মাইওন খাপাংনা ওল্লদুনা চীংঙু শ্রীকৃষ্ণবু চিন্দা শোন্না যাত্রা খোঙশাল্লকখি। চীংঙু লাইপোক থোইখোইবা ক্বপবাল অঙাং নাব্রা ওইবিবনা চীংঙু যমরাজগী মবমখৈবু ইন্দাল্লকপদা অচৌবা চীংজাউ, পাৎ, তুবেল, অসুকপা উমং ব্রামং কযাবু লান্দুনা পলেম মমা অপোকপীবু থিবা লাকখি। শা কৈ, শামু, নোংশা, শওম, যোংমু কযানা যাংদৌ লম্বীদা থৎলম্ববু পলেম মমা অপোকপীবু তানফংজগনি খনখিবা ব্রাখলনা মাংওইনদুনা কবিসু নাচুংলুদনা অকি তুজুং খঙদনা অসুম লাকপনা মমৈথংদা লৈবাক অমদা ব্রাযথুংখি। মফম অদুদা অঙাং নাব্রা ওইবিবা ক্বপবালনা অহল ওইববা নুপা অমা থেংনখি। অহল

অদুগী মফমদা রূপবালনা লৈবাক অদুগী মমিংবু কবি কৌবগে হংজখি। রূপবালগী মফমদা অহল অদুনা লৈবাক অসিগী মমিংদি কনচন্না কৌই অদুগা লৈবাক অসিদা পাল্লিবা নিংথৌগী মমিংনা বীবসিংহ কৌই হায়না রূপবালগী মফমদা তাকপীখি। বীর্বসিংহ নিংথৌগী মহাবানীগী মমিংনা ধর্ম্মশ্বরী কৌই। নিংথৌ মহাবানী অনিগী অমত্তা পোকচবী মমোম অমসু লৈযে মমিংনা হেমলতা কৌই। অসুম্না অহল মতম ওইববা অদুনা রূপবালগী মফমদা লৈবাক অসিদা ব্রহ্মা কৌবা হিংচাবা অমসু লৈএ। কোবৌ নোংজা খুদিংগী নমু মীপুম অমমম চাবদগী কোবৌ নুমিৎ মশীং যামশল্লক্কুনা যুমথোং খুদিংগী নমু পোংওইববু লেপ্তুনা চাবকপনা যুমথোং খুদিংবু নমু পোওইববু লৈশিল্লক্রদুনা নমু যুমথোং খুদিং হাংশিল্লক্কে। অহল মতম ওইবগী যাৱা পাউদমখোনবু তাববদা নাৱা অঙাং রূপবালদি উনবি পুক্লিং ঙক মচিন্দা বিষ্ণু বিষ্ণু সোন্না অসুম লাকপনা মমৈথংদা নুংঙায যাইফনা লৈবা যুম অমবু থেংনখি। মোংবা যুমজাউ অদুর্দদি নমু পোংবা মঙা লৈ। কোবৌ নুমিৎ অর্দুদি বীব সিংহ নিংথৌগী মদাইবেম অহল মতম ওইববা অমা লাক্লগা ঙসি কৌবা নোংগী ব্রহ্মা হিংচাবগী চাকথাক্তি নখোযগী ইমুংদা লৈবিবা নমু পোংবা মঙাগী মনুংদা অমা তাবে হায়না পাও পীখি। মতমদুদা হনু মাল্লে কাববা অহল অদুগী মফমদা নমু পোংওইবা মঙা অদুনা স্না লুপানা নবেপ তম্না কৎচগে নমু যুমখো° অমা কাল্লগা পালি থাবিনবা হায়জববু লৈবাক ইনিংথৌগী নাকোংনা শোযদনবু তাগনি অদুনা নমু যুমথোং কান্না পালি থাফদবে হাযববদা নমু মীপুম মঙা অদুদি ওন্না থোইনা অৱা হুইশোক লাংনা মীকপর্নখিএ ।মতম তাঞ্জা অদুমক্তদা নাৱা অঙাং রূপবালসু মাইকৈ অদোমদা লাকপদা নুমিৎ তাবনা হানখিদুনা মদোম অসুম্না খল্লকখি। নহাল নোং উমং ৱামং চাং পাৎ তুবেল কযা লান্দুনা লাকপা মতম অদুদি লমহাংদা উখোং ৱাখোং থিদনা যাবেক্লবসু ঙসি কৌবা নোংসিদি উখোং ৱাখোংদবু যাবেকফদ্রে নমু যুমথোং অসিদবু চঙলগা যাবেক্লুগে খল্লদুনা ব্রাহ্মন নমু পোংওইবা মঙানা মীকপ্পবিবা মোংবা শঙ্গায অদুদবু ৱায়থুংখি। অঙাং নাৱা রূপবালনা কোবৌ নোংমসিদংদি ইমুং অসিদা যাইবেকচগে হাযনা ব্রাহ্মন নমু পোংওইবা মঙামক্কী মফমদা হাযজববদা ব্রাহ্মন অহল যুম্মুবেন অদুনা তম্বা অঙাং নাৱা ওইবিবা নহাক্কী যাৱা খোঞেলবু তাবদা

নুংশিয়ে নশক যেংবসু পুক্লিং হুইযে। অসুম্না পাওমেল্লদুনা নাৱা অঙাং ৱাপবালবু তবা চীন্দম পীজবে হৈবাং অথুম অহাওসু পীজ পীথক তৌববদা নুমিদাং তাংলৌ থেংজিল্লক্লবদা নমু পোংওইবা ব্রাহ্মণ মঙামক্তো ব্রহ্মা হিংচাবগী চাকথাক্কীদমক খন্নবক্লবদা ব্রাহ্মন অহল যুম্বুবেন অদুনা মপাবি অহুমগী মফমদা পলেম নমা নচা নখোয মবিবু লৈহৌবো নপল পষ্টৌ ঐহাক্তি ব্রহ্মা হিংচাবগী পালি চাকথাক ওইনবু চৎলগে পাওমেল্লবদা ব্রাহ্মন্নী অহল মতম ওইববী অদুনা নশানৌ তাল্লোয মকম্বী ঐনা চৎকনি হাযনা পাওখুমখি। পলেম মমাগী যাৱা মপাউখোম্বু তাববদা মপাবি অহুমদো খাংবা ঙম্লক্রদুনা অহল ওইবা মপাবি অদুনা মহাক চৎকে হাযখি। নহাশিং অদুনসু ঐ চৎকে ঐ চৎকে হাযববদা নাৱা অঙাং ৱাপবালনা পুম্নমক অদুবু উববদা অহল মতম ওইববা ব্রাহ্মনগী মফমদা পাওহংখি। কবি মবম লৈবগীদমক অৱা হুইবাং থাংনা নুংওন পুক্লিং নুংশিনা মীকপ্পনো।

অহল মতম ওইববা ব্রাহ্মন অদুনা ৱাবম পুম্নমক লীদুনা ৱাপবালবু তাহল্লবদা ব্রাহ্মন অহল মতম ওইবনা ৱাপবালগী পাবী পুবী অশেংবা তাকপীযু হাযজখি। ৱাপবাল অঙাং নাৱা ওইবনা ঐদি চম্পাকানাকলা লৈবাক্কগী লাকপনী। পষ্টৌ ইপাগী মমিংনা চন্দ্রধজা কৌই। ঐবু পোকপী পলেম ইমাগী মমিংনা কুবধাত্রি কৌই। নাৱা অঙাং ঐগী ইমিংদি ৱাপবাল কৌই। ইপল পষ্টৌ চন্দ্রধজদি চম্পাকানাকলা লৈবাক্কী নিংথৌনি। অঙাং নাৱা ওইবিবা ঐহাক্না মফম অসিদ। লাক্লিবসিগী মবমদি ঐবু পোকপী পলেম ইমা লৈমা কুবধাত্রিনা নাৱা অঙাং ঐহাকপু পোকপগা হুন্দোক্লম্লগা লাইবৈবাক্তা নোঙ্গাখ্রে। পলেম ইমা লৈমা কুবধাত্রিগী অশিবা হকচাংবু যম লৈবাক্কগী অমুক হিংগৎহল্লগা তাইবঙ পান্দা পুবক্রবদি অঙাং নাৱা ঐহাক্তি মোংবা ইবাল যাইদা অমুক হলৱাযলবোই হাযনা ব্রাহ্মনগী মফমদা পাওমেনখি। ব্রাহ্মন অহল ওইবা অদুনা নিংথৌ মচা ওইবা ৱাপবালগী মফমদা লৈবাক অদুদা থোক্লিবা থৌদোক খুদিংমক অমত্তা চিংখদনা পাওদমখি। অঙাং নাৱা ৱাপবালনা ব্রাহ্মন অহল ওইবগী মফমদা ঙসি কোবৌ নোংদি অঙাং নাৱা ঐগী নীংবা থুংজবগে হাযদুনা ব্রহ্মা হিংচাবগীদমক কবি থোইনা ৱাকগনু নপাবি পাংখক ওইববা অঙাং নাৱা ঐহাক্না হিংচাবগী চাকথাকপু ওইনা চৎকনি। অঙাং নাৱা ৱাপবালগী ৱাহৈবু তাববদা ব্রাহ্মন অহল মতম ওইবনা

ব্রহ্মা হিংচাবগী চাকথাক্কীদমক নমু মিহুৎ শিনববু তৌফদে। নিংথৌ মচা ওইবা রূপবাল নংবু নুংঙাই মবাং কাইনা অৱা পোখানা নোংলেনবীযু। হয়েং কোবৌ ঙাল্লবগা তবা চাকঙন চানা পলেম নমাগী খোঙ্গুল লিকও। ব্রাহ্মন অহল মতম ওইবা অদুনা হায়জবা অদুবু অঙাং নাৱা রূপবালনা মযাদ্রবদা ব্রাহ্মন অহল ওইবদি মপাবি অহুমগা লোযননা অঙাং নাৱা রূপবালগী মফমদা ধুপ থাওমৈ থাদুনা অহাও অথুম কত্তুনা খুকমজখি। ব্রাহ্মন অদুনা মপাবি অহুমগা লোযননা মোংবা মবাল যাইদা চঙদুনা খোল্লেন তুমখুন তানখি। অঙাং নাৱা রূপবালদি ফুবা লাইযিমনুংদা মচিন্দা কৃষ্ণ শোন্দুনা ফমদুনা লৈখি। ব্রহ্মা হিংচাবা মাগী চাক্তাফম ফুবা অদুদা চঙলকপদা অঙাং নাৱা ওইবা অমবু লাই নীংদুনা লৈবম্বা উবদা ঙক্লদুনা অঙাং নাৱা রূপবালগী অশেংবা পবিচযবু হংখি।

অঙাং নাৱা রূপবালনা ব্রহ্মা হিংচাবগী মফমদা খুকমজদুনা অসুম্না পাওখুমখি। ঐবু পোকপা পম্বৌগী মমিংদি চন্দ্রধজা কৌই। পলেম ইমাগী মমিংনা রুবধাত্রি কৌই। নাৱা অঙাং ঐহাক্কী ইমিংদি রূপবাল কৌই। নাবা অঙাং ঐহাক্তি পলেম ইমা পোকমাবীবু নৌনা কাযনখিদুনা পলেম ইমাবু শিকনবা যমবাজগী লৈবাক্তা লাকপনি। কোবৌ নুমিৎ তাথ্রদুনা ব্রাহ্মন মপা মচা মঙানা লৈবিবা কোলোই শঙ্গাইনুংদা যাবেকচগে হাযরুবদা তবা চাক গীজবগা ফুবা লাইযিমনুং অসিদা যাবেক্লবা থনম্বনে হাযনা পাওখুমখি। অঙাং নাৱা রূপবালগী মপাউখোনবু তাববদা ব্রহ্মা হিংচাবনা চীংঙু খোইযুম শিদবগী ৱাযেন থৌদাখোল্লা ব্রহ্মা হিংচাবা ঐগী পাপ পুন্নমক কোকপীবগে খন্দুনা খোইযুম লাইবু নীংবা অঙাং নাবা অসিবু ঐগী চাকথাক ওইনা থাবক্লবনি হাযনা মদোম খনখি। ব্রহ্মা হিংচাবনা অঙাং নাৱা রূপবালগী মফমদা অসুম্না হাযখি। ব্রহ্মা হিংচাবা ঐহাক্তি বীরসিংহ নিংথৌনা কোবৌ নুমিৎ খুদিংগী নমু তাইবঙ মী অমবু চাকথাক পীবা হাযনা যান্নদুনা কোবৌ নোংজা খুদিংগী ব্রহ্মা হিংচাবা ঐদি চাকথাক ওইনা নমু পোংওইবা অমমম চায। ঙসি কোবৌ নোংদি ব্রাহ্মন নমু মীওই মঙা লৈবগী ইমুংদা পালি তাববু পালি মহুৎশিন্না নাৱা নহাকপু ফুবা লাইযিমনুং চাকথাফম অসিদা থনম্বনি। অঙাং নাৱা নহাকপু চাউ হাযববা চানু হাযব্রা হাযদুনা পাওহংলবদা অঙাং নাৱা রূপবালনা ব্রহ্মা হিংচাবগী মফমদা চাবিযু নহাক্লা চাদুনা শিববদি

পলেম ইমাগী মনাক্তা থুনা যাংনা থুংদুনা পলেম ইমা পোকমাবীবু উন্নবগনি। অসুম্না ব্রহ্মা হিংচাবগী মফমদা অঙাং নাৱা ৰূপবালনা হাযজববদা ব্রহ্মা হিংচাবনা ঐদি নমু পোংওইববু হেক্তা চাদে, ঈশ্বৰগী গুন থাদুনা শ্লোক মশীংশুনা খঙলবদি অদু গুম্না মীশক্তু ঐগী চাকথাক ওইদুনসু ঐনা কৈদৌনুংদসু খক চাদে। অঙাং নাৱা নহাকসু শ্লোক মশীং শুনা থিজৌও হাযববদা ৰূপবাল অঙাং নাৱানা শ্লোক মশীং শুনসু খঙজদে থিবসু ঙমজবোই নাৱা ঐবু পন্থবা তৌদনা চাবীযু হাযজখি। ব্রহ্মা হিংচাবনা ৰূপবালগী মফমদা তাইবং সংসাব ওইবগী ৱাবু পাউহংখি। তাইবঙ সংসাব অসিদা ধৰ্ম্ম কৌববু কদাইদগী পোকপনো ধৰ্ম্ম মহাকসু কদাইদা লৈবনো ধৰ্ম্ম মহাকপু মতৌ কবম্বনা চাউখৎপনো। ধৰ্ম্ম মহাকপু মতৌ কবম্বনা মাঙবনো নাৱা ৰূপবাল-ও ৱাবম অসি হায-ও হাযনা পাওহংববু অঙাং নাৱা ৰূপবালনা পাওখুম্লকখি। হে মহাসয ব্রহ্মা হিংচাবাও চুম্বদি চুমলোইযে নাবা ঐনা তাবা ৱাবু নংঙোন্দা হাইগে তাও তাইবঙ পুক্লিং লেপ্লবা সত্য অচুম্বা তৌবদগী ধৰ্ম্ম মাবু পোকএ। মীগী মপোৎ পামদবা হাযখিবা ৱা-হোংদনা ঙাক্লা চৎপা উনাবি পুক্লিং অবেপ্লা মঙোন্দা ধৰ্ম্ম মানা লৈএ। কৰ্ম্ম তৌগদবদি পলেম পম্বৌ অনিমক্কী সেবাবু পুক্লিং লুপনা কাউদনা তৌজবা খোইযুম লাইগী থোঙজিন খুদিং চঙদুনা খুকুমজবা সাধু বৈষ্ণব পুম্নমকপু সেবা নীংথিনা তৌবিবা অদু খিবিক অদুনা ধৰ্ম্ম মাবু চাউখৎলে। অশাওবা খিবিক্লা ধৰ্ম্ম মাবু মাঙহল্লে। অশাওবদি মবম অনিনে। হবি লাইনিং শিদববু তানফংনা শাওববদি ধৰ্ম্ম চাওখৎনৈযে অদুনা পাপ লমচৎনা শাওববদি ধৰ্ম্ম মাবু মাঙনযে হাযনা পাওখুম্লবদা ব্রহ্মা হিংচাবনা পুক্লিং হবাও থোইনা মখা তানা অসুম্নবু পাওমেল্লকই। অঙাং নাবা ৰূপবাল সংসাব অসিদা অকনবা কৌবদি কদাইনো। অশোনবা কৌবসুঙ কদাইনো, অশাবা কৌবসুং কদাইনো। অযিংবা কৌবসুং কদাইনো। অৱাংবা কৌবসুং কদাযনো। অনেম্বা কৌবসুং কদাইনো। অকন্বা কৌবসুং কদাইনো। অযাংবা কৌবসুং কদাযনো হাযনা ব্রহ্মা হিংচাবনা ৰূপবালগী মফমদা পাওহংলবদা অঙাং নাবা ৰূপবালনা পাওখুমখি।

অৱাংবা কৌবদি পম্বৌ ইপাগী মগুন্না মৱাংই। অকন্বা কৌবদি পলেম ইমাগী মগুন্না মকমযে। অশাবা কৌবদি বাজা সভাগী গুন্না মশাইযে।

অকুবা কৌবদি শ্রীগুরু অথোইবা হরিনাম তাকপিবা হরিনাম গুন্না মকুইযে। অকনবা কৌবদি খোইযুম লাইগী গুন্না মকললে। অশোনবা কৌবদি নমু মীবল তোনবা যাথং ব্রাফৈ হাযবমুক হেন্না শোনবা অমা লৈতে। অনেম্বা কৌবদি নমু মীখা পোলবমুক হেন্না নেম্বা অমা লৈতে। অয়িংবা কৌবদি কোল্লোয যাথং অতপ্পবু হেন্না ইংবা অমা লৈতে। অযাংবা কৌবদি মিপাইববু হেন্না অযাংবা অমা লৈতে। অসুম্না অঙাং নাৱা রূপবালনা ব্রহ্মা হিংচাবগী ব্রাহংগী পাওখুম পীখি। ব্রহ্মা হিংচাবনা মখা শমথদুনা অমুকসু বাহং কযা অমসু অঙাং নাৱা রূপবালগী মফমদা পাওহংখি। নুংঙাইবা কৌবসুঙ কদাযনো, নিঙথিবা কৌবসুঙ কদাইনো। মোংবা মবাল যাইদা লৈবিঙৈদি কনাগা মরূপ ওইগনি। দেশ লৈবাক বাংমা লান্না চৎলবদি কনাগা মরূপ ওইগনি। অনা লাইথুং পান্দুনা নাববদি কনাগা মরূপ ওইগনি। বাথোক লাম্থোক্লবদি কনাগা মরূপ ওইগনি। অবোইবা লাক্লবা মতমদা কনাগা মরূপ ওইগনি হায়না পাওহংলবদা নাবা অঙাং রূপবালনা অসুম্না পাওখুমখি।

হে ব্রহ্মা হিংচাবা ও অযাঙবা কৌবদি পুক্লিংদগী হেন্না যাঙবা অমবু লৈতে। অনাবা কৌবদি বাখল লাইনাবু হেনবা অমা লৈতে। নুংঙাইবা কৌবদি মীগী মবল তোন্দবা ঐগাসু মাঙোন্দা তোন্দবা তবা চাকপু বাৎওনা, চৈথৈ অযিন ফি বাত্তবা খোইযুম লাইবু কাওদনা নীংজবা মামক নুংঙাইবা অমা লৈতে। নাংথিবা কৌবদি লমচৎ খঙলবা থর্কাশ খাশি যজবা অদুবু হেনবা নীংথিবা অমা লৈতে। বাবম অর্মদি মোংবা মবাল যাইদা লৈবিঙৈ তাল্লোই মকম্নীগা মরূপ ওইগনি। দেশ লৈবাক বাংমা লান্দনা চৎলবাদ বিদ্যা মহৈগা শঙ্গ ওইগনি। অনা লাইথুং পাল্লবদি হিদাক লাংথক অযাম্বগা শঙ্গ মরূপ ওইগনি। অবোইবা মতম লাক্লবদি গুরু মপাউতাক্কা যংভবা হরি নাম মযেক ৭ কা সঙ্গ মরূপ ওইগনি। অসুন্না পাওখুম্লবদা ব্রহ্মা হিংচাবনা পাওহংলকযে। হে রূপবালও তাইবঙ পানবা কৌবনা কবম্বনো। নমু পুন্য কৌবনা মতৌ কবম্ববু পুন্য কৌবনো। মযেক কবম্বনা তাইবঙ থৱায লানবনো হাযনা পাউহংলবদা নাৱা রূপবালনা পাওখুমখিযে। হে ব্রহ্মা হিংচাবাও মহা পুন্য কৌবদি তাইবঙ পুকচেল ওল্লবা চাদববু পিজহৈবা শেত্তববু ফি পীবিবা পীথোকপগী হালেঙবা লৈতবা পামুবা লৈতবা মহা পুন্য কৌযে। হরি মিংলেন শিদবনা তাইবঙ থৱায খিবিকপু

লান্নগদবনে হাযনা পাউখুমলবদা ব্রহ্মা হিংচাবনা পাওমেল্লকযে। হে কপবাল ভক্ত অথোইবা বৈষ্ণব লাইপোক সংশংবাও ব্রহ্মা হিংচাবা ঐগী মহাপাপ অচৌববু কোকপীও শমু নখোঙ খাদা প্রান থৱায অসিবু থাবগে হাযনা শমু মখুৎ লোন্নদুনা হাযজববু নাৱা কপবালনা পাওখুমলকযে। হে ব্রহ্মা হিংচাবাও হাইগনু নাৱা পাপ্পী ওইবা ঐনা মহাপাপ অচৌববু কোকঙমলোইযে হাযববু ব্রহ্মা হিংচাবনা হাযজখিযে। হে যুববাজ কপবালও ব্রহ্মা হিংচাবা ঐবু হিংচাবা ধাবা মক্তি নত্তে মুনি লংজা ৱাগী সিবাপ মিঁচেখোলনা হিংচাবা ওইনা পোল্লবনে। মুনিবব মবলকুসুং লৈবি এ। চহী কুমশিং যাম্না মহা পাপ্পু পুদুনা লৈবকপবু কপবাল মখোং খাদা চঙজদুনা মহাপাপ্পু কোকচৌও হাযববু লৈযে। বৈষ্ণব নখোং খাদা যাইবী থৱায অসি থাবগে হাযনা হাযজববু নাৱা কপবালনা পাওখুমখিযে। হে ব্রহ্মা হিংচাবাও নাবা ঐবু পলেম ইমা থিবকপনে। জীব থৱায হাৎকে হাযনবু লাক্তে হাযববদা ব্রহ্মা হিংচাবনা পাওমেনজখিযে। হে মহা বৈষ্ণব অথোইবা নাৱা কপবালও তাইবঙ ৱাবম অকবা শ্লোক অর্থ অযাম্না অমসু ৱাহমলক্কে তাও। তাইবঙ সংসাব পুম্নমক্তা মিৎকী কুম্মৈ নুংঙাযবসুঙ কদাইনো। কামধেনু তম্ফা খুদোপ যাইওইবা অৱাৎ অপা নাইদবা কৌবসুং কদাইবু কৌবগে খন্নুং যম কৌবসুং কদাইনো, বৈতবনী তুবেল লানঙমদবা হাইবসুং কদাযনো, কর্ম্ম মতৌ কবম্বনা গুন মতীক মাঙনবনো, কর্ম্ম মতৌ কবম্বনা গুন মতীক চাউখৎপনে, নুংঙাইবা কৌবসুং কবম্ববু কৌবনো তাকপীও হাযনা হাযজববদা কপবাল নাৱা অঙাং মহাক্সা পাউখুমখিযে। হে ব্রহ্মা হিংচাবাও চেংলৌ মিৎকী কুম্মৈ নুংঙাইবা কৌবদি কাওবেল ষনগোল থনবা, তযম মনাই যাম্বা স্না লুপা মবাং কাযনা চিনবা, মচা মশু মবাং কাযনা পোকপবু মিৎকী কুম্মৈ নুংঙাযবা কৌই। তাইবঙ পুক্লিং পেনবা নুংঙাযবা কৌবদি ধ্যান পুক্লিং অবেপ্পনা কৃষ্ণ ভজল অকবা থম্মোয লাইমিং অকববু কামধেনু তম্ফা খুদোপ অমবু হেন্না লৈতে। যম নিংথৌ কৌবদি অশাওববু যম কৌযে। বৈতবনী তুবেল লানঙমদবা কৌবদি পাযমা উনগোইনুংদদি মনিংবা তানবদি ফংদবা অদুবু বৈতবনী লানঙমদবা তুবেল কৌযে। হে ব্রহ্মা হিংচাবা তাও, বিদ্যা মহৈ হৈবা মী অদুনা ঐদি অদু হৈএ, অদু খঙএ হাযনা নাপল তৌববদি মদোমগুন মতীক মাঙনৈযে। ঐদি কবিসু হৈজদে কবিসু

খঙজদে নতোমদা পুক্লিংনা খনজরবা থাজরবা মীশক অদুনা শ্রীকৃষ্ণ মখোঙ খাদা খুরুমজরবা লঙজববু ঙাকপী হৈরবা কর্ম্ম অসিগুম্নবু মহা বৈষ্ণব কৌয়ে। অদুগুম্না মীতনা গুন মতিক চাওখৎলে হায়না পাওখুম্লবদা ব্রহ্মা হিংচাবনা পাওমেল্লকএ; হে বৈষ্ণব রূপবালও পাপ্না থল্লবা মহাপাপ্পী হিংচাবা ঐবু ভক্ত নখোং খাদা প্রান থৱায় থাজরগে হায়না রূপবালগী খোংবী পায়দুনা তুখি। অঙাং নাৱা রূপবালনা হায়খিয়ে হে ব্রহ্মা হিংচাবাও নংবু ঐনা পাপ কোকহনববু ঙম্বা নত্তেয়ে শ্রীকৃষ্ণ মহাক্তনা নহাক্কী পাপ্পু কোকপীবা ঙম্বনে হায়রদুনা ব্রহ্মা হিংচাবগী মকোক থক্তা নাম্দুনা শ্রীকৃষ্ণ মহাক্না থৌজাল লনকুবিসুনু হায়রবদা ব্রহ্মা হিংচাবদি পুক্লিং হরাউ থোইনা নুংঙাইনা পেনজখি। ব্রহ্মা হিংচাবনা ময়াংলেন্না লিরুং ১০ শাংনা মশা পুম্বা খঙচাউ চাউথোক্লম্লগা মদোম লৈমায়থক্তা হায়থদুনা মদোম নোংমনজখি। ব্রহ্মা হিংচাবা শিবগী পাউ অদুবু কনচন্না লৈবাক্কী মীয়াম্না তারবদা ব্রহ্মা হিংচাবগী চাকথাফমদা লাক্তুনা য়েংনখি। লৈবাক মীয়াম্না ব্রহ্মা হিংচাবনা শিরিবা ফিভম অদুবু উরবদা মখোয় মশেলদি পায়মা নুংদা অকি তুজুং পোক্লখি। ঙসাইঙৈগী ব্রহ্মা হিংচাবগী শিখিবা হকচাংনুংদগী মশক মতৌ ফজখ্রবী লৈশাবী অমা চোংথোরক্তুনা নাৱা রূপবালগী মখোং শোক্লা কোল্লদুনা পুন্সি চুপ্পা রূপবালগী সেবা ফংজগে হায়দুনা পুরুমজখি। অঙাং নাৱা রূপবাল মহাক্তি তাল্লোয় তুয়িন থিববু লাকপা নত্তেয়ে পলেম ইমা পোকমাবীনা লাইরৈবাক্তা নোঙ্গাখিববু থিবা লাকপনে হায়না পাওখুম্লবদা লৈশা মথোৎ কারকপী নুজা অদুনা রূপবালগী মফমদা মহাক্না পলেম মমা থিবা চৎপদা মহাকসু য়াওজগে পাপ চেল্লবী মহাকপু অমুক্তং লানবীয়ু হায়বদগী নাৱা রূপবালনা মোমনু নুজা মহাকপু কনচন্না লৈবাক অসিদা লেংদনা লৈরম্মু, পলেম ইমাবু থিখংলবা তুংদা নুজা নাক্তা লাক্কনি। মতম অদুদা নুজা ননিং থুংজৌও হায়না তাকপীখি।

কোরৌ নোংগা ঙাল্লবদা কনচন্না লৈবাক্কী ব্রাহ্মন অহল ওইরবা অদুনা ফুরা লাইয়িমনুংদা লৈহৌবা নাৱা অঙাং রূপবালবু লৈরিব্রা হায়দুনা য়েংববু লাকখি। মতমদুদা ব্রহ্মা হিংচাবদি শিদুনা লৈরম্বা উবদা নুংঙায়মনখ্রদুনা পাখৎপবু পোকখি। অহল মতম ওইরবা ব্রাহ্মন হনুবা অদুনা থুনা য়াঙনা চত্তুনা বীরসিংহ নিংথৌগী মফমদা ব্রহ্মা হিংচাবনা শিখিবা মতৌ অদুবু

পাউদমজখি। ভাগ্যচন্দ্র নিংথৌনা মনাই মশলশিংগী মফমদা অঙাং নাৱা রূপবালবু থুনা যাঙনা দোলাইদা হাপ্লগা মা কোন্নুংদা পুবক্লবা যাথং পীখি। মনাই মশলশিংনা থুনা যাঙনা চত্তুনা নাৱা অঙাং রূপবালবু দোল্লাইদা হাপ্তুনা নিংথৌ মা মাংদা পুবকখি। বীবসিংহ নিংথৌনা রূপবালবু হেক উবমক্তদা খোইযুম লাইমক্লি খন্না রূপবালগী মফমদা খুকন্নগা ব্রহ্মা হিংচাববু মতৌ কবন্না হাৎপনো পাউহংজববু নাৱা অঙাং রূপবাল ঐনা ব্রহ্মা হিংচববু হাৎপা ঙম্বা নত্তে। শ্লোক ধর্ম্ম ৱাচুম্ববু তাবদগী মদোম শিজখিবনি হাযনা পাউখুমখি। বীবসিংহ নিংথৌদি থম্মোয শোক্লা পেনখ্রদুনা মমোম কৈন্যা যুবতী হেমলতা কৌবিবু নাবা রূপবালগী মফমদা তাল্লোয ওইনা থাজববদা অঙাং নাবা রূপবালনা হাযখি। পলেম ইমা পোকমাবীবু থিখৎদ্রিমখৈদি তাল্লোয তুযিন তমফদে। বাবম অসি লৈবনা বীবসিংহ নিংথৌবেল ও নমোম হেমলতা কৌবী অসিগা ব্রহ্মা হিংচাবগী শমু হকচাংনুংদগী চোংথোক্লকপা চেংলৌ হেনবী নুজা অসিগা অনিবু নমোম শক্লা নাউকোনবীবমউ হাযনা বীবসিংহ নিংথৌগী মফমদা শমু খুৎশিন্নদুনা থনমখি।

অঙাং নাৱা রূপবালদি মমায নোংনেম মখা পাংবা মাইকৈদা ওন্দুনা যাত্রা খোঙশানখি। অসুম লেপ্তুনা লাকপনা কোবৌ নুমিৎ ১০ নি শুববদা বৃহপুব কৌবা লৈবাক্তা বাযথুংলবদা শান্তভুজ নিংথৌনা মশানৌ ইবেম্মা হেমাবতী মহাবানীগা লোযননা মমোম ঈশ্বৰী কৌবি অমগা নুংঙায যাইফনা পাল্লমই। অঙাং নাবা রূপবালনা লম্বী লমশাং লাকপদা বাবদুনা পামেল উজাউ অমগী মখোং খাদা অবা পোথাদুনা ঙাইহাক লৈবিবঙদা নিংথৌগী মজাইবেম্মা লৈমা ঈশ্বৰীগা মতাবোইশিংগা লোয়ননা মপল পস্থৌগী হিদেল তাফমদা লাইজা ইপাল লাংবা লাকপা অদৃব রূপবালনা উবমই। লৈমা ঈশ্বৰীগী মতাবোই অমগী মফমদা অঙাং নাৱা রূপবালনা অসুন্না পাওহংখি। তুবেল লাইজা ঈবোন্নুংদা ঈশ শান্দেংলিবী চেংলৌ শকহেনবী নুজা অসিবু পলেম পম্বৌ কনাগী মমোমনো অচম্না মীওইগী মমোম্বু মান্দেযে। লৈমা ঈশ্বৰীগী মতাবোইনা লৈমা মাদি বৃহপুব লৈবাক্কী নিংথৌ শান্তভুজ নিংথৌগী মমোমনি পাউখুন্নবদা নাৱা রূপবালদি তুবেল লাইজা ঈবু ফৈনা লান্দুনা হাওবৈ খানা পাংবা মাযকৈদা থুনা যাংনা লাকপনা লোইদাম থাবুম অমা

ফারক্লবদা বৈতরনী তুরেল তোর্ব্বান্দবু ৱায়থুংখি। অঙাং নাৱা রূপবালনা বৈতরনী তুবেলনা পাক্লা চাউনা লাইজা ঈশিংনা ইমাই চোনববু উরবদা মতৌ করম তৌরগা লানসিগে খনবদা খনফম খঙলক্রদুনা মদোম য়াৱা খোঞ্জেল থোকনা পলেম মমা রুবধাত্রিবু কৌদুনা মিকপ্লবদা লাইরৈবাক্তা লৈখিবা পলেম মমা পোকমাবী রুবধাত্রিনা তারদুনা মাল্লং নুংশিৎ ওইনা মপারি নাৱা রূপবালগী মনাক্তা ৱাযথুংলরবদা মপারি অৱাং নাৱা রূপবালদি মতম কুইনা চাবা থকপা তুম্বা ফংলক্লা পলেম মমাগী খোঙ্গুল লিরকপদা ৱামনখ্রদুনা মদোম বৈতরনী তুবেল খোঙবান্দা অৱা পোথানা খোম্লেন তুংখুল তান্দুনা লৈরম্ববু থেংনখি। মপারি রূপবালগী খোম্লেন মঙলান্দা পলেম মমা রুবধাত্রিনা লাক্লুনা পারি নাৱা নহাকপু পলেম নমা ঐবু লৈরিএ, পাবি নঙনা করিগীদমক পলেম নমা ঐবু কৌদুনা তেংথানা মিকপ্পনো পারি খোল্লাং ইল্লগে লাও হায়না মপারি রূপবালবু খোল্লাং ইনবিখি। অঙাং নাৱা রূপবালনা পলেম মমাগী মতমবাক্তা যাতাদুনা ঙকথি লুল্লাং কোল্লা হরাও মথোই তম্না খোল্লাং থকচখি।

অঙাং নাৱা রূপবালদি তুম্লুবদগী মিৎকপ থোক্লকগা য়েংলুবা মতমদদি পলেম মমাদি লৈবমদ্রবদা খোম্লেন মঙলান্নি হায়বা নীংশিংলক্লুনা মপল পলেম মমাবু অমুক্কসু পাওকৌদুনা মীকপখিয়ে। অঙাং নাৱা রূপবালনা থম্মোয শোক্লা পলেম মমাবু কৌদুনা তেংথাজবা অদুবু বৈতরনী তুরেল লাইজা ঈরোন্নুংদা লৈবিবা কুম্ভীনি লাইবেল অচৌবা অদুনা তাবদুনা লাইজা ইমাযথক্তা ফাওগৎলক্লুনা নাৱা অঙাং রূপবালবু মনম থক্তা হাপকত্তুনা বৈতবনী তুরেল লাল্লকপদা হাওবৈ মখা পাংনা লাকখি। কোরৌ নুমিৎ ৭ নি শুববদা লৈবাই পনবালদবু থুংখি। অঙাং নাৱা রূপবালনা বৈতরনী তুবেল ৱাংমা লান্না কুম্ভীনি লাইরেলগী মথক্তা তোংদুনা লাম্থোক্লবদা কুম্ভীনি লাইরেলনা নাৱা রূপবালগী মফমদা অসুম্লবু পাওমেনখি। হে ভক্ত অথোইবা নাৱা রূপবাল ও হযেং যমরাজ লৈবাক্তা ৱায়থুংলবদা যমবাজগী মকাইফম্বু য়ৌরবদা অসুম্লবু পাওহংবীয়ু। কুম্ভীনি লাইরেল ঐহাক্লা যুম্বাল্লকপবু চহী কুমশিং ১২ বু শুরবা ফাওবদা ইপারি ইমোম অমত্তসু শাৎতবে করি দোষ লৈবদগী তৌবনো খঙজনিংই। হয়েং ভক্ত অথোইবা নহাক্লা যম লৈবাক্তগী পলেম নমাবু পুদুনা লাকপদা অমুক হন্না কুম্ভীনি লাইরেল ঐহাক্লা বৈতরনী তুরেল

লান্নবগীদমক ঙাইজরমগে অসুম পাওমেল্লন্নগা কুন্তীনি লাইরেলদি লাইজা ঈরোন্নুংদা অমুক লুপথখি।

খোইমোম লাইপোক শংশংবা অঙাং নাৱা রূপবালনা যম লৈবাক্তা ৱায়থুংলুবা মতমদদি ঙমখৈ লৈতনা মমখিবনা য়াংদৌ লম্বীবু থিখংদ্রবদা নাৱা রূপবালনা শ্রীকৃষ্ণবু পাওকৌদুনা কপ্পক্লবদা শ্রীকৃষ্ণ খোইখোইবনা নাৱা রূপবালগী অৱাববু তেংবাংদুনা য়াংদৌ লম্বী চীংদুনা যমরাজগী মকাইফমদা নাৱা রূপবালদি ৱায়থুংখি। যমরাজ মরৈবাকপু য়ৌরবদা নাৱা অঙাং রূপবালবু হেক উবমক্তদা যমরাজনা চৈরৈ ফিশেং থাদুনা ওকচখি। যমরাজগী মফমদা নাৱা অঙাং রূপবালনা পলেম মমা রুবধাত্রিবু পীনবীয়ু হায়জখি। যমরাজনা অঙাং নাৱা রূপবালগী মতৌ য়েংনিংলদুনা অসুম্নবু পাওমেনখি। যমরাজ ঐহাক্তি নাৱা অঙাং নঙগী পলেম নমাবুদি শকপু খংদে। নূজা কয়া অমদি যমরাজ ঐগী ইকাইফমদা লৈয়ে, অদুনা নুজাশিং অদুবু যমরাজ ঐনা পাউকৌগে। মখোয়শিং অদুগী মনুংদগী পলেম নমাবু খঙবা ঙম্লবদি খল্লু হায়না তাকপীখি। অঙাং নাৱা রূপবালনা পলেম মমাবু খন্নবগীদমক লিরুং ১০০ ৱাংবা শগাই অমা শারগা শগাই অদুগী মখাদা ফিরোল তরেৎ খল্লগা মদুগী মথক্তা নুপীশিং অদুনা অমমমতা কাখৎলগা খোল্লাং শুমথহন্দুনা নাৱা রূপবালনা য়ারেল খোংজি কাখত্তুনা খোল্লাং তারকপা ঙাইজখি। পলেম মমা নত্তবশিংদি খোল্লাং ইহৌরক্তবনা ফিরোল ৭ ফাওদুনা খোল্লাং মরিক অমত্তসু তাখিদে। পলেম রুবধাত্রিনা শগাইথক্তা কাখত্তুনা খোল্লাং শুমথবা মতমদদি খোল্লাংনা নোংলেন ফুইনা চুথরকপগুম ঈহৌরক্তুনা ফিরোল ৭ ফাওরগা তারক্লবদা অঙাং নাৱা রূপবালদি মতম কুইনা পলেম মমাগী খোল্লাং মায়োক্লবা ফংলত্তবনা অৱা খৌরাং মৈচাক খাঙজরকপা অদুবু পলেম মমাগী অমৃত খোল্লাংবু পিবুক থন্না থকচখি। পলেম মমা লৈমা রুবধাত্রি মহাকসু মপারি নৌনা শেৎনদুনা পুন্সি পিখম্নদুনা যম লৈবাক্তা লৈরকপবু মপারিগা শক উন্নজবদা ঙকপগী পনখৈ লৈতনা হরাও মথোই কানা নুংঙায়জখি। নাৱা অঙাং রূপবালনা পলেম মমাবু থিবা লাকপদা ফত্তবগী খুদম কয়া থেংনরকখিবা অদুগী মতাংদা যমরাজগী মফমদা পাওদমজখি। অঙাং নাৱা রূপবালনা পলেম ইমাগী খোঙ্গুল লীদুনা যমরাজগী লৈবাক্তা লাকপদা লম্বীদা কোনা পাম্বীনা মকোক্তা মীগী মুর্ত্তি ওইদুনা হৌরমই। শান্তভুজ

নিংথৌগী মযোম লৈমা ঈশ্বরীনা শমু মকোকথক্তা শন্নাংগী মহুত্তা তুমনৌ হানৌ ওইনা হৌবমই। বৈতবনী তুবেল লানবিবকপা কুম্ভীনি লাইবেল লাবনা তাপ্লোই তুমিন তন্নবদা চহী ১২ শুববা ফাওবদসু মপাবি মযোম অমফাওবা পোক্তবসিবু কবি দোষ ফত্তবা লৈবননো হায়না যমবাজগী মফমদা পাওহংজখি।

যমবাজনা অঙাং নাৱা ৰূপবালগী ৱাহংদা অসুম্না পাওখুম্নকখি। হে ভক্ত অথোইবা ৰূপবালও নমু তাইবঙ মীওইবদি মানা মানা তৌজবা কর্ম্ম থবক্কী ফলবু মানা মানা ফংজে। অতোনববু থিনা তৌবিবা মীগী মপোৎ মবল পামদুনা হুবাল্লবা, মীগী মৱা তোযনা ঙাংনববা, হাযখিবা ৱা তোযনা হোংলবা, লুনা চান্না তিন্নবা মৰূপ্প হাৎলবা, চিবোল খাবোল তোযনা তৌববা, মীগী মতু পান্নবা, নমজা নমথেক্লনা মীবু থিনা তৌববা, নমু মীওইবশিং অদুবু যমবাজ ঐনা চহী কযামকম লাক্লেযে। মপোক লাংওন অমুবক্তসু নমু মনম নমথিনা পোকহল্লে। যমবাজনা অঙাং নাৱা ৰূপবালবু মাগী লৈবাক্তা লৈবিবা নমু মীশিংনা মানা মানা তৌখিবা কর্ম্মগী পাপ পুন্যগী ফল অদুনা মখোয মখোয়না ফংলিবা পাপ অমসুং লৈবিবা ফিভমশিং অদুবু যেংহনখি। অঙাং নাৱা ৰূপবালগী মফমদা যমবাজনা মখা তানা অসুম্না পাওমেল্লকখি। ব্রাহ্মন, বৈষ্ণব, মমা মপা, ওঝা গুরু, কাদা লমচৎ কাইবা, ওঝাগী মবল চাবা, ব্রাহ্মনগী মবল চাবা, নত্ত নত্তবা ৱাহৈনা ওঝাবু চৈবা মোমনু নুজা ওইবিবু নুজা পুক্লিং খঙদনা ঙস্মে হাযদুনা সতী ধর্ম্ম থুগাইদুনা নমজা নমথেক তৌবিবা, নিংথৌ ওইবশিংসু ঙমই হাযদুনা ৱাবম অচুম্বা থিদনা মীপোৎ মবল লৌদুনা নমু মীওইববু লান্না চৈবাক পীবা, মনাই মিচঙ চঙদুনা অচুম্ববু লালহনবা অবানববু চুমহনবা মীবল যেংনা ৱাযেনবা অদুগুম্বা নমু মীশিংবু যমবাজ ঐহাক্না চহী লিশিং লিশিং চৈবাক পীদুনা ৱাবক্তুনা থমই। মখোযশিং অদুনা লাংওন মপোক অমুবক পোকপা তাববসু ষন ঈবোই ওইনা পোকহল্লে। যম লৈবাক্তা লৈবিবা তোঙান তোঙানবা কুণ্ড ৯০ মকপু নাৱা ৰূপবালদা যেংহল্লবদা যমবাজনা নাৱা অঙাং ৰূপবালগী মফমদা অসুম্না পাওমেনখি।

তাইবঙ পান্দা মীওইবনা হিংলিঙৈদা চৎখিবা লিচৎ শাজৎ মানা মানা তৌখিবা থবক থৌবমশিং অদুগী লংজখিবা পাপ পুন্যগী মতুংইন্না

হযেং মখোয মখোযনা শিববা ফাওবদসু মাঙফদবনা মখোয মখোযবু ফংহল্লে। হে নাব্রা অঙাং ৰূপবাল নঙনা লাকপদা লম্বীদা থেঙনখিবা উঁহৈদবা ফত্তবশিং অদুগী মঁহৈবু হাযগে। বৈতবনী তুবেল অচৌবদা লৈহৌবা লাইবেল কুন্তীনি অদুনা মুনি লাইনিং পবৈ চেৎপা ৭ পু তুবেল লাইজা খোঙনুংদা ঈৰু শান্দেংবা লাকপদা যোৎলুখি। মুনি ৭ অদুনা লাইবেল মবুক নুংদা চঙনা পাপ শিবাপ তৌবদগী মপাবি মমোম ফংহন্দবনি। মুনি তবেৎ অদুবু ওথোক্লবদি মপাবি মমোম ফংগনি হাযনা তাকপীখি। যাংদৌ লম্বী লমখাংদা অঙাং নাব্রা ৰূপবাল নঙনা থেংনখিবা বৃহপুব কৌবা লৈবাক্তা শান্তভুজ নিংথৌগী মমোম লৈমা ঈশ্বরীনা লব্রায কোযবেল থক্তা তুমনৌ ঈনা শল্লাং ওইনা হৌবদি নহালমুক্কী মপোক লাংওন্দসু নিংথৌগী মমোম ওইনা পোকখিযে। মতমদুদা মতাবোই মমান্নবীশিংগা শান্নবদা মমান্নবীশিংগী কোকথক্তা নাপী পকপা উববু মহাক্লা উনা উনা হাযদোকখিদে। মবম অদুনা হন্দক মপোক লাংওন্দা শমু মাগী কোক্তা তুমনৌ ঈনা ওইনা হৌবনে। অঙাং নাব্রা ৰূপবাল নহাক্লা নুজা মাগী শমু কোকপু নানবীযু শল্লাং ওইনা হৌগনি। নুজা মহাক্তি ৰূপবাল নংগীদমক পোক্লকপনি তাল্লোয ওইনা লৌদুনা নুংঙায যাইফনা পানমিন্নরুও হাযনা যমবাজনা তাকপীখি। অদুগা অতোপ্পা ৱাবম অমদি অঙাং নাব্রা ৰূপবাল নহাক্লা লম্বীদা থেংনবম্বা কোনা মনানা মখোং ওইবগা শমু হকচাং মঁখৈনা মীওইখিবদি নহান নোং নিংথৌ মচা ৭ না শাদানবা লাকপদা বষিস্থ মুণিগী বন্দা যাবৌ শজি অমবু ফারুবদগী মুণি মহাক্লা শাওখিদুনা নিংথৌ মচা নখোয ৭ তবেৎতি নশানা মী ওইবগা নখোংনা কোনা মনা ওইযু হায়না পাপ শিবাপ তৌখি। নিংথৌ মচা ৭ না বষিস্থ মুণিগী মফমদা লংজখিবা মবালবু ঙাকপীযু হাযববদা মুণি যাথংখোন্না লাংহৈ কুমশিং কযাগী মতুংদা চন্দ্রধজা নিংথৌগী মপাবি ৰূপবালনা খম্লুং লৈবাক্তা পলেম মমাবু থিবা লাকপদা নখোযদা শোক্লবা মতমদুদা হান্নগী নিংথৌ মচাগী শক্তমদা হনজিনবা ওইযু হাযববু লৈযে। মবম অদুনা নাব্রা অঙাং নহাক্লা পলেম নমাবু পুদুনা খম্লুং লৈবাক্তগী হনখিবা মতমদা শমু খুৎনা শোকপীবম্মু মখোযগী অব্রাবদু কোক্কনি হাযনা যমবাজনা তাকপীখি।

অঙাং নাব্রা ৰূপবালগী মফমদা যমবাজ নিংথৌবেলনা তাকপীবা য়াব্রা পাওতাক কযা তাববদা নাব্রা অঙাং ৰূপবালনা পলেম মমাগা লোয়ননা

খম্নুং লৈবাক্তগী হলৱাইবকপদা গুম্ভীনি লাইবেল মহাকপু যমবাজনা কৌদুনা নাৱা অঙাং ৰূপবাল অমসুং পলেম মমাবু বৈতবনী তুবেলবু ঈবান্দুনা থীনবিকও হাযবদগী কুম্ভীনি লাইবেলনা মমা মচাবু ইবান্দুনা থিনবিখি। অঙাং নাৱা ৰূপবালনা যমবাজনা তাকপীবকপা তুংইন্না কুম্ভীনি লাইবেলগী মফমদা নহাল নোং মুণি ৭ যোত্তুনা চাখিবা অদুবু ওথোক্লবদি নচা ধাবা ফংগনি হাযববদা কুম্ভীনি লাইবেলদি খঙনিং নীংশিংলক্তুনা মুণি ৭ অদুবু ওথোকপদগী মপাবি মমোম ফংজখি। অসুম্না নাৱা ৰূপবালনা পলেম মমাগা লোযননা লাকপনা বৃহপুব লৈবাক যৌবদুনা নহাল নোংগী নিংথৌ শান্তভুজগী মমোম লৈমা ঈশ্বৰীগী শমু কোকথক্তা তুমনৌ ঈনা হৌবম্নবু ৰূপবালগী মখুৎনা নানবদগী শল্লাং ওইনা হৌবৰ্কখি। লৈমা ঈশ্বৰী মহাক্তি ৰূপবালগী তাল্লোয ওইনা মবাল যাইদা পুবকখি। অসুম তৌদুনা ঙসাইঁঙেগী মখোংনা কোনা পান্বী ওইবগা শমু হকচাং মীওইবা অদুবুসু নাৱা ৰূপবালনা শোকপদগী নিংথৌ মচা ৭ ওইনা অমুক চোংথোক্তুনা ভক্ত অথোইবা খোইমোম লাইপোক শঙশঙবা অঙাং নাবা ৰূপবালগী মখোং খাদা কাওবি চিগা লুক্না হন্না হন্না পুনেমজখি। মপাবি অঙাং নাবা ৰূপবালগী মতৌ অদু উবদা পলেম মমা কুবধাত্রিদি ঙমখে লৈতনা ঙৰ্কখি।

অঙাং নাৱা ৰূপবালনা পলেম মমা কুবধাত্রিবু খম্নুং যমবাজগী লৈবাক্তা চত্তুনা লৌকদুনা পলেম মমা মচা অনিমক মপন পষ্টৌ চন্দ্রধজা নিংথৌগী নাক্তা ৱাযথুংলবদা মপন পষ্টৌ চন্দ্রধজা নিংথৌদি মশানৌ ইবেম্মা তাল্লোয লৈমা কুবধাত্রি অমসুং মপাবি ৰূপবাল অনিবু হেক উবমক্তদা মঙ হ্নগুম থোৰ্কখিদুনা মপাবি ৰূপবাল অমসুং মশানৌ ইবেম্মা কুবধাত্রি অনিবু চাগদৌবমখে যেংলগা মপাবি ৰূপবালগী মফমদা পলেম নমা পোকমাবী লৈমা কুবধাত্রিবু মতৌ কবন্না ফংলকপগে হাযনা পাওহংখি। মপাবি খোইমোম লাইপোক শঙশঙবা অঙাং নাৱা ৰূপবালনা পলেম মমাবু থিবা চৎপদা থেংনবকখিবা অমদি থোকখিবা থৌদোক পুম্নমক অমত্তা চিথদনা মপল পষ্টৌ চন্দ্রধজাগী মফমদা পাওদমখি। মপাবি ৰূপবালগী যাৱা পাওদমখোনবু তাববদা চন্দ্রধজা নিংথৌদি মপাবি ৰূপবালবু খোইমোম লাইপোক শঙশঙবগী মপোক লাংওন্নি থাজখি। চম্পাকানকলা লৈবাক্কী নিংথৌ চন্দ্রধজানা মপাবি ৰূপবালগী মফমদা নিংথৌ যম্বালবু শমু খুৎশিন্নদুনা থৌজান লনকুবীবগা

মপাবিবু নিংথৌ ওইহনখি। চন্দ্রধজা নিংথৌবেলদি মশানৌ তাল্লোয মকন্থী লৈমা কবধাত্রিগা লোযননা খুঞ্জাও লৈচাওনা লৈবাক চাহোং ঙাহোংনা ব্রাৎত পাদনা নুংঙাই যাইফনা পানখি।

মতৌ অসুম তৌদুনা চহীচা ১৯ দা ইখিবা ব্রপবাল কৌবা লাইবিক অসিনা মণিপুবী সমাজদা হিন্দু গৌবিযা বৈষ্ণব ধর্ম্মনা মপাল মউ ফনা চাওখৎলকখিবা মতম অদুদা মীশিংগী পুক্লিংদা ব্রাখলদা ঈশ্বববু থাজনা নীংজববদি অবা অনা খিবিকপু লাযনা কোকহল্লি হাযবসি খঙহন্নবগীদমক লৈবাক্কী নিংথৌনা ব্রপবালগী ব্রাবী অসিবু চুম্নগী ব্রাবী ওইনা লীদুনা তানবদা নগুনা মৈদিংঙু চন্দ্রকীর্ত্তি ম্না হাক্তক অসিদা পেনাগী শৈবোলদা ফাওবা মতমদুগী অশৈবা ওঝা চান্নগী শৈহেক্তা লৈবাক মীযাম্না তানবমই। ব্রপবালগী ব্রাবী অসিনা মপুং ওইনা ঐখোয মীওইবদা পীবিবা পাওতাক অদুদি শক্তি লৈবা মীথোই মীহেনবা মতীক মগুণ লৈবা মী হাযবসি মশাগী পোকপদগী লোযনদুনা যাওবক্লবা মগুন অর্মনি। অদু নক্রবদি অফাওবা মীনা মশক খঙবা পুকচেল ফজবা মী অমা ওইবা হাযবসি লমখাংদগী হেক্তা ওইবা যাদে। অফবা মতীক মগুণ লৈবা লাইগী শক্তি চেনবা মচা মশুশিং ফংজবা হাযবসি মপা অমসুং মমা অনিগী মখোযনা তৌজবকপা দান ধর্ম্ম কর্ম্ম অদুগী মখা যাম্না পোল্লি হাযবসি ব্রপবালগী ব্রাবী অসিনা তশেং তশেংনা তাকই। ব্রপবাল কৌবা লাইবিক অসিব মণিপুবী সাহিত্যগী মঙ্গল অমা ওইনা ইবল্লিবা অসিমক ব্রাইবিক অসিগী ব্রাবীগী মপু ওইবা থৌদাং যাবিবা ব্রপবালগী তৌবা ঙম্বা মতীক মগুন অর্মদি অকি অখং লৈতবা মতৌ অদুগুম্না ঐখোয মীওইবনা অযবা ধর্ম্ম কর্ম্ম তৌদুনা মীনুংশি লৈবা মতৌগা লোযননা ঈশ্বববু খক কাওদনা নীংজবর্বাদ ঈশ্ববনাসু মদুগী মতীক চাবা মতৈ অদু ঐখোয মীওইবদা শোযদনা পীনবী হাযবসি ব্রপবালগী বাবী অসিনা তশেং তশেংনা তাকই। □

# মরুওইবা ৱাহৈ য়াওফম্ম তাকপা

( গ )

( প )

( ৰ )

## ABOUT THE AUTHOR

Born in 1953, M.A. in Geography from Agra University. Trained in Archives Science from National Archives of India New Delhi. Also trained in Museology from National Museum, New Delhi. Expert in original Manipuri script and literature, was Archivist, Manipur State Kala Akademi for a number of years. Associated with various literary and cultural organisations. Participated in various seminars and conferences. Published two books on ancient Manipuri literature earlier. A regular contribution to literary journals and All India Radio Imphal. Takes active interest in party politics

মমল ঃ রুপী ৬০/-